# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা

(অনিশুবা শরুক)




সম্পাদক

শ্রী নৈমপোকপম লাকপতি সিংহ

ꯃꯩꯇꯩ ꯅꯠ ꯁꯪꯀꯤꯔ꯭ꯇꯟ ꯅꯩꯅꯕ

# মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা

(অনীশুবা শরুক)

সম্পাদক

শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অনিশুবা শরুক)

শ্রী লৈমপোকপম লোকথত্রি সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী, কাকৈথেন ঙানপীথোং মপাল
ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা।

অহানবা খুৎনম ঃ নভেম্বর, ২০০৩ ইং

কপী মশীং ঃ ১১০০ (লিশিং অমা চামা)

মমল ঃ লুপা ১৫০/

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল



# কৎচরি

একাদেমী অসিনা ওজা ইবুংঙো গুরু শগোলশেম্ কালিদমন সিংহ
অমদি লৈখিদ্রবা গুরুজন পুন্নমর্কী চরন্দা প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা
তোল্লবা নচা লাকপতিনা
"মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অনীশুবা)" লাইরিকসি কচ্চরি।
লৌশিনবীয়ু চন্নবা নচা ননাইশিংগী খুদোলনি খল্বীদুনা।
হরে কৃষ্ণ

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী
ক্বাকৈথেল ঙানপিথোং মপাল, ইম্ফাল।

# বাহৈ খরদং

শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহনা খোমজিন্নগা পুথোকপা 'মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা' (অনীশুবা শরুক) অসি নট সংকীর্ত্তনগী মাইকৈদা মমল য়াম্লবা লাইরিক অমনি। অহানবা ফোংখিবা লাইরিক অদুগী পরিংদা চংথবকপা অনীশুবা শরুক ওইনা লাইরিক অসি অমুক্সু হেন্না মমল যামই। কলচবনু তেক্তা-কাইদনা থম্বা হায়বসি শকপা-শোনবা ঙাক্তনা ওইবা যাদে। মনুংগী ভাব-বসশিং অদু ইশালহৌবা অমদি ইবগা ফোংদোকপা হায়বসি ঙঙায় ফদবা ওইবক্রি। ঙসি গ্রন্থাবনা খণ্ডলিবা জ্ঞান-লৌশিং কয়া লাই ওইখ্রবা ওজা-গুরুশিংনা থম্বীবম্বা লৌশিং পুক্কৈশিং অদুগী মশামনি। লিকলম অসি মপোপ কায়দনা তুংগী মাংবোলগীদমক্তা পুথবগী মথৌ ওই, হিবম অসিদা লাইরিক্কী মপান তাংকনা খাইদগী অচুম্বা লইরনি সংকীর্ত্তনগী ভুগংগা ওজ. লাকপতিগী মিং প্রাদবা লেতে। নট সংকীর্ত্তনগী মাইকৈদা মহাক্কী অবংবা থবান্মিচাক ওইবি। চহি খুদিংগী ওজানা মহাক্কী গুরু ওইখিবা ওজা গুলাপিগী মিংদা অচৌ অচৌবা সংকীর্ত্তনগী থৌবম শিল্প। মসিদা লৈবাক্তা মশক খংনবা ওজা-গুরু কয়া, জগোয় ঈশৈগা মবি লৈনবা মীওই কয়না শরুক যাবি। অদুবু মসি কুম্মৈ ওইনা, থৌবম অদু লোইশ্রগা কাউখিবা থৌদোক ওইনা পুথোকপগী মখুৎতা, মমল যাম্লবা কলাগী নুমিৎ তম, ওইহল্লি এ' লবা বিষয় কয়াদা তাখং অহৈশিংনা মাগী মাগী বিদ্যা অদু ফোংদোক্তুনা লৈদুনা লৈবাক্কী অচৌবা থৌবম ওইহল্লি। পুথোকলিবা লাইরিক অসিসু মদুগী ফলনি। মিৎযেং অসোমদগী যেংলুবগা অমুক্সু হেন্না লাইরিক অসিগী মগুণ অসি হেক্কৎহল্লি।

পুক্নিংদা থাজক্কে লাইরিক অসিনা হান্না ফোংখিবা অহানবা শরুক অদুগী পরিংদা চংথবকপা ওইবনা শরুব অনীমক কুপ্পা লৈনবীবশিংনা শোযদনা কান্নবা ফংবিগনি। গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদমিগুম্বা অচৌবা ঈশৈগী সংস্থান অমদদি অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অসি মবাং কায়না পুথোকপগী দরকার ওইবি। বিদ্যা ঙসিদা চংশিল্লগা ছত্র-ছাত্রিশিংনসু লাইরিক পাবগী হৈনবী অসি থমগদবনি।

চুং-ফিরাল চাবা মহৈরোই অমা ওইবা তারবদি হকচাং অমসুং রাখল অনীমক মপাঙ্গল লৈহনবা তাই। হিরম অসিদা হন্দক পুথোকলিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী অনীশুবা শরুক অসি অচৌবা লন অমনি। লাইরিক অসি পুথোকপিরিবা ওজা লাকপতিবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

লোংজম জয়চন্দ্র
দিরেক্তর
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমী,
ইম্ফাল

নভেম্বর, ২০০৩ ইং

# প্রসিদেন্টগী মাইকৈদগী ৱাহৈ খরদং

খঙদবনা মপুঙ ওইনা থননা লৈরবা তাইবং অসিদা কবিগুম্বা পোশক অমত্তু অবেপ্পা শক্তম অসিমক্তী হায়না পুথোকপা হায়বসি অরাইবা থৌদাং অমদি নত্তে। গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা মতম কযাদগী খঞ্জরকপা মঙলানগী পান্দম ঈশ্বরগী কৃপাদগী একাদেমী অসিনা ফোংজখিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অহানবা শরুক) অদুনা মঙফাওনবগী পান্দম ওইখ্রে থনজদুনা একাদেমী অসিনা নুংঙাইজবা পোকচবি।

খনজবনি, অরাঙবা পান্দমদা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী ৱাখল লেপ্পুনা লৈবি হায়না। ফোংদোকচনিংবনি নিংথিবা ফজবা নংকী ওইবা লিচৎনা মপুং ওইনা শরুক ওইবিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নি হায়বগী পান্দমসু।

থিজিন খুমজিল্লুবগা অনৌবা ফংলকপগী ঙমখৈ লৈতে। হেননা কন্না থিজিন খুমজিল্লুবগা হেন্না হি যাইগী মশক ওইবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী মচাক ওইববা পোৎশক কযা নৌহৌননা একাদেমী অসিনা খোমজিন তাশিনজবগী খুদোংচাবা ঙসি ঙসিমকসু ফংজবি। মতম কুইনগী ওইনা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী হিন্দুনা লমদম অসিদা লৈজবিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী মনুং মপানগী ওইবা ওক ওববা শকতম কযা অসি পুথোকচবা ঙমহনবিনবগীদমক্ত তাইবং মপু ঈশ্বর ভগবানগী থৃযা থাদ, নোম্লুকচবী।

চহি খুদংগী ওইনা একাদেমী অসিনা অঙম্বা থৌদাং পুথোকচদুনা মীযামদা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী ওইবা মমুৎ তাবা শকতম কযা পুথোকচবা অমদি মখল মখলগী সংকীর্ত্তনগা মরী লৈননা ৱাৰী ৱাখোঙ তত্ত্ব কযা খুৎশিন্নজবগী পান্দমদা "মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা অনৌগুবা শরুক মীয়ামদা শিন্নজবে।

শরুক অসিদা হাপ্পা যাবা ৱাবেং, ৱাৰী, ৱাখোং তত্ত্ব কযাগী অখঙ অহৈ কযানা খুদোন ওমবিনকপা কযা মরাং কাযনা ফংজে। অদুবু অহান অকোনগী পান্দমদা যোংদুনা থবা ... চেংবদা যাওহনজনিংবা অবিবা গুরু কযাগী শকতম

উৎনবা থৌরাংজবদা লাইরিক অসিগী চাওবা য়াবা শরুক ওইথোকখিবনা লাইবিক অসিগী শকতম পান্দম অসিদা লেপ্পা তাখি।

মরম কয়া অসি নৈবনা একাদেমীগী শিনজা লাংজরিবা থৌওং অসিদা থোইনা হেন্না বারৌবিরোই অমদি ইবিরকখিবশিংনা নিংবা কায়বিরোই হায়না অশা তৌজে।

লাইরিক অসি নট সংকীর্ত্তনগী অঙ্গগী শরুক অমা ওইনা চিথ-নাম্বহৌবা পান্দমগী শরুক ওইবনা অনৌবা মথেলগী মহাও অমদি পিবা ঙমজখিদ্রে। অদুবু পাবিরিবশিংনা অচম্বা চমফুৎকীগু মহাও লৈ হায়না খনবিদুনা হবাওনা মহাও তাংবিগনি আশা তৌজে।

রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ
প্রসিদেন্ট
গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমী

# ফোঙদোকচনিংবা ৱাফম খরা

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা থৌরাংজদুনা খুৎথেংননা ঙসিগী মালেমদা খুদোন তমজনিংলিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবগী থৌরম অসি য়াম্না মরু ওইবা ঈরৈবাক ঈরমদম অসিগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাং অমনি হায়না লৌজে। মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শকতমদা মৈতৈ নাৎকী শকতম কয়া শুনা য়াওরে। আর্টকী শকতমদা থোৎপা নৌবা কয়া অভিনয়গী শকতম্না শামু অমদি খম্নাংচাকনা চৎপগী পান্দম মওং তানা উৎপা ঙমলি। অসিতা নত্তনা শৈশক্তা মৈতৈগী মহৌশাগী লৈজবা খেম্ব্রোক অ-হা-এ নচিং থোকহন্দুনা 'তোপ তোম্না' ঈশৈগী পান্দম অমা ওইনা নাইতোম লেপচবা ঙমলি। অসিগুম্বা পান্দম অসিদা হেন্না কুপশিন্না থাজবা ৱাখললোন অমগী পান্দমদা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী মশক তাকপা হায়বসি মৈতৈ জাতিগী Arts & Culture গী শকতম তাকনবগী মরুওইবা লম্বী অমনি।

ঙসিগী জাতি খুদিংমকনা মশা মশাগী Identity তাকনবা অকনবা থৌরাং কয়া লৌখৎনরকলি। মতাং অসিদা ঐখোয়গী কাংলুপকী ওইনা লৈজরক্রবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন অসিনা পৃথিবীদা ফুরুপ অসিগী মশক তাকত্নুনা লাকলি। অদুবু মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন অসিগী মনুংদা চেললিবা 'রস'কী ঈচেল তত্ত্বগী অৱাঙবা ৱাঙ্লোনগী পান্দম কয়া অসি মচা তানা নৈনদুনা মশক তাকপগী তঙাইফদবা লৈ হায়বসি ঐ ঈশাগী অচেৎপা থাজবা লৈজে। পান্দম অসিদা একাদেমী অসিগী মেম্বর খুদিংমকসু পুক্নীং লুপ্নবনা থোইনা অঙম অঙম্বা থৌদাং লৌনরি। 'অরিবদি সনানি' হায়বা ৱাফম অসি লেংদনা চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফমনি। মৈতৈগী ঈপা ঈপু লাইগুরুশিংনা পুকৈ থম্না থম্বিরম্নবা ইনাৎকী ওইবা Arts & Cultural গী ওইবা পোৎলমশিং অসিগী কান্নবা ঙসিগী অনৌবা মীরোন অসিনা লেপ্তুনা

ফংনরকলি হায়জনিংই। থৌরম অসিদা লৈবাক্কী অখণ্ড অহে কয়াস্ অঙম্বা থৌদাং লৌবিদুনা একাদেমী অসিগী বাখলগী পান্দমবু মপুং ফাহনবিগনি হায়না আশা তৌজে।

এম. যদুমনি সিংহ
জেনরেল সেক্রেতরি
গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী,
ঙানপিথোং, ইম্ফাল

# বাহৌদোক

নট সংকীর্ত্তন নৈনবা অনিশুবা শরুক কুমশি ইং ২০০৩ গী ওইনা পুথোকপা ঙমজবা অসি একাদেমী অসিগী ভাইস প্রসিদেন্ট অমা ওইনা থোইদোক্না নুংঙাইবা পোকচে। থৌবম অসি পাঙ্‌থোক্লবা থৌবাংজবদা একাদেমী অসিগী ওনরেবী ডাইবেক্তব অমা ওইনা অমদি ফোঙ্‌লিবা লাইবিক অসিগী সম্পাদক অমা ওইনা ইনাও ইবুংঙো শৈশকপা শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহবু থোইদোক্না থাগৎনিংবা বাখল থম্মোইদা পোকই।

একাদেমী অসিনা পাঙথোকলিবা থৌবম অয়াম্বা ডাইবেক্তব অসিগী বাখলগী মর্মিনি হায়বা যাই। হন্দক চহিগী ওইনা ইনাও ইবুংঙোগী বাখলগী মতুং ইন্না নট সংকীর্ত্তনগী তাল ফাঙনবগী থৌবম অসিদা হেন্না পুক্লিং চংবা উখি। মন্নৌশ পাঙথোকচবা থৌবম গুরু কীর্ত্তন নুমিৎ নিনি খক্তা পাঙ্‌থোকপা অদু ওক্তোববগী তাং ৫/১০, ২০০৩ ইংদগী হৌবগা তাং ১০/১০/২০০৩ পুর্ণীমা নুমিৎ ফাওবা নুমিৎ ৬কর্কনি পাঙথোকখি। নোংমদা ওথাই-তোথাইবা লমদগী মশক লাইববা ঈশৈ শকপা, দোহাব, খোন-পাংবা, পুঙ-যৈবা কযাগী সংকীর্ত্তন অনি অনি পাঙথোকখি। থোইদোকপা থৌবাংনি মৈগী ফেটোগী লৈতেংগী, মাইক্রোফোনগী থৌবাং সেবা থৌবম কযা অঙম্বা থৌবাং মপুংফানা পাঙথোকখি হায়না খনজৈ। অসিগুম্ব, চাওববা থৌবাং কযা অসি একাদেমী অসিগী শিযাশিংনা কাংলুপ কাংলুপ নাইনা অঙম্বা মতেং কযাসু পাঙলকখি।

থৌবমশিং অসি পাঙথোকপদা চিফ গেষ্ট, প্রসিদেন্ট, গেষ্ট ওফ ওনব শাওবা থেংগাং অহুমগী পান্দমদা পাঙথোকখি। পুন্নমক অসি অচৌবা শেনফম অমগী থৌদাং লেখি অদুবু পুকচেল চাওববা ওনবেবী ডাইবেক্তবনা মনা মনিন নাইদনা শেলফম কযা পুন্সেক্পবকপদগী থৌবমশিং অদু পাঙথোকপা ঙমখি। অসিগুম্বা থৌয়াম কযা অসিগী মবক্তো একাদেমী অসিনা চহিগী ওইনা নট সংকীর্ত্তনগী মবী লৈনবা লাইবিক অমমম ফোংগনি হায়না লৌখিবা বাবেপর্কা

মতুং ইন্না অরোইবা নুমিৎতা নট সংকীর্ত্তন নৈনবগী মপুং ফাববা পান্দমগী শরুক অমা ওইনা ডাইবেক্তর ইনাও ইবুংঙোনা সম্পাদক অমা ওইনা লাইরিক অসি পুথোকপদা তাঙনা ফংজববা ঐথোয়গী ডাইবেক্তর শ্রীলৈমপোকপম লাকপতি সিংহবু একাদেমী অসিগী মাইকৈদগী থাগৎতবা ঙমদে।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা ঙসি ফাওবদা মতাং নাইনা মফম মতম চানা থৌরম কযা পাঙথোকতুনা লাকলি। পাঙথোকচখ্রিবা থৌরম অযাম্বা তুংগী ফোঙবা নৈনবোলগী শকতমদা মযেক শেংনা উৎথোক্নবগী থৌবাং লৈজে।

থোইদোকপা পান্দমদা চিল্লবা থৌবমগী পবম কযাগী মনক্তা ডাইবেক্তবগী শিনফম পুবিবিবা ইনাওনা মহাক্কী লুনা ইবাৎপুজা তৌজদুনা থমজবিবা অনিশুবা গুরু শ্রী শগোলশেম কালিদমন সিংহগী ফংজবা পাওমেন পাওতাক্কী মতুংইন্না ইজবা খুদোন অসি হন্দক্কী অনিশুবা লাইবিক অসিদা লমাইগী শরুক কয়া লোইনা ইবকপা অসি থোইদোক্লা নুংঙাইবা পোকই।

অমুকস্ু শিংথানিংই মহাক্কী মতমবু কুপনা শিঙ্ক্রিন্নদুনা লাইবিক্কী পান্দমদা যাওবা যানবা ইবকপা খুদোন অসি মমল যাম্নই হায়নিংই।

লাইবিক অসিদা নত্তনা যাওবিবা খুদোন ওন্সিবক্রবা চেবোলশিং অসি থোইদোক্লা মমল যাম্বা রাখল কযাগী মচি ওইনা শরুক কযা যাওবি।

অদুবু থোইদোকপা পনজনিংবা তম্মদি হৌক্তিক্কী মতমে অসিদা যাম্না লুবিবদি দর্শগী চৎনবোলশিং অসি মীওইবনা থবক্ক পান্দমদা ওম্থোকপা হায়বা অসিনা মক ওইবি। থবক্তো ওম্থোকপা যাদনা পাওতাক পাওমেন মমল যাম্বা রাহৈ রাতা থোইনা কান্নদ্রে। থৌদোক খুদিংগী কীর্ত্তন, রাবী লাইবিক তাবা, ফজবা পাওমেন পাওতাক বেদ শাস্ত্রগী রাফম যাওদুনা লৈববসু শাস্ত্রগী তাকলিবা থৌবমশিং অসি অমতা ইন্নদবগুম তৌবিবা অসি খুম্নাইগী ওইনা লাইবক থিবনি।

গুরুশিংনা হায়র্নবি তৎতনা লাওনবি 'পাওতাক কোকথোং অমদগীদি থবক ওম্থোকপা শন্না মফে অমনা হেন্না কান্নে।

ঐখোয মীওইবনা "যৎ ভগবানবিধায়ত্তি তৎ মঙ্গলম" হায়বগী অর্থদি ঈশ্বরনা তন্নকপা খুদিংমক যাইফবগী মশক্কী হাযবিবা অসি নুত্তিগী পন্সিদা খঙ্‌দুনা পাওদমসি লৌশিনবা ঙমলবদি পুক্কীংগী চবাংনবা হাযবদুদি খবতা ওইববসু কোকচবা ঙমগনি।

পেস্থোকপা হাযবসিমক মীওইবগী থম্মোইগী যান্না ফববা পোৎচং অমনি। অদুবু পেস্থোকপগী মিংদা তনবা, শুনিংদবা হাযবসিদি অচুম্বা নত্তে। ধর্ম্ম হায়বসিদা সনাতন ধর্ম্মনা পাক-চাওবা মওংদা লম কোললি। মীপুম তিংনা নিংতন্না ঈশাগী রাখল থন্নবগী খুদোংচাবসু পি। মী অমনা পুথোকলিবা রাখললোন অদুনা মীওইবা অমদি জীবগী কান্নবা অফবা অমসুং তমজনিংঙাই ওইববদি মদু ধর্ম্মগী শরুক অমা ওইনা লৌশিনবদা অথিংবা লৈতে। তৌবদদি মদু বেদ অমসুং ঈশ্বরদা সুমথম ওইগদবনি। যুমফম অসিদগী নাম্পোকখ্রবদি ফিদমনিংঙাই ওইববী পুকচেল ফজনবী সনাতন ধর্ম্ম অসিনা লৌশিনদে। মত্তৌ অসুম্না লমদম অসিগী ফুকপর্কী ওইনা লৈজবা ধর্ম্মগী পান্দম কযা অসি মতম অদুগী ঈপা ইপুনা লৌশিনলম্বসু যাই। লাইদি অমতনি হাযবা রাখললোন অসিদা পান্দমশিং অসি লৌশিনলুবদা মতৈ ফুকপর্কী ধর্ম্ম পান্দমদা থোইনা লৈতেং হাপ্পুনা ফজহল্লকপদা অচৌবা মতেং অমা ওইদুনা লাকলি।

লৈজবিবা ঈশাগী ধর্ম্মদা রাখললোন কযাগী পান্দম লৌশিনবা অমদি লৌথোকপা হাযবসি লমদম অদুগী অয়াম্বা মীওইগী রাখললোন অমদি অপাম্বা পান্দমগী মখা পোনবনি।

হিন্দু ধর্ম্ম হৌনা লোনচৎকী ধর্ম্ম হায়না কৌবসু যাই।

**হিন্দু ধর্ম্মগী রাখললোন্দা লমচৎতগী ধর্ম্ম পোকই হায়বসি চেৎনা থাজে। লন, থুম, লৌশিং পাঙ্গল লৈনিংবা লৈজরসনু, মীদুদা লমচৎ শাজৎকী ফজবা লৈত্রবদি মঙোন্দা লৈবিবা পুন্নমক্তু মশাগী য়েকনবা ভাক্তনি হায়রি।**

বাফম অসি লৌশিনবদা ঐখোয মীওইবগী অকাইবা কবি লৈবগে? অমবোমদা হিন্দু ধর্ম্ম হাযবসিবু মশক নাইবা লেংবা যাদ্রবা মঙোন্দগী হোংবা যাদ্রবা ধর্ম্ম অমবা? মতমগা চুনবা মওংদা হাপতোক হাপচিন তৌবা হাযবসি

ধর্ম্ম অদু মালেমদা লেংদনা মীয়াম্না য়ানবা পোৎশক অমা ওইনা লৈহননবগী অমতা ঙাইরবা লম্বী অমনি। অদুমক্তা ধর্ম্মগী পামদবা কয়া Exchage তৌনবগী ঙসিগী অনৌবা শতাব্দী অসিদা থৌরাং তৌনরকলিবা অসিনি।

পান্দম অসিগী থৌরাংদা ঙসি মৈতৈ নট সংকীর্ত্তননসু লেপ্তুনা খোঙথাং অসি লৌদুনা লাকলি। মতম অসিদি "নুংশিবদি খুদিংমকপু নুংশিবিয়ু, থাজবদি মশীং খরখক্তদা থম্মু" হায়নবা অসি কাওবা য়াদবা পুংফম অমা ওইশিল্লকলে। নট সংকীর্ত্তনগী পান্দমনা তাইবং অসি মুক্তি ফংনবা লমজিং অমদা পুরকপা ঙমনবা থৌরাং চৎথরি। অদুবু ঙসিগী বাখলগী পান্দমদা ঙহাক ঙহাক্কী ওইবা অপাম মিহৌগী লাংদা থুনদুনা মতম লেন্নবা পুংফমদা চংশিননরকলি। শেলতবু মরু ওইবা হিংনবগী পোৎচং অমনি খন্নদুনা অচুম অরানগী বাখলদি তুংইন্নবকলে। পাপ হায়বসি পৈশানা চামথোকপা য়াই হায়না খন্নবকলে। তৌবদি বাখল অসিমক্তনা অচুম্বনি খন্নদুনা লৈবদি খুন্নাই লিংবগী অর্থ লৈরকলরোই। শাগোম্নদুনা লৈরিবা দোষ গুণশিং কাওদনা লৈবগী পান্দমদি ইশাগী অশেংবা শকতম ঙাক্না খুন্নাইগী চাওখৎ থৌরাং তৌবিবা অসিগী য়াইফনবনি হায়বসি কাওনফমদি থোকতে।

থোইদোক্না মমল যান্নবা চামঙা চৎপী লিশিং চৎপী অসি ভাবতকী বাংমদা চেজম ওনলিবনি। চৎনশি হায়বগী অদুক চৎনবিবনি। শেন-থুম, য়ুম-কৈ সম্পত্তী পুন্নমক ঐগা পোকমিন্নরকপা নত্তে। লাকপদা লোয়নবকতে শিবদা লোয়নখিবসু যাবোই। ঐগী ওইবা কনা অমতদা পিবম্বদা লৌবিরোইদবদি 'ঐগী লমচৎ অসিখক্তনি' হায়বা অসি পুক্নীং অমদি থম্মোইদা লেংদনা থম্বা ঙম্নবদি পাপকী ওইবা লন তান্নবা লম্বী শোযদনা থাদোকনিংগনি। ধর্ম্মগী পান্দমদি মাই পাকম্না নিংতম্বা পুন্সি ওইবনি। কনাগুম্বগী মখা পোনবা পুন্সি অদু নত্তে। অসুম্না মশাগী পোৎনি হায়রগা অতোপ্পদসু কান্নবা পিবা ঙমদ্রবা মশাগীসু কান্নবা অশেংবা পান্দম অদু লৌবা ঙমদ্রবদি মী অদুগী মপোক অদু কান্নদ্রবা মপোক ওইফম থোকই হায়বসি অখণ্ড অহৈ বেদ শাস্ত্রগী লেংদনা চুমদুনা লৈবা বাফমনি।

বাফম কয়া অসিগী অরেপ্পা পান্দম ফংনবা গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন না অশেংবা থৌওংদা অচুম্বা পান্দমদা থৌরাং কয়া লৌখৎচরিবা অসি ধর্ম্মগী

পান্দমবু খুন্নাই অসিদা লেংদনা মমি তাহনবা ঙম্নবা থৌবাংনি হায়না ঐগী বাখলনা লৌজে।

বাফম খবা অসিগা লোয়ননা নট সংকীর্ত্তনগী মুর্ত্তি ওইনা চোংথোবক্রিবা বৈষ্ণবকী শকতম লৌবিবিবা খুদিংমকনা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী পাবী পুবীদগী লৈজবকলবা শকতম অসিবু মতমগা চুনবা পান্দমদা অশেংবা শকতম কায়হনদনা যন্ত্র শিজিন্নবগী নিয়ম নাইবা পাথাপ, বাগগী অশেংবা ভাবনা উৎননবগী ধ্যানগী পন্দম ওইবা ফিবেপ, পুঙ বৈবগী অর্থ লৈবা পান্দম থোইদোক্না পালা ওইবিবিবশিংগী মান্নবা শাবেপ খোঙথাং অভিনয়গী অশেংবা উৎফম থোকপা পান্দম অমদি লোয়শিনলকপগী ভৌফম থোকপা থৌবা, থৌদাং কয়া সংগীত শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা ভাবকর্শংদা উৎথেক্নবা থৌবাং মপুংফানা ভৌবগী মতম ওইবে হায়না খনজে। ঙসি কনাগুম্বনা হায়নবা তাভবা ফংই। ' মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনদি হৈতবনা পাঙথোকলগা খঙদকনা যেংনবা অমদি তানবনি" হায়নবা।

মসিমক্কী অচুম্বা খবসু অদুম উবা ফংই। মসিগী অশেংবা বাফমদি ওঝা গুরু ওইবিবশিংগী মান্নদবা বাখল লৈবদগী ওইগদ্রা খনজৈ।

খঙনবে, যানবে ইবমদমগী ওইবা নাংবর্' পান্দমদা পুথোকচবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনগী শক ঙমনি। বাগগী মিংদি হিন্দুস্তানী বাগশি' গা মান্নবা খবসু যাওই। অদুগা সৈশক্তা পান্দমদি থেম্নবি। মসিমক ঐথোংগী ম হৌশাগী ওইবা পান্দমদা পুথোক্তুনা উৎথোকচবা মথৌ ওইবি' থোইদোকনা অভিনয়গী পান্দমদা ঙংকদৌবা হবচাংগী ফিভম ফিদুপ, মাইথোংগী পান্দম মতমগা চুনবা বাৎলি। লোয়ননা শৈশক্কী মতম শিজিন্নবগী মওংদা কবম্বা বসকী বাখললোন ইন্দুনা শর্কলি শোনলিবগে হায়বগা অশেংবা পান্দম অদুসু উৎথোকপা তঙাইফদবা ভাকপগী ত্রাবনি।

ঙসিদি মৈতৈ নট সংকীত্তন নিয়ম কায়না পাঙথোকপদা অমদি মওং তাদনা উৎনবদা বায়েৎ লাক্কদবা মতম লাকলে।

অসুমন' মৈতৈ নট সংকীর্ত্তনবু লৈনবকপা মতং, অসিদা বাফম খবা থমজানংবা পুক্নাং ইশাদা ফাওজবকই।

অদুবু হিরম খরা অসি সংকীর্ত্তন, কীর্ত্তন অমদি সংগীতকী হিরমদা মমুৎ তানা খঙজদ্রিবা ঐহাক্কদি শেমদোক শেমজিল তৌবগী ইতিক লৈজদে।

বাখললোন অসি থমজবগী মরুওইবা পান্দমদি ইরমদমগী ওইবা ইজাৎতি অসিগী মশক তাকপদা মরু ওইরিবা লাইনিংগী শকতম উৎলিবা থৌরম অসি হেন্না মশক শেংনা থমজনিংবদগী হায়জবনি খন্দোকপিদুনা ঙাকপিগনি খনজে।

হরে কৃষ্ণ

পি. যুগেশ্বর সিংহ
ভাইস প্রসিদেন্ট
গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী,
ঙার্নাপিথোং, ইম্ফাল

# সম্পাদকশিংগী বাহৈ খরদং

নট সংকীর্ত্তনগী পুকৈদা চংগদৌবিবা মচাক ময়াম্ তোঙান তোঙানবা হিবম্ কয়া যাওববা ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা শাগোল্লবিবা লাইনিং লম্বেল ওইবি। বিজ্ঞ্যানগী মিংথয়েংদনা গ্রহ উপগ্রহগী খোংচৎনা নুমিৎ থা থবান্থিচাক্কচিংবা লেংঙি পাল্লিবা অচৎ চত্তা জিব খুদিংমক্কী হোংবা য়াদ্রবা খোংচৎ ওইনা চৎলি। লম্বেল অসিগা শাগোল্লবিবা সংসাব মায়াগী মশক ওইববা জিবগীদমক্তা অবাবা কয়াদগী লাম্থোকননবগী লম্বেললোমদা পুসিনবিবক্তুনা অহিং নুংথিল অমদি নুমিৎ থাগী খোংচৎপু বাধা কৃষ্ণগী লীলা মার্গদা কোম্ননা চৎমিন্নদুনা অফবা অচুম্বা মশক তাকপিবি। পান্দম অসি ফংনবগী মহা পুরুষ কয়া, সিদ্ধ পুরুষ কয়ানা শেম্বিবম্বা নট সংকীর্ত্তণবু সুব, শঞ্জ(শব্দ), বস, তাল, জগোই, চোলোম, ফীজেৎনচিংবা মথল কয়াগা লোইননবা বৈষ্ণবশিংগী সাধক সিদ্ধক্কী মশক ওইনা অমদি জিবাত্মা, পবাত্মা অনিনা লীলাগী শক্তম ওইবা নট সংকীর্ত্তণগী মার্গবু পামজবিবা ননাই ঐনা হৌবক্লিবা নহাবোল অমদি নট সংকীর্ত্তণগী মাযকৈ (মার্গ) দা চংশিনবিবক্লিবা/চংশিনবিবক্কদৌবিবা নহাবোল কয়াগী মতেং ওইগদ্রা খঞ্জদুনা খোমজিনজবিবা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা অনিশুবা শরুক্লি।

ভক্তবাজ গবির্নিবাজ মহাবাজ, বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজ অমদি পূর্ব্ব গুরুজন কয়ানা শেম্বিবম্বা নট সংকীর্ত্তনগী চাংজৌ নাইদ্রবা ঈপাক অসিগী তোর্বান অসিদা লেপচবগা পুক্লিং লুপ্পিবিবা ভক্ত বৈষ্ণব কয়াগী তুংইঞ্জদুনা হিবম অসিগী মতেং ওইনবনি খঞ্জদুনা বাবেংশিং অসি খোমজিঞ্জবনি। মসিমক্তা মুৎ শুববা লাইবিক অমা ওইবব্রা হায়বা তাবর্বাদি মদুদি ওইদ্রি।

ননাইনা খোমজিঞ্জবিবা রচনাশিং অসি তোঙান তোঙানব লেখকশিংদগীনি। অহানবদা মং ওইনা পঞ্জববদা (ফাঞ্জববদা) গুরু শ্রী শংগোলশেম কালিদমন সিংহনা ইবিবা সঙ্গীত কলাগী হৌরকফম অমদি ভক্তি তত্ত্বনি। লাইবিক অসি মপুং খবা ফাহঞ্জনিংদুনা গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তণ একাদেমীনা পাংথোকপা গুরু কির্ত্তণ ২০০৩ দা শ্রীনি থৌজম খোলো সিংহনা ইবা সখী মঞ্জরী নির্ণয় অমসুং অষ্টকাল লীলা পাংথোকখিবা বচনা অনি অসিনা

মপুং ওইরগা লেখক শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মানা ইবা **শ্রীশ্রীগুরু মহিমা**, শ্রীসিজগুরুময়ুম গৌরমণি শর্ম্মানা ইবা **গুরু তত্ত্ব** অমসুং **নাট্যবেদগী হৌরকফম**, শ্রী ফুরাইলাৎপম ব্রজবিহারি শর্ম্মানা ইবা **মণিপুরদা সংকীর্ত্তন**, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেমিনারদা গুরু শ্রীথাংজম চাওবা সিংহ অমসুং গুরু শ্রীমাইবম ইবোহল সিংহ অনিনা পুন্না ইবা **নট সংকীর্ত্তনগী চোলোম**, মণিপুর ইস্কোননা চহিগী ফোংবা মেগাজিনদা ফোংখ্রবা রচনা মঙাখক লৌখৎচরি। মথংশিংনা ওজা প্রোফেসার নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহনা ইবা **কলিযুগ্তা শ্রীকৃষ্ণ**, ওজা শ্রীপুখ্রম্বম শ্যামকিশ্বর সিংহনা ইবা **শ্রীকৃষ্ণগী মধুর্য্য**, অমসুং ওজা শ্রীনিংথৌজম খোলো সিংহনা ইবা **ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা**, **শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব** অমসুং **শ্রীরাধা** অসিনচিংবা রচনা অহুমসি থারগা পুন্না রচনা তরাহুমদোই অসিনি।

অহানবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা রচনাশিংগী লেখকশিং, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং ইস্কোন মণিপুরনা রচনাশিং অসিবু লাইরিক ওইনা ফোংদোকপা য়াহনবিরকপগীদমক সম্পাদকী মায়কৈদগী তৌবিমন খংবা উৎচরি।

অনিশুবদা লাইরিক অসিবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা হঞ্জিন হঞ্জিন পাবিদুনা বনানগী অরান অহুই য়েংবিখিবা ওজাশিং মিং ওইনা পঞ্জরবদা অজ্ঞা শ্রী সিজগুরুময়ুম নিলবির শাস্ত্রি শর্ম্মা, রাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ অমসুং পোৎশংবম যুগেশ্বর সিংহ ওজা অহুমগী তৌবিমন কাওজরোই।

অহুমশুবদা গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমি, ক্বাকৈথেল, ঙানপীথোং, ইম্ফালগী থৌপুরিবা মরু ওইনা শ্রী খুমুকচম যদুমনি সিংহ, শ্রী লৈস্রাম মোহেন সিংহ অমসুং ইচা-ইনাওশিং (সেবক-সাখা) পুন্নমকপুসু ঈশ্বরনা থৌজানবিবা ওইরসনু।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু মশক থোক্না নমথোক্নবা হোৎনবদা থবাই হকচাং য়াওনা অবাবা কয়া মায়োক্নবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগী ইচিল ইনাও পুন্নমকপু পুন্সিগী ওইনা কাওবা ঙম্লরোইদবা লমন কয়া তোনসিঞ্জরে।

**শ্রী লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ**

# য়াওফম তাকপা

# সঙ্গীত কলাগী হৌরকফম অমদি ভক্তি তত্ব

**গুরু শ্রী শগোলশেম কালিদমন সিংহ**

*থাংমৈবন্দ লৌকংপুরেল লৈকাই*

**সঙ্গীত বেদ হায়বসে জগত্তা কনানা করম্না পুখোকখি হায়বগী মরমদা-**

১ অহানবদা পরমেশ্বর ভগবানগা ওঁকার প্রণব পুথোকই। ওঁকারদগী বেদ মনি পুথোকই। ব্রহ্মানা বেদ মনিগী মচি সারাংশ। লৌথোক্লুনা সঙ্গীত কৌবা মতাংগুবা বেদ অমা শেমদোকখি।

১। ঋগ বেদনগী পাঠা আবৃত্তি পাগ পুখোকই।

২ সাম বেদনগী গীত ঈশৈ পুথোকই

৩। যজুর বেদনগী অভিনয় চৈ লাম জগোই পুথোকই।

৪। অথর্ব বেদনগী রস নুংঙাইবা অমসু পুথোকই।

অসিগুম্না শব্দ পাম্নজাত্রা ঈশৈ, পুঙ, জগোইসে অতম্না পূর্ণবু সঙ্গীত হংখনা কৌই

সঙ্গীত শিরোমণিনা পুঙগা ঈশৈগাদবু সঙ্গীত কৌই হায়খি, অসুক্কী মতিক পাক চাওই।

**সঙ্গীত অসিগী মগুণদি –**

সঙ্গীত শিরোমণিদা হায়খি শা, উচেক, মী, লাই পুম্নমক্কী পুক্নিং হুঙই।

সঙ্গীত দামোদরগী মোওনা সঙ্গীত তারগ জীবগী অশাওবা নুংঙাইতবা পুম্নমক কোকই অমসুং লিনগী হু ফাওবা কাদে হায়রি।

অদুগা সঙ্গীত মুক্তাবলীগী মোৎনা শ্রুতি স্মৃতি সাহিত্যানচিংবা অযাম্বা লাইবিক হৈদনসু সঙ্গীত বিদাবু হ ওদ্রবাদ পণ্ডিতশিংনা মাবু সম্মান তৌনদে।

অদুগা সঙ্গীতকী জ্ঞান অসিবু খণ্ডলবদি জ্ঞান, যজ্ঞ, তোপ অসিনচিংবা সাধন পুন্নমক ধর্ম্ম অর্থ কামগী মশক ওইবা ত্রিবর্গগী ফল ফংই অমসুং ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মুখ্যগী মশক ওইবা চতুর্বগগী ফলসু ফংই।

সঙ্গীত দামোদরগী মোত্তা পীরিবদি সঙ্গীতকী মনুংদা তালগী মমিং –

**তাল তাল তাল**

চঞ্চৎ - পুট - চাচ পুট - আদি-তাল

**তাল তাল**

দর্পন - শ্রীরঙ্গ - রাজ তাল - ব্রহ্ম তালনচিংবা

তাল ৫০৩৩। সা রে গ ম নচিংবা সপ্তস্বব অসিদগী পোকপা বাগ বাগিনী ১৬১০৮ অসিনে।

সপ্ত স্বরগী হৌরকফমদি -- ষাডজ – আর্ষভী – গান্ধবী – মাধ্যমী -- পঞ্চমী – ধৈবতী -- নৈষাদী অসিনে।

(ব্রহ্মাগী মোত্তা)

১। ষাড়জনা বাহোংনা খোংই।

২। ঋষভীনা নোংগৌবীনা খোংই।

৩। গান্ধরীনা হামেংনা খোংই।

৪। মাধামীনা উশাইনা খোংই।

৫। পঞ্চমীনা কোকিলনা খোংই।

৬। ধৈবতীনা হংঙোইনা খোংই।

৭। নৈষাদীনা শামুনা খোংই।

ষাডজদগী (সা) আর্ষভীদগী (রে) গান্ধবীদগী (গ)

মাধামীদগী (ম) পঞ্চমীদগী (প) ধৈবতীদগী (ধ) নৈষাদীদগী (নি) শেমখি।

সঙ্গীত দামোদরগী মোৎনা

১। স, না বাহোংনা খোংই।

২। রে, না ষম্না খোংই।

৩। গ, না হামেংনা খোংই।

৪। ম, না উশাইনা খোংই।

৫। প, না কোকিলনা খোংই।

৬। ধ, না শগোলনা খোংই।

৭। নি, না শামুনা খোংই।

অসিগুম্নবা গীত অসি ব্রহ্মানা কনা কনাদা তম্বিদুনা করম্না শন্দোকখি! ব্রহ্মানা

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯

শিব, কোহল, রাবন, বায়ু, রম্ভা, নন্দি, ভরত, দুর্গা, নারদ,

মখোয়শিং অসিদা তম্বিখি।

রম্ভানা ওঝা ওইদুনা শোরারেন্দা তম্বিখি। শোরারেন্না স্বর্গদা জগোয় ঈশৈ শন্দোকখি।

-- হুঁ হুঁ গন্ধর্বনা পতালদা শন্দোকখি।

নাবদ অমসুং ভরত মুনি অনীনা পৃথিবীদা শন্দোকখি।

শন্দোকখিবা ঈশৈ অসে মখল অহুম শুই। মদুদি দিব্য, মানুষ, দিব্যমানুষ অসিনি।

সংস্কৃত ভাষানা শেম্বা ঈশৈদি দিব্য কৌই।

পাযার ভাষানা শেম্বা ঈশৈনা মানুষ কৌই।

সংস্কৃত অমসুং পায়ার অনীনা পুন্না শেম্বা ঈশৈদি দিব্য মানুষ কৌই।

কনা কনা গুম্বা পাঁণ্ডতশিংনা মাগী মাগী দেশগী ভাষানা শেম্বা ঈশৈবু মানুষ কৌই হায়।

দেশশিংগী মমিংদি – অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গনচিংবা দেশ অসিনি।

মরম অসিনা বঙ্গ দেশনা শকপা ঈশৈবু বংদেশ হায়না কৌই।

নুপানা শাবা জগোঈবুনা তাণ্ডব কৌই।

নুপীনা শাবা জগোঈনা লাস্য অমসুং হলি শক কৌই। জগোঈ অসিগী মওংদি মখল য়ামখ্রে।

সত্য যুগতা কয়া কয়া শকখ্রে।

ত্রেতা যুগতা কয়া কয়া শকখ্রে।

দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণগী বাসদা ইবেম্মা সখীশিংনা কয়া কয়া শকখি।

কলিযুগতা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা স্বরূপ রামানন্দনচিংবা ভক্ত ময়ামগা লোইননা মথক্কী জগৎ জীব লান্নবা সঙ্কীর্ত্তন ওইনা প্রচাব তৌখি।

**অনৌবা পালা**

অনৌবা পালা অসিদি শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র স্না হাক্তক্তা হৌদোকপনি। মসি হৌদোকলম্বা ওঝাগী মমিংদি চৈতন্য, বসিক, বসানন্দ কৌই। ওঝা পুবেন অহুমসিনা ঈশৈসু চোলোমসু পুংলোনসু হৌদোকপিবম্মী।

ঈশৈ অসি শকখিবা য়েখিবা মী শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা পুডৈবে। মতোন ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ শকখি। শ্রীধব শাইনা দুহাব চৎলি। ওঝা প্রেমানন্দনা শ্রীযুৎকী পুঙ থৌগল তৌই।

**বাস হৌদোকপা তম্বিবা ওঝা।**

শ্রীযুৎকী গুরু রূপা বামানন্দ ঠাকুর, বাম বৈবাগ ঠাকুরনা ভাব ভজন পুন্নমক ওঝা স্বরূপানন্দদা তাকপি তম্বিবগা ঙ্গোক্তগী ওঝা ওইরক্লা অদুনা জগোই শসবা ওঝাদি ঙাংবম ওঝা স্বরূপানন্দনি।

**মৈতৈ কীর্ত্তন অহানবা**

শ্রীশ্রী বাস লীলা মৈতৈনা লাই হৰাউবা
মসি কুপ্না যেংশিল্লবদি অমত্তনি।
মৈতৈদি হৌবকঙৈদগী শিব পার্বতী নিংঙকই।
শ্রীবাধা কৃষ্ণগা শিব পার্বতীগা মশা অমত্তনি।

হৌজিক্তগী চহি লিশিং কযাগী মমাংদগী ঈশ্বরবু থাজনকপা অমসুং ভক্তি লৈবকপা মৈতৈ লৈবাকনি, পুবাণ কয়া শাস্ত্র কয়া পাবদা মৈতৈনা চৎলকপা নাৎকী থৌবাং ধর্ম্ম শাস্ত্রদা হাযবা পুন্নমক বাস্তনা চৎলমই। মৈতৈনা কনাদগীসু তাংজবা যাওদবা তৌবকপা থবক পুন্নমক ঙসি ফাওবা কাযদনা সমাজদা অমসুং যুম যুম খুদিংদা উবা ফংলি। মসিমকসু চাওথোকচনিংঙাইনি মৈতৈ মচা মশু ঐখোযনা।

মৈতৈ হাযবা জাতি অসি যেলহৌঙৈদগী ঈশ্বরবু থাজবকপা মীশকনি। অধিবা পুবাণ কযাদা বেদগী বাগা মান্নবা কযাসু উবা ফংই অমসুং গুরুসু খুরুমজবা বাহৈ খুদিংদা গুরুগী য়াথংনি হাযবনচিংবা কযাসু তাবা ফংই। হৌজিক ফাওবদা মতুংদা

থোক্কদবা থৌদোক কয়াসু মাংজৌননা লেংথোক্লুনা থনম্মী। জাতি অমগী তৌফম থোকপা মবম পুম্নমক মৈতে জাতিগী অৱাংপা লৈরক্তে। কলা বিদ্যাগী মরমদসু অস্ত্র বিদ্যাগী মবমদসু, থাং-তাগী, লিরুং-তেনগী, আরাম্বাইনচিংবা হৃকথেংননা লাক্লবা, ফানবা, নম্নবা পুম্নমক্তা অমসুং চিত্র কলানচিংবা পুম্নমক অসি কনাদগী তমলুদনা মৈতৈগী তোপ তোপ্পা লৈবককই। লাইরিক কয়া পারগা মৈতৈগী মগুণ খঙবা ঙম্মী।

মহাভাবতকী মতমদসু ব্রাহ্মণ লৈবগী বারী থেংনজে। মতুংদসু অতৈ-অতৈ ব্রাহ্মণ চংলকখি। জগোঈগী মবমদসু লাইগা মীগা তিনরিঙৈগী জগোঈ ঙসি ফাওবসু উবা ফংলি। মন্ত্রগী জাংতসু শাস্ত্রদা যাওবা মমিং ময়াম অদু খব মখৈদি ঙসি ফাওবা লৈবি। পুঙগী জাংতসু **হরাওপুঙ, লানপুঙ, তানয়েপুঙ** মতম মতমগী কুম্মৈ মতুং ইন্না পুঙ কযা লৈবমই।

ঈশৈগী শৈশক কযা বাগ, বাগিনী আলাপ কযা কযা ছন্দ সুব ঙসি ফাওবা হোংদনা তক তকন্না মৈতৈগী তোপ-তোপ্পা লৈবি। **শকাব্দ হৌরকলবদা খুয়োই তোমপোক হাযবা নিংথৌ অমা পাল্লমই।** মহাক পাখংবগী ধাবানি। শকাব্দ ৭৬ দগী চহি ১১০ পুন্সিখি। মাগী হাকতক্তা পুঙ অমা তিংই। খুদুপ **১২ শাংই পুঙ অদু শাদিন লানদিন্দা শিজিন্নৈ।** হরাও কুম্মৈদা থবাই যাওবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা জগোঈ শাবা নিপা জগোঈ, নুপী জগোঈ হাযনা ঙসি ফাওবদা উবা ফংলি।

মতমগী মতুংইন্না অঙনবা কযানা হোংদোক্লুনা লাকলবসু **লাই হাকতক্কগী চৎলকপা ধর্ম্ম থাদোক্তে।** পুঙ ঈশৈগী থবক্তা যাম্না চাওখৎলমই। মৈতৈদি কীর্ত্তন থাদোক্লুনা চথনকই। মতম অমদা মমিং মখল মখল হোংদুনা **উক্রোং হোংবা, হোংনেম্বা** হাযনবা হৌজিক্তা **সাম্বৎসব** নুমিৎতা ছত্র যুংলিবা, ঙমদবনা ছত্র যাওদ্রবসু **সাম্বৎসর শোল্লি**। মসি লাই হাক্তক্তগী চৎলক্লবনি।

অসুম তৌদুনা চথবকপনা শকাব্দ **১৩৭৬ শুবদা অমুক হেন্না পুঙ ঈশৈগী মপান নাইদনা চাওখৎখি। মোইবুং খোংবা, বাঁশী খোংবা, পেরে খোংবা যন্ত্র কয়া কয়ানা মপুং ফাখি।** মতম অসিদা ক্যাম্বা (থাংবাই নিংথৌ) মহাবাজনা পাল্লি। বিষ্ণু লাংপসু হৌদোকখি। মদু হৌদোকলবসু মৈতৈগী হান্না চৎলকপা ধর্ম্মদি মাঙখিদে। মৈতৈ **ধর্ম্মগী মনুংদা অদুম তিনশিল্লি।** বিষ্ণু আবাতি তৌই, মৈতৈগী

ছন্দ মৈতৈগী কীর্ত্তন্নি, যন্ত্রসু মতম মতমগী ছন্দগী সুবগী মতুংইন্না যন্ত্র মওং মওং হোংলকই, মখোলসু হোংলকই, রাগ রাগিনীগী সুবদি হোংদে।

পুঙ হায়বসিসু হান্নন্না লৈবরনি, চাওবা পিকপা খেন্নবতনি লাকইবা। হৌজিকসু অরিবা পুঙ-পুঙজাও মওং অদুম উবা ফংই। মতমগী চাওখৎলকপদগী মতুং ইন্দুনা হৌগত্তুনা চোংদুনা হৰাওনা অপেনবা পোক্নবা তাল শিজিন্নদুনা য়েনবকপনা হৌজিক ফাওবদা মীঙোন্দগী তাংলুদনা মৈতৈগী অশেংবা সংকীর্ত্তন উবা ফংলি। অসুম তৌদুনা চথবকপনা ঙসি ফাওবদা উবা ফংলি। ব্রাহ্মণ কয়া কয়া চংলকই। অবাকপা মীশিংগী লমচৎ ব্যবহার কয়াসু মৈতৈদা তিনখি। বাঙাং লাইশোন খব খব হোংলবসু মৈতৈগী লমচৎতি হান্নগী মাঙদে।

ক্যাম্ব মহারাজগী হাক্তক্তা চহিগী অনৌবা অহানবা ওইনা "চৈথারা" হায়না অমসু হৌদোকই। হিয়াং লোইনা শকাব্দ ১৪০৬ তা মথং নামোই খুবাই ওনবনা চৈথারা, ফালগুনগী পূর্ণিমাদা মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্য অবতার তৌই। নবদ্বীপ অমসুং মণিপুরদনা শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌবা হৌই। মৈতৈগী সংকীর্ত্তন রাহে খব ওয়োক্তুনা রাম কৃষ্ণ গোবিন্দ হায়না শৈশক হৌই। মসিসু মৈতৈ কীর্ত্তন্দা অদুম তিন্নি। মথং মথং চরাইরোংবা নিংথৌগী হাক্তক্তা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অরিবদগী দীক্ষা হরিনাম মহা মন্ত্রসি ফংই। লৈপাক মীয়ামসু। লোইননা মথং নিংথৌ গরীবনিবাজ হাক্তক্তা মৈতৈ সংকীর্ত্তনগী মনুংদা রাহে খবা ওয়োক্তুনা বঙ্গদেশ পালা হায়না মিংথোন্দুনা শৈশক অমা মৈতৈদা তিনশিল্লকই। মদুসু হৌজিক বংদেশ পালা হায়না খঙনরি। রাহে খবদং ওয়োকপনি মৈতৈগী পোংশক ঙাক্তনি।

পুঙসু মৈতৈগীনি করতাল হায়বা মমিং অসিদি হৌজিক ফাওবা শিজিন্নরি। মমিং অসিদি মৈতৈগী লোন নত্তে। অসুম তৌদুনা পোংশক কয়াসু বিদেশী লোন্দা চংনবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। ধর্ম্মসু রামান্দী ধর্ম্ম হায়দুনা রামজী প্রভুবুসু সংকীর্ত্তন পূজা তৌই। ধর্ম্ম অসি মতম কুইনা চংখিদে। মতুংদা শ্রীযুক্ত গরীবনিবাজ সনা হাক্তক্তা সংকীর্ত্তন শকাব্দ ১৬৫১ দা কোয়েৎ য়েংপা তৌদোকই। মহার থক্তা মৈতৈগী পূয়া ২২২ রু মৈ থাখি, মসিদা মৈতৈগী লৈখা তাবা হৌখি। হায়রিবা পূয়া ২২২ দা নত্তুনা অফং অফংবা লাইরিকশিং অসি থীদুনা মৈদা থাদোকখি। লাইরিক অমা ফংবদা মৈতৈগী কান্নববা লাইরিক ঙাক্তনি। মদুদগী মৈতৈগী মক ফংনা লৈখা তাখি।

মথংদা ভরত শাইনা নিংথৌ ওই। মথক্কী বারী অসি চাওনা লৈখ্রে। মথংদা নাম সংকীর্ত্তন্না শ্রাদ্ধ তৌখি। শকাব্দ ১৬৮১ দা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওই। ঈশ্বর শ্রীশ্রীগোবিন্দবু উপাসক ওইখি। শকাব্দ ১৬৯৮ খৃঃ ১৭৭৬ কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশীদা ইরাই রেবতী নক্ষত্রদা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি আবির্ভাবনি। গরীবনিরাজ মহারাজ হাক্তক্তা লাইরিক কয়া পুরাণ পুযা কয়া মৈ, থাগ্রবসু মৈতৈগী কলাবিদ্যা, শিল্পবিদ্যা, চিত্রবিদ্যা, যেকপা শাবা নিংথিজবা থাংতা, জগোঈ কীর্ত্তন মৈতৈগী ঈ ভোংদা নপুনা লৈরিবা কযাবু মুথৎপা ঙমখিদে। মৈতৈগী সংস্কৃতিদা লোইনা তিনশিনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হরি ভক্তিগী নিংথৌনি। নিংথৌ অসি মমাংঙৈদা প্রলহাদ, ধ্রুবনা তৌখিবগুমনা মহাকথক্তা শ্রীশ্রী হরি সংকীর্ত্তন হায়বা মহাযজ্ঞসি মহাকথক্তা থোকহনখি।

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীশ্রী মহাপ্রভুনা ইং ১৪৮৫ দা অবতার ওই। চহি ১৭ তা গয়াদা তীর্থ যাত্রা তৌই। মতুংদা হরি কৃষ্ণনাম কীর্ত্তন্দা ভাব সমাধি ওইখি। শ্রীবাস গৃহদা অদ্বৈতাচিংগা ভক্তশিংগা লোইনদুনা হরি সংকীর্ত্তন ইং ১৫০২ দা হৌদোকই। মথংদা ঠাকুর মহাশযনা খৃঃ ইং ১৫৮৩ দা অহরাত্রি সংকীর্ত্তন ঈশ্বরগী পেন্নবা নাম গুণ লীলা কযানা সাধনাগা লোইননা সংকীর্ত্তন মণ্ডপ অমদা তৌখি।

মথং মণিপুরদা খৃঃ ইং ১৭০৫ দা মণিপুরগী সংকীর্ত্তন অসিদগী হরি সংকীর্ত্তন হাযবা মীং অসি থোনবদগী হৌনবী চৎনবী মওং অমদা লৈরে। মথং ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম দীক্ষা ওইববদা খৃঃ ইং ১৭৭৬ তা শ্রীশ্রী গোবিন্দ লেঙথোক্তুনা নাচ মন্দিরদা শ্রীশ্রী হরি সংকীর্ত্তন্না মাঙওইননা সাধক ওইদুনা সিদ্ধক্তা শ্রীশ্রী মহারাসবু সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি ওইনা ইবুংঙোগী চরন্দা কচ্চখি। মসিগী নুমিত্তগী সংকীর্ত্তনবু নট পালা হাযনা মিংথোনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুঙ থোল্লি, মতোন ইবুংঙো ভৌরামশাইনা ঈশৈ হল্লি, শ্রীধরশাইনা দুহার চৎলি। ওঝা প্রেমানন্দনা মহারাজগী পুঙ থৌগল তৌই, মতুংদা ওঝা প্রেমানন্দবু হঞ্জবা হাপ্তুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল পুহনখি। মমাংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী যাথংদগী তেখাওদগী শ্রীশ্রী ভাগবত লেঙথোকউই। মণিপুরদা ভাগবত ধর্ম্ম হৌদোকই। বিদেশীগী শাস্ত্র কযা বেদ কযা শ্রুতি স্মৃতি কযা চংলকলবসু মৈতৈগী ধর্ম্মদি মুৎথৎতনা ঙসি ফাওবা চৎলকলি। মসিগী মমাংদগী ব্রাহ্মণ কযা কযানা চংলক্তুনা শাস্ত্র কযা কযা পুথোরকই। অদুম ওইনমক মৈতৈগী ধর্ম্ম মযেং তাদে।

ধৰ্ম্ম হায়বসি জীবাত্মানা পরাত্মাদা চংজবগী লম্বৈলবু অথোয়বা থিনবতনি। কদায়না অশম্বা পাম্বে ওইবগে হায়বা সংসার চাওখৎনবা লম্বেল য়েংবো ঈশ্বরবু ভগবানবু পূজা তৌজবা, জীবনা ঈশ্বরগী পেন্নবা হোৎনবা পাম্বে কয়া কয়া থিদুনা য়েংলকপতনি। মৈতৈগী অহানবা চৎলকপা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগা অমতনি হায়না শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ধুমেন অমসুং মহা ধুমেন হায়না পাখংবগী সিদ্ধিদগী পুথোকপিরম্মী। সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞনা লান্নসি হায়দুনা হৌনবী পুন্নমক তাকপিরমদুনা মৈতৈগী তশেংলবা হরি সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ শুসি ফাওবা মুৎতনা লৈরকপনা পিকখ্রবা জাতি মশিং য়ামখিদ্রবসি পৃথিবীনা শক খঙবিববনি।

নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা লৈরমলবা যন্ত্রশিংগী মমিং পুঙ, মঞ্জিরা, করতাল, রাম কবতাল, ঢুলোক, বাঁশী, শেনবুং, মোইবুং, তারকং, থাংসি, শবিক, ঝাল, মানগং, অরিবগী কবতালদগী অনৌবা নট পালাগী করতাল মওং অমা হোংলকলে। হান্নদগী রাম কবতালগী মওংদগী খর পোংথোকপা মবীদি কাপ অমুক শাংবনা চৎনরমই। নট পালা থোকলকপদগী কবতাল মরি খুদুপ অমুক শাংলক্লে। বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী মনুং চনবা শাস্ত্র কয়া যেংলদুনা ধৰ্ম্মগা মবি লৈনবা সংকীর্ত্তন শেমদোকলকলে। হৌনবী কয়া পুথোকলক্লে। বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী অথেঙবা রাসলীলা **কুঞ্জরাস, মহারাস, বসন্তরাস** হায়না চহি খুদিংগী সেবা চৎলকলে।

শ্রীগোবিন্দগী অসিদসু নত্তনা অষ্টকাল সেবা, নিত্য লীলা, ভজন গোস্বামী কয়া কয়াগী পদ কর্ত্তা লৌখৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌবকলে। মমিং তরুকনা হরি সংকীর্ত্তন লেংথোকলকলে। **রাগ অচৌবা, শঙ্খাব, তিনতাল, মেল, তানচপ, মেনকুপ** হায়না রসগা লোইননা লেংথোরকলে। রাসগী দমকসু **মেল, তাঞ্চপ, চালি, মেনকুপ, ভঙ্গীপরেং** হায়না কয়া কয়া শেমদোকপিরে। শ্রীগোবিন্দনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী অমসুং ঋষিগী মশক ওইরবা ওঝাশিং কযাগী পুকনিংদা লেঙশিনবিদুনা পোৎশক পুন্নমক সিদ্ধি ওইহল্লে। অমাঙবা খনদোকনিংঙাই লৈতনা, হৌনবী চৎনবী কয়া কয়াগা লোইননা অনৌবা যুগ অমা ওইররে।

মসি ফাওবদা মৈতৈনা মমাংগী চৎলকপা ধৰ্ম্মবু থাদোক্তে। অমতা ওইনা তিনদুনা চৎথরকই, মতম অসিদা ওঝাদি **প্রেমানন্দ, রসিকানন্দ, রসানন্দ** ওঝা অহুম অসিনা পুঙ ঈশৈগী রাগ রাগিনী কয়া কযা পুথোকপিদুনা ওঝাশিংগী

কৃপাদগী হরি সংকীর্ত্তন মপুং ফাবকই। মথংদা মযামনা খণ্ডনবা গুরুভক্তি তমবিবনচিংবা নিত্যসেবাগী নিত্যাচার অষ্টকাল সেবা, কৃষ্ণ ভক্তি, যুগল উপাসনা, শ্রী ধাম নবদ্বীপ, শ্রীবৃন্দাবন, জগন্নাথ ক্ষেত্রনচিংবা হরি ভক্তিগী মবম থিদুনা তীর্থ গঙ্গা, যমুনা, কাবেরী, কাশী, গয়া গদাবরী, দ্বারিকা, হরিদ্বার, সেতুবন্ধনচিংবা বদরীনাবায়ন, কুরুক্ষেত্র ভারত ভূমিগী তীর্থস্থান পুন্নমক শরু খণ্ডলক্লে। দেশ বিদেশ কযাদগী বেদ শাস্ত্র তন্ত্র মন্ত্র যন্ত্র অনৌবা মওং অমা ওইনা চৎনববলে।

অসুক যাম্না পুশিল্লকলবসু হান্নগী মণিপুর মৈতৈগীসু বাক্তনা সুবিকা জ্যোতিষ গুন্নবা পণ্ডিতশিংনা ইদুনা মৈতৈনো শিজিন্নবম্মী। অদুসু হৌজিক মাওখিদ্রি। পুন্নমক অসি মৈতৈদা লোইনা তিনশিনখি। মসি যৌববা ফাওবদা মৈতৈগী ধর্ম্ম মাওখিদে। মবম অসিনা মৈতৈ ধর্ম্মসু অচুম্বা ওইবা তাই। অচুম্বদা মতম মতমগী ফজবা লৌখৎতুনা লৈ নাচোম শেম্বগুয় মাইকৈ তবাগী ফজবা পুশিল্লক্কুনা মৈতৈগী শেংলবা ধর্ম্মদা তিনবনি। হান্নগী শিব পার্বতী শ্রীরাধা গোবিন্দ রাসেশ্বরী লক্ষ্মীনারায়ন হায়রিবা অসি অমত্তনি অনী শুদে। হায়বিবা পুন্নমক অসি শ্রীগুরু গীরাঙ্গগী কৃপানা হংহনবিবনি। শ্রী গৌরাঙ্গবু আথোয়বা ঈশ্বরনি। কলিগী পাপী তাপী পুন্নমকপু লানবিনবা অবতার তৌবিবনি হায়না বৈষ্ণবশিংনা লৌই।

পরামাত্মাগী মশক ওইরবা জ্ঞান অদুপু জীবগী থম্মইদা তাকপিদুনা অমম্বা কোকহনবিবিবা শ্রীগুরুগী মশক ওইববা শ্রীগৌরাঙ্গবু মৈতৈগী সংকীর্ত্তন অহানবা সাধক্তা শ্রীগৌর চন্দ্রিকা শক্তুনা সংকীর্ত্তন মুর্ত্তি শাগৎতুনা আবাহন তৌনবি। মবমদি ভাগবত ভক্ত ওইবিবা বৈষ্ণবশিংনো কলিদা উপাসনা ওইগদবা ঈশ্বরগী মশকনি লৌনবি।

নানা তন্ত্র বিধানেন কলাবপি তথা শৃনু।
কৃষ্ণ বর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং, সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তন প্রায়ৈ যর্জন্তি হি সুমেধসঃ।
কলিগী (হরি সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ)

মতৌ অসুম তৌদুনা মহারাজ গুরুদেব ভাগ্যচন্দ্র বৈষ্ণব ধর্ম্মগী নৈনবরূপা শাস্ত্র কয়াগী মোত নৈনবা। ১। অখণ্ড তত্ত্ব২। অগ্নি তত্ত্ব

সৃষ্টিগী থবক তৌবা প্রজাপতিনা ১০ দা মিথুন শেমই। হায়রিবা মিথুনসিংগী অংশ শরুক অনী লৈ অদুদি – ১। (সাধারণ) প্রাণ রযি প্রাণ অন্ন, অগ্নি, সোম, প্রাণ, বাক, অন্নাদ, অনু (মনুংদা পোৎশক অমতনি) রা অমরোমদা শুক্ল পক্ষ কৃষ্ণ পক্ষ দিবা রাত্রি রবিচন্দ্র অসুম্না। ২। ভাগবত পুরাণ অগুন বিন্তু গুনময়ী সদ সদ্রুপ আত্মাময়ানা মরম ওইদুনা সৃষ্টি শেমই।

## শাস্ত্র পুন্নমক্কী মোত

রাধা তন্ত্র, লক্ষ্মী তন্ত্র, ললিত মাধব, লোচন রোচনী টিকা, ললিতা ত্রিশতী ভাষ্য, শক্তি সঙ্গম তন্ত্র, শব্দ কল্পদ্রুম, শিবদৃষ্টি, সোমনন্দ, শিব পুরান, শিব সুত্র কার্ত্তিক, শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন চণ্ডিদাস, শ্রীকালাচান্দ গীতা, শ্রীকৃষ্ণ ভাবনামৃত, শ্রী কৃষ্ণ ছন্দর্ভ, শ্রীকৃষ্ণাহ্নিক কৌমুদী, শ্রীবচন ভূষণ, শ্রীভাষ্যরামানুজ শ্রীগৌড়ীয বৈষ্ণব সঙ্গীত, ষটছন্দর্ভ, ভগবতামৃত সদুক্তি, কনামৃত, সম্মোহন তন্ত্র, সাহজ উপাসনা তন্ত্র, সহজিয়া সাহিত্য, সারঙ্গ রঙ্গদা সূক্তি মুক্তাবলী, মুক্তি রত্নহার, স্কন্ধ পুরাণ, স্তবমালা, স্তব চিন্তামণি, স্কন্ধ সংহিতা, স্তোত্র রত্ন ছন্দ তন্ত্র, স্বামিনী স্তোত্র, স্বামিনি ষ্টক ইদনা লোইবা লাইরিক নত্তে অতৈস্ মখাদা হায়রক্লাখগনি। পুন্নমক অসি নৈনবা মচি ওইবা খবদং লৌখৎতুনা মখাদা ইজরি। মতাং মতাং চাবদা লাইরিক কয়াসু মমিং থাজরকখিগনি সঙ্গীতকী মতাং যৌবকপা মতমদা।

## শব্দ সুচি অর্ধনারী স্বর তত্ত্ব

জীব পুন্নমক্কী ওইনা অর্ধনারী স্বর তত্ত্বদি বিরাজিত ওইদুনা লৈ। দেহগী যেৎথংবা শরুকনা শিব, হায়রদি ঈশ্বর, ওই থংবনা নারী শক্তি। বৈষ্ণবশিংনা লৌই, যেৎথংবা মীৎতা কৃষ্ণ, ওইদা রাধা। সাধকশিংগীনা যেৎথংবা মীৎতা শ্যাম কুণ্ড ওইথংবা মীৎনা রাধা কুণ্ড। অনুরাগ রাগ অদুদা রাগগী বিষযশিং (প্রেমগী ময়ী) গী অনৌবা ভাব পুকনিংদা পোকলকলিবা মদুনু অনুরাগ কৌই। অনুরাগদী মথং মথং অসুম হোঞ্জিনখিদুনা রাখল অমদা প্রেম্না শুমহৎলক্তুনা শুপ্নগী ভাব অমতদা প্রেমনা শুমহৎত্তুনা চপ যুংনা রাগ থম্বা ডস্বদুনি মহাভাব রূপকী মশক ওইরকই। অদুগুম্বা মহাভাব রূপ অদু শ্রীশ্রী রাধিকাগী স্বরূপনী।

**অনুরাধা**

অনুরাধা (ললিতা) অনুরাধা নক্ষত্র অমগী মমিং ওই। অন্ত কৃষ্ণত্ব শ্রীগৌরাঙ্গগী অন্ত কৃষ্ণত্ব (কৃষ্ণবর্নং) অদুগা বহি গৌবত্ব (ত্বিষা) অকৃষ্ণং শ্রীগৌবাঙ্গদি রসরাজ মহাভাব অসিগী এক রুপিনী। অদুনা অন্ত কৃষ্ণ বহি গৌর। গৌডীয ভক্তশিং গৌড়ীয বৈষ্ণবশিংনা গৌবাঙ্গ স্বরুপ ওইনা অবতাব তৌবনি হায়। অদুনা গৌরাঙ্গ দেবনা রাধিকাগী শুভ্রভাবকান্তি ফংলিবনি, অন্ত কৃষ্ণ বহি গৌর ওইবনি। ভাব অসিদা অবলম্বন তৌদুনা স্বরুপ গোস্বামীনা ইথি, শ্লোক অমা অদুদি অসিনী 'রাধা কৃষ্ণ প্রনযবিকৃতি হলাদিনী শক্তি রস্মাৎ' হাযবা শ্লোক অদু অসুন্না আত্মা অমত্তা ওইববসু বৃন্দাবন ধামদা দেহ ভেদ ওইনা শান্নবা লীলানি। হন্দকনা অনীদু বাধা ভাবদ্যুতি সুবলিত চৈতন্যাখ্য ওইনা উৎপিবকপনি। রাধা কৃষ্ণ এক স্বরুপনি, লীলা আস্বাদনগীদমক রুপ অনি হায়বতনি।

**রাধা কৃষ্ণ যুগল রুপনা রসরাজ মহাভাব অসিনা একরুপ ওইনা অবতার তৌবগী (তাৎপর্য্য) করিনো?**

**তাৎপর্য্য অহুম**

১। বাধাগী প্রেমগী মহিমা অদু মথং কবম তৌবিগবা?

২। বাধানা আস্বাদন তৌবিবা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য মহিমা।

৩। কৃষ্ণ সম্বন্ধী ওইবা প্রেম আস্বাদন তৌরগা বাধানা নুংঙাইবদো কবম তৌবিগবা'

প্রেম গুনা মখম ওইবগুনা এগী কৃষ্ণ অদ্ভুত মধুবিমা অদুবু রাধা প্রেম্না মবম ওইদুনা কবম্না আস্বাদন তৌবিগবা? অমসু ঐদুগা অনুভব তৌদুনা বাধানা ফংলিবা সুখ অদুবু কবম তৌবিগবা মসিগগী খঙনিংবগী অপাম্বনা ভাব যুক্ত ওইদুনা শচি গর্ভদা জন্ম গ্রহন তৌই।

**কৃষ্ণদাস কবিরাজগী চৈতন্য চরিতামৃত**

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যসি কবম্বা সম্প্রদায লৌবগে হাযবগী মোত নৈনবদা মহাত্মা দীক্ষা ফর্থিবা ঈশ্বর পুরী অসি মাধবেন্দ্র পুরীগী অথোইবা শিষ্যনি। গৌব গনোদ্দেশ দ্বীপিকা অনুবাগ বলি, ভক্তি বত্নাকব, প্রেমেব বত্নাবলিনচিংবা লাইবিক্তগী খঙবা ঙমই। মদুদি মাধবেন্দ্র পুবী অসি মাধব সম্প্রাদাযনি শ্রীজীব গোস্বামীনা পিথিবা

ভক্তি (এতদ্বৈষ্ণব কদনং সর্বার্থং সিদ্ধি প্রদম্) মাধব সমম্প্রদায গননং শ্রী কৃষ্ণ ভক্তি প্রদম্। ভক্তি অসিদগী খঙবা যাবে মদুদি শ্রীজীবনা গৌডীয বৈষ্ণব সম্প্রদায অসিবু মাধব সম্প্রদায় হায়না উৎখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যসু মাধবেন্দ্র- পুরীবু প্রেম ভক্তিগী আদি প্রচাবকনি হায়না পুক্নিংদা নিংখ্রে হাযবনচিংবেদি বৃন্দাবন দাস ঠাকুবনা ইবা চৈতন্য ভাগবত্তগী খঙবা ঙমই। অদুবু মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ওইববা চৈতন্যদেববু করম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা লৌগদগে হাযবদুদি অবেপ্পা লৌবা ঙমদে। শ্রীচৈতন্য প্রভুনা গৌড়ীয বৈষ্ণব ধর্ম্মসি মহাক্কী পার্বদগণগা লোইননা শাগৎলম্বনি। গৌডীয বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অথোইবা ধর্ম্মশিংদগী মুল তত্ত্ব খঙবা ঙমনবি।

**য়াম্না শম্না খরদং**

কৃষ্ণনা পবম ব্রহ্মনি মাগী শক্তি মযা শক্তি রুপ ওইদুনা সংসাবসিদা শন্দোক্লুনা লৈবিবনি। শক্তি অদুগী মতুং ইন্না রুপ মযাম মখল পুম্নমকসি পুহনবনি মদুগী মমিং বিলাস শক্তি। মসিসু মখল অনী শুই প্রভব বিলাস, বৈভব বিলাস।

১। শক্তি প্রভব বিলাস অসিগীনা ব্রজগোপীগা লোইননা বাস লীলা শান্নবদা একগোপী এক কৃষ্ণ ওইখিবদু।

২। শক্তি (বৈভববিলাস) গীনা শ্রীকৃষ্ণ বাসুদেব সঙ্কর্ষন প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ অমসুং (চতুর্ব্যুহ) রুপ লৌবিবদুনি। শক্তিগী মখলদি বাসুদেবগীনা বুদ্ধিগী সঙ্কর্ষণ, চেতনাগী প্রদ্যুম্ননা, প্রেমগী, অনিরুদ্ধনা লীলাগী।

পঞ্চবাত্রগী মোত অমনা প্রদ্যুম্ননা পুক্নিংগী অমসুং অনিরুদ্ধনা অহংজ্ঞান (নাপলগী) দেবতা লাইনি। অসুম্না সত্ত্ব, বজ, তম, গুণগী অকনবা শক্তিগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা মথং মথং বিষ্ণু, ব্রহ্মা, মহাদেব, রুপ অহুম গ্রহন তৌই (লৌই) হাযবদি ভগবান্দি এমা নত্রগা অতোপ্পা ব্যূহ রুপুগী মাগী অবতাব হাযবদু ওইবিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা স্থলদি গোলোক, মাগী খ্বাইদগী থৌপুবা শক্তিদি (প্রেম) শাক্তনা ভক্তগী হৃদিদা সঞ্চাব তৌবগা ভক্তশিংগী থম্মোইদা মহাভাব অবির্ভাব ওইবকলিবনি। শ্রীমতী বাধিকা সর্ব্বগুণ বতী হ্লাদিনী শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী মহান প্রেম ভাবকী মূর্ত্তিনি ব্রজ গোপীদনা শুদ্ধ প্রেম ওইনবা উদ্ধবনচিংবা ভক্তশিংদসু বিশুদ্ধ প্রেম অভিলাষী ওইহনবা।

শ্রীকৃষ্ণদি পবমাত্মা রূপ পূর্ণ চৈতন্য স্বরূপ অদুগা জীবাত্মানা চিৎ শক্তিগী অধিকারদি লৈবা কুপশ্রবা অংশনি। থাদোক্লবা য়াদ্রবা অংশী অংশ রূপনি, কৃষ্ণ পরাত্মাগা শর্ব্বাশ্রয় রূপনি জীবন আশ্রিতনি। অদুগা মাইকৈ অমদনা পরমাত্মাগা জীবাত্মাগদি তোঙান ২ ওইবনি মগুণ খাইদুনা লৈ। জীবনা ঈশ্বর পরমাত্মাদগী তোঙাল্লবসু মাগী কৃপাদগী ঈশ্বব প্রেম ফাওজদুনা আনন্দ (নুংঙাইবা) ফংলবা মহা পুরুষ অদুসু ঈশ্বরদগী তোঙান তোঙান অদুমক লৈ। গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্যশিংগী বৈদান্তিক মোত অচিন্ত্য ভেদাভেদরূপকী মখলমখা খবো ঙম্মি। রাম কৃষ্ণ গোপাল ভাণ্ডারনা হাযখি।

চৈতন্য সম্প্রদাযগী দার্শনিক মোত অমসুং নিম্বার্ক সম্প্রদায়গী দ্বৈতা দ্বৈতগী মোত – বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিংগী মরক্তা গৌরীয় বৈষ্ণব ভক্তিগী মার্গ অসিনা মোক্ষ ফংননবা অমত ওইরবা লম্বিনী হায়নৈ অমসুং লৌনৈ ঐকান্তিক নিস্কাম ভক্তিগী ভাব মখল মগা লৈ। শান্ত, দাস্য, সাক্ষ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুব। অসিগুম্বা ভক্তি মমাই মগা পানবী প্রেম হাযবা পোৎশক অসিনা ভগবান শ্রীহরি কৃষ্ণগী রসাস্বাদন তৌনবগী খ্বাইদগী অথোইবা উপাযনি। প্রেম অসিগা লোইননা হবি কৃষ্ণনাম সংকীর্ত্তন তৌগদবনি হাযবগী মরু ওইবা প্রেম ভক্তি হায়বসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লৌখি অমসুং প্রেমভক্তিদা লুপখি। মণিপুবদা প্রেম ভক্তিগী মুর্ত্তিবু শ্রীশ্রী হরি সংকীর্ত্তন মগা যজ্ঞনা প্রেম ভক্তিগী মুর্ত্তি ওইদুনা ঙসি ফাওবা ঙাল্লি।

**শ্রীগৌরাঙ্গ বাক্য সনাতন্দা তাকপা**

হে সনাতন ঈশ্বরনা অগ্নি পিণ্ড ওইরবনা জীবনা মাদুগী স্ফুলিঙ্গনি।

পবম ব্রহ্ম অদুগী পিকখ্রবা ক্ষুদ্র অংশনি। ঈশ্বরনা বিভুচিৎনি জীবনা অনুচিৎনি। অগ্নি মৈনা মঙাল শন্দোকপগুম্লবনি। অদুনা জীবদি ঈশ্বরগী কুপখ্রবা মরিক অমদি কৃষ্ণদি আনন্দ মন ভুমা পুরুষনি। জীবনা আনন্দ অদুগী দাসনি অদুনা জীবদি কৃষ্ণদাসনি। মবম অদুনা কৃষ্ণবু কাওববা মমাই হেক লৈথোকপদা ত্রিপাপ জ্বালা মায়াগী কোমদা হেক্তা তারবনে। মায়া অদুদগী হেক ওনখৎপা ঙম্লবদি কবি উপায় লৈ হায়বদা শ্রীগুরুদা দেবতাবুদ্ধি, প্রিয়তাবুদ্ধি স্থাপন তৌরবা লেংদ্রবা ভক্তিনা ভগবানবু ভজন তৌজবতনা জীবগী অথোইবা উপাযনি। গুরুদা দেবতাবুদ্ধি, অনীশুবদা প্রিযতাবুদ্ধি, অহুমশুবদা সাধুগী কৃপাদা, মরিশুবদা শাস্ত্রগী কৃপাদা

উপদেশতা। সাধন ভক্তিগী ফলনা প্রেম পোকলকই প্রেম অদু ফংলগা কৃষ্ণমুখ আস্বাদন তৌবা ঙমলকই কৃষ্ণপ্রেমসু মদুতবু তান্নরিবনি জীবনা।

অহানবদা কৃষ্ণতত্ত্ব অদ্যা, অনিশুবদা জ্ঞান তত্ত্ব অদু কৃষ্ণগী তত্ত্বনি। জ্ঞানগী অর্থবু আনন্দ সাচ্চিদানন্দ হায়বসিনি। শ্রীকৃষ্ণ স্বরুপ কৃষ্ণগী অনন্ত স্বরুপী। ব্রহ্মা ১। পরমাত্মা ২। ভগবান্ ৩।

১। ব্রহ্মা কৃষ্ণ নিরাকাব ২। পবমাত্মা স্বাকাব পবিবাব দি লৈতে। ৩। ভগবান কৃষ্ণ পরিবার লৈ নন্দের নন্দন। ১। জ্ঞান সাধকনা ব্রহ্মা ২। যোগ সাধক্লা পরমাত্মা ৩। ভক্তি সাধক্লা ভগবান মহাক্কী পবিবার লৈ।

ভগবানগী অমুক রুপ অহুম, স্বয়ংরুপ তদেকাত্মারুপ গোপবেশ বেনুকর নবকিশোর নটবর ব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রী কৃষ্ণস্বয়ংরূপ। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ধাম অহুম গোকুল, মথুরা, দ্বারিকা অমতনি। মফম ২ মতম ২ গী বিচিত্র বিকাশ ওইবনি। ভক্তজনশিংনা ভজন তৌননবনি। শ্রীকৃষ্ণগী রুপ অহুম ১। পূর্ণ ২। পূর্ণতর ৩। পূর্ণতম।

কাম গন্ধহীন ওইবী গোপীশিংগী নির্ম্মল প্রেম নির্ম্মল প্রেমিকাশিঙ্গা লোইননা বাস লীলা মদুদা (কামদেব) গী পুক্লিং ফাওবা মোহিত (ওৎনৈবা) ওই। (মোহ) জ্ঞান মাঙবা পোকহন্দুনা মশামকপু মোহিত ওইহল্লি শুম্মাৎপনা। অদুনা কৃষ্ণবু মদনমোহন গোপী মনবথদা (কাখম্পা) তোংদুনা মন্মথদা মনমথে মদন মোহন হায়বনি। নোংনা ভগৎ অসিদা পৃথিবীদা তাবগা মহি মরোং থোকহল্লি। নবজলধর শ্রীকৃষ্ণনা জগৎসিদা লীলামৃত থাবানা নোং ওইনা চুদুনা জগৎ অসি ইংহল্লি। খ্বাইদগী থোইবনা কৃষ্ণ মাধুর্য্যনি। শ্রীকৃষ্ণ লীলা অপুম্বগী মনুংদা নবলীলানা অথোইবনি। রাখাল, বালক, গোপগোচবন, খুৎতা বাঁশী কোক্তা বাহোং চুডা থবাক্তা লৈপবেং বনমালা হকচাংদা, নাইবক্তা চন্দন ললিত ত্রিভঙ্গ গোবিন্দনা জয় ওইবী। ওইসনু। অতগী অবতারদি শাস্ত্রনা সৈনা ওই, শ্রী চৈতন্যগী অবতারদি অঙ্গ উপাঙ্গনা সৈনা ওই। অঙ্গ হায়বদি অংশ, অদ্বৈত নিত্যানন্দ প্রভুনি অঙ্গ অনীসি সৈনানি, সৈন্যদি কবিনো? পাষণ্ড দমনগীদমকনি। নিত্যানন্দনা পাষণ্ডদলগী বানানি, অদ্বৈতনা হুঙ্কারদা পাপী পাষণ্ডি চেনখি।

কৃষ্ণ বর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গো পাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।

মনুংদনা কৃষ্ণ বর্ণ (অন্তরে কালারূপ) মপান্দনা ত্বিষা অকৃষ্ণং হায়বদি (কান্তি পীত বর্ণ) ওইবনি। অদুনা অকৃষ্ণ ওই, গৌরকান্তি মঙাল হায়বনি, কলিযুগকী ভগবান হায়বনি। হেম গৌরাঙ্গী ওইবী রাধাগী পীতবর্ণ রূপলাবন্য অদুনা শ্রী কৃষ্ণগী শ্যাম অঙ্গবু কুপ্তুনা লৈবনি। বুদ্ধি তাবা অমসুং সুবুদ্ধি মান ওইবা সুমেধা ওইবা মীশিংনেদি মাগী অস্ত্রদি অঙ্গ উপাঙ্গ অমসুং পার্ষদশিংবু ফংই খংই পূজা তৌই। করিনা তৌই শ্রীহরি সংকীর্ত্তননা হায়বদি নামরূপ গুণলীলাগী বর্ণণ কীর্ত্তন নর্ত্তন অসিনা।

১। সত্যযুগতা শুক্ল ২। ত্রেতাযুগতা রক্ত ৩। দ্বাপরযুগতা কৃষ্ণ ৪। কলিযুগতা পীত বর্ণ।

কৃষ্ণ রূপ অতৈদগী শ্যাম রূপ্না অথোইবনি। কৃষ্ণগী লৈফম পুন্নমক্তগী বৃন্দাবননা অথোইবনি। কৃষ্ণগী বয়সগী মনুংদা পৌগণ্ড কৈশোরনা অথোইবনি। রসগী মনুংদা করম্বা রসনা অহেনবনো, মধুর রসনা অহেনবনি।

**ভক্তি রসগী লক্ষণ।**

**ভক্তি রস মধুর রসদি সীমালৈত্তে সমুদ্রনি।** ভক্তশিংনা মরিক অমতা ফংজনবা হোৎনজবিবনি। জীবদি কৃপথ্রবনি মমিং লেপ্পা ঙমদবনি। **মাগী মাগী কর্ম্ম ফলনা চৌরাশি লক্ষযোনিদা হন্না হন্না পোকই হায়।** ঈশ্বরনা সাশন তৌবনি ঈশ্বর নিয়ন্তা জীব নযমা। জীবগী মনুংদা অমুক মখল অনী খায়বি। স্থাবর জঙ্গম অমুক জঙ্গমগী মনুংদা মখল অহুম। জলচর, স্থলচর তির্থক, মীসি স্থলচরগী মনুংদনি। জীব পুম্বগী মশিংগা চাংদম্নবদি মীওইবদি যাম্মু যাম্বা নৎতে। বেদ খঙবা বেদ নিষ্ট কয়া শুই? বেদ খঙনর্দশংগী মনুংদসু চিন্দদা মপান্দতা খঙবা মনুংগী প্রাণ খঙদবনা বেদ হেনবসু বেদ নিষিদ্ধ ওইবা থবক অদুমক তৌই। জ্ঞানীতনা তাংনা লৈবনি।

**জ্ঞান ওইববদি জীব ব্রহ্ম অভেদনি, নিংলবসু ভক্তি হীন ওইদে। কোটি কোটি জ্ঞানিগী মনুংদা অমতমক মুক্তি ওই মুক্ত ওইবা কোটি কোটিগী মনুংদা অমতমক কৃষ্ণ ভক্ত ওই।** অদু ওইববদি য়েংবিয়ু **কৃষ্ণ ভক্ত হায়বসি কয়া তাঙগ্রবা কয়া য়ামথিদ্রবা (দুর্লভ এক কৃষ্ণ ভক্ত),** অদুদি ভক্তদি কদাইবু কৌই। **কৃষ্ণ ভক্তদি**

নিস্কাম ওইবা মশাগী নুংঙাইজবা নিজ সুখ বাসনা লৈতবা অদুতনি। মাদি শান্তনি (অচঞ্চল) মপুক্লিং য়াংদবনি ভূক্তি মুক্তি কামী ওইদে।ব্রহ্মাণ্ডসিদা নানা যোনিদা কোইর কোইরদুনা হন্ন হন্না পোকলকপনা ভাগবান ওইবা জীব অমতনা গুরুকৃপা কৃষ্ণ কৃপা ভজন্না কাঙক্ষা ফংইবনি মহৎ কৃপাদুতনা কৃষ্ণ ভক্তি ফংই। ব্রহ্মাণ্ড ভ্রমিতে কোন ভাগবান জীব গুরু কৃষ্ণ প্রসাদে পায় ভক্তি লতা বীজ, মহৎ কৃপা যাওদনদি কনামতনা ধর্ম্ম ভক্তি ওইদে।

অন্তর্যামী শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গুরুগী ইঙ্গিৎপু জীবনা ইলাই লাইনা ফংবা ঙমদে। কৃষ্ণদি সাধারণ মহান্ত ওইনা নত্রগা গুরু ওইনা কৃপা পিবি। কৃপা ফংইবশিংদি সাক্ষাৎ উননবা নত্তে গুরু চৈতন্য বপুত্রা, ইঙ্গিৎতা ফংবনি। শিক্ষা গুরুদি কৃষ্ণগী মহান্ত স্বরুপ্নি। ভগবান কদাইদনো কদাইদা লৈ সাধু সঙ্গ তৌজবগী কৃপানা আকর্ষণ তৌবিবনি। ভজন মঙান ফংলক্রবদা মরাইরক থীবনি হায়বরোই ভাগ্যনি।

হায়খিবা ভক্তি লতা বীজ অদুদা ঈশিং চাইব চাইরগা হৌবকপনি। ঈশিং চায়বা হায়বা অসি শ্রবণ, কীর্ত্তন্নি, ঈশিং চাইবগা হৌবকপগুম শ্রবণ, কীর্ত্তন্না ভজন ইচ্ছাদুগী উপায় অথোইবনি। বীজদগী অঙ্কুর মযোল, মযোলদগী লতা ঈশিং চাইদুনা চাওর চাওবগা কারন সমুদ্র ওইজবে। উবি অদুনা কল্প বৃক্ষ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ আশ্রয় তৌজরে, মথং মথং লৈশাংলক্লে মহৈ যালক্লে, কবি উহৈনো, অতৈ কবিসু নংত্তে, প্রেম ফল। পরম ফল উহৈ অদুদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, পুরুষার্থ মর্বিনি। অতৈ তৃণতুল্যজ্ঞান নাপীগা মান্নরা থনখ্রে কৃষ্ণ প্রেমগী মহাওর হওলবদি অতৈদি লাইখ্রে। শুদ্ধ ভক্তগী মফমদদি কৃষ্ণ নংতনা অতোপ্প বধ্বা অমা লৈতে। কৃষ্ণগী পূজা নংতনা অতৈ তৌদ্রে ইন্দ্রি পুম্বা কৃষ্ণ অনুসীলোন ওইবে।

১। বিগ্রহ দর্শন মিৎনা মূর্ত্তি উজবা।

২। নাকোংনা নাম গুণ শ্রবণ।

৩। নাতোল্লা প্রসাদীগী, তুলসীগী লৈগী মনম লৌজবা।

৪। ইন্দ্রি মঙানা নাম কীর্ত্তন তৌজবা খুরুমজবা।

৫। হকচাংনা নরুবা গন্ধ মালা শোকচবা অনুভব তৌজবা।

৬। খুৎনা মন্দির মার্জনগী ভাব।

৭। খোঙনা তীর্থ ভ্রমণ তীর্থ চচ্চবা।

৮। পুক্কিংনা লীলা স্মরণ তৌজবা।

৯। বুদ্ধিনা মুন্না সঙ্কল্প গ্রহণ তৌজবা।

১০। অহংকার নাপন তৌবদা, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়না নিংজবা।

১১। চিত্ত থম্মোই মনুংদনা কৃষ্ণতেংবা কৃষ্ণবু কোযনা থীজবা।

হায়রিবা ইন্দ্রি ১১ একাদশ ইন্দ্রি অসিতনা সেবা কচ্চবা কৃষ্ণগী ভাব থমদুনা ইন্দ্রি শিজিন্নবদো ভক্তিনি। স্ব সুখ বাসনা-হীনা কৃষ্ণ সুখ সাধিনী সেবা। ব্রজ গোপীগী ইন্দ্রি তৃপ্তিগী ভাব লৈতে মধুর রস অদু তনা অশেংবা ভক্তিনি। মখোযদি রতিদা রতি অসুম লৈজরনি শুদ্ধ মাধুর্য্য ময়িনী শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা ঐশ্বর্য্য উবগা কবিসু সঙ্কুচ চিংনবা শাওনিংবা কেনিংবা থনবিদে। কৃষ্ণনা নোক্লগনি চৈগনি শাওগনি হাযবগী কবিসু কিবিদে। অমনা যশোদাদা ব্রহ্মাণ্ড স্বরূপ উহনবদসু মচানি অদুম খলহল্লি, বাৎসল্য প্রেমদতা লুপ্তুনা লৈ।

কৃষ্ণনা তৌবা ওন্বা ওইথোক্তবা কযা উৎলবসু শ্রীদাম সুদাম খোইনা সাখ্য ভাব মরুপ চান্নবগী ভাবতা মদুম মখল্লি। মধুর রস পুবিবী শ্রীরাধিকানা বনগী লম্বিদা চৎপা ওমদরে রাবে, ঐবু পুদুনা চৎপিযু। কৃষ্ণনা অদুদি ঐগী লেংবান্দা তোংউ অসিনি। মধুর রসগী অযৌবিদা অঙ্গদান সেবা হৃকচাংগা হৃকচাংগা শোক্লবা সেবা তৌজবা রাস লীলাদা কৃষ্ণবু ঈশ্বর ওইনা উদ্রে রাধাগী প্রাণ বল্লভকী ভাব নত্তনা অতৈ অমতা খন্দে।

১। ঈশ্বরদা নিষ্ঠা বুদ্ধিগী মমিং শমঃ ঈশ্বরদা ইন্দ্রি সংযমগী মমিং দমঃ। ঈশ্বরদা অরাবা খাংদুনা জিহবা পত্তেজ ধৃতি শান্তরসগী মথৌদি কবিনো? কৃষ্ণ বিনা, তৃষ্ণা ত্যাগ, কৃষ্ণ যাওদ্রগনা অতৈ তৃষ্ণা থৌবাংবদু হেক থাদোকপা। শান্ত ভাবতি নুংঙাইদসু অরাবসু নত্তবা কিবা ফাওই। স্বর্গশুম্বদা অমসুং নবকুম্বদা থবক অনীমক্তা শান্তি পামই। কেবল কৃষ্ণদা মমত্বগী ভাবতদা থম্বা ওমদে, শুধু কৃষ্ণগী স্বরূপ জ্ঞানতবু উই।

২। দাস্য মসিদসু ঐগী হাযবা অবানবা নাপল যাওবকই সেবাগী ভাবতি যান্না লৈ।

৩। সাখ্য সাখ্যদদি দাস্যদগী হেন্না মমতা ভাব হেল্লি। মপানগী ওইনা কোন্নে শমনৈ শোক্লে। (জীব কৃষ্ণের নিত্য দাস)।

৪। বাৎসল্য ঐগী ইচানি হায়বগী মমতা ভাব য়াম্না উৎথি, কনানা নুংশিবদগী তারন মারন ফুবা য়েবা ফাওবা ঙম্মি।

৫। মধুর রসদা হায়রিবা থবক মখৈসি লোইনা য়াওই। কৃষ্ণ প্রেম সেবা কৃষ্ণরস সম্ভোগ পুন্নমক্তগী মথক্তা কান্ত ভাব অঙ্গদান সেবাসি অতৈদা য়াওদবসি য়াওই। অদুনদি স্বাদসু য়াম্না হেনবনা চমৎকার ওইবা ভাব অসি লৈবনি। মথক্তা হায়খ্রিবা ভাব অতৈসিসু ইমান মাননা য়াওরিবনি অদুনা মধুর রসনা শ্রেষ্ঠনি হায়রিবনি।

১। মিৎ ফংজবনা ভক্তবু উজরিবনি।

২। দেহ ফংজবনা ভক্তগী চবণবু শোকচবা ফংজরিবনি।

৩। লৈ-ঙাংনবা ফংজবনা ভক্তগী গুণ কীর্ত্তন তৌজবা ফংজবনি।

৪। ভক্তগী থম্মোইদা শ্রী কৃষ্ণনা মতম পুন্নমক্তা লেংদনা লৈরিবী ভক্তের অধীন ভগবান। (শ্রীজীব গোস্বামীনা হায়খি) ভগবান **(ভগ শব্দগী অর্থ)** ঐশ্বর্য্য অসিনা বিবিধ বিচিত্র শক্তিমান পুরুষ অদুমক ভগবান ওইবে।

**পরমাত্মানা ব্রহ্ম অমসুং ভগবানগী বিবরন পিবদা-**

১। শক্তি কয়ানা মরম ওইদুনা ধর্ম্মগী অকনবা শক্তিগী জ্ঞান ওইবা অদুবু ব্রহ্ম।

২। চিৎ শক্তিগী অংশ স্বরুপ জীব শক্তিদি মায়া শক্তি অনীসিগী মপুওইবা অখণ্ডবা পুরুষদু পরমাত্মা।

৩। অদুগা পরি পূর্ণ সর্ব্ব শক্তি পুন্নমক্না মাগী ওইববা মহাক অদু (ভগবান) ভগবানগী অচিন্ত্য অনন্ত শক্তিবু সাধারণ ওইনা অহুম থোক্না লৌই। অনন্ত রঙ্গা স্বরুপ শক্তি ততস্থা জীব শক্তি বহিরঙ্গ ময়া শক্তি অহুমসিনি। স্বরুপ শক্তিনা প্রকৃতিগী রাংমদনি অদুনা অপ্রাকৃত মনুংগী নিত্য গোলুকধামগী বস্তুনি। অদুগা জীব শক্তি অমসুং মায়া শক্তি অনী অসিনা প্রকৃতিদা ওইবা শক্তিনি। অদুনা প্রকৃত ওই। শ্রীভগবানদি স্বয়ং শক্তি মখল অহুম পুবনি। মায়া শক্তিগী মনুংদা গুণমায়া, জীব মায়া, ত্রিগুণাত্মিকা গুণমায়া অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি প্রকৃতিনা ওইরিবা গুণ মায়া, ত্রিগুণাত্মিকা মায়া অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি প্রকৃতিনা ওইরিবা গুণ মায়াসিনি।

জীবশিংগী মায়ানা অশক্ত ওইখিদুনা ভগবান্দগী মাই ওন্থোক্তনা ভগবানগী স্বরুপ শক্তিগী জ্ঞান ফংবা ঙমদে। ভগবৎ জ্ঞান্দা অন্ত ভাব ওই। ভগবানগী স্বরুপ শক্তি অদুমক ভগবানগী আত্মা মায়ানী। ভগবানগী আত্মা মায়াগী তাৎপর্য্যদি ভগবদিচ্ছা। হায়বিবা স্বরুপ শক্তি আত্মা মায়াগনি ভগবানগী চিৎ শক্তি। অদুনদি ভগবানগী পূর্ণ স্বরুপ্তা ধর্ম্ম অহুম লৈরে। সৎ চিৎ আনন্দ হায়বদি সচ্চিদানন্দ স্বরুপগী মখল অহুম অমুক লৈরে। সন্ধিনী, সম্বিৎ, হ্লাদিনী, হ্লাদিনীনা অহুমদগী অথোইবনি।

ভগবানগী অঙকপা লীলা রস ফংহনবিগে হায়না রসময় ওইনা জীবকোটিগী থম্মোইদা চংবিদুনা ভক্তগী থম্মোইদা হ্লাদিনী শক্তিগী মনুং আনন্দ ওইনরি। অদুগুম্নবা বিশুদ্ধ আনন্দ অদুমক ভক্তিনি। অদুনা ভক্তি অদুনা খঙবা ভক্তশিংনা ভগবানগী লীলা অদু খঙদুনা আনন্দ ফংই। ভক্তি খঙবা আনন্দ অমা অদুগা ভগবানগী লীলা খঙবা আনন্দ অমা অনী অসিমক হ্লাদিনী শক্তিনি।

ভগবানগী শক্তিদা লৌবগা হ্লাদিনী হায়বসি রস রুপিনী। ভক্তগী হৃদিদনা হ্লাদিনী অসি ভক্তি রুপিনী। অসিগুম্বা স্বরুপ শক্তিনা সাব ভুতা ওইবা হ্লাদিনী শক্তি অদুগী সাধারণ মূর্ত্তি অদুনা ওইরে। শ্রীরাধাদি ইচম চম্বা প্রেম রুপিনী ওইবতা নত্তে নিত্য প্রেম দায়িনি। পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী স্বরুপ শক্তিগী মনুংদা শ্রীরাধাগী মফমদি অনন্ত হ্লাদিনী শক্তি রুপনি। শক্তি অসিনা জীবগী থম্মোইদা ফাওরগা প্রেম ভক্তিনা খুমহৎলি। মরম অদুনদি রাধাবু ভগবানগী প্রেম কল্পতরু অদুগা ভক্তগী মফমদনা প্রেম কল্পতরু ওই হায়বিবনি। রাহে অমদুনা ভগবানগী স্বরুপ শক্তিগী রুপ মহা লক্ষ্মীনী। লক্ষ্মীনা ভগবানগী ঐশ্বর্য্য, করুণা অমসুং মাধুর্য্য মশক্নি।

ঐখোইনা মথক্তা উৎখরে ভগবানগী সর্ব্ব শক্তিগী মনুংদা হ্লাদিনী শক্তিনা অথোইবনি। অদুনদি হ্লাদিনী শক্তিগী মশক পুবিবী শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি রুপকী অথোযবনি। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী স্বরুপকী ভাবতি শক্তি অমসুং শক্তিমান অনীসি মশা অমতনি হাযবগা যুগলমুর্ত্তি ওইনা কল্পনা তৌরির্বসি কবিনলো হাযববদা অনীসি অমতা ওইরবসু লীলা বিলাসদা ভেদাভেদ অচি অচিন্ত্য শক্তিগী অভেদগী মনুংদা ভেদ ওইনা লৌখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রয় তৌদুনা প্রেম ভক্তি রুপবু সঞ্চার তৌই। অদুনা অদুক্কী মতিক হলাদিনী শক্তিগী মঙাল লৈরবা অদুক্কী মতিক ভক্তগী মঙাল লৈ। শ্রীরাধাদি স্বয়ং পুর্ণ হ্লাদিনী রুপা মনুংদা প্রেম ভক্তিগী অথোয়বনি অদুনা শ্রী রাধিকাসি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত শ্রেষ্ঠনি। শক্তি অমসুং শক্তিমান রুপ অমতনি, শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অভেদ তত্ত্ব অসি অরেপ্পা ওইরবসু অখণ্ড সংসারগী বাখলগী মনুংদা ভেদ ভাবনা মরম ওইদুনা রাধা লক্ষ্মীনচিংবীগী রুপকী ভাব পোক্তুনা শৃঙ্গারগী অভিলাষগী রস পুদুনা সিদ্ধ ওইনবনি।

**রাধা তত্ত্ব**

রাধা তত্ত্বগী মনুংদা য়েংশিনগদবা লৈবশিংগী মনুংদা মখাগী খরদং ইরিবসি অথোইবনি।

ভগবানগী সৃভাবিকা অচিন্ত্য অনন্ত শক্তিগী মনুংদা মথক্তসু খরদি হায়গ্রে অথোইবা মখল অহুমদং। স্বরুপ শক্তি, জীব শক্তি, মায়া শক্তি।

অমনা অপ্রাকৃত অনীগা অহুমগা প্রাকৃত অনীগী স্বরুপশক্তিগী মচি ওইবা শক্তিনা হ্লাদিনী শক্তিনি। হলাদিনী শক্তিগী মরু ওইবনা শ্রীরাধিকাগী তনু (হকচাং) (ওঁ) হ্লাদিনী শক্তি পুরিবা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীভগবান্না নিত্যবৃন্দাবন্দা নিত্য লীলা শান্নে। বৃন্দাবন্দা অমত্ত অমুক ওই, অনী অমুক ওই, নিত্য লীলা স্বরুপ লীলা শান্নে, অরেপ্পা লৈতে চাংজৌ নাইদে, গঙ্গাগী ইচেলগী মতৌগুম্না অমসুং পৃথিবীগী বৃন্দাবন্দা গোপ গোপী রুপতা রাধা কৃষ্ণনা নুপা নুপীগী রুপ্তা লীলা শান্নখি।

থাঙ্গৈশেংবা অপ্রাকৃত প্রেম ওইবা লুম্ববা থুপত্ববা রস অসিবু মীওইবগী মফমদা উৎকে তম্বিগে খঙহনগে অনুভব তৌহনগে হায়বগীদমক বৃন্দাবন্দা দেহধারী ওইবিদুনা নিত্য লীলা শান্নে। পরম রস তত্ত্ব অসি আস্বাদন তৌনবগীদমক বৃন্দাবন্দা গোপ গোপী রুপ লৌদুনা লীলা শান্নবত নত্তনা মীওইবগী নর নারী রুপ অসিদসু বিহার ওইদুনা লীলা শান্নরিবনি। ভাব অমদনা রস অতোপ্পা প্রেম ভক্তি রুপ্তা শ্রীরাধাগী ভগবৎ কোটি অমসুং জীব কোটি অনীমক্তা রস অমসুং প্রেম ভক্তি মওং অনীথোক্লা উহনবতনি।

শ্রীভগবানগী আনন্দ বিধায়িনী ওইবী শ্রীরাধানা ওই। অদুগা প্রেম ভক্তি পোকহনবিদুনা জীবগীনা ভগবানগী অনুভব তৌবদি শ্রীরাধানা মরমনি (কারণনি)। মরম অসি য়েংদুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র স্মৃতিনা প্রেম রস (রাধা) গোবিন্দগী চরন্দা রাগ মার্গ বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লূরবা ইচেল নিত্য লীলা অষ্ট কাল সেবাবু অমসুং গোস্বামী কয়াগী পদাবলীবু লৌখৎতুনা শ্রীহরিনাম সঙ্কীর্ত্তন মহা যজ্ঞ অসি সাধক সিদ্ধকা লোইনবা ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কচ্চখি।

**মখাদা খরদংগা ইজরি।**

প্রেম-রুপিনী শ্রীরাধানা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরুপপু অনুভব তৌই। ভগবানগী স্বরুপ শক্তিগা সৃষ্টিগী কার্য্যগা মরি লৈনদে। সৃষ্টিগী কার্য্যদি ভগবানগী প্রাকৃত শক্তি হায়বদি ময়া শক্তিনি। পরা শক্তি হায়বদি স্বরুপ শক্তিগা অমসুং জড়মায়া শক্তিগা অনীগী মরক্তা জীব শক্তি লৈরিবনি। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী স্বরুপ শক্তিগা শক্তিমান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা করিসু খেন্নবা নৎতে। অদুমনদি ওইরগা খেন্নবা থমদ্রবদি মীনা শান্নবা য়াদে। অদুনা বৈষ্ণবশিংনা ভাব মখল অনী লৌদুনা (ভেদ) খেন্নবা ভাবতা বা খেন্নহল্লি। স্বরুপ লীলা শান্নবসিদা সাধক তত্ত্ব প্রতিষ্ঠা তৌই। গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা খেন্নদবদগী খেন্নবা অসিবু অচুম্বা সত্যনি হায়দুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা অসিবু আস্বাদন তৌরি।

(বৈষ্ণব শাস্ত্রনা) বিষ্ণুশক্তি অমসুং লক্ষ্মীগী সৌন্দর্য্যগী মাধুর্য্যগী মরিদা পাকচাওনা থাদুনা লৈখ্রে। অদুগা রাধা কৃষ্ণগীদনা স্বরুপ শক্তি শ্রীরাধাগী বিশুদ্ধ হ্লাদিনী শক্তি অদুগী সার মচিদি প্রেম, প্রেমগী মচিনা ভাব অমসুং ভাবগী মচিনা মহাভাব, অসিগুম্বা মহাভাব স্বরুপ অদু শ্রীরাধানি অদুগা শ্রী রাধাবু কমলিনী রুপ বর্ণন, গন্ধ প্রেম অমসুং সৌন্দর্য্যগা পূর্ণ ওইদুনা লৈকা লৈকাদা মকাফন্না শাৎকাইরি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অসি জীবশিংগী মফমদা পোকহন্নবগী শ্রীরাধিকা হ্লাদিনী রুপ অসিনা মরম ওই। শ্রী রাধাগী ভক্তি রুপ্তা জীবনা ভগবান্দা আশ্রয় তৌদুনা প্রেম ভক্তিনা পুন্নবা হোৎনজে। শ্রীরাধাদি রসময়ী রুপ্তা কৃষ্ণ বাঞ্ছা পুরায়িনী হায়বনী।

শ্রীকৃষ্ণনা জগৎকী শ্রীরাধিকানা বাঞ্ছা কল্পতরু, শ্রীরাধিকানা প্রেম কল্পতরু ওইরগা সখীশিংনা লতা অদুগী ময়োন মনা অনৌবা চোংখৎলকপদু সখীগী রসনী। চোংননবনি হায়রিবা লতা অদুগী ময়োন মনা অনৌবা চোংখৎলকপদু সখীগী

রসনী। অদুনা সখী রুপা গোপীশিং অসি শ্রীরাধিকাগী কায়ব্যূহ রুপনি। হলাদিনী কারণদি শ্রীরাধাতদা প্রেম দায়িনীনি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা অয়াম্বা মতমদা রাধা নাম্বু অথোইবা ওইনা শোল্লি। শ্রীকৃষ্ণবুনা বৈষ্ণব সাহিত্যদা রাধা নাথ, রাধা বল্লভ, রাধা রমন অসুন্না কৌই। বৃন্দাবন্দা বৈষ্ণবশিংনা জয় রাধে হায়না ধ্বনি তৌই। হৌজিকমকসু করিগুম্বা অমগী পুকনিংগী ইথিন লাকপদা খঙহৌদনা জয় রাধে হেক্তা হায়রকই। ভিক্ষারী কনাগুম্বসু জয় রাধে হায়না শোন্নরী।

চণ্ডীদাসগী পদাবলীগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মুখনা শ্রীরাধাগী অপূর্ব্ব মহিমা কীর্ত্তন তৌই। ভক্তশিংগী কন্ঠদা জয় রাধে শোনবতা নত্তনা শ্রীভগবান মশামক্কী কন্ঠদা জয় রাধে শোল্লি। রাধা নামদা আশ্রয় তৌবনা পরম-ধ্বনি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মুরুলীদা গান তৌই রাধা রাধা হাযনা যন্ত্র, মন্ত্র, তন্ত্র, বেদগী মনুংদা রাধা নামতবু রহস্যশিংগী মনুংদা রহস্যনি, রাধা নামতবু সার বস্তু পুন্নমক্কী বস্তুনী, হাযদুনা শ্রী শুকদেব মুনিনা ভাগবত পুরাণগী মনুংদা উৎখ্রে।

১। রাধা বল্লভী সম্প্রদায়গী কবিতাশিংগী মনুংদা অমসুং থাইনগী ভাবতকী শক্তিদা বাদ তন্ত্রনচিংবা শাস্ত্রশিংদা শিব শক্তিগী মমিংদা য়াম্না পাক চাওনা আলোচনা তৌই। মদুগী চাওরাকনা মোত অহমদং লৌখৎচরি। মণিপুর অসিসু অহানবদা শিবদুর্গা নিংবনি। হৌজিক মিং হোংবতনি। ঙসি ফাওবসু মৈতৈ ধর্ম্ম থাদোক্তে। শিব দুর্গা রাধা কৃষ্ণ অমতনি হায়না লৌরি।

মোত - শিব অমসুং শক্তি অনী অসিনা অথোইবা তত্বনি। অসিবু অন্বয় সমরস তত্ত্ব হায়বা পরম তত্ত্বদুনি।

২। শিব অসিমক শক্তিমাননি, শক্তিগী আশ্রয় তৌফমনি। অদুনা শক্তিগী আশ্রয় তৌফম শিব অসিমক পরম তত্ত্বনী। হায়রিবা অসিগুম্বা মোত অসি সর্ব্ব সাধারন্নী মনুংদা অয়াম্বনা য়ানৈ।

৩। ত্রিভুবন ব্যাপিনী শক্তি হায়বসিমক পরম তত্ত্বনী। শক্তি অসিগী আধারদি শিবনি, বিশ্ব ব্যাপিনী, মহা শক্তিগী মনুংদা আধারী ভুতা ওইনরিবা মহাক অদু শিবনি।

স্ত্রীত্ব নুপী, পুংত্ব নিপাগদি প্রকৃতি অসি উপাধি পীদুনা প্রকৃতি পুরুষ অনীসি স্বরূপ পুরকপদু ব্রহ্ম শক্তি হায়রিবা শক্তিদগী পরা, অপরাশক্তি মথং-মথং পোকলকলে। মায়াময় সংসারসিদা মায়ানা কুপখিবনা শক্ত্যাত্মক অদুবু দরশন উবা ফংহন্দদুনা মশক খঙহন্দে। ঈশিংদা পোকপা হঙোইনা অতৈ অমত উদে জগৎ সংসার অসি ঈশিংঙাক্তা ওইনা নিংবগুম্বনি।

ব্রহ্মাণ্ড তন্ত্রদা হায়রি নুমিৎকী মঙান্না পোৎশক তোঙানবগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা রূপ ওই মদু পাত্র মখলগী তোঙান তোঙানবা মওং কল্লি। পাত্রদু কাইখ্রগা অহাংবদা আকাশতা অদুম তিল্লি অদুনা মহাবিদ্যারূপিনী শক্তি শিদগী তোঙান তোঙানবা দেবতা মখল মখলগী পোৎশক রূপ লৌদুনা মমিং থোনবনি। দেবতা খুদিংমক শক্তিমান ঙাক্তা ওইহল্লি। মদুগী তাৎপর্য্যাদি-দেবতা তোঙান তোঙানন্না উপাসনা তৌরবসু শক্তিদি অমতনি। মরম অদুনা ঐখোয়না খঙলে। শক্তিমানদা আশ্রয় তৌরগা ফংনবা তৌগদবা নত্তে। শক্তি অদু ধারণ তৌবগা শক্তিমান অদুবু ফংগদবনি।

লীলাদা মায়া চংবগী ভাব থবা উৎলবসু মনুংদা মায়াগী প্রভাব লৈতে। হায়বদি ভগবান্না মশাবু শক্তিবু অনী থোকন্না ভাব পুথোকই। পুরুষ নারী নারায়ণ শক্তি মায়া পুরুষ প্রকৃতি অস্বাদ্য (শক্তি) আস্বাদ্য (শিব) শিব শক্তি বিষ্ণু, লক্ষ্মী, রাধা কৃষ্ণ অরাইবা যুগোল মুর্ত্তি অসিদা আত্মা সমর্পন তৌই। পদ্ম পুরান্দা শ্রীকৃষ্ণ বিগ্রহ নিজেহ্ ললিতা দেবী (বিদ্যাশক্তি পরাশক্তি) যেদেবী, শ্রীমতি রাধিকা মনুংদা অনীগী তোঙানবা খেন্নবা লৈতে। তোঙান তোঙানবা পুরানগী মোত মতুংইন্না অনীগী ভাব লৈহনবতনি।

**(ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ)** ললিতা ত্রিশতি ভাষ্যম্ ললিতংত্রিষু সুন্দরম্।

শ্লোক-অহংচ ললিতা দেবী রাধিকা য়াচ গীযতে।

অহংচ বাসুদেবাখ্যো নিত্যং কাম কলাত্মক।

সত্যং যোষিৎ স্বরূপোহং যোষিচ্চাহং সনাতনী।

অহংচ ললিতা দেবী পুং রূপা কৃষ্ণং বিগ্রহা

আবয়ো রচরং নাস্তি সত্যং সত্যংহি নারদ ঃ।

**বিষ্ণুপুরান্দা** — হরি বংশ মোত শ্রীকৃষ্ণগী অষ্ট পত্নী ৮।

১) কালিন্দী ২) মিত্রবৃন্দা ৩) নাগ্নজাতী ৪) জম্বুবতী ৫) রোহিনী ৬) লক্ষনা ৭) সত্যভামা ৮) রুক্মিনী।

গীতাদা — শ্রী কৃষ্ণগী অষ্টধা প্রকৃতি শিবগী অষ্ট মুর্ত্তিধারণ। অমুক অমনা শক্তিবু ষোড়ষ কলাত্মিকা হায়রি।

**অমুক ষোড়ষ কলা তত্ত্ব** ঃ ষোড়ষ কলাগা চন্দ্র লক্ষ্মী শ্রী অদুনা অমুক ষোড়ষ কলাত্মিকা 'চন্দ্র' অসিমক লক্ষ্মীগা মান্নহন্নি।

শ্রীকৃষ্ণগী ষোড়ষ সহস্র গোপীগা লোইননা রাসক্রিড়া শান্নে। মনুংদা গোপী ১৬ শিং ষোড়ষগী মমিংনা থোইদোক্লা পল্লি। কৃষ্ণবু চন্দ্র স্বরুপ ওইনা লৌরে, ষোড়ষ গোপীবুনা চন্দ্রগী ষোড়ষ কলা রুপ লৌরে। বা অমদনা ষোড়ষষ শক্তি হায়বা য়াই। গোপী অমমমদগী গোপী চামা চামা পুথোকই, অদুনা পুন্নমক্লা ষোড়ষ সহস্র গোপী হায়বনি।

শ্রীজিব গোস্বামীনা কৃষ্ণ ছন্দর্ভদা হায়রি। লক্ষ্মী অসি ভগবানগী ষোডষ কলাত্মিকা স্বরুপ শক্তি অসিগুমলবা লক্ষ্মী রুপিনী এক স্বরুপ শক্তিদগী কৃষ্ণ বল্লভা ষোড়ষ গোপী থোকই।

সাংখ্য দশর্ন্দা য়েংলগা প্রকৃতিগী ষোড়ষ বিকার লৈ। অষ্ট প্রকৃতি ষোড়ষ বিকার (একাদশ ইন্দ্রি) পঞ্চভুত। প্রভাব অসিগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা অষ্ট সখি ষোড়ষ সহস্র গোপীনা বিহার তৌখিবগী ভাবনা। ঈশ্বর অমসুং লক্ষ্মীগী মরক্তা তত্ত্ববা মধুর রসনা নিত্য সুখ ওইদুনা লৈ। অমুক অমনা অদুগুম্বা লক্ষ্মী শ্রীচন্দ্র (থা) থাগী মশকপু বৈষ্ণব সম্প্রদায়না রাধিকা অবির্ভাব মিৎয়েং লৌরে। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা রাধা তত্ত্বনা নিত্য শুদ্ধ যুক্ত রুপ ওইরি। গৌড়ীয় গোস্বামীশিংনা বৈষ্ণব কবিশিংনা কযামুক করম তৌনা রাধা তত্ত্বগী মরিদা অভিনব সঞ্চার তৌবগে হায়বগী আলোচনা।

**রাধা তত্ত্বগী জ্যোতিষ তত্ত্ব রুপ।**

কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা খল্লি রাধা কৃষ্ণ তত্ত্বগী মরু হৌরকফম ধর্ম্ম তত্ত্ব লৈরমদে। মরুদি জ্যোতিষ তত্ত্বদগীনি হায়রি মদুদি বিষুব্দা সুর্য্য প্রভাব, মধ্যাহ্ন

অমসুং সন্ধ্যা খোংফম অহুম অসিদা সূর্য্য রূপ বিষ্ণুনা কোইনা চৎলি। অদুগা ত্রিপাদ বামন অবতারদা সর্গ, মর্ত্ত, পাতাল লোক অহুমদা খোংফম ওইবগী কল্পনা তৌরে। বিষ্ণু অবতারনা কৃষ্ণ ওইরে হায়বদি কৃষ্ণসি সূর্য্যগী রশ্মিগী লৈফম প্রতিবিম্ব। পণ্ডিতশিংনা যোগেশচন্দ্র রায়গী প্রবন্ধ কৃষ্ণনা ওই। সূর্য্য প্রতি বিম্ব গোপী তারকা (থৌরান মিচাক) গৌ-শব্দগী অর্থ রশ্মি। মরম অদুনা সূর্য্যবু গোপ অদুগা তারকা-বুনা গোপী।

অলৌকিক লীলাদা সূর্য্য প্রতিবিম্বনা তারকা গণগা লোইননা লীলা শান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাবু অসুম্না লৌই। জ্যোতিষদা কৃষ্ণ যজুর্বেদ, বিশাখা অসিনচিংবা নক্ষত্রগী মমিংলে। অথর্ব্ব বেদদা রাধে বিশাখে উক্ত পিদুনা লৈ থাইনা মমাংঙৈদা নক্ষত্রগী মমিংবু রাধা নৌবম্মী। রাধাগী অর্থ সিদ্ধি হায়রনি। রবিগী নক্ষত্রগী মমিং রাধা কৌরম্বনো হায়না কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে। মতমগী মতুং ইন্না রাধা বিশাখা হায়না অসুম চৎখরে। **কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদা সূর্য্যনা রাধা বিশাখাগা মিলন ওই**, উবদি উদে।

সূর্য্যগী রশ্মি, চন্দ্রগী চান্দ্রিকা, তারাগী তারাস্ত্র সের্বাস্ব গোপ কৃষ্ণ গোপী রাস। কৃষ্ণ রবিবু রাসগী মযাইদা অদুগা গোপী তারাবুনা মণ্ডলী মওংদা শেম শাং পূর্ণিমা নুমিৎতা চন্দ্রগা রবিগা ওন্ন তৈনবা মাইকৈদা লৈনৈ। কবিনা চন্দ্রাবলী রাধা অমসুং লৌখ্রে। অমাবস্যাগী অহিংদা চন্দ্রগা সূর্য্যগা মিলন ওই হায়বদি কৃষ্ণনা লোয় চন্দ্রাবলী বু জ্বদা শান্নরই হায়না পণ্ডিতশিংনা পল্লি। রাধাসি বৃষভানুগী মচানুপীনি বৃষভানু হায়বদি বৃষ রাশিদা লৈবা ভানু রশ্মি হায়বনি।

রাধাগী স্বামীগী মমিং আয়ন, উত্তরায়ন ফল শূন্য নপুংসক ওই, আয়নসু নপুংসকনি। অসিগুম্বনা পৌরানিক যুগকী জ্যোতিষ তত্ত্ববু অসুম অসুম কাওনখ্রেনা ভৌতিক মাগী মাগী মমিংবু থাঙ্গৎশিংবা রূপ রূপতবু অচুম্বমক ওইনা লৌখ্রে। রূপাশং অসিদা আশ্রয় তৌদুনা রাধা কৃষ্ণগী উপাখ্যান শোকখ্রে। পরবর্ত্তী কালে রাধাগী সখীগণ অনুরাধা (ললিতা) জেষ্ঠা চিত্রা ভদ্রা অসিনচিংবশিং নক্ষত্র অদুগা রাধা অমসুং সখিশিংদা নত্তনা কৃষ্ণগী পরিবারদসু নক্ষত্রগী মিং লৌই। মদুদি বসুদেব পত্নী রোহিনী বলদেব পত্নী রেবতী, কৃষ্ণ ভগ্নি চিত্রা (সুভদ্রা) অসুম তৌনা পৌরানিক যুগতা রাধা কৃষ্ণগী লীলাগী মরুওইবা জ্যোতিষচক্রগী তত্ত্বগী প্রভাব লৈরমই হায়রসি ওইবা যারা রানি রাধাগী অতোপ্পা মিং তরা খঙনৈ।

শ্রীরুপ গোস্বামীগী চরন্না অমদা (দলুজ দমন) শ্রীকৃষ্ণের বক্ষ রুপ আকাশ যে রাধা নামে একটি জগদ পুর্ব্বা চারুতারা মাগী জয় ওইসনু (শ্রীরাধাগী)। বৈশাখ পূর্ণিমাদা রাধা বিশাখাগা লোইননা পূর্ণিমাগী আবির্ভাব। পক্ষ-লোইদুনা কৃষ্ণ মিলনগীদমক দেবী পৌর্ণিমাসীগা লোইননা রাধিকাগী আবির্ভাব অমসুং রাধাগী মফমদা সুর্য্য উপাসনানচিংবা শ্রীরুপ গোস্বামীগী বর্ণন অতৈ অতৈ য়াম্না লৈরী।

**বিবিধ পুরাণ "রাধা"**

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজ লীলাবু খ্বাইদগী থোইবা মধুর ভাব বর্ণন তৌই। গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা রাধা তত্ত্ব, কৃষ্ণ তত্ত্ব, রস তত্ত্ববু অথোইবনি হায়না লৌই। অদুবু ভাগবত পুরান্দদি রাধাবু শেংনা পন্দে। গৌড়ীয় গোস্বামীশিংনা রাধাগী মহিমাবু নিংথিনা ফোংদোকই। ভাগবত দশম স্কন্ধদদি কনাগুম্বী প্রিয়তমা গোপী অমগা লোইননা মাঙখ্রে। কৃষ্ণ কাইনবগী ৱারবী গোপীশিংনা বৃন্দাবনগী বন-বন্দা থিরকপদা শ্রী কৃষ্ণগী ধ্বজ বজ্রাংকুশন লৈতেং ওইরবা পদ চিহ্নগা লোইননা অতোপ্পা ব্রজবধু অমগী পদ চিহ্নগা উরে। অদুগুম্বী পরম সৌভাগাবতী প্রিয়ম্বাবু অনয়া রাধিত মাবু অনয়া রাধিত হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু আরাধিত ওইবদগী গোবিন্দসি ঐখোইবু গোপীশিং পুম্নবু থাদোকলম্লগা নিভৃত অচিকপা মফমদা পুথোকখ্রে। রাধা কৌবগী **রাধয়তি আরাধয়তি রাধেতি নাম করন চ দর্শিতং**।

রাধা ধাতুসি পরিচরন সেবন তৌবা হায়বা অর্থ ওই। মওং অমসু ইঙ্গিত্তগী খঙনবা রাধা নামসি থোকলে। (**হরি বংশ পুরান্দা**) শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা শান্নবা রাস লীলা শম্না পল্লি। (**পদ্ম পুরান্দা**) রাধাষ্টমী ব্রতগী মাহত্যমদা মরম উৎলি। প্রেম বিকারগী থোইদোক্লা উৎলমদে। রাধাষ্টমী ব্রত তৌরবদি গোহত্যা, ব্রাহ্মণহত্যা, স্ত্রী হরন অসিগুম্নবা জাতিয় পাপ কোকই, পুণ্য ফংই হায়। রাধিকা শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়া আদ্যা প্রকৃতি রাধিকা কৃষ্ণ বল্লভা দুর্গানচিংবী ত্রিগুনাত্মিকা দেবীগণ রাধাগী কলাদগী থোকপনি। শ্রীরাধিকাগী পদরজ স্পর্শ তৌবগী কোটি কোটি বিষ্ণু জন্ম গ্রহন ওই। ললিতানচিংবী সখিশিং প্রকৃতি অংশনি।

রাধিকানা প্রকৃতি পুন্নমক্কী মুলনি। অষ্ট সখিনা অষ্ট প্রকৃতি পার্বতী অধ্যায়দা নোংমা নারদ মুনিনা বৃন্দাবন্দা বালকৃষ্ণবু হেক উবদা সক্ষাৎ ভগবান অবতারনি খঙই। অদুনদি কনাগুম্বা গোপ গৃহদা লক্ষ্মী দেবী অমা অবতীর্ণ পোকপা ওইরম্লগনি

খঙই। অসুম থিরকপদা ভানু কৌবী সুলক্ষনা কন্যা উবদগী খঙবা ঙম্মি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ বল্লভা লক্ষ্মী মহেশ্বরী মুল প্রকৃতি আদ্যা শক্তি রমা। অদুগুম্নবা শ্রীরাধিকা প্রধান রূপা ভগবতনি। পুম্নমক্কী ধারনাধার রূপা ওইরিবী শ্রীবৃন্দাবনেশ্বরী রাধা ওই। রাধা পুরুষ প্রকৃতি।

নারদগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী পরিচয় পিখি। নিজেকে-পুংরূপা রাধা দেবীনী হায়দুনা পদ্ম পুরান্দা হায়বদগী খঙলে মদুদি রাধাগী আদি রূপ ওইবা করিগুম্বা পরিচয় অমতা লৈতে। শ্রীরাধাগী পরিচয়দি প্রেম লীলাগীদমকনি মসিদা চিংনবা লৈতে।

**য়েংশিনবিয়ু**

১। নারদ পঞ্চ রাত্র ঃ রাধা শব্দের তাৎপর্য্য শম্বন্ধে।

২। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণ। রা শব্দ উচ্চারণ তৌবনা ভক্ত ভক্তিং মুক্তিঞ্চ রাতি সঃ। রা শব্দ উচ্চারণ তৌবনা ভক্ত ওই অমসুং মুক্তি ফংই। ধাশব্দাচ্চরনেনৈব ধাবত্যেব হরে পদম্। ধা শব্দ উচ্চারণ তৌবনা শ্রীহরি পদে ধাবিত ওই। পুরাণ শিংদগী খঙনৈ মদুদি প্রেমোপাখ্যান সম্ভতা গোপী রাধিকাবু ভারতবর্ষগী সর্ব্ব স্বরুপ শক্তি মুক্তি নৈনরগা 'এক' অমতা ওইবা সমাজ শক্তি পুরক্নবা ধর্ম্মনা ওইনবর্তনি।

শ্রীজীব গোস্বামীগী ব্রহ্ম সংহিতাগী টিকা অমদা রাধায়া মাধবদেব মাধব নৈবা রাধিকা। **রাধা কৃষ্ণ, বিষ্ণু লক্ষ্মী, ব্রহ্মা, সরস্বতী, শিব গৌরী** সব অভেদ খেন্নদে হায়না বণর্ন তৌই। শ্রীজীব গোস্বামী অমসুং কৃষ্ণদাস কবিরাজনা বৃহৎ গৌতমীয় তন্ত্রদগী রাধাগী মরিদা শ্লোক অমা উদ্ধরণ তৌই। দেবী কৃষ্ণ মায়াপ্রোক্তা রাধিকা পর দেবতা সর্ব্ব লক্ষ্মী ময়ী সর্ব্ব কান্তি সম্মোহিনী পরা। প্রেম সাহিত্যগী নৈনবদা শ্রীকৃষ্ণগী গোপী লীলাগী প্রসঙ্গদা শ্রীকৃষ্ণ থোইদোকনা চাম্নবা হেনবী গোপী শ্রীমতী রাধাগা প্রেম লীলা শান্নে।

পুরাণগী মত রাধাগী পিতা বৃষভানু গোপ, অমসুং মাতাগী মিংনা কলাবতী কীর্ত্তিদা, চণ্ডীদাসগী কীর্ত্তন মনুংদা তেকারনে পদুমা উদরে উপজিলা সাগরের সরে। মফম অসিদা উবা ফংলে মদুদি পদুমা (পদ্মা) না রাধাগী মমা, অদুগা সাগরনা

ওইরে। মপা শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন অয়াম্বদা রাধাগী মশাগী মিংবু পদ্মিনী হায়বদি (পদ্মিনী) অদুগা রাধাবু কমলা হায়দে। নারদ পঞ্চরাত্রগী বিবরন্দা যোগীন্দ্র গুরু শঙ্করগী জ্ঞানমৃত তত্ত্ব ফংদুনা ব্রহ্মাগী মচা নারদনা পঞ্চরাত্র প্রকাশ তৌই। **পরম তত্ত্ব জ্ঞান, মুক্তি প্রদ জ্ঞান, ভক্তি পদ জ্ঞান, সিদ্ধিপ্রদ জ্ঞান, যোগ সম্ভুত, বৈশেষিক, তামসিক, জ্ঞান,** মঙা অসিনি। ভক্তি সম্পদ ওইবা ভক্তগী অমতা ঙাইবদি হরি ভক্তি পদ জ্ঞান অসিতনি।

**ষড়বিধ ভজন** — স্মরণ, কীর্ত্তন, বন্দন, চরণ সেবন, পুজন, আত্মনিবেদন। গৌরীয় বৈষ্ণব আচার্য্যাগনগীনা নববিধা ভক্তিনি। শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, পাদসেবন, অর্চ্চণ, বন্দন, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন।

**শ্রীকৃষ্ণ তত্ত্ব** —গোলোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য ধামনি। শ্রীকৃষ্ণ ভজন, ধ্যান নাম কীর্ত্তন, প্রসাদ সেবন, পাদোদক অসিনচিংবনা খ্বাইদগী অথোইবনি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরগা গোলোক ধাম ফংই। ব্রহ্মাণ্ড অসি কৃষ্ণগী মায়ানি। নির্গুণ পরমাত্মা স্বরুপনি। গোকুলদা শান্নখিবা, বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা মথং মথং বস্ত্র হরন লীলা, গোবর্দ্ধন ধারণ, কালীয় দমন, শ্রীকৃষ্ণ বগোবোহন মথুরা গমন, অসিনচিংবা ভক্তগী অমতা ঙাইরবা ভক্তিগী মার্গ অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী রস আস্বাদন তৌনবগীদমক হরি কৃষ্ণ নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌনরি।

**মুক্তি জ্ঞান তত্ত্ব**—ভক্তশিংনা হরি সেবাগী ভক্তি অদুতা তানশিন্দুনা তানশিন্নবা তৌই। মখোযগী হায়ববু হরিদা ঐকান্তিক ভক্তি দাসত্ব উৎচবনা অথোইবনি। মথোই অতোপ্পা অপাস্সা অমত্রা লৈতে। কর্ম্মপৃষ্পগী ফল অদু ভগবান্দা সমর্পণ তৌই কৎথোকই।

**যোগ জ্ঞান তত্ত্ব** --জ্ঞানামৃত সাবদা যোগ জ্ঞানগী সপ্তদশ সিত্তম ১৭ লৈ মদুদি **সিদ্ধি, অণিমা, লঘিমা, প্রাপ্তি, প্রকাম্য, মহিমা, ইশিতত্ত্ব, বশিতত্ত্ব, কামাবাসা বিত, দুরশ্রবণ, ইষ্টার্থ সাধন সৃষ্টি পত্তন,** মনোযায়িত, **পরকায় প্রবেশন, প্রাণ দান, প্রাণ হরণ, কায়ব্যূহ, বাকসিদ্ধি।** ষটচক্র মালাধার, স্বাধি .. মণিপুর, অনাহত, বিশুদ্ধ, অজ্ঞা।

যোগিনা কুণ্ডলিনী শক্তি ওইবা নিগুণ হায়বা জ্যোতি স্বরূপ সনাতনবু ধ্যান তৌই। তৌইগুম্বসুং ভক্তশিংনা অদুগুম্বা তেজনা মনুংদা লৈবা নিত্য শরীর

শ্রীকৃষ্ণগী শাক্ষাৎ মূর্ত্তিবু ফংবা ঙম্মি। ইবুংঙোগী সেবাদা আনন্দ ফংবা ঙম্মি গুরু কৃষ্ণ ভক্তগী মহামুল্য জ্ঞান ফংজবা ঙম্মি।

**গুরু তত্ত্ব** — কৃষ্ণ ভক্তি রুপ ধারণ তৌদুনা জ্ঞানগী থাংমৈ থান্দুনা অজ্ঞান অন্ধকারবু কোকহল্লি। ধার্ম্মিক ওইবা শিষ্যনা গুরুবু শ্রীকৃষ্ণমক্কা মান্ননা লৌই। গুরুদুদি মতিক চাবা ওইবা তাই জ্ঞান বলহীন অসিদ্ধ অমসুং অসৎ গুরুদি করম্না উদ্ধার তৌগনি। ঐখোই মীওইবগী থম্মোইগী (চেতন) গী থুপগ্রবা মফমদা খ্বাইদগী অহেনবা প্রেমরস খঙননবগী শক্তি অমা লোৎতুনা লৈ। মদু করি পোৎশকনো হায়না নৈনবদা তত্ত্বগী থোংদা অমা, কাব্য উপাখ্যান অমা। শ্রীগুরুগী মশক কৌবসু শ্রীবৈষ্ণবকী মশক কৌবসু শ্রীরাধানে। মদুদি করম্না বৈষ্ণব ওইবা করম্না গুরু ওইবা করম্না রাধা হায়বদি শ্রীরাধাগী মুখ পদ্মনা শ্রীগুরুনে। শ্রীরাধাগী অক্ষর মোত সুচরিত কৃষ্ণ বিবেদ অনুতাপ রাগ অসিনা বৈষ্ণবনে। রাধা মৃদুল অতি শিতল ওইবা রাধাগী মন্না সাধুগী মশক্কে, কৃষ্ণগী প্রাণ মঙানা শ্রীরাধাগী পঞ্চ প্রাণনে। প্রাণ কৌবদি কিলকিঞ্চিদতাদি বিংশেতি ভাবতি চৌষষ্টি রসনে।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী বাদি ভক্তি ধর্ম্মনি। প্রেম লীলাগী সাধারণ ভাবতা ধর্ম্মবু অবলম্বন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফাওননবা হোৎনবতনি নায়িকা ভাবতা। প্রেম হায়বসি কয়া লুনা লৈবগে হায়বগী মরম মীওইবগী হকচাংদা অহানবদা তু (লোম), অনীশুবদা উনশা, অহুমশুবদা ঈ, মরীশুবদা তোং-মাংশ, মঙাশুবদা শরু, তরুকশুবদা মর্জ্জা, তরেৎশুবদা শুক্র, নিপালশুবদা প্রাণ, মাপলশুবদা আত্মারাম, তরাশুবদা পুষপ, তরামাথোইশুবদা কলি, তরানিথোইদা ভাব, তরাহুমদোইশুবদা চিত, তরামরিশুবদা প্রেম।

**পুকনিংদগী ভাবতগী রসদগী প্রেম মরু য়াম্না লুনা লৈ মাবু থুনা ফংবা ঙম্নবগী উপায়দি শ্রীহরি সংকীর্ত্তন্না ঙম্মি প্রেম হায়বসি বক্ষস্থান্দা লৈ মসিবু বৈষ্ণবশিংনা তত্ত্ব কৌই।** ঐখোইগী দেশ ভারতবর্ষদি শক্তি বাদনি। সমপ্রদায় তোঙান-তোঙান্না থাজনবা লৈ। শক্তি কল্পনা লৈ সাধারণ ভাবতা বিষ্ণু শক্তি লক্ষ্মী রাম সীতা, রাধা কৃষ্ণ, শিব, দুর্গা, অদুনা লাই দেবতাশিং অসিগা লোইনদবা য়াদবা শক্তিগী মনুংগী তত্ত্ব লৈবদগী পত্নী কল্পনা লৈরিবনি। হায়রিবা পত্নীশিং অসি পোৎশক্তসু হায়বা য়াই পত্নী হায়রুবগী মরুদি প্রকৃতিগী কলা স্বরুপ অদ্যা

শক্তিনি। হায়বদি কার্ত্তিকেয় পত্নী যস্তি বহ্নিব পত্নী স্বাহা পিতৃগনের পত্নী স্বহা। বায়ুর পত্নী স্বস্তি আনন্ত দেবগী পত্নী তুষ্টি গনেশের পত্নী পুষ্টি যজ্ঞেব পত্নী দক্ষিনা যমের পত্নী ক্ষমা মদনের পত্নী রতি, সত্যের পত্নী উক্তি, অধমেব পত্নী মিথ্যা, ধর্ম্মের পত্নী মূর্ত্তি, বৈরাগ্য পত্নী সাংজ্ঞা, অসুম্না কলা স্বরুপ অসিবু পত্নী কৌনবতনি। মনুংগী ভাবতা পুরুষ প্রকৃতি শিব শক্তি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা বাধা কৃষ্ণ, কৃষ্ণ বাধা। ভাবতা আদিম জাতি আর্য্যাশিংনা শক্তি পূজা তৌদুনা লাকই, শৈব শাক্ত তন্ত্রদা শিব অমসুং অগ্নি শক্তি অন্নবয়ি সোম, সাযাব প্রকৃতি খঙনবে। অদুগা মাযাবু মহেশ্বব খঙনবে পববার্ত্ত কালদা তন্ত্র পুরান্দা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মনুংদা শক্তি দেবীসি (পঞ্চবাত্রে বর্ণিত শক্তি তত্ত্ব) (বাসদেবা তত্ত্ব) শ্রী হাযবদি লক্ষ্মী মক ওইনা অরাধনা পূজা তৌনবম্মী। লক্ষ্মীগী বর্ণন হিবনা বর্ণ হবিত কান্তি হরিনী রুপ ধাবিনী তন্দ্রবা প্রকাশ মনা হিবন্ময়ী। লক্ষ্মীবু আবাহন তৌরমই হৌভ্রিক ফাওবদা হিন্দুশিংগী য়ুম খুদিংদা লক্ষ্মী পূজা তৌবা তোক্কদ্রি। বিষ্ণু শক্তি লক্ষ্মী অসুম্না পঞ্চরাত্রদা শক্তি তত্ত্গী অলোচনা তৌই।

**কাশ্মির শৈব্য দশর্ন মোতে** — পবম শিববু পরম তত্ত্ব পবমাত্মা সমাহিত। শিবদি শক্তিমান্নি মহান্কী ইচ্ছামতে মানা যেংবা মক্তদা শিবনা ব্রহ্মাণ্ড অসি সৃষ্টি তৌবিবনি। মৈবী চান্নবগী শক্তি অদুগা মৈগা তোঙান্দে। অদুগুম্না শিবগা শক্তিগসু তোঙান্নবা লৈতে। শক্তি অদুমক্তা শিবগী দেহ রুপ ওইদুনা লৈ। শক্তিবু শিব সুখময হায়বদি শিবগী সুখরুপনি অমসুং ভাবি চবা চব বীজরুপিনী।

**শিবরুপ বিমর্শ নির্মলাদর্শ** - শিবগী ইচ্ছা অমদি কাম পূবন তৌবর্নি হায়দুনা শক্তিবু কৌরে বিমর্শ রুপিনী কামেশ্বরী ব্রহ্মাণ্ড গর্ভিনী পরমেশ্বরী কৌই। জ্ঞান রুপীনি ক্রিয়া রুপীনী আনন্দ রুপীনী সৃষ্টিগী। মুলদি আনন্দনি, নাবী পুরুষ মিলন দ্বারা কিছু সৃষ্টি দেখি। এই মিলন বাহ্য প্রাকৃযা মাত্র শিব নামগী আনন্দ হাযবসিনী। নিমিত্ত কারণ, উপাদান কাবণ আনন্দ শক্তিসি শিবগী স্বরুপ শক্তিনি। হায়বিবা আনন্দ ময়ী শক্তি অসিদি মায়াগী মথক্তা লৈখ্রবা মহামায়া শক্তি অদুবুনি। মযা শক্তি প্রাকৃত শক্তিদি আনন্দ ময়ী নৎতে।

**প্রমাণ শ্লোক – প্রসর শক্তি কল্লোল জগল্ল হরি কেলয়ে।**

শক্তিনা কল্লোলগী মযাইদা তোংলগা জগৎ . তাওদুনা পবমেশ্বরগী লীলা শান্নে। ধর্ম্মগী ইতিহাসদা দর্শনিক তত্ত্ব জন সাধাবণগী (লৌকিক) সমাজ সংস্কার বিশ্বাস আচার বিচাব প্রথা পদ্ধতি অসিগা লোইননা মখল অনীগী আত্ম প্রকাশ তৌই।

দর্শনিক দৃষ্টিদা শক্তিগা **শক্তিমানগা** খেন্নদা উদে। হাযবদি বিষ্ণুগা লক্ষ্মীগা অভিন্ন খেন্নদে শক্তি অদুমক **শক্তিমান** বিষ্ণু অদুমকনি। লৌকিক দৃষ্টিদনা বিষ্ণুগা লক্ষ্মীগবু স্বামী স্ত্রী ওইনা লৌই হাযবদি শক্তি অমসুং শক্তিমান স্বামী অমসুং স্ত্রী অদুনা দেবাদি দেব লাই মযাম অসি বিষ্ণুগী লক্ষ্মীনা পত্নী। অদুগা অমুক নাবদ পুবাণ কুর্ম্ম পুবাণদনা লক্ষ্মী সবস্বতী অসি শিব দুর্গাগী মচা নুপীনি হাযনা বর্ণন তৌই। মুর্ত্তি কল্পনা গজ লক্ষ্মীবু সমুদ্রগী মনুংদা নির্ণথিনা শাংলবা থম্বালগী মথক্তা লেপ্পা মাইবৈ অনীদা শামু অমোম অনীনা কপীনী মহা লক্ষ্মী সর্গে লক্ষ্মী বাজ ভুবনে বাজ লক্ষ্মী, মর্তে গৃহ লক্ষ্মী, সর্ব্ব প্রাণী অমসুং দ্রব্যে সভা স্বরূপ নৃপতিগনেব প্রভা স্বরূপ বনিকেব বানিজ্য স্বরূপ সর্ব্বেশ্বব হবি প্রদীপ (থাওমৈ) লক্ষ্মীজ্যোস্না (মঙাল) গোবিন্দ বাগ লক্ষ্মীবতি শন্না হাযববদা মীওইলগী জীব ঐখোইগী ভাবদা ভগবান শ্রীহবিবুনা পুরুষ, লক্ষ্মীবুনা স্ত্রী।

বিষ্ণু শক্তি শরূক অহুমনি। হলাদিনী সন্ধিনী সংবিত বিষ্ণুপুবাণদা বিষ্ণুগী পবা শক্তিবু প্রকৃতি কৌই। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুবাণদা প্রকৃতি খণ্ডগী ১বা অধ্যাযদা হাযবি প্র শব্দনা প্রকৃষ্ট বাচক কৃতি শব্দনা সৃষ্টি বাচক (ত্রিগুণাত্মিকা প্রকৃতি) শ্রুতিদা প্রশব্দ সত্ত্বগুণ বাচক কৃশব্দ, রজ গুণ বাচকতি শব্দ তম গুণ বাচক ত্রিগুণা স্বরূপ ওই। ব্রহ্মা বিষ্ণু, শিব, সৃষ্টি কার্য্যগীদমক আদ্যাশক্তি স্বরূপ ওইববা মুল প্রকৃতি অসিবু রূপ মঙা থোকহল্লে। দুর্গা, লক্ষ্মী, সবস্বতী, সাবিত্রী, বাধা প্রকৃতি শক্তিনি বিষ্ণু নিজের ভিতরে নিজে বিবাজ মান।

কেবলানুভবানন্দ স্বরূপ্তা গীতাদা হাযবি প্রকৃতি অসি ভগবানগী মাযানি মাযাসে ভগবান বিষ্ণুগী প্রাকৃত শক্তিনি। মাযাগা প্রকৃতিগা অমত্তা ওইনা উবা লৌবা যাদে। মাযাবু বিশ্ব ভুবন ব্যাপিনী ভ্রমশক্তিনি। বৈষ্ণবশিংনা মাযাবু ভ্রম হায়দদুনা বিলাস বিভ্রলীলাময ভগবান্না বিলাসগী দমক মায়া। তত্ত্ব দৃষ্টি ফংলবা

মীনদি উর্গনি পোৎশক অমগী মনুংদা পোৎ শুনা যাওবি। বরাহ পুরান্দ বিষ্ণুদা পৃথিবীনা হংই হে বিষ্ণু নহাক্কী মাযাসি ঐ মুন্না খঙনিংই। বিষ্ণুনা খুম্মি, ঐগী মাযা সিদি কনানসু খঙবা ঙমদে। **হে পৃথিবী নোং মহলগা তাবে আকাশতা মহ্দুনা লৈকববা তুংদা অদুদগী পৃথিবীদা তাদুনা পুমচোৎ চোৎলে অদুদগী অমুক দেশ অদুদা ঈশিং অমুক হেক্তা মকংই মসিনী ঐগী মাযা।** থানা খবা খব চাওখর্গনি পক্ষ অমদা অদুগা অমুক পক্ষ অমদা অসুম অসুম পিকর্থাদুনা আমাবস্যাদা মশক উদে। মসিনি ঐগী মযাগী তত্ত্ব।

ভগবানগী অসিগুম্ববা অচিন্ত আনন্দ মযা শক্তি থোক্লগদবা থৌদোক্কে হান্ননা খঙবা ঙমদে উহন্দে। থোক্লবা তুংদা উববদা খঙলক্নে মসি লীলাগী বৈচিত্র্যনি। ভগবানগী বিচিত্র লীলা বিশ্ব লীলা অসিমগী মাযা শক্তিঙনি মযা শক্তিদগী মুক্ত ফংননবগী উপায হাযববু ভগবৎ স্মরণ অমসুং কলিগী হরিনাম সংকীর্ত্তন নৎতনা অতৈ উপায লৈত্রে। সংসার সমুদ্রদা অমম্বা বাখন্দা চাওদুনা বুদ্ধি মাঙদুনা ওইন্দবনা শুম্বাৎতুনা লেপ্লিবসি মযা শক্তিননি। ভগবানগী আত্মভূতাবু পরা শক্তি অদু বিদ্যা মাযা শক্তি অদুকুনা অপরা শক্তি অবিদ্যা (লোকবিমোহিত) লোক বিমোহিনী অবিদ্যা পরা শক্তিবিদ্যা অদুনা মবম ওইদুনা মযা শক্তিদু মাঙহল্লি

**মথাদা সহজিযা খবদং হাযজগে** — সহজিযাশিংনা রাধা ভাব লৌবা হাযবসি নাযিকা ভজন্নি। নাযিকা ভজনগী তাৎপর্য্যদি রাধা ভজন হাযননি। পবস্পরে নাযক নাযিকা আসঙ্গ রতি। স্বত সিদ্ধ ভাবে হয ব্রজে বসাত (র্বত্রবিলাস) রতির স্বরূপ শ্রীরাধিকা সুন্দরী। কামের চিত্ত আকর্ষণ রূপের লহরি। রাগ মযিকনা। সাধক ওইবা হাযবদু তাববদি মনুংগী নাযক নাযিকাগী ভাব অদু মপান্দা পানশিন্দুনা নাযক নাযিকাগী ভাবতা রাধা কৃষ্ণগী স্বরূপ থম্মোইদা মশক লৌশিনগনি (উপলব্ধি)। মসি তৌনবসি অহানবদা ওইথেক্কে। মদু ওইবা ঙম্নবগী উপাযদি আরোপ সাধন অসিনি। অর্থাদি ত্রথোইনা উবিবা লৌবিবা রূপ অদুগী মনুংদা স্বরূপকী মপুংফারা স্বরূপ পুক্লিংদা চিংশিনবা লার্কশিনবা ঙমদ্রিমথৈদি স্বরূপকী মনুংদা আরোপ তৌগনি, হাযবদি নাযক নাযিকা অদুনা মশা মশাগী আরোপ। মশাগী সপূর্ণ রূপ অদুদা রাধা কৃষ্ণগী উপলব্ধি। তৌশ অদু থম্মোইদা লৌশিনবদু ঙমদ্রি ফাওবা নাযক নাযিকা অদুনা অমনা অমগী মনুংদা রাধাকৃষ্ণগী ভাব থমদুনা

সাধন তৌগনি। আরোপ তৌদুনা সাধন তৌগনি। ছাড়ি জপ-তপ সাধহ আরোপ একতা করে মনে প্রাপ্তি হবে মদন মোহন। স্বরুপ রুপেতে একত্র করিয়া মিশাল করিয়া দুবে সেইসে রতিতে একান্ত করিবে তবেসে শ্রীমতি পারে।

স্বরুপ আরোপ এই রস কুপ সকল সাধন পাব স্বরুপ বুঝিয়া সাধন করিলে সাধন হইতে পারে।

রুপকা স্বরুপকা খেন্নবা ভাব অদুবু লাপ্না থমদুনা আরোপকী মনুংদা স্বরুপ্তবু ভজন তৌবা ঙমদ্রবদি রাধা প্রাপ্তি সম্ভব ওইদে। নায়িকাবু রাধা হায়না লৌবা অমসুং মনুংদা স্বরুপ উপলব্ধি তৌবা হায়বসি ইরাই লাইবা অমা নত্তে।

রাধিকানা প্রেমগী আশ্রয় অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা শুপ্নগী প্রেমগী বিষয়। শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার অসিগী প্রয়োজন রহস্য অহুমনি। হায়বদি কৃষ্ণগা রাধাগা লীলা রস আস্বাদন তৌবদা শ্রীকৃষ্ণগী লোপ অহুম রাৎহৌরে। হন্দক গৌর অবতারদা উৎলিবা অসিনি লোপ অমা। রাধিকানা প্রেমগী আশ্রয়নি হায়বসিদা মদুগী মনুংদা করি মহিমা লৈবগে হায়বগী খংনিংবা অনুভব তৌবদগী গৌর অবতারদা বিষয় আশ্রয় অনীমক পুল্লপ্না প্রেমগী মহিমা আস্বাদন তৌনবনী।

অমনা 'অমুক শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী বিষয়নি হায়রে অদুগী মনুংদা লৈরিবা অদ্ভুত মধুরিমা 'বিষয় ওইরিবা মশানা আস্বাদন তৌবা ঙমদে। আশ্রয়না মরম ওইদুনা প্রেম বিষয়গী মাধুর্য্য অদু ফোংদোকলকই। রাধিকাগী প্রেম অদুতনা কৃষ্ণ সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য অদু চাওখৎলিবনি। অদুনা রাধা রুপ লৌদ্রবদি কৃষ্ণনা মাগী মনুংদা মশাগী মনুংদা লৈরিবা অনন্ত মাধুর্য্যবু মশানা আস্বাদন তৌনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগী ভাব কান্তি লৌদুনা গৌর অবতার তৌবনি।

অমনা শ্রীকৃষ্ণ রাধিকা মিলন্দা রাধাগী সর্ব্বাতিশায়ী সুখ অদু করম তৌরিগবা খংনিংবগী গৌরাঙ্গনা রাধাগী অঙ্গ কান্তি লৌদুনা সুখ অদু আস্বাদন তৌনবা হায়রিবা মিলন অসিদা ওইবা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদু অচম্বা মীওইবনা ফংবা কনাগুম্বদা ওইথোক্তে। রাধিকাগী মফমদা নৎতনদি কৃষ্ণগী মফমদা রাধিকাগী কাম লৈবনা রাধিকাবু কামেশ্বরী তৌইগুম্বসুং অধিরূঢ় মহাভাব রুপ ওইবী রাধিকাগী মফমদদি প্রকৃত কাম লেশ মাত্রসু পংলৈ লৈতে। অপ্রাকৃত কামনি বিশুদ্ধ নির্মল প্রেমনি।

কবিরাজ গোস্বামীনা হাযবা (প্রেমকাম) য়োৎকো সনাগা প্রমাণ তৌই। কাম হায়বসিনা আত্মন্দ্রিয় প্রতি ইচ্ছানি, প্রেম কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা অমনা অমম্বগী মশকনি অমসুং অতোপ্পনা প্রেম অরংবেনি অভাংনবনী। রাধাগী প্রেমদি কৃষ্ণসুখ তাৎপর্য্য, গোপী প্রেমদি কাম গন্ধ হীন নি। অতএব গোপিগনে নাহি কাম গন্ধ। কৃষ্ণ সুখ লাগি মাত্র কৃষ্ণ সে সম্বন্ধ। আত্মা সুখ দুখ গোপীর নাহিক বিচার। কৃষ্ণ সুখ দুখ গোপীর নাহিক বিচার। কৃষ্ণ সুখ হেতু চেষ্টা মনো ব্যবহার। কৃষ্ণ লাগী অবসর পরিত্যাগ। কৃষ্ণ সুখ তেতু কারে অনুরাগ। শ্রীবাধিকাগী অপ্রাকৃত অধ্যাত্মা মুর্ত্তিগী মহিমা অদু চৈতন্য যুগতা মপুংফানা ফোংদোকই। ভক্ত প্রবর শিশির কুমার ঘোষ শ্রীকালাচাঁন্দ গীতাদা অরাইবা লোন্দা হায়খি।

আবার দেখীছি এই জগমাঝে
যুগ্ম রুপেজী মাত্রেতে বিরাজে,
পুরুষ প্রকৃতি দেখি সব জীবে,
এই দুই ভাব ভগবানে হবে,
ভজনিয় যদি থাকে কোন জন,
অবশ্য হইবে মানুষ মতন,
তাব ছায়া মোবা যুগল সকল,
যার ছায়া সেত হইবে যুগল।

পৃথিবী বৃন্দাবন্দা গোপ গোপী রুপ্তা রাধা কৃষ্ণনা নুপা নুপীগী রুপ্তা লীলা শান্নখি। থাঙ্গেশেংবো অপ্রাকৃত প্রেম রুপ ওইবা লুপ্লবা থুপল্লবা রস অসিবু মীওইবগী মফমদা উৎকে অমসুং অনুভব তৌহনগে হায়বগীদমকনি দেহ থারি ওইরিবনি।

**বৈষ্ণব সহজিয়াশিংগী ভাব** – রাধা কৃষ্ণনা পরম রস তত্ত্ব আস্বাদন তৌননবগী বৃন্দাবন্দা গোপ গোপীগী রুপতা লীলা শান্নবত নৎতনা মীওইবগী নর নারী রুপ অসিদসু বিহার ওইদুনা লীলা শান্নরিবনী। তন্ত্রগীমোত্তা তন্ত্রমোত হিন্দু বৌদ্ধগী নিপা খুদিংগী স্বরুপ্তা শিব বিগ্রহনি। অদুগুম্বা নিপানা কৃষ্ণ বিগ্রহ, নুপীবুনা রাধা বিগ্রহ ওইরে। অমুক তন্ত্রগী কলপনা অমনা ধর্ম্ম নারী শ্বর তত্ত্ব তাযবদি জীবগী মনুংদা ঈশ্বরনা অর্ধনারী শ্বর ওইনা বিরাজিত ওইদুনা লৈরিবসিনি।

দেহগী য়েৎথংবা অঙ্গনা শিব, ঈশ্বব ওইথংবনা শক্তি নারী। বৈষ্ণব সহজিয়াশিংনা অমুক পুথোকইবনা দক্ষিণ, য়েৎথংবা মিৎতা কৃষ্ণ, ওইথংবা মিৎতা রাধাগী স্থান ওইহল্লি। শ্যামকুণ্ড, রাধা কুণ্ড হায়নসু, বামে রাধা, দাহিনে কৃষ্ণ দেখী বসিক যেন। এইনেত্রে বিরাজমান। রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড দুই নেত্রে হয়। সজল নয়ন দ্বাবে ভাবে প্রেম আস্বাদয়।

মীওইবগী নিপা নিপিগী মনুংদা রাধা কৃষ্ণগী বসগী লীলাগা লৈরিবা মওং অসি নিংথিনা খঙগে হাযববদি স্বরূপ লীলা অমসুং শ্রীরূপ লীলা অনীসিবু নিংথিনা ভাব তানা খঙনবা হোৎনবা তাই। প্রকৃত জগৎ অসিদা পুরুষ অমগী মপানগী রুপ লৈবে, রুপ অদুগী মনুংদা লৈরিবদু আশ্রয় তৌনবা স্বরূপ অমা লৈ। মদু কৃষ্ণ স্বরূপ অদুগা নাবী রুপ, রুপ অদুগী মনুংদা লৈরিবদু বাধা স্বরূপ। রুপকা স্বরূপকা অনীগী হোংদোক হোংজিন ওয়োক ওক্সিন তত্ত্ব অদুগী সাধনা তৌবগা খঙবা তাই। স্বরূপতি অমতনি অনীনা অমতা ওইবগী ভাব পুরকনবগীদমক্তা নব নাবী মিলনগী ভাব লৌদুনা প্রেমগী লীলা পুথোক্লুনা লাইনা রস আস্বাদন তৌনবনি।

সাধক-সাধকশিংনা সাধন তৌবদা শ্রীরূপকী ভাবতা লৈবগা স্বরূপকী লেংদবা ভাব লৈহল্লি। সনাবু মৈ ইকলগা ইকথোক ইকথোক্লুনা মশাগী অশেংবা তরু-তরুবা ভাব সম রস অদু ওইরকপা মদুনি ব্রজগী মহাভাব স্বরূপ। মর্ত্য হায়বনা প্রকৃত অদুগা বৃন্দাবন হাযবগা অপ্রাকৃত অনী অসিগী মনুংদা করি ভেদ লৈবা হাযবদু ভাব অদু সাধনা তৌবগা মুৎথৎপা ঙমনবি। হাযবদি প্রাকৃত সাধনাদি তৌবগা অপ্রাকৃত রুপ অদুগী মনুংগী ভাবনা পুরকপা ঙমই। নিত্য বৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণবু তত্ত্ব মূর্ত্তি অনী ওইবে। বৈষ্ণব সহজিয়া শিংনা তত্ত্ব অনীসিবু পুরুষ প্রকৃতি তত্ত্ব ওইনা লৌই। বস অমদনা লাগীহয়া দুইমূর্ত্তি। এই হেতু কৃষ্ণ হয় পুরুষ প্রকৃতি-প্রকৃতি না হইলে কৃষ্ণ সেবা জন্য নয়। এই হেতু প্রকৃতি ভাব করয়ে আশ্রয। আৰ্দ্ধ অঙ্গ হইতে আনি প্রকৃতি হইব। অংশিনী রাধার নাম তাহার হইব। অপনী বসের মূর্ত্তি কবিব ধাবান। রস আস্বাদিব আমি করিয়া যতন।

তন্ত্র পুবাণ উপনিষদনচিংবদা প্রতি ধ্বনি উবা ফংই। মদুদি দেবতা অমনা মশাগী বমনেচ্ছাদু উৎনবগীদমক রুপ অনী ধাবন তৌবনি। ভারতকী ধর্ম্ম পুম্নমক্তা মনুংগী দৃঢ় বিশ্বাস অসি লৈবা ঙাক্তনি। বৈষ্ণব সহজীয়াগী মোৎতা অথোইবা

ইচেল অমদগী ইচেল অনী লোংথোকপতনি। চেল্লিবা পোৎশক অদুদি অমতনি। অদুনা নর নারীগী প্রেম্বু অমুক অপ্রাকৃত ওইনা লৌদুনা রাধা কৃষ্ণগী মনুংদা ইচেল অমতবু ইচেল অনী ওইনা লৌদুনা প্রেম লীলা শান্নবনি। নির্ম্মল তম ওইরবা শেংলবা চেল্লিবা প্রেম ধারা অনীসিবু অমুক অমতা ওইনা লৌবা গুপ্তগা ব্রজগী যুগোল প্রেমবু আস্বাদন তৌবা ফংই।

**চণ্ডীদাস পদাবলী** — প্রেম শরুবরে দুইটি ধারা আস্বাদন করে রসিক যারা। দুই ধারা যখন একত্রে থাকে তখন রসিক যুগল দেখে।

অসুমনা সহজিয়াশিংনা লৌই মদুদি ধারা ইচেল অনীসিবু পুরুষ প্রকৃতি রাধা কৃষ্ণ অমুক রসবতী রসগী তাৎপর্য হায়রগা আস্বাদন তৌনবা রুপকী রস স্বরুপিনী অদুগা রাধানা রস অদুগী বিষয়নি। হায়বদি অরাইবা ভাবতা অমতা তানিংদ্রবদি রস ফংদ্রে। চানিংদ্রবদি মহাও খংনা চাদ্রে। অদুনা নিংবা হায়বা রতি অদু লৈত্রবদি রস স্বরুপ অদু লৌবা উবা ঙম্বা। নিংনবা অমদা কৃষ্ণনা রাধাবু কাম মদন কৌই। কাম শব্দগী অর্থদি প্রেম হায়বনি। প্রেম স্বরুপনি মদনা (কাম) প্রেমগী মাইকৈদা আকর্ষণ তৌই, চিংশিল্লি। সাধনগী ভাবতনা নায়ক নায়িকা হায়না লৌরে। নায়ক রস কাম ওইরে, নয়িকানা মদন রতি ওইরে, অমতা ওইনা অমুক লৌদুনা রস রতি নত্রগা কাম মদনা অমসুং নায়ক নায়িকা হায়না রুপ লৌদুনা নিত্য লীলা বিলাস তৌই।

সেই রুপেতে করে কুঞ্জেতে বিহার।
সেই কৃষ্ণ এই রাধা একই আকার।।
রাধা হইতে নিরাকার রসের স্বরুপ।
এতএব দুই রুপ হয় এক রুপ।।
রতির স্বরুপ রাধিকা সুন্দরী।
কামের চিত (আকষর্ন) অক্রর্ধয় রুপের লহরি।।

হৌজিক্তি মথক্তা নৈনরিবা খরদং অসিনা খঙবা হায়বদু ওইবা য়ারে। কলিযুক্তা বেদনা মরু ওইরগা তন্ত্রগী বিধান্না উপাসনা তৌগনি হায়বা। নানা তন্ত্র বিধানেন কালাবপি তথা শৃনুং।

**শ্রীভগবৎলো তাকপা** — কৃষ্ণ বর্ণংত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদং, যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তিহিসুমেধসঃ।

১। শ্রীকৃষ্ণ লীলা অপুম্বগী মনুংদা নর লীলানা অথোইবনি হাযখ্রে।

২। কৃষ্ণ রূপ অতৈদগী শ্যামরূপ্না অথোইবনি হায়খ্রে।

৩। কৃষ্ণগী লৈফম অপুম্বদগী বৃদাবননা অথোইবনি হাযখ্রে।

৪। কৃষ্ণগী বযস অপুম্বদগী পৌগণ্ড কৈশোরনা অথোইবনি হাযনা লৌরে।

৫। রস পুম্নমক্কী মনুংদগী মধুর রসনা অহেনবনি লৌবে।

মসিদগী রাগ মার্গ, নিত্য লীলা, অষ্টকাল সেবা, অহরাত্রি শ্রী ভগবানগী উপাসনা চৌষষ্টি রসনা তৌবনা অথোইবনী হাযনা লৌদুনা শ্রীগুরুদেব ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীহরিবু মীযাম তিন্নদুনা যন্ত্রনচিংবগী খোঞ্জেল্না নিংথিনা চলন( চোলোম) মুদ্রা পুথোক্লুনা মহাক্কী গুণ লীলা নাম্বু শকপা শোনবনা মহাক্কী যজ্ঞ হাযবদি পূজাগী পোৎলম ওইদুনা উপাসনা তৌই। মসিনা মৈতৈ জাতি ঐখোইগী লান্নবা লম্বেল ওইবসি হাযদুনা মী জ্ঞান লৈবা সাধুশিং পুম্নমক্না যানদুনা প্রেম ভক্তিগী অথোইবা রসবু জীবগী লান্নবা পোকপদগী শিবা ফাওবগী ধর্ম্ম পুম্নমক্কী যজ্ঞবু শ্রী শ্রী হরি সংকীর্ত্তন্না ওইখি।

**বিশেষ** - ঐগী উবিবা মশক অসি সাধক দেহ নি। মাসু মানা অউবা মশক অসিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী থৌগল তৌবিবা শ্রী গুরুগী শ্রীমূর্ত্তিবু নিংশিংগনি সিদ্ধ দেহনা। শ্রীগুরুনা পিনবিবা মশক্না শ্রীগুরুরূপা সখীগী নাক্তা লৈদুনা হাযখ্রবা মতম নিপালগী লীলাবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ভাবী ওইনা নিংশিঙ্গনি। মতম নিপানগী লীলা অসি নীতিগী ইকাই কাইদনা বাধা কৃষ্ণনা শান্নে অসুম্না নিংগনি। কীর্ত্তন বিচারনচিংবা হরি সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি পঞ্চতত্ত্বনচিংবা হরি সংকীর্ত্তনগী পঞ্চ তত্ত্বনচিংবা মরম পুম্নমক শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীনা ফোংবা কীর্ত্তন বিচারদা ইবি।

শ্রীকৃষ্ণজন্ম অমসুং মতুং নন্দ উৎসব, থৌবান্নীজন্ম অমসুং মতুং বৃষভানু উৎসব হাযাখ্রবা নুমিৎ মর্দিনী অসি অষ্ট কাল লীলা অসি তৌদে। অদুম্না শ্রী পঞ্চমীদগীনা পূর্ণিমা ফাওবা অমসুং মতুং ১৫ শুপ্না ২৬ নি অসি, মথক্কী নুমিৎ ৪ অসিগা নুমিৎ ৩০ নি অসিদা গোচারণ লীলা শ্রীমতিগী সূর্য্যপূজা তৌদে। অপুম্বা গৌড়ীয বৈষ্ণবশিংনা চৎনৈ। মসিদগী খরদং হেনজিনবা রাত্রে

খণ্ডবিনিংলবদি শ্রী পণ্ডিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মাগী সংকীৰ্ত্তন মহা যজ্ঞ হায়বা লাইরিক মচা অদুদা য়েংবিয়ু, মদুদগীসু খর খণ্ডনিংঙাই লৈ।

হৌজিক্তি রাধাকৃষ্ণ কবি পোৎশকনো, শিবদুর্গা, ব্রহ্মা সাবিত্রী, বিষ্ণু লক্ষ্মী কদাইব্ৰু কৌবগে হায়বসি মথক্কী ৰাহে শাস্ত্রগী মোত য়েংনদুনা ভাব তারদুনা ভক্তগী অমতা ঙাইরবা প্রেমগী মূৰ্ত্তি রসরাজ মহাভাব রাধাকৃষ্ণ গোলোক বৃন্দাবন ধাম্না মথাগী ১/২/৩/ অসিনা সংসাব নর লীলা মর্ত্ত ভূমিদা লৈদুনা নর লীলাগী মনুংদা উৰ্দ্ধ রেত পুখত্তুনা সাধনা তৌনবা শ্রীহরিসংকীৰ্ত্তন মহাযজ্ঞ জীবগী লান্নবা জীবাত্মানা পরমাত্মাদা চংজবা বাগ মাৰ্গগী লম্বেনবু নিত্য লীলা পুথোক্তুনা যুগল রুপ্তু উপাসনা তৌদুনা আত্মা সমৰ্পন তৌবনা জীবগী অথোইবা ধৰ্ম্মনি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা অহানবমক সাধক্লা নট পালা হায়না মিংথোন্দুনা শ্রীহবি সংকীৰ্ত্তনগী মূৰ্ত্তিনা মহাবাজ বৈষ্ণব ধৰ্ম্মগী অথেংবা রসবাজ মহাভাবপু শ্রী শ্রী গোবিন্দগী স্নায়াথং ইং ১৭৭৬ তা মীয়াম ব্রহ্ম সভানা অঙম অথৌ প্রজা মযাম তিন্দুনা নট পালা, পালাহন, স্নাপালা শ্রীযুতনা পুঙ থোন্দুনা ওঝা প্রেমানন্দনা থৌগল তৌদুনা মতোন ইবুংঙো ওঝা ভৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হন্দুনা ওঝা শ্রীধরশাইনা দুহার চৎতুনা নট পালা হৌদোকখি। মতুংগী রাসগী থৌরম্না শ্রীমতী হরিমতি মহারানীনা মকোক, মচা ইবেম্মা বিম্বাবতী সীজ লাইবোইবীনা রাধা (থৌরানী) শাদুনা হরি সংকীৰ্ত্তন বৈষ্ণব ধৰ্ম্মবু শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কচ্চখি।

**হরি সংকীৰ্ত্তন মূৰ্ত্তি নিরূপণ** — 'রাধা' ইবেম্মা মহাক্কী রূপ্না বৈষ্ণবকী মশকনি। ইবেম্মা মহাক্কী য়াথংনা (শ্রীমুখনা) শ্রীগুরুগী মশক্তি, ইবেম্মা মহাক্কী ভাব অতিমৃদুল ওইবা মশক্না ভক্তগী রূপ্নি। অসিগুম্বা রাধা রুপ্পু রাধা ভাব কান্তি ওইরিবা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরন্দা চংজনবা শ্রী গুরুগী কৃপাদগী মহামন্ত্র দীক্ষা তৌজদুনা শিক্ষা গুরুগী মফমদগী শিক্ষা তৌজরগা গায়ত্রী সাবিত্রীগী মূৰ্ত্তি উপাসনা মীওইবগী দশকৰ্ম্ম শেংদোক্তুনা হকচাংবু দ্বাদশ তিলক্না বৃন্দাবন দ্বাদশ বন নিরূপণ তৌদুনা শ্রীগুরু রূপা সখিগী লোইনবা অনুগাসখিগী রুপ্পু লৌরগা মপান্দনা শ্রীশ্রী গৌরাঙ্গগী পাৰ্বদগণ ওইদুনা শ্রীশ্রীহরিসংকীৰ্ত্তন প্রেম মূৰ্ত্তি ভগবানবু উপাসনা তৌজখি। অসিগুম্বা ধৰ্ম্ম অসিবু বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম প্রেম সাধন মহামুল্য অসি জীবনা ইলাই লাইনা ফংবা ঙমদে। মপোক কয়া কয়া তৌজরকপা পুণ্যনা হন্দক্কী মপোক্তা ইৰা ৰাদনা সভাগী মকোক খোংজরে হায়বসি জ্ঞান লৈবা সাধুশিংনা খঙনরি।

কৃষ্ণ কদাইদা লৈ, সাধুসঙ্গ বাধা কদাইদা শ্রীগুরুগী কৃপা, মহামন্ত্র কবিনো? হবিনাম সোলনাম, গায়ত্রী কবিনো, কাম গাযত্রী, ঐগী মন্ত্র কবিনো (শ্রীঅঙ্গ অনঙ্গ তবঙ্গ)। মতৌ অসুম তৌদুনা জীবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা কবি তৌবা হৌনৈ হাযবদু বেদগী নিযম মতুং ইন্না ব্রহ্মান্না চহি ৮ দগী ক্ষত্রিনা চহি ১২ দগী, বৈশ্য শুদ্রনা চহি ১৫ দগী অসুম্না দীক্ষা ফংদুনা চহি ১২ অমনা শিক্ষা ব্রহ্মাচার্য্য তৌদুনা ঈশ্বরগী সেবা যাওননবা হোৎনজগনি। মসিবু মৈতৈ ঐখোইগীদি লাইবক ফব্দনা পোকপা নুমিৎতা অস্তাংগী নাকোংদা মহামন্ত্র নাম কার্মবিদুনা কৃষ্ণ ভক্তি ওইববনা মীবোন থোকপদগী ঈশ্বব সেবাগী থোইনা থীকদ্রে। মক মক ওইবা লাব্রবতদা আচার্য্য ফংনবগী লম্বেল যেংলকই তৌই। শাস্ত্রগী দশবিধ কর্ম্মনা শেংদোক্লেশ মীদি ঈশ্বব সেবা যাদে। ব্রহ্ম মশক খঙবব্রাহ্মণ কৌই। অদুবু হৌজিক্তি সত্বগী মওংগুম্না ব্রাহ্মণ্না পোকপবু ব্রাহ্মণগী ধাবাবু ব্রহ্মাগী ধাবাবু ব্রহ্মনি হাযনা লৌনখ্রে।

**শ্রীহবি সংকীর্ত্তন বাগ অচৌবা** — বৈষ্ণব ধর্ম্মগী বাগ অচৌবা অনুবা মবি মথং গুরুঘাট। মৈতৈ ধর্ম্মগী চুক মবি লাই শাগৎপা, লাই লৌখৎপা, অনুবা মবিগী মথংদা মহাব্রহ্মেল মথংদা সঞ্চার ১৪ চৌদ্দমান্দল চৌদ্দভুবণ শন্দোকই। মথং মেন, মেনকুপ তাদুনা মৈতৈগী জগোয লাইবেন মথেক ঔগ্রি হঙ্গেল, খুফমনিবা, অবা অনা ফংবা অদুগা নুংঙাই যাইফবগী খুদম লৈবা ঐখোইগী থাঙ্গৈশেংবা মবোন্নি। মসিবু কৃপা নৈনবিদুনা ঋষিগী মশক ওইববা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লেপলমলে। মথং গুরু ঘাট তাদুনা মবম তকক্সা মূর্ত্তি লিংখৎলমলে। ব্রহ্মেল গাওদ্রগনা বাগ অচৌবা হাযদুনা অনুবা মবিগী মথং গুরুঘাট তাদুনা বসবাক্ত মুত্তিবু সাধন্দা খমলগা মথং মথং জীব সঞ্চাব একাদশ ইন্দ্রি, পঞ্চপ্রাণ সঞ্চারী তৌদুনা বাগ অদুনা শ্রীগুরু গৌবাঙ্গবু আবাহন তৌদুনা তানচপ মেনকুপ তাদুনা ব্যোমমূর্ত্তি ভগবানবু শাগৎলগা দেব (সেনাপতি) কার্ত্তিক সঞ্চাব হাযনা নিংশিংদুনা সংকীর্ত্তনগী সিদ্ধি লৈভনবা সাধন তৌই। অসিনি সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি।

মথংদা শাল, ঘোব হাঞ্জন্দুনা মখাগী তিনতাল, মেন, তাঞ্চপ, মেনকুপ স্বাধিন, বিজযপোংশক তবেং মথংশিংনা অলঙ্কাব কযাগা লোইননা হবি সংকীর্ত্তন মূর্ত্তি শাগৎপিবমই। মসিগী মবোন অকুপ্পদি গুরু কৃপা, ওঝাগী কৃপা সাধু সঙ্গদা ফংগনি হাযনা থাদ্বিলমই।

মথংদা রাসগী ভঙ্গি পরেং হায়না কাম গায়ত্রীগী মনুংদা মৈতৈগী লাই হরাওবগী খুৎথেক শাথেক পুন্নমক্কা লোইননা রাস কীর্ত্তন, রাগ, মেন, তানচপ, ভঙ্গি পরেং, চালি, মেনকুপ হায়না পোৎলম তরুক অসিগী রাস কীর্ত্তন ভগবানগী মূর্ত্তি পুথোকপিরম্মী। মথংদি কৃপা ওইনা শ্রীগোবিন্দনা ওঝাশিংগী থম্মোইদা লেংশিনবিদুনা নিংঙকপা পুন্নমক সিদ্ধ ওইহনবিদুনা ঙসি ফাওবা মহা সমুদ্রগী মশক ওইখ্রবা শ্রীহরি সংকীর্ত্তননা পৃথিবীদা অনী শুদনা ঙাল্লি।

শ্রী ভাগবদকী ভক্তি ধর্ম্ম, ধর্ম্ম অসিগী মনুংচনবা লাইরিক কয়া চৈতন্য চরিতামৃত , চৈতন্য ভাগবদ, ভক্তি তত্ত্বসার, বৃহৎভক্তি তত্ত্বসার, ভক্তি রত্নাকর, ভক্তি রসামৃত সিন্ধু, বিন্দু, প্রেমভক্তি চন্দ্রিকা, নিত্য ক্রিয়া পদ্ধতি, ক্রিয়া কাণ্ড বারিধি, গীত গোবিন্দ, মঙ্গল পদ কলপতরু, পদকল্প লতিকা অসিনচিংবা লাইরিক ময়াম অসি মতম অসিদা থিদুনা য়েংদুনা খুৎই লাইরিক কয়া কয়া মনিপুরদা মৈতৈ চে আগরবাক, মতম কুইনা চৎননবা লাইরিক থীবা হায়বা, হায়না মৈতৈগী বাগ সুরদা পেনাদা, খুৎলং ঈশৈদা, ছন্দ খর থৈদোক থৈজিন তৌদুনা অরিবগীনা নট পালা অমসুং সনা পালা নট পালা হায়না মওং মওং চখদুনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল অমসুং থা ১২ ঋতু তরুক্কী অসুন্না সেবা ওইগনি হায়না লেপ্পবম্বা কোর্ব্বেক অদুনা হোলি ফাওবা ইবিবমদুনা ঙসি ফাওবা শ্রীগোবিন্দগী সেবা চৎপা লোইশংগী ওঝাশিংনা সেবা চৎলি।

মতম অসিদা বিদেশগী লাইবিকশিং অসি চৎলকলে। কবম তৌবগা ভক্তি হাযবদু ওইগদগে হাযবা অদু থাজবগা, ধর্ম্মসি অনৌবা ওইবগা যামনা চেকশিন্না গুরু কৃপা ফংনবা হোৎনরমই। মসি য়ৌরবা ফাওবদা মৈতৈনা মৈতৈ ধর্ম্ম থাদে। পুন্নমক মৈতৈদা তিনশিল্লকপনি হায়বসি তশেংনা খংঙি।

সংসার চক্রগী মতুং ইন্না মতম মতমগী অওনবা কয়া ওনখ্রবসু থাঙ্গৈশেংবা মৈতৈ ধর্ম্মদি ওন্দে হাযবসি নট পালানা তাকই। যাম্না কুপ্না যেংশিনর্বিরবদি উগনি। মসিগী মখাদা অতৈ শৈসক ময়াম ধোপ, মনোহরশাই, কালাব্রাতিনচিংবা অনৌ অনৌবা হোংলকই। খ্বাইনা য়াম্না পাম্বনা চৎলকইবা পুন্নমক সাহিত্য ময়াম বিদেশীগী মতৌ তম্বনী। মৈতৈ লোন্না শকলকপবু মৈতৈগী নত্তে হাযবসি তশেংনা খংই, উরুবদগী তাকবদগী থম্মোইনা অপাম্বা পোক্তুনা পুকনিংগী বাখল পুন্নমক মপান্দা ফোংদোকলকই। আধুনিক অসি মৈতৈগী নৎতে।

২. **লাই হরাওবা অমসুং হরি সংকীর্ত্তন** — ধ্রুমেনগী সঞ্চার ৬ শুবদগী ব্রাহ্মণ ৬/৭ না দীউতি পায়দুনা সংকীর্ত্তন ময়াইদা দধি ভাণ্ড পুদুনা শঙ্গোম অফম্বা য়াইঙং য়াওবা ধুপদীপ, লৈ, কবোক অফাবা অসিনচিংবা পোৎলম হৈনৌ মনা বেদগী মতুংইন্না দধি মঙ্গল তৌই। মৈতৈগী লাই হরাওবগী ঈশিংদগী লাই লৌখৎপা, লাই শাগৎপা, লাংথ্রে, তাইরেন মনা, লফোই, চু, হৈ পোৎলম কয়ানা শাগৎলি। মসিসু চুক মরি পূজা তৌদুনা তৌরিবা অসিগা য়েংনদুনা মনুংগী অর্থ পুন্নমক মান্নে হায়দুনা লাইরেন মথেক্লাচিংবা ঔগ্রি হঙ্গেল ভগোয় শাদুনা হরাওবা ফোংদোকই। খোঙলোন অমা খুৎলোন অমা কাইবগী হৌজিক হৌজিক্কী প্রসিদ্ধ ওইরিবা মৈতৈগী হরিসংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ শ্রীমদ ভাগবদমক থীবদা সংকীর্ত্তন্না হৌবগা সংকীর্ত্তন্না লোইশিল্লি।

কলিগীদমক সংকীর্ত্তন যাওরিবানো হায়রবদা নামগা নামীগা খেন্নদে সংকীর্ত্তন্না মগুণ হেনবদি মীওইবগী কায়, মন, বাচিক, মখোল খোকপা (যন্ত্র) পুং, করতাল, মোইবুং পোৎলম ৬ আস শুবনা কলিদদি হরিসংকীর্ত্তন্না মক ওইবনি। মসিদগী অমুক চেকশিনবা ফিজেৎ চাকচা মক মরু ওইবা অমুক খন্থবিদুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী পার্ষদগণ ওইবা য়ানবগীদমক ত্রিকশ্চ ফিদোন অহুম তাবা ফিজেৎ খাংয়েৎ ফিন্না অনী, ফৈজোম গুঞ্জাগী ফিদোন মনা অহুম অসি লৌরমই। মসিদগী অমুক মমৈদা নরসিংহ মহারাজগী হাকতক্তা নামৈ লৈবা লাকপদগী খাংয়েৎ ফিদোন অমদি নামৈগী ফিদোম্না শিল্লকলে।

মমাংঙৈদা ফৈজোম অসি খুদুপ ৮ খক্ত শাংনরমই। নামৈ লৈবা লাকপদগী নামৈদা ফিহেনখিদুনা খুদুপ অনিমখাই অহুমলোম শম্বা তারমই। মরম অদুদগী ফৈজোম খোংদাই হৌদোকখী। মসি ময়াম্না মাল্লবনা য়াম্না ফজনা থোকখি। মতুংদা ফি ঠান্ ওইনা শেৎতোক্লুনা যোল্লক্রবা ফাওবদা থৌওইনা খোংদাই হায়না ময়াইদা শেৎতোক্লুনা খোংদাই তাযবা চৎনখী। কোয়েৎকী মরম্না পাখঙবা ফৈদিগী মরমদা ফৈয়েৎ হায়না লৌরকই। মমাংগী কোয়েৎনা তোলোক চিনবা হায়নরমই। পেনা শকপনা লিশেং লিকখাইনা য়েৎলমই। সংকীর্ত্তনগী কোয়েৎনা লানগী ফিমুনা য়েৎপা লানমীগী ফিজোন্দা পালাগীদমক অঙৌবনা য়েৎলমই।

মদুদগী মথং মথং মতমগী মতুংইন্না ফি ফজবা অপাবসু থোরককলে। মতুংদা শুশ্ব চাম্রংতাবী হাযনা লাকপনা শলাই হাযনা খুৎযেৎ অহমনা যেৎলককলে। মথংদা শলাই মতেক থোরককলে। সংকীর্ত্তনগী মওং যেংনা কোযেৎ মচা অচৌবা হাযনা শিজিন্নখ্রে। মথংদা ওইনা নম্বী অমসুং থৌগন কোযেৎ হাযনা মওং মওং মতম মতমগী শিজিন্নখিদুনা হৌজিক ফাওবদা ওইবী। মওং অসিগী মতাং মতাং চাবদা অকুপ্পা মরোন ইজ্ববক্কনি। অসুম তৌদুনা শেংদোবকপা নটকী ফিজেৎ নটববেশ লৈচন্দন গাযত্রীনা লৈতেংবা ফিজেৎ ঙাক্তা তুলশী মালা হকচাংদা চন্দন ছাপা দ্বাদশ তিলক, লেংবান ফৈগন যৌবা নগুন, থবাক খ্বাং যৌবা লৈ পবেং, লাইবক্তা চন্দন সম্প্রদায মশক খঙনবা বানা নাইনা লৈহাওগী মওংদা নরোত্তম ঠাকুব মহাশযগী সম্প্রদাযগী মতুং ইন্না চৎলকইবা অসিনা ঠাকুব মহাশযগী লাংলোন ওইবে হাযনা মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্রবু মী পুম্নমক প্রজা পুম্নমক্না লৌনখি। স্বর্গাবোহন খেত্তবি গঙ্গা মপান্দা নবোত্তমগী স্মশান্দ দেহ ত্যাগ তৌখি। মসিগী অকুপ্পা মবোল পুম্নমক মৈতৈ পুবান্দা ফংবিগনী।

অসুম তৌদুনা শ্রীহবিসংকীর্ত্তন চাওখৎলক্রবদা মজা ইবেম্মা বিশ্বাবতীনা মমা মহাবাণীগী মফমদা হঙ্গৎলৈ। ইমা ইবেম্মা পাবুং মহাবাজদা অমুক্তং হঙ্গথপিয়ু ননাই ঐদি কিজে হঙ্গৎচবা ঙমদ্রে হাযববদা, ইবেম্মা কবিনো কবি হঙ্গৎলুগে হাযববদা, ইমা ইবেম্মা ঐনা পামজখ্রেদা পাবুং মহাবাজনা নট পালা হাযনা সংকীর্ত্তন, ঈশ্ববগী নাম রূপ লীলাদা কীর্ত্তন তৌদোকলিবসি, ইমা ইবেম্মনা পাবুংদা অমুক্তং হঙ্গৎপিদুনা ননাই ঐখোইবুসু ইবুংঙোগী নাম গুণ রূপ লীলা অসি সংকীর্ত্তন অমং কৎচনিংখ্রেদা। ইমাগী কৃপা মঙাইবে হাযনা হঙ্গৎলবদা, মমানা-মচাগী নুংশিবা প্রেম খাঙবা যাদদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী চবন্দা নোঞ্জবা বাহৈনা মচাইবেম্মগী পুকনিংগী বাহৈ পুম্নমক হঙ্গৎচবে। মদু তাবদা মহাবাজনা মহাবানী, ইচানা হাযবিবসি হৌনদে তৌহৈদে ইচাবু শাওদনবা থেমজিন্নু। মসিগী অকুপ্পা মবোল অদু ঐ খবদং হাযগে। হকচাংগী অঙ্গ দশকর্ম্ম শুদনা ঈশ্ববগী সেবা যাদে নুপী হাযবা, অঙাং হাযবা অসি অমতনি সংকীর্ত্তন অঙ্গ ভঙ্গ ওইগনি। মবম অদুনা তৌহৈদে হাযবনি মনুংদা মবোল অকুপ্পা যাম্না লৈবি। হাযদুনা সনা যাথং তাকপিবকলে।

মহাবানি হক্লকলে মচা ইবেম্মদা তমলবে। মদুদগী মচা ইবেম্মনা শ্রীগোবিন্দগী শ্রী চবন্দা প্রেমগী ধাবা শিন্থদুনা প্রার্থনা তৌজখি। মদুগী অহিংদা ভাগ্যচন্দ্রগী

স্বপন্দা শ্রীগোবিন্দনা লেংঙক্লুনা, মহারাজ নচা ইবেম্মনা সংকীর্ত্তন অমতং কৎচগে লিংখৎচগে হায়ববু মহারাজনা য়াবিদে হায়না ঐঙোন্দা য়াম্না পার্থনা তৌরে। মাগী মনিং অমুক্তা থুংহনবিয়ু। সহজিয়া ধর্ম্ম হায়না লৈবদু মহারাজ য়েংশিল্লু। নুপী নিপা চংনা নাম শোনগদবনি। অদুম্নদি ওইরগা নুপী ঙাক্তনদি সংকীর্ত্তন য়াদে। অহানবদা নিপা পাল্লানা (নট রাগ) মুল রাগ হৌরগা গৌরচন্দ্রিকা অমসুং তিস্তাল, মেন, তাঞ্চপ, মেনকুপ অসিনচিংবা লোইরবা মতুংদা অমুক অখণ্ড অহে ওঝা য়াওনা মকোক চিংহল্লগা রাগ অচৌবগী মহুৎতা, নদিয়া রাগিনী হৌদুনা সংকীর্ত্তন হৌগনি। মতুংদা সঞ্চার য়াওররোই। তিনতাল, রাজমেনগী মহুৎ, ভুষনা মেন মথং মথং তানচপ, মেনকুপ চালি, হায়না পোংশক ৬ না সংকীর্ত্তন কৎহল্লু। পালা মকোই পরেং কাইদনা রাগ লোইরগা ফমথদুনা সংকীর্ত্তন তৌগদবনি হায়না শ্রীগোবিন্দনা তুরিয় অবস্থাদা মনাইদা তাকপিরমই। অরোইবদা হান্না হৌখিবা নূপা পালানা (বিজয়) লোইশিনগদবনি।

ভাগ্যচন্দ্রনা মংফাওনৈ, নয়ন্দা প্রেম ধারা শিন্থদুনা মহারানীবু কৌরকই সনা য়াথং ফংজরবদা মহারানী চংলকই। রানী, ইচানা মপুকনিংদা লেপখ্রমাম্লে ইচাগী নিংবা থুংলসনু ইবুংঙোনা ঐগী মঙদা লোইনা তাকপিরমলে। ইচাদি বারম্লগনি মপাবুংনা হায়রকই। হয়েংদগী হৌনা ওঝাশিং ময়াম কৌখৎতুনা ইচাগীদমক সংকীর্ত্তন হৌরগনি হায়না সনা য়াথং লাওথোকলে। মহারাজগী সনা য়াথং মতুংইন্না মতুংদা ওঝাশিং কৌখৎতুনা রাসগী মবেম্মশিং কয়ানা পালা ওইদুনা মমিংবু রাসেশ্বরী পালা হায়না হৌনবী চৎনবী কয়াগী মনুংচনবা মজা ইবেম্মগী পালা লিংখৎতুনা করতাল মন্দিলাদগী খরা হেন্না চাওবা মরী অশাংবা পান্দুনা নদিয়া রাগ হৌদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখী। মসি শমলপ্পা ইজরে।

মতুংদা থা তরানিথোইগী মবুংঙোগী সেবা শ্রী পঞ্চমীদগী হৌনা মপান ফি নাপু (আবিরত আবির) শ্রীগোবিন্দদা কৎতুনা হলী হায়না শ্রীগৌরাঙ্গগী জন্ম দীবস পালাগা লোইননা শ্রীঅনন্ত শাই মন্ত্রীগা তান্নদুনা হলী হায়দুনা সংকীর্ত্তন মওং অমা থোকহল্লে। মসিসু মৈতৈগী হরাওবা মনুংদা অদুম তিল্লি।

**হোলীগী বারম খরদং শব্দোকচরি - হ্ঝি, হোলী, হ্রী**। সত্যদা প্রলহাদগী মনে হোলিকা কৌবিগী মৈ চাকখিবগী শিবরাত্রি চত্তুর্দ্দশীগী ঘটনা নিংশিংবা।

হোলী বৃন্দাবন্দা বৃন্দাবন লীলামৃত দশম অধ্যায় সম্বন্ধ চুড়বধ হোলী খেলা। মসি নৎতবা বিংশতিতম অধ্যায়দা ২৫ শুবা রাস লীলা স্থান হোলি লীলা কথন। বৃহৎভক্তি তত্ত্বসারগী চতুর্থখণ্ডদা হোলি দোল লীলা। বসন্তগী ১।২।৩ দ্বাপুরগী মহা নন্দরাজদা শ্রীকৃষ্ণনা থা অমা শুতি লৌদুনা বসন্ত লীলা শান্নবা হুলা হুলি হলা হালি। মসি পুন্নমক কলিগী গৌর পূর্ণিমা। ফালগুণ দোল পূর্ণিমা, মসি পুন্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা আদি অন্ত পুন্নমক অমতা ওইনা লৌদুনা ভক্তশিংগা লোইন্নবা নবদ্বীপ্তা হলি লীলা হায়না রাধা কৃষ্ণগী রসদা বসন্ত লীলা ফাগু খেলা শান্নে।

রস অসি মৈতৈগী ঔগ্রি হঙ্গেল থাবন চোংবা হরাওবা বসন্তগী পুকনিংগী নৌহৌবা মসি পুন্নমক অমতা ওইনা অমুক তিনশিন্দুনা মৈতৈগী চৎনবী অমদা হোলি **ফাগুখেলা** অবির তৈনবা, চাইনবা হরাও মথোই কাবা অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দদা সংকীর্ত্তন মশক ওইনা অরিবা নট পালাগী ফিরেপ লেপ্তুনা অরিবা করতাল পায়দুনা রাম করতাল হায়না মমিং থোন্দুনা নবদ্বীপ্তা সাথোক তৌরগা সিধক বৃন্দাবন্দা ওইদুনা রাধা গোবিন্দগী লীলাবু বসন্ত পঞ্চমীদগী হৌরগা লমদাগী ২০ নী পানবা ফাওবা হরাও তয়াম্না শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা খৃঃ ১৭৮০ইং দা শ্রীবিজয় গোবিন্দদা লোইদুনা কৎখি।

মতম অসি রামানুজ ধর্ম্ম চৎলম্বদগী মাধবাচার্য্য ধর্ম্মদা দীক্ষা ওইদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবা মতম্নি। মতাং অসিদা শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা শ্রীআনন্ত শাই, নোংপোক লৈরী খোম্বা মন্ত্রী অনীনা ভাংনখি। মতম অসিদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল হোলী লৈরে।

মতম অসিগী পুঙ ঈশৈগী ওঝাশিংনা চৎনবী মওং অমদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরম্মী। মতুংদা লাই কৈথেল কাবা হায়না নিংথৌনা অথুম অহাও কবোক্লচিংবা পুদুনা শ্রীবিজয় গোবিন্দদা পুন্নমক হরাও তয়াম্না হলঙ্কার হায়না মিং থোন্দুনা লৈবাক মীয়াম নুংঙাইমিন্নে। শ্রীপঞ্চমীদগী হৌরকপা খেলা লীলা পুন্নমক ঔগ্রি হঙ্গেল থাবন চোংবনচিংবা মিকোন, থাগোন তৌদুনা লোইশিল্লী।

মতুংদা থাবন চোংবা তৌদ্রে। লৈবাক নিংথৌ নুংঙাই য়াইফনবগীদমক লাই-কৈথেন কাবা হায়না পুয়াগী মতুংইন্না য়েংদুনা পানা মরিগা লোইন্নবা চৎথরকই।

মপুং অসিদা মক ওইবা হলঙ্কাবগী থৌবমদি লৈবাক্কী ঙমদাই ওইবনা নিংথৌ ঐনা মতেং পাঙ্গনি হায়না যাবিখি। নিংথৌগা মন্ত্রীগা তনীনা ঙাংনখিবা অমসুং মতম অসিগী ঈশৈগী মগোক ছন্দ, রাগ, রাগিনী, যন্ত্রগী মবোল ধুলোক্লচিংবগী খুৎলোয়চিংবা কাই চৎননী মওং অমদা লৈদমই। মতুংদা নিংথৌবোন খুদিংগী খব খব হেঙ্গৎলকপনা শ্রীযুত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী শাক্তক্তা ফিজেৎকী ফিজোন মনা মথুমগী অকুপ্পা মপোল শবদং ইজবি।

মমাক ইবুংঙো চি ঙাথমনোংথোম্বা যাই স্কুল হোলি নাপু শেত্তুনা লাজ বেশ ওইনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগাল কান্দা থজিক্তং সনা পুকনিং চিংনদুনা মহারাজনা হায়খি ইমাক ইবুংঙোনা ফিজেৎ মসি ফজখ্রেদা। মসি শ্রীগোবিন্দদা কংলসি মসি মাখুনা যাম্না পাম্লে হায়বদা নোংথোম্বনা যাবদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগাং নাপু হোলি হায়না ঙসি হাওবা লৈবি। মহাক্কী হোলিনা অভাংবা ফিজোন শেৎখি।

মতুংদা নাপুগী হোলি ওইবক্রুবদা শ্রীগোবিন্দগী [illegible] গোবিন্দগী প্রভুমই হায়দুনা [illegible] থোন্দুনা মঠা [illegible] ঠাকুরদাস [illegible] চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা [illegible] শ্রীগোবিন্দগী হোলি [illegible] পংখোংলনা [illegible] [illegible] মতুংদা মনা [illegible] ভঙ্গি পরেংগী ঈশৈ [illegible] হায়না ঈশৈং। ছন্দগা [illegible] হোলিসু যাম্না [illegible] চন্দ্র মহারাজ শাক্তক্তগী [illegible] মহিগী, ফিবান অমসু মচুগী [illegible] ইজবি

শ্রীগোবিন্দগী ফিবান মসি পানা মবিগী ওইনা শার্দনি। মনা, মশা, মবি, সনামচু অভাংবা অশংবা অহুম অসিদগী থহৎখবনপনি মসি মকোক্তা শলাই তরের্থকনি পুক্লিবা মচাসিং অদু মসি নত্তবা শংগই লুপতিন হায়বা অঙৌবা ফিবান অমসু যাওগদবনি। মদু হৌজিক্তি উদ্রে মসি পুম্নমক পুযাগী মবমনি। লৈপাক নিংথৌ তিনবানু ঙাইমিন্নবনি শ্রীবিজয় গোবিন্দগী ফিবান অশংবাঙাক্তা ওইবিবা অসি জয় পত্রনি মনা পীবনি, অঙৌবা শাদা অমসু যাওগনি মসি শলাই যুমদিন কৌই। ফিজেৎসু গোবিন্দগা মান্নগনি মচুদি অঙৌবনি। অতৈসু পানা মবিগী শলাই যুমদিন ওইনা শাদা (অঙৌবা) ফিবান অমমমদা পানাগী মকোক ওইবগী মিং

হাপ্লুনা চহি অসুক শুরবনি হায়বা খংনবা শোক, তারিখ থাদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌনৈ। মসি বৃন্দবন্দা য়াওগী শগু মৈ থাখিবা নুমিৎ শ্রীগোবিন্দনা মনিপুরদা বসন্ত ফাগুখেলা হৌদোকপা ধর্ম্মগী মরী লৈনবা শ্রীগোবিন্দনা পামজবা সনাগী মচু ওইনা ফিজোন অসি নিংথৌ অমমমগী হাক্তক্তা মনা ওইনা প্রজাদা অহেনবা নুংঙাইবা ফজবা য়াওরকপদা কনাদা কোকথোন, কনাদা ফিরান, কনাদা মচু অসুম তৌদুনা মনা পীনরকই।

মসিদগী প্রজা থবাই য়াওনরক্লুনা চাওখৎলকপা অহেনবা তান্নরক্লুনা মথং মথং ইশৈগী, ধুলোক্কী মপুং ফাবা হেনগৎলক্রে। হোলী মপা-মপা পানরকলে, মশিং য়ামখৎলকলে, লম্বা তৌনরকলে। যাইস্কুল হোলী নোংথোম্বগী শালু অঙাংবা খুরাই থৌদাম জয়গী হোলী, অমসুং বিজয় গোবিন্দ হোলী, লম্মাবম হোলী, উরিপোক ঐজ্ঞা নিমাইগী হোলী, বাংখৈ হোলী, পানা পানা থোক্লরকপদগী শ্যামা ব্রজবাসী হায়বা ওঝা অদুনা ধুলোক্কী লেজব য়ৈবা হৌদোকই।

মতুংদা হোলি পুন্নমক লেজর, তেবারা, শুরফক, তানজাও, চৌতালা, ধিমাতেতালা ঝপ্তাল, পঞ্চমসৌবারীনচিংবা লেংথোক্লুনা ঈশৈ ছন্দনচিংবা শেমদোক্লুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি হাক্তক ফাওবদগী চাওখৎলকপনা সাব চুড়াচাঁন্দ মহারাজ হাক্তক ফাওবদা য়াম্না চাওখৎখি। মনোহর শাই লৌশিন্লে, কলাবাটি লৌশিন্লে শুর ছন্দ হৌলি দোল পুন্নমক য়াম্না চাওখৎলক্রে। সার চন্দ্রকীর্ত্তি হাক্তক্তা বিদেশদা থাদুনা পুং ঈশৈ তমহন্দুনা মৈতৈগী মনুংদা শৈশক কয়া তিন্নশিনখি।

কালাবাটি হৌদোকলম্বা ওঝা মহামোংখা, অলিখা অনীসিনী। মনোহরসাই হৌদোকলম্বা গৌরচাঁন্দ গোস্বামী, ব্রম্মানন্দ গোস্বামী, ক্ষেত্রমোহন গোস্বামী, গদাধর গোস্বামী মরি অসিনি। ঐখোই মণিরপুগী ওঝানা মাইবম কৈফা, চিংঙাখম মেরী, নোংমাইথেম তোলেন, হুইদ্রোম ঝুলোনমচা, মমাক ইবুংঙো য়ুমজাও পুরেন, তোংব্রাতক্, পেবম ওঝা অসিনি। মসি নৎতবা বঙ্গলাদেশতা ফাওখিবা ওঝা চাপা ঠাকুর, মাইবম য়াইমবী, দামোদরদাস বাবাজী পুন্নমক অসি তিন্নদুনা হোলিগী কাই-ফজহনখী।

য়াম্না চাওখৎখী, পুংগী, ধুলোক্কী, পৌখাজগী, ধোলগী, তবলাগী, খঞ্জরী, দম্ফৎ ধোম্নচিংবা পুথোক্লুনা ওঝা স্নখা চন্দ্রহাস, শগোলশেম ওঝা তোম্বা, ঠাকুর

**রেবতী, গুরুঅরিবম তোলচৌ শর্ম্মা, অরিবম তোলেন শর্ম্মা, ওঝা ঠাকুর কাহ্নাই শর্ম্মা মসিনা মকোক ওইদুনা শৈশক কয়া কয়া খুথলোন কয়া কয়া, চোলোম কয়া কয়া, পুথোক্লুনা চূড়াচাঁন্দ মহারাজগী হাক্তক ফাওবদা চাওখৎপা মতোল লোমখি।** মণিপুরদা বিদেশীগী ছন্দসুর পুশিল্লকপা হৌবসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাক্তগীনি। মমাংদদি থোইনা তৌখিদে। মসি য়ৌনা পুশিল্লক্রবদা মৈতৈগী নট পালা খজিক খৈরবশু তশেং-তশেংনা লৈদুনা হরি সংকীর্ত্তন পৃথিবীনা শকখংলকখি।

মণিপুরদা খোনগী, তবলাগী, পৌখ্বাজগী, ধুলোক্কী ওঝানা বেনী, মাখল, হারু অসিনী অদুগা মৈতৈলোনগী ইশৈ শকপা হৌদোকলম্বনা উরিপোক খাইদেম নোংয়াইনি।

**রাসগী ফিজেৎকী খল্লবা খরদং** - মতম অসিদা সমাজগী মাংদা নৃপীবু কবল্লা পুথোক্লনি হায়বগী নৈর্নাখ। মরমদি ভক্তিগী সমাজ ওইবনা সাংখ্য দশর্ন্দা যেংলগা প্রকৃতিগী ষোডশ বিকাব লৈ। অষ্ট প্রকৃতি ষোড়শ বিকাব একাদশ ইন্দ্রি পঞ্চ ভূত অসিগী মতুংইন্না বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাসগী ফিজেৎ সপ্পদা উৎপিরম্বা পুন্নমক বাখল মুন্না শুহুবিদুনা হকচাংগী অঙ্গ পুন্নমক লোৎখি। কুমীন হায়বা অথাবা পোৎশক অমবু অমুকা মশা কনখৎহন্দুনা, মদুমকশু নিংবা থুংদদুনা য়াম্না শন্দোক্লা পোসুবান হায়না মনুংদা অমা শেৎলগা ফিরোন অহুম্না হকচাংগী লৈতেং শাগৎলকই। খ্বাংদগী খবাক ফাওবা থবাকয়েৎ হাযদুনা শাংলবা ফিশাংনা হকচাংগী অঙ্গ শেমলকই।

কুমলং ফুরিৎ অমুবা চেকশিন্না লিংলগা, মথক্তা ক্যাংলিকফাং ভাঙ্গৌই পুংদু পবেং হৈযাই থাম্বি শন্দ্রেমবী পরেংনা মথং মথং অচোল অকৌ নাইনা থবাক থন্না শিজিনখি। মসিনসু সনা পুকনিং চিংনদুনা অবং অরংবা ঝিলি মিলিক ওইনা উনবা পিশ্চিন্দ্রি হায়না পিথ্রাইনা শাদুনা য়ানশিল্লি। কোক্কী শম অসিবু বৌদ্ধ লাইনিংবগী কোথক্তা শম্বুল শাদুনা মথক্তা অমুবা ফিন্না চেৎনা পুন্দুনা অরংবা মিংশেন মচা কুপ্পা কুপ্পা শাদুনা ফজনবা চিকন তৌদুনা কোকনম হায়দুনা অমনা নিংথিনা লাক্লুনা শমজিগী মহুৎতা শমজিবৈ হায়দুনা চুবা ফাওবা য়াম্বুরমই। মসিনসু মপুং ফাবা বাৎতুনা ফিয়ানগী মহুৎতা খাওল হায়না মাংতাবি হায়না অমসু খুজি,

তাল, নোপুর, খোংদোপ, খুদোপ হাপচিল্লকই। মসিদসু নিংবা থুংদদুনা সোভা মমাংদা কবম্না নুপীনা মাই হাংদোক্তুনা জগোয শাগনি মসিদি ভক্তিগী অঙ্গ থোক্তে, ভক্তি অঙ্গ ৬৪ গী মনুংদা অকাইবা লৈবী হাযদুনা মাইখুম হাযদুনা অপাবা ফি অমনা কুপশিন্দুনা রাস কীর্ত্তন মযাইদা পুথোকখি।

মসিমক অঙকপনি খল্লুবদা মিংকী পি শিন্থখিবা খঙতৌদে। মবমদি জগোয শাবা হাযবসি হকচাংগী বিকাব শাথেক খোংগী, খুৎকী, মীৎকী, মাইথোং পুন্নমক শুবগা জগোয় ওইবিবনি অদুবু খোন্সু-উদ্রে, মিৎ মাইশু উদ্রে হকচাংগী শাথেকসু মপুং ফাদ্রে, খুং পাম্বোম মতেক খিংতনা য়াম্না ধীব ওইনা লেন্না খজিক খজিকতনা মণিপুবগী বাস হাযনা পৃথিবীনা শক খংখিবা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা মসিমক খঙফম থোকই শখল চিংশিনবিক্কমনি অমসুং শ্রীগোবিন্দগী ফিজেৎ মিংদি মান্নে ফিজেৎথতি মান্নদে।

ঐখোযগী শ্রীগোবিন্দ বান্দেং খোইবিগী মপানগী মচু সনা ফিগে থোনবা কোক্তা ম্নাহোং মত্তগী চুডা, নাকয়েৎ খাওল শনী, গলাক পাম্বোম, চন্দন অমসুং তাল, লিকথোন কয়া কয়া খুজি, খোংজি, নুপুর, মাইথোংদা লাইবক্তা চন্দন, কোক্তা লৈত্রেং, কাজেংলৈ, খুৎতা মুকলি অমসুং শিঙা, বনমালা অঙোনবা, ত্রিভঙ্গ রূপ অসিগুম্বা ফিজেৎ অসি পৃথিবীদা উদে। লৈখাক্তগী কযাদা লাইবক ংহুবনো। শাস্ত্রদা থাবকপা কবিশিংগী কলম্না ইনকপা পুমনমক শ্রীগোবিন্দগী রূবিসু বাৎত্তে। মবম অসিনা ইবুংঙো মহাক্কা দশন তেক উডনদা ভক্তগী থম্মোইদা প্রেমগী মূর্ত্তিনি।

অসুম তৌনা অসুক চেকশিন্না তৌদুনা লৈবনা মতুংদা মজা ইবেম্মগী বাসবী পালাদা ফিদোন শুম্বা শেৎলগা ইনফি অমন কোক খুমদুনা ইম্নগা যাম্না নিংথিজনা ব্যবহারগী ভক্তিগী মনুং চনবা হৌগৎ তবা যাদনা রাগ তৌবমখি হৌগৎলগা মথংদা ফমথদুনা পুং য়েবা ওঝা অনীনা মকোইগী মকোক অমমম চিংবিদুনা বৈষ্ণব সহজিয়াগী অথেংবা শাথেব সিধক ওইদুনা শ্রীগোবিন্দগী চবন্দা বাসবী পালা হাযনা কৎচখি। মথং মথং নিংথৌবোন কয়া চৎখ্রবা নরসিংহ মহাবাজগী হাক্তক্তা নরসিংহ বংশগী জলকেলী হাযনা অমুক চৎথরকই। মসিসু থোইনা ভক্তিগী অকাইবা লৈতে।

মথংদা সাব চুড়াচাঁদ মহাবাজগী হাক্তক্তা নুপীগী খুবাক ঈশৈ নুপীগী বাসক শকপা হাযনা মথং অমা চৎথবকই। মসি মমাংদদি থোইনা বেদগী চৎনবী থোইনা কাইবমদে। মমৈথংদদি অপাম্বনা মাংওইনবক্তুনা সমাজগী খবা খবা তিন চংবা হৌবকলে। মমৈথংদদি হৌজিক ওইবিবসিনি। সাংসাবগী চক্রগী মতুংইন্না ধর্ম্মসু মবাই চাইথবকলে। জীবশিংগী অবাবগী পোৎলুম ননলকলে। মমাংঙৈদা ফৌ কোকথোংনা পুদুনা চাবম্মী অবাবা লৈবমদে। মথং কাংপোৎনা পুবক্তুনা ষণ গাডি পালক্লে। হৌজিক হবাগাডিনা পুবিবে চাবদি ফংদে। জীবগী হিংনবগী লম্বেল যেংলকপদা ধর্ম্মবু থোইনা কিক্কদ্রে। মবম অসিনা ভক্তিগী লম্বেল থোং হাংদোকখরে। হৌজিক মান্দা উর্বিবসিনি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজগী হাক্তক্তা শ্রী ভাগবত মেবা থা অমা চুম্না ভাগবত পাঠ নিযম লাইবিব তাবা হাযনা হৌই। শ্রীভাগবতমক পাঠ হৌবদা হবি সংকীর্ত্তন নাম সংকীর্ত্তন হাযনা অহৌবগা অবোইবগা সংকীর্ত্তন যাওদবা যাদে

কলিদদি ঈশ্বব নাম গুণ লীলা শোনবনা অথোইবনি। নাম নামী খেন্নদে। অদবু কায মন বাচিক্কা লোইননা অভিনয হৌদুনা মখোল থোকপা যন্ত্র, পুং, ববতাল, মেইবু যাওবা হবিধ্বান সংকীর্ত্তন্না অক্লেনবনি হাযনা লৌবমলে। শ্রীভাগবতনা তাকপা মতুংইন্না লৌদ্রে। মতুংদা অশি মনাগীদমকসু শিবমদাইদা মসি শকপা, খা চেল্লিন্তেদ। মসি শকপা, মসান্দা, পুথোকপদা মশি শকপা, পোপেক্তা, নাংমগী, লিনিগী, গুন্নীগী, মবিনিগী মথং মথং ঈশৈ হোংদুনা অস্থি সঞ্চযগী ঈশৈ মথং মথং মবম নাইনা চৎথবকপনা শ্রাদ্ধ ফাওবসি অসুন্না হৌবা হৌনৈ হাযবদু ইদুনা থম্বিবম্মী। মদু মফম অসিদা ইক্তদ্রে লৌখৎচদ্রে। নিংগা শ্রাদ্ধ যৌদ্রি ফাওবা নাম সংকীর্ত্তনদি তোকপা যাদে। জীবগী শান্তি ওইনবনি হাযনা থম্বা বসনা ঙসি ফাওবা লৈবী মতুংসু লৈখিবা যাই।

**ঝুলোনগী দোল লীলা** - হবি সংকীর্ত্তনগী মবম খবদং ইন্দ্র ঝুলন হাযদুনা নুমিৎ মঙানি হবি সংকীর্ত্তন্না পূজাগী পোৎলম ওইদুনা শ্রীগোবিন্দদা ঝুলোন দোল লীলা কর্লি। মতুংদা অমুক গন্ধর্ব্ব ঝুলন হাযদুনা নুমিৎ নিপান্নি অমা হাপচিল্লকই। মসিদা তৃতীযাদগী আবম্ভ তোই। মসি সংকীর্ত্তন্না মকনী।

মসিগী মখাদা মথং মওানি অমসুং ইঙ্গেনসু হাযনৈ। মসিদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী থোরকপা গুরু অরিবন্না শ্রীশ্রীজগন্নাথ, সুভদ্রা, বলভদ্র অহুমগী প্রচার তৌদুনা জগবন্ধু নিরূপণ তৌদুনা কাং চিংলে। সংকীর্ত্তনদি হান্নগী অদুম লৈ। মদুগী মথক্তা জয়দেব কবিগী গীত গোবিন্দ হায়বা রস অদু শ্রীজগবন্ধুগী য়াম্না পামজবা পদ অমতা ওইববসু শোন্দবা য়াদে হায়দুনা সংকীর্ত্তন মওং অমদা জয়দেব চোংবা হায়না সংকীর্ত্তন্না পূজা তৌখি। কাংগী নুমিৎ নিপান্নী মাপন্নীগী মনুংদা তৌখি। কাংগী নিপান্নি মাপন্নিগী মনুংদা লীলা মেলা ওইনা ফদিবী পালা, তুক্লা পালা অমসুং জয়দেব চোংবা হায়না মখল কয়া লৈবাক প্রজাগী হরাও কুম্মৈ কয়াসু চৎথরকপনা চুডাচাঁদ মহারাজগী হাক্তক্তা খুবাক ঈশৈ হায়না নিপাগী নুপীগী কীর্ত্তন মওং অমা ওন্থোকনা ফজনা চৎথরকই। মতুংদা বাস লীলাসু বাফুকপা, ৱায়ুংবা অসিদা, অহানবা কুঞ্জবাস, অকোনবা মহারাস অনীথোক্লা কাইদনা চৎথরকখি কৎখি।

অদুবু বোধচন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তদি মওং অমা চৎথখ্রে। হান্নগী ফজবা মাঙখ্রে। অসুম তৌদুনা ওইরকপনা হৌজিক ওইরিবা মওং অসিনি। মতুং অসিদসু মসিদগী হেন্না কয়া চৎথরকপা য়াই।

শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা মসি পুন্নমক অসি হৌদোকলম্লগা ওঝাশিং পুন্নমকপু কৃপা ওইনা পুঙগী, ঈশৈগী অসুম হৌনৈ হাযবদু চৎথহল্লগা স্মসান্দী গঙ্গা মপান্দা লেংদুনা স্বর্গতি ফংখি। ওঝাশিং অসিগী হাক্তক্তা নৈনরকপা শাস্ত্র ময়াম লাইরিক্কী মমিং থরদং মখাদা উৎচবি। পুংগী লাইবিকশিংগী মমিং মৃদঙ্গ প্রবেশিকা, মৃদঙ্গ দর্পণ, মৃদঙ্গ ইতিহাস, মৃদঙ্গ মঞ্জরী, সঙ্গীত রত্নাকর, ভক্তি বত্নাকবনচিংবা লাইরিকশিংদগী কয়া কয়া নৈনখী। হাযরিবা অসি বিদেশী মৃদঙ্গগী বা ঙাক্তনী। মৈতৈগী পুঙগী মরমদা তিনশিল্লকপনি। মৈতৈগী পুঙ হায়বা অসিদি পৃথিবীদা লৈতে, অশেংবা মৈতৈগীনী অমসুং পুঙ হায়বা অসিগী ৱাহে অসি মৈতৈনি। মরমদি নাদ ব্রহ্ম হরাওবদগী জগোয় শাই, নুংঙাইবদগী ঈশৈ শকনিংঙি, জগোয় শাবনা অপেনবা ওইদে ঈশৈ শকপনসু অপেনবা ওইদে, মপুং ফাদে তাল শিজিন্নদুনা পুঙ হেক য়েবদা ঈশৈসু শকনিংঙি, জগোঈসু হেক শানিংঙি। জীবগী থম্মোইদা তুমদুনা লৈরিবা নাদ ব্রহ্মবু হৌদোক্নুনা না থাঙ্গৎতুনা তানিংবা

পোকলক্লুনা জীবগী নাদ ব্রহ্ম, ব্রহ্ম মশেন লুপথমিন্নখি। অপেনবা পোক্লুনা থবক মপুং ফাই হায়দুনা পুঙ কৌবিবনি অহৌবসু মহাকনি, অবোইবসু মহাক্নী। মুন্না খন্থবিববদি হবি সংকীর্ত্তন্দমক উগনী। মসিননি পুঙগী মগুন্না অসুক চাওবিবসি। যন্ত্র পুম্নমকতি যেৎতে, পুঙদদি ফি-যেৎলি। মসি মুন্না খন্থনিংঙাইনি। পুঙ তিংবগী মবি মশিং থিবিবা লীহ্রৌ অষ্টম থোকলিবা, মনাও মচাগী, মক মচাগী মশিং অমসুং মবিল হাপলিবা মসিগী বস পুম্নমক খন্থনিংঙাইনি। নট পালাগী পুংযৈবা মৈতৈ থাঙ্গশেংবনি মবোল খুৎলোন্নচিংবা মীঙোন্দগী তাংলুদে হায়না লৌজনিংই। অসুম তৌদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌবক্লুনা পানা মবি থাইদোক্লুনা অহানবগী বঙ্গদেশ পালা লৈপাক চাবদগী মহারাজগী সেবক মথৈনা পালা অমা থাইদোক্লুনা সেবক পালা হায়না পালা অনী শুখি। মতুং সনা পালাদগী সনা পালাবু পালা অহন হায়বগা পালা নহা হায়না অঙম অথৌ কয়ানা পালা ওইদুনা পানা মবি থোক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী ১০ নি লাল্লুপ পুদুনা নিতি অষ্টকাল সেবা কাইদনা ঙসি যাওবা লৈবি। মতুংদসু লৈখিগনি হায়না আশা তৌনবা। অসিগী মতুংদা মাবক্তিং মহারাজগী হাক্তক্তা গোবিন্দগী কৃপাদগী নিত্যাই ধুমেন থোকখি।

**মথংদা ঈশৈগী লাইবিক কয়া কয়াগী মমিং নৈনখিবা।**

উজ্জ্বলনীলমণি খণ্ড, গোবিন্দলীলামৃত, পদকল্পতরু, পদকল্পলতিকা গীতরত্নাবলীনচিংবা লাইবিক মমিং ইকপগী কান্নদে। অসুম তৌদুনা বস পুম্নমক চৎথবকপনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা শ্রীশ্রীরামকৃষ্ণ নিরূপণ তৌই। মসিদগী হেঁদুনা মানপুরদা রাখাল লীলা যণশেনবা শান্নবা হায়না অযেকপম ওঝা লৈবাকমচানা তম্বিদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখি।

মতুংদা নরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা স্বামহি সিদ্ধিদগী গৌব ধুমেন কৎখী। অমসুং নরসিংহ ধাবা মথৈনা লৈম শিজ পুমনমক্কা তিন্নদুনা জলকেলি হায়না সংকীর্ত্তন মৃগুদা কালেনগী পূর্ণিমাদা শ্রীগোবিন্দদা জলকেলি কচ্চখি। মেবা থা অমা চুপ্পা সংকীর্ত্তন মওং অমা ঝাল পালা হায়না শযন শকপা হায়না নাম টাকা হায়না হৌদোকখি।

মতুংদা মথং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাক্তক্তা চৈতন্য সম্প্রদায় খোব পালা হৌদোক্লুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা কৎখি। মতুং তীর্থস্থানদা মফম পুম্নমক্তগী লাইবিক

শাস্ত্র কযামুক থিহল্লুবগা মনিপুবগী ওঝাশিং কযাগী। মোট লৌদুনা চাতি ২ চংনা নৈনবগা চহি অহুম শুবদা শ্রীগোবিন্দগী চবন্দা চৌষট্টি বস কর্খি। পুঙগীসু চৌষট্টি বাজমেন থোকখি। অহৌবা মশিং কযা, সঞ্চাব কযা, তিন তাল কযা, বাজমেন অচোযবা কযা, বাজমেন ১২ কাট্রামেন ১২ তাঞ্চপ কযা, মেনকুপ কযা, তাল কযা মশিং লাকওমদনা অমসুং তাল ৬৪, মকওইনা মশক নাইবা মরু মকওইবা হৌজিক সিদ্ধ ওইববা বাগ কযা শ্রীগোবিন্দনা ওঝাশিংগী থম্মোইদা লেঙশিনবিদুনা মপান নাইখিদ্রবা কলা বিদ্যাবু মৈতৈগী তশেংনা থম্বিবমহি। মতুংদা সাব চুডাচাঁন্দ মহাবাজগী হাক্তগা সংকীর্ত্তনগী ফিজেৎ-চাকচা পুম্নমক চাওহৎপা মতোল লোমখি। কুঞ্জ বাসগী বাস লীলাবু নর্ত্তবাস হায়না বোড শাহেব ওংবী সনাতোম্বীনা মকোক চিংদুনা হাপ্পা বাঙ্গলা মমাংদা ওঝা ঝুলোন মচানা তম্বিদুনা হৌদোকই অখনবা পালা সনা পালা লিংখৎলি। মচা ইবেম্মগী নামাদা পালা যাইমা লিংখৎলি। বামোন পালা লিংখৎলি। শ্রীগৌবাঙ্গগী চবিৎ লীলাবু চৈতন্য ভাগবত, চৈতন্য চবিতামৃতদগী লৌথোক্লুনা গৌব লীলা হাযনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চাওবনা লংম্বল অমবু লীলা ওইনা উৎলি। মীওইবগী অবোইবা জীবন্দা ভেদ শুক হাযনা ধর্ম্ম পালোন তৌবকই নিভৃত নিকুঞ্জ যোগ পীসনা ইমাগী গর্ভনি, সদা শিবনা থোঙদগী হেন্না চংদে অদু শুম্নবা বৃন্দাবন অদুদা মহা ভাব স্বরুপিনী শ্রীমতী বাধা কৃষ্ণ অনী বাস লীলা শান্নে। অসিশুম্নবা বসবাজ মশক ওইবা মহাভাব অসিবু মনাই ভক্তশি না ভজন সাধন তৌদুনা নাম মালা চৎলি। কর্ম্ম পুম্নমক ভগবান্দা কৎথোক্লুনা সংসাবগী লীলাবু সংসাব ত্যাগ তৌদুনা উর্দ্ধবেত পুথক্লুনা প্রেম মূর্ত্তি, ভগবানবু উপাসনা তৌই। নব লীলাগী মনুংদা বাগ মার্গ হাযনা নিত্যলীলা ভজম্না অথোইবনি হাযদুনা বাধা কৃষ্ণগী লীলা বসবু থম্মোইদা চেৎনা কোন্দুনা যুগল উপাসনা আত্মা সমর্পণ তৌবসিনা জীবগী অথোইবনি হাযনা শ্রীভাগবতনা তার্কাপবা মতুং ইন্না ভাগবত ভক্ত ওইবিবা ভক্তশিং অমসুং বৈষ্ণবশিংনা শ্রীশ্রী হবি সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মোক্ষ পদবীনি হাযনা জ্ঞান লৈবা সাধুশিংনা লৌনদুনা শ্রীগুরু কৃপাদগী পৃথিবীদা ভাল্লি। সাব চুডাচাঁন্দ মহাবাজগী হাক্তগা চাওখৎপা মতোল লোমখি। অসিশুম্বা হবি সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি (শ্রীবাধা ঠাকুবানী) শ্রীগুরুগী মশকসু, বৈষ্ণবকী মশকসু, ভক্তগী মশকসু ওইবিবী ইবেম্মা মহাক্কী কৃপা ফংলগা শক্তম অদু ফংগদবনি, হাযবগী মবম্না শ্রীবাধিকাগী সখীগী

মঞ্জরী দাসের দাস অনুদাস ওইনা শ্রীগুরু কৃপা সখীগী মঞ্জরী দাসিনী ওইনা চংজরনা অথোইবনি হায়না লৌদুনা উপাসনা তৌই। হরি সংকীর্ত্তন্দা মপান্দা শ্রীগৌরাঙ্গগী পার্ষদগন ওইনা সাধকত্তা চংঙ্গে। শ্রীগোবিন্দমক্কী সনা মাংদা হরি সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ অমসুং যজ্ঞগী পোৎলম ওইনা পুথোকখি। মতুংদা বোধচন্দ্র মহারাজ হাক্তক্তা মনোহরশাই চাওখৎলকই, যোগী হোলি পুথোবকই। সনা পালা অখনবা অনৌবা লিংখৎলমই। মহাকথক্তা দিবা বাস নরোত্তম মহাশয়গী ভজনগী লীলাবু দিবা বাস হায়না পুথোকখি।

সমুদ্র ধ্বনি, নোংখোংবা যৈবা, খিংবা হাযনিবা শব্দশিং অসি দেহদা লৈবা ঙাক্তনি।

## মৈতৈ নিংথৌরোল

| | নিংথৌ ওইবা | মতম | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংদা লাইরেন পাখংবা | খৃঃ | ৩৩ |
| ২। | খুয়াই তোম্পোক | খৃঃ | ১৫৪ |
| ৩। | তাওথিংমাং | খৃঃ | ২৬৪ |
| ৪। | খুইনিংঙোম্বা | খৃঃ | ৩৬৪ |
| ৫। | পেংশিবা | খৃঃ | ৩৭৯ |
| ৬। | কাওখংবা | খৃঃ | ৩৯৪ |
| ৭। | নাও খম্বা | খৃঃ | ৪১১ |
| ৮। | নাও ফম্বা | খৃঃ | ৪২৮ |
| ৯। | শাগৈ বাং | খৃঃ | ৫১৮ |
| ১০। | উরাং কোম্বৌবা | খৃঃ | ৫৬৮ |
| ১১। | নাওথিংখোং | খৃঃ | ৬৬৩ |
| ১২। | খোংতেকচা | খৃঃ | ৭৬৩ |
| ১৩। | কৈরেনচা | খৃঃ | ৭৮৪ |
| ১৪। | যারাবা | খৃঃ | ৭৯৯ |
| ১৫। | অযাংবা | খৃঃ | ৮২১ |
| ১৬। | নিংথৌচেং | খৃঃ | ৯১০ |

| | নিংথৌ ওইবা | মতম | |
|---|---|---|---|
| ১৭। | চেংলৈ ইপানথাবা | খৃঃ | ৯৪৯ |
| ১৮। | য়াংনৌ কৈফাবা | খৃঃ | ৯১০ |
| ১৯। | ইরেংবা | খৃঃ | ৯৬৯ |
| ২০। | লোয়ুম্বা | খৃঃ | ৯৮৪ |
| ২১। | লোইতোংবগী হাক্তক্তা কাংশান্নবা হৌই। | খৃঃ | ১০৭৪ |
| ২২। | অতোন যোইরেম্বা | খৃঃ | ১১৪৯ |
| ২৩। | ইরাম্বাবা | খৃঃ | ১১৫২ |
| ২৪। | থবাম্বাবা | খৃঃ | ১১৯৪ |
| ২৫। | চিংথা লাম্বাবা | খৃঃ | ১২৩০ |
| ২৬। | পুরাম্বাবা | খৃঃ | ১২৪২ |
| ২৭। | খুখোম্বা | খৃঃ | ১২৬২ |
| ২৮। | খোইরাম্বা | খৃঃ | ১২৭৭ |
| ২৯। | থংবী লাম্বাবা | খৃঃ | ১৩১১ |
| ৩০। | কোয়াম্বা | খৃঃ | ১৩২৩ |
| ৩১। | তেনহৈবা | খৃঃ | ১৩৩৪ |
| ৩২। | তোলাম্বা | খৃঃ | ১৩৫৪ |
| ৩৩। | তবুংবা | খৃঃ | ১৩৫৯ |
| ৩৪। | লাইরেম্বা | খৃঃ | ১৩৯৪ |
| ৩৫। | পুন্সিবা | খৃঃ | ১৪০৪ |
| ৩৬। | নিংথৌখোম্বা | খৃঃ | ১৪৩২ |
| ৩৭। | কিযাম্বা | খৃঃ | ১৪৬৭ |
| ৩৮। | কোইরেম্বা | খৃঃ | ১৫০৭ |
| ৩৯। | লমকাইঙম্বা | খৃঃ | ১৫১১ |
| ৪০। | নোংইনকাবা | খৃঃ | ১৫২২ |
| ৪১। | কবোম্বা | খৃঃ | ১৫২৬ |
| ৪২। | অতোংচাম্বা | খৃঃ | ১৫৪১ |
| ৪৩। | চলাম্বা | খৃঃ | ১৫৪৫ |

| | নিংথৌ ওইবা | মতম |
|---|---|---|
| ৪৪। | সুংয়াম্বা | খৃঃ ১৫৬২ |
| ৪৫। | খাগেম্বা | খৃঃ ১৫৯৭ |
| ৪৬। | খুনজাওবা | খৃঃ ১৬৫১ |
| ৪৭। | পাইখোম্বা ভোলেন ওম্বা মনাও | খৃঃ ১৬৬৫ |
| ৪৮। | চরাইরোংবা | খৃঃ ১৬৯৭ |
| ৪৯। | গরবিনিবাজ পামহৈবা | খৃঃ ১৭০৯ |
| ৫০। | শামৈ থাংজি শায় বৃন্দাবনচন্দ্র সেবা চৎপা | খৃঃ ১৭৪৭ |
| ৫১। | ভবত শাই | খৃঃ ১৭৫১ |
| ৫২। | আনন্ত শাই | খৃঃ ১৭৫৩ |
| ৫৩। | গৌবশ্যাম | খৃঃ ১৭৫৪ |
| ৫৪। | চিংশাংওম্বা (চীংথংখোম্বা) | খৃঃ ১৭৬২ |
| ৫৫। | মোইবাংনিংথৌ | খৃঃ ১৭৬৪ |
| ৫৬। | কৈবিবাম অবান খুদুমচনবা | খৃঃ ১৭৭১ |
| ৫৭। | শ্লোইবংশিং (কেকিলানন্দ) ইবেংবা | খৃঃ ১৭৭২ |
| ৫৮। | ভগবান সাব | খৃঃ ১৭৭৩ |
| ৫৯। | বাখে খুলিং নোংদ্রেন খোম্বা ভাগ্যচন্দ্র | খৃঃ ১৭৭৪ |
| ৬০। | লাবৈন্যচন্দ্র | খৃঃ ১৮০০ |
| ৬১। | মধুচন্দ্র | খৃঃ ১৮০০ |
| ৬২। | চৌবজিৎ | খৃঃ ১৮০৩ |
| ৬৩। | মার্জিৎ | খৃঃ ১৮১৩ |
| ৬৪। | গম্ভীবসিং | খৃঃ ১৮২৫ |
| ৬৫। | নবসিংহ | খৃঃ ১৮৪৪ |
| ৬৬। | দেবেন্দ্র | খৃঃ ১৮৪৩/৪৫ |
| ৬৭। | চন্দ্রকীর্ত্তি | খৃঃ ১৮৫০ |
| ৬৮। | শুবচন্দ্র | খৃঃ ১৮৮৬ |
| ৬৯। | কুলচন্দ্র | খৃঃ ১৮৯০ |
| ৭০। | চুড়াচাঁদ বৃটির্শনা হাপ্পনি | খৃঃ ১৮৯১ |

| নিংথৌ ওইবা | মতম |
| --- | --- |
| ৭১। বোধচন্দ্রনা বৃটির্শনা পাল্লিঙৈদা | খৃঃ ১৯৪১ |

৭২। ওকেন্দ্রনা বৃটির্শনা ভারত থাদোক্লবা মতমদা ওইবা নিংথৌনি। ইকুই কুইদনা ভারত সরকাবনা নিংথৌ লৌথোকখরে। মতাং অসিদা ভাগ্যচন্দ্রনা গোবিন্দবু মণিপুরদা চহি ২০০ লৈবিয়ু হায়নবদু চহি ২০০ শুরে। গোবিন্দবু অমুক হন্না জীবন্যাস তৌদুনা অহোরাত্র কীর্ত্তন কৎলি। মতম অদুদা শ্রী অভিরাম শাবনা পালা অহনগী ঈশৈ হনবা ওইদুনা অহানবা শৈশক শকখি। মথং শ্রীকালিদমননা পালা নহাগী ঈশৈ হনবা ওই। মথংগী শৈশক্তা শকখি ইং শোক ১৯৭৩ দনি।

---

# সখী মঞ্জরী নির্ণয় অমসুং অষ্টকাল লীলা

শ্রীনিংথৌজম খোলো সিংহ

*থাংমৈবন্দ খুযাথোং*

সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তিদি রাধা কৃষ্ণ অনীগী অপুনবা প্রেম মিলনগী মশক্তি। মধুর রতি হাপবা প্রেমগী মনুংদগী খ্বাংদগী অথোইবা ওইবিবা অদুনা সংকীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা রস ওইনি। বিভাব, অনুভাব সত্ত্বিক অমসুং সঞ্চারি হাপবা মরি অসিগা রতিগা তিনশিন্নরকপা মতমদা থকপদা খোইথুম্নরবা রস থাকলকই। আশ্রয় অমসুং বিষযগী মশক ওইবিবা রাধাকৃষ্ণ অনীনা রস অসিবু থক্লগা চাংজৌ নাইদবা আনন্দগী ঈপাক্ত তাওমিন্নদুনা লৈ। সংকীর্ত্তনগী মচ এ অসি ইলায লাযনা অচম্বা মহন্ম অমা ওইনা লৌবা যাদে। কীর্ত্তনগী মফম বৃন্দাবননি, মাগুপনা নিভৃত নিকুঞ্জনি হায়রি। কল্প বৃক্ষ নংব্রগা প্রেমভক্তি প্রদাযিনীগী উবী উপালশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ওইরি

বৃন্দা শব্দু শ্রীমতী রাধিকাগিনি হায়রি। শ্রীরাধাবু বৃন্দাবন কৌরবগী মরমদি-ইরেম্মাগী নাম তরাতকক লৈরগী মনুংদা 'বৃন্দা' কৌবা নাম অমা যাওরী শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাগা লোয়নানা মশোনবা প্রেম লীলা শাগৎলিবা মফম অদুবু বৃন্দাগী মমিং লৌদুনা বৃন্দাবন কৌই (ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ অধ্যায ১৭/২০৭)। অসি নত্তবা বৃন্দাবন কৌখিবগী মরম কয়ামকমসু লৈবি। মদোমদদি চংশিঞ্জবরোই।

শ্রীরাধাঠাকুরাণীগী নাম লীশিং অমা লৈরগী মনুংদগী নাম তরাতকক থক লৌখৎলুবিবা অদুগী মমিংশিংদি অসিনি

রাধা, রাসেশ্বরী, রাসবাসিনী, রসিকেশ্বরী, কৃষ্ণপ্রাণাধিকা, কৃষ্ণপ্রিযা, কৃষ্ণস্বরূপিনী, কৃষ্ণবামাঙ্গসংভূতা, পরমানন্দরূপিনী, কৃষ্ণ, বৃন্দাবনী, বৃন্দা, বৃন্দাবন বিনোদিনী, চন্দ্রাবতী, চন্দ্রকান্তা অমসু শতচন্দ্রনিভাননা (ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ, কৃষ্ণজন্ম খণ্ড, অধ্যায ১৭)।

শ্রীমতী ইবেম্মাগী নামশিং অসিগী নুংগী ওইবা অর্থদদি অমুক চংশিঞ্জবরোই। নামশিং অসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি "শ্রীরাধা" হায়বা মথক্কী বিষয়দা নৈনজগ্রে। বত্ন মন্দিরগী মায়কৈ নিপালদা সখী নিপাল লৈরি। মঞ্জরী শিংশু কাংবু নাইনা মণি মন্দিরগী মাইগৈ নিপালদা লৈরি। হরিসংকীর্ত্তন বিচারগী মতুংইন্না সংকীর্ত্তনগী মফমবু বৃন্দাবননি হায়না লৌবরনিনা অষ্টসখী অমসুং, মঞ্জরীশিংগী মরম নৈনদ্রিঙৈগী মমাংদা হান্নরা রাধা গোবিন্দগী সন্মিলন স্থান্নি, যোগপীঠ লৈ হায়রিবা বৃন্দাবনগী মরমদা খরখিত্তুং নৈনফম থোকপ্রা হায়না খঞ্জে। মসিগী মরম মুন্না খঙবনা অষ্টকাল লীলাগী স্মরন্দা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পূক্লিং লুপশিনবা ঙমগনি। অসিতা নত্তনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী স্থালশিংদা সখী মঞ্জরীশিংনা সেবা চংদুনা লৈরিবদুশু খঙবা ঙমগনি।

বৃন্দাবন হায়বসি মনা লীশিং অমা পানবা থম্বালগী মওং মানবা শ্রীগোবিন্দগী স্থালনি। মদুদা রাধাকৃষ্ণগী সন্মিলন ওইফম হায়বদি সর্ব সুখ স্বরূপ নুংঙাইবা খিবিক্লা তিল্লবা যোগপীঠ লৈ। মসিগী মাইগৈ মরিদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী শান্নফম মণিগুল্লবা কুঞ্জ-মপৈনা পুমঙান ঙান্না শিনথুংনা লৈ। মণি মক্কী মশক ওইববা কুঞ্জগী মপৈনা থা মচেৎকী মতৌগুম্না ফজরি। নিংথিজববা লৈগী পাম্বী কয়ানা পবেং পবেং হৌবগা নিংথিজববী যমুনানা কোয়শিল্লিবা মফমনি। মসিগী মনুংদা অমুক সনাগী মশক ওইববা মণি মুক্তানা য়েকখোৎলবা কল্প তরু কয়ানা নিকুঞ্জমণ্ডল ওইনা কোয়শিল্লবা সনাগী লৈপাকনি।

বৃন্দাবন্দময়ায়দা চাওববা কল্পবৃক্ষগী মখোঙদা সনানা অমুক য়েক খোৎলবা যোগপীঠ নিকুঞ্জ মন্দিরনা ঙাম্ল্লোইরি। মায়গৈ মরিদা থোঙ মরি লৈ। হায়রিবা থোঙ মরি অসিদা নিংথিজববা লৈগী বেদী লৈরি। মসিগী মাইগৈ মরিদা কল্প-বৃক্ষ মরি লৈ। কৌক্রু থংবা কোনাদা দেব তরুবৃক্ষ, মৈবমদা হরিচন্দন, চিংখৈরোমদা মন্দারতরু, মোইবাংলাইজি পাংবদা পরিজাৎ কৌবা দেববৃক্ষনা ঙাল্লি। কল্প বৃক্ষ মরি অসিনা যোগপীঠবু নিংথিনা লৈতেংলি। যোগপীঠ নিকুঞ্জ মন্দিরগী অরাংদা অঙৌবা মচুগী "শ্বেতাম্বুজ-কুঞ্জ" লৈ। মসিদা রাধা কৃষ্ণগী চৌবব (পাশা খেলা) শান্নফন্নি। মসি মনা নিপাল পানবা থম্বালগী মওংনি। অকোয়বা মনা খুদিংনা দল অমমমগী মশক ওইরি। দল খুদিংদা কুঞ্জ অমমম্না লৈতেংলি। কুঞ্জ খুদিংদা অমুক মণিতনা থাল্লবা মওং নিপালগী ফীবম ওইবা কলপ বৃক্ষ অমমম্না লৈতেংলি।

নোংপোক্তা অশংবা মচুগী মশুং নিপাল নাযবা কমলা মওং মানবা "নীলাম্বুজ কুঞ্জ" লৈ। কুঞ্জ অসিদা শুক-সাবীনা বাধা কৃষ্ণগী গুণবু থাদুনা শক্লি। মসি বেশ-ভুষণ তৌফমশু ওইবি। মখা থংবদা অঙাংবা মচুগী মশুং নিপাল নাযবা নৎত্রগা কমলা মওং মানবা "অরুণাম্বুজ কুঞ্জ" বাধা কৃষ্ণগী ভোজন তৌফম ওইবি। নোংচুপ থংবদা নাপু মচু মানবা মশুং নিপাল নাযবা কমলাগী মওংগুম্বা" হেমাম্বুজ কুঞ্জ" লৈ। বাধাকৃষ্ণগী শযন মন্দিব ওইবি। মতৌ অসুম তৌনা যোগপীঠ নিকুঞ্জ মন্দিবগী মনুংদা চিথেক মবি নাযবা সনাগী মাণ্ডপ মবিনা অমুক লৈতেংলি। মদুদি — চিংখৈ কোনাদা "মাধবী মাণ্ডপ", মৈবম থংবা কোনাদা মালতি মাণ্ডপ, মোইবাং লাইজিদা স্বর্ণযুথী মাণ্ডপ অমসুং কৌব্রু থংবদা নবমাল্লিকা মাণ্ডপ লৈ।

অসুম্না মাইগৈ নিপান্দা কুঞ্জ নিপালনা অমদি কলপ বৃক্ষ নিপান্না ঙান্দুনা লৈবি। কল্প বৃক্ষশিংনা লৈতেংলি, যমুনা যৌবগী নিংথিজববা ঘাট মবিনা ঙাহোইবি। নাকল অনীদা বকুল পাম্বী কযানা অমুক ফজবা হেনগৎহল্লি। থোঙ মবি অসিগী নাক অমমমদা দূতী মবিগী কুঞ্জ অমমম লৈ। নোংপোক্তা বৃন্দাদেবী কুঞ্জ, মখাদা বৃন্দাবিকা কুঞ্জ, নোংচুপ্তা মেনকা দেবী কুঞ্জ অরাংদা সুবলা দেবী কুঞ্জ। কুঞ্জ মবি অসিনা থৌগল্লিবা যোগপীঠ অদুদা সখীশিংনা কোযশিন্দুনা লৈবি। মতম অদুদা দূতী মবিনা থোঙ মবিদা লেংদনা লৈবি। কলপ-বৃক্ষশিং অসি ইন্দ্রনীল মণিগী মশক্লি, মখোংদা অশংবা অঙাংবা মণি মুক্তা কযানা হৎলবা হাযনিংঙাই লৈতনা ফজববা বেদীশিংনা অমুক লৈতেংদুনা লৈবি। মফম অসি বাধাকৃষ্ণ অমসুং সখীখিবিক্কী বেষ ভূষা (ভূষণ) তৌদুনা অলঙ্কাব কযাগী চন্দন্না যেক খোত্তুনা লৈতেংফম ওইবি।

যোগপীঠগী মাইগৈ নিপান্দা হাযনিংঙাই লৈতনা নিংথিজববা অষ্ট সখীগী কুঞ্জ খিবিক্কা অমুক লৈতেংলি। কুঞ্জশিং অসিনা শ্রীবাধা কৃষ্ণনা বন লেংথোকলকপদা বিশ্রাম তৌফম ওইদুনা লৈবি। অরাংদা নোংথাং মচু মানবা মনা নিপাল পানবা "ললিতানন্দ কুঞ্জ" লৈ। ললিতানন্দদগী কুঞ্জগী মনা নিপাল অদুদা অমুক দল নিপালগী কুঞ্জ নিপালনা লৈতেংখি। অরাংদা "শ্বেতাম্বুজকুঞ্জ", চিংখৈদা "মাধবী মাণ্ডপ", নোংপোক্তা "নীলাম্বুজ", মৈবমদা "হিন্দোলা মাণ্ডপ", মখাদা 'অরুনাম্বুজ কুঞ্জ", মোইবাং লাইজিদা "পদ্ম মন্দিব", নোংচুপ্তা "হেমাম্বুজ কুঞ্জ', কৌব্রুদা "বাসন্তী মাণ্ডপ"।

হাযবিবা কুঞ্জশিং অসি বাধাকৃষ্ণগী কুঞ্জগা মান্নে। পূন্নমক অসি বাধাকৃষ্ণগী যোগপীঠমক্তনি। চিংখৈদা মেঘবর্ণ নোংগী মচু মানবা "বিশাখানন্দ কুঞ্জ" লৈ। মতৌ অসুন্না নোংপোক্তা থম্বাল লৈবিক্কী মচু মানবা "চিত্রানন্দ কুঞ্জ মৈবমদা শ্বেতবর্ণ (অঙৌবা থম্বালগুম্বা) "ইন্দুবেখানন্দদ কুঞ্জ", মখাদা সনাগী মচু' মানবা "চম্পকলতা নন্দদ কুঞ্জ", মোইবাং লাইজিদা শংবানবা থবো অশংবা মচু মানবা "বঙ্গ দেবী সুখদনন্দদ কুঞ্জ", নোংচুপ্তা অরুনবর্ণ ঙাঙ্গানবা মচুগী "তুঙ্গাবীদ্যানন্দদ কুঞ্জ, কৌব্রন্দা হবিৎবর্ণ (থম্বাল লৈবিকমচু)" সুদেবী সুখদনন্দদ কুঞ্জ "হাযবিবা কুঞ্জশিং অসিনসু নিংথিজবি।

কুঞ্জশিং অসিগী মপান্দা মথং মথং দ্বিগুন ওইনা কোযশিনখিবনা কুঞ্জ লীশিং অমনা তুম্পক ওইনা যোগপীঠবু কোযশিন্দুনা লৈখি। হাযবিবা কুঞ্জ খিবিক অসি মথক্কী সখীশিংগী কুঞ্জগুন্না থম্বাল মওংমক্তনি। কল্প বৃক্ষশিংগী মশা, মনাশিংনা কোযশিন্না থৌগন্দুনা লৈবিবা কুঞ্জ মক্তনি। কুঞ্জ খুদিংদা লৈকোন ওইদুনা কলপ বৃক্ষ মপৈ মপৈনা লৈতেংখ্রে। মখল মখা অযাম্বা মচুগী মনম নুংশিববা লৈ খিবিক্লা শাৎকাযদুনা খোইমু মপৈ মপৈনা ঙংদুনা লৈহি চুপ্পী।

মথক্তা পঞ্জখ্রিবা সখী নিপানগী কুঞ্জশিংগী মপান্দা অবাং মাইথংদগী হৌদুনা মথং মনাও কাযদনা কুঞ্জ খুদিংদা মঞ্জবী অনী অনীগী কুঞ্জনা অমুক লৈতেংখ্রে। অব্বাংদা শ্রীরূপ মঞ্জবী অনঙ্গ মঞ্জবী, চিংখৈদা মঞ্জুলালী মঞ্জবী, কলাবতী মঞ্জবী, নোংপোক্তা বস মঞ্জবী, সুভাঙ্গদা মঞ্জবী, মৈবমদা বতি মঞ্জবী, হিবন্যা মঞ্জবী, মখাদা গুন মঞ্জবী বত্নবেখা মঞ্জবী মোইবাং লাইজিদা বিলাস মঞ্জবী, শিখাবতী মঞ্জবী, নোংচুপ্তা লবঙ্গ মঞ্জবী, কন্দর্প মঞ্জবী, কৌব্রন্দা কস্তুবী মঞ্জবী ফুল্লক লিকা মঞ্জবী।

মতৌ অসুন্না গোপী ৬৪ (চৌষষ্টি) না মাগী মাগী যুথদা লৈতেংলি। অসুম তৌনা মপান মপান্দা অমুক সখীশিংগী কুঞ্জ কযামকম্না লৈতেংদুনা কোযশিনখ্রি। মতৌ অসুন্না কোযশিল্লিবা "হেমস্থলী" অসিদা শ্রীশ্রীবাধাকৃষ্ণগী সখী বৃন্দগা শিশিব ঋতু (বাকচীং, ফাইবেন্দা) বাস লীলা শান্নফম ওইবি।

মপানগী নিংথিজববা উপান কযাগী জাৎনা মহৈ যান্দুনা লৈবিবা অমসুং লৈ পাম্বী কযাগী জাৎনা মনম নুংশিবগা লোযননা শাৎকার্যববা যমুনাগী মপান্দা

রাধাকৃষ্ণনা ঝুলোন লীলা শান্নফম ওইরি। যোগপীঠগী চিংখে পাংবদা সনা মচুনা লৈতেংলবা "বক্ষাকুণ্ড" লৈ। মফম অদুদা গোপেশ্বর মহাদেবনা থৌগল্লি। মদুগী অরাংদা বাঁশীবট বৃক্ষনা অরাং পাংনা যমুনাগী ঘাটতা নিথিজররা মনা পুংলরা মশাশিংনা হাইনা হাইনা থৌগল্লি। ঘাটগী নাকল অনীদা নিংথিজররা বেদী (শয্যা) অনীনা লৈতেংলি। মফম অসিদা রাধাকৃষ্ণগী জল ক্রীড়া শান্নফম ওইরি। মফম অদুদা শিঙ্গারগীদমক নিংথিররা ফীগী লৈতেং খিবিক্কা চন্দনগা লোয়নবা বৃন্দাদেবীনচিংবী বনদেবী খিবিক্কা তিল্লবা শ্রীবাস মণ্ডলনা ভাঙ্গোযনা লৈবি।

পূম্নমক অসি বৃন্দাদেবী অমসুং মাগী সখী বনদেবী খিবিক্কা শ্রীরাধা কৃষ্ণ লীলা কারণগীদমক শেম শাদুনা লৈবি। ব্রহ্মাগী মশক ওইববা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যধাম ওইবতা নত্তুনা মসিদা লৈবিবা হৈপান লৈপান, বৃক্ষ, নাপীশিংবীনচিংবা শা শল, উচেক রাযা খিবিক নিত্য বস্তুমত্তনি। **রাধাকৃষ্ণ লীলাগী সচ্চিদানন্দময ওইবা বৃন্দাবন অসি শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী প্রকট সুখ ওইবা অবাবা, অনাবা, লাইথুংনচিংবা লৈত্রবা শ্রীধাম অসিবু ভজন তৌবিগনি।** (শ্রীকৃষ্ণ সন্দর্ভ ১৭১।১০৬, লঘু তোষণী ১০ ২৯।৮)

অসিগুম্বা নি দি ভবরা প্রেমভূমি ওইবা শ্রীবৃন্দাবন্দা রাধাকৃষ্ণ অনীনা মধুর লীলা শান্নে শ্যামসুন্দর শ্রীকৃষ্ণ অসি রসরাজ অমসুং মহাভাবগী মশক্কি। শ্রীমতী রাধিকানা মহাভাবস্বরূপিনীনি প্রেমগুরুনি কৃষ্ণ প্রিযানি, শ্রীকৃষ্ণাত্মা স্বরূপিণী, কৃষ্ণ প্রাণ স্বরূপিনী, শ্রীকৃষ্ণ নুগাম্মিণীনি, শ্যাম কলঙ্কিণীনি, জগৎযোনিনি। **ইবুংঙোনা মশাদা যাওবিবা রস অদুবু চুপ্পা যানবগীদমক মশাবু আশ্রয় অমসুং বিষয হাযনা ব্রজলীলাগীদমক্তা অনী থোক্লা খাযদোকই। আশ্রযনা শ্রীমতীরাধিকানা ওইরে,অদুগা বিষযনা শ্রীকৃষ্ণনা ওইরে।**

ইবেম্মনগু অমুক রজগী লীলাদা মতেং পাংনবগীদমক মশাদগী ব্রজ গোপীশিং (সখীশিং) অসি পুথোকখি। সখীশি, অসিনা রাধাগী হকচাংগী মশক্কি। মহাভাবকি মশক ওইরবী রাধাগী মিত্তগী ললিতা ওইখি, মঞ্জরীনা রূপ মঞ্জরীনি। নাকোংদগী বিশাখা সখী ওইখি, রতী মঞ্জরীনি। চিনবান্দগী চিত্রাসখী ওইখি, মঞ্জরীনা রস মঞ্জরীনি। নাতোন্দগী চমপকলতা ওইখি, মঞ্জরীনা অনঙ্গমঞ্জরীনি। থবাক্তগী সুদেবী ওইখি, মঞ্জরীনা কস্তুরীনি। হকচাং পূম্নমক্তগী তুঙ্গবিদ্যা ওইখি,

মঞ্জরীনা গুণ মঞ্জরী। পাম্বোমদগী ইন্দুলেখা সখী ওইখি, মঞ্জরীনা লীলা মঞ্জরীনি। ফৈগন্দগী বঙ্গদেবী পোকখি, মঞ্জরীনা লবঙ্গনি। (গোপী মোহন দাসনা লেংবা তত্ত্বপ্রকাশ) দেবী ভাগবতনসু গোপ কন্যাশিং অসি শ্রীরাধাদগী লোযনা থোকখি হায। (দেবী ভাগবত ৯।২।৬২-৮৮)।

মতৌ অসুন্না রাধাদগী লোযনমক পোকখ্রবনিনা মঞ্জরীশিং অসি অমখক্তনা ওইবনি হাযনা লৌগনি। অমা অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা কোন্নদুনা সখী নিপাল অসি পুথোকখি। সখী নিপাল খুদিংনা অমুক মশাদগী গোপী নিপাল/ নিপাল অমুক পুথোকখি। অদুনা ঙন্নমক্না সখী নিপান্না গোপী হুমফুমরি পুথোকখি। মখোয অসি নিত্যসিদ্ধা হাযবা গোপী মখল অদুনি। নিত্যসিদ্ধা গোপীশিং অসি শ্রীমতি রাধিকাগা মতম পূন্নমক্তা হঙ্গোযনদনা তিন্নবা কাংবুনি।

নিত্যসিদ্ধাগী মশিং কোটি তবাবোমনি, অদুগা অতোপ্পা গোপী মশিংনা লাখ তবানিপাললোমনি হাযনা শ্রীপাদরূপ গোস্বামীনা লেংবিবস্বা শ্রী রাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকাদা হায। অদুবু মকুওইবা সখীদি ললিতা, বিশাখা চিত্রা চম্পকলতা, সুদেবী তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুরেখা (ইন্দুলেখা) অমসুং রঙ্গ দেবী হাযবিনা নীপাল অসিনা ওই। সখী নিপাল অসিনা মশাদগী গোপী নিপাল নিপাল পুথোক্লগা হুম্ফু মরি অসিনা লোইরে।

সখী হুম্ফুমরিগী মমিংশিংদি অসিনি

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) রত্নপ্রভা | ২) রতিকলা | ৩) সুভদ্রা | ৪) রত্তিকা |
| ৫) সুমুখী | ৬) ধনিষ্ঠা | ৭) কলহংসী | ৮) কলাপিনী |
| ৯) মাধবী | ১০) মালতী | ১১) চন্দ্ররেখা | ১২) কুঞ্জরী |
| ১৩) হরিণী | ১৪) চপলা | ১৫) দাম্নি | ১৬) সুরভি |
| ১৭) সুভাননা | ১৮) কুরঙ্গাক্ষী | ১৯) সুচরিতা | ২০) মণ্ডলী |
| ২১) মনিকুণ্ডলা | ২২) চন্দ্রিকা | ২৩) চন্দ্রললিতা | ২৪) পঙ্কজাক্ষী |
| ২৫) শুসুমন্দিরা | ২৬) রসালিকা | ২৭) তিলকিনী | ২৮) শৌরসেণী |
| ২৯) সুগন্ধিকা | ৩০) রামনী | ৩১) কামনগরী | ৩২) নাগরী |
| ৩৩) নাগ রেণী | ৩৪) মঞ্জুমেধা | ৩৫) সুমধুরা | ৩৬) সুমধ্যা |
| ৩৭) মধুরেক্ষনা | ৩৮) তনুমধ্যা | ৩৯) মধুস্পন্দা | ৪০) গুনচূড়া |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪১) বরাঙ্গদা | ৪২) তুঙ্গভদ্রা | ৪৩) রসোত্তুঙ্গা | ৪৪) রঙ্গবাটি |
| ৪৫) সুসঙ্গতা | ৪৬) চিত্রলেখা | ৪৭) বিচিত্রাঙ্গী | ৪৮) মোদিনী |
| ৪৯) মদনালসা | ৫০) কলকণ্ঠী | ৫১) শশিকলা | ৫২) কমলা |
| ৫৩) মধুরেন্দিবা | ৫৪) কন্দর্পসুন্দরী | ৫৫) কামলতিকা | ৫৬) প্রেমমঞ্জরী |
| ৫৭) কাবেরী | ৫৮) চারুকবরা | ৫৯) সুকেশী | ৬০) মঞ্জুকেশী |
| ৬১) হারহীরা | ৬২) মহাহীরা | ৬৩) হারকণ্ঠী | ৬৪) মনোহরা। |

(**শ্রীরাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা** ২৩৯-২৪৬)। সম্মোহন তন্ত্রগী মতুংইন্না শ্রীরাধাগী সখী ৮ (নিপাল) গী মমিংশু পল্লি। মখোয় অদুগী মমিংশিংদি - লীলাবতী, সধিকা, চন্দ্রিকা, মাধবী, ললিতা, বিজয়া, গৌরী অমসুং নন্দানি। অসি নত্তবা সখী নিপাল অমগী মমিংশু পল্লি। মমিংদি - কলাবতী, রসবতী, শ্রীমতি সুধামুখী, বিশাখা, কৌমুদী, মাধবী অমসুং শারদা। "রত্নভবা" কৌবী সখী কাংলুপ অমশু লৈ হায়। অদুবু শ্রীরাধা কৃষ্ণগনোদ্দেশ দীপিকা কৌবা লাইরিকতদি পল্লমদ্রে।

মতাং অসিরাইদা পঙ্জনিংবা অমনা রাস লীলাদা গোপী ক্রোর কুহ্নানা শান্নবা যাওই হায়। মদুগী মনুংদগী গোপী লিশিং তরাতরুক অমদি মরুওইবা গোপীনি হায়। লীশিং তরাতরুক অসিগী মনুংদগী গোপী খর অমদি অৱাংবা মখলগী গোপী (মুখতর) ওই। অমুক মখোয় শৰ অসিগী মনুংদগী গোপী নিপাল অমদি অবোনবা গোপী (মুখতম) নি। গোপী নিপাল অসিগী মনুংদগী অমুক রাধানা মরু ওইবা হেল্লি। গোপী নিপাল অসি রাধাগী অংশ কায়ব্যুহনি হায়বা মথক্তা পঙ্জগ্রে। গোপী মখল যাম্না কুপ্না খায়দোক্লি।

উজ্জলনীলমণিদা গোপী মখল চাওনা থাদুনা লৈবিবা অসিদগী বিশ্বনাথনা তোষনীনচিংবদা টিকা পী। মদুগী মতুংইন্না ঋষিচরী, মুনিচরী, দেবচরীনচিংবা গোপীশিংগী মখল তাক্লি। মখল অসি অমুক সাধন সিদ্ধা অমসুং নিত্য সিদ্ধা হায়না মখল অনী থোক্লা খায়রি। ঋষিচরী অমসুং মুনিচরী অসি সাধন সিদ্ধাগী মনুং চল্লি। দেবচরীনা নিত্যসিদ্ধগী মনুংচল্লি। সাধন সিদ্ধা অসি যৌথিকী অমসুং অযৌথিকী হায়দুনা অনী থোক্লা খায়রী। শ্রুতিচরী, ঋষিচরী অমসুং মুনিচরী অসি যৌথিকীগী মনুং চল্লি।

পদ্মপুরাণগী মতুংইন্না গোপী মখল মরি থোক্লা খায়রি। মদুদি — শ্রুতিজাৎ, ঋষিজাৎ, গোপ-কন্যা অমসুং দেবকন্যা। দেবকন্যাশিং অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মপুং ফানবগীদমক মী ওইনা পোকলকপনি। ব্রজগী গোপীশিং অসি কাংলুপ কাংলুপ নাইনা থায়দোকই। কাংলুপ অমগী মনুংদগী অমুক অতোপ্পা কাংলুপ অমা থোক্লা খায়দোকই। মদুগী লুচিংবীশু লৈ। শ্রীমতি রাধিকাদদি মখল মঙাগী সখী কাংবুনা মতেং পাংই। মদুদি সখী, নিত্য সখী, প্রাণ সখী, প্রিয়সখী অমসুং পরম প্রেষ্ঠ সখী।

সখী হায়বদি - শ্রীকৃষ্ণদা হেন্না নুংশিববু সখী কৌই। মখোয়শিং অদুদি বৃন্দা, কুন্দলতা, বিদা, ধনিষ্ঠা, কুসুমিকা, কামদা অমসুং আত্রেয়ীনচিংবনি। নিত্যসখী হায়বনা কনাবু খঙনৈ? শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীরাধানা হেন্না নুংশিববু নিত্য সখী কৌই। মখোয়শিং অদুদি কস্তুরী, মনোজ্ঞা, মণিমঞ্জরী, ছিন্দুরা, চন্দনবতী, কৌমুদী অমসুং মদিরানা অসিনচিংবনি। প্রাণ সখীদি নিত্য সখীশিংগী মনুংদা লুচিংবী ওইরিবীবু প্রাণসখী (চান্নবা মরুপ) কৌই। মখোয়শিং অদুদি লাসিকা, তুলশী, কেলী, কন্দলী, কাদম্বরী, শশিমুখী, চন্দ্ররেখা, প্রিয়ম্বদা, মদোন্মাদা মধুমতী, বাসন্তী, কলভাষিনী, রত্নাবলী, মালতী, কর্পূরিলতিকা নচিংবনি।

প্রিয় সখীনা নুংশিরবী মতারোইশিংবু খঙনৈ। মখোয় অদুদি —

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| মালতী | কামলতা | শশিকলা | কুরঙ্গাক্ষি | সুমধ্যা |
| মদনালসা | কমলা | চন্দ্র লতিকা | গুণচুড়া | বরাঙ্গদা |
| মাধবী | চন্দ্রিকা | প্রেম মঞ্জরী | তনুমধ্যমা | কন্দর্পসুন্দরী |

নচিংবীনি।

প্রিয়সখী কোটি অমা লৈ হায়। পরম প্রেষ্ঠ সখী হায়বনা খ্বায়দগী হেন্না চান্নবী, নুংশিবী মতারোইশিংবু খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদি — ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পক লতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুলেখা, রঙ্গ দেবী অমসুং সুদেবী নচিংবী সখী নিপাল অসিনি।

সখীশিং অসিনা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী অয়োবী পম্বুংফম অদু ফংলকপা কান্দা শ্রীকৃষ্ণগী মিচং করিগুম্বা কালদা চংই, অদুগা করিগুম্বা মতমদনা রাধাগী মিচং ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়োক্তা লৈ। রাধাগী খণ্ডিতা মতমদা মখোয়সু কৃষ্ণদা

শাউবা য়াওই, অদুগা মানগী মতাংদনা শ্রীকৃষ্ণগী মীচঙদা লেপ্পুনা রাধাবু তাথীবা বাওাও তাহল্লি। (বৈষ্ণব অভিধান)।

শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুংদদি গোপীশিং অসিগী মমিংশিং অসি উবা ফংদে। পদ্ম পুবাণ, স্কন্ধ পুরাণ অমসুং ভবিশ্যোত্তর পুরাণদা মমিংশিং অসি য়াওই। অতোপ্পা মমিংশিংশু সাত্বৎ তন্ত্রদশু য়াওই হায। রাধাগী মমিংশিংসু স্কন্ধ পুবান, প্রহলাদ সংহিতানচিংবদসু য়াওই। বাধিকাগী অতোপ্পা মমিং থরনা গন্ধর্ব, খঞ্জনাক্ষি, মনোবমা, মঙ্গল, বিন্দ, লীলা, কৃষ্ণ, শারি, বিশবদা, তরবলি, চকোরাক্ষি, শঙ্করি, কুনকুম অমসুং অতৈ অতোপ্পা মমিংশিং। শ্রীকৃষ্ণগী নিত প্রিয সখীশিং (গোপীশিং) গী কাংলুপ্তা বাধা চন্দ্রাবলী, বিশাখা, ললিতা,শ্যামা, পদ্মা, শৈব্যা, ভদ্রিকা, তাবা, বিচিত্রা, গোপলি, ধনিস্থা, পালি অমসুং অতৈ অতোপ্পশিং।

পুচিংবা সখী অমগী মখাদা গোপী কাংলুপ কাংলুপ লৈরি। মদুদি — শ্রী ললিতা সখীগী যুথদা (স্বরূপ দামোদবগী যুথদা) রত্ন প্রভা, বতিকলা, সুভদ্রা, ভদ্ররেখিকা, সুমুখী, ধনিষ্ঠা, কলহংসী অমসুং কলাপিনী। হাযবিবশিনা বৃন্দাবনগী লীলাগীনি। নবদ্বীপ লীলাদি মখাগী অসুম্না ওই —

| স্বরূপ দামোদরগী যুথ | | শ্রীললিতা সখীগী যুথ |
|---|---|---|
| ১) আচার্য্য বত্ন | - | বত্ন প্রভা। |
| ২) বত্নগর্ভ ঠাকুব | - | বতিকলা। |
| ৩) চন্দ্রশেখব আচার্য্য | - | সুভদ্রা। |
| ৪) ভূগর্ভ ঠাকুব | - | ভদ্রবেখিকা। |
| ৫) রাঘব গোস্বামী | - | সুমুখী। |
| ৬) দামোদব পণ্ডিত | | ধনিষ্ঠা। |
| ৭) কৃষ্ণদাস ঠাকুব | - | কলহংসী। |
| ৮) কৃষ্ণানন্দ ঠাকুর | - | কলাপিনী। |

শ্রীবিশাখা সখীগী যুথদা মাধবী, মালতী, চন্দ্ররেখিকা, কুঞ্জরী, হবিণী, চপলা, (বায বামানন্দ গী যুথদা) সুরভী অমসুং শুভাননা।

নবদ্বীপ লীলাদদি অসুম্না ওই -

| রায় রামানন্দগী যুথদা | | শ্রীবিশাখা সখীগী যুথদা |
|---|---|---|
| ১) মাধবাচার্য্য | - | মাধবী। |
| ২) নীলাম্বর ঠাকুর | - | মালতী। |
| ৩) রামচন্দ্র দত্ত | - | চন্দ্ররেখিকা। |
| ৪) বাসুদেব দত্ত | - | কুঞ্জরী। |
| ৫) নন্দন আচার্য্য | - | হরিণী। |
| ৬) শঙ্কর ঠাকুর | - | চপলা। |
| ৭) সুদর্শন ঠাকুর | - | সুরভী। |
| ৮) সুবুদ্ধি মিশ্র | - | শুভাননা। |

শ্রীচম্পাকলতা সখীগী যুথদা (রমানন্দ বসুগী যুথদা) কুরঙ্গাক্ষী, সুচরিতা, মণ্ডলী, মণিকুণ্ডলা, চন্দ্রিকা, চন্দ্রলতিকা, কুন্দকাক্ষী অমসুং সুমন্দিরা।

নবদ্বীপ লীলাদদি অসুম্না ওইগনি —

| রমানন্দ বসুগী যুথদা | | শ্রীচম্পকলতা সখীগী যুথ। |
|---|---|---|
| ১) মকর ধ্বজ দত্ত | - | কুবঙ্গাক্ষী। |
| ২) রঘুনাথ দত্ত | - | সুচরিতা। |
| ৩) মধুপণ্ডিত | - | মণ্ডলী। |
| ৪) বিষ্ণুদাস আচার্য্য | - | মণিকুণ্ডলা। |
| ৫) পুরন্দর মিশ্র | - | চন্দ্রিকা। |
| ৬) গোবিন্দ আচার্য্য | - | চন্দ্রলতিকা। |
| ৭) পরমানন্দ গুপ্ত | - | কুন্দকাক্ষী। |
| ৮) বলরাম দাস | - | সুমন্দিরা। |

চিত্রা সখীগী যুথদা (সেন শিবানন্দগী যুথদা) - রসালিকা, তিলকিনী, শৌর সেনী, সুগন্ধিকা, রমিলা, কামনাগরী, নাগরী অমসুং নাগবেলিকা।

নবদ্বীপ লীলাদদি মখাগী অসুন্না ওই —

| সেন শিবানন্দগী যুথ | | শ্রীচিত্রা সখীগী যুথ। |
|---|---|---|
| ১) শ্রীমান পণ্ডিত | - | রসালিকা। |
| ২) জগন্নাথ দাস | - | তিলকিনী। |
| ৩) জগদীশ পণ্ডিত | - | শৌরসেণী। |
| ৪) সদাশিব ঠাকুর | - | সুগন্ধিকা। |
| ৫) রায় মুকুন্দ | - | রমিলা। |
| ৬) মকুন্দানন্দ | -- | কামনাগরী। |
| ৭) পুরন্দর আচার্য্য | - | নাগরী। |
| ৮) নারায়ণ বাচস্পত্তি | - | নাগবেলিকা। |

শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখীগী যুথদা (মাধব ঘোষগী যুথদা) মঞ্জুমেধা, সুমধুরা, সুমধ্যা, মধুরেক্ষনা, তনুমধ্যা, মধুস্যন্দা, গুনাচুড়া অমসুং বরাঙ্গদা।

নবদ্বীপ লীলাদনা সখী নিপাল অসি মহান্ত নিপালগী মশক অসুন্না লৌগনি।

| মাধব ঘোষগী যুথদা | | শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখী যুথ। |
|---|---|---|
| ১) মকরধ্বজ সেন | - | মঞ্জুমেধা। |
| ২) বিদ্যা বাচস্পত্তি | - | সুমধুরা। |
| ৩) গোবিন্দ ঠাকুর | - | সুমধ্যা। |
| ৪) মহেশ ঠাকুর | - | মধুরেক্ষনা। |
| ৫) শ্রীকান্ত ঠাকুর | - | তনুমধ্যা। |
| ৬) মাধব পণ্ডিত | - | মধুসৎনকা। |
| ৭) প্রবোধানন্দ সরস্বতী | - | গুণচুড়া। |
| ৮) বলভদ্র ভট্টাচার্য্য | - | বরাঙ্গদা। |

শ্রীইন্দুরেখা সখীগী যুথদা (গোবিন্দানন্দ ঠাকুরগী যুথদা) সখী নিপাল অমা লৈ। মখোয় অদুদি - তুঙ্গভদ্রা, রসতুঙ্গা, রঙ্গবাটী, সুমঙ্গলা, চিত্রলেখা, বিচিত্রাঙ্গী অমসুং মদনালসা।

নবদ্বীপ লীলাদনা সখী নিপাল অসি মহান্ত নিপালগী মশক অসুম্না লৌদুনা লৈ -

| গোবিন্দানন্দ ঠাকুরগী যুথ | | ইন্দুরেখাগী যুথ। |
|---|---|---|
| ১) পরমানন্দ ঠাকুর | - | তুঙ্গভদ্রা। |
| ২) বল্লভ ঠাকুর | - | রসতুঙ্গা। |
| ৩) জগদীশ ঠাকুর | - | রাঙ্গবাটী। |
| ৪) বনমালী দাস | - | সুমঙ্গলা। |
| ৫) শ্রীকর পণ্ডিত | - | চিত্রলেখা। |
| ৬) শ্রীনাথ মিশ্র | - | বিচিত্রাঙ্গী। |
| ৭) লক্ষ্মণ আচার্য্য | - | মোদনী। |
| ৮) পুরুষোত্তম ঠাকুর | - | মদনালসা। |

শ্রীরঙ্গাদেবী সখীগী যুথদা (গোবিন্দ ঘোষগী যুথদা) সখী নিপাল অমা লৈবি। মখোয অদুদি - কলকন্ঠী, শশিকলা, কামলা, মাধুরী, ইন্দিরা, কর্ন্দপ মঞ্জরী, কামলতিকা অমসুং প্রেমমঞ্জরী।

নবদ্বীপ লীলাদনা সখী নিপাল অসি মহান্ত নিপালগী মশক অসুম্না লৌবি।

| গোবিন্দ ঘোষগী যুথদা | | শ্রীরঙ্গদেবী সখীগী যুথদা। |
|---|---|---|
| ১) কাশী মিশ্র | - | কলকন্ঠী। |
| ২) শিথি মাহাতি | - | শশিকলা। |
| ৩) শ্রীরাম পণ্ডিত | - | কমলা। |
| ৪) বড়হরিদাস | - | মধুরা। |
| ৫) কবিচন্দ্র ঠাকুর | - | ইন্দিরা। |
| ৬) হিরন্যগর্ভ ঠাকুর | - | কন্দর্প মঞ্জরী। |
| ৭) জগন্নাথ সেন | - | কামলতিকা। |
| ৮) দ্বিজ পীতাম্বর | - | প্রেম মঞ্জরী। |

শ্রীসুদেবী সখীগী যুথদা (বাসুদেব ঘোষগী যুথদা) সখী নিপাল অমশু লৈবি। মখোয় অদুদি — কাবেরী, চারু কববা, সুকেশী, মঞ্জু কেশীদা, হারহীরা, মহাহীরা, হাবকন্ঠী অমসুং মনোহরা।

নবদ্বীপ লীলাদনা সখী নিপাল অসিনা মহান্ত নিপালগী মশক অসুম্না লৌবগা লীলা শান্নবা যাওবী -

| বাসুদেব ঘোষগী যুথদা | | শ্রীসুদেবী সখীগী যুথদা। |
|---|---|---|
| ১) বাঘব পণ্ডিত | - | কাবেবী। |
| ২) মুবাবী চৈতন্য দাস | - | চারুকববা। |
| ৩) মকব ধ্বজ পণ্ডিত | | সুজেশী। |
| ৪) কংসাবি সেন | - | মঞ্জু কেশীকা। |
| ৫) শ্রীজীব পণ্ডিত | | হারহীবা। |
| ৬) মুকুন্দ কবিবাজ | | মহাহীবা। |
| ৭) ছোট হবিদাস | | হাবকন্ঠি। |
| ৮) কবিচন্দ্র গুপ্ত | - | মনোহরা। |

নবদ্বীপ লীলাদা অষ্ট গোস্বামীনা মরু ওইবা মঞ্জরী নিপালগী রূপ লৌবগা লীলা শান্নবা যাওই।

মখোয অদুদি —

| | | |
|---|---|---|
| ১) রূপগোস্বামী | - | রূপমঞ্জবী। |
| ২) সনাতন গোস্বামী | - | লবঙ্গ মঞ্জবী। |
| ৩) বঘুনাথভট্ট গোস্বামী | - | বস মঞ্জবী। |
| ৪) জীব গোস্বামী | | বিলাস মঞ্জরী। |
| ৫) গোপালভট্ট গোস্বামী | | গুণ মঞ্জরী। |
| ৬) রঘুনাথ দাস গোস্বামী | - | বতি মঞ্জবী। |
| ৭) লোকনাথ গোস্বামী | - | মঞ্জুলালী মঞ্জবী। |
| ৮) ভূগর্ভ গোস্বামী | - | প্রেম মঞ্জবী। |

মথক্কী অসিদগী উবা ফংলে, মদুদি মরুওইবা অষ্ট সখী নিপান্না অষ্ট মহান্তগী শকওং লৌরগা নদিয়া লীলা শান্নরি। শ্রীললিতা সখীনা স্বরূপ দামোদর, শ্রীবিশাখা সখীনা রায় রমানন্দ, শ্রীচিত্রাসখীনা সেন শিবানন্দ, শ্রীচমপকলতা সখীনা রমানন্দ বসু, শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখীনা মাধব ঘোষ, শ্রীইন্দুরেখা সখীনা গোবিন্দা নন্দ ঠাকুর, শ্রীরঙ্গ দেবী সখীনা গোবিন্দ ঘোষ অমসুং শ্রীসুদেবী সখীনা বাসুদেব ঘোষ অদুগা সখী নিপানগী যুথদা য়াওরিবা সখী ৬৪ না হায়বদি গোপী ৬৪ না চৌষট্টি মহান্তগী মশক লৌরগা রাধাকৃষ্ণগী লীলা নবদ্বীপ লীলা ওইনা শান্নরি।

শ্রীরাধাগী মঞ্জরীগী মশিং ঙম্নমক্না তরানিপান্নি। মখোয়শিং অদুদি —

| | | | |
|---|---|---|---|
| অনঙ্গ মঞ্জরী | রূপমঞ্জরী | রতিমঞ্জরী | লবঙ্গ মঞ্জরী |
| রাগ মঞ্জরী | রস মঞ্জরী | বিলাস মঞ্জরী | প্রেম মঞ্জরী |
| মণি মঞ্জরী | সুবর্ণ মঞ্জরী | কাম মঞ্জরী | রত্ন মঞ্জরী |
| কস্তুরী মঞ্জরী | গন্ধ মঞ্জরী | নেত্র মঞ্জরী | শ্রীপদ্ম মঞ্জরী |
| লীলা মঞ্জরী | হেম মঞ্জরী। | | |

সুপ্রেমা অমসুং রতি মঞ্জরী কৌবী মঞ্জরী অনী অমসু লৈ। মখোয় অদু ভানুমতী হায়নশু খঙনৈ।

মঞ্জরী তরানিপান অসিগী মনুংদগী নিপান থক্না মকোক ওইবীনি। মখোয় অদুদি— শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী, শ্রীরূপ মঞ্জরী, শ্রীরতি মঞ্জরী, শ্রীরস মঞ্জরী, শ্রীলীলা মঞ্জরী, শ্রীবিলাস মঞ্জরী অমসুং শ্রীকস্তুরী মঞ্জরীনি। শ্রীমতি রাধিকাবু হেন্না নুংশিনা নিংজবী কাংবু অসি মঞ্জরীশিংনি হায়না লৌনৈ।

মখোয়শিং অসি রাধাগা মতম পুম্নমক্তা থাদোক্নদনা লৈবা মনাইনুপীশিংনি। রাধাগা লেংমান্নবী ওইরবশু শ্রীযুগোল সেবাদদি রাধাগী মনাইনি হায়জবনা হেন্না পামজে। নিত্য সেবা ফংজবা মনুং হঞ্জনবী অসিবু মঞ্জরী কৌই। নর্ম্মসখীশু কৌই। **শ্রীরাধানা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী লাইনিং লাইশোন্দা য়াম্না অৱাংবা থাক্তা লৈবনা মঞ্জরী সাধনা অসিশু য়াম্না মরু ওইরকই।**

রাধানা মহাভাবগী তুংনফম ওইবনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী লম্বীদি রাধানা ওইরি। রাধাদা হান্না চংজদনা শ্রীকৃষ্ণদা হাকথেংননা চংলুবনা কৃষ্ণবু ফংবা ঙমলোই।

আশ্রয় ওইবী রাধাদা চংজরগা মহাভাবকী মহাও অদু হান্না তংবা তাবনি। মতুংদা রাধানা প্রেম ভক্ত অদু কৃষ্ণ ফংনবগী লম্বীদা লমজিংবিরক্কনি। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অরোনবা নিত্য ওইবা প্রেম লীলাশিং অসি দাস্য ভাব, সখ্য ভাব অমসুং বাৎসল্য ভাবনা শ্রীকৃষ্ণদা চংজরগা খঙবা ঙমদে। মসিদি ব্রজসুন্দরী শিংদতা চংজরগা খঙবা ঙমগনি। মবমদি - ব্রজগোপীশিং অসিগী নুংদগী ফাওরকপা অনুভবশিংদগী লোন্ন থুপ্না লৈষ্ণবা রাধাকৃষ্ণগী লীলাশিং অসি ওইখি।

অতোপ্পা বাহৈদা হায়রগা রাধাকৃষ্ণগী অরোনবা লীলাশিং অসি গোপীশিংগী কৃপাদগী ওইখিবা ঙাক্কনি। সখীশিংগী মতেং নত্তনদি রাধা কৃষ্ণগী ভাব অসি মপুংফাবা ঙমদে। অদুনা মখোয়গী কৃপা নত্তনদি লীলাশিং অসি করিমত্তা খঙবা ঙমলোয়। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী অরোনবা লীলাশিং অসি খঙগে হায়রবদি ব্রজ গোপীশিংনা থাংলমলিবা খোঙথাংশিং অদু ইন্দুনা চৎপা তাবনি। কনাগুম্বা অমনা হায়বিবা অসি খঙবা ঙম্বগী চাংগী মনুংদা লৈরক্রবদি মহাকশু ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী অরোনবা লীলাদা চংবা য়াবক্রে। হায়রিবা অসি শ্রীশ্রীগোবিন্দ লীলামৃত (১০।১৭) দগী খঙবা ঙম্মী।

রাধা কৃষ্ণ অনীগী মবক্তা থম্মোযগা থম্মোয়গা শিন্নবা, পূক্নিংগা পূক্নিংগা চান্নবা অথুপ্পা লীলা অসি ব্রজগোপীশিংগী নৎত্রগা মখোয়গী মতুংইনবশিংগী লমজীং মখাদা চৎত্রবদি খক খঙবা ঙমলোই। শ্রীরাধা বানীগী তোৎন-চান্ননা লৈমিন্নবিবা মতাশিং অদু সখী কৌই, অদুগা বাধাগা হেক নকশিন্ননা লৈবিবা রাধাগী মতেং পাংলবীশিং অদুনা মঞ্জরীশিংনি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মখোয়না চংলিবগী মওং অসি ফোংদোকপদা বানা থোকই। মরমদি মখোয়না কৃষ্ণগা তোৎনদুনা লৈমিন্নবসু পান্নুদে, কৃষ্ণগা লৈমিন্নদুনা মশাগী নুংঙাইবা ফংনবশু তান্নুদে। মখোয়না মতম পুম্নমক্তা বাধারানীবু কৃষ্ণদগী কায়নদনবতা হোৎনৈ। রাধা-মাধব অনীনা পুন্না লৈমিন্নবা অদু মখোযগী মিৎনা উজবা ফংজরগা মখোয়গী নুংঙাইজবা ওইবি।

তশেংবদি শ্রীরাধা হাযবসি মরিচৎপী উরীগী পাম্বকনি। মনাক নকপা পামেন্দা য়েৎপা হায়বসিনা তাংজবী উরীগী মথৌনি। শ্রীকৃষ্ণনা পামেল তলা পাম্বী ওইরে অদুগা রাধানা তাংজবী উরী ওইরগা কৃষ্ণগী মশা পুম্বদা য়েৎলি। অমুবা তমাল পাম্বীদা সনাগী উরিনা য়েৎপওম্বনি। ব্রজসুন্দরীশিং রাধাগী

লোইনবীশিং অসিনা উরীগী উনাশিং অমসুং উরীদা মকাফম্না শাৎলিবা লৈরাংশিংনি। উরীনা উপান্দা য়েৎপা মতমদা উরীগী মনাশিং, শাৎলিবা লৈরাংশিং খিবিক য়াওনা উপাল অদুদা চেৎনা উরীগা লোয়নননা য়েৎশিন্দুনা লৈ। শ্রীরাধারানীনা প্রেম কল্পলতা কৌবী উরীগী মউনি। মাগী মনা, মপাল অমসুং য়েন্নিংশিং অদুনা ব্রজগোপীশিংনা ওইরি।

কৃষ্ণ প্রেমামৃতনা মউদা শিন্থরকপা মতমদা শরুক চামা হেন্না নুংঙাইবা ফংই মনাশিংনা। মতৌ অসিগুম্না রাধানা নুংঙাইরগা মনা, মপাল, য়েন্নিংগী মশক ওইরিবা গোপীশিংনা থোইনা হেন্না নুংঙাই। রাধা কৃষ্ণগী ভাবপু মপুং ফাহনবা ঙমহললিবদি সখীশিংগী মতেংতনা ওই। অদুনা সখীগী খুবম অসি ফংজগে হায়দুনা বসজ্ঞশিংনা তান্নে। শ্রীকৃষ্ণনা অমুবা তমাল পাম্বী ওইরে অদুগা রাধানা সনাগী উবী ওইরগা তমালদা য়েৎলি। উরীগা তমালগা য়েৎনবা উরুবদা নুংঙাইবা পোকলোইদবা জগত্তা লৈতে কনাসু। সনাগী উরীনা তমালদা য়েৎপা উরগা গোপীশিংনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরি। (শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতম ১০।১৬-১৮)।

মঞ্জরী হায়বসি অনৌবা য়েন্নিং হুম্ব্রকলিবা অপোম্বা লৈ থিন্দোকলকলিবগা পাঙখক্লি। সখীশিংনা উরীগী মনাশিংনি। মঞ্জরী হায়বসি নৌরিবা মযুমমকৈ পান্দ্রিবা কুমারী চহি ১২-১৩ গী বয়স ওইবা নৎত্রগা কনাগুম্বগী মত মতুংইন্না চহি ৯ নৎত্রগা চহি ১০ গী ফীবম ওইরিবা, কনাগুম্বা অমগী য়ুমদা মমা, মপা, মচিন মনাওনচিংবগা লোয়নননা লৈমিন্নরিবা করিগুম্বা মখলগী সারি শেৎলিবা মথোয় অদুবু খঙনৈ। মঞ্জরী হায়বসি শ্রীরাধাগী মনাইনুপীনি। রাধাগী মনাই নুপী ওইবতা নত্তনা রাধাগী মনাইগীশু মনাইনি। অদুম ওইনমক মঞ্জরী সাধনাদদি মঞ্জরী হায়রিবা অসি রাধাগী থৌজাল মখাদা হান্না লৈগ্রবা গোপী অমবু খঙনৈ। চাংজৌ নাইদবা আনন্দগী ঈপাক তোর্ব্বান্দা খোয়থুম্নরবা আনন্দগী মহাও তংলিবা মহাক অদুবু মঞ্জরী হায়না খঙনৈ।

রাধারানীগা লোয়নবী গোপীশিং অসিনা মশাগী ওইবা নুংঙাইবা অমতা শ্রীকৃষ্ণদগী ফংজগে হায়না খল্লুদ্রবশু থৌজাল হৈরবী রাধানা মথোয় খুদিংমকপু অমমমতা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগা উম্নবা শিনবি। অসুম্না গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা পুম্না লৈমিন্নবদগী ফাওরকপা নুংঙাইবা অদুনা রাধানা মহাক মশামক্তা শ্রীকৃষ্ণগা

লৈমিন্নবদগী ফংলকপা নুংঙাইবদগী হেন্না নুংঙাইবা ফাওরি। শ্রীকৃষ্ণনা রাধারাণী অমসুং মাগী সখীশিংনা পুন্না ইবুঙো মহাক্কা লৈমিন্নবদগী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈবা অদু উরুরগা কৃষ্ণ মশামকসু অমুক্কা হেন্না নুংঙাই।

অসুন্না রাধাকৃষ্ণ অনীনা পুন্না লৈমিন্নবদগী অমসুং সখীশিংগা কৃষ্ণগা লৈমিন্নবদগী নুংঙাইবা পোকলকলিবসি মীঁরমলেনগী ওইবা নুংঙাইবা, নুপা নুপী অনীগী মরক্তা লৈবা কাম অদু নত্তে। লাইরমলেনগী ওইবা, নিত্য ওইবা আনন্দনি। মশাগী ইন্দ্রিগী পেন্নবা তৌরবদি মদু কামনি। রাধা অমসুং গোপীশিংনা মশাগী নুংঙাইনবা হোৎনদে, কৃষ্ণগী নুংঙাইনবতা হোৎনৈ। অদুনা মসি প্রেম্নি। শ্রীকৃষ্ণদি বসগী সমদ্রুনি। সমদ্রুগী ঈরোম্নুংগী লুবগী সিমানা পন্নেপফম খঙদনা লৈবগুম শ্রীকৃষ্ণগী অমুবা কুচুনা বসগী চাংজৌ নাইদবা ঈপাক ওইরগা মদুগী মরেপ তানবা ফংদনা লৈরি। পাক্রবা ঈপাক্তা হৌরকপা ঈশিংগী ঈথক্লা বাধানা কৃষ্ণ কায়নবদগী ফংলকপা চৈথেং বিরহ অগ্নি মশেক্লা মহাক্কী ফুদোংলবা সনা অহিংবা মানবা কুচুদা য়েবদু ওইবি।

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী রসগী ঈপাক্তা কারকলিবা অচৌবা ঈথক্লা সখীশিংগী শকওং ওইরি, অদুগী ঈপোমগী মপৈশিংনা সখীশিংগী মনাই নুবী মঞ্জরীশিংগী মশক ওইরি। আশ্রয়না ভাবগী তুংনফম পাত্র ওইবি। ভাব অসি আশ্রযগী মখা থোংবা ওইনা লৈ '' ভাবগী মহাও তংগে হায়রবদি ভাব অদুগী তুংনফম ওইরিবা পাত্র অদুগী মগুণ খঙবা তাবনি। বাধানা ভাবগী তুংনফম মনুং হৃঙ্গিন্না লুবা পাত্রনি। রাধাদা চংজদুনা লৈবিবা মঞ্জরীতনা পাত্র অদুদা তুংলিবা ভাব রসগী মহাও খঙবা ঙম্মী।

অদুনা কনাগুম্বা অমনা মঞ্জরী দেহ লৌদুনা শ্রীবাধারাণীদা চংজরবদি খনিগী মশক ওইনা রাধাদা তুংলিবা রসগী খোয়থুম্নরবা মহাও তংবা ঙম্মী। **মরম অসিনা মঞ্জরী সাধনাদা রাধাগী মফম অসি য়াম্না ৱাংনা লৈ। বৈষ্ণব সাধনাগী লমদা সচ্চিদানন্দ রসময়ী মূর্ত্তিবু মঞ্জরী কৌই।**

সখীশিংনা মতৌ করম্না বাধা-গোবিন্দ অনীগী মধুর বস লীলাদা মতেং পাংবগে, মখোয়গী মথৌশিংনা কবি কবিনো? সখীশিংনা ইবুংঙো ইবেম্মাগী লীলা পাংথোকপদা লৌবা থৌদাংগী মশক্তি মখল তবাতরুক শুই। মদুদি -

১) সখীশিংনা মখোয় মশেল মনুংদা রাধা-কৃষ্ণ (নায়িকা-নায়ক) গী নিংথিবা, ফজবা মতিক মগুণ থাদুনা শক শোনবা।

২) ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী প্রেম মিলনগীদমক্তা রাধা কৃষ্ণ অনীবু মতম পুম্বদা শেংনা-থানদনা লৈনবা হোৎনবা।

৩) শ্রীরাধাবু নিংথিনা চংখোল্লা ফীজেৎ লৈতেংবীরগা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্গীদমক্তা থৌরাং তৌদুনা থম্বীবা।

৪) প্রেমতনা থুমহৎলবা অখন্নবা গোপীতবু খুৎশিন্নবা।

৫) ফাগী-ফরাং তৌবা।

৬) অশাওবা পূক্লিংবু নমথবিরগা শান্তি ওইনা পোত্থাহনবিবা।

৭) কৃষ্ণসঙ্গ তৌম্রিঙৈগী মমাংদা চুনবা ফীজোললনা লৈতেংবীবা।

৮) রাই-কানু অনীগী থম্মোয়নুংদা ফাওরকলিবা ভাবগী ঈহৌল অদু ইবুঙো ইবেম্মা অনীদা ফাওহনবা।

৯) রাধা কৃষ্ণ অনীগী মরক্তা ভাব তানদবা নিংতাই শংদানবা থোক্রবগু মরাল খিবিকপু লোৎশিন্দুনা থম্বা।

১০) শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা পূক্লিং লুপশিন্দুনা লৈপ্লবা গোপীশিংদা করম হায়না মখোয়গী মপুরোইবনি হায়দুনা লৈরিবা অদুবু অমসুং অতৈ অতোপ্পবু লৌনম তৌদুনা থমগদবগে হায়বদু তাকপীবা।

১১) নায়ক নায়িকা অনীবু তাঙ্গা চাবা মতম ফংলকপদা মিলন ওইনবা শিনবা।

১২) চামর সেবা চংবা।

১৩) নায়ক নায়িকা অনীনা মত তিন্নরক্তদুনা খায়বুং খায়বুং তৌরক্লবা কালদা মখোয়গী মফমদা চংজবা।

১৪) নুংশি মপাও পুবা।

১৫) শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অবা-মৈচাক খাংদুনা লৈরবা কালদা মহাকপু অবা মৈশা কোকহনবা অমসুং পূক্লিং নুংঙাইনা থম্বীবা।

১৬) শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম লীলা খুদিংদা চেকশিন থৌরাং তৌনা পুক্লিং চিংশিন্দুনা লৈবা। নায়িকাবু কম্নবা হোৎনবা।

মথক্তা পঞ্জশ্রে - সংকীর্ত্তনগী মফম্না বৃন্দাবন্নি, মাগুপনা নিভৃত নিকুঞ্জবন্নি, কল্প-বৃক্ষনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপনি বৃন্দাবনগী মনুংদা লৈবা কুঞ্জশিং অমসুং সখী নিপালগী কুঞ্জশিংগী লৈফমনচিংবশু নৈনজশ্রে। সংকীর্ত্তনগী যোগ পীঠবু নবদ্বীপ অমসুং বৃন্দাবন অনী তুনা য়েংবো তারকই। ঈশৈ শকপনা নুমিৎ নুমিৎকী মশক খণ্ডনা রাগ বাহন (শাদোং), মচু, ফীজেৎ, ভাব, মূর্ত্তি মশক খণ্ডনা নিংশিংদুনা রাগ হৌগনি। রাগগী নুংগী অথুপ্পা মরমশু খণ্ডফম থোকই। নুমিৎ তরেৎনিগী রাগ রাগিনী মশক, বাহন খণ্ডনা রাগ হৌগদবা ওই।

খন্নফম থোকপা বাফম অমনা মরু ওইবা সখী হায়দুনা লৈরিবসি অষ্ট সখী (সখী নিপাল) বু খণ্ডনৈ। চয়োল অমা হায়বিবসি নুমিৎ তরেৎনিনা শাই। নুমিৎ তরেৎকী ওইবা নোংমা নোংমগী সেবা সখী অমমম্না কুঞ্জগী সেবা চংবা তারবদি সখী অমদি লেমহৌরে। লেমহৌরিবা সখী অমসি কনানো, করম্বা কুঞ্জগী সেবাদা চংগদৌরিবনো হায়বগী মতাংদসু মত খেৎননা চৎপা উবা ফংজে। সখী অমমমগা মঞ্জরী অমমমগা কোন্নবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম সেবা চংবগী ভাবতা লৌরবদি মঞ্জরী মশিংশু নিপান্নি।

মরুওইবা মঞ্জরী খুদিংগী মখাদা অমুক মঞ্জরী নিপাল/নিপাল খক অমুক লৈরি। গুম্নমক্তা মঞ্জরীগী মশিং হস্ফুমরিনি। করম্বা সখীনা করম্বা মঞ্জরীগা লোয়নননা নোংমা নোংমগী ওইবা সেবা চংবগে, সখীশিংগী মমিংশিংনা করি কৌবগে, মঞ্জরীনা কনা কনানা ওইবগে, যোগ পীঠগী করম্বা মায়কৈদা মখোয়গী কুঞ্জ লৈবগে, কুঞ্জশিংগী মমিংশিংনা করি করি কৌবগে, কুঞ্জগী মচু করিনো, কুঞ্জগী রসনা করিনো, সখীশিংগী ভাবনা করিনো, কুঞ্জ অদুগী রাগনা করিনো, রাগগী মচুনা করিনো, রাগগী বাহন (শাদোং) না কনা কনানা ওইবগে, সখী মঞ্জরীশিংগী শকওংনো করম তৌই, কুচুনা করিনো, করি ফীজোল থোক্লি, চহি কয়াগী বয়সনো, মপা মমা অমসুং মপুরোইবগী মমিংনো করি কৌই, মখোয়গী সেবাগী মওংনো করিনো হায়বনচিংবসিদা গোস্বামী অমগা অতোপ্পা গোস্বামী অমগগী মরক্তা মত খেৎননা চৎপা উরকই।

করম্বনা অচুম্বনো হায়বসিদা পল্লেপফম খণ্ডলক্কে। খেন্নরিবা মতশিং অদু চুমশিন্নরগা মত অমত্তা ওইনা পুরকপা ঙমদে। শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীনা লেংবিরম্বা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা, শ্রীপাদ ধ্যানচন্দ্র গোস্বামীগী পদ্ধতি, শ্রীরঘুনাথ দাসগী সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ (সংকীর্ত্তন মহত্ত্ব) হরি সংকীর্ত্তন চিন্তামণিনচিংবদা সখী মঞ্জরীশিংগী লৈফম, সখীগী মমিং, মঞ্জরীগী মমিং, মশক, মচু, মওং, সেবাগী মওং অসিদা নত্তনা মথক্তা খর পঞ্জখিবা খন্ননিংঙাই ওইবা ৱাফমশিংদা অদুম মত খেন্ন খেন্ননা লৈবা উজে। বিষয় অসি নৈনজরকপা মতমদা ৱাফমশিং অসি চোংথোকলকখিগনি। করম্বনা অচুম্বনো হায়বদু ভক্ত-বৈষ্ণবনা খনবিরগা লৌবিনিংবা মত অমা অদুম লৌবিগনি খঞ্জে।

## নুমিৎ তরেৎথনিগী ওইবা নোংমো নোংমগী সেবা

**নোংমোইঙ্গিং** - মশুং নিপাল নাইবা থম্বাল মওং শাবা যোগপীঠগী অৱাংদা শ্রীললিতাগী কুঞ্জ লৈ। কুঞ্জ অসিগী মমিং মরি থোক্লা খঙনৈ। মদুদি অনঙ্গাম্বুজ, ললিতানন্দদ, রূপোল্লাস নৎত্রগা মদন সুখদা কুঞ্জ। কুঞ্জগী মচুদি নোংথাং মচু (গোরচন মচু)নি। শ্রীললিতাসখীগী যুথদা সখী নিপাল লৈ। সখী নিপানগী মমিংশিংদি রত্নপ্রভা, রতিকলা, সুভদ্রা, ভদ্ররেখিকা, কলহংসী, কলাপিনী, সুমুখী অমসুং, ধনিষ্ঠা। সখী নিপাল অসিনা "অনঙ্গাম্বুজ কুঞ্জ" হায়রিবা ললিতাকুঞ্জগী মায়কৈ নিপাল মক্তা কোয়শিল্লগা লৈ।

শ্রীললিতা কুঞ্জগী মপান্দা শ্রীরূপ মঞ্জরী কুঞ্জ অমসুং অনঙ্গ মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ। (শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী অমসুং রাধা-মাধব-চিন্তন)। মঞ্জরী অনীমক তাম্বুল সেবা চংই। অজ্ঞা শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্নদি শ্রীরূপ মঞ্জরীনা "অনঙ্গাম্বুজ কুঞ্জ" কৌবা ললিতা কুঞ্জগী ময়াইদা লৈ হায়। শ্রীরূপ মঞ্জরীগী কুঞ্জগী মমিংনা" রূপোল্লাস কুঞ্জ" হায়না খঙনৈ। রূপমঞ্জরীগী কুঞ্জ অসিবু অমুক মাগী চান্নবী মতারোই নিপান্না মায়কৈ নিপালদা কোয়শিল্লি।

মঞ্জরী নিপালগী মমিংশিংদি গুনমঞ্জরী, রাগ মঞ্জরী, রঙ্গ মঞ্জরী, রস মঞ্জরী, লীলা মঞ্জরী, বিলাস মঞ্জরী, সুবর্ণ মঞ্জরী অমসুং মন্মাদ মঞ্জরীনি। কুঞ্জগী রসদি খণ্ডিতানি। রাগনা মল্লার রাগনি। নুমিৎ অসিগী রাগগী মচুদি নীম মানবা মচুনি। ফীজোম্না অঙাংবা ঈ মচু (চেক মচু) নি। কুঞ্জ অসিগী শা, উপাল-ৱাপালশিংগী

মচুসু অদুনি। বাগগী শাদোং (বাহন) না বাহোং (ময়ুব) নি। মহাক্কী স্বভাবতি "বাম প্রখবা" নি। (বামগী অর্থদি শাউবগা পাক হন্দবী, মানগী মমৈদগু শাউবী, নাযকনা খুদম চনঙমদবী, বাহৈ খোনফম কনবী অদু বাম নায়িকানি)। তাম্বুল সেবা চংই।

শ্রীললিতা সখীগী মবমদা খবা পঞ্জগে। ললিতাগী অতোপ্পা মমিংনা অনুবাধা কৌই। সখী নিপালগী মনুংদা ললিতা দেবীনা খ্বাযদগী অহল ওই। মাগী চান্নবী শ্রীবাধাদগী নুমিৎ ২৭ নি খক হল্লি। কুচুনা চেক মচু মাল্লি। ফীজোল্লা বাহোংমচুনি শ্রাবন (ইঙা) থাগী শুক্লা একাদশীদা পোকই। চহি ১৪ থা ৩ নুমিৎ ১২ শুবৰিনী। মপাগী মমিংনা বিশোক কৌই। মমাগী মমিংনা সাবদী কৌই। মপুবোইবগী মমিংনা ভৈবব কৌই, গোপনি। গোবর্দ্ধনগী মকপ্নি। ভৈববগী চহিনা ২৭ নি, যাবট গ্রামদা লৈবনি।

শ্রীললিতা সখী অসি খৎনবকপদা, প্রেমগী নাপন তান্নবকপদা, কবিগুম্বা এমগী ফংনবা তান্নবকপদা মমাই শুকতুনা অমসুং শাওশিন্নদুনা সখীশিংগী মবক্তা হক লৈথোকই অদুগা সখীশিং অদুগা শ্রীবাধাদা অসি হাযযু শ্রীকৃষ্ণদনা অদু হাযযু হাযনা ইনশিল্লি অমসুং ২নেহল্লি। শাওনদুনা হেঞ্জিল্লক্রবা মতমদা কবিমতা খঙদবা শাজিন্নদুনা অনীগী অশাওবা থেমজিন্নন হোৎনৈ। খান্বদা যাদ্রবদি ভগবতী পৌর্ণমাসী কৌবগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী খৎনবা তাইশিন্নৈ। মতাক অসি মপা লৈতনা যুমণা মওং শাদুনা মথক খনবী ফমুং (শয্যা) শেম্বা হৈ, অদুগা ভুন্নমদাইদা কবি ফীজোল শেৎপা হৌগৎলকপদনা কবি শেৎপা হাযবসিগী মবমদা যান্না কুপ্না খঙই। (**শ্রীবাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা - ১২৯-১৩১**)।

লৈকোলগী খাংবোক্তা অঙাওবী শাশিন্নদুনা লৈবগা ঈশৈ হৈবী, জগোঈ হৈবী সখীশিংবু লৈ শাংপা উবী মবক্তা, কা মনাগী উবীলক্তা অমসুং কাপাম্বী মনা কসু জগোঈ ঈশৈ শকহন্দুনা শান্নৈ। মিত্রংগুম্বগী লাইবিক পাখোংগী লাইবিক ইবা খোংপা যাম্না হৈ। শ্রীবাধা কৃষ্ণগী তাম্বুল সেবাদা মপা লৈতনা নিংথিজৈ, পুন্নমক্তগী ইহেল হেল্লি। (**শ্রীবাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা ১৩০-১৩৪**)।

শ্রীললিতা সখীগী যুথদা লৈবিবা সখী নিপালদা লোযনবিবা বাগগী মশকসু তোঙাল্লি। বত্নপ্রভাগী বাগনা হিন্দোল বাগনি, বতি কলাগী বাগনা ধানসী, সুভদ্রাগী

সুহী রাগিনী, দান লীলা, ভদ্ররেখিকাগী ধানসী রাগিনী, জলকেলি, সুমুখীগী তুড়ী বসন্ত, হোলি, ধনিষ্টাগী যথা-রাগ, ঝুলন, কলহংসীগী যথা-রাগ, পাশা খেলা, কলাপিনীগী যথা-রাগ, অলঙ্কারনচিংবা সেবা অতৈ।

শ্রীরূপ মঞ্জরীগী মপাগী মমিংনা রত্নভানু (শ্রীরাধিকাগী মখুড়া) কৌই। মমানা সুলাবতি কৌই। মকুবোকগী মমিংনা কুশল, মনেমগী মমিংনা কুশলী কৌই। চহি ১৩ থা ৬ শুরবিনী। মপুরোইবগী মমিংনা, সুবন্ধন কৌই। যাবটতা লৈবিনী। মচুনা গোরচননি। ফীজেৎনা ৱাহোং মমৈগী মচু মানবনা লৈতেংবীনি। কনাশুম্বনা মন্দাব পুস্প (অঙ্গোৎ মপাল) মাল্লিশু হায়। (রস হুম্ফুমরি)। মশাগী মনমদি পরিজাত মনমনি। রসনা উৎকণ্ঠানি। সনাগী ক্কাগোক পাইদুনা তাম্বুল সেবা তৌবিনি।

নোংমাইজীং নুমিত্তা প্রতিপদ, দ্বিতীয়া, তৃতীয়া তাবা কালদা তোঙান তোঙানবা কুঞ্জদা বমন লীলা শান্নবগী ৱাফমশু পল্লি। বাসদি নুমিৎ অদুবু পুবী সখীশিংগী কুঞ্জদা মিলন ওইগনি হায। তৃতীয়া, প্রতিপদ তাবা নোংমাইজীং নুমিত্তদি নিভৃত নিকুঞ্জদা মিলন ওই। দ্বীতীযাদদি অন্যবু ঞ্জদা মিলন ওই। নোংমাইজীংদা প্রতিপদ, দ্বিতীয়া তাদ্রবদি অদুগা শ্রীবৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ কুঞ্জদা মিলন তৌবা থোক্রবদি শ্রীবঙ্গমোহন কুঞ্জদা মিলন ওইগনি অদুনা ললিতা কুঞ্জ বাস তৌগনি। সূর্য্য পূজাদি নোংমাইজীং নুমিৎ খুদিংগী "অনাকুঞ্জ" তদা ওই। শ্রীললিতা কুঞ্জদা মধুমঙ্গল সখানা লেংদনা লৈ। (রস হুম্ফুমরি)

**নিংথৌকাবা** - যোগপীঠগী চীংখৈ (ঈশান) দা শ্রীবিশাখাগী কুঞ্জ লৈ। বিশাখা সখীগী কুঞ্জ মমিং অহুম শুই। মদুদি — মদন সুখদা, লবঙ্গ সুখদা অমসুং বিশাখানন্দদা কুঞ্জ। বিশাখাগী যুথদা সখী নিপাল লৈ। মখোয অদুগী মমিং শিংদি — মাধবী, মালতী, চন্দ রেখিকা, কুঞ্জবী, হরিণী, চপলা, সুরভী অমসুং শুভাননা। মখোয় নিপালনা বিশাখা কুঞ্জবু কোয়শিন্দুনা লৈ। বিশাখানন্দদা কুঞ্জগী রাগদি মালবনি। রাগগী মচুনা ফুলচন্দন মচু শ্যাম বর্ণ মচুনি। রাগগী বাহন (শাদোং) না ৱাহোংনি। (**শ্রীরঘুনাথ দাসগী সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ**)।

শ্রীকোজেংবম ওঝা ধনগী মণিপুর সংকীর্ত্তন্দনা রাগগী বাহন শামুনা ওই হায়। সনা মচু মানবা ফীজোন্না লৈতেংই। ধানসী, মানসী, অম্বাবরী, ভৈরবী, রাম

কেলিনা রাগ রাগিনীনি। কুঞ্জরসনা স্বাধীন ভর্ত্তৃকানি। ফীজেৎ লৈতেংবগী সেবা চংই। কর্পূরনচিংবা চন্দন সেবা তৌবীনিশু হায়।

শ্রীবিশাখা কুঞ্জগী মপান্দা মঞ্জুলালী মঞ্জরী, কলাবতী মঞ্জরীগী কুঞ্জ অমমম লৈ। **(শ্রীরাধা মাধব চিন্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেম ভক্তি লহরী)**। মঞ্জুলালী মঞ্জরীনা লুক সেবা চংই, অদুগা কলাবতী মঞ্জরীনা ফীজোল সেবা চংই। বিশাখা কুঞ্জদা শ্রীরতি মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ হায়। **(রস হুম্ফুমরি)**। মাগী কুঞ্জগী মমিংদি "লবঙ্গ সুখদা" কৌই। মাগী মতাবোইশিং — কস্তুরী, কেলি, মধু, ভৃঙ্গ, ভানু, কন্দর্প, হরি অমসুং পদ্ম মঞ্জরীনচিংবীনা রতি মঞ্জরীগী "লবঙ্গ সুখদা' কুঞ্জগী মাযকৈ নিপাল মক্তা কোযশিন্দুনা লৈ। রতি মঞ্জরীগী থবক্তি চরণ সেবা তৌবনি।

শ্রীবিশাখা শ্রীরাধাগা নোংমা নুমিৎ ৎদা পোকপনি। মপানা মুখবাগী মচলগী মচা পাবল কৌই। মমানা কুটিলাগী মনাও নুপী সুদক্ষিনা কৌবীনি। মপুবোইবনা বাহিলক কৌই। পোকপা মতম্দা মাঙাইদনি, লৈখনা যাবটওনি। ভাদ্র (থবান) গী শুক্ল অষ্টমীদা পোকই। চহি ১৪ থা ২ নুমিৎ ১০ শুরবান। কুচুনা নোংথাং মচুনি। শ্রীজ্ঞানা থবানমিচাকনা লংনা থাকলবা শংলবা অতিযাপ অঙৌবা কবোক চাইবা ফাজেংলগুম্মী। হায়রদি থবানমীচাক্না চমক থিল্লি। মাগী কুঞ্জ সংস্কার তৌবী সখীনা বাতিকলা হায়না কৌই। স্বভাবনা বাম মধ্যানি।

বিশাখা অনীশুবা সখীনি। ললিতাগা নমচৎ শাজৎ মান্নে, গুনসু মান্নে, লাইনিংসু মান্নে বিশাখা হাস যাম্না নোই প্রেমজে প্রেমগী মবিদা মনুংহন্না তিন্নবী সখীনি, যাম্না খঙই পাতানবদা পুংই। শ্রীগোবিন্দমতুদা ফাগী ফবাগী ওইববশু বা হঙ্গৎপদা ইচং থৌই। মীগী মপুকচেল খঙবা ওম্মী। দুতিগী থবক্তা হৈশিংই। নুংশিবগী বাখন্দা ঙাওববা মতমদা হাযদোক হাযজিন তৌদুনা পূক্লিং ফাথবদা মপা লৈতে। লাইবক, চুবা, খবাক্তা চন্দন্না য়েকপা লৈপবেং ওকশমগী অমসুং কোক্কী মখল মখল শেম্বদা যাম্না হৈ। অদুতসু নত্তুনা লাই যেকপগী বিদ্যাদা অকবা "সর্ববতোভদ্র মণ্ডল" কৌবা পূজাগী মবমদা শিজিন্নবা ময়েকশু য়াম্না ফজনা য়েকপা ওম্মী।

বিশাখাসে যেতুম্না লোনবগী থবকশু চংখোন্না হৈ। ইবেম্মশিংনা সূর্য্যপূজা নুমিৎকী মন্দির চক্তুনা লাইখুবম্বদা চংগদবা পোৎলম চৈরমশিং লোযনা শুনা খঙই।

মখল মথা অয়াম্বা ধ্রুপদ-নচিংবা অতোপ্পা লমগী ঈশৈশু য়াম্না খণ্ডই। ঈশৈশিং অদু রঙ্গাবলিনচিংবী সখীশিংদশু হৈহল্লি। (**শ্রীরাধা কৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা ১৬৫-১৬৬**)।

শ্রীরতি মঞ্জরীগী অতোপ্পা মিংনা তুলসী অমসুং ভানুমতিসু কৌই। মশাগী কুচুনা অশেংবা য়োংমচুদা কোনা মচু চংবা কুচুনি। থবানমিচাককুম্না মফুৎ মফুৎ লাংবা ফীগী ফীজোম্না লৈতেংবীনি। চরণ সেবা তৌবিনি। মপাগী মমিংনা অঙ্গভদ্র, মমাগী মমিংনা সুমেধা, মপুরোইবগীনা বানশঙ্ক কৌই। লৈফম্না যাবটনি। মশাগী চহিনা ১৩ থা ২ শুবনি। শ্রীরাধামাধব চিন্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহবীগী মতুংইন্নদি মাগী লৈফম অসি রত্যাম্বুজ কুঞ্জ কৌবদনি, যোগপীঠগী মৈবম কোনাদা লৈবা কেশরনি।

নিংথৌকাবা নুমিত্তা দ্বিতীয়া, চর্তুথী তাদদুনা তৃতীয়াদা তারবদি 'কেলি কুঞ্জ' দা মিলন ওইগনি অদুগা বাসদি হান্নগুম্না নুমিৎ নুমিৎ অদু তাবা সখীশিংগী কুঞ্জদা অদুম শান্নগনি। দ্বিতীয়া, চতুর্থীদা নিংথৌকাবা তারগনা শ্রীকুণ্ডদা মিলন ওইগনি। শ্যাম-কুঞ্জ মপান্দা রাসনি। শ্রীবৃন্দাবনগীনা নিকুঞ্জ মিলনদি "মেঘতাম্বর" কৌবা কুঞ্জদা নিংথৌকাবদা ওইগনি। হায়রিবা কুঞ্জ অসি বিশাখা কুঞ্জগী মনুংদা লৈ। চতুর্থীনা সঙ্কেত কুঞ্জদা মিলন ওইগনি। নিংথৌকাবা নুমিৎকী সূর্য্য পূজা তৌফমদি "মানস-সরোবর" দনি। বিশাখাগী "মদন সুখদা" কুঞ্জদা উজ্জলসখানা লেংদনা লৈ। মরম অসিদগী মসিবু "উজ্জল সুখদা কুঞ্জ হায়নশু খণ্ডনৈ। (**রস হুম্ফুমরি**)।

**লৈপাকপোকপা** - যোগপীঠগী নোংপোক্তা চিত্রা সখীগী কুঞ্জ লৈ। মদন-সুখদা কুঞ্জ হায়না কৌই। আনন্দাখ্যাসু কৌই। নিংথিজবা মচুনা তিল্লি। চিত্রাসখীগী কুঞ্জগী মপান্দা রস মঞ্জরী অমসুং সুভাঙ্গদা মঞ্জরীগী কুঞ্জ অমমম লৈ। (**শ্রীরাধা- মাধব-চিন্তন অমসুং শ্রীপাদ-ধ্যানচন্দ্র গোস্বামীগী পদ্ধতিগী মত**)। শ্রীকোঞ্জেংবম ওঝা ধন সিংহগী মণিপুর সংকীর্ত্তন অমসুং অজ্ঞা শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মাগী রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্নদি চিত্রাগী "মদন সুখদা" কুঞ্জ মনুংদা অনঙ্গ মঞ্জরী অমুক লৈ। মাগী কুঞ্জনা "অনঙ্গ-সুখদা" কুঞ্জ কৌই। কুঞ্জগী বাগনা শ্রীরাগনি, মল্লার রাগনিশু হায়। রাগগী মচুনা পীতবর্ণ (নাপু মচু) নি। লুপা মচুগী ফীজোম্না লৈতেংই।

রাগগী শাদোং (বাহন) না শামুনি। (শ্রীরঘুনাথ দাসগী সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহগী মত)। মণিপুর সঙ্কীর্ত্তনগী মতুংইন্নদি গরুরনা বাহন ওই। রাগ রাগিনীনা কুড়া, কেদার, পূয়া, বেলুবা, রবির, চিত্ত, কানুড়া মাধবীনচিংবনি। বৈজয়ন্তিমালা সেবা চংই, অদুগা অতোপ্পগী মত মতুংইন্নদি ফীজোল সেবা চংইশু হায়। অদুগা রস হুম্ফুমরিদনা মনম নুংশিবা জল সেবা চংইশু হায়রি।

বৈজয়ন্তি মালা হায়রিবসি অখন্নবা লৈ মচু মঙানা লেংবা লৈ পরেংবু খঙনৈ। বৈজয়ন্তি মালাগা বনমালাগা মওং খর খেন্নৈ। বনমালানা মহৌশানা লৈ ময়াম, মনা অমসুং মহৈগা লোয়ননা লেংবা মালাবু খঙনৈ। শাংবদি চরণ মথক ফাওবা য়ৌই। গোপাল দেবদা থোনবা কান্দা মচু মখল মঙাগী হায়বদি নাপুমচু, অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা অমসুং অমুবা মচুগী ওইগনি।

শ্রীবলদেব বিদ্যাভূষণগী মত মতুংইন্নদি বিষ্ণুগী ওইবা তারবদি তত্ত্ব মঙাগী হাযবদি পৃথ্বি, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়াবু খঙনৈ। মরমদি বিষ্ণুনা বিরাট পুরুষ রূপ লৌবা কালদা মহাক মশাগী মায়া নৎত্রগা প্রকৃতিনা মহাক্কী ঙকশমদা বনমালাগী মশক ওইনা শি। বিষ্ণুনা থোনবা তারবদি ব্রহ্মাণ্ড ময়াম্না য়াম্থরগা শিবগী মওংবু বনমালানি হায সত্ত্ব, রজ, তম হায়বা প্রকৃতিগী গুণ অহুমবু পুম্নপ পায়শিল্লগা ঙক্তো থোনববু বনমালা থোনবনি হায়। অতোপ্পা অমনা ঈশিংবু "বন" কৌই। অদুনা বনমালা হায়বসি ঈশিংদগী পোকপা লৈনা লেংবা পরেং থরো থম্বালবুসু বনমালা কৌই। (পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোমবাপু শর্ম্মাগী শ্রীগীত গোবিন্দম লমাই ১৯) উৎকণ্ঠা প্রোষিতভর্ত্তৃকানা রসনি। (শ্রীরঘুনাথ দাসগী মত) অদুগা রস হুম্ফুমরি অমসুং সাধন প্রেম ভক্তি লহরীগী মতুংইন্নদি অভিসারিকানি।

কুঞ্জ সংস্কার তৌবী সখীদি "সুচিত্রা" কৌই। চিত্রাগী কুচুদি অঙৌবদা কাশ্মীর চংবা কুচনি। মিংসেনগুম্না লংবা মচুগী ফীনা লৈতেংই। যোগপীঠগী নোংপোক থংবদা লৈবা থম্বালমচুনী "চিত্রানন্দদ কুঞ্জ" কৌবা দলনি। মপানা বৃষভানু নিংথৌগী মখুড়ানা পোকপগী মচা চতুর কৌই। মমাগী মমিংনা চর্চ্চিকা কৌই। মপুরোইবগী মমিংনা "পীঠর" কৌই। রস হুম্ফুমরিদা "সুরতি" কৌই হায়। মশাগী চহি ১৪ থা ১ নুমিৎ ১৯ নি। শ্রীরাধানা মঙোন্দগী নুমিৎ ২৬ নি থক হল্লি। পোকফম্না চিকশুলীদনি। আশ্বিন (লাংবন) গী শুক্লা তৃতীয়াদা পোকপীনি।

শ্রীচিত্রাগী লুচিংমথাদা সখী নিপাল লৈ। মখোয় অদুদি —

১) রসালিকা ২) তিলকিনী ৩) শৌরসেনী ৪) সুগন্ধিকা
৫) রমিলা ৬) কামনাগবী ৭) নাগরী ৮) নাগবেলিকা।

শ্রীচিত্রাগী "মদন সুখদা" কুঞ্জগী মায়কৈ নিপালমক্তা মখোয়গী কুঞ্জ লৈ। অনঙ্গ মঞ্জরীগী অনঙ্গ সুখদা কুঞ্জগী মচুদি নাপু মচুনি। মফম অদুগী শক্তি-শঙাই উচেক-ৱাযা পূন্নমক কুঞ্জগী মচুনি।

অনঙ্গ মঞ্জরীগী মশাগী কুচুদি স্বর্ণকুশুম (সনারৈ মচুনি)। বসন্তদা শাৎপা কেতকী কৌবী লৈগী কুচুনিশু হায়। থম্বাল অশংবা মানবা ফীজোন্না লৈতেংই। তাম্বুল সেবা চংই। যোগপীঠগী অৱাংদা লৈবা উপদলনি। মপা শ্রীবৃষভানু, মমা-কীর্ত্তিদানি। রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্না মপা-কেতকি, মমা-সুচবিতা কৌই হায়। মহাক অসি বৃষভানুগী মচানুপী ধাত্রীগী মচানি (মত অমদা শ্রীরাধাগী মামনা লৌবা মনেনি)। মপুরোইবা-দুর্ম্মদ (শ্রীমতি রাধিকাগী মনাওনিপা)। রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্নদি মপুরোইবগী মমিং "গোভট" কৌই। লৈফম যাবটনি। সঙ্কেট গ্রামনিশু হায়। মশাগী চহি ১২ থা ৬ নুমিৎ ১৩ নি শুৎবনি। মকুবোক তারক, মনেম-তারা কপতি কৌই। তাম্বুল সেবা চংই, বেশ সেবা চংইশু হায়। রসনা অভিসারিকানি, স্বভাবনা "বামা" নি। মাগী সখী নিপালদি -আনন্দ মঞ্জরী, গন্ধ মঞ্জরী, বঙ্গমঞ্জরী, রক্ত মঞ্জরী, গুনমঞ্জরী, কমলা মঞ্জরী, সৌরভী মঞ্জরী মখোয় অসিনি। মখোয়না অনঙ্গমঞ্জরীগী মায়কৈ নিপালমক্তা কোয়না লৈ। লৈপাকপোকপা নুমিৎকী সূর্য্য পূজাদি পাতাল গঙ্গা (শ্যাম কুণ্ড) দা তৌই। চিত্রাগী আনন্দাখ্য কুঞ্জদা অর্জ্জুন সখানা লেঙদনা লৈ।

পঞ্চমী, ষষ্ঠীদা গোবর্দ্ধনদা মিলন তৌগনি, রাসনা সঙ্কেত-তনি। নৎত্রগা লৈপাকপোকপদা পঞ্চমী, ষষ্ঠী তাদদুনা অতোপ্পা নুমিত্তা পঞ্চমী তারবদি 'চন্দ্রসুখদা' কুঞ্জদা, ষষ্ঠী ওই রগনা "বৃষভানু পুব" দা মিলন ওইগনি। শ্রীবৃন্দাবন্দনা নিকুঞ্জদা কুঞ্জমিলন অদুম্মক তৌগনি। লৈপাকপোকপা তারবতদা হান্নগী সঙ্কেত মিলন অদু ওইগনি। চুম্নগী লৈপাকপোকপা নুমিত্তদি চিত্রাসখী কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। (রস হুম্ফুমরি)।

সুমর্শকেশা-যোগপীঠগী মৈবমদা চম্পকলতাগী কুঞ্জ লৈ। (**শ্রীরঘুনাথদাস - শ্রী সঙ্কীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ, মণিপুর সংকীর্ত্তন অমসুং রস হুম্ফুমবি**)। শ্রীবাধামাধব-চিন্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেম ভক্তি লহরীগী মতুংইন্নদি বাধা কৃষ্ণগী মৈবমদা লৈবা কুঞ্জদি ইন্দুরেখাগীনি, শ্রীচম্পকলতাগী কুঞ্জদি যোগপীঠগী মথাদনি। মৈদা ইকপা সনাগী মচু ওইবা চম্পকলতা নন্দদ কুঞ্জ কৌবী দলদা লৈবিনী। বাগনা শ্রীবাগনি, অঙৌবা মচুনা পুরুষবাগগী বর্ণনি। (**শ্রীরঘুনাথদাস**)।

মণিপুব সংকীর্ত্তন কৌবা লাইবিক্কী মতুং ইন্নদি বাগনা-বসন্ত বাগনি। বাগগী-মচু -ফুল চন্দন শ্বেতবর্ণ। অঙাংবা মচুনা লৈতেংই, শাদোং (বাহন) দি ঙা কিযোং তোংই। মাগী বসদি প্রোষিতভর্ত্তৃকানি। গন্ধাব, বেলবাব পৃযাবনি শুকক কামোদ কুলালি বৈতাগিনা বাগ বাগিনীনি। শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহবী, মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক অমসুং বস হুমফুমবিগী মতুংইন্নদি চম্পকলতাগী বসদি বাসক সজ্জানি। মাগী স্বভাবতি "বামা প্রখবানি"। মশাগী কুচুদি লৈহাও লৈবেল মচু মানবীনি। খম্নাংচাক মচুগী ফীজোল শেৎলি। নোংগৌবী মচু মানবা ফীজোল থোল্লিশু হায (**বস হুম্ফুমবি**)। মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুকদি চবোয কৌবা উচেক্কী মশাগী মচু ফিডেৎনী হায। অথুম অহাও কৎপনা মাগী সেবানি। চামব সেবা কৌইশু হায (**শ্রীবাধা-মাধব-চিন্তন, শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী**)। কুঞ্জগী সংস্কাবদি 'ইন্দুসখী' কৌশানা ওই। বযসনা চহি ১৪ থা ২ নুমিৎ ১২ নি। শ্রীবাধানা মঙোন্দগী নোংমা হল্লি। মপাগী মমিংনা পাবন, মমানা বাটিকা, মপুবোইবনা "চন্দ্রা" কৌই। 'চন্দ্রাক' কৌইশু হায মাগী মপাগী মমিং অসি 'আবাম' কৌইশু হায (**মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহবী**)। ভাদ্র (থবান) গী শুক্লা সপ্তমীদা পোকই মাগী যুথদা সখী নিপাল লৈ। মখোযনা চম্পকলতাগী "মনসিজ লোভদা" কৌবা কুঞ্জগী মাযকৈ নিপালদা কোযশিন্দুনা লৈ। মাগী সখী নিপালগী মমিংশিংদি কুবাঙ্গাক্ষী, সুচবিতা, মণ্ডলী, মণিকুণ্ডলা, চন্দ্রিকা, চন্দ্রলতিকা, কুন্দকাক্ষী, সুমন্দিবানি।

শ্রীচম্পকলতাগী মগুন্দি বাধাগা বিশাখাগা মান্নে। চম্পকলতাগী মওংদি অসিনি - কবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা অমসুং তৌগে হাযনা নিংলকপা কান্দা থবক অদু হেক পাংথোক্লিমখৈদি মী অমতা খঙহন্দে অমদি হাযদোক্তে। অদুগা কবিগু ম্বা উপায অমনা নৎত্রগা ঙহাক্তগী শুমহৎহনবদগী ওইববসু মীগী মিচংদগী

মাগী মিচংদা পুরকপা ওম্মী। হৈ-লৈ থীবা, শেমদোক শেমজিন তৌবা অমসুং লৈবাক্কী পোৎ মখল মথেল শাবশু হৈ। রস তরুঙ্গী হায়বদি অখাবা, অয়াকপা, অশিনবা, অথুম্বা, অশাবা অমসুং অফকপা অসি নিয়মগী মতুংইন্না শেম্বা হৈ হায়দুনা মাগী মমিং "খুৎ থুম্বী" হায়না ফাওই। (**শ্রীরাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা** ১৭০-১৭২)। শ্রীচম্পকলতা কুঞ্জগী মপালদা গুণ মঞ্জরী কুঞ্জ অমসুং রত্নরেখা মঞ্জরী কুঞ্জ লৈ। গুণ মঞ্জরীনা শিঙ্গার সেবা অমসুং রত্ন রেখা মঞ্জরীনা জল সেবা চংই।

অমুক মণিপুর সংকীর্ত্তন কৌবা লাইরিক্কী মতুংইন্নদি চম্পকলতা কুঞ্জদা লৈরিবা মঞ্জরী অসি রতিমঞ্জরীনি হায়। অদুগা রস হুম্ফুমরিগী মতুং ইন্না চম্পকলতাগী "মনসিজ লোভদা" কুঞ্জগী মনুংদা বিলাস মঞ্জরীগী "বিলাস সুখদা কুঞ্জ" হায়বদু লৈ হায়। মাগী কুঞ্জ অদু নুমিৎ মঙালগুমনা লংই, শা উচেকনচিংবশু মদুগী মচুনি। মহাক মশাগী কুচুনা হরিত (অশংবা) বর্ণনি। সনা মচু ওইবা কেতকীগী মচুনিশু অমুক হায়রি। (**মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক, শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী**)। মুগা ফী অমুবা (নৎত্রগা মঙ্গেমপান মানবা) ফী শেৎলি, মণিনা লৈতেংই। কাজল সেবা চংই, ঈশৈ থৌগন চংইশু হায়। যোগমায়াগা চান্নরা তিন্ননা লৈমিন্নবদগী মাবু "যোগমায়া" হায়নশু খঙনৈ। রঙ্গ দেবী সখীগী নোংচুপ্পা মাগী কুঞ্জ "বিলাসানন্দদ" হায়বদু লৈ। (**মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা সরুক অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী**)। পিতাগী মমিংনা চন্দ্রকীর্ত্তি (রাধাগী মামনি) মাতাগীনা "ষষ্টা", পতি বিলাস, গ্রামনা নন্দীশরদা লৈবীনি। মাগী স্বভাবনা "বামা মধ্যা" নি। চহি ১৩ নুমিৎ ২৬ শুরবিনি। রস হুম্ফুমরি গী মতুংইন্নদি মপা - চন্দ্রভানু, মমা যমুনা, মকুনা-সুনন্দক, মনেম্না নিন্দিতানি হায়।

বিলাস মঞ্জরীগী যুথদা সখী নিপাল অমসু লৈরি। মখোয় অদুদি - নান্দী কণ্ঠ মঞ্জরী, চাটকী মঞ্জরী, কোকিলা মঞ্জরী, রূপ্যা মঞ্জরী, কাঞ্চন মঞ্জরী, নবীন মঞ্জরী, যমুনা মঞ্জরী অমসুং কালী মঞ্জরী কৌই। বিলাস মঞ্জরীগী "বিলাস সুখদা" কুঞ্জগী মায়কৈ নিপালদা কোয়শিন্দুনা লৈ। চম্পকলতাগী "মনসিজ লোভদা" কুঞ্জদা কোকিন সখানা লেঙদনা লৈ। য়ুমশকৈশ খুদিংগী "সূর্য্য পূজা" তৌফমদি কাম্য-বন্দনি।

সপ্তমী, অষ্টমী তাবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তদি কাম্য-বন্দা রাস শাগ্নে অদুগা শ্রীবৃর্ষভানুপুরদা মিলন ওই। অদুগা য়ুমশকৈশা তাদবা চুম্নগী সপ্তমীদমক ওইবা নুমিত্তদি "নন্দেশ্বর গ্রাম" দা মিলন ওই। মাগী-মাগী নুমিৎ তাবা সখীশিংগী কুঞ্জ কুঞ্জদা রাস শান্নগনি। য়ুমশকৈশা তাদবা অষ্টমীদনা "সঙ্কেত-কুঞ্জ" দা মিলন ওই। শ্রীবৃন্দাবনগীনা নিকুঞ্জদা ওই। য়ুমশকৈশনা "পদ্মকিশোরকুঞ্জ" দা মিলন ওই। চম্পকলতাগী কুঞ্জদা বাস শাগ্নে। শ্রীকুণ্ডগী মখা থংবদা মাগী কুঞ্জ লৈ। মনসিজ লোভদা নৎত্রগা হেমাম্বুজ নৎত্রগা বিলাস সুখদা কুঞ্জ হায়না কৌই। **(রস হুম্মুমরি)**

**শগোলশেল** - শ্রীইন্দুলেখা (ইন্দুরেখাশু হায়) গী কুঞ্জদি যোগপীঠগী মৈবমদা লৈ। মমিংনা ইন্দুলেখা সুখ প্রদ কুঞ্জ কৌই। **(রাধা-মাধব-চিন্তন, শ্রীসাধনপ্রেম ভক্তি লহরী অমসুং মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক)**। মণিপুর সংকীর্ত্তন **(শ্রীকোঞ্জেংবম ওঝা ধন সিংহ)** না মতুংইন্নদি ইন্দুরেখাগী মহুত্ত তুঙ্গবিদ্যা লৈ। কুঞ্জ অসিগী বাগনা তিগ্লোল বাগনি মৈতৈ জগোঈগী অনীশুবা শরুক্তনা 'কর্ণাটক' বাগনি হায়। বাগগী কুচুনা কোনি মচু মাল্লি। বসনা বাসক শয্যা ওই। **(শ্রীরঘুনাথ দাস)**। অদুগা কনাগুম্বনা 'প্রোষিত ভর্তৃকা' বস ওইশু হায। **(মৈতৈ জগোই অনীশুবা শরুক অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী)**। নীম মানবা মচুগী [illegible] লৈতেংই। [illegible] । রাগ, রাগিনীগী মমিংনা মউর, দীপকা, দেশবর্দি, বরাডি, মাবহাটি, পাহিডানচিংবনি

ইন্দুলেখা সখীনি মপাঙ্গল যাম্না কল্লি, লিন ফাদোক ফাজিন তৌবা, লিন জগোই শাহনবগুম্বনা যাম্না হে। অদুনসু নত্রগা হিকাপ যাইকাপকী মন্ত্রনাচিংবদসু যাম্না খঙই। লিক শিনবগী মখল মখলগী [illegible] স্বা, মচুনচিংবা শংদুনা যাতা মজিনবা তৌবা মাণমুক্তা হৈংনংত্রগা [illegible] হায়বা ডম্বা সখীনি। অদুগা পট্টডোরী (বেশমগী শাখুমাচংবা) শেম্বা শাবা হৈ। **(শ্রীরাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা ।১৮৮।)** হিকাপ যাইকাপগী মন্ত্রশিংদুনা অসি শিজিন্নবগা ফগনি নৎত্রগা কান্নগনি হায়বা অদুতা হোৎতুনা লে। অদুনা মখম ওইদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মরক্তা হাযদোক-হায়জিন তৌদুনা অনীগী প্রেম হেনগৎহন্নবা হোৎনদুনতা লৈ।

ইন্দুলেখাদি দূতীগী থবক্তা অবোনবা পাও লৌবদা যাম্না হৈরবী কাংবু অমা থম্মী। মখোয অদু মহাক নত্তনা অতৈ অতোপ্পগা তিন্নহন্দে। যেংবদা মীনা নুংশি, অদুবু খাঙাং কল্লি। ইন্দুরেখা ভাদ্র (থবাল) গী শুক্ল পঞ্চমীদা পোকই।

চহি ১৪ থা ২ নুমিৎ ১২ নি শুরবিনী। মপাগী মমিংনো সাগব, মমাগী মমিংনো বেলা, মপুরোইবগীনা দুর্ব্বল কৌই। লৈফম্না আজনক কৌবা মফমদনি। কুচুনা হরিতাল বর্ণ (নাপুদা অঙাংবা কাবা য়াইঙং মচু) নি। কফোই মপাল মচুশুম্বগী ফীজোল থোল্লি। মাগী কুঞ্জ মৈরমদা লৈরিবদুবু "পূর্ণচন্দ্র কুঞ্জ" কৌই। নৎত্রগা "বসন্ত-সুখদা কুঞ্জ" নৎত্রগা "রতি-সুখ-কুঞ্জ" কৌই। মচুনা অঙৌবনি। মাগী মমিংবু "ইন্দুলেখা" হায়নশু খঙনৈ। মাগী যুথদি তুঙ্গভদ্রা, বস তুঙ্গা, বাঙ্গবাটী, সুমঙ্গলা, চিত্রলেখা, বিচিত্রাঙ্গী, মোদনী, মদনালসা। মখোযনা ইন্দুরেখাগী 'বসন্ত-সুখদদা' কুঞ্জগী অকোইবদা লৈ। ইন্দুবেখাগী সেবানা অচেৎপা অমসুং মধুপানগী সেবা, মত অমদনা জগোঙ্গীনা সেবা তৌই, অতোপ্পা মত অমদনা সনাগী লৈতেং, মালা, লীকনচিংবা লেংবা অমদি সেম শাবনি।

ইন্দুবেখা কুঞ্জগী মপান্দা মঞ্জবী অনীগী কুঞ্জ লৈ। মঞ্জবী অনী অদুদি বতি মঞ্জবী অমসুং হিরন্যাঙ্গী মঞ্জবীনি। বতি মঞ্জরীনা চৰণ সেবা তৌই অদুগা হিবন্যাঙ্গী মঞ্জরীনা লৈ লেংবা মালিনীগী থবক তৌই। রস হুম্ফুমরিগী মতুং ইন্নদি ইন্দুরেখাগী "বসন্ত সুখদা" কুঞ্জ অসিদা লব-মঞ্জরী গী কুঞ্জ লৈ হায। মসিগী মচুদি যাইঙং মচুনি। লবঙ্গ-মঞ্জবী মশাগী কুচুনা কুঙ্কুম মচুনি, অশংবা মচুগী ফী শেৎলি, মত অমদা থবানমিচাক হৎপা ফীগী ফীজেৎনা লৈতেংবীনী। সেবাগী মওংদি চান-থক্লবা পোৎ কর্ণশনবনি। মত অমদনা লবঙ্গমালা সেবা চংবিনী। পিতা-বত্নভানু (বাধিকাগী মখুডা), মাতা-যমুনা, পতি-সুমেধা (**মৈতৈজগোঙ্গ অনীশুবা শরুক অমসুং, শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহবী**)। বস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্না মপা-অঙ্গভদ্র, মমা-সুমেধা, মকু-কন্দল, মনেম-কিলম্বী, মপুরোইবা-বালশঙ্কনি। লৈফম যাবটনি। চহি ১৩ থা ৬ শুরবীনি। মশাগী মনম্না নাগেশ্বব মনমনি, বসনা প্রোষিত-ভর্ত্তৃকানি। নবমী, দশমী শগোলশেল মুমিত্তা তাববদি 'যাবট' তা মিলন ওই, বাসনা কদম খণ্ডীদা শান্নে। অতোপ্পা নুমিত্তা নবমী দশমী তাববদি নবমী তাবা নুমিৎনা 'ধীবসমীব' দা অদুগা দশমীনা 'নিধুবন্দা' মিলন ওই অদুগা বৃন্দাবনদনা নিকুঞ্জদা মিলন ওই। শগোলশেল নুমিৎ তকমক ওইবা তিথি তাদববদি 'মদন সুখদা' কুঞ্জদা মিলন ওই। (**রস হুম্ফুমরি**)।

ঈরাই - যোগপীঠগী মোইবাং লাইহজিদা বঙ্গ দেবীগী কুঞ্জ লৈ। শ্রীবাধা-মাধব-চিন্তন, (**শ্রীরঘুনাথ দাস গী সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ, শ্রীসাধন প্রেম ভক্তি**

**লহরী অমসুং মৈতৈ জগোইগী অনীশুবা শরুক)**। রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্নদি রঙ্গ দেবীগী কুঞ্জ অসি যোগপীঠগী মোইরাং লাইজিদদি লৈরগা নুমিত্তি শগোলশেল ওই। মাগী কুঞ্জগী মমিংদি "সুখপ্রদ কুঞ্জ" কৌই। রাগনা কর্নাটিকা নি। "পুরবী" রাগনিশু হায়। রাগগী মচুনা সনামচুনি। মোৎ অমদা থম্বাল লৈরিক মচুনিশু হায়। ফীজোন্না নাপু অমদি অমুবা মচুনা লৈতেংই। ওাকিহোমনা রাগগী শাদোংনি, 'মকর' নিশু হায়। রসনা উৎকণ্ঠানি। রস হুম্ফুমরিনা "বিপ্রলব্ধা" নি হায়। তোড়ি পঞ্চমী, ললিত, পঠ মঞ্জরী, গুঞ্জরী বিভাষনা রাগ-রাগিনীনি হায়। কুঞ্জ সংস্কার তৌবীদি কনক রঙ্গিনী কৌই।

শ্রীরঙ্গ দেবীগী কুচুদি থম্বাল লৈরিককুম্বীনি। জবাকুসুম মচুগী ফীজেৎনা লৈতেংবিনী। সেবানা-চন্দন লৈতেংবনি। অতোপ্পা মৎতা কেশ সংস্কারনিশু হায়, ফীজোল সেবানিশু হায়। শ্রীচম্পকলতাগা মগুণ মান্নবীনি। স্বভাবনা 'দক্ষিনা' স্বভাবনি। মপা-রঙ্গসার, মমা-করুণা, অতোপ্পগী মততা কাকলী, মপুরোয়বনা বক্রেক্ষন। (বক্রেক্ষন অসি ললিতাগী মপুরোইবা ভৈরবকী মনাওনিপা অতোনবনি)। অতোপ্পগী মত কলিয়সা কৌই। লৈফম ভাজেরানি। ভাদ্র (থবাল) গী শুক্লা তৃতীয়াদা পোকপনি। চহি ১৪ থা ২ নুমিৎ ৮ নি শুরবিনী। রঙ্গদেবীদি মতম পুম্নমক্তা তুঙ্গবিদ্যাগা লৈমিন্নে। রঙ্গদেবীগা সুদেবীগা পোকমিন্নে। অনীমক মশক মতৌ চপ মান্নে। রঙ্গদেবীগী লুচিং মখাদা লৈরিবা সখী নিপালগী মমিংশিংদি কলকণ্ঠি, শশিকলা, কমলা, মধুরা, ইন্দিরা, কন্দর্প মঞ্জরী, কাম লতিকা, প্রেম মঞ্জরী। মখোয়না রঙ্গ দেবীগী "বসন্ত কেলি" কৌবা কুঞ্জগী মায়কৈ নিপালমক্তা কোয়শিন্নগা লৈ।

শ্রীরঙ্গ দেবীগী কুঞ্জগী মপান্দা মঞ্জরী অনীথক্কী কুঞ্জ অমমম লৈ হায়। মঞ্জরী অনি অদুদি - বিলাস মঞ্জরী অমসুং শিখাবতী মঞ্জরীনি। বিলাস মঞ্জরীনা চরণ সেবা চংই, অদুগা শিখাবতী মঞ্জরীনা তাম্বুল সেবা চংই। **(শ্রীরাধা-মাধব-চিন্তন, শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী)**। রস হুম্ফুমরিগী মতুংইন্নদি রঙ্গ দেবীগী "বসন্ত-কেলি" কুঞ্জগী মনুংদা রস মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ হায়। শ্রীরাধা মাধব চিন্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরীগী মতুংইন্নদি চিত্রা কুঞ্জগী নোংপোক্তা লৈবা " রসানন্দদ" কুঞ্জ হায়রিবসি মাগী কুঞ্জনি। মাগী কুঞ্জনা "রাসোল্লাস কুঞ্জ" কৌই। মদুগী মচুনা

নাপুনি। অতোপ্পগী মতনা শাংকায়রবা লৈহাউ লৈরেলনা মাগী কুচুনি। কুঞ্জগী শক্তি, উচেক্কচিংবসু মদুগী মচু ওই। কাংগুগী- মচু মানবা ফীজেৎকী লৈতেংবিনী। মপা-কার্ত্তিক, মমা-মেধা, মকু-তিলক, মনেম-তিলকী, মপুরোইবা বঙ্গ কৌই। লৈফম্না সঙ্কেত গ্রামনি। জল সেবা চংই। অতোপ্পগী মতনা মাগী সেবাদি য়েকপা খোৎপনি। স্বভাবনা বামা মধ্যানি। চহি ১৩ থা ১ শুরবীনি। শ্রীরাধানা মণ্ডোন্দগী নুমিৎ হুম্নি হল্লি। মশাগী মনম্না মাধবী উরীগী মনম চেল্লি। মাগী যুথদি মণি মঞ্জরী, কৃষ্ণ মঞ্জরী, পিপ্পলা মঞ্জরী, পলাশ মঞ্জরী, বিদ্যুত মঞ্জরী, সুরঙ্গ মঞ্জরী, সৌভাগ্য মঞ্জরী অমসুং কেশবী মঞ্জরী কৌই। মখোয়না রস মঞ্জরীগী বসোল্লাস কুঞ্জগী মায়কৈ নিপালদা কোযশিল্লগা লৈ। মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরীগী মতুংইন্না মাগী পিতানা মহাকীর্ত্তি (রাধিকাগী মাম্মা অতোনবনি), মাতা-মোনা, পতি- লবঙ্গ, লৈফম-যাবট, চহি ১৩ থা ১ নি। শ্রীরাধা কৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকাগী মতুংইন্না মমাগী মমিং বেলা কৌই, মপাগী মমিংনা সাগব কৌই, মপুরোইবগী মমিংনা দুবর্বল কৌই। ৯০।।

একাদশী, দ্বাদশী তাবা ঈবাইদদি শ্রীবৃন্দাবন্দা মিলন ওই, রাসনা "ধীবসমাঁব" দা শান্নে। তিথি অনী অসি অতোপ্পা নুমিত্তা তাথরবদি একাদশী তাবা নুমিৎ অদুদা "বাঁশীবট" দা মিলন ওইগনি, অদুগা বাসনা নুমিৎ অদু পুবা সখীগী কুঞ্জদা শান্নগনি। শ্রী বৃন্দাবনগীনা "নিকুঞ্জ কুঞ্জ" দা মিলন ওই। অতোপ্পা তিথিনা ঈবাই দা তাবর্বাদ কৃষ্ণকেলি কুঞ্জতদা মিলন ওইগনি। শ্রীসুদেবী কুঞ্জদা বাস শান্নগনি। **(রস হুম্ফুমরি)**

**থাংজ** - যোগপীঠগী কৌব্রলাইজিদা সুদেবী কুঞ্জ লৈ। মাগী কুঞ্জগী মমিং অহুম শুই। মদুদি মদনসুখদা কুঞ্জ, অরুনাম্বুজ কুঞ্জ নৎত্রগা হরি কুঞ্জ। মসিগী মথক্তা মশাগী মমিং লৌদুনা মাগী কুঞ্জগী মমিংনা "সুদেবী সুখদ" কুঞ্জ কৌই। কামলাস নৎত্রগা "বসন্ত সুখদ" কুঞ্জ হায়নশু খঙনৈ। কুঞ্জগী মচুনা নাপু মচু মাল্লি। **(শ্রীরাধা-মাধব-চিন্তন, শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরী, মণিপুর সংকীর্ত্তন, মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুক)**। অদুগা বস হুম্ফুমবিগী মতুংইন্নদি সুদেবীগী মহক্তা তুঙ্গদেবী কুঞ্জ লৈ হায়। শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতমদা কৌব্রু বঙ্গ দেবী, মোইরাং লাইজি শ্রীসুদেবী লৈ হায়। কুঞ্জগী লৈফমশু শ্রীকুণ্ডগী কৌব্রু লাইজি পাংবদা লৈ অদুম হায়। কুঞ্জগী মচু শংবান্নে হায়। বসন্তনা অথোইবা রাগনি। কনানা ধনসী, কনানা মঙ্গল, কনানা

পুববী বাগনি হায। বাগগী মচু অমুবনি। মণিপুব সংকীর্ত্তনগী মতুংইন্নদি বাগগী মচু থম্বাল অশংবা ওই হায। বাগগী ফীজোন্না নিম্মানবা মচুনি। বাগগী বাহন (শাদোং) না ঙা কিহোমনি, কবিগুম্বা কান্দনা গকডনা শাদোং ওই।

সুদেবী অসি বঙ্গদেবীগা ফাইবোক পোকমিন্নবী মনাওনি। দণ্ড ৮ দা খেন্নবনি। বঙ্গ দেবীগা যান্না মান্নে, য়েংবদা বঙ্গদেবী ওইববোই নিংই। কুচু নাপুনি, সনা ফীগে শেৎলি। কুচু অমসুং ফীজেৎসু বঙ্গদেবীগা মান্নে, অরাংবনি। মশাগী মনম্না নাগেশ্বব মনম্নি। মপাগী মমিংনা বঙ্গ সাব, মমাগী মমিংনা কবল্না, মপুবোইবগীনা বক্তেক্ষণ (বকেক্ষনগী মনাওনিপা অতোনবনি)। বস হুম্ফুমবিগী মতুংইন্নদি মপা-সৌভদ্র, মমা মেনকা, মকু-মেস্কদ, মনেম-বেঙ্কিনী, মপুবোইবা বলিভদ্র কৌই। লৈফম্না ভাজেবা, পোকপা চহি থা নুমিৎ বঙ্গ দেবীগা মান্নে। চহি ১৪ থা ৭ নুমিৎ ৫ নি। বসনা কলহান্ত বিতানি। বস হুম্ফুমবিনা উৎকণ্ঠানি হায। কুঞ্জ সংস্কাবনা 'নাগবল্লী নৎত্রগা সুবঙ্গী কৌবা সখীনা তৌই। সেবানা জল সেবানি। সুদেবীগী যুথদা লৈবিবা সখী নিপালগী মমিংদি কাবেবী চাৰুকববা, সুকেশী, মঞ্জু কেশীকা, হাবহীবা, মহাহীবা, হাবকণ্ঠি অমসুং মনোহবা। (বৈষ্ণবাচারদর্পণ)। অদুগা বস হুম্ফুমবীদা হাযবনা কলকণ্ঠী, কাবেবিকা, চারুকবলা, মঞ্জুকেশি, মঞ্জুকেলি, হাবহীবা, মঞ্জুনাহী ষতেকপবানী নি সুদেবীগী মদনসুখদা কুঞ্জগী মনুংদা মথোযগী কুঞ্জ লৈ।

শ্রীবাধা মাধব মিস্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহবীগী মতুংইন্না শ্রীসুদেবীগী কুঞ্জগী মপান্দা মঞ্জবী অনীগী কুঞ্জ অনী লৈ। মঞ্জবী অনী অদুদি কস্তুবীমঞ্জবী অমসুং ফুল্লকলিকা মঞ্জবীনি। শ্রীকস্তুবী মঞ্জবীনা চন্দন সেবা চংই অদুগা ফুল্লকলিকা মঞ্জবীনা কুঞ্জ শেংদোকপগী সেবা তৌবনি। সুদেবী সখীগী অবাংদা লৈবা মাগী কুঞ্জগী মমিংনা "কস্তুর্য্যানন্দদ' কৌই। (বৈষ্ণবাচাবদর্পণ)। বাধিকানা চানবীমি। অশেংবা সনা অহিংনা কুচুনি, লীক্লাই মচুনা ফীজেৎনি। মণিগী লৈতেংনা মশাগী লৈতেংনি। চহি ১৩ গী বযসনি। শ্রীফুল্লকলিকামঞ্জবী কুঞ্জ যোগপীঠগী কৌব্র কোনাদা লৈবা উপদলনি। থম্বাল অশংবা কুচুনি, চুমথাং মচুগী ফীজেৎনা লৈতেংবনী। মপা শ্রীমল্লাথ, মমা-কমলিনী, মপুবোইবা-বিদুবী, লৈফম-যাবট, চহি ১২ শুবর্বিনি।

বস হুম্ফুমরি অমসুং মণিপুর সংকীর্ত্তনগী মতুংইন্না শ্রীগুণ মঞ্জরী নৎত্রগা কাম মঞ্জরীসু সুদেবী কুঞ্জদা লৈ হায। কুঞ্জনা "কামোল্লাস" কৌই। শিবীব কুশুমগী মচু মাল্লি। উচেক-বায়া, শজিনচিংবশু মদুগী মচুনি। মাগী লৈফম্না সঙ্কেত গ্রামদা লৈবীনি। বামা মধ্যা স্বভাবনি, চহি ১১ থা ৬ নুমিৎ ৬ শুরবিনী। গন্ধ সেবানি। মাগী মঞ্জরী সখীশিংদি-কান্তী, বসনমঞ্জবী, শ্যামা গৌরমঞ্জরী, কুশুমঞ্জরী, চম্পকমঞ্জরী, স্নিগ্ধমঞ্জবী, কন্দর্পমঞ্জবী অসিনি। মখোয়না কাম মঞ্জরীগী "কামোল্লাস কুঞ্জ" গী অকোযবদা লৈ। সুদেবীগী অকনাম্বুজ কুঞ্জদা সুকন সখানা লেংদনা লৈ।

সখীগী মশিং নিপাল্লনি, কুঞ্জশু নিপান্নি, যোগপীঠবু কোযশিল্লিবা মাযকৈশু নিপান্নি, অদুগা নুমিৎকী মশিংনা তবেৎ খক্রনি। অদুনা সখী অমগী নুমিৎতি ফংবা ঙমদ্রে। হার্যাবিবা সখী অসি বঙ্গদেবীনি। নোংচুপকী থোংদা মণিমন্দিব লৈগনি, মাশুপগী লম্বী ফাংকনি। মফম অসিদা বঙ্গদেবীগী কুঞ্জ লৈ হায়। মঞ্জবীনা প্রেম মঞ্জবীনি। অদুবু কবি নুমিত্তা সেবা তাবগে হাযবদি পন্দে। (শ্রী কোঞ্জেংবম গুৰু ধন সিংহগী মণিপুর সংকীর্ত্তন)। অমবু ওইসবসু যোগপীঠগী নোংচুপ্তদি শ্রীতুঙ্গবিদা লৈ হায়না শ্রীবাধামাধব চিন্তন, বস হুম্ফুমবি, শ্রীকোংব্রাইলাৎপম গৌবচন্দ্র শর্ম্মাগী "ভজন দিপিকা" অমসুং মৈতৈ জগোঈ অনীশুবা শরুকনচিংবনা হায। বস হুম্ফুমবিগী মতুংইন্নদি থাংজ নুমিত্তা তুঙ্গবিদ্যা অমসুং ইন্দুবেখাগী সেবাগী নুমিৎ পুন্না তামিন্নবগী ভাব উৎলি।

মথক্তা সখী তবেৎকী মমিং মথা কোম্না মশা মশাগী কুঞ্জগী মমিংগা লোয়ননা নুমিৎ তবেৎনিদা তৌবা সেবা মওংশিং পঞ্জব্রে। হৌজিক পনবদা চিথহৌরিবশি তুঙ্গবিদ্যা দেবীগী মমিংনি। শাস্ত্র খিবিক্লা শ্রীকুণ্ডগী নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যাগী কুঞ্জ লৈ হাযবনিনা নোংচুপ দ্বার মণি মন্দির অসিদা মাগী কুঞ্জ লৈফম থোকই। কুঞ্জগী মমিংদি 'মদনসুখদা' নৎত্রগা 'তুঙ্গবিদ্যানন্দদা' নৎত্রগা 'প্রেমোল্লাস' নৎত্রগা 'হরিতাম্বুজ কুঞ্জ' হায়না মমিং মরিশুনা খঙনৈ। কুঞ্জগী মচুনা চীংখৈ শুক্লকপগী মচু মাল্লি। কুষ্কুমগী মতৌশুম্বা চন্দ্র কান্তিগী বর্ণনি। অঙৌবদা নাপু চংবা মচুগী ফী শেৎলি। পণ্ডিত ওইবগী মওংনি। বিদ্যা ১৮ শুনা হৈ। পূন্নমকপু শুমহৎলি। মীগী পোমিৎ খঙবী, য়াম্না হৈ-শিংবী অমসুং মথৌনা

লৈবীনি। পুং ঈশৈগী সেবা তৌবীনী। মপা-পুষ্কর, মমা-মেধা, মপুরোইবা-বালিশ, লৈফম্না ডাভারোনি। যাবটতা লৈসু হায়। পোকপনা ভাদ্র (থবাল) গী শুক্ল প্রতিপদতা পোকই, মশাগী চহিনা চহি ১৪ থা ২ নুমিৎ ১০ নি শুরবীনী। শ্রীরাধাদগী নুমিৎ ৫ নি হল্লি। বাগনা "হিল্লোল" নি, রসনা "বিপ্রলব্ধা" নি। রস স্ফুর্ত্তমরিনা "কলহান্তরিতা" নি হায়। বাগগী বাহননা "হংস" নি। কুঞ্জ সংস্কারদি "চন্দন মঞ্জরী" না তৌই। স্বভাবনা "দক্ষিনা প্রখরা" নি। তুঙ্গবিদ্যাগী যুথদি মঞ্জুমেধা, সুমেধা, সুমধুরা, তনুমধ্যা, মধুরাক্ষী, মধুচন্দ্রী, সুগুনা অমসুং বরাঙ্গদা কৌই। মখোয়না তুঙ্গবিদ্যাগী কুঞ্জগী অকোয়বদা কোয়শিল্লগা লৈ।

শ্রীরাধামাধব চিন্তন অমসুং শ্রীসাধন প্রেমভক্তি লহরীগী মতুংইন্না তুঙ্গবিদ্যা কুঞ্জগী মপান্দা লবঙ্গ মঞ্জরী কুঞ্জ অমসুং কন্দর্প মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ হায়। মখোযগী সেবানা মালা সেবানি। মণিপুর সংকীর্ত্তন অমসুং রস স্ফুর্ত্তমরিগী মতুংইন্না তুঙ্গবিদ্যাগী "মদন সুখদা" কৌবা কুঞ্জগী মনুংদা প্রেম মঞ্জরীগী কুঞ্জ লৈ হায়। কুঞ্জগী মমিংনা "প্রমোল্লাস কুঞ্জ" কৌই। কমল মণ্ডপ্পা মদুগী মচুনি। কুঞ্জগী উচেক-বায়া, শঙ্খিলৈচিংবগু মদুগী মচুনি। প্রেম মঞ্জরী মশাগী কুচুনা ছিন্দুর মচু গুম্মী, থবানমিচাক চমকি থিলবা মখী শেখোন মালিকাগী লৈনম চেনবীনি। মপানা-সুভানু, মমানা পোমনা, মবুনা-সুবক, মদোম বস্ত্রা, মপুরোইবা-সিত্তকাক্ষ কৌই, লৈফম্না "নান্দিশ্বর গ্রামদনি। স্বভাবনা 'দক্ষিনা প্রগলভা' নি। মশাগী চহিনা চহি ১২ থা ৬ নুমিৎ ৪ নি। সেবানা বস্ত্র সেবানি। বসনা বাসক সজ্জানি। মাগী যুথদি নবীনমঞ্জরী, সুনন্দমঞ্জরী, সুরঙ্গমঞ্জরী, কলামঞ্জরী, রম্যামঞ্জরী, চন্দ্রমঞ্জরী, সুবর্ণা মঞ্জরী অমসুং নলিনীমঞ্জরী কৌই। মখোযনা প্রেমমঞ্জরীগী "প্রেমোল্লাস কুঞ্জ" গী অকোযবদা কোয়শিল্লগা লৈ। তুঙ্গবিদ্যাগী 'মদনসুখদা কুঞ্জ' দা দক্ষনন্দ কৌবা সখা লেংদনা লৈ।

এয়োদশী, পূর্ণিমা থাংজ নুমিত্তা তারবদি শ্রীবৃন্দাবনদা মিলন ওইগনি, রাসনা 'পুলিন' দা শান্নগনি। থাংজ নুমিত্তা এয়োদশী পূর্ণিমা তাদদুনা অতোপ্পা নুমিত্তা তারবদি ত্রয়োদশীদা শ্রীকুঞ্জদা মিলন ওইগনি, অদুগা বাসনা নুমিৎ নুমিৎ অদু পুবা সখীগী কুঞ্জদা শান্নগনি। চতুর্দ্দসিদনা গোবর্দ্ধন্দা মিলন ওইগনি। অদুগা রাসনা নুমিৎ অদুদা পুবা সখিগী কুঞ্জদা শান্নগনি। পূর্ণিমাদদি "নিভৃত নিকুঞ্জ' দা মিলন ওই, অদুগা রাসনা নুমিৎ অদুগী সখীনা পুবা কুঞ্জদা শান্নগনি। থাংজতমক তাবা

তিথিদি 'কুসুম কুঞ্জ' দা মিলন তৌগনি অদুগা রাসনা তুঙ্গবিদ্যা কুঞ্জদা শান্নগনি। কুসুম কুঞ্জদা মিলন ওইবা নুমিৎ অসিদা ইন্দুরেখাগী কুঞ্জদা রাস শান্নগনিশু হায (রস হুম্মুমরি)।

## রস চৌষষ্টি নায়িকা

রস শাস্ত্রনা নায়িকা মখল নিপাল শুই হায়। শ্রীরূপগোস্বামীগী স্তব মালাদা নায়িকা মখল নিপাল থনম্মী।

নাযিকা মখল নিপাল অদুদি —

১। অভিসাবিকা ২। বাসক সজ্জা ৩। উকণ্ঠিতা ৪। বিপ্রলব্ধা ৫। খণ্ডিতা
৬। কলহান্তবিতা ৭। প্রোষিত ভর্ত্তৃকা অমসুং ৮। স্বাধীন ভর্ত্তৃকা নি।

নাযিকাগী শকওং মখল নিপাল অসি ভাব বসগী মতুংইন্না থেম্ন্রে। শতাব্দী ১৭ কী মমৈদা খৃষ্টাব্দ ১৬৭৩ দা বাম গোপাল দাসগী "বসকল্পাবল্লী" দা অমসুং মাগী মচা পীতাম্বব দাসগী "বস মঞ্জবী" দা অষ্ট নাযিকাগী নাযিকা অমমমবু অমুক বস নিপাল/নিপাল থোক্লা খাযদোকই। মপা মচাদি বসগী মতিকমগুণ মচা খাযনা থাবদা মপা লৈতনা হৈশিংই হায।

মথক্তা নোংম নোংমগী কুঞ্জ সেবা চংবা সখীশিং মতাং নৈনজবা বান্দা বসগী বাফমসু পাল্লি। ললিতাগী "খণ্ডিতা", বিশাখাগী "স্বাধীনভর্ত্তৃকা", চিত্রাগী "অভিসাবিকা", চম্পকলতাগী "প্রোষিভর্ত্তৃকা", ইন্দুলেখাগী "বাসকসজ্জা", বঙ্গদেবীগী "বিপ্রলব্ধা", সুদেবীগী "উৎকণ্ঠা" অমসুং তুঙ্গ বিদ্যাগী "কলহান্তবিতা" হাযদুনা নযিকা নিপালগী মওং অমসুং মখোয়দা চেন্নবিবা বসগী মথাংদা থবদি পঞ্জখ্রে, অদুবু অকুপ্পা মবমদি নৈনজখিদ্রি। লৌকিক নাযিকাগী লক্ষণ অমসুং নায়িকা অমগী মশাদগী শকওং নিপাল/নিপাল থোকহ্রিবা অদুগী মবমদা খুদমশিংগা লোয়ননা নৈনজগে। অতৈ লাইবিক্তসু থব থেংনজৈ, মদুবু মপুং ফাবদি ওইদে। অদুনা "নাযিকা বত্নমালা" কৌবা লাইবিক অমদা শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মানা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা শ্রীসতীশচন্দ্রবাযনা সম্পাদন তৌবা অদুদগী লৌখৎচগে।

**অভিসারিকা হাযবগা করিবু খঙনবগে ? অভিসারিকা** - কামগী মযাইনা কনমন্দুনা থাঙমদনা লাঙ৫রুবগা লোযননা চান্নবগী মনাক তান্না মখোঙ পোংনা

চৎপবু "অভিসারিকা" কৌই। অসিগুম্বী অভিসারিকা নায়িকাগী মখলসি নিপান্নি মদুদি ঃ-

১। **জ্যোৎস্নী** - থাবল ফবা অহিংদা অহিংগী মচুগা চান্নবা অঙৌবা ফীজোল থোল্লগা শম্বুন্দা মালতি পরেংনা লৈতেংলগা চান্নবগী কাদা উন্নবা নিধুবনগী নিকুঞ্জ তন্না অভিসার চৎপবু খঙনৈ।

২। **তামসী** - অমম্বা অহিংদা ফুইনা হৌবা নোংগী মচু মানবা ফীজোন্না লৈতেংলগা, ফুদোংলবা সনাগী মচু মানবা কুচুবু কুপশিল্লগা, খুত্তা থম্বাল অশংবা পায়রগা, অশংবা মণি পরেংনা নিংথিবা লীক্লাং ওইরগা, কৃষ্ণ তান্না চৎপা অভিসারিকাবু খঙনৈ।

৩। **বর্ষাভিসারিকা** - বর্ষাগী মতম নোংজুগী অমম্বা অহিংদা নোংথাং কুপফেৎ কাফেৎ তাল্লিবা, তত্তনা হৈথরকপা নোংগী মরক্তা কৃষ্ণগী কাদা য়ৌনবা অভিসার তৌবা।

৪। **দিবাভিসারিকা** - ওলাংথাগী মতম য়াক্লবা নুংশাগী মঙালনা মালেম অসি কাহৎলবা, নুমিৎনা লুতোন্দা লৈবা মতম কনানশু য়ুমদগী মপাল থোকনদবা মতমদা খুদোংচাবা লৌদুনা রাধানা হবি অভিসার তৌরি।

৫। **কুঞ্জ টিকা ভিসারিকা** - অয়ুক্কী লৈচিন্না কুপ্না থানা লৈবা মতম মীশক অমগা অমগা উন্নবা ঙমদনা লৈবা কাল, একাদশী তিথিদা প্রেম্না থুমহৎলবী রাধানা মাঘস্নান চৎপা শাশিন্নরগা কৃষ্ণগী মায়গৈ পাংনা চৎলি।

৬। **তীর্থ যাত্রাভিসারিকা** নিংথিবা থাজ মকোয়বু উমথ্রবদা রাজ্না মাযগৈ পুম্বা ব্রজবাসীশিংনা থাবো থাবো হায়না লাওবগী খোম্থাংতনা পুমনিন নিনবা মতমদা খুদোং চাবা লৌবগা নিংথিনা ফীজেৎ লৈতেংলবী রাধানা কুঞ্জ-তন্না কৃষ্ণবু উন্নবা লেংবা।

৭। **উন্মত্তা** - শ্রীকৃষ্ণগী বেনুগী খোঞ্জেল তাবদা ঙাওজরবী রাধানা প্রেম সেবাদা চংখোনবী সখীশিংগা লোয়ননা নিধুবন তন্না কৃষ্ণ সেবাগীদমক লেংলকখি।

৮। **সম্ভার (অসমঞ্জসা)** - প্রেমগী ঈখৌ লাংবনা হেনমনখিদুনা রাধানা ফীজেং লৈতেং ওয়্ন-তৈননা, সনাখুজিনা খোঙ অনীদা, খুজেংদনা নূপূর, থবাক্তনা মেখলা, মুক্তা পরেংনো কোক্তা য়েৎলগা কুঞ্জ তান্না কৃষ্ণ থিবা লেংলকলি অঙাওবী মতৌশুন্না।

**বাসক সজ্জা কদায়বু কৌই? বাসক সজ্জা** - মশাবু নিংথিনা ফীজেং লৈতেংলগা মাগী-চান্নবনা শোয়দনা লাকনি খন্দুনা শয্যা শেম্লগা কুঞ্জগী থোঙদা তত্তনা মিৎয়েং থমদুনা ঙাইরিবী নায়িকাবু "**বাসক সজ্জা**" কৌই।
মসিগী মখল নিপাল্লি। মদুদি ঃ-

১। **মোহিনী** - কৃষ্ণগী পূক্লিংবু শুমহৎপা ঙম্বা ফীজোন্না রাধাবু লৈতেংহনবা, ইবুংঙোনা চেপ্পবগীদমক লৈগী শয্যা শাবা, নুংশিবা লৈনম চেনবা লৈরাং পরেং কয়া কুঞ্জগী মনুংদা থম্বা।

২। **জাগ্রতিদা** - অহিংগী মতম ওইশিল্লক্তুনা বৃন্দাবন পুম্নমকশি মমশিল্লক্লবদা উরীগী কুঞ্জদা উনাগী শয্যা শেম্লগা মনম নুংশিবা মালতি-লৈহাওগী লৈপরেং লেংলগা শ্রীকৃষ্ণ লেংলকপা ঙাইদুনা লৈবা।

৩। **রোদিতা** - কুঞ্জ- কানন (সঙ্কেত কুঞ্জ) দা লৈগী শয্যা শেম্লগা রাধানা মবুঙো লেংলকলবোই হায়বগী বাখন্দা কপ্তুনা লৈবা।

৪। **মধ্যান্তিকা** - রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্কেত কুঞ্জদা মতম চানা লেংলক্কদ্রা হায়না চিংনজবদু সখীগী মফমদা ফোংদোকপা। রাধানা কৃষ্ণবু উজবা ফংবা মতমদা নোকফেৎ তৌনা মফম অদুদগী মহাক্না থাপতোকপ্লবদা কৃষ্ণনা মাগী ফীজি পায়রগা মখল মথেল কয়া থোক্না মহাকপু থেম্বীগনি।

৫। **সুপ্তিকা** - কামগী ঈহৌফম ওইবা পূক্লিং হুরবা লৈগী শয্যাদা তুমশিন্নদুনা লৈবিয়ু, হে নিংথৌগী মজাইবেম্মা রাধিকে! কুঞ্জনুংদা লেঙশিল্লক্লগা শ্রীহরিনা নঙবু তুমদুনা লৈবা উবদগী নখোঙ থম্বালগী সেবা তৌবগা লোয়ননা নঙবু শয্যাদগী থাংগৎপিরগনি। অসুম হায়নও অর্থ তৌই - কুসুম শয্যা কান্নদ্রে হায়দুনা সখীশিংনা অমগা অমগা নোক্নবা হায়নবগী অবস্থা।

৬। **প্রগলভা** - কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওরবী রাধানা মশামক্তী মমিবু কৃষ্ণনি খন্দুনা খংলুই, মবুংঙোনি খন্দুনা ওকলুই লুনা চান্না মোমোন মীনোক মায়থোংনা হরাউনা শয্যাবু শেম শারি।

৭। **সুরসা** - কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওরবী রাধানা কৃষ্ণগী গুণবু সখীশিংগা লোয়ননা শক-শোল্লি, জগোঈ শারি সখীশিংগা পুন্না, কনানা তাল থারি, কনানা পুং য়েরি।

৮। **অথোদ্দেশা** - সঙ্কেত কুঞ্জদা শয্যা শেম্নগা মবুংঙোবু লেংলকপা রাধানা খৌরাংনা ঙাইরি। মবুঙোনা মলেংলক্তবদা মনাই দূতী থাদুনা কৃষ্ণবু থিহল্লি।

**উৎকণ্ঠিতা হায়রগা করিবু খঙনৈ? উৎকণ্ঠিতা** - হায়নখিবা মফমদা মাগী চান্নবনা মরাক্তবদা মানা লাক্তবগী মরম খনবতদা থাজরবী অদুবু উৎকণ্ঠিতা কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা নাক্তা লেংলক্তবদা খৌরাংনা ঙাইরিবদু উৎকণ্ঠিতা কৌই। উৎকণ্ঠিতা নায়িকাগী মখলগু নিপাল গুই।

মদুদি ঃ-

১। **দুর্মতি** - সুর কৌবা হিংচাবগী য়েক্নবা, লৌনম চাওবা কৃষ্ণগী মরা থাজরব্দগী ঐনা ইয়ুম থাদোক্ত্রগা বনগী মনুংদা লৈরিবসি রাধা ঐনা পঙজরব্দগী থোকখিবনি হায়না অনুতাপ তৌবা।

২। **বিকলা** - থাজনা থোকলক্তুনা অতিয়া মকোয় ঙাল্লক্রবা, থরোনা লৈশাং তমলক্রবা ফাওবদা কৃষ্ণনা লেংলক্তবদা রাধানা মখোল থোক্লা কপলকপা।

৩। **স্তব্ধা** - সঙ্কেত কাননদা অহিংগী মমৈ ওইরক্ত ফাওবদা শ্রীকৃষ্ণনা মরেংলক্তবদা রাধানা মদুগী মরম খন্দুনা নুংবঙনদুনা লৈবা। ঙহাক অমুক হৌগৎ, ঙহাক অমুক ফম, লৈপাক্তা খুজিন্না খোৎ, শয্যাদা অমুক য়েং, তমালদা অমুক য়েং, কামগী ঈখৌ লাংদুনা লৈবা।

৪। **চকিতা** - মবুঙোনা কুঞ্জদা মরেংলক্তবদা কামগী চৈথেং খাংঙমদ্রবী রাধানা হোন্দোকলকপা স্বরবু মৈরি কামথোকলকপগুম খল্লি, ঈংলবা মলয়া নুংশিৎপু খল্লি মানা হ চেনবগুম, থাবল মঙালবু খল্লি মৈরিগুম, বাহোং কোকিলগী মখোলবু অরাক অরাউবগী মখোলগুম খল্লি, অথোংপা লৈরাংশিংবু তেনজৈগুম্না থৌনা খল্লি, কোল্লুই চেনশিন্দুনা তমাল পাম্বীদা।

৫। **অচেতনা** - নুংশি হৈতবা কামগী তেন্না থাবদা অমদি নুংশিবা কোকিলগী খোঞ্জেল তাবদা মৈচাক খাংগুমদনা রাধানা লৈগী শয্যাদা জ্ঞান তাদনা বাহুদুনা তাবগী মওং অদু উৎলি।

৬। **সুখোৎকণ্ঠা** - শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু হন্দোকলন্নগা অতোপ্পগা লোয়ননা রতি বিলাস লীলা শান্নগ্রবগু রাধানা মদুদা শাওবা লৈতনা কৃষ্ণগী মগুনতবু খন্দুনা মাগী পামজবগী মতৌ অদু তাকই। শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দদা জয়দেব কবিনা "সুখোৎ কণ্ঠ" উৎকণ্ঠিতা নায়িকাগী মতৌ অদু নিংথিনা থাদুনা তাকই।

৭। **প্রগলভা** - সঙ্কেত তৌরম্নগা হায়নবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকখিদ্রবদা পাউপুবী দূতীগা লোয়ননা খৎনবনচিংবা তৌবা।

৮। **নির্ব্বন্ধা** - রাধা ঐগী ইরালতনা মরম ওইদুনা ব্রজ নিংথৌগী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্কেত কুঞ্জদা লেংলক্তবা ওইরম্বা য়াই। কৃষ্ণনা চানবিদ্রবী রাধা ঐদি কুঞ্জ অসিদা থাবলগী মঙাল উরুরগা থোইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নরোই।

**বিপ্রলব্ধা কদায়বু কৌই ? বিপ্রলব্ধা** - চান্নবা মশানা দূতী থারকুনা লাক্কনি হায়না পাউ পিরক্রবা ফাওবদা চান্নবা অদুনা লাক্রবদা মাগী বাখল থনবদা বাজরবী নায়িকাগী শকফমবু "**বিপ্রলব্ধা**" হায়না কৌই। স্বর মপী হোল্লি, মিৎলু অনীদা পিরাং শিন্থে। বিপ্রলব্ধা নায়িকা মখল নিপান্নি।

মদুদি ঃ-

১। **নির্ব্বন্ধা** - থবায়গী মপু ওইবা মধুসুদন্না অকক্নবা মতমদা রতি লীলা শান্নফম কুঞ্জদা লেংবিরক্তুবনা পুক্লিং হনবগী মশক ওইবা লৈগী শয্যা অসি অরেম্বা ওইরে, মথোৎ কারকপী ঐগী হকচাং অসিসু মমল করিগু য়াওদ্রে হায়না খন্দুনা লৈবগী মওং।

২। **প্রেম-মত্তা** - প্রেম মত্তা বিপ্রলব্ধা নায়িকাগী মতৌদি অহিংদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা রতি লীলা শান্নবা ফংজরবী নুপী অদুনা মশাবু মহে য়াল্লবীনি খন্দুনা নাপলনা মথোই কাহল্লি অমসুং রতি লীলাদা মবুংঙোবু মায়থিবা পীবা ঙম্নবনি হায়না খল্লি।

৩। **ক্লেশা** - কৃষ্ণ মাবু ঐনা থোইনা হেন্না নিংজরব্বদগী ঐগী চান্নবী সখীশিংবুগু য়েক্লবা ওইনা খল্লক্রে, ঈংলবা মলয়া নুংশিংগু অচাকপা মৈরিগুম নীংলক্রে,

অমৃত শিঙ্খবা ঈংলবা থানিন্নসু খীকপগুম তাথীরক্রে। অদু ফাওবদা রাধাগী ফত্রবা পুক্লিংনা ফত্রবা মাতবু পান্নুরী। নুপীগী পুকচেল হায়বসি শাম্নু কাটি-নগু লাকপা ঙমদে হায়বসি রাধা ঐনা হৌজিক্তা খঙজরক্রে।

৪। **বিনীতা** - অহিংগী মতমদি লোইশিন্নক্রবদা কৃষ্ণনদি মলেংলক্তবদা রাধানা ঝাঙাং শঙাংদা তোঙ্খবা মতৌ উত্তুনা তেংথা নাওইনা কল্পনচিংবা তৌবগী মওংবু বিনীতা বিপ্রলব্ধাগী শকওংনি।

৫। **নির্দ্দয়োক্তা** - শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দদা হায়বা "নির্দ্দয়োক্তা" গী মতৌ লৌনম চাওবদুনা করিগুম্বা লেংলকখিদ্রবগু করিগীদমক ঐনা ঝাগনি মাগীদমক হে সখী' মম্নিং য়াম্বা মীগী হৌনবা মতৌনা অসুন্না তৌখ্রগা করম্না নঙগী নরাম্না ওইগদ্রা? চান্নজবী হে ঐগী লকান্নুং! লৌনম্বা মাগী গুন্না ঙসি থম্মোয় নংনা চিংখাযবনি। চান্নজবদুগীদমক নহাক নশামক ঙসিদি অভিসার (শিরগদবনি) তৌরগদবনি।

৬। **চকিতা** -শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দদা "চকিতা" গী মওং অসুন্না বর্ণন তৌই। হে মালয়া নুংশিৎ নামিবা, নঙনা ঐবু পিনিংবা মওংদা অরাবা চৈনাখোন পিয়ু, তেনজ্জে মঙানা সম্ধান তৌবা হে কন্দপ কৌবা লাই নংনা ঐগী থরায় মঙামক অসি লৌবিরো, ঐদি য়ুমদদি 'অমুক হল্লবোই, যমগী মচননুপী যমুনা কৌবী নহাক্কী ঈথক ইপোম্না ঐগী ইশা পুম্বসি চামথোকপীয়ু, ইশাগী মৈশা পুম্ববু মতম পুইনগী ওইনা ঈংহনবিয়ু।

৭। **প্রখরা** - কান্নদ্রবা শয্যা, যতন তৌনা লেংবা নৈগী পরেং, ঝানা তপখ্রবা পানা খুদপর্নচিংবদু মৈনুংদা লোয়না লংশিনখ্রো হে বিশাখে। অদুগা কস্তুরী অমসুং কর্পূর য়াল্লবা ঈশিং অদুনা যমগী মচন নুপী যমুনাগী ঈশিংদা হৈথখ্রো।

৮। **দূত্যাদরা** - শ্রীকৃষ্ণনা কোকিলনা খোংবাসানা সঙ্কেত তৌররবদা শ্রী রাধানা তফিং তফিংনা থোং হাংদোক্লবা হোৎনবদা মোইবুং খুজিগী নুংশিবা মখোল অমদি হনুবী জটিলানা কনানো চৎলিবা হায়না অসুন্না লাউরকপা তারকপা মখোঙ্জেল হন্না হন্না তাবগী হরাউবা অমদি নুংনাঙবনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী সঙ্গাঈ শুমাংগী চিথেক্তা হৌরিবা বরই পাম্বী মখাদা অসুম লেনবদা খঙহৌদনা নোং ঙাম্লোকখিবা (**শ্রীপদাবলী**)।

**খণ্ডিতাগী মওং করিনো ? খণ্ডিতা** - নোংঙাল্লগা হল্লকপদা চান্নবগী মশাদা অতোপ্পা নায়িকাগা লৈপুন ওইনা শান্নরুবগী খুদম উবগী কল্লক খম্বন মৈরী হৌরবী নায়িকা অদুবু খণ্ডিতা হায়না কৌই। (**শ্রীগীতাবলী**)। খণ্ডিতা মখল নিপাল শুই। মদুদি ঃ-

১। **নিন্দা খণ্ডিতা** - সঙ্কেত কুঞ্জদা অহিং লেঙলক্রগা নোংঙাল্লগা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকপা উবদা রাধানা কৃষ্ণ য়েংলগা নিন্দা তৌববু খণ্ডনৈ। হে মাধব ! য়াইফরিদনা ধর্ম্ম য়েংনা হায়বিয়ু- ঙসি অহিং চুপ্পা কৈদা লৈবিরুবগে ? হে নমথাক হৈবা ইবুংঙো, অতোপ্পগী য়ুমদা চৎপগী নুংগী হৈনবী মতৌ অসিদি অতোনবগী মতৌনি অদুগা মদুদগী হেন্না তোল্লিবনা ঐ অসিনি।

২। **ক্রোধ** - কামগী তেন্না থাদুনা রারবী শ্রীরাধানা শাংলবা অহিংবু বানা লেপ্লে, অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মাগী চরন্দা তুদুনা "ঐ তৌজররোই হন্দক্তি ঙাকপীয়ু" অসুম্না হায়জরবদা রাধানা কৃষ্ণদা কল্লক খম্বন বাহৈ হায়রকই। (**শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দম্ অষ্টম, সর্গ ১**)

৩। **ভয়ানকা** - চন্দন, কাঁজল অমদি ছিন্দুরনা পুন্না শ্রীকৃষ্ণগী লাইবক্তা অয়ুক অঙনবদা শ্রীরাধানা খংউ উরুবদা মপুক্লিংদা অকিবা ফাওবা।

৪। **প্রগলভা** - শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাদা ঙাকপীয়ু হায়না চংজরবশু শ্রীরাধানা মখা তাবীরগনু, কামদা হালেংদবা ইবুংঙো রাগনা থল্লবা চান্নবী অদুগী খুজীন মফম অমদি অকে অনৌগী মতৌ পুন্নমক নংগী থম্মোইনুংদা তারিব অদুগী মফমদা অভিসার তৌবিখো হায়রম্মী।

৫। **মধ্যকা খণ্ডিতা** - চান্নবীগী মখোঙদা তৈবা যাবক মহীনা নঙগী থবাক্তা তঙাংবা মচু ফাওহল্লিবা অদুনা নংগী থম্মোয়নুংদা ফাওবকপা রাগনা পোকখায়দুনা মপালথোংদা থোরকপশু উহল্লি। রাধা ঐগী মপাল নাইদ্রবা প্রেম অদু হৌজিক্তি লৈখিদ্রে। অদুম ওইনমক নঙবু য়েংনিংলি। ইশাগী বাথোক লাম্ভোক পুন্নমকীসু ইকাইজবনা শরুক চামা হেল্লি-হে হরি। (**শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দ অষ্টম সর্গ**)

৬। **মুগ্ধা - মুগ্ধা** (অপঙবী) ওইরিবী শ্রীরাধানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা অতোপ্পী নায়িকাগী খুজি অমদি খুজীন মফম ময়িনচিংবা খুদম কয়া কয়াবু উরুবদা রাধানা অশাওবনা ফুনগৎখিদুনা কপ্পি।

৭। **রোদিতা** - শ্রীরাধানা অয়ুক অঙনবদা শ্রীকৃষ্ণগী মাযথোংদা অতোপ্পা নায়িকাগী কাজলনা লৈতেংবা, মাগী লাইবক্তা অতোপ্পা লাইবক ফবী নায়িকাগী ছিন্দুরনা লৈতেংবো উকব্দা রাধানা কল্লক খম্বনবা রাখলনা মশা অদু তনিক তনিকলকই অদুগা কপ্লকলম্মী।

৮। **প্রেম-মত্তা** - অতোপ্পা চাম্নবীগা পুন্না লৈমিন্নকব্গী চিহ্ন অয়ুক অঙনবদা শ্রী কৃষ্ণনা লেংলকপদা শ্রীরাধানা উকব্দা থম্মোয় শোক্লা শাওনা হাযবকপা।

**কলহান্তরিতা কদায়বু কৌই ? কলহান্তরিতা** শ্রীগী তাবলী কৌবা লাইবিক্তা কলহান্তরিতা কৌবা নাযিকাগী মতৌ অসুমনা থাই - মবুংঙোনা মমাঙদা খুকমদুনা হাযজবন্নবা ফাওবদা লৈনদুনা তাপ্লোকখ্রগা মতুংদনা অমুক নিংঙমলক্তদুনা মৈশা লাংবা বানা খাঙহৌবা নাযিকা অদুবু "**কলহান্তরিতা**" হায়না খঙনৈ। মানগী মতুংদা পুক্লিংদা রাববু কলহান্তরিতা কৌই। কলহন্তরিদা নাযিকাগী মখল নিপালনি। মদুদি ঃ আগ্রহা, বিকলা, ধীরা, অধীরা, কোপনা, সমা, মৃদ্ধী অমসুং মুগ্ধা।

১। **আগ্রাহা** - ওহ্লোকপনি! ঐবু অদুক লুন চাম্না তৌবম্বদুবু শাউবগী মযাইনা ঐনা লৈংনখ্রে। মদুগী মহৈনা ঐনা অরাবা মপৈ মপৈ থেংনদুনা মিংলুদগী পিবা, শিন্থদুনা ইশ। পুস্প চোংলি।

২। **বিকলা** - বিকলা কলহান্তরিতা নাযিকাগী মতৌ হে রাধিকা ব্রজ নিংথৌগী মচানুপু ঙোনা ঙমি অয়ুক অঙনবদা নখোঙ খুযাদা তুদুনা লৈববা ফাওবদা নাচাক্লা যেংবাখিদে, খিনা চংদুনা মাবু মখাই বানা হলহনখি।

৩। **ধীরা** ইবোঙশোক্লা তুবম্লবা ঐগী থবাইগী থবাই ওইবা অদুবু ঐনা হল্লা যেংখিদ্রে। মদুগী মফল ওইনা হৌজিক ঐনা ঙাওথাং হুদিং রাজনবতা ওইহৌরে।

৪। **অধীরা** - সখীনা হাযবকই হে লৈতাদশী! মতমগা চানবা ঐগী বাখল অসি তাবিযু। অসুম্না নখোয অনী থংনবনা মবম ওইদুনা ঐগী থরায অসিদি লানখিগদৌবে।

৫। **কোপনা** - কোপনা নযিকানা সখী যেংদুনা হায-নঙনা ঐবু লোইবা খম্বা লৈতনা ঐবু দোষ তৌদুনা ঙাংবা শকপা তৌবিবগনু। ঐগী ইফমদা অভিসারগী সঙ্কেত তৌবম্লগা অতোপ্পা নাযিকাগী মকাদা চংলুই অদুগা নোংঙাম্লগা ওইদনা ঙাক্তা ঙাংলবি।

৬। **সমা** - সমা ওইবী কলহান্তরিতা নায়িকানা ঙাংবা বাঙাং শ্রীকৃষ্ণ মশাগী মরালনে, ঐনা লওজখিবা ইরালনে, অদুগুম্বদুনা ওইখ্রিবা মতমগী দোষনে, অতোপ্পা নায়িকা অদুগী মরালনে, মরাল মরি অসিনা তিন্নদুনা অয়ুক্তা ঐবু কৃষ্ণ কায়নবী ওইহনবিরে।

৭। **মৃদ্ধি** - লুনা থেমজিন্নবা হোৎনরিবী প্রিয়ম্বদা সখীনা মখুৎনা পিরাং তৈথোক্লগা শাওদুনা লৈরিবী মৃদ্ধি নায়িকাদা হায়রকই-মখুৎ অনী লোম্নদুনা নঙোন্দা চংজরক্লে ফাওবদা হন্না ফাওবা য়েংদনা শ্রীকৃষ্ণবু নতুং ওহ্মোক্তুনা লৈ।

৮। **মুগ্ধা** - মুগ্ধা কলহান্তরিকা নায়িকাগী মফমদা সখীনা হায়বা বাঙাও মতৌ-হে অপংবী! কপ্লগনু হায়না ঐনা কয়ারক হায়রে। নওগী য়েক্লবা কাওবুগী মীনা মায়গৈ খুদিং চোল্লা লৈ। অদুগী মমাংমক্তদা নশা নথম্ভনা নশাবু বারকপগী মতৌ অদু করিগী উহল্লি। অদুমক্তদা রাধানা স্বর ফুনগৎ ফুনগক্তুনা কপ্লি। তুঙ্গবিদ্যা সখী! রাধিকা অসিবু অমুক্তা থেমজিনবিয়ু।

**প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা কদায়বু কৌই?** প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা - শ্রীগীতাবলী কৌবা লাইরিক্তা তাকপা প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা ওইবী নায়িকাগী মতৌ-মপুরোইবা নৎ ত্রগা মাগী চান্নবনা করিগুম্বা থবক অমগীদমক অরাপ্পা লংফৈদা চৎখ্রবদা কায়না মশা লাংনা বাহৌরবী নায়িকা অদুবু প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা হায়না কৌই। শন্না হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেংখিবদগী বাহৌরবীবু প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা কৌই। প্রোষিত-ভর্ত্তৃকা নায়িকাগী মখল নিপাল শুই। মদুদি· ভাবী প্রবাস, ভবন প্রবাস, ভূত প্রবাস, দশাবস্থা, দূত সংবাদ, সবিলাকা, সখুক্তিকা, ভাবোল্লাসা।

১। **ভাবী প্রবাস** - (শ্রীরাধানা হংলি) হে চান্নবী! অক্রুর হায়বদো কনানো? সখীনা খুম্মী-নিংথৌগী দূতনি (পাউ চৎপনি)। শ্রীরাধানা হংলি-মানা কোনুংদগী বৃন্দাবন অসিদদি করিগী লাক্লিবা ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু হা? সখী- বলরাম অমসুং কৃষ্ণবু পুদুনা চৎখিনবনি। শ্রীরাধা-অদুদি ইবুংঙো হয়েং অয়ুক সঙ্গাই থাদোক্তুনা কোনুং পাংথ্রগদবা। সখী-অং, মীনা হায়নবদি মদুমক্লি।

২। **ভবন প্রবাস** - ( হৌজিক হৌজিকমক লংফে চৎখিবগী মতৌ ) শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়ননা অক্রুরগী রথদা তোংদুনা মথুরাদা চৎখিবা তাববদি লাইবক থীবী রাধা ঐদি করি ওইরগনি ?

৩। **ভূত প্রবাস** - মথোং কারকপী মতাংদা করম্না পুঙমদবা দশা অসিবু পুদুনা চৎকনি। অদুগী মথক্তা কোকিলগী নুংশিবা খোঞ্জেনশু অমুক্তা হেন্না চাকহল্লি। নোংদম্বা বিধাতানা ইবুংঙোনা লংফেদা লেংখ্রিঙেদা ঐবু শিগ্নু হায়না তম্নম্নববা ?

৪। **দশাবস্থা** - নুংশিবা- চান্নবা কায়নবগী অবাবগী মতৌ অসি মখল তরা শুই। মদুদি চিন্তা, জাগবন ( তুম্বা য়াদবা ) উদ্বেগ ( লাঙতক্লবা ), কৃশতা ( কংশিনবা ), জড়তা ( হৈনিংদবা ), প্রলাপ ( চোইবোন পাবোল লোনবা ), ব্যাধি ( লাইমলপুবা ), উন্মাদ ( ডাওচৎনবা ), মোহ ( শুমহৎলাই চুবা, পঙথবা ), মৃত্যু ( শিবগী পাঙথক ওইবা )।

৫। **দূত - সংবাদ**   কুচু শংবান্নবা নঙবু কনানো হায়না রাধানা হংই। শ্রীহরিগী মনাই উদ্ধব কৌবা অদু ঐনি হায়না উদ্ধবনা খুম্মী। রাধানা শ্রীহরিবু হৌজিক কদায়দা লেহৌদি হায়না উদ্ধব তা হংই। উদ্ধবনা খুম্মী - ব্রজবাসীগী থরায় অদু মথুরাদা হৌজিক লৈবি। মধুপুরদদি হৌজিক কবি তৌবিবগে হায়না রাধানা হংই। কংসগী মিচং পুন্নমক নমথরা ঐন্দি হায়না উদ্ধবনা খুম্মী।

৬। **সবিলাপা** - মিৎলু পিবাং শিষ্টুনা খোঞ্জেন থোক্লা ঙংখানাওইবগী মতৌনি- হে সখী! নন্দ শাংগগী থা ওইবদুবু কৈদনো ? বাহোং মতুনা কোক্কী লৈতেং ওইবদুদি কদায় ? তপ্না মেংনা মুরলি খোম্বাং হাপ্লদুবু কৈদনো ? ইন্দ্রনীলমণিগী কুচু ঙমজবদুদি কদায় ? রাসলীলাদা তাণ্ডব জগোই শাবদুদি কদায় ? ঐখোয়গী শিদযাই নাদযাই ওইবদুদি কদায় ? মমল নাইদ্রবা ঐগী মণি, নংগীনা চান্নজবদু কদায় ? হে নোংদম থীবা বিধি কৌবা লাই নংদি তাথীনিংঙাইনি।

৭। **সখুক্তিকা** - নঙগী কাযনা মৈচাক্লা সনাগী কুচু ঙমজবী রাধানা লৈমাযথক্তা ওনথোযনা থাঙলি, মশা পূম্বা শকদা উন্না কুপ্লিবদু মঙাযবে, হে নুংশি খঙদবা। হে লৌনম চাউবা ও! খাযনা মৈশা লাংলবী রাধাদো কোকিলগী মখোল তাবদগী অমুক্তা হন্না লৈমায়দা হাইথবি।

৮। **ভাবোল্লাসা** (ভাবনা নুংঙাইরকপী) - শ্রীরাধানা থম্মোয় নুংগী বাবু ফোংদোক্তুনা অসুম্না হায়রকই-ওঘোকপনি ! করম্বা মতমদা ঐনা থবায়গী মবুংঙোগা লোয়ননা রতিলীলা শান্নজবা ফংগবা।

**স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা হায়রগা করিবু খঙনে ? স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা** - শ্রীগীতাবলীদা হায়বা স্বাধীন ভর্ত্তৃকাগী মতৌদি-মাগী প্রেম গুন্না চিংদুনা মশাগী মবুংঙোনা মাগী মনাক্তগী থক হেন্দোক্তবা, কেথোক মৌথোকপনা থনবী নায়িকাবু 'স্বাধীন ভর্ত্তৃকা' হায়না কৌই। সুরত লীলা লোইরগা শ্রীকৃষ্ণদা ফীরোল শেৎপীয়ু হায়না য়াথং নীববু "**স্বাধীন ভর্ত্তৃকা**" কৌই। স্বাধীন ভর্ত্তৃকাগী মখল নিপান্নি। মদুদি ঃ- কোপনা, মানিনী, মুগ্ধা, মধ্যা, সমুক্তিকা, সোল্লাসা, অনুকূলা অমসুং অভিষিক্তা।

১। **কোপনা**-কোপনা স্বাধীন ভর্ত্তৃকা ওইবী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরকই কামদা হালেংদবা, ইকাইবা খঙদবা ও! ঐগী ইশা পূন্নমক অসি নংনা ওৎপী নৈবিবমক্তনা খুজীন মফম মক্ত ভায়খরে; মসি উন-উনমক ঐনা য়ুমদা কবম হল্লুগনি ? ঐগী থাবোম (বক্ষ) দা হৌজিক চন্দন তৈশিনবীয়ু (খুজিন মফম উদনবা)।

২। **মানিনী** - মবুংঙোগী মথবাক্তা মহাক মশামক্তা কৃষ্ণসঙ্গগী মতমদা লৈহনখিবা খুদমশিং অদুবু উরম্বদা বাধানা অতোপ্পগী ওইনা উরুদুনা শাউখি, মবমদি - প্রেমগী লিচৎতি মতম পূন্নমক্তা খোয়না মহৌশানা চৎপা ওইবনা।

৩। **মুগ্ধা** - মুগ্ধা ওইবী স্বাধীন ভর্ত্তৃকা নাযিকাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়- হে থম্বাল মানবী ! নশাগী ওইবা ঐগী ইফমদবু করি ইকায়নিংঙাই লৈবগে ? হে পঙজবী নয়াথংবু ফংজরবদি হান্নগী মতৌগুম্না নংগী ফীজেৎ লৈতেংবাগে। চংশিল্লকউ লাউ ! নংগী চায়রুং (খজাই) অনীমক্তা (চন্দন) ঐনা পামজবা মওংদা ঙা-কিয়োং মান্না য়েকচগে।

৪। **মধ্যা** - শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীবু কুঞ্জদা য়ৌরকপা উদুনা চংশিল্লগা নুংশি- চান্ন হায়রকই।

৫। **স মুক্তিকা** - বাপা চানা হায়বা হৈবী "সমুক্তিকা" কৌবী স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা নায়িকা ওইবী শ্রীবাধানা হায়রকই-হে থবায়গী মবুংঙো মুরারি ! নংগা মান্নন‍া

ঐগী বেশ সাজন তৌবিয়ু, ঐগী গুকসমদা লৈপরেংনা লৈতেংবীয়ু, খোই-খোইরবা ঐগী শন্নাং চবুন অসিনা কোক্তা শম্বুল লৈখৎপিয়ু, হে চান্ন থোইবা, নংগী বাঁশী অদু কদায় ঐগী খুত্তা পীয়ু, কদায় ঐগী খুত্তা পীয়ু।

৬। **সোল্লাসা**- শ্রীপদ্যাবলীদা সোল্লাস-স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা নায়িকাগী মতৌ উৎপা মওং-যনজেম্নাহাগী ফীজোল থোল্লিবা শ্রীহরিনা রাধাগী থাবোম নৈখায়দুনা শান্ননিংবদগী ঙা-কিযোং য়েকলিবনি হায়দুনা ফজদনা লৈই খোয়না পৈনা চিংলগা ফজদ্রে হায়দুনা হন্না হন্না মুথোক মুশিন, তৈথোক তৈশিন তৌবা হোৎনরি অসিগুম্বা শ্রীহরিগী মতিক মগুণ অঙকপনি।

৭। **অনুকূলা** - শ্রীমদ্ভাগবততা উৎপা "অনুকূলা" স্বাধীন-ভর্ত্তৃকা নায়িকাগী মতৌদি অসিনি-অসিগুম্বী নাযিকা অসিনা ভগবান শ্রীহরিবু লেপ্নমক মাবু নীংবা ওইহল্লে, মসিদা গোবিন্দনা পেনবিরদুনা ঐখোয় পুন্নমকপু হন্দোকপীবল্লগা মাতবু অচিকপা মফমদা পুরগা চৎখ্রে।

৮। **ভিষিক্তা** - লৈবাংতনা যোম্বা কুঞ্জ (কুসুম-কানন) দা শ্রীহরিনা রাধাবু নিংথৌগী ফীজোল (বাজবেশ) না লৈতেংবিবি। সনাগী দণ্ড পীদুনা কোক্তা শেকপিন থল্লি। ঈংলবা যমুনাগী ঈশিংনা ইবুংঙোনা ইবেম্মগী মথক্তা চায়থরি (অভিষেক)। রাধাগী প্রেমগী লৌচিংতনা কনশিবনা শ্রীকৃষ্ণনা খুত্তা বেণু পাযদুনা প্রেমগী সেবা তৌবি।

শৃঙ্গাব রসগী তুংনঝম মরুদি শ্রীকৃষ্ণনি। শৃঙ্গার রসগী মশাদা অনী থোক্না থায়দোকই। নাযক, নায়িকা অনীনা থুংনদ্রিঙৈগী মমাংদা মখোয়দা ফাওরকপা পূর্ব্বরাগ, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধা হায়বনচিংবগী মশক ওইবা শরুকপু বিপ্র লম্ভন কৌই। অদুগা উনদুনা থেংনখ্রবা উপভোক্তা শরুক অদুবু সম্ভোগ কৌই। বিপ্রলম্ভন হায়বা অসিনা পুক্নিং, হকচাং অমত্তা ওইনা সম্ভোগসু পাম্মী। মহাক নত্তনদি আদিরসগী মপুংফাবা য়াদে। লীলা কীর্ত্তনদা প্রেম রতি লীলা শান্নবগী মরুদি সমর্পননি **(বৈষ্ণব কবিতা)**। শ্রীকৃষ্ণনা রসগী মহাও তংলিবনি। ইবুংঙো মঙোন্দা শৃঙ্গার রসদা য়াওবা রস ৬৪ মক তুংদুনা লৈ। শ্রীমতি রাধিকাদশু রস হুম্ফুমরি অসি শুনা য়াওবি।

শ্রীকৃষ্ণদা ফাওরকপা অনুরাগ গা শ্রীমতি ইবেম্মদা য়াওবা মহাভাবকা অনীনা অমত্তা ওইনা তিংথৌ মতোনদা পকপা লীক্লো অনীনা অমত্তা ওইগ্রবদা শ্রীগৌরসুন্দর ওইবকই। পরকীয়া ভাবতা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুর প্রেম রসবু শকলিবা অসি কীর্ত্তন হায়না খঙনৈ। শ্রীচৈতন্য দেবনা মহাক্কী প্রেম ধর্ম্মনা লম্বী ওইদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর প্রেম রসবু থকখিবা অদুগুম্বা প্রেম রসতবু মীপুম খুদিংদা পীথোক্নে হায়দুনা সংকীর্ত্তন্না শাদোং ওইদুনা য়েঙ্খোকপীরম্মী। লীলা কীর্ত্তন্না মণিপুর সংকীর্ত্তনগী মপুং ওই।

লীলা কীর্ত্তনবু রস কীর্ত্তন হায়নশু খঙনৈ। ব্রজদা শান্নবা লীলা রস পুন্নমক্তগী শৃঙ্গার রসনা খ্বায়দগী হেল্লি। মসিদি খোয়থুম্মি। মরম অসিনা গৌরিয় কীর্ত্তন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা রসপু শকনৈ। অসুম্না শকপদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর বসবু রস ৬৪ থোক্লা খায়দোকই। সংকীর্ত্তন্দা সম্ভোগ, বিপ্রলম্ভ অনীমক শুনা য়াওবি।

লীলা কীর্ত্তন্দা তোয়না শরুবা ঈশৈশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা মমিংশিং থরদি—জন্ম লীলা, গোষ্ঠ লীলা, বাধা কৃষ্ণ মিলন, সূর্য্য পূজা, জল ক্রীড়া, পাশা ক্রীড়া, দান লীলা, সুবন মিলন, উত্তর গোষ্ঠ, নৃত্য রাস, মহারাস, বসন্ত লীলা, হোলি, নৃত্য লীলা, ঝুলন, কুঞ্জ ভঙ্গ নৎত্রগা নিশান্ত লীলা, পূর্ব্ব বাগ, রূপানু রাগ, অভিসার, কলহান্তরিতা, বাসক সজ্জিকা, উৎকণ্ঠিতা, খণ্ডিতা, বিপ্র লম্ভ, মান, বিরহ নৎত্রগা মাথুর অসিনচিংবা লীলাশিংবু শক্নে। (**ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোইদা ঈশৈগী মশক**-শ্রীফুবাইলাৎপম দেবকিশোর শর্ম্মানা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা ফোংবা "**ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই**" হায়বা লাইবিক অদুদা ইবা)। সংকীর্ত্তন্দা অষ্টকাল লীলা য়াওরি।

**কাম**— ক্রোধনচিংবা রিপু খিবিক্লা চিক্নুনা অবাবা তাদুনা লৈবিবা মীওইবগী ঙাকথোক্নবা উপায়দি লীলা স্মরণ তৌবনা অথোইবনি হায়না লৌই। (**যুগল বিলাস স্মৃতি সার**)। স্মরণ অসি অথোইবা মখল মরি শুই। মদুদি ঃ- নাম স্মবণ, রূপ স্মরণ, গুণ স্মরণ অমসুং লীলা স্মরণনি। মসিগী মনুংদগী লীলা স্মরণনা অথোইবনি। লীলাগী মনুংদা বাল্য, পৌগণ্ড অমসুং কৈশোর অহুম থোকই। মসিগী মনুংদগী কৈশোর ধর্ম্মি ওইবা শ্রীশ্রীরাধা মাধবগী যুগল মধুর লীলা স্মরণনা খ্বায়দগী অথোইবনি। লীলা স্মরণগী যুগল বিলাস রস আস্বাদন তৌবনা অমতা ওইবা সাধকগী রূপ সাধ্য শিরোমণিনি।

**অষ্টকাল লীলাস্মরণগী** মতাংদা শমলপ্পা বাফম খব থমজবি। অষ্টকাল লীলাস্মরণ তৌবা হায়বসি লীলাস্মরণ তৌববু খন্ডনগনি। মবমদি-অষ্টকাল লীলাগী মনুংদা শ্রীরাধা-মাধব যুগল মধুর লীলা যাওদুনা লৈবি।

**অষ্টকাল লীলা**—নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অমদগী অহিংগী অরোইবা মতম ফাওববু তাঙ্কক নিপাল থোক্লা খায়দোকই। কাল নিপাল অসিবু হায়বদি নোংমবু দণ্ড ৬০ না ওই। কাল নিপাল অসিগী মনুংদগী কাল অনী অমদি হায়বদি মধ্যাহ্ন অমসুং নক্তদি দণ্ড ১২। ১২ না ওই, অতৈ লেমহৌরিবা কাল তকক্তি দণ্ড ৬। ৬ না ওই। কালবু তাঙ্কক নিপাল থোক্লা খাযদোকই হাযবিবসি অসিবু খণ্ডনৈ-প্রাত, পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সাযং, প্রদোষ, নক্ত অমসুং নিশান্ত। অষ্টকাল স্মরণদি নিশান্তদগী হৌই। কাল নিপাল অসি পূং কযাদগী হৌবগা পূং কযা ফাওবা ওইবগে হাযবদু চাওবাকপা অমা মখাদা উৎচবি।

১) নিশান্ত - নুমিৎ থোক্কদবগী মমাং পূং ৩ মিঃ ৩৬ দগী অযুক পূং ৬ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

২) প্রাত - অযুক পূং ৬ তগী পূং ৮ মিঃ ২৪ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

৩) পূর্ব্বাহ্ন অযুক পূং ৮ মিঃ ২৪ দগী পূং ১০ মিঃ ৪৮ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

৪) মধ্যাহ্ন অযুক পূং ১০ মিঃ ৪৮ দগী নুমিৎ যুংবা মতুং পূং ৩ মিঃ ৩৬ ফাওবা (**দণ্ড ১২**)।

৫) অপরাহ্ন নুমিৎ যুংবা মতুং পূং ৩ মিং ৩৬ দগী সন্ধ্যা পূং ৬ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

৬) সাযাহ্ন - সন্ধ্যা পূ. ৬ তগী পূং ৮ মিঃ ২৪ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

৭) প্রদোষ নুমিদাং পূং ৮ মিঃ ২৪ দগী অহিং পূং ১০ মিঃ ৪৮ ফাওবা (**দণ্ড ৬**)।

৮) নক্ত - অহিং পূং ১০ মিঃ ৪৮ দগী অহিং পূং ৩ মিঃ ৩৬ ফাওবা (**দণ্ড ১২**)।

মথক্কী কালশিং অসিগী মনুংদগী কাল মরি হাযবদি - প্রাত, পূর্ব্বাহ্ন মধ্যাহ্ন অমসুং অপরাহ্ন মবি অসিবু দিবা কৌই। অদুগা লেমহৌবিবা কালগী মখলশিং অসিনা নিশা হাযনা কৌই। কাল নিপাল অসিগী মনুংদা মধ্যাহ্ন অমদি নক্ত অসি নক্তনা অতৈ তকক অসি পূং তকক/তরুক পুবা ঋতু দণ্ড হায়না কৌই। কাল অনী হাযবদি মধ্যাহ্ন অমদি নক্ত অসিবুনা পূং তবানিথোইনা পুবা মাসদণ্ডসু কৌই।

অষ্ট কালগী ভজন হৌবদি নুমিৎ খুদিংমক্কী নিশান্তদগী হৌগনি হায়না অহানবদসু পঞ্জখ্রে। অদুবু নোংয়াই মতুং পুং ৪ মিনিট ৪০ তাদ্রিবা মখৈদি ইরুব্জবা য়াদে। মতুংদা ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা স্নান তৌরগা গুরুবু মানসিকনা খুরুম্লগা সাধক দেহনা (হিংলিবা হকচাং অসিনা) মন্দিরদা মঙ্গলার্ত্তি দর্শন য়াওজগনি অমসুং আত্মা গোপ ভৃত্য ওইনা ইবুংঙোগী সেবাবু মানসিকনা য়াওজগনি অদুগা শ্রীবৃন্দাবনদনা ঐগী সিদ্ধদেহনা (সিদ্ধ মঞ্জরীনা) শ্রী গুরু রূপা সখীনা তাকপীবা মতুং ইন্না নিশান্ত লীলাদা প্রেম সেবা তৌজগনি।

শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অষ্টকালগী (কাল নিপালগী) লীলাবু সুত্র ওইনা লেংবিরমই। মদুদি ঃ-

"কুঞ্জাদগোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহন্নাশনাদ্যাং:

প্রাতঃ সায়ঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্‌গাঃ।

মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতিবিপিনে রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে,

গোষ্ঠংযাতি প্রদোষেরময়তি সুহৃদো যঃস কৃষ্ণোহবতান্ন ঃ।।"

**শন্দোকপা ভাব রস** - নিশান্তদা ( অহিংগী অরোইবদা) নিভৃত নিকুঞ্জদগী ইবুংঙোনা ইবেম্মগা থাদোক্নরগা নন্দগী য়ুম গোষ্ঠদা লেংই। প্রাতঃদা অমসুং সায়ংদা শঙ্গোম শুমই অদুগা লুক হাই, পুর্বাহ্নদা সখাশিংগা লোয়ননা যল শেন্দুনা শান্নে, মধ্যাহ্ন অমসুং নক্তঃদা ইবেম্মগা লোয়নদুনা বন্দা শান্নে, অপরাহ্নঃদা বন্দগী যল হোইগৎলক্তুনা নন্দগী গোষ্ঠদা লেঙলকই, প্রদোষতা ইবুংঙোনা নন্দগী সংগাইদা মমান্নবা সখাশিংবু নুংঙাইহল্লি। অসুম তৌদুনা কাল নিপালমক্তা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা ঐহাকপু ঙাকপিসনু।

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অষ্টকাল লীলাগী মশক্তি সুত্র অসিদা উৎখ্রে। অদুবু লীলাগী অকুপ্পা শকওংদি নৈনদ্রি। শ্রীরাধা কৃষ্ণনা কাল নিপান্দা বৃন্দাবনদা শান্নবা লীলাগা শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা শান্নবা লীলাগা অনী অসি তুনা চৎমিন্নে। অদুনা সাধক দেহনা অষ্টকাল লীলা স্মরণ তৌবা মতমদা বৃন্দাবন অমসুং নবদ্বীপ লীলা মতম অমতদা পুন্না চৎমিন্নে।

তাহৌবা ইবেম্মগী নাইলবু (তাডস্কবু) পুবক্লগা অনুবাগগা লোয়নননা ইবেম্মগী নাদা যানশিনবি। শ্রীরূপমঞ্জরীনা পুষ্প শয্যা মনাক্তা তাবম্বা ইবেম্মগী মণিমুক্তাগী কঞ্চুলিকা পরেংবু পুবক্লগা ইবেম্মাগী বক্ষস্থলদা শিজনবি, শ্রীগুণ মঞ্জরীনা পান্নগী কাওশেন পাযদুনা ইবুংঙোগী অশায়বা তাম্বুলবু ইবেম্মদা লানশিন্নি, মঞ্জু লালী সখীনা ববকন্যা অনীমক্কী মালাচন্দনবু কুঞ্জগী মপান্দা পুথোক্লকই।

অসুম্না লেংলকপদা সবস্বতী তীর্থ মপান তেবো কদম মখোং যৌববদা ইবুংঙোনা ইবেম্মাবু আলিঙ্গন তৌনা মুখপদ্মবু চুম্বন বিদায লৌনদুনা অমসুং অতৈ সখী, মঞ্জবী খিবিকসু বিদায লৌনদুনা ইবুংঙোনা নগুলযবোমদা লেংখ্রে, ইবেম্মনচিংবী সখী মঞ্জবী খিবিকসু যাবটলোমদা লেংখ্রে।

পুন্নমক নিজালয যৌবদুনা শযন মন্দিবদা লেংশিন্দুনা চেপখ্রে। সিদ্ধ দেহসু ইবেম্মাগী থৌগল পাদ - সম্বাহননচিংবা তৌবিবমলগা থোবক্তুনা গুরুদেবগী চবণ মনাক্তা চংজদুনা থৌগল্লমলগা নিজ গৃহদা হল্লক্লনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী গুণ, রূপনচিংববু স্মরণ তৌনা অমদি প্রাতঃগী সেবা থৌবাং তৌনা তৌনা যথাশক্তি হবিনাম কীর্ত্তন তৌনা প্রাতঃ ওইদুনা লৈরে। মতাং অসিদা নিশান্ত ব্রজভাব লোইরে।

নিশান্ত লীলাদি লোইবে, অদুবু ভক্ত, বৈষ্ণবশিংগী মফমগা থমজনিংবা বাফম অমদি লৈবি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি বাধিকাবু যাবটগী মনাক্তা লৈবা তেবকদম (দেবাকদম - কদম মখোঙ), বিচ্ছেদ স্থান (খাইনফম মফম) যৌবক্লবদা ইবুংঙোনা ইবেম্মাবু নুংশিনা অলিঙ্গন তৌবগা মুখচুম্বন তৌবগা হাযবকই-ঐগী থবাইগী থবাই ওইবিবী হে বাধে। বাবৌগনুকো, ঐনা নংবু কযা বাহল্লমল্লে। অসুম্না ইবুংঙোনা ইবেম্মদা নুংশি বিদায পীবল্লগা নিজগৃহ নন্দালযদা লেংখিবা মতমদা ইবেম্মদি খাযনা মৈশা লাংলম্মী, ইবেম্মনা নিশান্ত বিচ্ছেদ-বিদাযগী প্রার্থনা অমা শকলকপবু কবিশিংনা পদ্যগী মশক ওইনা অসুম্না লেংথোকলম্মী -

"যাও যাও প্রাণ নাথ হে বন্ধু।
দাসী হামু বিদায দেওবে বন্ধু।
প্রানণে সমর্পিলু এই নিবেদিলু,
ছাবিও না মানে বাখ বন্ধু।
কি বিদায দিবা নাহি জানি,

কিবা প্রাণ সঙ্গে বহু বন্ধু।
সদাই কলঙ্কিনী জান পরাধিনী,
গুরুজন ভয়ে যাব বন্ধু।
হামু অভাগিনী বাধা কলঙ্কিনী,
করমের ফল ভেল বন্ধু।
ভনে নরহরি দুহুপ্রেম ভরী,
বিয়োগয়ে যাব নারে বন্ধু।।"

প্রাণনাথ ' থবাযগী মবুংডো হৌজিক্তি লেঙবিরশি, ননাইবু বিদায় পীনবিরো, ননাই ঐগী থবায অসি ইবুংঙোদা কথোকচববনি, লেঙবিরোকো ইবুংঙো ননাইগী পঞ্চপ্রাণ অসিগা লোয়ননা। ঐদি অতোপ্পা শাগৈগী মৌগী শিংদা চল্লবিনি, মীগী-মীখা পোল্লবীনি গুরুজনশিংবু কিজবদগী ইবুংঙোগী নতুং ইনবদি ঙমজদ্রে, ঙসিদি বিদায় পিনবিরো। হয়েং যমুনা স্নান লেঙলকপদা ননাইবু দর্শন ফংহনবিয়ুকো।

ইবেম্মনা যাবট মাযকৈ পাংলগা সংগাই তম্না লেংলকপবু কবিনা কল্পনা তৌবগা ঈশৈগী সুবদা অসুম্না শকলকই -

"বন্ধু প্রেমভরে চলে ধীরে ধীরে কৃষ্ণপ্রেম তরঙ্গিনী
যাবট বাসিনী, নন্দীশ্বর বিজয়িনী মহাভাবস্বরূপিনী,
কৃষ্ণমনহ্লাদিনী, কৃষ্ণসুখদায়িনী কৃষ্ণবাঞ্ছপুরাযিনী।।"

যাবট দা লৈরিবী, কৃষ্ণ প্রেমগী ঈথক্তা তাওরিবী, নন্দীশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু জয় তৌরিবী, মহা ভাবকী মশক ওইরিবী, কৃষ্ণগী থবায পেনফম ওইরিবী, কৃষ্ণবু নুংঙাইহল্লিবী, কৃষ্ণগী অনিংবা পূর্ণা থুংহল্লিবী নুংশিবগী প্রেম্না থুমহৎল্লবী শ্রীমতি ইবেম্মনা যাবট তম্না তপ্ন তপ্ন লেঙলকলি।

"শ্রীবৃন্দাবন স্বর্ণভূমি স্বর্ণপথেতে স্বর্ণমৃগীনী যেন বাজাবৰি।
শ্রীকৃষ্ণ সহিতে নিকুঞ্জ কাননে খেলিতে এইত মনভাবে
যাই মন্দ মন্দ গামিনী।"

সনাগী শক্তি অমোমগুম্নবী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা নিকুঞ্জ কাননদা শান্নরিবনি হায়বগী বাখনদা সনানা ফুদোংলবা শ্রীবৃন্দাবনগী সনানা পূমৈহে হৈববা লম্বীদা তপ্ন তপ্ন লেঙলকই। (কবিগী কল্পনা)।

অসুম্না ইবেম্মনা মতারোইশিংগা লোয়নদুনা যাবটতা থুংলরবদা ঙরাং অহিং কুঞ্জ রাস শান্নবদি য়াওহৌদ্রবী সখী শ্যামলা অমসুং বিমলা অনীনা ইবেম্মদা চংলক্লগা য়ান্না খঙনিংবগা লোয়ননা অসুম্না হংজরকই-ইবেম্মা! ঙরাং অহিং নিকুঞ্জ মন্দিরদা করম্না শান্নবিরকই? ইবেম্মনা খুমলকপা ওইনা কবি জ্ঞান দাসনা পদ্যগী মওংদা অসুম্না লেংবিরমই। পদ্য অসিবু রসোদগার হায়নশু খঙনৈ।

"সজনিগো সোই পাশরিতে নারি কালা কানুর পিবিতি,
সুঙরিতে প্রাণ কাঁন্দে করিব পিরিতি।
হিয়ার হইতে পিয়া শেজেনা শুয়ায়,
মুখে মুখে, বুকে বুকে, রজনি গোঁঙায়।
তনু পরশন লাগি আভরন তেজে,
চরণ যাবক মুছে দেখি পাই লাজে।
নিশি অবসান জানি কাতর হইয়া,
দৃঢ়করি বাঁধি মোরে ভুজ লতা দিয়া।
অরুন উদয় দেখি পড়ে প্রেমে ফাঁন্দে,
মুখে মুখে দিয়া পিয়া কতজানি কান্দে।
ঘরে অসিবার কালে কড়ে প্রেম ভাস,
তেইসে এমণ দেখি কহে জ্ঞান দাস।।"

ইবেম্মা! কালাকানু - কৃষ্ণগী প্রেম অসিদি খাঙবদা ওয়োক্লা বাখ্রেদা, খাঙবা ঙমদেনে, নিশিংলুবদা নুংশিবনা থবায় অসি কপতবা ঙমদে, খাঙবা ঙমদে। মিৎকী পিনা মোনলাং অসি পুমচোৎ চোৎলিদো। অহিংদা বসনবিহীন (আভরন পুম্বা লৌথোক্লগা) চীনগা চীনগা চুম্বন তৌনরগা হকচাংগা আলিঙ্গন তৌদুনা অহিং লেপ্লিদো। নোং ঙাল্লমদাইদদি কায়নগনি হায়বগী বাখলনা বাখিবনা ইবুংঙোগী পাম্বোম অনীনা ঐবু কন্না কোনশিনবি। নুমিৎগী মশেক্লা হন্দোকববকপা কালদদি অনীমক নুংশি কোঙ্গোয়দা থুখি। অসিগুম্বা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাবু কবি জ্ঞানদাসনা হায়রি। (ব্রজগী নিশান্ত লীলাগী ভাব অসিবু ফোংদোকচনিংলুবদগী করিশু খঙজদ্রবা ঐহাক্না বাফম খব অসি **"শ্রীশ্রী অষ্টকাল লীলা"** কৌবা শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহনা ইবা লাইরিক অদুদগী লৌখৎচে)।

সরস্বতী তীর্থ মপান্দা বিদায় তৌনবা অসি ইবেম্মনা যাবটতা লৈবা মতমগীনি। বর্যান্দা লৈবা মতমদদি ভান্দির বনদা বিদায় তৌনে। শ্রীকৃষ্ণনা ষণ শেনবনা কাম্যবন চবন পাহাড়দা গোচারন তৌই। শ্রীমতিনা যাবটতা লৈবা থাদি বৈশাখ (শজিবু), জৈষ্ঠা (কালেন), আষাঢ (ইঙা), কার্ত্তিক (মেরা), অগ্রহায়ন(হিয়াঙ্গৈ), পৌষ (পোইনু) থা তরুক অসিনি। অদুগা বর্যান্দা লৈবা থাদি মাঘ (ৱাকচিং), ফালগুন (ফাইরেন), চৈত্র (লমতা), শ্রাবন (ইঙেন), ভাদ্র (থৱান) আশ্বিন (লাংবন) থা তরুক অসিনি।

ভক্ত, বৈষ্ণৱশিং অযাম্বনা পূজা, সেবা কৎপা অসি ইবেম্মানা যাবটতা লৈবগী মতমদতা পুদুনা কৎনৈ. শ্রীকৃষ্ণনা গোচারন গোবর্দ্ধনতদা উন সেবা কৎনৈ। মবমদি সখী, মঞ্জরীশিংগী পোকফম, লুহোংফম যাবটতা ওইবনা, পিতা মাতাসু বৃষভানুপুরদা লৈবা মবম্ননি।

২। প্রাতঃ লীলা

দণ্ড ৬ (অযুক পূং ৬ দগী পূং ৮ মিঃ ২৪ ফাওবা)

(মশা মশাগী সঙ্গাইদা অমসুং শ্রীশ্রীনন্দীশ্বর যোগপীঠদা)

শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রাতঃ লীলা ব্রজ ভাবপু নবদ্বীপ লীলাগা মতম অমতদা চাননা স্মরণ তৌগদবা

"রাধাং স্নাতবিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে,

তদ্গেহে বিহিতান্নপাকরচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাম্।

কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্ত ধেনুসদনং নির্ব্যূঢ় গোদোহনং,

সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈ স্তাঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে।"

শন্দোকপা ভাব রস - শ্রীমতি রাধনা ইবেম্মসু সখী মঞ্জরীশিংসু মাগী-মাগী গৃহদা নুংভাইনা চেপলুবগা অযুক্তা হৌগৎলকলে। শ্রীরূপমঞ্জরীনাচিংবী মঞ্জরী পূম্নমক প্রাতঃগী হৌনরী মচিন মযানচিংবা লেংবা লোইরগা মাগী-মাগী গুরু রূপা দেবীগী (সখীগী) নাক্তা চৎলগা গুরু দেবীশিংগী মনুং অচৌবা চংবগী অমসুং চিন যা শেংনবগী সেবা অপুম্বা লোইরবগা গুরু দেবীশিংগা লোয়ননা ইবেম্মগী মন্দিরদা চৎলি। মন্দিরগী মথাথংবা থোঙজাওরোমদা চংলগা শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরীবু হৌদোকলুরে শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরীগা লোয়ননা শ্রীমতি ইবেম্মগী শয্যা নাক্তা চংলগা

গুরু দেবীগী য়াথং মতুংইন্না শ্রীচরনবু তপ্ন-তপ্ন থৌগল্লি। সিদ্ধ দেহসু নিজেশ্বরীগী পাদ-পদ্মবু খন্ন খন্ন মমাই মমিৎ তাদুনা মপালগী হৌনবী কয়া লোয়বগা গুরু দেবীদগী (গুরুরূপা সখীগী) শ্রীরূপ মঞ্জরী ফাওবগী সেবা পূন্নমক লোযরমদুনা সখীশিংগা লোয়ননা পুরীগী খা থংবা থোংদা চংলক্তুনা অনঙ্গ মঞ্জরীগী শয্যা মনাক্তা চংদুনা হৌদোক্লগা শ্রীমতি রাধিকাগী চেপফম কাগী মাঙোন্দা লেপল্লবদগী গুরু দেবীগী য়াথংনা শ্রীমতিগী শয্যা মনাক্তা চংজদুনা চরন সেবা তৌরুরে।

মতম অসিদা মুখরাসু জটিলাগা লোয়ননা ইবেম্মবু হৌদোক্লবা চংলকই অদুগা হায়রকই নুমিৎ থোরক্লবা ফাওবা অসিবু হৌগৎত্রিবা করিগীনো? ঙসিদি ববিবার (নোংমাজিং) নি, পৌর্ণমাসীনসু সূর্য্য পূজা তৌবা চৎহল্লু হায়রম্মী। অসুন্না মুখরাগা জটিলাগা লোয়ননা ঙাংনে ঙাংনে হৌদোকপা হেক চংলকপদা রাধিকাগী অঙ্গদা স্না ফীগে নাপু মচুগী ফী থোল্লম্বা উবদা বিশাখাদা শাওরকই অদুগা হায়রকই, "বিশাখা! করিনো তৌবিবা মতৌ অসিদি? মথবাক্তসু কৃষ্ণগী মথবাক্তা যেকপা অমুবা দাগ অদু লোইনা তারে, অঙাং অসিগী মতৌ অসিদি, মীনা কানা-কানী ঙাংনরিবা অসিমক চুম্বা তারে"। মতম অসিদা হৈ শিংলবী বিশাখানা খুম্মী "-থোঙনাও অসিদা নুমিৎকী মঙালনা ফুজিল্লকপা অসিদা নুমিৎকী মঙালনা ইবেম্মগী অশংবা শাবী অসিবু কদম মপালগী মচু মানবা ওইনা উবনিনে ইবেন"।

মতাং অসিদা সিদ্ধ মঞ্জরীগী ঈঙ্গিৎ মতুং ইন্না সনা ফিগেদু লৌথোক্লগা মধুরিকা সখীবু থিনহর্নখি। নন্দালযদসু কৃষ্ণবু পৌর্ণমাসীনা যশোদাগা লোযননা হৌদোক্লবদা অশংবা শাবী থোল্লম্বা উবদা যশোদা বাণীনা পৌর্ণমাসীদা কবিনো হায়বদগী পৌর্ণমাসীনা লৌথোক্লগা মধুরিকানা পুবকপগা মান্নদুনা ওন্নবগা শিন্নখ্রে। মধুবিকানা ফী অশংবা পুখিদুনা শ্রীমতি বাধিকাদা থোলহনখি।

শ্রীমতি ইবেম্মসু হৌজিক্তি স্নান তৌনবা স্নানবেদীগী মথক্তা লেঙখৎলে, সখীশিংশু ইবেম্মগী সেবাগীদমক মাগী-মাগী ফীজেৎ লৈতেংদুনা স্নানাক্তা য়ৌরক্লে, মঞ্জিষ্ঠা রঙ্গিনীনা ইবেম্মগী চাইথবদা থোন্নবা ফীজোল পুরক্লে। মনম নুংশিপ্পবা মলিনী কৌবা চেংগী চিংহী অদুদা নারায়ন কৌবা মনম নুংশিববা থাউ মখল অমা য়ানশিল্লগা চিংহী লুবিরে। চিংহী অদু লুরবা ঈশিং অঈংবনা ফজনা থাদোক্লগা মনম নুংশিবা আমলা তৈলনা শম্‌খোঙ থুংনা তৈশিনবিরে, ঙহাক লৈরগা মনম নুংশিরবা গোলাপজলগুম্বা অঈংবা ঈশিংনা অপিকপা সনাগী পাত্র

মচা মচাদা হাপ্পগা ললিতা সখীদা পীরে, ললিতানা জয়মঙ্গল গান তৌর তৌরগা ইবেম্মবু চাইথবিরি, উবদ ইবেম্মসু ইবেম্মগী দাসী পুম্নমকসু হুরাওরে।

চাইথবা হেক লোয়বগা বিশাখানা থাইবোক কংলবা গামচা অমনা শ্রীঅঙ্গবু নিংথিনা তৈথেক্লগা কংনা শুমদোকপীরে। অসুন্না স্নাননচিংবা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগা নিশিদা শান্নখিবা লীলা খিবিক্কী কথামৃতবু আলাপ তৌনদুনা বেশ ভুষণ নানা অলঙ্কার তৌরে। শ্রীকৃষ্ণবু শুমহৎনবা (বশীকরন) মন্ত্র তিলক থোনবদা লাইবক্তা **"ক্লীং কাম মোহিনী ক্লীং কাম ছিন্দুর বিন্দুঃ বিন্দুঃ"** হায়না শোল্লগা চন্দনগী বিন্দু নমখ্রে।

শ্রীমতিগী ভূষণ অসি ষোড়ষ শিঙ্গাব, দ্বাদশালঙ্কারনি। ষোড়ষ শিঙ্গার হায়বদি ইরুজরিবা, তৈথোকপিবা, চোংলবা শম্নাংবু শুক্ষ্ধুপকী মৈখুনা কংহনবিবা, বেনী লোনবিবা, চন্দন থিনবিবা, লাইবক্তা ছিন্দুর নমবিবা, নাতোন্দা মুক্তানা লৈতেংলবা সনাগী নাসিকা থোনজিনবিবা, শ্রীচরন্দা অলক্ত তৈবিবা, খুত্তা থম্বাল অশংবা পাযহনবা, চিন্দা তাম্বুলপীজবা অসিনচিংববু খঙনগনি। দ্বাদশ অলঙ্কারঃ কোক্কী লৈতেং, নাদা চক্রশালিকা, খুত্তা বলযা, পাম্বোমদা কঙ্কন, খুত্তা খুদোপ, খোঙগী খোঙশাশিংদা পাশুলী অঙ্গুরী, খোঙদা নূপুব, খাঙদা খাংশরিক পরেং, ওকশমদা গজমতী পরেং, খৌরিদা পদক অসিনচিংববু খঙনগনি। (**শ্রীশ্রীঅষ্টকালীন লীলা** শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহ অমসুং **শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতমগী অনীশুবা সর্গ**)।

ইবেম্মগী বেষ ভুষণগী মতাং অসি শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতদদি য়াম্না কুপ্না নৈনখ্রে। পনবা তারবদি শাংখিগনি প্রাতঃ মিলনগী মখল অমসু লৈরি। ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়নন যমুনাদা অযুক্কী চাইথবা লেঙলকপা উবদা ইবুংঙোনা শঙ্গোম শঙদগী লেংথোকলক্লগা যমুনাগী তোর্বান পাবন সরোবরদা ওহাক্তং ইবেম্মগা লোয়নন শান্নমিনৈ। অদুদগী যমুনাদা জলকেলী শান্নরগা চাইথবা লোইরদুনা বেষ ভূষণ তৌবদুনা আরতিনচিংবা লোইরবা মতুংদা নিজ গৃহদা লেংখি। **(গোবিন্দদাস যদুনাথগী মত)**।

যশোদা রাণীনা পৌর্ণমাসীগা চংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু হৌদোক্লে। চিন-য়াশেংবা, মপালগী ক্রিয়া, স্নাননচিংবা লোইরদুনা ইবুংঙোনা মিষ্টান্ন হারে। যশোদা রাণীগী য়াথং মতুংইন্না কুন্দলতানা শ্রীমতিবু চাক থোংননবা কৌরবে। জটিলানা কুন্দলতাদা

(শ্রীকৃষ্ণগী মতোন উপনন্দনা পোকপা সুভদ্রগী নুপীনি)য়েংলগা হায়রকই-কুন্দলতা! নংনা ইমৌবু নিংথিনা পুবিয়ু, ইমৌসি সতীনি, নন্দগী মচা কৃষ্ণ হায়বদু নুপীদা মিৎয়েং চুমদে হায়নৈ, নংনা উনহনগনু, অসুম হায়না জটিলানা মমৌ রাধাবু কুন্দলতাদা শিন্নরমলে অদুগা শ্রীমতি ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা নন্দালয়দা চাক থোংবা লেংলকলে। নন্দরাজগী সনথোং ময়া "গোবিন্দ কুণ্ড" দা ইবুংঙো ইবেম্মা অনী থেংনদুনা ঙাইহাক দর্শন ফংনখি। নন্দালয় য়ৌরগা ইবেম্মনা মাতা যশোমতিবু খুরুমজরে। ইবেম্মবু রোহিনী বলরাম পোকপী মমাগা লোয়ননা লুক হৌরুনবা য়াথং পীবিবে। ইবেম্মনা মনাই নুপী সখী মঞ্জরীশিংগা লোয়না রসুইঘর (চাকথোংশং) দা লেংশিনখ্রে অদুগা চন্দন কাষ্ঠ আগরু, সরল, দেবদারুনচিংবা মনম নুংশিথ্রবা কংথ্রবা কাষ্ঠ ময়াম পুশিল্লগা মৈ থাগৎলে। (**শ্রীকৃষ্ণভাবনামৃত বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি**)।

শ্রীমতি ইবেম্মনা চানবী মতারোইশিংগা লোয়ননা রসুইঘরদা হৌরিবা ননা মিষ্টান্ন সন্দেশগী মখলশিং অসি শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতমগী অহৣবা সর্গদা থারিবশি য়ান্না পাক চাওখ্রে, সখীগী মমিংসু য়ামখ্রে। ননাইনা মসিবু লোয়না পুশিনলকপা তারবদি য়ান্না পাক চাওখ্রনি। ইবেম্মশিংনা রোহিণীগা লোয়ননা হৌরিবা মখল মথেলগী সন্দেশশিং অদু শ্রী মধুমঙ্গলনা শালগ্রাম লেংশিল্লকুনা ভোগ কৎলে।

যশোমতিনা রামকৃষ্ণ মচিন মনাও অনীবু সখাশিংগা লোয়ননা ভোজন তৌহল্লে। শ্রীমতিসু সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদি ফংজবে। রাধা কৃষ্ণ অনীগী প্রসাদি শ্রীরূপ মঞ্জরীনচিংবী মঞ্জরী পূম্নমক ভোজন তৌজরে। শ্রীমতি ইবেম্মনা শেম্বা তাম্বুল ধনিষ্ঠানা শ্রীকৃষ্ণদা সেবা চংজবা অদু ইবুংঙোনা হারে অদুগা ঙাইহাক বিশ্রাম তৌখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা খর শাইবা হৌরূরবা তাম্বুল পানা ধনিষ্ঠানা পুরকপা অদুবু ইবেম্মনা সখীশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা হারগা বিশ্রাম তৌখ্রে।

অসিগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী ঈঙ্গিৎ খঙবী ধনিষ্ঠানা শ্রীমতিবু নন্দালয়গী মখা থংবো নন্দরাজগী হৈকোল লৈকোন কন্দা পুদুনা হৈ-লৈ হেক্কুনা শাল্লরিঙৈদো শ্রীকৃষ্ণসু রত্নবেদীদা লৈরম্বদগী লেংলক্লুনা ইবেম্মবু "গুপ্ত-কুণ্ড" দা পুখিবম্মী অদুগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক রসরাজ মহাভাবতা মিলন ওইখি।

মতুংদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা রত্ন বেদীগী মথক্তা লেংশিন্দুনা বিশ্রাম তৌখি। বেদীগী অরাংদা ললিতা সখী, চীংখৈদা বিশাখা, নোংপোক্তা চিত্রা, মৈরমদা ইন্দুরেখা, মখাদা চম্পকলতা, মোইরাং লাইজিদা রঙ্গদেবী, নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যা, কৌব্রুলাইজিদা সুদেবী, সখী পুন্নমক অসিগু নিশিংগনি। মসিগী মনুং ওইনা অরাংদা শ্রীরূপ মঞ্জরী, চীংখৈদা লবঙ্গ মঞ্জরী, মখাদা বিলাস মঞ্জরী, মোইরাং লাইজিদা রস মঞ্জরী, নোংচুপ্তা প্রেম মঞ্জরী, কৌব্রুলাইজিদা কামলা মঞ্জরী অসিবুগু নিশিংগনি। অসিগীতুংদা শ্রীরূপ মঞ্জরীনচিংবী মঞ্জরীশিংগী ইঙ্গিতনা মরম ওইদুনা রাধাকৃষ্ণ অনীবু গন্ধ চন্দনন্না কনাগুম্বী মনাইশিংনা পূজা তৌগনি। ইবুংঙো ইবেম্মাগী প্রসাদনা মঞ্জরীশিং অমদি সখীশিংবু পূজা তৌগনি। ললিতা সখীগী ঈঙ্গিতগী কনাগুম্বী মনাই নূপীনা আরতি কৎকনি।

মতৌ অসুন্না রাধা কৃষ্ণ অনীনা প্রাতঃগী মতম অসিদা গুপ্ত কুণ্ডদা লীলা কয়া শান্নরুরবা মতুংদা হল্লক্নে। ইবুংঙোদি নিজ শয্যাদা চেপখ্রে অদুগা ইবেম্মদি কুণ্ডলতা সখীনচিংবী সখীময়ামগা লোয়ননা যাবট তান্না থিল্লক্নে।

পূজা সেবা হায়বদি লৈ চন্দননচিংববু সনাগী সেমপাক্তা হাপ্তুনা আত্মাসখীনা শ্রীমতিদা লাল্লগা শ্রীমতিনা কৃষ্ণদা কৎলিবা অদুগা নির্ম্মলাবু শ্রীমতিদা লানবা মথং মথং সখী মঞ্জরীদা লানবা অদুবু পূজা সেবা হায়না লৌরুবনি।

মতাং অসিদা ব্রজগী প্রাতঃ লীলা সেবা লোইরে। সিদ্ধ দেহনা অসিগুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রাতঃ লীলাবু স্মরণ তৌনা, হরিনাম কীর্ত্তন তৌনা, জপ তৌনা পূর্ব্বাহ্নগী মতম য়েংদুনা লৈগনি।

## ৩। পূর্ব্বাহ্ন লীলা

শ্রীরাধা গোবিন্দগী পূর্ব্বাহ্ন লীলা ব্রজ ভাবপু নবদ্বীপ লীলাগা মতম অমত্তা ওইনা চান্নদুনা স্মরণ তৌগদবা।

দণ্ড ৬ (অয়ুক পুং ৮ মিঃ ২৪ দগী পুং ১০ মিঃ১৮ ফাওবা)

**শ্রীকৃষ্ণনা বনদা শনশেনবা লেংবা**

"পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈর্বিপিনমনুসৃতং গোষ্ঠলোকানুজাতম্,
কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিসৃতিকৃতে প্রাপ্ততৎকুণ্ডতীরম্।

রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃত-গৃহগমনামার্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ,
দিষ্টাং কৃষ্ণপ্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত নিজ সখীবর্ত্মনেত্রাং স্মরামি।।"

**শন্দোকপা ভাব-রস** - শ্রীকৃষ্ণনা লুক হাবালোইরদুনা পূর্ব্বাহ্নগী মতম য়ৌরকলবদা শ্রীদাম্ সুদামনচিংবা ব্রজগী সখাশিংনা শিঙ্গা বেনু খোংল খোংলদুনা নন্দরাজগী স্নথোং য়ৌরক্লে। যশোদারাণীগা রোহিণী মাইগা অনীমক্না রামকৃষ্ণ মচিন মনাওবু ফীজেৎ লৈতেংবিরে। জগোঙ্গী অমুক্তা শারমখো ইমাখোই য়েংগে (বাৎসল্য রস) হায়রবদা মচিন মনাওনা জগোঙ্গী শারম্মী। কৃষ্ণনসু মমা যশোদা মাতাদা উদন্দ, মাদন্দ অমসুং নৃদন্দ জগোঙ্গীবু নিংথিনা শাদুনা উহনলমলগা মতুংদা মমা যশোমতিগী চরণ খুরুমলমলগা ধেনু বৎসনচিংবা যনবী শন্নাও খিবিকপু হোয়দুনা সখাশিংগা লোয়ননা হৈ হৈ হাম্বা হায়না নিল খোংলদুনালেংথোকলক্লে।

ব্রজভূমি অসি ওষ্ট্রোক্লা ফজরে, য়েংবগী পেনবা নাইদরে, সখীশিংনা মসিবু উজবদা হরাওজে। রাধিকা, চন্দ্রাবলীনচিংবী সীখীগী যুথসু মপৈ মপৈ থোকলক্লুনা আট্টালীকাদা (চেকপনদা) কাখৎলগা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকপবু য়েংজরি, অতৈ ব্রজ রমনী খিবিকসু য়েংজরি, শ্রীকৃষ্ণনসু য়েংলি। শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণবু য়েংলকপদা ইবুংঙোগী মীৎকা মীৎচান্নখ্রে। মীৎকী ঈঙ্গিৎ তৌনদুনা নুংঙাইনৈ (সম্পূর্ণ রস)। শ্রীকৃষ্ণগী নয়ননা রাধাদা সঙ্কেত (ঈঙ্গিত) পীরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধনগী তময়া য়ৌরবদা সখাশিংগা লোয়ননা মখল মথেল কয়াগী খেলা শান্নরম্মী।

অসুম্না ইবুংঙোনা সখাশিংগা লোয়ননা শান্নরম্বদগী ইবেম্মগী অনুরাগগী মৈরীনা হেনগৎলক্লুনা যনবী শন্নাওশিং সখাপুম্বা ময়াম্বুং বলরামদা শিন্নরমলগা সুবল, মধুমঙ্গলগা লোয়ননা "মাধবী পুষ্প" হেকপা শাজিন্নদুনা শ্রীরাধাকুণ্ডগী মপান্দা ইবেম্মা উন্নবগীদমক ঙাইদুনা লৈররে (প্রেম বৈচিত্র)। অসুম্না ইবুংঙোনা রাধাবু উৎকণ্ঠা তৌদুনা লৈবিঙেদা রাধানসু যাবটতগী তাম্বুল, লৈনচিংববু তুলসী অমসুং কস্তুরী সখী অনীদা শিন্নদুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না থিদুনা কংনবগী অদুগা মবুংঙোগী সঙ্কেত খণ্ডলগা থুনা য়াংনা পাও পীরনবা অমসুং মদু খণ্ডলগা সখীশিংগা লোয়ননা সূর্য্য পূজা লাক্লবা য়ারক্লে।

জটিলাগী য়াথং মতুং ইন্না রাধিকাসু শ্রীকৃষ্ণ উন্ননিংবদগী সূর্য্য পূজা চৎলিবনি হায়দুনা সখীশিংগা লোয়ননা বন্দা লেংলক্লে। তুলসী অমসুং কস্তুরী সখী অনীনসু কৃষ্ণদা তাম্বুল, লৈ কৎলুরগা প্রসাদ নির্ম্মাল্য মালা পুদুনা সঙ্কেত পাওগা লোয়ননা হল্লক্তুনা মদনানন্দ কুঞ্জদা থেংনদুনা শ্রীমতিদা হংগৎলরে। শ্রীমতি রাধিকানা সূর্য্যকুণ্ড য়ৌরবদা সখী খরদা পূজাগী হৈ-লৈ খর অসি শংদুনা লৈরম্মু, জটিলা লাক্লগা বাধানচিংবী সখী খরদি পূজাগী ব্রাহ্মণ থিখি হায়না খুম্মু হায়বা য়াথং অসি তাক্লম্নগা রাধিকানা ললিতা, বিশাখা, কুন্দলতা, পৌর্ণমাসী অমসুং তুলসীনচিংবী সখীশিংগা লোয়ননা রাধাকুণ্ড রোমদা লেংলক্লে।

মতাং অসিদা পূর্ব্বাহ্ণগী ব্রজ ভাব লীলা লোয়রে। মতাং অসিবু স্মরণ তৌনা নাম শোন্দুনা কীর্ত্তন তৌনা মধ্যাহ্ন সেবাগী মতম ঙাইদুনা লৈগনি।

**৪। মধ্যাহ্ন লীলা**

শ্রীশ্রীরাধাকুণ্ডগী মদনসুখদা কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী মিলন ওইবা দণ্ড ১২ (অয়ুক পুং১০ মিঃ৪৮ তাবদগী নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং৩ মিঃ ৩৬ ফাওবা)।

শ্রীরাধা গোবিন্দগী মধ্যাহ্ন লীলা ব্রজ ভাবপু নবদ্বীপ লীলাগা চান্ননা স্মরণ তৌগদবা।

"মধ্যাহ্নেহন্যোন্য সঙ্গোদিত বিবিধ বিকারাদি ভূষা প্রমুগ্ধৌ,
বাম্যোৎকণ্ঠাতি লোলৌ স্মরমখ ললিতাদ্যা লিনর্ম্মাপ্তশাতৌ।
দোলাবণ্যাম্বু বাঁশীহৃতি রতি মধুপানার্ক পূজাদি লীলৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজন-ঘটয়া সেবামানৌ স্মরামি।।"

**শব্দোকপা ভাব-রস** - মধ্যাহ্নগী মতম য়ৌরকলবদা সূর্য্যবু প্রণাম তৌনা রাধানা সখীশিংগা লোয়ননা সূর্য্য কুণ্ডদগী রাধা কুণ্ড রোমদা কৃষ্ণ অনুরাগগী লেংলকপদা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু লাপতক্লা দর্শন ফংলে। রাধাকৃষ্ণ অনীমক প্রেমগী মৈনা বাইরকপদগী মশাপুম্বা তনিক তনিকলকই। ইবেম্মনা প্রেমগী বিকার পুন্নমক ফাওরকপদগী ইকায়দুনা হন্দুনা চৎপদা ইবুংঙোনা লম্বীদা ফারগা লৈ ছরানবী শান্নমিন্নে। তাঞ্জা অসিদা কুণ্ডলতা সখী লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রে, ইবুংঙো ঙসিদি সূর্য্য পূজা তৌবগী বামোন ব্রহ্মচারী ওইরুদৌরিবনি, পূজা তৌবা তম্বীগে তাও, অহানবদা পঞ্চদেবতা পূজা তৌ, মথংদা নবগ্রহগী পূজা তৌগনি অরোইবদা মাইকৈ

তরা ঙাকপা লাই তরাবু পূজা তৌ। পূজাশিং অসি রাধিকাগী অঙ্গদা তৌবিগদবনি হায়দুনা রাধিকাগী শ্রীঅঙ্গগী মফম খুদিং তাক্লুনা শাগ্নে অমসুং নুংঙাইনৈ।

মতুংদা বাঁশী হরন শান্নবদা বাঁশী পুদুনা রাধানা মাঙখ্রে। বাঁশী পুরগা ইবেম্মদি নিকুঞ্জগী গহবর (চীংনুংহুৎ মচা) অমগী মনুংদা লোত্তুনা লৈখ্রে। রাধা উদ্রবদা ইবুংঙোদি পুংঙক ঙকখ্রে। মতম অসিদা কুণ্ডলতাগী ঈঙ্গিৎতগী ইবুংঙোনা রাধাবু থিবা নিকুঞ্জগী গহবর মনুংদা লেংশিনখ্রে, অদুগা সখীশিংনা চীংনুংহুৎ অদুগী থোঙ থিংজিনখ্রে। মনুংদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা নুংঙাইবগী সমদ্রব্দা তাওখ্রে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্কী শান্নবা লোইরমলগনি হাযবা মতাং অদুদা সখীশিংনা গহবরগী থোঙ হাংদোকপীদুনা নিকুঞ্জ বন্দা লেংথোকলকলে। রাধাগী ঈঙ্গিত্তগী মতুংদা সখী পুম্নমকসু মাগী মাগী কুঞ্জদা লেংদুনা প্রেমগী ঈথক হৌহনখি। মতুংদা পুম্নমক লেংথোকলক্লুনা মাধবী মাগুপ্তা লেংশিন্দুনা মধু (অমৃত) পান তৌখি। রাধা কৃষ্ণ অনীমক ময়াইকারদুনা কুঞ্জগী শয্যাদা চেপখি। সখী অতৈসু ময়াই কারদুনা মাগী মাগী কুঞ্জদা শয়ন তৌই।

মতম অসিদা শ্রীমতি ইবেম্মনা ইবুংঙো মদন-মোহনবু ইনশিন্দুনা ইবুংঙোনা অতোপ অতোপ্পা মূর্ত্তি লৌরগা সখীশিংগা লোয়ননা বিলাস তৌহল্লুই (বিপরিত বিলাস)। মত্তগি মযাইনা গজরাজগুম্না রাসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা সখী খিবিক্কা লোয়ননা শ্রীকুঞ্জদা (রাধাকুঞ্জ) জলকেলী শান্নখি। জললীলা লোইরগা কাখৎলকপা ইবুংঙোনা ইবেম্মবু বেশভূষণ তৌবি মথংদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা অনীমকপু আরতি কৎলি।

হৌজিক্তি ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক নিকুঞ্জ মন্দিরদা লেঙশিনখ্রে। বৃন্দা সখীনা বনগী নিংথি-নিথিরবা হাউর-হাউরবা উহৈ-বাহৈ পুম্নমক পুরক্রে। সখীশিংসু মাগী মাগী লৈজবা মিষ্টান্ন, তাম্বুল, পুস্পমালানচিংবা পুরক্লুনা কচ্চরে। মতুংদা রাধাকৃষ্ণ কুঞ্জগী-শয্যাদা বিশ্রাম তৌখ্রে। চান্নবী সখীশিংনা চরণ সেবানচিংবা থৌগনখি।

ওহাক বিশ্রাম তৌরুরবদগী লেংখৎলকপদা সখীশিংনা রাধাকৃষ্ণবু যুগোল ওইনা মণিনা য়েকপা সনানা ফিভম ওইবা থেঙ্গুগী মওংগুম্বা, থম্বালগীসু মতৌগুম্বা সনাগী রত্ন বেদী মথক্তা লেংশিলহল্লে। সিদ্ধ মঞ্জরীনা চামব থৌগল্লে,

সখী পুন্নমক মাগী-মাগী পীঠগী মাইকৈদা লৈদুনা সেবা থৌগল্লে অমসুং কর্পূরগী আরতি কৎলে। শুক-সারিনসু রাধা কৃষ্ণগী বর্ণন তৌরক্লে।

মতুংদা পাশাখেলা লীলা শান্নরে, খুদক্তা শুক সারীনা জটিলা লাক্লে হায়না খোংলকপদা শ্রীমতি রাধিকা সখীশিংগা লোয়নননা সূর্য্যকুণ্ড পাংনা লেংখ্রে, শ্রীকৃষ্ণসু মধুমঙ্গলগা লোয়নননা বসগী সাগরদা ব্রহ্মচারী বৃদ্ধ ব্রাহ্মণ শাদুনা সূর্য্যকুণ্ড পাংনা লেংখ্রে, পুন্নমক সূর্য্যকুণ্ড য়ৌরদুনা সূর্য্য পূজা তৌরিঙৈদা জটিলা লাক্লুনা দর্শন ফংখি, মথৱাই পেনখি। অদুগী মথক্তা জটিলানা ব্রাহ্মণদা বাধানা সূর্য্য পূজা লাকচবা খুদিংদা পূজা তৌবিযু হায়জখি। রাধিকা, সখীশিংগা লোয়নননা নিজ গৃহ বৃষভানুপুররোমদা হন্নখি, শ্রীকৃষ্ণসু মধুমঙ্গলগা লোয়নননা গোবর্দ্ধনলোমদা লেংখি।

মতাং অসিদা মধ্যাহ্ন ব্রজ লীলা লোইরে। সাধক দাসী (সিদ্ধি) না স্মরণ তৌনা, নাম কীর্ত্তন তৌনা, জপ তৌদুনা অপরাহ্নগী সেবা স্মরণ ভাইদুনা লৈগনি।

### ৫। অপরাহ্ন লীলা

অনীমক নিজ নিজ মন্দিরদা হন্নখিবা দণ্ড ৬ - (নুমিৎ যুংবা মতুং পুং ৩ মিঃ৩৬ তগী সন্ধ্যা পুং ৬ ফাওবা)

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপরাহ্ন লীলা ব্রজ ভাবপু নবদ্বীপ লীলাগা চানা স্মরণ তৌগদবা।

"শ্রীরাধাং প্রাপ্তগেহাং নিজরমন কৃতে কৃপ্তনানোপহারং,
সুস্নাতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলা লোকপূর্ণপ্রমোদাম্।
শ্রীকৃষ্ণঞ্চাপরাহ্নে ব্রজমনু চলিতং ধেনু বৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ,
শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখমিলিতং মাতৃমৃষ্টংস্মরামি।।"

**শব্দোকপা ভাব-রস** অপরাহ্নগী মতম ওইববদা শ্রীমতি রাধিকানা গৃহ মন্দিরদা হল্লক্লুনা স্নাননচিংবা তৌরে। শ্রীকৃষ্ণনা হাবা য়াগদবা নানা সন্দেশ মিষ্টান্ন হৌরম্বদগী শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠ যণ কারকপা অদু য়েংনিংবনা নিংথিবা ফীজোন্না লৈতেংলগা সখীশিংগা লোয়নননা অট্টালিকা মথক্তা কাখৎলগা কৃষ্ণ য়েংনবা নুংঙাইনা লৈখ্রে।

অসোমদসু ক্ষগানরকপা মতম ওইকনা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন তময়াদগী ব্রজগী মায়কৈরোমদা শিঙ্গাবেনু খোংল খোংলদুনা ষণবী-শন্নাও ময়াম হই-হই হায়না হোইরদুনা রাখালশিংগা লোয়ননা রাম কৃষ্ণনা নিংথিবা নন্দপুর তান্না লেংলক্লি। শ্রীমতি রাধানা মবুংঙোগী মাইথোং উবা ফংজবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজরে, মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণসু ইবেম্মগী মাইথোং থম্বাল উবদা নুংঙাইজরে। সখী পুন্নমকসু রাধা কৃষ্ণ অনীগী নয়নগা নয়নগা প্রেমগী বতি ওইনখিবা দর্শণ ফংবদা পেন্নখ্রে।

রাম কৃষ্ণ মচিন মনাওনা নন্দগী কোনুং চংলকপদা নন্দ উপনন্দ অমদি ব্রজবাসী পুন্নমক নুংঙাইনরে। রোহিনী যশোদানা রামকৃষ্ণবু মতমবাক্তা পন্নগা চুপচরে। রাম কৃষ্ণ মচিল মনাও নিংথিনা ঈরুমাইথজাবিরগা ফীজেৎ লৈতেংবিরে অদুগা সনাগী পুখমদা বর্ত্তি চমখত্তুনা গোপীশিংগা লোইননা রাম কৃষ্ণ অনীবু আরতি কৎলে। ইবুংঙোনা অথুম অহাও সন্দেশ খবা হাদুনা জলপাল তৌবে। মতুংদা রাম কৃষ্ণগু নন্দ বাবাগা লোয়ননা গোষ্ঠদা (শঙ্গোন্দা) শঙ্গোমগুম্বা লেংখ্রে।

শঙ্গোমগুম্বা হল্লক্রুবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মমা যশোমতিদা যন্নাও অমা হল্লক্রুমদ্রে অসিবাই ফাওবদা মধুমঙ্গল সখাগা লোযননা য়েংলুগে হায়জিল্লবমলগা পাবন সরোবরলোমদা লেংলকলে। মতাং অসিবাইদা শ্রীমতি রাধিকাসু পাত্র অমা খুত্তা পায়রগা ঈশিং শোকপা পাবন-সাগরবোমদা লেংলকপগা মতা চান্নকদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক চুম্বন তৌনদুনা সংক্ষেপ মিলন ওইনরগা নিজ নিজ মন্দিরদা হন্নখি।

মতাং অসিদা ব্রজ সেবা অপরাহ্ন লীলা লোইরে। সাধক দাসীনা স্মরণ তৌন যথা-শক্তি নাম কীর্ত্তন অমসুং জপ তৌদুনা সায়াহ্ন ঙাইদুনা লৈগনি।

## ৬। সায়াহ্ন লীলা

শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমক মশা মশাগী সঙ্গায়দা দণ্ড ৬ - (সন্ধ্যা পুং ৬ তাবদগী নুমিদাং পুং ৮ মিঃ ২৪ ফাওবা)

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ব্রজ ভাব সায়াহ্ন লীলাবু নবদ্বীপ লীলাগা চাননা স্মরণ তৌগদবা -

"সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজরমণকৃতে প্রেষিতানেকভোজ্যাং।
সখ্যানীতেশ শেষাশনমুদিতহৃদাং তাঞ্চ তঞ্চ ব্রজেন্দুম্।।
সুস্নাতং রম্যবেশং গৃহমনু জননীলালিতং প্রাপ্তগোষ্ঠম্।
নির্ব্যূঢ়োহস্রালিদোহং স্বগৃহমনু পুনর্ভূক্তবন্তং স্মরামি।।"

**শন্দোকপা ভাব-রস** - সন্ধ্যাগী মতম ওইশিল্লক্রবদা শ্রীমতি ইবেম্মসু আট্টালীকাদগী কুমথরক্রগা সখীশিংগা লোয়ননা সঙ্গায়দা লেঙশিনখ্রে। মন্দিরগী অচিকপা মফমদা ফমদুনা ইবেম্মনা বিশাখাগা লোয়ননা কৃষ্ণগী অনুরাগগী ৱারী শান্নদুনা নুংঙাইমিন্নে। অথুম অহাওগী সন্দেশ মখল কয়া তাম্বুল, চন্দন খিক্রবা নিংথিজরবা লৈ পরেং অচানবী সখীদা শিন্নদুনা কৃষ্ণদা থিলহল্লুই।

চুম্নগী পোৎতা য়ৌহনবা নত্তনা ইবেম্মগী প্রেমগী চিহ্নসু য়াওনা থাখি। সখীনা রাধিকাগী মিং পল্লগা শ্রীকৃষ্ণদা খুদোলপোৎ পুম্নমক কৎশিল্লি, রাধিকাগী অঙ্গগন্ধ পক্রবা লৈ পরেংসু কৎশিল্লি। শ্রীকৃষ্ণনসু য়াম্না প্রেম তৌনা নির্ম্মাল্য অমসুং প্রসাদী ইবেম্মগীদমক সখীশিংদা শিন্নরকই। ইবেম্মনা নির্ম্মাল্য অমদি প্রসাদী ফংজবদা অনুরাগগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। সখীশিংগা লোয়ননা প্রসাদী ভোজন তৌরে। ব্রজেশ্বরী যশোমতিনা কৃষ্ণনু স্নানর্নাচিংবা তৌহন্দুনা বেশভুষণ তৌবিরে, নিংথিজবগী হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে।

রাম কৃষ্ণ অনীনা শঙ্গোমশুম্বা লেংখ্রে। লম্বীদা অপরাহ্নগী মতমদা থোকখিবা খিবিক সখাশিংগা লোয়ননা ৱারী শান্ন শান্নদুনা কয়া নুংঙাইনখি। রাম কৃষ্ণনা নন্দালয়দা চল্লক্লে, সখাশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ঈশৈ শক্র শক্রদুনা নিজ নিজ গৃহদা হনখ্রে। নন্দরাজ রাণী অনীনা কৃষ্ণবু বিশ্রাম তৌরগা শয়ন তৌননবা যত্ন তৌনা থৌরাং তৌখ্রে। রাম কৃষ্ণসু নিজনিজ শয়ন মন্দিরদা লেংশিন্দুনা রত্ন শয্যাদা শয়ন তৌখ্রে।

শ্রীমতি রাধিকাসু শ্রীকৃষ্ণগী নির্ম্মাল্য অমসুং প্রসাদী ফংলবা তুংদা শয়ন মন্দিরদা লেংশিন্দুনা দাসীশিংনা পাদসম্বাহন তৌদুনা রত্ন পালঙ্কদা শয়ন তৌখ্রে। মতাং অসিদা ব্রজ লীলাগী সায়াহ্ন লীলা লোইরে। সাধক দাসীনা স্মরণ তৌনা ঙম্বমখৈ তোৎনদুনা নাম কীর্ত্তন তৌনা অমদি জপ তৌনা প্রদোষ ঙাইদুনা লৈগনি।

উদ্ধবদাসগী মত মতুং ইন্না - শ্রীকৃষ্ণনা মনাই রক্তক পত্রকনচিংবগা লোয়ননা শঙ্গোম শগুদা লেংশিন্দুনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা মাতা যশোমতীগী য়াথং মতুং ইন্না যমুনাদা চাইথবা লেংই। মতম অসিদা শ্রীমতি রাধিকাশু জটিলাগী য়াথং মতুং ইন্না যমুনাদা লেংলকই। ইবুংঙো ইবেম্মা অনী উন্নদুনা যমুনা মপান্দা ভাইহাক বারী শানৈ। স্নান লোইরবদা মাগী-মাগী বেশভুষণ তৌরে। সখীশিংনা আরতি কৎচে, মতুংদা নিজ নিজ গৃহদা লেংলকই। ইবেম্মনা অথুম অহাও নানা সন্দেশ, তাম্বুল, পুস্পমালানচিংবা ইবুংঙোগীদমক তুলসী সখীবু নন্দালয়দা থিলহল্লুই। শ্রীকৃষ্ণনা হাবা লোইরগা প্রসাদী অমসুং পুস্পমালাবু ইবেম্মগীদমক তুলসীদা অমুক পীরকই।

## ৭। প্রদোষ লীলা

শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈবা সঙ্কেত কুঞ্জদা মিলন ওইবা দণ্ড ৬ - (নুমিদাং পুং ৮ মিঃ২৪ দগী পুং ১০ মিঃ৪৮ ফাওবা)

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রদোষ লীলা ব্রজ ভাবপু নবদ্বীপ ভাবকা চাননা স্মরণ তৌগদবা -

"রাধাং সালীগনান্তামসিত সিতনিশা যোগ্যবেশাং প্রদোষে,
দূত্যা বৃন্দোপদেশাদভিসৃত যমুনাতীরকল্পাগ কুঞ্জাম্।
কৃষ্ণংগোপৈঃ সভায়াং বিহিতগুণীকলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা,
যত্নাদানীয়া সংশায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্তকুঞ্জং স্মরামি।।"

**শব্দোকপা ভাব-রস** - প্রদোষগী মতমদা রাম কৃষ্ণ অনীমক শয্যাদগী লেংখৎলগা নন্দরাজগী রাজসভাদা লেংখিদুনা সভাবু মতিক চাবা ব্যবহারনা সম্মান তৌরল্লগা হরাওনা লেংশিন্দুনা ফমখ্রে। সভাদুদা পৌরানিককী বারী কয়া, মানা মানা খণ্ডবা অতৈ বারী অমসুং ঈশৈনচিংবা শক্রকপদা ফী, শেন, ফৌনচিংবা মতিক চাবা মনা পিদুনা অমসুং থাদুনা সভাগী লৈতেংগা লোয়ননা নুংঙাইরম্বদগী রাজসভাগী সনথোংদগী যশোমতি রানীনা রাম কৃষ্ণবু কৌরদুনা শঙ্গোম পীথক্লগা মাগী-মাগী শয্যাদা চেপহনখ্রে। সখা কয়াসু পাদ সম্বাহন তৌরম্বদগী শয়ন তৌখ্রে।

অসুন্না ঙাইহাক চেপলম্বদগী শ্রীকৃষ্ণদি শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেমতনা ভাওরদুনা শয্যাদগী লেংখৎলগা কুঞ্জ তম্না লেংখ্রে। মতম অসিদা শ্রীমতি ইবেম্মসু শয্যাদগী লেংখৎলগা মচিন মমাই শেংদোক্কুনা সখীশিংনা শেৎপীরিবা অহিংগী ফীজোল অদু থোল্লগা সখীশিংগা লোয়ননা সিদ্ধিনা থৌগন ইন্দুনা কুঞ্জ তম্না অভিসার তৌরক্লে। অসুম তৌনা শ্রীমতিনা অভিসার থোরকপা পৃথ্বীদা ইবেম্মগী চরণ্ পাদ-পদ্ম তাববু পৃথ্বীনা হৃদিগী থম্বালদা হাপচদুনা সেবা ফংজখি।

ইবেম্মনা লেংলক্লিবা লম্বী অসি থম্বালমুক থোৎলি। করিগুম্বা মফমদা থুনা লেঙই, মফম খরদনা অমুক তপ্ন তপ্ন লেঙই। অসুম তৌনা শ্রীমতিনা লেঙলকপা অসি যমুনা মপাল য়ৌরক্লে, কলপবৃক্ষগী মনাক মনিনা থাল্লবা নিকুঞ্জ মন্দির য়ৌরক্লে, সখীশিংগা লোয়ননা মন্দির মনুংদা লেঙশিন্দুন কুঞ্জগী লৈতেং ওইনা বিরাজ ওইগনি।

শ্রীকৃষ্ণসু নাগরগী বেশতা কুঞ্জদা লেংশিল্লক্কুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক দর্শন ফংনবদা আনন্দ ওইনখি। লাইরবা কনাগুম্বনা মমন নাইদ্রবা রত্নমণি ফংজবগুম নুংঙাইখি। রাধাকৃষ্ণ অনীমক চাংজৌ নাইদ্রবা প্রেমগী রসগী ঈপাক্তা তাওখি। প্রদোষগী লীলা অসিবু সিদ্ধরূপনা অচেৎপা সাধনাগী ভাব পুদুনা লেপ্পিগনি।

মতাং অসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী ব্রজ প্রদোষ লীলা লোইরে। মসিবু স্মরণ তৌনা অঙম্বা শক্তিনা নাম কীর্ত্তন তৌনা অমদি জপ তৌনা নক্ত (নিশা) ঙাইদুনা লৈগনি।

## ৮। নক্ত লীলা

শ্রী বৃন্দাবনদা লৈবা নিকুঞ্জবনদা রাস নর্ত্তনচিংবা শাল্লবা দণ্ড ১২-(অহিংগী পুং ১০ মিঃ ৪৮ দগী পুং ৩ মিঃ ৩৬ ফাওবা)

"তাবুৎকৌ লব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈ বৃন্দয়া রাধ্যমানৌ,
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ বিপিনবিহরণৈর্গানরাসাদিলাস্যৈঃ।
নানালীলানিতান্তৌ প্রণয়িসহচরীবৃন্দসংসেব্যমানৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং সুকুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি।।"

শ্রীরাধা গোবিন্দগী নক্ত (নিশা) লীলা ভাবপু নবদ্বীপ ভাবকা চাননা স্মরণ তৌগদবা -

"তাবুৎকৌ লব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈ বৃন্দয়া রাধামানৌ,
গানৈর্নর্ম্মপ্রহেলী সুলপন-নট নৈঃ রাস লাস্যাদিরঙ্গৈ।
প্রেষ্ঠলীভির্লসন্তৌ রতি গত মনসৌ মৃষ্ঠামাধ্বীকপানৌ,
ক্রীড়াচার্যৌ নিকুঞ্জেবিবিধ রতিরনৌদ্ধত্য বিস্তারিতান্তৌ।
তাম্বুলৈর্গন্ধমালোর্ব্যাজন হিমঃপয়ঃপাদসম্বাহনাদ্যৈঃ
প্রেম্মাসংসেব্যমানৌ প্রনয়ীসহচরী সঞ্চয়েনাপ্ত শান্তৌ।
বাচা কা স্তৈরণাভির্নিভৃত রতিরসৈঃ কুঞ্জসুপ্তালিসঙ্ঘৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং সুকুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি।।"

**শন্দোকপা ভাব-রস-** বাধা কৃষ্ণ অনীনা (নক্ত) নিশাগী মতমদা নৃভিত নিকুঞ্জদা উনরদুনা অনীগী মিলনগী প্রেমরসনা নয়নগা নয়নগা য়েংনবা, বদনগা বদনগা তক্ক থেংনবা, মুখগা মুখগা চুম্বন তৌনবা, শ্রীমতিগী বক্ষ সনাগী চফুবু ঙমজনা নিংথিজববা স্তন অনীনা শ্যামগী হৃদয় বক্ষদা নিংথিনা থৌগন্দুনা, শ্যামনা তোমাল পাম্বী ওই, রায়না সনাগী চমপকলতা ওইদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্তা রত্ন বেদীগী মথক্তা লেংশিন্নে।

বৃন্দাবন অসি ছয়ঋতু ওইস্রে। রাধাকৃষ্ণ অনীমক ঙাইহাক বিহাব ওইদুনা বিরাজ তৌরমলগা বন্দা লেংথোকলক্রে। কৃষ্ণনা রাধাবু ওইদা কোন্দুনা গজবাজবু ঙমজনা, মাংদা বৃন্দাদেবীনা থাদুনা, য়েংতা ললিতা, ওইদা বিশাখা, সাধক দাসী (সিদ্ধ মঞ্জরী) না চামর থৌগন তৌদুনা, সখী অতৈনা নৈগী ছত্র, হুমাইনচিংবা পায়রদুনা, খরনা নিংথিজবা স্বরনা ঈশৈ শক্তুনা বন্দা শান্নরুননবগীদমক আনন্দগী ঈপাক্তা তাউদুনা লেংলক্রে।

রাস মণ্ডল য়ৌরবদা লাইরেন মথেক শানা চিংদুনা কোয়স্রে। সখীশিংনা মরোন নাইনা কোয়শিনস্রে। শ্যামনা ময়াইদা রসথিবিক্তা তিল্লগা অনৌবা তোমাল পাম্বীগী মতৌশুম লেপস্রে। রাধিকানা সনাগী উরি ওইদুনা তোমালদা য়েংকদবগী মতাশুমস্রে। নিতম্বিনী ওইবী সখীশিংনো মণ্ডলগী মনুং অকোযবা জগোঈ শাফমদা

মরোন অহুম থোক্লা পরেং পরেংকোয়দুনা লৈখ্রে। ললিতা বিশাখানা শ্রীমতি রাধিকাবু ময়াইদা থমখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা মহারাসগী হেক লেংথোকলকপদা শ্রীমতি রাধিকানা লৈ পরেং হক্কুনা মহারাস হৌখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাগা লোয়নননা রাসমণ্ডল ময়াইদা জগোঈ শামিন্নরম্বদগী ঈশৈগী অমদি তালগী নিয়ম অমতা কায়দনা গোপীশিংগী মরক্তা লেংথোক্লক্লগা এক গোপী এক শ্যাম ওইররে, গোপী অনীগী মরক্তা লেপ্লগা য়েৎথংবা হক্তনা য়েৎথংবা গোপীগী লেংবান্দাথম, ওইগী হক্তনা ওইথংবা গোপীগী লেংবান্দাথমদুনা গোপী অনীবু কোন্দুনা লৈইনা লৈইনা অঙকপা, ফজবা নিংথিবনা তিল্লবা জগোঈ শাবকই। জগোঈ শানা শানা কনাগুম্বী সখীগী বক্ষস্থলদা তান থারমই, কনাগুম্বীগী বক্ষস্থলদা পায়রগা চুম্বন তৌবম্মী, আলিঙ্গণ তৌরম্মী, কনাগুম্বীগী জগোঈ শাবদা নাম্বুরক্রবা বেনীবু জগোঈ খুৎথেক্কা লোয়নননা থুনা য়াংনা পুনশিনবিবম্মী। গোপীখুদিংমকপু কান্তভাবতা কোল্লমই, অদুগা গোপীশিংনসু মাগী-মাগী মনাক্তা কৃষ্ণ লেংদনা লৈরবোইরে হায়না নিংই।

অসুম্না জগোই শানা শানা কৃষ্ণনা ময়াইদা অমুক চোংশিন্দুনা রাসেশ্বরীগা লোয়নননা অমুক জগোঈ শামিন্নকই। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা আলাতনগী চক্রগুম্না গোপীশিংগী মরক্তা লৈইনা থুনা উদন্ত, মাদন্ত অমসুং নৃদন্ত কৌবা জগোই শাই অদুদা গোপীশিং খুদিংমক্লা কৃষ্ণ অসি মাগী-মাগী মনাক্তা লেংদনা লৈ, মফম অতোপ্পদা লেংখিদে হায়না খল্লখি অমসুং উজখি।

অসুম তৌনা চক্রগী মতৌগুম লৈইনা জগোঈ শারম্বদগী সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু রাসমণ্ডলী অদুগী ময়াইদা লেপহন্দুনা প্রেম সেবা কৎলি। অদুগা অমুক তপ্প তপ্প সখীশিংনা অলাবনী যন্ত্র খোংদুনা ষড়জ-মধ্যম ওইবা গন্ধার রাগনা তিন্দুনা নির্ংথিজনা জগোই শাখি। ললিতা সখীনা হরাওনা 'ব্রহ্ম বীনা' খোংই, চিত্রা সখীনা 'রুদ্র বীনা' খোংই, চম্পকলতানা 'বিপঞ্চী' খোংই, রনু দেবীনা 'কবিলাস' খোংই, তুঙ্গবিদ্যানা 'কীন্নরী', ইন্দুরেখানা 'স্বরমণ্ডল', সুদেবীনা শাবঙ্গীনচিংবা খোংদুনা রাস মণ্ডল অদুদা পুং শেন যন্ত্র কয়াগা লোয়নননা মানা মানা হৈবা সখীশিংনা তালগা চান্ননা যৈখৎ খোংগৎলকপদা অমৃতগী নোংচুবগুম্মী।

ইন্দুরেখানসু মখল মথেল কয়াগী অনেম অবাং খাইবা স্বরগী নিংথিজবা ঈশৈ শককংলকই। শ্রীকৃষ্ণনসু অঙকপগী মশক ওইবা তাল, ছন্দ, স্বর কয়া শ্রীরাধিকাগা লোয়ননা জগোঈ মথেক কয়া শাখি। রাস লীলাদা তান মখল লাখ অহুম থোকলকখি, যতি মখল লীশিং তবাতরেৎকা চাম-মাপলসু থোকলকখি।

রাসলীলাদা গোপীশিংদা ফাওরকলিবা ভাবগী ঈথক ইপোম অদুবু ফোংদোক্লবগীদমক গোপীশিংনা মুদ্রা মখল তরানিথোই খক উৎখি। মখোযশিং অদুদি—পতক মুদ্র, ত্রিপতক মুদ্রা, হংস মস্তক, কপতবি মুখ, সুক তুন্দক, ছন্দমসঃ, খতক মুখ, পদ্ম কোর্স, অহিতুণ্ড মুদ্রা, সুচি মুখ, মৃগ সিবসক অমসুং অর্ধ চন্দ্র। **(আনন্দবৃন্দাবন চমপু)**। বলয় (খুজি) গী কিঙ্কিনী হায়বা খোঞ্জেন, চরণ অনীগী তালনা মিলন ওইবা, শ্রীমুখ অনীগী ঈশৈগী থোকলকপা স্বর অনীনা তিন্নখিবা, শ্রীপাদ অনীগী তালগা চাননা নযনগা নযনগা যুগল মিলন ওইবা, যেৎ ওই লৈইনা চোংনা হঙ্গৎ-হন্দা শাবা জগোঈ, সখী (গোপী) শিংনসু শাথেক কযাদা জগোঈ শাখ্রে।

অসিগী তুংদা মধুপান তৌরুবগী মতুনা নিকুঞ্জ মন্দিরদা লেংশিন্দুনা বিশ্রাম তৌই। সখী (গোপী)শিংসু কান্তা ভাবতা রতিক্রীডা শান্নে। মতুংদা যমুনাদা জলক্রীডা শান্নবগা অমগা অমগা য়েংনদুনা বেশ শিঙ্গার তৌই। রাধিকানা পুবকপা নানা সন্দেশ, বৃন্দাদেবীনা কৎলবা বনগী উঙৈ-রাহৈনচিংবা শ্রীকৃষ্ণনা ভোজন তৌরে। মতুংদা যোগপীঠগী নোংচুপ্তা লৈবা "হেমাম্বুজ কুঞ্জ" দা লৈগী শয্যাদা চেপখ্রে, সুদেবীনা তাম্বুল থৌগন, বিশাখানা চামর থৌগন তৌখ্রে।

ইবুংঙোগী প্রসাদী বৃন্দাদেবীনা রাধিকাবু সখীশিংগা লোয়ননা ভোজন তৌহন্লে। মতুংদা তাম্বুল থৌগল তৌবন্নগা শ্রীরূপ মঞ্জরীনচিংবী গুরুদেবীশিংবু ভোজন তৌহন্লে। সাধক দাসী(সিদ্ধি) না বনদেবী খিবিক্কা লোয়ননা মযাম কোয়না ফমদুনা প্রসাদী ফংলে।

রাধা-শ্যাম লৈগী শয্যাদা শয়ন তৌখ্রে। ললিতানা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা থৌগনখ্রে, বিশাখানা শ্রীরাধিকাগী চরণ সেবা থৌগনখ্রে। রাধা-শ্যামগী যুগল চরণগী সেবা ফংজবা অমদি চিহ্নশিংবু দর্শন ফংজবা ললিতা, বিশাখা নুংঙাইজবগী ঈপাক্তা তাওখ্রে। কনাগুম্বী সখীনা শ্রীহস্তবু, কনাগুম্বীনা সনা হকচাং পৃষ্ঠ (নংগন)

বু থৌগনজখি, কনাগুম্বীনা চামর থৌগনজখি। অসুম্না রাধা কৃষ্ণ অনীমক বিশ্রাম তৌবম্বদগী নির্ংথিনা শয়ন নিদ্রা ওইখ্রে।

সখীশিংনা মন্দিরগী থোং থিংজিন্লগা মপান্দা থোরক্লে, মাগী-মাগী লতা কুঞ্জদা পোখাখ্রে। শ্রীরূপ মঞ্জরীনচিংবী গুরুদেবী খিবিক মপানগী মাইকৈ মরিমক্তা নাকোং থাঙ্গৎতুনা রাধা-শ্যামগী চেপ্পা কায়দনবা লৈখ্রে। সিদ্ধ মঞ্জরীনা গুরু দেবীগী ঈঙ্গিততগী সখীশিং অমসুং গুরু দেবী খিবিকী সেবা তৌরম্লগা গুরুদেবীগী খুযা খাদা সেবা তৌন তৌন অসিগুম্বা মাধুর্য্য ওইবা অমৃতগী ঈচেন্দা তাউদুনা বিশ্রাম তৌরুখি। অসুম ওইবা নক্ত (নিশা) গী লীলা অসিবু গুরুদেবীগী অনুগাদা মফম পুন্নমক্তা পুক্নিংনা সেবা চংজগদবা ওই। মতাং অসিদা রাধা গোবিন্দগী ব্রজ ভাব নক্ত (নিশা)গী লীলা লোযরে। মসিবু অগুম্বা শক্তিনা নাম কীর্ত্তন তৌনা স্মর্মদ জপ তৌনা পুক্নিং চংনা লৈগনি।

নক্ত লীলাগী মতাংদা বর্নন তৌব্দা রাৎতৌববা পঞ্জনিংবা রাফম অমনা নক্ত লীলাগী মখল অহুম থোক্ন নিশা লীলা, মহা-নিশা লীলা অমসুং পরম-নিশা লীলা হায়না হায়দোকলিবা অদুগী মতাংদর্দান। নিশা, মহা-নিশা অমসুং পরম-নিশা হায়বগা নক্ত লীলাগী মতাংদা করিনু খঙনবগে ?

১। নিশা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা সখীশিংগা লোযননা কুঞ্জশিংগী বনশিংদা কোযদুনা বনগী নিংথিজবা পুস্পলতানচিংবা যেংদুনা শান্নবমলগা রাসমগুলদা লেংশিন্নক্লেনা নর্ত বাস শান্নবা, রাস শান্নবা লোইরগা নিকুঞ্জ মন্দিরদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্না বিশ্রাম তৌখিবা মতাং অসিবু নিশাগী লীলা হায়না খঙনগনি।

২। মহা-নিশা - অসুম্না রাধাকৃষ্ণ অনীনা নিকুঞ্জ মন্দিরদা লেংশিনখিবা মতাং অসিদা বৃন্দাদেবীনা বনগী হাওর হওরবা উইহে রাহৈশিং পুরক্লুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্তা কৎপা, সখীশিংনসু মানা-মানা পুজরকপা নানা সন্দেশশিং, তাম্বুল, মনম নুংশিরবা পুস্পমালা ইবুঙোদা কৎলুববা প্রসাদী অদু ইবেম্মদা হাহন্নুগা ইবুংঙো ইবেম্মগী অবেম্বা প্রসাদীনা সখীশিংনা স্মুক হাজবা, অদুগী তুংদগী রাধাকৃষ্ণ অনীমক্না যোগপীঠগী নোংচুপ থংবদা

হেমাম্বুজ কুঞ্জগী লৈগী শয্যাদা লেংশিল্লকপদা সখীশিংনা মপান্দা লৈহৌবা, মতুংদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী সুরত লীলা লোইরবদা সখীশিংনা চংশিল্লক্লুনা মাগী-মাগী তৌগদবা সেবা পুম্বা তৌজবা, অনীমক্লা শয্যাদা চেপশ্রবদা সখীশিংনা নিজ নিজ কুঞ্জদা থোক্লুনা লৈখিবা মতাং অসিবু মহানিশাগী লীলা হায়না খঙনগনি।

৩। পরম-নিশা - শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমক্লা ফীজেৎ লৈতেং পুম্নমক হুন্দোক্লগা প্রেম অলিঙ্গন তৌনবা, চিনগা চিনগা চুম্বন ওইনবা, কামগী তৌঞ্জে মঙানা থৌগনলবদা নয়ন য়াওনা চেপখিবা সখীশিংসু মাগী-মাগী কুঞ্জদা হনখিবা, বনগী উপাল-বাপাল, উচেক-বায়াশিংগু চেক মোক লাওদনা লৈনখিবা মতাং অসিবু পরম নিশাগী লীলা হায়না খঙনৈ। শ্রীধাম ব্রজ ভাব অষ্টকাললীলা মতাং অসিবাইদা লোইরে।

শ্রীধাম নবদ্বীপ ভাব অষ্টকাল লীলাদি মতমনা খুয়ৌনখিবনা পায়খৎচবা ঙমজদ্রে। করিগুম্বা কৃপা লৈবা মতম অমদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলা ভাবপু নবদ্বীপ ভাবকা চান্নগা পায়খৎপা ঙমজবা ওইজগে।

শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শ্রীব্রজ বৃন্দাবনদা নুমিৎ খুদিংমককী কাল নিপালমক্তা নিশান্ত অমদগী হৌরগা নক্তগী পরমনিশা ফাওবদা শান্নরিবা লীলা পুম্নমকপু ঐগী সাধক দেহ মানুষ্য শরীরনা, অসোমদনা ঐগী সিদ্ধ দেহনা (সিদ্ধ মঞ্জরীনা) মথং মথং ইকায় কায়দনা চিথদনা নিংজরকপা অদুবু অষ্টকাল লীলা স্মরণ তৌবা কৌই।

সাধক দেহ হায়রগা করিবু খঙনবগে হায়বগী মতাংদা গোস্বামী শিংগী মরক্তসু মত খেৎনবা থোকলকই। কনানা হায় - সাধক দেহ হায়বদি জীবগী মপালগী অপৌবা হকচাংবু খঙনগনি। অদুগা অতোপ্পগী মত মতুংইন্নদি সাধক দেহ হায়বসি কনাগুম্বা মতিক চাবা সদ গুরু অমগী মফমদগী দীক্ষা ফংলবা মতুংদা ওইরকপা দেহ অদুবুনি হায়। গুরু হায়বসি কনাগুম্বনা উচেক্লা চাংদমনৈ। উচেক্লা মরুম-কোল্লি, মাগী মশাগী অশাবা মনিন্না মরুম অদু পোকখায়হল্লি অদুগা অনৌবা দেহ অমা চোংথোকহল্লকই। গুরুগী মশাদা অধ্যাত্মিককী মঙালনা অশাবা ফাওই। কনাগুম্বা অমনা অসিগুম্বা মফমদগী দীক্ষা লৌরগা মহাক্কী লমজীং মখাদা চৎচরবদি উচেক্লা

মরুম পোকখাইহল্লগা মচা ওলহনবগুম গুরুনা সিদ্ধরূপ নৎত্রগা মপুং ফাবা দেহ অমা মাগী চেলা অদুদা ফংহল্লি। গুরুগী কৃপাদগী অনৌবা মপোক অমা ফংহল্লে।

অতোপ্পা বাহৈদা হাল্লগী অরিবা দেহী অদুদি শিহনখ্রে, অনৌবা থবাই অমমুক পোকহল্লে। অসুম্না অনৌবা হকচাং অমা ফংলিবসি সিদ্ধদেহনি। ভক্ত (সাধক) অমনা স্মরণ তৌবা মতমদা মহাক মশামক অসি কনাগুম্বী রাধাগী চাল্লবী মতাবোই অদুমকনি হায়না লৌই। রাধিকাগী চাল্লবী মনাইগী মনাই ওইবদি মঞ্জরীনি। অদুনা সাধকগী অশেংবা দেহ, সিদ্ধ দেহদি মঞ্জরীনা ওইখ্রে, মরমদি মহাক মসামক অসি মঞ্জরীনি হায়না লৌখ্রে মাগী অপৌবা পঞ্চভূতগী হকচাং অদু ওইদ্রে, মদুদি মপান্দা লংথোক্তুনা লৈহৌবে।

সিদ্ধ দেহনা সিদ্ধ মঞ্জরী ওইরগা গুরু দেবীগী য়াথং মতুংইন্না চৎচবগা শ্রীমতি রাধিকাগী সেবাদা চংজবে। সিদ্ধ দেহনা নুংদা সিদ্ধ মঞ্জরী ওইনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী সেবা কাল নিপালমক্তা তৌরিবসিগী চাননা সাধক দেহনসু মপান্দা সেবা পূজানচিংবা চংগনি। মসিনি অষ্টকালগী শরণী। ঐগী সিদ্ধ মঞ্জরীদি নোংমতসু ইপামদগু, নুপাময়ুমদসু লৈরবোই শ্রীরাধাগী সঙ্গাযদা দাসীনি ওইনা লৈজরগদবনি, ইবেম্মগী থৌগল ইনজবদুনা মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী যাথং মতুং ইন্না সেবা তৌদুনা লৈজরবনি হাযনা শরণী তৌগদবা ওই। ইবেম্মবু ভুত্তাক্তুং থাদোক্তুনা লৈগদবা মতমদি ইবেম্মগী মনুং অচৌবা চংবা মতম, মনুং মচাগী মতম, ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণগা লোযননা সম্ভোগ-রতি-নির্জন বিহারগী মতম অমসুং স্নায়াথং মতুংইন্না দূতীগী থবক চৎপা মতম অসিখক্তনি হাযনা নিংজগনি।

অষ্টকাল লীলা অসি ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক্তা নুমিৎ খুদিংমক্কী ইকায কাযদনা শান্নে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ জন্ম, নন্দ উৎসব নুমিৎ, শ্রীরাধা জন্ম নুমিৎ অমসুং বৃষভানু উৎসব নুমিৎ মরিনি অসিদি অষ্টকাল লীলা শান্নদে। অদুগুম্না শ্রীপঞ্চমীদগীনা পূর্ণিমাফাওবা নুমিৎ ১১ মতুংদা লমতা (ফালগুণ) গী নোংমা পানবদগী পূর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ ১৫ নি পুম্না নুমিৎ ২৬ নি অসিগা মথক্কী নুমিৎ ৪ নিগা পুল্লপ পুল্লগা নুমিৎ ৩০ নি অসিদদি গোচারণ লীলা শ্রীমতিগী সূর্য্য পূজানচিংবা তৌদে হায়না গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা লৌই। (সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ) অষ্টকাল লীলাগী ভাবতি যাম্না অপোনবা থুদা লেম্ম থুম্না লৌত্রবা পোৎনি।

মশাদা রাগ ফাওরবা মীতনা অষ্টকাল লীলা য়াওবা ঙমগনি। রাগ লৈতবনদি থক চংলুবা ঙমলোই।

করিসু খণ্ডজদ্রবা ঐহাক্না লাইগুরুজনশিংনা থম্বীরম্বা লাইরিক লাইশু খর নৈনজরুরগা মদুদগী ফংজরকপা খর অদুনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী যুগোল সেবাগীদমক্তি থঞ্জদুনা পুষ্প মালাগী মশক ওইনা বাখলগী লৈরাং পরেং লেংজরি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা লৈরাংগী লৈনম চেন্দে, শীংঙেল লৈশক লৈচু চানা লৈখন্দে হাযনা খনবিদুনা দোষ তৌবিগনু। ঙাকপী হৈবা গুন্না অশোয় অবান য়াওবা খিবিকপু ঙাকপীগনি।

নিংশিংবিগদবা - গুরু রূপা সখী হায়বসি সখী মঞ্জরী ৮/৮ লৈরিবা অদুগী মথক্তা ভগবতী পৌর্ণমাসী, বৃন্দাদেবীনচিংবীগা সহচরী (অরোনবী) ওইনা লোয়নরকপীনি। গুরুদেবনা সিদ্ধ দেহবু সখী মঞ্জরীগী অনুগাদা রাধাকৃষ্ণগী নিত্য প্রেম সেবা ফংজনবা মাগী মহুত্তা গুরু রূপা সখীদা শিন্নবী অদুগা গুরুনা রাধাকৃষ্ণ সেবাগীদমক ব্রজদা লেংখ্রে হাযনা ভাব চেংনা লৌগনি।

অনঙ্গ মঞ্জরীনা থোংপুবা অসিদি রাধাকৃষ্ণনা অমতা ওইনা পুনশিন্নখিদুনা "রস রাজ মূর্ত্তি" ওইবা ফাওবতনি, অতৈ মফমদদি শ্রীরূপ মঞ্জরীনা পুবগী ভাব লৌবিগনি।

*বিষয় অসি ইনবা হোৎনবদা নৈনজখিবা লাইরিকশিং ঃ-*


১। **সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ**, শ্রীরঘুনাথ দাস।
২। **শ্রীরাধা-মাধব-চিন্তন**।
৩। **শ্রীমদ্ভাগবত রাস পঞ্চাধ্যায়**, পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।
৪। **ভক্তিরসামৃত সিন্ধু**, শ্রীরূপ গোস্বাম।
৫। **শ্রীগোপালতাপনী উপনিষদ**
৬। **শ্রীশ্রীউজ্জলনীলমণি**, শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মানামৈতৈরোন্দা হান্দোকপা।
৭। **জৈবধর্ম্ম**, শ্রীভক্তি বিনোদী ঠাকুর।
৮। **Historical Development of Indian Music** by Swami Prajnana Nanda.

৯। **শ্রীআনন্দ বৃন্দাবন চম্পু**

১০। **শ্রীসাধন প্রেম ভক্তি লহরী**, শ্রীমোইবাংথেম কালাচান্দ সিংহ।

১১। **রসহৃস্ফুমরি**, শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মা।

১২। **মৈতৈজগোই অনীশুবা শরুক**, শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মা।

১৩। **নায়িকা-রত্নমালা**, শ্রীসুবচান্দ শর্ম্মা।

১৪। **ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ অনীশুবা ভোল্যুম**

১৫। **শ্রীশ্রীরাসলীলা পঞ্চাধ্যায়ী**, শ্রীমঙ্গীশ্বর শর্ম্মা।

১৬ **মণিপুর সংকীর্ত্তন**, শ্রীকোঙ্গেংবম ধন সিংহ।

১৭। **শ্রীশ্রী অষ্টকাল লীলা**, শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহ।

১৮। **ভজন দীপিকা**, শ্রীকোংব্রাইলাংপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা।

১৯। **Vaisnavism Contemporary Scholars Discuss the Gaudiya Tradition** by Steven J Rosen

২০। **শ্রীরাধাকৃষ্ণ গনোদ্দেশ দীপিকা** মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা শ্রীইরেংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ।

২১ **শ্রীশ্রীগোবিন্দ লীলা মৃতম**, শ্রীইবেংবম গুলামজাৎ সিংহ।

২২। **Teachings of Lord Chaitanya** by His Divine Grace A C Bhaktivedanta Prabhupada

২৩। **শ্রীশ্রী গীত গোবিন্দম্**, পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।

২৪। **তত্ত্বভজন চিন্তামণি**, শ্রীমোইবাংথেম কালাচান্দ সিংহ।

---

# নট সংকীর্ত্তনগী চোলোম

**গুরু শ্রী থাংজম চাউবা সিংহ**
**গুরু শ্রী মাইবাম ইবোহল সিংহ**
*মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী*

ঈশৈ নীংথিনা শকপা, জগোঈ শাবদা হৈশিংবা, ইন্দ্রি থুদুম চনবা লমচৎ ফজবা, মখোয় অদু 'অথোইবা নটনি।

অসিগুম্বা 'নট' ঙাক্তগী পালাবু 'নট পালা' কৌই। মসি নিপাতনা লিংবা পালাবু খঙনৈ। অসিগুম্বা পালা অসি অবিবা অমসুং অনৌবা হায়না মখল অনী থোকই। অবিববু 'বংদেশ' অনৌবনা 'নট' হায়না খঙনখি। অনীমক নট মশেল ওইববস্ অনৌবা পালানা জগোঈগী শকক্তা মপূং ওইখিবদগী নট-পালা হায়বগদি মাবুতা তোপ্পা খঙনবা ওইনা তৌগ্রে। অবিবা অমসুং অনৌবা অনীমক অমমমগী অনী অনী অমুক থোক্কুনা পালা মবিনা নুমিৎ ১০/১০ নিগী লালূপ ওইনা অষ্টকাল সেবাদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌনৈ। অবিবনা অনৌবগী মমাঙদা লৈবাক অসিগী সংকীর্ত্তন লোয়নবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক পূন্নমক তৌবম্মী।

### চোলোমগী হৌরকপা

সংস্কৃত শব্দ 'চলন' দগী চোলোম তাখি। (মৈতৈ কীর্ত্তন- অতোমবাপু শর্ম্মা)। অদুম ওইনমক 'চোলোম হায়বগদি চলন শব্দবু অর্থ তৌবগা খঙনবিবা অদুতবু খঙনদে, তোপ তোপ্পা নিপা জগোঈ মখল অমত্তবু খঙনবা ওইনা তৌই। মবম অদুনা চোলোম হায়বা বাহৈ অসিদা থোইদোক্না ভাঙবকী ভাবনা থবা হেন্না লৈ। চোলোমগী সংজ্ঞা হায়বা ভাববদি, খৃত্তা কবতাল পায়না নৎত্রগা পায়দনা নীংথিবা শাথেক্তা চাবি, কবণনচিংবা লোয়ননা নীংথিবা গঠননা অমুক মশক শেমগত্তুনা

হকচাং অপূম্বগী ওইবা নিপানা শাবা তাণ্ডব জগোঈ মথল অমবু 'চোলোম' কৌবা তাই।

বাখল অমনা 'চোলোম' হায়বা মিং অসিতং সংস্কৃত চলনদগী থোকখিবা ওইরবসু মসিগী থবক্তি কনাদগীসু তাংলুবা লৈতে। মসিগী মরম খরদং মখাদা নৈনরি মদুদি —

চোলোমদা মরুওইনা শীজিন্নরিবা খোঙথাং অমদি ফিবম অসিদি মৈতৈ লৈবাক্তা হান্নদগী অদুমক লৈরকই। অদুমনদি ওইরগা মদুবু জগোঈ ওইনা পুথোক্নুনা য়েংবা নুংঙাইনবা ওইনদি থোইনা শীজিন্নরমদে। চোলোমগী ফিবম অসি তানবা হোৎনবদা চাউরাক্লা মখাগী মরমশিং অসি ওজাশিংনা নৈনবিখি মদুদি—

(ক) গুরুনা তাইবঙ শেম্বা লোইববদা লাইবঙথৌ ৯গা লাইনূরা ৭কনা লৈথোনবা, লৈশেম্বা মতমদা অতোঙ অকুৎ মান্নবা খোঙনা নেৎশিনখি। মদুগী খোঙথাং লৌদুনা চোলোম খোঙথাং ওইনখি। মাইবী জগোঈনা মসিবু 'লৈনেং' জগোঈ কৌই।

(খ) লৈবাক অসিদা হান্নদগী লৈরক্লবা মুক্না শান্নবগী থোংখোঙ শানা লেপ্পা ফিরেপ্পা ফিবম ওইনরগা অকুপ্পা মশুবা অমদি খুৎকী থবক্তি থাঙ-তা হাইবা, তা-খৌশাবনচিংবা অরিবা মখল খরদগী লৌদুনা শেমখি।

(গ) মওঙ অমনা, খনবা হৈবা ভাবুক কবি ওজাশিংনা জাতি অসিগী চৎনবী লোনচৎশিংগী অমদি শা উচেক্লচিংবগী শাজৎ-শাথেকনচিংবা লৌদুনা অমদি মিৎনা উবিবা লেঙলি-পাল্লিবা অয়াম্বগী মতৌ লৌদুনা চোলোমগী অনৌবা মশক কয়া কয়া অসুম শেমগৎলি।

অসিগুম্বা পূম্নমক্কী মতৌ লৌদুনা জগোঈ পানবা মতৌ অসি শাস্ত্রনসু অদুম্মক সমর্থন তৌই মদুদি —

ত্রৈলোকস্যানুকরণং নৃত্তে সম্যক প্রতিস্থিতম্।। বিষ্ণু ধর্ম্মোত্তর। (মরোল অহুমগী মতৌ পূম্নমক জগোঈদা লৈ)।

চোলোম হায়বসি চপ চাবা জগোঈ মখল অমনি। অদুবু হুজীক বাসকী জগোঈদা উরিবা অথোৎপা নুপীনা শাবিবা মওঙ অসিদি নত্তে। মরম অদুনা মসি নিপানা শাবা জগোঈ তাণ্ডবনি।

চোলোম মখল য়াম্মী, নিপাপালা চোলোম, নিপা খূবাক ঈশৈ চোলোম, জয়দেব চোলোম অসিনচিংবা। পুঙগীসু চোলোম লৈ, অকনবা নিপা থোকপা মতৌনা তিল্লি।

**গঠন**—চোলোম পুম্নমক্তা 'গঠন' য়াওদনা য়াদে। মরম অদুনা লাই গুরুশিংনা 'চোলোম-গঠন' হায়না অপূনবা মিং ওইনা শীজিন্নৈ। গঠননা মশক শেমদ্রবদি চোলোম অদু অশেংবা ওইদে। চুম্নগী খোঙথাং অমদি অচম্বা শূৎহাই ওইনতা থোকই, ফজবা ওইদে। নীংথিবা ঈথক ইপোম হৌহন্দুনা লেঙবা ওৎপা তৌরিবা হকচাং অমদি খোঙ-খূৎনচিংবগী ফজবা নীংথিবা মতৌ ওইহল্লিবদু গঠননি। মসি অভিনয় চোলোমদনা হেন্না য়াম্না চঙই। অসিগুম্বা গঠনগী মওঙ মতৌ- অসিদি মতিক চাবা গুরুদগী তম্বমক নৎত্রবদি খঙহনবদা ৱানা থোকই। 'গঠন' হায়বা ৱাহৈ অসি নিপা পালা চোলোমতদা শীজিন্নৈ। মরম অদুনা মসিনা তাকলিবা মওঙ অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা হায়বদি চোলোম শাথেক্লচিংবদা ফজনবা ঈথক ইপোমনচিংবা হাপ্লদা মদু, নিপা জগোঙ্গ তান মরী লৈনবা হায়বদি নুপীনা, নুপী জগোঙ্গনচিংবদা কেবা অদু মক্তি নত্তবা অদুগুম্বা মওঙ অদু তাহনগদবনি।

**চোলোমদা অভিনয়**

মৈতৈ চোলোমদসু শাস্ত্রগা মান্নবা অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ অমসুং উপাঙ্গ অহুমখক্কী অভিনয় লৈ। মখাদা মখোযগী মশক মমিংনচিংবগী মবমদা চাউরাকপা খরদং নৈনরি—

**১। কোক**

কোক্কী থবকপু মৈতৈনা কোকলৈ নৎত্রগা কোকহাই হায়না কৌই। মসিগী মখল মরি ফংই মদুদি— নীকপা, লৈবা, হাইবা, খৎপা

**নীকপা** - অকুপ্পা পুঙলোন য়েরকপদা ছন্দ চানবা কোক কুপ্পা নীকপা। মরু ওইনা মসি পুঙ চোলোমদনা নম্না শীজিন্নৈ।

**হাইবা** - ঈশৈগী ছন্দগা চাননবা লয়চৎ মতুং ইন্না নাকল অনীদা হাইবা

**লৈবা** - মায়কৈ মরিমক্তা কোক লৈববু খঙনৈ।

**খৎপা** - ৱাগী মচীনা খৎপগুম খৎপা। মসিবু চীখৎসু কৌই। পুঙদনা নম্না লৈ।

২। **ঙক**

ঙকক্তা কোক্তা মরী নৈনৈ, থাদোক্লবা য়াদে। অদুম ওইনমক অনীমক্কী তোঙানবা মওং লৈতবদি নত্তে। ঙককী মখলদি— অথকপা, অহুনবা, চৎপা, অফৈবা, তামিন্নবা, হনবা, থাবা, চেপ্থা, অথেকপা, শেক্চৎনবা।

**অথকপা** - নাকল অমদগী লৈরক্লগা অতোপ্পা নাকল য়ৌনা মাঙদা হাইথবা। মসিবু মতেকসু হায়নৈ।

**অহুনবা** - মথক্তা হুনগৎপগুম খংনা থাংগৎলগা থুনা অমুক হনবা। মসি পুঙদনা নপ্পা লৈ।

**চৎপা** - নাক অনীদা তপ্না কে-না হাইবা।

**অফৈবা** - হকচাংনা করিগুম্বা নাকল অমদা ফৈনা চৎপদা ঙকসু থাদোক্লমগদবা নাকন্দ। খর্জীক্তং ঈল্লমল্লগা হকচাংনা চৎপা মায়কৈদা খরা শাংনা অমুক ঈল্লকপা।

**তামিন্নবা** - হকচাংনা নোঙ্খবদা ঙকসু মতম মান্ননা নোঙ্খদুনা থাবা। মসিবু 'হকচাংগা তামিন্নবা' হায়নসু খঙনৈ।

**হনবা** - তুংদা হনববু 'ঙকহনবা' কৌই।

**থাবা** - মাঙদা পুথোকপা। মসিবু ঈনবসু হায়নৈ।

**চেপথা** - নাকন্দা ঙক চেপ্পা চৎপবু খঙনৈ।

**অথেকপা** — ঙক চৎলুরগা কে-না নৌনা খদাঙ ঈনখৎলপ্ তৌগনি অমসুং থুনা অমুক থেকথনা লোইগনি।

**শেকচৎনবা** - হকচাংগা ঈরোযননা হকচাংনা ঈনবা মায়কৈদা ঙকসু শেপনা অদুমক পুদুনা চৎপা।

৩। **লেং**

লেং মখল অহমনি মদুদি— হিকথবা, ইনখৎপা, খপ্পা। অহুম অসি অমুক অমমমগী মখল অনী অনী থোকলি মদুদি লেং নামা, লেং মপুম।

**হিকথবা** - চোলোমগী মতমদা লেং নমথববু খঙনৈ।

**ঈনখৎপা** - মথক্তা পুখৎপবু ঈনখৎপা কৌই। মসিবু শূপকৎপা হায়নসু খঙনৈ।

**খল্লা** - যাংকোক্তা রাই খল্লগুম অমুক অমুক ঈনখৎপবু খঙনৈ। মসি লেং মপূমগীনা নম্না লৈ। পুঙ চোলোমদদি মসি তোযনা শীজিন্নে।

## ৪। থা

মৈতৈলোন্দা থবাকপূ 'থা' হায়নৈ। মসিগী মখলদি — অবোংবা, অউল্লা, তাবা, চেল্লা, হুনবা অমসুং লৈবা।

**অবোংবা** - মাঙদা থবাক ঈনথোক্লা, যাঙতিংনা লৈববু থা লোংবা কৌই। চোলোমদা মসি যাম্না ফজে।

**অউল্লা** - থবাক্লা লৈমাযদা ওন্থববদি থা উল্লা কৌই।

**তাবা** - থবাক কোযনা লৈক্ববগা হাইফেৎ নোম্বনা তাববু 'থা তাবা' কৌই।

**চেল্লা** - চোলোম তৌবগা নাকল অমদা হকচাং পৈথনা থাদববু খঙনৈ।

**হুনবা** - থবাক্লা মপূম ওইনা উপথনা লৈবগা চোলোমদা লযচৎ মতুংইন্না হুনবগুম ঈল্লবদি 'থা-হুনবা' কৌই।

**লৈবা** - হকচাং লূকথবপ তৌবগা চোলোম মবক্তা যেৎ-ওযদা থবাক লৈদুনা পুববদি 'থা লৈবা' কৌই।

## ৫। পুক

চোলোমদা পুক্কী থবক্তি থোইনা লৈতে অদুবু চনীংদি মতম পূম্নমক্তা পোঙথোকহন্নগদবনি হায। অসুম তৌববু চনীং ঈন্থবা হাযনা কৌই। চনীংগী ফিব্বম চুম্লবদি নীংসু অদুম্মক মশাগী ফিব্বম তাজবকই। অসিগুম্বা ফিব্বমদা ওইবা পুক্কী মওং অদুনা চোলোমগী অশেংবা মওঙনি।

## ৬। খ্বাঙ

খ্বাঙ মখল অহুমনি মদুদি, থেকপা, নম্বা, ঙিংবা।

**থেকপা** - নাকল অমদগী নাকল অমা ফাওবা হকচাং লৈবকপদা ওইবিবা খ্বাঙগী মওঙবু থেকপা কৌই।

**নম্বা** - খ্বাঙনা মখারোমদা নেমথববু 'নম্বা' কৌই। মসি মখল অহুম শুই খিত্তা নম্বা, ময়ায় ওইনা নম্বা, হেন্না নম্বা।

**তিংবা** -খোঙদগী তোন ফাওবা হকচাং চপ তিংনো লেপ্লদা ওইরিবা খ্বাঙগী মওঙবু তিংবা কৌই।

৭। ফৈ

ফৈ মখল তরুকনি মদুদি, নম্বা, থাংগৎপা, হুন্না থাংগৎপা, থাংগৎনা লৈবা, নমলৈ অমসুং ফৈমায় মান্নবা।

**নম্বা** - খ্বাঙ নম্বগা অমত্তনি।

**থাংগৎপা** - খুকউদগী খোঙ ফাওবা চুন্না লৈরগা খোঙ নামগী থাংগৎলকপা ফৈনা ওইবা মতৌ অদুবু হায়বনি। মসিসু মখল অহুমনি হায়বদি অনেম অৱাং নাইবা থাংগৎপগী চাং অহুমবু হায়বনি।

**হুন্না থাংগৎপা** - থাংগৎপগা অমত্তনি অদুন্নদি ওইরগা মসিনা খংনা থুনা চোংদুনা মথক্তা খংথাং থাংগৎকনি।

**থাংগৎনা লৈবা** - থাংগৎপগী মওঙ তৌরগা লেপলিবা খোঙনা লৈদুনা হকচাংবু কোয়না পুবদা ওইবা ফৈ মদুবু খঙগনি।

**নমলৈ** - ফৈ নমথরগা হকচাং লৈববু খঙনৈ।

**ফৈমায় মান্নবা** - খুকউগা ফৈকগা ৱাংবা মান্নহনববু 'ফৈমায মান্নবা' কৌই। ফৈবু মথক্তা পুখৎপদা মসিদগী হেন্না ৱাংলবদি হায়বদি খুকউনা হেন্না ৱাংখৎহল্লবদি চোলোমদা ফজদবদগী খুকউগা ফৈগা মান্নমা থাংগৎপবু অরেপ্পা ওইনা লৌনৈ। পুং চোলোমদদি করিগুম্বদা খুকউনা ৱাংবসু তৌনবা যাওই।

৮। নীং

নীং ফাবা, নীং নম্বা অমসুং নীং ঈনথবা।

**নিং ফাবা** - যাঙলেনগা মপা মান্নহন্না থমদুনা নীংবু নাক য়েৎতা মনীং তৌহন্দনা থম্লবদি মদুবু নীংফাবা কৌই। মসি চনীংগা য়াম্না মরী লৈনৈ। নিপা পালা চোলোমদা য়াম্না মরুনি।

**নিং নম্বা** - মখারোমদা নীং পুথবা। মসিসু মখল কয়ামুক থোকলি।

**নিং ঈনথবা** - মসিবু 'তুমথোকপ' সু হায়নৈ। সুর হোন্দোক্তুনা চনীং পোঙহনবদা ওইবা নীংগী মতৌ অদুবু হায়বনি। মসি তাহন্নবা হোৎনবদা ফৈ চেংক্রুক মরি থুপ্না নমদুনা ফম্বগী অভ্যাস তৌরবদি মওঙ অসি তাই।

**৯। খুকউ**

মখল অনীনি বাগ লৈবা, খুদক কুনবা।

**বাগলৈবা** - লৈবাক্তা খুকউ অনীমক লৈতারগা চক্রগুম্না উরুক লৈবা। মসি পুংদনা নম্না শীজিন্নে।

**খুদক কুনবা** - লৈবাক্তা খুকউ অনীমক্না লৈতারগা তুংদা খোঙ হাইদোক্তুনা যন শানা কুনবা। মসি পাঞ্চাঙ্গনা খুরুম্বদা, দণ্ডবৎ তৌরমদাইদা শীজিন্নে।

**১০। খুবোম**

খুবোমগী মখল থোইনা লৈতে মদুবু চোলোমগী খোঙ থাংগৎপদা খুবোম চাউনা, মপুম ফানা উনবা থাংগৎলিবা খোঙ অদু মাঙদা খুমিৎ উহন্দুনা হায়বদি খোঙদোলনা মপাল্লোমদা হাইদোকতুনা মতোন থেক্কৎলপ তৌনা লৈগনি। মসুম তৌরবদি খুবোম মথীবোঙ অদু চাউনা অমদি নোয় পেন্না উদুনা য়েংবদা ফজে।

**১১। খোঙ**

খোঙগী মখল মরিনি মদুদি খোঙপাক, খোঙচেপ, খোঙদোন (খুদোন) অমসুং খুনীং।

**খোঙপাক** - খুনীংখোঙদোন মান্ননা লৈতামিন্নববু খোঙপাক্না নেৎপা কৌই।

**খোঙচেপ** - খোঙগী খোঙনাউবী লৈবা নাকন্না চেপ্না লৈতাববু 'খোঙচেপনা নেৎপা' কৌই। মসি পুঙদনা নম্না লৈ।

**খোঙদোন কাঙবা** - খুনীংনা লৈতারগা খুদোন হাইগৎপবু 'খোঙদোন কাঙবা' কৌই।

মথক্কী খরা অসি পৌনা উৎপনি, অকুপ্পা অতৈসু য়াম্না লৈরি। চাউমনখিগদবদগী মখাদি নৈনজরুদ্রে। অদুর্মাদি ওইরগা লাইগুরুশিংনা লৌনবা চৎনবা মিৎনচিংবো খরদংগী চাউরাকপা খরা অমুক যেংসি। সংগীত দর্পণনা হায়।

যতো হস্ততো যদষ্টিদৃতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতোমনস্ততো ভাবঃ যতোভাবস্ততো রসঃ।। ১১০
অঙ্গেনা লম্বয়েৎগীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং ভাবমিত্যাহুঃ পাদাভ্যাং তালনির্ণয়ঃ।। ১১১

অরোইবা পরেং অনী অসি অভিনয় দর্পণ নদি মখাগী অসুন্না হায় মদুদি-

আস্যেনালম্বয়েৎ গীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েৎ ভাবং পাদাভ্যাং তালমাদিশেৎ।।৩৬

চীন্দ ঈশৈ শক্কনি, খুৎনা অর্থ তাক্কনি, মিৎ অনীমক্কা ভাব ফোংদোক্কনি, খোঙ অনীনা তাল থাগনি। খুৎনা লৈবা মায়কৈদা মিৎয়েং থমগনি, মিৎনা লৈবা মফমদা ভাব লৈগনি অদুগা ভাব লৈবা মফমদা রস লৈগনি।

নিয়ম অসি ঐখোয়গী ওজাশিংনা হান্নদগী অদুমক তৌরকই। ওজাশিংনদি মসিবু নিপা মবিনা জগোঈ শারগা অনীনা য়েংগদবনি অসুন্না হায়নৈ। নিপা মরি হায়বদি খুৎ অনী, খোঙ অনী, অয়েংবা অনী হায়বনা মিৎ অনীনি। শাস্ত্রগা খেন্নরকপদি মিৎনা খুৎতদা য়েংগদবা ওইনা লৈবদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী চোলোমদদি মিৎনা লৈখা তমনা খোঙগী মায়কৈদা য়েংথবা মতাংসু য়াওরকই। পুঙ চোলোমদনা মসি খরা তোয়না লৈ। মরম অদুনা ওজাশিংনা খোঙ অমসুং খুৎ মরিমকপু জগোঈ শাবা মরি হায়না লৌরম্মী।

অদুগা মিৎনা খুত্তা য়েংগদবনি হায়বসি পুন্নমক্কা য়ানবা ৱাফম ওইরবসু থোইদোক্কা রাজমেলগী মতাংদদি খুৎ হাইথরকপদা মখা তাগ্রবা খুৎ অদুবু কোক নোম্বদুনা য়েংলুগদবা নত্তে। অহানবা ফিরেপতা ওইখিবা নাতোন নাকচিদা য়েংবা ধ্যানগী মিৎয়েং অদুতনা অদুম্মক লৈগনি। মসিগী মওঙ তানবা হোৎনবদা চোলোম তম্বা হৌগৎলকপদা তুংদা য়াঙলেন শরু মপাদা তোংজৈ থেক্নুনা থল্লগা (অশাংবা চৈ ওইরবসু) খ্বাঙদগীনা লেংপাক ফাওবা য়াঙলেন মরীগা তোংজৈগা কাথোক্নবা য়াদে নপ্পহনগদবনি হায়না কন্না হোৎনহল্লি। মসি হান্নগী যাঙতিংবা সমভঙ্গগী মতৌ অদুনি। অসুন্না য়াঙ তিংনা লৈরগা খুৎনা লৈবা মায়কৈগী ওন্ন তৈনবদা ঙক হাইফেৎ ঈল্লগা মথক্তা হায়রিবা মিৎয়েং অসিদা মিৎচিনা য়েংগনি। মসিবু 'ভঙ্গীগী মিৎযেং' হায়না 'ওজাশিংনা তাকপি।

**য়াঙ** - রাজমেল চোলোমদা অয়াম্বা মতমদা য়াঙতিংনা লৈবগী নিয়ম লৈরবসু কোল্লপ তাবা য়াঙ অমসু লৈ। করতাল হাইথনা খীংবদা হকচাং নমথরকপগা লোযননা য়াঙসু কোল্লপ তাহনগনি অদুগা হাইগাৎলকপনা অহানবা ফিরেপকী মওঙদা ওইবা মতৌ অদু তৌগনি। য়্যাঙ নোম্ভক তাহনগনি অদুগা করতালনা লাইবক মপা য়ৌবদদি য়াঙ তিংনা থমগনি।

**হকচাং ইপোম** - চোলোমদা হকচাংগী ইপোমদি শামুনা মখোঙ হান্না থাংলগা অচৌবা মশানা মাঙদা কোন্না ঈল্লকপগুম হকচাংগী ইপোম ফজহনগনি। থাঙজমগী মৈফু উতোংদা মৈহুম অনীনা হুম্বদা শবক শিহন্দনা, লেপ্পা লৈতনা মৈখোন অদুম্মক থোকহনবা অদুগুম্বা মৈহুমগী ইপোম অদু চোলোমদসু ওইহনগনি।

**চোলোমদা খোঙথম** - চোলোমদা খোঙ অসি থক খাদা থাংকৎ থাংথা তৌনা নত্তনা ভাবকতা নৎত্রগা মগুলী মযামদা খুযা উৎপা যাদে। অসিগুম্বা খোঙথম অসিগী মবমদা স্যাব চুড়াচান্দ মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা বাথোক ওইনখিবা লৈ। অসুম তৌনা চোলোমদসু অচেৎপা থৌগল্লোন, বাবহাবনা চুপলী ওইনা ফাদুনা থমদবা যাদে।

**ফম্ফম** - নট পালাগী ফম্ফম অহুম শুই। মসিবু তিনতাল ফম্ফম, তান ফম্ফম অমসুং অকনবা তাল ফম্ফম হায়না মমিং থোনবা যাই।

**তিনতাল ফম্ফম** - মসিবু অহল-লম্মন্না তর্পণ ফম্ফম হায়নসু খঙনৈ। ফম্ফম অসিদি ওযগী খুকউ থেকচিন্দুনা খোঙ্ লোংথোক্লা খোঙ নামনা লৈতোবগা লোংথোকলিবা খোঙগী খুনীং মথক্তা নীংজোন্না ফমথগনি। লৈতারিবা ওয়গী খোঙপাক মতোনগা হাযবদি খোঙ ওযগী খোঙবী অদুগা যেৎকী খুনীংগা শম্ননা যেৎকী খুকউনা বাংখত্তুনা থমগনি। যেৎকী খুকউগা, লৈতারিবা ওয়গী খুকউ অমদি ফৈগা অহানবা ফিবেপকী খোঙফম অদুগুম্না মতোন হাইদোক্লগনি। নট পালাদা মসিবু তিনতাল য়ৈবা মতমদা শীজিন্নৈ হায়দুনা মমিংসু অদুম্মক তিনতাল-ফম্ফম হায়না খঙনখি।

**তাল ফম্ফম** - তিনতাল ফম্ফমগী ওযগী খোঙনা তৌরিবা অদুগুম য়েৎকী খোঙনসু তৌববা হায়বদি লোংথোক্লা লৈতারিবা খুনীং অনীগী কারক্তা

নীংজোন্না ফমথরবদি ফম্ফম অদুবু 'তাল ফম্ফম' হায়না কৌই। তাল য়ৈবা মতমদা শাজীন্নে হায়দুনা মসিবুসু অদুম্মক 'তাল ফম্ফম' হায়নখি।

**অকনবা তাল ফম্ফম** - মথক্কী তাল ফম্ফম অসিদা অদুম্মক লৈরগা নীং কাণ্ডখৎলক্কনি অমসুং মদুগা লোয়ননা খোঙবীনা লৈপাক্তা শৌরগা খুনীং অনীমকসু মথক্তা বাংখৎলক্কনি অদুগা বাংখৎলিবা খুনীং অনীমক্তা নীংজোন্না অরুম্বা পীদুনা ফমথগনি। ফিবম অসিদা খুকউ অনীগী অরাওবদি হান্নগী অহানবা ফিরেপ্তা ওইখিবা খোঙ অনীগী অরাওবা অদুগী চাংদা অদুম্মক লৈগনি। হায়রিবা অরাওবগী নিয়ম অসিদি ফম্ফম অহুম্মক্কীনি। অদুগা য়াঙ অমসুং মিংকী ফিভমসু অহানবা ফিরেপ্তা তৌবগুম তৌগনি। অদুমদি ওইরগা ঈশৈগী সুর-ছন্দ অমদি য়ৈরিবা তালগী মতুংইন্না করতাল মরোল থীংলকপা মতমদদি মিৎনা মতম পুন্নমক্তা খুৎকী মতুং ইনগনি।

**ফম্ফম অহুমগী করতাল খুৎপায়** - অহানবা তিনতাল ফম্ফমগী করতালদি লোংথোকপা য়েৎকী খুৎনা বাংখৎলিবা খুকউ মথক্তা য়েৎকী খুৎনমনা নন্দুনা থন্নগা করতাল অনীমক উপশিন্না পায়দুনা তাল থাগনি। হায়রিবসিনা করতাল মরোল য়াওদবনা চুন্নগী তালতমক থম্বগী মওঙনি। অদুগা করতাল মরোল য়ৈরকপা তারবদি খুৎ অনীমক্না করতাল পায়দুনা খোয়দৌ মপাদা থীংগনি।

য়েংগদবা অমদি, অসিগুম্বা ফম্ফমদা থীংবা করতালদি কৈদৌঙৈদসু খুকউ অনীগী বাংমা লাম্থোকপা য়াদে। অসিগুম্বা করতাল মরোল অসি য়ৈবা তারবদি লেপ্তুনা তৌবা চোলোমদসু মওঙ অসিমঙায়, খুৎনা খুকউ অনীগী বাংনা থক লানবা য়াদে। পূজাগী মতমদসু খুকউ অনিগী মপান্দা খুৎকী থবক তৌবা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈ। অদুমনদি ওইরগা অভিনয় তৌরকপদদি নিয়ম অসি কায়রকপা ওইনা উবসু য়াওরকই, মদুসু থা-না (থবাক) লৈরকপদা খুৎনা মদুগী মতুং ইন্না লাকপা তাবদগী করিগুম্বদা য়াওর্বনি, ওজাশিংনা মদুগুম্বা অদুদি দোষকী মনুং চলহন্নমদে।

**করতাল থীংবা** - মরু ওইনা করতাল মমীং অনীতনি মদুদি — করতাল মপুম অমসুং করতাল মশেক।

**করতাল মপুম** - য়ৈরকপা খুদীংগী করতাল অনীমক্কী মমায় উপশিন্নবা অমগা অমগা পুন্না থেংনহন্না খীংলবদি মদুবু 'করতাল মপুম' কৌই।

**করতাল মশেক** - করতাল অনীমক মতাইগী শরক্তদা থেংননা খীংলবদি মদুবু 'করতাল মশেক' হায়না কৌই। মসিগী মখল অনী অমুক থোকলি মদুদি— অখেৎপী অমসুং অখৎপী।

**(ক) অখেৎপী** — লেঙদনা লৈবা ওয়গী কবতাল নাকচেগ্না য়েৎকী করতাল মশেক্না (মতাইনা) শরক হোদনা খেত্নুনতা অসুম মখোল থোকহনববু করতাল অখেৎপী কৌই।

**(খ) অখৎপী** — য়েৎকী করতালনা ওয়গী মথক্তা খেত্নুনা লাক্রগা মতোন য়ৌরক্রবদা অনীমক খত্নুনা খীংমিন্নববু খঙনৈ। অসিগুম্বা অখৎপী অসিগী মনুংদসু 'অনীকপী' হায়বা অমা অমুক লৈরি।

**অনীকপী** - অখৎপী করতালগী মওঙ অসিদা মদুগী মতমগা মান্ননা করতাল অনীমক খৎনীক নীকমিন্নবব 'অনীকপী' হায়না কৌই। পালা পুন্নমক্না মতম মান্ননা, চাং-মান্ননা তৌরবদি মসিগী খোম্থোক য়াম্না নুংশিবা হেন্নি। 'চালি অনীকপী' হায়বা করতাল মরোল অমসু লৈ, মদুদি মমিংতদা মান্নবগুম উবনি, মখীং মান্নদে, রাজমেল মনুং চনবসু নত্তে, ফমদুনা তৌবা করতাল মরোলতগী বানি।

**রাজমেল করতাল খীংবা** — মখাদগী মথক্তা পুখৎলকপদা করতালনা খক মিংকী মথক লানখৎপা য়াদে। চীনবান মপাদা খুৎ থাঙত্নুনা করতালনা মিং মপা য়ৌনা লৈখৎলকপদা ঙকসু করতাল মতুং ইন্না কেনা লৈগনি। অসিগুম্বা মতমদা খুৎকী খুদাং অনীমক খাংবা মান্নহনগনি, অনেম অবাং নাইহনবা য়াদে। অসুম্না খুৎনা মথক্তা পুখৎলকপদা নীংনা চিংখদুনা হকচাংদি খাদা নমথগনি অমসুং খুৎনা খদাং মপা য়ৌবদা হকচাংসু নমথবা লোইদুনা অমুক তিংখৎপা হৌরক্কনি। হকচাংনা তিংখৎপা লোইবগা, করতাল খত্নুনা 'কৃষ্ণ' হায়বা হেক লোইবগা মান্নহনগনি অমসুং খুদক্তা খুৎ মখাদা হাইথখিগনি।

মসি তৌবদা অতপ্পা অরেম্বা মতৌ কায়হনবা য়াদে। অশেংবা চোলোম হায়রবদি শক্তিবা ঈশৈগী রস মতুং ইন্না মদুগী সুর ছন্দগা, চোলোম শাথেক্কা, করতাল মখোলগা চান্নহনগনি হায়রবদি চোলোমদসু সুর-ছন্দ চঙহনগনি। ঈশৈগী অর্থ অমদি ছন্দ মতুং ইন্না হন্তক তৌগনি, হন্তকপু চুন্নবদি মিংনা খুত্তা য়েংগদবা লৈবনা ঙকসু, কোকসু অদুমক চুন্নকই।

**তম্বগী মওঙ** - অহানবা চোলোম তমদ্রিঙৈদা তমখৎলকপা অঙাংশিংবু চোলোমগী অহানবা ফিরেপতা লেপহল্লগা চুম্নতগী করতাল পায়বা অমদি খীংবা থোক্লবতা তম্বীবনা মপুং ওই। অহানবা করতাল মরোন্দা 'চৌকায় কুপ, চৌকায় কু' হায়বা খোন্তোক অসি তানবা খীংবা হোৎনহল্লি। মসিনা রাগমচাগী করতাল মখীংনি, মসিবু 'নিত্যাই গৌর' হায়বনি হায়না শরণি তৌনৈ। মথংদা 'রাধে-কৃষ্ণ' নৎত্রগা 'হরে-কৃষ্ণ' হায়বা তম্বী। খুৎ হাইথদুনা খীংবনা 'হরে' নৎত্রগা 'রাধে', খুৎ থাংগত্তুনা খীংবনা 'কৃষ্ণ' হায়বনি অসুম থাজনৈ, রাধে-কৃষ্ণ হায়বনচিংবা মরোল অসি মেলগী করতাল মরোলনি।

**চোলোম ফিরেপ** - খোঙগী খুনীং অনী মপা মান্ননা মরক্তা খুদোল অনী লাপ্পনা, খোঙদোন অনীনা মরক্তা হুই অমা লাপ্নহল্লা ফাক্তোক্লদুনা লৈগনি। হকচাংনা তেনজৈগুম চুম্না সমভঙ্গদা লেপকনি। মিংনা ইশাগী মাঙদা লম অমা মখাগরোম লাপ্পা হায়রবদি নাতোন নাকচি অনীদা য়েংগনি অমসুং মিৎয়েং অসিদা মাধুর্য্যগী ভাব ফোংদোক্কনি। মওঙ অসি অহানবদা থম্মোই হাইফেৎ পেথহনগনি। মতাং অসিদা 'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা সঙ্গীত'না হায়রবদি 'রাগ-অচৌবা' হৌবনচিংবা অহোবা পুন্নমক মিৎ পাঙবসু য়াদে, উইবসু য়াদে। মরমদি ভজন তৌগদবা লাই অদুগী মূর্ত্তিবু গুরুঘাৎ ফাওবা অদুগী মনুংদা নিরূপণ তৌগদবা ওই। থরো অশংবনা নুমিৎ হেক তাবদা চন্দ্রদেববু ঙাইদুনা হেক শাৎপসু শাৎতনা চফু শানা লৈবা অদুগী পান্দম ওইনা প্রথম অবস্থাদা তৌগদবা ওই। মসিনা অদুম লোইবা ফাওবা তৌগদবা নত্তে। অসুম খরা খরা বাংখৎলক্লগা শাৎলিবা থরো অদুসু মাগী মপা য়ৌরকপদা পুমশাৎ শাৎতোকপগী প্রমাণগুম্না খরা খরা পাঙথোরকপা মিৎ অদুনা বড়সঞ্চার হেক লোইবদা ঐগী হান্নগী ফিবম তাগনি। অসিনচিংবা।

**খুৎথম** - মথক্তা হায়রিবা ফিরেপ অসিদা ওইগদবা খুৎকী মওঙদি ইশাগী খোয়দৌগী হেক মথক্তা লোংথোক্লিবা ওয়গী খুৎ মথক্তা য়েংকী খুৎনা উপশিন্না থমগনি। করতাল পায়রবদি, ওয়না পায়রিবা করতালনা খুৎকী মমাঙদা মমায় উপথনা হাইথদুনা লৈখিগনি অদুগা য়েৎকী করতালনা ওয়গী খুৎ মথক্তা উপশিন্না তাহনগনি অদুগা ওয়গী খুৎচানা উপশিল্লিবা করতাল অদুগী মচেৎ খরা পায়শিনগনি।

অসিগুম্বা ফিরেপ অসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু থম্মোইদা ধ্যান তৌবগী মওঙ তাহনগনি। ফিরেপ অসিনা পালাগী অমত্তা ঙায়বা ফিরেপনি। নট পালাদা মরক্তা, মমৈদা অমদি অহৌবদা চুন্না লেপ্পা তারবদি হায়রিবা ফিরেপ অসিতবু শীজিন্নগনি।

**থোংখোঙ** - মথক্কী অসিনা পালাগী অহানবা ফিরেপনি। রাজমেল চোলোমগী মতমদদি খোঙ থোংখোঙ শাগনি। মসিগী মওঙদি চোলোম হৌরবদা ওয়গী খোঙ ফুকপগা, য়েৎকী খুৎ থাংগৎপগা মান্নগনি অমসুং থাংগৎলুবা খোঙনা লৈতাবদা খুৎসু হাইথদুনা মতম মান্ননা করতাল খীংগনি। অসুন্না ওয়গী খোঙ ফুকপদসু খুৎকী মওঙ অসিদি হান্নগী ফিবম অসিদগী হোংবা তৌরোই।

খোঙ থাংগৎপনা অতোপ্পা খোঙগী খুবোম মপা ফাওবা বাংনো থাংগৎকনি। চোলোম তৌরকপা তারবদি খোঙ-থোংখোঙ শাগনি হায়বদি খোঙদি হান্নগী ফিবমদা লৈরগা খুকউ অনী ফাক্তোক্লগনি, চপতিংনা হাইথরকপা খুৎকী খুজেংনা খুকউ মথক্তা ইনুং নুংঙাইনা থম্বা য়াবা মওঙ অদুবু হায়বনি খুকউগী অরাওবদি মশাগী খুবোম অমা কক্তক লাপ্পগনি। অদুম ওইনমক নীংজোন্না খাদা নমথদনা ইতাউ তাউহল্লবদি হায়রিবা ফিবম অসিগী অচুম্বা হায়বদু থক ওইগদবা নত্তে। মসি তাহন্নবা হোৎনবদা ফৈমায় মান্নহল্লবদি (খুকউনা ফৈরুগা বাংবো মান্নহল্লবদি) মসি তাবা য়াদে। মরম অদুনা নীংগী থবক্তি য়াম্নমক মরু ওই।

**রাজমেন চোলোমগী মওঙ** - মথক্তা হায়রিবা চোলোমগী মওঙশিং অসি অয়াম্বনা মেলগী মতমতদা তৌগদবা ঙাকনি। থোংখোঙ শাদুনা হক্চাং নমথবা অমদি অমুক তিংথৎপা অসিগুম্বা মওঙ অসি হুন্না হুন্না তৌগনি। মখাদা থাদরুবা খুৎ অনীনা মথক্তা হেক পুখৎপা হৌরকপদা লৈতরম্বা ওয়গী খোঙ থাংগৎপা হৌগনি অমসুং মদুগা লোয়ননা হক্চাংদি মখাদা নমথবা হৌরক্কনি হায়বদি

খুৎকা খোঙগনা থাংগৎলকপদা কোক্তগী খ্বাঙ ফাওবা হকচাংদি মখাদা নমথরক্কনি। মসিবু ওজাশিংনা 'নীং-নম্বা' কৌই। খুৎনা মথক্তা হাইগৎলকপদা নীংনা মথক্কী হকচাংবু মখাদা চিংথরক্কনি। মওঙ অসুম্না খুৎ-খোঙগা অমদি হকচাংগা অনীমক থক-খাদা কারন চৎনহনগনি। হান্না হায়খিবা মৈহুম উতোংদা মৈ হুম্বদা মৈহুম অনিগী কারন চৎনবা মতৌ অদুগুম্বনি।

অসুম্না, থাংগৎলিবা খুৎনা চীনবান মপা য়ৌরকপদা করতালনা মিৎ মপা য়ৌনবা লৈথৎলক্কনি। মতম অসিমক্তদা থাংগৎলুবা খোঙ অদু মখাদা অমুক হাইথবা হৌরক্কনি, মদুগা মতম চপ মান্ননা অতোপ্পা খোঙসু কোনশিল্লম্বদগী তিংথোকপা হৌরক্কনি অমসুং ওয়গী খোঙনা লৈপাক হেক তাবদা য়েৎকী খোঙ তিংথোকপা লোইদুনা ফুকপা হৌরক্কনি। মথক্তা হায়খিবা ওয়গী খোঙ্না মখাদা হেক পুথবা হৌরকপদা হান্নগুম যাঙতিংনা হকচাংসু অদুম্মক তপ্না তপ্না মথক্তা ইনখৎলক্কুনা হান্নগী ফিবম তাহল্লকনি।

য়েংগদবা অমদি, অসিগুম্বা চোলোম অসি তৌবদা মতম পুন্নমক্তা থা (থবাক) না মপুং ওইগনি হাযবদি থা-না চৎপা চৎপা মায়কৈদা হান্নগী ফিবমদি কায়দনা অদুম্মক চৎকনি অদুনা ঙকথেক ঙকহাইদি খুৎকী মতুং ইনগনি। মেল থারমদাইদদি তাল থুজিল্লকপা মতুংইন্না অচাকপা মৈতান নেৎপগুম খোঙ কুপ্না ফিংনা থাংগনি। মতম অসিদদি হকচাংগা খুৎকা থক-খাদা কারন চৎনরম্বা মওঙ অদু ঙম্নদ্রব্দা থাদোক্লগনি, চুম্নগী থোংখোঙ শাবা ফিরেপতা ওইনা মওঙ অদুতদা নীং ফাদুনা থম্লগা হন্না হন্না থাংগৎ থাংথ তৌবা য়েৎ-ওয় অনীগী খোঙনা তাল থাদুনতা লৈগনি। মতম অসিদা খুৎকী খুনীং অসিনা উচেক মশাগুম খপ্পুনা কবতাল থীংগনি। করতাল অসিমকসু থুজিল্লকপা মতাং অসিদদি হান্নগী মওঙ অদুদা অদুম্মক কুংশিল্লকফম থোক্লবসু ঙমদবদগী চুম্নগী তাল থাবতমক ওইনা মখোল থোকহন্দুনা লৈগনি।

অসুম্না, শকলিবা ঈশৈগী মতাংদসু অসি মওায় শকলিবা ঈশৈগী ময়েক মশোল অদু মতম অসিদদি হান্নগুম বাহৈ খুদিংগী সুর-ছন্দ থমদুনা শকপা মতৌ অদু কায়দনা অসুম চথরকপা ঙমদে, অসুকী মতীক থুম্রে মদুদি সুর ছন্দ করিসু যাওদনা করিগুম্বা বাহৈ মপুম অমত্তসু হায়দোকপা ঙম্বগী পাংগল লৈরক্তে।

মরম অদুদগী মতাং অসিদদি চুম্নগী অনেম-অবাং খোঙ্খোক অহমতদা 'এ-আ' হায়না স্বর আলাপ তৌবগুম্না চুম্নগী অবাংপা মেন্নবতা ওইনা অদুম্মক লৈগনি। অসিগুম্বা মওঙ অসিবু শাস্ত্রনা 'স্তোভ' লাউবা হায়না কৌই। (**গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান** - ৮৮৯)।

**রাজমেল** -চোলোমগী ম রু ওইবা মশক্তি মসিনি। উৎলিবা অসিনা 'চোলোম অচুম্বী' গী মওঙনি। অসি নত্তবা 'চোলোম অরৈবী' হায়বা অমসু লৈরি। মসিগা চোলোম অরৈবীগা খেন্নবা হায়ববু— মখাদা থাদখিবা খুৎ অসিনা ওয় নৎত্রগা য়েৎতা থা (থবাক) না কে-না লৈরকপদা খুৎসু মদুগী মতুংইন্না মথক্তা কারন পুখৎলকপা অদুগা খুৎ পুখৎলুবা হকচাং নাকনগী ফৈ মপাদা অমুক থাদরকপা, কারন লাক্কুনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা অমুক পুখৎলকপা-মসিনা হন্না হন্না তৌগনি। মসি মওং মওং খেন্নবতনি, মপুমদা করিসু খেন্নবা নত্তে।

**লয়চৎ** - রাজমেল চোলোমদা লয়চৎ অহুম শুই মদুদি, মেলহৌ (বিলম্বিত) অওনবা (মধ্য) অমসুং মেন-থা (দ্রুত)। অওনবী অসিবু মথংশিংনা মেলওন নৎত্রগা মেলয়ায়সু হায়নৈ। মখোয় খুদীংমক্কী লয়চৎ ৩/৩ অহুম লৈ। চোলোমগী মতমদা মসি কায়দনা শীজিন্নরবসু অকুপ্পা মমিং মথানচিংবদি ওজাশিংনা থোইনা উৎপিরমদ্রে। মরম অদুনা মতিক চাবা গুরুদগী তমদুনা খণ্ডরবদি মদু খণ্ডবদা বানা থোকপা মওঙ লৈ। অসিগুম্বা লযচৎশিং অসিগী মতেংনা রাজমেল চোলোমদা অতপ্পা, অঈংবা অমদি অরুম্বা, অরেম্বা ফজখ্রবা মতৌ অমা লৈ অদুগী মথং মথং অসুম হাইগৎলক্কুনা নোং ঙংবগুম্বা অরুম্বা খোঞ্জেলনা তিন্দুনা মমৈদা অথুবা অফীংবা ঈনিননা অঙকপা মতৌ ওইহল্লকই।

অসিগুম্বা রাজমেল চোলোম অসিবু ওজাশিংনা অঙকপা, ফজবা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ভাব ওইনা চেকশিন্না লুনা শরনি তৌনৈ।

**গতি** - অচুম্বী অমসুং অরৈবী চোলোম অনী নত্তনা শা, উচেকনচিংবগী মতৌ লৌদুনা 'শাজৎ' হায়না খণ্ডনবা, অভিনয়গী শরুক যাম্না য়াওবা রাজমেল চোলোমগুম্না কনবদি নত্তবা অদুমদি ওইরগা লাস্যগুম্বগী মতৌমকসু তাদবা

অদুগুম্বা মখলগী চোলোম অমসু ওজাশিংনা শেম্মমদুনা হৌজিকসু য়াম্না পাম্না চৎনরি। য়েংবদা নুংঙাইগদবা, ফজগদবা মখল কয়াগী শাজং শাথেক্লচিংবা তমদুনা মসিদা উৎপা য়াই। দুহারগী মশাগী হৈবা শিংবা ফজবা মতৌ উৎননবা তাঞ্জাদি শাজং চোলোম অসিদনা খ্বায়দগী হেন্নি। শাম্মু শাজং, কাংগু শাজং অসিনচিংবা মখল কয়া লৈ।

**চোলোম মখল** - নট চোলোম মখল অহুমনি মদুদি — মেল চোলোম, তাঞ্চপ চোলোম অমসুং মেনকুপ চোলোম। মেল চোলোমগী মখলদা অমুক 'রাজমেল, মেনগোই, মেলভূষণা অমদি মেল ভাঙ্গা' — মখোয় অসিনা চোলোম কোন্নবনি অদুগা মেল তাঞ্চপ, তিনতাল মেল, মেল মতেক বৈঠা মেল, মখোয় অসিদি চোলোম লৈতে, ফম্লগা তৌবা করতাল মরোলতনি। থায়নদি 'চারিতাল মেল' হায়বা অমসু ওজাশিংনা থমবিরমই, হৌজিকসু খরা খবা উনরি। তাঞ্চপ অমসুং মেনকুপ চোলোমদা হৌজিক্তি অনৌ অনৌবা অলঙ্কার কয়াসু হাপকৎনরকলে।

**মথং মথং চোলোম চাওখৎলকপগী মওং** - করিগুম্বা ঈশৈ অমা তাল থাদুনা শক্রবদি, ঈশৈগী সুর ছন্দ মদুগী ঈথক-ইপোম মতুংইন্না হকচাংসু মশানা অদুম্মক লেঙলকই। মতৌ অসি ফমদুনা শকপা শৈশক ফাওবদা ওইরকই। অতাবা মী ফাওবনা নাক-য়েংতা মশা হাইনা হুমনা, মখুৎনা তাল থাদুনা মশাগী অপেনবা মতৌ ফোংদোকই। মওঙ অসিদা, হৌগত্নুনা শকপা পালানা ঈশৈগী তাল অমদি সুর-ছন্দগী মতুংইন্না মশা লেঙবা ওৎপগা ঈরোয়ননা খোঙনা তাল থম্লগা পায়রিবা করতালনসু তাল চানা মখোল থোকহন্দুনা অচম্বা মওঙদা ঈশৈ শক্নুনা লাইগী থৌগলনচিংবা অসুম তৌরম্মী।

অসুন্না অহানবমক্তদি হৌজিক উবিবা পালা চোলোম অসিমক ওইনা অদুম্মক লৈরকখিবা নত্তে। লাথলিবা লাইগী সেবা পূজা মতমদা চুম্না শোনবা নাম-কীর্ত্তনগী মওঙদা লৈরম্বদগী গরীবনিবাজ মহারাজগী মতমদা পালা লিংবা অমদি কোয়েং শলাই য়েংপা হৌবকখি (**মণিপুর ইতিবৃত্তদা কাওমচা**)। বংদেশ পালানা গরীবনিবাজ মহারাজগী মতমদা অহানবদা মথক্তা হায়খিবগুম অচম্বা মওঙগী চোলোম তৌরম্মী। মসিমকসু হান্নদগীদি য়াম্না চাওখৎলকপা, মতম অদুগী মীনা য়ৌনা পাম্নবা কুম্মৈ মখল অমদি ওইরমলিবনি।

অসুন্না মথং মথং হোংলকপা মতমগী য়াওল মতুংইন্না, ঈশৈগী সুর-ছন্দ, তাল-মেন অমদি মদুগা লোয়নবা হৌনবা হকচাংগী শাথেক, খোঙ-খুৎকী থবক অমদি শীজিন্নবা যন্ত্রনচিংবগী মওঙ মতৌ পূম্নমক্তা অহোংবা খরা খরা পুরক্তুনা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ তৌবগা লোয়ননা অনৌবা সংকীর্ত্তনগী শক্তম অমা নৌনা মশক উরকখি। অদুমকপু, মসিমকসু, অরিবসু নত্তবা, হুজিক ঐখোয়না উনরিবা অনৌবা হায়না খঙনরিবা অসিগী শকলোন মকসু তাদ্রিবা অরি অনৌ য়ান্নবা মশক অমদা সনা হাক্তক অদুদগীনা মজাইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতম ফাওবদা লৈরম্মী।

মথংদা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী সনা হাক্তক্তদি হান্নগী অনৌবা মওঙ অসিদা ফিজেৎ লৈতেং অমদি চোলোম চালোমগী মায়কৈদা পুমনৌ নৌবা ঈনোং অমগা অমুক হাপচিন্দুনা হুজিক 'নট পালা' হায়না খঙনরিবা ফজরবা মশক অসি থোকহনবিখি (**বিজয় পঞ্চালী, ঝুলন** — ১২৬)। মতম অসিদগীদি মসি হান্নগী অরিবা মশক অদুদগী পুমতোপ তোপত্রে অমসুং মথংদা পাল্লকপা সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা মরু ওইনা রসকী শৈশক্তা মপুং ফানা মরীক-চুম্না অবাংপা মশক খঙদবমথৈ অমুক থোমজিনবীদুনা মতম পুন্নমক্তা, মণিপুরগী মফম খুদিংদা শ্রীহরি সংকীর্ত্তনগী অচৌবা ঈহৌ অমনা অহিং নুংথিল অনীমক্তা ইনিলতা নিলহন্দুনা অমসুং মদুগী মপান্না মতুংদা পান্নরকপা নিংথৌশিংনসু অঙম অঙম্বা হাপচিন্নদুনা অঙকপা নীংথিবনা তিল্লবা মসিগী মশক অসি ওইহল্লকখি।

হুজিক ঐখোয়না মমিং তাবদগী হেন্দুনা উবদি ফংনখিদ্রবা 'চৌষষ্টি-রস' হায়বদু সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা পীনবীবম্বা চাউরবা অবদান অমনি। রস ৬৪ গী ঈশৈ শেমদুনা মদুবু নুমিৎ খুদিংগী রস ২/২ শক্তুনা নুংমিৎ ৩২নি চুপ্পা ফাংনদুনা, অহেনবদা মনা পীদুনা অসুন্না অয়ৌবী থাক্তা পুখৎপিবম্বা মপান্না ঐখোয়না ঙসি ফাওবদা কায়দুনা চাবা ঙমদবা লনগৈশুম পুঙ ঈশৈগী অবাংপা মশক খঙদ্রিবসি ইনিংথৌ অসিগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্নীং চেৎপা অদুগী মথক্তা নিংথৌ মশামকসু অচৌবা কলাকার অমা ওইবা মরমদগী থোকখিবনি।

**চোলোম মখল অনী** — অশেংবা ঈশৈ, অশেংবা জগোঈ অমদি অশেংবা চোলোম অসিনচিংবগী অশেংবা হায়বদু লেপ্পা তারবদি মদু খ্বায়দগী হেন্না ফজবা,

খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইনবা ওইবা ভাব রসনচিংবদা খ্বায়দগী হেন্না মপুং ফাবা অদুগুম্বা খ্বায়দগী হেনবা মশক অদুতনা ওই। অদুবু মথক্তা হায়খিবগুম্না অসিগুম্বা অশেংবা হায়বসি ফংনবা থিবা হোৎনবদা চহি কয়াগী সাধনাদি চঙই। হন্না হন্না হোৎনৈ, অনৌবা শকলোন উৎনৈ, মতম মতমগী সমাজনা মদুবু অনৌবা মথেল ওইনা অদুম্মক পাম্নখি। অদুবু লেঙফদ্রবা হায়বা মশক অদুমদি থক ওইরকখিদে।

মথংদি করি, অহেনবা খক লৈত্রবরা, অদুদি কমদৌরগা থোক্কনি, অকনবা চাংয়েংনি, সাধনাগী ঙমখৈ কদাইদনো? মদুসু চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্কী বানি। থৌমু-নাউমু ওইনা কলাপ্রেমী অনীখক্তা মাগী মাগী সাধনাগী অয়ৌবী অমদি অরোইবি মশক উৎনরকখি। লৈবাক নিংথৌনা কলাকার অনীমক সাধনাগী পোৎথোকশিং অদুবু লৌখৎপিদুনা শ্রীগোবিন্দগী চরণদা কৎপিরে। মদু ঙসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা অমর ওইনা লৈহৌরে। মতুং যুগ কয়াসু অদুম্মক লৈহৌরগনি।

শরোৎখাইবম ওজা শেঙ্গুম্বনা চোলোম অচুম্বী অমসুং হাউরোকচম ওজা শামুনা চোলোম অরৈবী হৌদোকখি। (ওজা শেঙ্গুম্বনা হান্না চোলোম অচুম্বী পুথোক্লগা কোন্না ওজা শামুনা অবৈবী চোলোম পুথোকখিবনি হায়না অহল-লশমন্না তাকপি)। অসুম্না ওজা অনীমক্না পুথোক্লবীরম্বা রাজমেল মেনবুংগী চোলোম মখল অনীমক ঙসি ফাওবদা অচুম্বা অশেংবা ওইনা, মঙান মশেক চাউনা লৈবাক অসিদা অদুম্মক পামনা চৎনরি। বাজমেল চোলোম অনীমক অসি কুপ্না য়েংলবদি ভোঙানবা মশক্কি হায়রুবা য়াদে, অমত্তনি।

যেংগদবা অমদি অসিগুম্বা নট পালা চোলোম অসি তাণ্ডব জগোঙ্গ ওইনা লৈরবসু মসিবু জগোঙ্গদি হায়নদে চোলোম কৌনৈ। মরম অদুনা চোলোমদা জগোঙ্গমক্কি হাযবদি য়াদবা খেন্নবা খরদি লৈ।

মণিপুরী বৈষ্ণবশিংদি শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী পবিবাবনি। মবম অসিনা লৈবাক অসিদা চৎনবিবা কীর্ত্তনগী মণ্ডঙ অসিসু নরোত্তমনা হৌদোকপিরম্বা সংকীর্ত্তনগী মণ্ডঙ অদুনি।

শ্রীমন্মহা প্রভুনা থুপখিবা চহি ৫০ রোমগী মতুংদা শ্রীনরোত্তমদা ঠাকুরগী পোক্লফম খেতুরীদা রাজসাহী জীলাগী গড়েরহাট কৌবা পরগনাগী মনুং চনবা

খুঙ্গং অমাদা অচৌবা সংকীৰ্ত্তন মহোৎসব অমা কথখি। নরোত্তমদাস, গোবিন্দাস, জ্ঞানদাস, নয়নানন্দ, শ্রীনিবাসআচার্য্য, রামচন্দ্র কবিরাজনচিংবা অফাওবা পদকর্ত্তাশিং য়াওখি। শ্রীরূপ গোস্বামী অমদি রামানন্দরায়গী নাটক-নচিংবদা গৌরচন্দ্রিকানা মাঙ থাদুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা হান্না চঙজবা মতৌ-তৌনরকপা লৈবদগী খেতুরীগী কীৰ্ত্তন মহোৎসব অসিদসু গৌরচন্দ্রিকানা মঙ্গলাচরণ ওইনখি।

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা কীৰ্ত্তন তৌদুনা অঙকপা মওঙদা শ্রীকৃষ্ণ-লীলাগী রস অস্বাদন তৌখিবা মওঙ অদু মাগী মমাঙদা অতৈ কনানসু হান্না তৌনখিবা লৈতে। মরম অদুনা ইবুংঙো মাগী অনুগত ওইনা মতুংগী গায়কশিংনা রস অস্বাদন তৌনখি গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মাধুরীবু ঈশৈ ওইনা লেংশিন্দুনা শরুগা মদুগী মপান্না ভক্তি-মুক্তি ফংগে তানবশিংগীদি ইহান হানবদা মশাগী থম্মোইবু শেংদোক্কদবনি। মরম অদুনা নামগী মূৰ্ত্তি ওইবা, সংকীৰ্ত্তন হৌদোকপা অমদি রাধা-কৃষ্ণগী উজ্জ্বলরস পূন্নমক্কী প্রমাণ তৌনফম ওইবা অমদি, প্রেম ভক্তিগী ঈহৌফম ওইবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শ্রীমূৰ্ত্তিবু মশাগী থম্মোইদা স্থাপন তৌদুনা, মশানা লিংখৎলম্বা সংকীৰ্ত্তনবু মশা মক্না শকপি সোনবীরনবা কৌজরগা সংকীৰ্ত্তনময়ায়দা ঙালহন্দুনা ইবুংঙো মাগী থৌগন ওইনা লৈজরগা ভক্ত-গায়কশিংনা রসকী শৈশক মথং মথং শকনৈ।

মরম অদুনা কীৰ্ত্তনগী অধি-দেবতা ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গগী নাম য়াওদনা কীৰ্ত্তন তৌরবদি মদুবু কীৰ্ত্তন কৌদবগুম অচেৎপা থাজনবা লৈনখি। সনানা শাবা মূৰ্ত্তিদসু প্রাণ প্রতিষ্ঠা তৌদনদি পূজা কৎপা য়াদবগুম, গৌরচন্দ্রিকানা মথরায় হাপত্রবদি সংকীৰ্ত্তন ওইবা য়াদে। মরম অদুনা সংকীৰ্ত্তনগী থরায়দি গৌরচন্দ্র শরুন্দবা য়াওদে।

**শৈশকক্রম**

চোলোমগা মরী লৈনবনা শৈশকক্রমগী মরমদসু খরদং নৈনরি। মাগুব ময়ায়দা পালা পবেং লেংদুনা ফম্নগা পাঞ্চাঙ্গনা মগুলী পূজাদা ওনশিন্দুনা চপমান্ননা খুরুমলগা হৌগত্নুনা অহানবা ফিরেপ্তা ধ্যান তৌবগী মওঙ লৌদুনা লৈগনি। মাগুব মপুনা জয়ধ্বনি লাউবা লোইফাত্ত্রিঙৈদা পুঙনা রাগ অচৌবা য়েরকপগা

লোয়ননা পালানা করতাল খীংগনি। জয়ধ্বনি হেক লাউবগা মোইবুংসু খোংগনি। মরক্তা ঈশৈহনবনা শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি আনন্দে হরিবোল হরি বল হায়না লাউরকপদা ময়াম্না 'হরে হরে' হায়না খুমগনি। অসুম্না রাগ হৌবা লোইরগা ঈশৈ হনবনা 'সভা বন্দনা, গুরুবন্দনা' তৌরগা হৌখিবা রাগ অদুগা চাননা 'গৌরচন্দ্র' অমা শক্কনি। মসিদা তিনতাল অচৌবা, মচা তাদুনা শক্কনি। চারিতাল নত্রগা ছাড়াদসু শক্লবা য়াওই, অদুবু মদুগুম্বদুবু ওজাশিংনদি অচুম্বা ওইনা লৌখৎনদে।

মথংদা নুমিৎ অদুগী শৈশক তাদুনা শক্লনি। পালা অনী অহমনা মথং মথং শকপা তারবদি অকোনবগীশিংদি রাগ অচৌবা হৌররোই, পুঙগী অহৌবীশিংনা নত্রগা রাগ মচানা হৌগনি। অসুম্না রাগ লোইরবদা তিন তাল, মেল, তানচপ অমসুং মেনকৃপ তাদুনা শক্কনি। মচা হাযবা অচৌবা হায়বা লৈতে, হাযরিবা মওঙ অসিদি সংকীৰ্ত্তন পুন্নমক্তা চপ মান্নগনি।

গৌরচন্দ্র শকপা লোইরগা ফমদুনা উপরস অতৈ শক্লগা হৌগক্লুনা পালা পুন্নমক য়েংওইননা মগুলীবু কোয়গনি, মসিবু বেড়িঘাট হায়না কৌই। নবদ্বীপ পরিক্রমানি হায়না শরনি তৌনৈ। মতাং অমগা অমগা তাইনফম তাকপবু 'ঘাট' হায়বনি। অসুম্না যেংওইননা কোয়রকপদা মখোয় মখোয়গী খুৎকোয় লোইশিন্নরগা পুংয়েবা ঈশৈহনবা অমসুং দুহারনা মইহৈ মইহৈ খুরুম্নদুনা যন্ত্রগা যন্ত্রগাসু শোরুহন্নমগনি মসিবু 'যন্ত্র মিলন' কৌই। পালা পুন্নমকসু মাগী মাগী খুৎকোয় লোইদুনা হান্নগী মফম যৌনরক্লবদা ফমদুনা ভাবনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু পঞ্চাঙ্গনা খুরুমগনি।

হৌগৎলগা 'লক্ষীঘাট' হেক্তমক তারগনি। মসি রাজমেল হৌরক্লবগী পোৎচঙ অমনি অমরোমদা রাজমেলগী রাগগুম্বনি। মথংদা রাজমেল তারগনি। রাজমেল হৌগৎলকপদা হাযবদি করতাল মপুম অহন্নক খীংলম্নগা হায়বদি য়েং-ওইদা খীংলুরগা য়েংতা অমুক হন্না খীংলম্নগা পালা পুন্নমক ওয় ওইননা অমুক কোয়গনি। ওজাশিংনা খুৎকোয় অসিবু 'বৃন্দবন' পরিক্রমানি অসুম্না শরনি তৌনৈ। মথংদা রাজমেল ওন্নগে হায়রবদা 'সেতুঘাট' অমুক তাখিগনি। মথংদা কাটা ঘাট অমসু অমুক য়ৈরগা থুজিল্লক্লনা মেল থাগনি। মরম অদুনা রাজমেলদা ঘাট অহুম গুই। কন্নাগুম্বনা কাটাঘাট য়াওদবসু মেল থাবা য়াওই।

মথংদা 'তানচপ' তাগনি, মতুংদনা' মেনকুপ' যৈগনি। মেনকুপ য়েবা মতমদা পালা পুন্নমক ওয ওইননা অমুক কোযগনি। মতম অসিদা দুহারনা চিংদুনা পালা পুন্নমক ফজনা, কেনা চোলোম তৌগনি। দুহাবগী তৌবা ঙম্বা মতিক পুথোক্কদবা মতাং চাবা মতমদি মতাং অসিদনি। মসিদদি অভিনযগী শরূক চংবনা নীংথিবা জগোঈ ওইবা উৎনবা তাঞ্জা ফংই। শকলিবা ঈশৈ অদুগী সুব-ছন্দ অমদি রসকা চান্নবা যেংদুনা মতম অসিদা চোলোম তৌগনি। অসিগুম্বা চোলোম অসিদদি শাজৎ চোলোমনা মপুং ওইগনি।

মেনকুপ চোলোম লোইবগা পালা পুন্নমক ফমথবগা পোথাবা ওইনা 'বৈঠা' শক্কনি। মসিদা যৈনীংবা তাল যৈদুনা কবতাল মরোলগী ফজবা উৎপা মওঙ অমসু লৈ। খ্বাঙদগী কোক ফাওবনা তৌবা যাবা মওঙগী ভঙ্গীদা খুৎনা অঙকপা কবতাল ময়ৈ যৈগনি। বৈঠাগী মতাং অসিদা পালা পুন্নমক লেপখত্তুনা চোলোম তৌবা তাববদি মদুগীদমক্তা অকক্লনা লৌখত্তুনা থম্লবা 'রূপ-লাবনি' অমদি 'মেল ভুষনা' হাযনা খঙনবা তাল অনী অসিতনা তৌগনি। অনী অসি নত্তবা তাল অতৈদা হৌগৎকে হাযববদি ঈশৈহনবা, দুহাব, খোনবাংবা অমসুং পুঙযৈবা অনী — মঙা অসিতনা হৌগত্তুনা তৌগনি। মসিনা থাযনগী নিযমনি। হুজিক্তদি য়ুম্বুনা পাম্নবকপদগী নিযম অসি কাযনা চৎনবসু যাওবকলে। অদুম ওইনমক মসিগুম্বা অসিদি অকক্লবা চোলোমগী মশক লৈতে, মথক্কী অনী অসীগীদি লেঙফদবা চোলোম লৈ।

অসুম্না বৈঠাগী শরূক লোইববদা হাযবদি বৈঠাগী মতম অসিদা শকলিবা বস অদু পূমলোই লোইশিল্লম্লগা পালা পুন্নমক হৌগত্তুনা 'ছ্যগোষায়' তাবগা মাগুব মপুনসু বিজয় ধবনি লাউবগা সংকীর্ত্তন লোইশিনগনি।

**ফিজেৎ লৈতেং** - ফিজেৎ অসি অশেংবা পান্দমদা য়ুমদগী শেৎলকপা ফিজেৎ শেংপা যাদে সংকীর্ত্তন মফমদা যোমলগা পুবকপা ফি হোংদোক্তুনা শেংকনি। পালা পুন্নমক দ্বাদশ তিলক থিনগনি, উবীক নগুণ শিগনি। মসি তৌদবা মীনা হবিসংকীর্ত্তন যাওবগী অধিকাব লৈতে। শূদ্র অমনা যাওবা তাববা ফাওবদা হাযবিবশিং অসিদি তৌদবা যাদে।

**ফিজেৎ মওং** - নাক-য়েত্তা ফীরে অনী লাকশিন্দুনা ফেজোম শেৎকনি, নামৈ লৈরগা ওয়দা ফীজিন তাহনগনি। মসিনা অকনবা চোলোম মতমদা হকচাংগী অচেৎ অকোম নংহন্দে। মাঙদা গুল্লা থাদগনি মসি ময়ায়না ৱাংখৎলকপা মওঙনা থুপ্পা ফিদুপনি। খোয়দৌ মখাদা মচীন য়েপশিল্লগা থাদখিবদা মাঙদা মসিবু শামু মনাতোন ওইনা উবদগী 'শামু নাতান' মানবা হায়না চৎনখি। ফেজোম মথক্তা ইন্নফিনা খ্বাঙয়েৎ চেৎনা লাকশিনগনি, য়েৎ ফীজীন তাহনগনি, থায়নদি নাক-য়েৎ অনীমক্তা ফীজিন তাহল্লম্মী।

মসিগী মপান্না পালা অদুবু মশা য়াংহল্লি, অমরোমদা শেৎলিবা ফেজোম অদুবুসু নাম্বুগদবদগী ফাদুনা থন্নবা খ্বাঙলাক্কী থবক তৌই। কোক্তা কদম মপান মানবা মওঙগী অচৌবা কোয়েৎ অমা য়েৎকনি। মতোন্দা অমুবা মচুগী পেত্রুক হায়না খঙনবা ফি মচা অমা থেৎকনি। করিগুম্বা পূজা অমা তৌবদা কোক্কী শম উহনফদে, মরম অদুনা কোয়েৎ থাফদে। দেশ দেশকী মাগী মাগী চৎনজবী কোয়েৎ মখল কয়া কয়া লৈনৈ, মসিবু শাস্ত্রনা কোক্কী লৈতেং হায়না মমিং থোল্লি।

কদম মপাল মওঙ অসি অদুম ওইনমক অকক্নবা থৌরম খরতগী ওইনা ঐখোয়না শীজিন্নে। মৈতৈ জাতিগী কোয়েৎতি শলাইনি। মসিসু মপুম মতেক, ওয়না নম্বী য়েৎনা নম্বী হায়বনচিংবা মীগী মগুণ খেন্নবা মতুংইন্না খেন্নফম থোকপা মওঙনচিংবা লৈ। শলাই অসিসু ওজাশিংনা সংকীর্ত্তনদা অদুমক য়েৎনৈ, মদুগী অখন্নবা নিয়মসু লৈ। পালাগী কোয়েৎতি য়েৎলিবা মীগী মগুণ য়েংদুনা খেন্নবা য়াদে নাম শোনবদা অচৌবা মচা খায়দে, পূন্নমক্কী মান্নবা অধিকার লৈ। মরম অদুনা নিংথৌমক্কীসু মান্ননা য়েৎতবা যাদে।

অসিগুম্বা পালা ফিজেৎ অসি শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা হান্নগী মওঙদগী অমুক নৌনা শেমদোকপিরকখি। হুজিক উরিবা কোয়েৎ অসিমক্তি সার চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্তা ওজা সাপম চাউবসিংহ দুহারনা শেমদোকপিরম্মনি। অহানবগীদি মওঙ অসিদগী তোপলম্মী। হান্নগী মওঙ অদুসু সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ সনা হাক্তক্তা অমুক শেমদোকখিবনি মদুগী মমাঙদনা অমা অমুক ওইরম্মী।

ওজাশিংনা তাকপিরম্মী নটকী ফিজেৎ লৈতেংশিং অসি পুন্না মখল নিপান শুগদবনি, মদুবু 'অষ্টবেশ' কৌই মসিদা ফৈজোমগী মখাদা হুকচাং নপ্পনা শেংপা ফি মচা অমগী বাসু য়াওরি, হুজিক্তি মদু ফিনুংফী অমনা শিনখরে। থায়নদি খুঁদে মচা অমা শেংলম্মী।

হায়রিবা ফীজোন পুন্নমক অসি অঙৌবা মচুগী ফী ভাক্তা ওইগদবনি, মচু শীজিন্নবা য়াদে। ভগবানগী সেবা পূজাদা মৈতৈ লৈবাক্তা মচু খক শীজিন্নদে, অথোইবা সাত্বিক ওইবা মতৌনা তিনবদি অঙৌবা মচুতনি।

**শীজিন্নবা যন্ত্র** — নট চোলোমদা মৈতৈ পুঙ অমদি করতাল মরী অশাংবা শীজিন্নবনা লোইরে। মথংদা করতালগী মবমদা খরদং লৈজরি — মদুদি করতাল —

**ত্রয়োদশ যব ব্যাসং বক্তুপিণ্ডং যবোন্মিতং**
**যবপঞ্চক গম্ভীরং মধ্যেচ যব সপ্তকং।। ৭৩৩**
**বিস্তৃতং বর্ত্তুলং নিম্নং যবত্রয়মিতং তত ঃ।**
**পৃষ্ঠতো মধ্যদেশেচ শিবলিঙ্গ সমাকৃতিঃ।। ৭৩৪**
**মধ্যে গুঞ্জা সমচ্ছিদ্রং পট্টসূত্রাদি গুম্ফিতং।**
**অত্যম্ল-পৈষ্টি নির্দগ্ধ শুদ্ধ কাংস্য বিনির্ম্মিতং।। ৭৩৫**
**কাশ্মীরাদি সমুদ্ভূতং তালমাহুমনীষিন ঃ।**
**সুনাদং দক্ষিনং তালং ততো হীনং চ বামকং।। ৭৩৬ কৃঃ রঃ সং**

ময়ায়দা যব তরাহুমদোই পাকপা, অথাবনা যব অমগী পান্দম ওইবা, ময়াযদা যব মঙা লুথখিবা, মদুগী পাকপনা যব তরেৎ ওইবা, কোইরপ কোয়বা মনুং লুথবা, মনমগী ময়ায়দা শিবলিঙ্গ মওঙ মানবা, মখাদনা যব অহুম পাকপা, ময়ায়দা মরী লেংফম হোবা, মুগা লংনা মরী পানবা, হেন্না শীনবা মহীদা লাক্তুনা মথৌ শঙবা, অশেংবা শেঞ্জেংনা শাবা, কাশ্মীরনচিংবা লৈবাক্তগী থোকপা অসিবু পাণ্ডিতশিংনা 'তাল' হায়না কৌনৈ। য়েৎথংবনা মখোল নুংশিবা হেন্নি, ওয়দা পায়বনা হন্থগনি ।। ৭৩৩-৭৩৬

ঐখোয়গী লৈবাক্তা পায়নরিবা নটকী করতাল অসি অহানবদদি পীক্রম্মী। করতাল নামনা পৌবা অমরোমতমক লুন্নম্মী। শেঞ্জেংনা হৈদুনা শাই, মনুংসু

লুথবা হেল্লম্মী। মদুগী খোঙ্গোক নুংশিবা ৱাংপদগী অপেনবা অপাম্বা খোঙ্গোক থিবদা মথং মথং অসুম মওঙ থৈথরকখি। অসুম্না পাকচাউবা অসুম অসুম হেল্লকপদগী সার চুড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক্তদি মসিগী লূম্বা চাউবা মওঙ অসি অমুক হেল্লকখি। স্বর্গীয় বোধচন্দ্র সিংহ মহারাজগী মতমদদি করতাল অনীমক্তা সের ১১/২, ১ অসুম্না লুম্নরকখি। সংকীর্ত্তন মখল খরদদি নট পালানা ঝালসু পায়দুনা শীজিন্নে।

**করতাল শাবা**— মরু ওইনা হুজিক্কি মীরোম্না খঙনহৌবা করতাল হৈবা মীদি লৈখিদ্রবা কাংভবম কোড়াতোম্বী সিংহনি। মাগী মথংদনা শাইখোম চাউবা, শেঞ্জম বিধুসিংহ অসিনচিংবনি। হুজিক্তি বিধুগী ধারানালা নত্তনা অতৈদি কনাসু করতাল হৈনখিদ্রে। মথক্তা উৎলিবা শাস্ত্রগী মখন অসিগা ঐখোয়গী অসিগা খেন্নবা খঙজে। লৈরবসু মদু ঐখোয়গী চৎনবীনা ওইখিবনি।

**চোলোমদা ৩/৩ চৎপী শাক্তং** —তাল লয়চৎ ৩/৩ শুবগুম চোলোমদসু অহুম অহুম চৎপী মশক অমা ওজাশিংনা তাকপিরম্মী মদুদি মিৎয়েং অহুম, ফিদুপ অহুম, ভাব অহুম অমসুং হস্তক অহুম অসিনচিংবা।

**মিৎয়েং অহুম** -- মহৌশাগী ওইবা অচম্বা মিৎয়েং, হরাউবা ইকাইবনা তিনবা শৃঙ্গারগী নুংশিবা মিৎয়েং, অমসুং বিরহ-বিচ্ছেদনচিংবা রসকী মতাংদা শীজিন্নবা অথোৎপা তুথবা করুণ ওইবা মিৎয়েং। অসি নত্তবা রসদৃষ্টিগী অকুপ্পা মখল অতৈদি নটপালা চোলোমদা ৱাৎনা শীজিন্নে।

**ফিদুপ অহুম**— চোলোমদা মতম পুন্নমক্তা হকচাং ফিদুপ ৩/৩ শুহনগনি। ফমদুনা তৌবা করতাল মরোল ফাওবদা হায়রিবা নিয়ম অসি ভাক্কনি। মরম অদুনা মসিসু চোলোমদা য়াম্নমক মরু ওই।

**ভাব অহুম** — মথক্কী মিৎয়েং অহুমগী ভাব অদুনি।

**হস্তক অহুম** — ছন্দনা হস্তক পোকই, হস্তকনা রস পোকই। মরম অদুনা মথক্কী ভাব অহুমগী মাগী মাগী অচাবা য়েংদুনা ঈশৈগী অর্থ ইন্না হস্তক তৌগনি।

**নট চোলোমদা তালগী মচা** — একতাল মচা অচৌবা হায়না অনী লৈ। অচৌববু 'একতাল অরাওবা' হায়নৈ। মচানা মাত্রা মরি অচৌবনা নিপাননি।

**দুইতাল** — মসিসু মচা অচৌবা অনীনি। রাজমেল চোলোমদা শীজিন্নরিবা দুইতালগী মিহুল নৎত্রগা মাত্রাদি নিপাননি। অসিগুম্বা রাজমেল মাত্রা নিপালগী মশক অসিগী লেঙদবা মশক খঙনবা হায়দুনা ওজাশিংনা মসিবু অষ্টনাম, ষোলনাম হায়দুনা হরিনাম হায়না খঙনবা ষোলনাম ইরগা শব্দ অমমম্মু মাত্রা অমমম ওইনা য়েক্তুনা উৎপিরম্মী। **তিনতাল**— মসিসু মচা অচৌবা অনীনি। মচানা মাত্রা তরেৎ, অচৌবনা নিপাননি।

**তত্ত্বগী মায়কৈ** — ইঁ ময়েক অসি মৈতৈগী 'অঞ্জিং' হায়বা পুম্নমক্কী হৌফম ওইবা অমত্তা ঙায়বা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক মণ্ডোন্দগী থোকখিবা — **'অঞ্জিং কোক গুরু'** মক্কী মশকনি থাজনবা, অদুগুম্ব ময়েক অদুগী মশক্কি। মসিবু বেদনা ব্রহ্ম, বৈষ্ণবশিংনা 'কৃষ্ণ' হায়না মমিং থোন্নে। অসিগুম্বা অমত্তা ঙায়বা মশক অসি অমরোমদা ব্রহ্মমক্কি নীংনবা প্রণবকী অশূপ্পা ময়েকনি। শ্রুতিনা হায -- নতৎসমশ্চাভ্যধিকশ্চ দৃশ্যাতে — ব্রহ্মাগা মান্নবসু লৈতে, মণ্ডোন্দগী থোইগৎখিবসু লৈতে। মরম অদুনা ব্রহ্মাগা, মহাকপু খঙনরিবা প্রণব হায়বা মমিংগা অমত্তনি, তোঙান্নবা নত্তে হায়বসি শ্রুতিগী বাহে অসিনা উৎলি। ( **গৌড়ীয় বৈষ্ণব দর্শনদা লৌখৎপা শ্বেতাশ্বতর শ্রুতিগী বচন**)।

নট-সংকীর্ত্তনগী অহানবা রাগহৌবা মতমদসু পালা পুম্নমক্না ওঁকার প্রণব উচ্চারণ তৌদুনা মশাবু শেংদোকই।

অসিগুম্বা অমত্তা ঙায়বা 'অঞ্জি' ময়েক অসিদগী ঐখোয়গী সংকীর্ত্তনগী পোৎচঙ্ পুম্নমক লোইনা থোকখি অমসুং লোইশিল্লকপদসু শূপচিল্লক্তুনা অমুক অসিদা তিনশিল্লি। ওজাশিংনা ময়েক অসিবু সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তি নৎত্রগা খুদম ওইনা ধ্যান তৌনৈ। ময়েক অসিগী ফিদুপ অহুমনি— মসিবু গুরু অহুম, মরোল অহুম শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি, অমদি শ্রীধাম নবদ্বীপকী তিন প্রভুনচিংবা মরীলৈনবশিংগী ৩/৩ শুবা মশক অদুগী প্রতীকনি হায়না শরনি তৌনৈ।

তালগী মায়কৈদা মসিনা 'একতাল' গী মশক্কি হায়বদি একতালসু অনী শুদ্রবা ব্রহ্মমক্কী মশকনি। দুইতাল, তিনতালনচিংবা তাল পুম্নমক্কী হৌফম্ অমসুং লোইফমসু 'একতাল' অসিনি।

পরব্রহ্ম ভগবাননা লীলা শান্নগে থন্দুনা মশা মথক্তবু অনী থোকহনখি, ওয় থংবনা নূপীগী শক্তম লৌখি। রস অসি লৌদুনা একতাল-গা একতালদগী থোকখিবা দুইতালগা অনী অসিবু শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ইবুংঙো মাগী ওয়থংবা হকচাংদগী থোকখিবী, শক্তি অথোইবী শ্রীমতী রাধা অনীমক্কী যুগল রূপনি হায়না লৌনৈ। তিনতালনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী উজজ্বলরসকী হৌরকফম ওইবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী 'তিন বাঙ্কা' গী মশকনি হায়না ওজাশিংনা চেংনা থাজনৈ। অসিগুম্না ওজাশিংগী ভক্তি-মার্গদা অচেৎপা পূকীং থম্বগী মশক অমা 'মৃদঙ্গ-ব্যবস্থা- সংগীত' কৌবা লাইরিক্তগী শূপচিন্না লৌখৎলি। লাইরিক অসি থোকচোম ওজা মনাউগীনি হায়না থারি (লা,৫-৭)

সংকীর্ত্তন হৌগৎলকপদা পুঙনা অহানবা অনবাবু ভ্রমর ছন্দনা য়েরকপদা পালা পুম্নমক্কী হকচাংদগী সিদ্ধদেহ নিরূপণ তৌগনি, মবর্মদি পঞ্চ ভূতকী হকচাংনো সংকীর্ত্তণবু সেবা চংবা য়াদে। অদুনা পূক্কীংতনা মশা মশাগী সিদ্ধদেহবু পুথোক্লগনি। মথংদা যৈবকপা অনরা ২, ৩, ৫ দগীনা গুরুঘাট ফাওবনা লৈনুংদা খোংবা নোং মখোনগুম য়েদুনা (মেঘছন্দ) সিদ্ধদেহবু বাধা কৃষ্ণগী সেবা চঙননবা 'আত্মনিবেদন তৌগনি।

অসুম্না গুরুঘাট হেক য়োঁবকপদদি নুপীগী মশক ওইনা বৃন্দবনগী রাধা কৃষ্ণগী সেবা চঙলম্বদগী অমুক নিপা ওইনা নাংদুনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবা চঙগনি। মথংদা খুরুম্নগা হৌগৎপদা ঝববৃষ্টি (নোংনুংশিৎ) ছন্দদা য়েগনি, মসিনা মন্দির মার্জ্জনগী ওন্দনি। মথংদি পুং ঈশৈ কোম্নরা চৎমিন্নরগনি। মসিদা ভ্রমর ছন্দনা য়েগনি। শ্রীগৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি শাগৎপনি। মথং ওরকপা সঞ্চার মরিদগীনা বড়সঞ্চার ফাওবনা মূর্ত্তিগী কযাৎ অমদি বর্ণনন-চিংবা শাগৎলকপনি। মসিদনা ইন্দ্রবজ্র-ছন্দনা য়েগনি। মসিদি শ্রীগৌবচন্দ্রগী প্রার্থনানি। মথংদা শ্রীগৌরাঙ্গদা বেশভুষণ কৎপা ওইনা 'কার্ত্তিক-সঞ্চার' য়েগনি। 'অসুম্না মর্ত্তি শাগৎপা লোইববদা শ্রীগৌরচন্দ্রবু য়েংওইননা কোযদুনা পালা পুম্নমক খুরুমগনি, মসিবু বেড়িঘাট কৌই।

শক্লিবা শৈফমনা চুম্নগী বস শকপা নত্রবদি হাযবদি শ্রাদ্ধ সম্বৎসরনচিংবা শুক্লবদি লোইশিল্লকপা মতাংদা শিখ্রবা জীবগী সিদ্ধমঞ্জরীবু বৈষ্ণবশিংগী চঙজফম ওইবা অথোইবা সখিশিংদা শিন্নবা ওইনা ছয়'গাষায শকনি অদুগা মথংদনা পুমলোই

লোইবদা 'জয় ভাই চৈতন্য নিত্যাই' শকুনা জীব অদুবু গুরুরুপা সথিগী মশক ওইবা নিত্যাইগৌর অনীগী ফংঙমদ্রবা প্রেমালিঙ্গন ফংজদুনা মুক্তি ফংদ্রবা ওইনা নীংদুনা লোইশিনগনি অমসুং সংকীর্ত্তন স্থলীগী পবিত্র ওইরবা উফুল অদু লৌদুনা কোক্তা হাপ্লগা খুরুমগনি। অসুন্না 'জয়ভাই' শকপা মতম অসিদা য়েন্নিবা 'একতাল' অসিবু ওজাশিংনা অহানবা হৌথিবা ব্রহ্মাগী মশক অদুমক্তি, ব্রহ্মাদা অমুক তিন্নবনি অসুন্না শরণি তৌনৈ।

মথক্তা চাউরাকনা মওঙ খরদং উচ্চরিবা সংকীর্ত্তনগী মশাদা য়াওরিবা যন্ত্রশিং, মখোয় মখোয়গী খোঙ্হোক অমসুং মরোল পূন্নমক পালাগী ফিজেৎ লৈতেং, চোলোম, হস্তক, মিৎয়েং, সংকীর্ত্তনদা শরুক য়ারিবা পুঙ য়েবা ঈশৈহনবা, দুহাবনচিংবা পালা অমদি ভবুক লুচিংবা মাগুব মপুনচিংবা পুন্নমক্কীসু আধ্যাত্মিক্কী ওইবা কুপথ্রবা তত্ত্বগী মায়কৈদা শবণি তৌনৈ। অসুম্না সংকীর্ত্তনগী মনুং চল্লিবা থৌওঙ পূন্নমক অমত্তসু অর্থ য়াওদনা লেন্না পাঙথোকপা নত্তে। খুদীংমক্কী অরু অরুবা ভাব-বস অমা নৎত্রগা অনী অহম ফাওবা শুনা লৈনবা ঙাক্তগী মশকনি। মদু পূন্নমক ঐখোয়গী থেল্লবা বুদ্ধিনদি লামলুবা ফংলোইদৌবা মওঙ লৈবদগী কিজদুনা খুৎ থারুদ্রে।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিবু 'নাম মহাযজ্ঞনি' হায়দুনা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা পোকপদগী হৌনা দশবিধ সংস্কারদা, শিব-নাবদা অমদি উৎসব মেলানচিংবা পূন্নমক্তা সংকীর্ত্তন অসিবু থক থাদোক্লবা লৈতে। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তন অসিগী মপান্না অথোইবা ভক্তি মুক্তি ফংনবা সাধান পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না লায়বা অদুগুম্বা অথোইবা পাম্বৈনি হায়না লাইগুরুশিংনা চেৎনা থাজনৈ।

---

# শ্রীশ্রীগুরু মহিমা

শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

*উবিপোক*

শ্লোক ঃ গুরু ঃ শিবো গুরুর্দেবো গুরুর্বন্ধু ঃ শরীরিনাম।
গুরুরাত্মা গুরুর্জীবো গুরোরন্যন্ন বিদ্যতে।।

অর্থা ঃ গুরুনা শিবনি গুরুনা দেবনি (লাইগী মশক্কি), গুরুনা থবাই পানবা জীবসিংগী মরূপনি। গুরুনা আত্মানি, গুরুনা জীবগী মশক্কি, গুরু নত্তনা জগত্তা কনামত্তা লৈতে।

শ্লোক ঃ অচ্যুতায় নমস্তুভ্যং গুরবে পরমাত্মনে।
সর্বতন্ত্র স্বতন্ত্রায় চিদ্ঘনানন্দ মূর্ত্তয়ে

অর্থ ঃ অমাং অতা লৈত্রবা, পরমাত্মাগী মশক ওইবা স্বস্বতন্ত্র (মনিংতম্বা) চৈতন্য (পুম্নমক্তা জ্ঞানগী পাউগাক পীবিবা) অমসুং মহা-আনন্দগী মশক ওইবিবা শ্রীগুরুদেববু ভক্তি কচ্চবি।

শ্লোক ঃ নমোহচ্যুতায় গুরবে বিদ্যা বিদ্যাস্বরূপীনে।
শিষ্যসন্মানমার্গপটবে কৃপাপীযুষ সিন্ধবে।।

অর্থ ঃ মযেং তাবা লৈত্রবা, বিদ্যা 'অবিদ্যা অনীবু শক্তম তাক্লিবা, শিষ্য-প্রশিষ্যশিংবু অফবা লম্বীদা লমজিং-লমতাক-পীবিবা অমৃতগা মান্নবা থৌজালগী সমুদ্রগী মশক ওইবিবিবা শ্রীগুরুদেববু হন্না-হন্না খুরুমজরি।

জগৎ-সিদা গুরুদেবগী থৌজাল ফংদবা কনাগুম্বা অমত্তা মী ওইখিদ্রি, ওইবক্তে, হন্জিকসু ওইদ্রি। শ্রীমহাদেবনা দেবীগী মফমদা গুরুগী মহিমা অসি

তাকপীখিবনি। মহাদেবনা হায়খি হে দেবী! গুরুগী 'তত্ত্ব' অসি য়াম্না থুপ্না লৈ। গুঢ় তত্ত্ব ওইবনা ফোংনা হায়বা য়াদে, অদুবু নংদি ঐগী পরম-প্রিয়ানি। মরম অদুনা তাক্লগে। নং মকা লাম্না তারো। বেদদা 'ব্রহ্ম' হায়না খণ্ডনবা বাহৈ অমা লৈ, মদুমক 'গুরু' বু খণ্ডনগনি। 'ব্রহ্ম' হাযবা বাহৈ অসি শ্রীগুরুদেব নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। প্রিয়ে দুর্গে! 'জপ' তৌগে হায়রবদি মীওইবনা 'গুরু' গী নাম্বু জপ তৌজগনি। মীওইবা জাতি খুদিংমক্না করিগুম্বদা 'তপসা' সাধন তৌগে খল্লবদি গুরুদেবগী মূর্ত্তিবু 'তপ' তৌগদবনি। করিগুম্বা মতমদা ব্রত-উপাসনানচিংবা সেবা ওইগে হায়না খল্লবসু গুরুদেবনা পেনবীনবগীদমক্তি খল্লগা কৎচগনি। মরমদি শাস্ত্রদা ইরি মদুদি পৃথ্বীদা লৈরিবা, ইচেল-লেপ্তুনা চেল্লিবা তীর্থ পুম্নমক্কী স্নান ফংজববুদি শ্রীগুরুগী চবণামৃত মবিক অমা ফংজবনা হেন্না মঙ্গল ওই। যজ্ঞ নত্রগা দান করম্না কৎকদগে হাযব-সিসু গুরুগী কৃপা অমদি গুরুতত্ত্ব খণ্ডদনদি কৎপা য়াদে হায়না শাস্ত্রদা অসুম্না প্রমাণ পীদুনা তাক্লি —

শ্লোক ঃ "জপস্তপো ব্রতং তীর্থ যজ্ঞো-দান তথৈব চ।
গুরু তত্ত্বমবিজ্ঞায় সর্বং ব্যর্থ ভবেৎ প্রিযে।।

অর্থ ঃ জপ-তপ-ব্রত-তীর্থস্নান, যজ্ঞ অমসুং দাননচিংবা ক্রিয়া-শিং অসি গুরু তত্ত্ব খণ্ডদনা তৌববদি পুম্নমক অরেম্বনি হাযরি।

ব্রহ্ম অমাসুং গুরু, গুরু অমসুং আত্মা অনী অসি মশক অমত্তনি। অমনা অমদগী তোঙান্দে। মুনি-ঋষিশিংনা ফংগে তান্নরিবসি গুরুগী কৃপাবুনি। গুরুগী কৃপাতনা সংসারদা পাপকী লৈখোমবু কোকহল্লি। থম্মোইগী অমকপা কযাবুসু গুরুকৃপাগী মশক ওইববা শেংলবা জ্ঞানগী মঙান্না মাঙহল্লি। গুরুগী কৃপাদ মীওইববু লানঙমদ্রবা সংসার-সমুদ্রদগীসু লাইনা লানথোকপীবা ঙম্মী। মবম অসিনা হে প্রিয়ে। অজ্ঞানবু মরূফুক্না মাঙহনবিবা অমসুং জন্ম-কর্ম্ম গী পাপ-পুম্ববুসু কোকপিরিবা লোইননা জ্ঞান-বৈবাগ্য ফংহনবিরিবাসি গুরুগী কৃপা খক্তনি। প্রিয়ে দুর্গে! শ্লোক অসি পুক্নিং লৈতানা তাও।

শ্লোক ঃ "গুরুমূর্ত্তি স্মরেন্নিত্যং গুরোর্নাম সদা জপেৎ।
গুরোবাজ্ঞাং প্রকুর্বীত গুরোরন্যং ন ভাবয়েৎ।।"

অর্থ ঃ মতম লৈবা খিবিক্তা মূর্তি অমত্তং নীংশিংজবা তারবদি শ্রীগুরুদেবগী মূর্তিদবু স্মরণ তৌজগদবনি। নাম ওইনা শোঞ্জবা তাববসু শ্রীগুরু দেবগী নামতবু শোঞ্জগনি। মতম পুন্নমক্তা গুরুগী য়াথংদবু ইকোক থোংনা যাজগদবনি। গুরুগী বাখল নত্তনা অতোপ্পগী বাখল অমা খক খল্লোইদবনি।

ব্রহ্ম কদাযদা লৈ ? ব্রহ্মাদি শ্রীগুরুদেবগী মুখদ লেংদনা লৈ। শ্রীগুরুদেবগী শ্রীমুখদা লেংদনা লৈবিবিবা ব্রহ্মবু মশক খঙগে-ফংগে হাযববদি শ্রীগুরুদেবগী থৌজাল ইন্না ফংনবা হোৎনখিবা তাই নত্রবদি মীওইবনা ব্রহ্মগী মশক খঙবা অমদি ফংবা ওইথোক্লোই।

অহানবদা ঐখোযনা গুরু কৃপা ফংগে হাযববদি 'গুরু' গী অর্থ কবিনো ? ঙান্না খংখিবা প্রয। গুরু' বাহৈ অসিমদা মযেক অনী লৈ। 'গু' হাযবা অমা, অনীশুবা মযেক্লা 'রু" হাযবা অমগা। 'গু' গী অর্থনা অমম্বা হাযবনি অদুগা 'রু'গী অর্থনা মঙান হাযবনি। অসিগী নুংগী ওইবা 'ভাবতি 'গু' অজ্ঞান্দগী পোকপা অন্ধকাবনা কুপ্লবা জ্ঞান মঙ্গলবা মীওইবগী পুক্নিংবু 'রু' জ্ঞাননা লোক ময হাযবদি জ্ঞানগী মশক ওইববা জ্ঞানগী পান্ত্রিতাক পীবিদুনা ঙালহল্লী হাযবগীদমক "গুরু" বাহৈ অসি বৈদিক ভাষা ওইনা থোকখিবনি। অসিগী প্রমাণসু শাস্ত্রদা অসুন্না ইবি ঃ-

শ্লোক ঃ "গুকাব শ্চান্ধকাবো হি রুকাবস্তেজউচ্যতে।
অজ্ঞানগ্রাসকং ব্রহ্ম গুরুবেব ন সংশয ঃ"।।

অর্থ ঃ 'গু' না অন্ধকাববু খংনৈ অমসুং 'রু' না মঙানবু খংনৈ। অজ্ঞান অন্ধকাববু মাংহনবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা 'গুরু' নি হাযবসি চিংনিংঙাই ওইদ্রে।।

জগৎ অসিদা সত-বজ-তম, অহুম অসিগী শক্তমদা বিষ্ণু-ব্রহ্মা-মহেশ্বর কৌবা মূর্তি অহুম লৈবম্বা তাববদি মূর্তি অহুম্মক অদুগী অবেপ্পা মশক্তি শ্রীগুরু দেবনি। গুরু দেব নত্তনা অতৈ-অতেপ্পা মূর্তি অমত্তা লৈতে। অদুগুম্বা শ্রীগুরুদেবগী চবনাববিন্দদা হন্না-হন্না খুরুমজে। অসিগী খুদম ওইনা শাস্ত্রদা ইবি ঃ

শ্লোক ঃ গুরুর্ব্রহ্মা গুরুবিষ্ণুঃ ঃ গুরুর্দেবো মহেশ্ববো।
গুরুবেব পবং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রী গুরুবে নম ঃ।।

অর্থঃ গুরুনা ব্রহ্মানি, গুরুনা বিষ্ণুনি, গুরুদেবনা মহেশ্বরনি। গুরুমক্তা পরংব্রহ্মানি অদুগুম্বা শ্রীগুরুবু খুরুমজৈ।

সংসারসিদা পোক্লিবা মীওইবনা 'নাম জপ' তৌগে হায়রবদি গুরুদেবগী নামবু জপ তৌগদবনি। দেব মূর্ত্তি ওইনা 'তপ' তৌগে হায়রবসু গুরু দেবগী মূর্ত্তিবু 'তপ' তৌজগদবনি। ব্রত পালন তৌবা তাববসু গুরুনা পেনবিনবা ভাবতা 'ব্রত' কৎকদবনি। তীর্থ পুন্নমক্কী স্নান ফংবা শুমব্রবসু শ্রীগুরুদেবগী চবণামৃত মরিক অমতং ফংজরবদি চপ্ অদুম মান্নবে। মরম অসিনা হে বরাননে! দুর্গে! যজ্ঞ কৎনিংলবসু দান তৌনিংলবসু কনাগুম্বা অমনা গুরুগী অমসুং গুরু তত্ত্ব খঙদনদি শুকয়া-য়াদে। অসিগী প্রমাণ শাস্ত্রদা অসুন্না হায়বি।

শ্লোকঃ "জপস্তপো ব্রতং তীর্থ যজ্ঞো-দান তথৈব চ।
গুরু তত্ত্ব মবিজ্ঞায় সর্বং ব্যর্থ ভবেৎ প্রিযে।।"

অর্থঃ জপ-তপ-ব্রত-তীর্থস্নান-যজ্ঞ অমসুং দান ধর্ম্মনচিংবা পুন্নমকসি গুরু তত্ত্ব খঙদনদি তৌবিবা পুন্নমক অবেম্বনি হাযনা মহাদেবনা পার্ব্বতীদা তাকপিখি।

বেদ-পুরাণ-শাস্ত্রনচিংবা খিবিক্তা অবোনবা অথুপ্পা 'তত্ত্ব' লৈরবদি মদু "গুরু তত্ত্ব" অসিনি। মবমদি গুরু তত্ত্বদগী হেন্না থুপ্পা "গুঢ় তত্ত্ব" গুঢ়-তত্ত্ব অমা লৈত্রে। গুরু মহিমা নৈনবা নত্তনা সংসাবদা অতোপ্পা 'তপ' অমা-মুক লৈবমদ্রে। গুরুগী পাউতাক নত্তনা অতোপ্পা জ্ঞান অমা সংসাবদা লৈতে। অদুগুম্বা জ্ঞান দাতা গুরুবু খুরুমজৈ। বাহৈশিং অসিমক শাস্ত্রদা 'অসুন্না ইবিরম্মি ঃ-

শ্লোকঃ ন গুবোরধিকং জ্ঞানং তত্ত্বং ন গুবোরধিকং তপঃ।
ন গুবোবধিকং জ্ঞানং তস্মৈ গুববে নমো নম ঃ।।

লাইদগী মী ফাওবনা বৈদিক পরম-পবাদগী হৌনা শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা অসুন্না প্রার্থনা কৎলক্নি ঃ

শ্লোকঃ "চিন্ময়ং ব্যাপিতং সর্বং ত্রৈলোক্যং সচরাচরং।
অসি ত্বং দর্শিতং যেন তস্মৈ গুববে নম ঃ।।"

অর্থ ঃ- অচৎ-চত্তা জগৎ, মরোল অহমমক্তা লৈরিবা জীবসিংদা চেতন-জ্ঞান শক্তি পীবিরিবদি 'তৎত্ত্বমসি' হায়নরিবা মহাবাক্য অসিগী মতুং ইন্না পুম্নমক অসি গুরুদেব নংদননি। অদুগুম্বা "তত্ত্বমসি" মহা বাক্য অসিগী মশক ওইবিরিবা শ্রীগুরুদেববু ভক্তি, কচ্চরি। অদুগুম্নবা চেতনশক্তি অমসুং নিত্য ওইবা, শান্তিগী মশকসু ওইবিরিবা, আকাশদগীসু হেন্দোক্লিবা, অমকপা অমত্তা লৈত্রবা, নাদবিন্দু ওইবা, কলা পুম্নমক্তগীসু থোইদোক হেন্দোক্লিবা শ্রীগুরুদেবগী পাদ যুগলদা দণ্ডবদ প্রণাম কৎচরি। অসুম্না মী লাই হিংচাবা খাক্তনা শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা চংজখ্রবনি। অসিগী প্রমাণসু শাস্ত্রদাঅসুম্না হায়রি ঃ

শ্লোক ঃ "চৈতন্যং শাস্বতং শান্তং ব্যোমাতীতং নিরঞ্জনম্।
নাদবিন্দু কলাতীতং তস্মৈ শ্রীগুরবে নম ঃ।।

অসুম্না সংসারদা পোক্লিবা মীওইবশিংনা ধ্যান তৌগে হায়রবদি ধ্যানগী মূল স্বরূপ ওইবিবনা শ্রীগুরুদেববু ধ্যান তৌজগনি। মঙ্গলগীদমক মূর্ত্তি অমদা পূজা কৎচবা তারবদি মদুসু শ্রীগুরুগী মূর্ত্তিদা কৎচগদবনি। মীওইবনা পাপ কোকচনবগীদমক্তা কনাগুম্বা দেবতা অমগী নাম শোনগে হায়রদি গুরুদেবগী নাম্ব শোঞ্জগদবনি। করিগুম্বদা অয-ফম্তা হিরম কযাদা মন্ত্র ওইনা শোনগে হায়রবসু গুরুদেবগী নামত্তবু মন্ত্র ওইনা উচ্চারণ তৌজগদবনি হায়র্বসি বেদনা তাক্লবা বাফম্নি।

শ্রীগুরুগী কৃপা ফংজবনা ব্রহ্মানা জগৎ সৃষ্টি তৌবা ঙমজখি। শ্রীগুরুগী থৌজাননা শ্রীবিষ্ণুনা জগৎ পালন তৌখি। শ্রীগুরুগী দয়ানা মহেশ্বরনা জগৎ-প্রলয় ঙমখি। হায়রিবা অসিগী প্রমাণ শাস্ত্রনা তাক্লি ঃ

শ্লোক ঃ "গুরো ঃ কৃপা প্রসাদেন ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবাদয় ঃ।
সামর্থ্যমভজন সর্বে সৃষ্টি স্থিত্যন্ত কর্মনি।।"

অসুম্না প্রমান পীরি।

অবোইবদা মহাদেবনা দেবীদা তাকপিখি, হে দেবি! "গু" অমসুং "রু" ময়েক অনী-সিনা বেদদা মন্ত্ররাজগী মশক ওইনা লৈরিবনি। বেদ, স্মৃতি, গ্রন্থ পুম্নককীসু সারনি। অসিগী প্রমাণ শাস্ত্রদা অসুম্না পীরি ঃ

শ্লোক ঃ "ন সুখং বেদ শাস্ত্রেষু ন সুখং মন্ত্র-যন্ত্রকে।
গুবো ঃ প্রসাদাদন্যত্র সুখং নাস্তি মহীতলে।।"

গুরুগী কৃপা ফংদ্রিবা কনাগুম্বা অমত্তনা সংসারদা বেদ-শাস্ত্রনা অমসুং মন্ত্র-তন্ত্রনা নুঙাইবা ঙমদে।

অতোপ্পা প্রমাণ অমনা মখাদা অসুম্না পীবি ঃ

শ্লোক ঃ "যতঃ" পবমকৈবল্যং গুরুমার্গেণ বৈ ভবেৎ। গুরুভক্তিবত
কার্যা সর্বদা মোক্ষ কাংক্ষিভি ঃ।।"

অর্থ ঃ- শ্রীগুরুগী চবন্দা চংজবগা গুরুনা তাকপীবা লম্বীদা চৎচবা নত্রগদি মোক্ষ ফংনিংবাশিংনা অবানবা-খুভম ফংবা ঙমদে। অবানবা-খুভম ফংজগে হাযববদি শ্রীগুরুদেবগী চবন্দা চংজগদবনি।।

হরি ওঁ তৎ সৎ

— ——

# গুরু তত্ত্ব

এস গৌরামণি শর্ম্মা
*খোঙহামপাত*

মায়া প্রপঞ্চদা লৈবা মীওইবা ঐখোযগী পুক্নিংদা 'মোহ' চঙল্লবা, মাইকৈ খাঙদবা হায়বসি তোঙনা লাকই। তৌগদবা তৌরোইদবা কর্তব্য, অকর্তব্য খঙলক্তে। ঐখোযগুম্বা মীচম্দি লায়বদুনা লাইমক্কা মান্নববা জগতকী সর্ব্ববিদ্যা, মানববিদ্যা, রাক্ষসবিদ্যা, যক্ষবিদ্যা, গন্ধর্ব্ববিদ্যা, দিব্যবিদ্যা হেক লৈবিবা বিদ্যা পুম্বা শুনা পানঙবা ওইববা, মথৌনা, মরৌ-শিংনা হিংনা তিংনা স্বর্গ কাদুনা দেবরাজ ইন্দ্রগী তাংবন্দ ইন্দ্রমক্কা পুন্না ফাম্মিন্নদুনা সম্মান ফংববা, পশুপতিনাথ মহাদেববু মন্ন যুদ্ধনা পেলহনবা ঙমখ্রবা অতি মানুষিক বুদ্ধি ধী শক্তি সম্পন্ন ওইববা অর্জ্জুনদু সাওবা মাগী মপুক্নিংদা হৌখ্রবা 'মোহ' খঙদবা পোকখি।

অদুনা সংসারদা মযেক শেংনা, লায়না খঙবা, উবা ঙম্বা পোৎ কয়া অমা লৈবি। অমবোমদা মিৎ পান্না পান্না থম্মোই লৈনা লৈনা ইন্দ্রিয় কয়াগী মতেংনা হেক্তা খঙবা, উবা ঙমদবা বস্তু কয়া অমসু লৈতবা নত্তে শম্না হায়ববদা ইমা ইপানা পোক্রকপা মতমদা পীবিবমলিবা মিৎ অনীসিনা উবা খঙবা ঙমদবা পোৎ কয়া অমা লৈবি মতাং অসিদানি ঐখোযনা অদুগুম্বা অকুপ্পা সুক্ষম ওইবা পোৎলম থীবমশিং অদু খঙবা, উবা ঙম্মনবা মিৎ মশা (উপনযন 3id eye inward eye) হায়বা অমা চংলকই মসি থীবক্পদনি ঐখোযনা 'গুরু' হায়বা অমা বাহে অমা শিজিন্নবির্বসি।

মনুষ্যানাং হৃদি তমোহারী সাধুর্নেবহি ন ভাস্বরঃ।।

মীওইবগী মপাল্লোংগী অমম্বদি নুমিৎনা তোকহনবা ঙমই, থম্মোইগী অমম্বদি নুমিৎনা তোকহনবা ঙমদে। সাধুতনা, গুরুতনা তোকহনগনি। জীব ঐখোযসি

পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনি, অদুনা জীব ঐখোযনা থিগদবা খঙগদবদি, সেবা তৌজগদবদি ইবুংঙো মাতনি। অদুগুম্বা জীবগী 'পবম প্রিযবস্তু' মাবু ফংননবা খুৎলাইদি প্রেমভক্তিগা লোযনবা জ্ঞান্ (মসিবু শাস্ত্রনা বিজ্ঞান্ হায়বে) অদুবু ফংননবগীদমক্তা শিষা না মখুত্তা যজ্ঞগী উপহাব সমিধ পাযবগা বেদগী তাৎপর্য্য মুন্না খঙলবা, কৃষ্ণতত্ত্ব নিংথীনা খঙলবা সদ্‌গুরু অমগী মনাক্তা কায মনো বাক্য না হাযবদি হকচাং-পুক্লিং-থাঙাং পুন্নমক একত্রিত ওইদুনা চঙজগনি।

তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুসেবাভিগচ্ছেৎ।
সমিৎপানিং শ্রোত্রিযং ব্রহ্মনিষ্ঠম্।। (মুণ্ডক ১/২/১২)

অসিগুম্বা আচার্য অমদগী দীক্ষা ফংলবা মীতনা হাযবিবা পবব্রহ্ম ভগবান্ হাযবদো মশক খঙগনি মবমদি ঃ

"আচার্য্যবান্ পুরুষো বেদ" হাযবা লৈবদগী। (ছান্দোগ্য ৬/১৪/২) বাফম অসিমক **কঠউপনিষদ্** নসু হাযবি। (২/৩/১৪)

উত্তিষ্ঠত, জাগ্রত, প্রাপ্য ববান্ নিবোধত।
ক্ষুবসা ধাবা নিশিতা দুবত্যযা।
দুর্গং পথস্তৎ কবযো বদন্তি।।

বেদপুরুষ ভগবান মশামক্ত সাধুশিংগী মফমদা হিতোপদেশ কান্নগদবা পাউতাক ওইনা হাযবমই —হে সাধুশা। বিষয চিন্তা থাদোক্তুনা অনর্থ হাযবদি কান্নদবা থৌবেম থাদোক্তুনা নশা স্বরূপ খঙনবা হোৎনজৌ; মহদ্‌জন মহাপুরুষশিংগী মফমদগী কৃপা ফংনবা হোৎনজদুনা ভগবানবু ফংনবা হোৎনজৌ। মবমদি সংসাব লম্বীসে চৎপা যাম্না লুবনি, পাথ্রবা, থৌখ্রবা ক্ষুব হাযবদি থাং মযা দা চৎপগা অম্নানি, যৈথাই থিনগাযবা, খুদোংথীবনা পীক থনবনি। ভগবত্ জ্ঞান নত্তনা সংসাব ঈপাক লানবা ঙম্লোই। দেব, মুণি, ঋষি ফাওবনা সংসাব হিবানবীগদবা ঈশ্বরসে যতন্ তৌদ্রবদি ফংবা ঙমদে। অদুনা সদ্‌ গুরুপদাশ্রয ওইদুনা যতন্ তৌনা ভগবান মঙোন্দা চংজবা নত্তনা সংসাব লান্নবা উপায লৈতে।

যস্যদেবে পবাভক্তির্যথা দেবে তথা গুবৌ।
তস্যৈতেকথিতা হ্যর্থাঃ প্রকাশন্তে মহাত্মনঃ।। (**শ্বেতাশ্বব** ৬/২/৪)

ভগবান্দা পবাভক্তি লৈবা অদুম্না শ্রীগুরুদসু শুদ্ধভক্তি থম্বা ঙম্বা অদুগুম্বা মহাত্মা অদুগী মফমদদি লুবদগী লুববা বিষয়— হায়বদি শ্রুতিগী বেদগী অর্থ লোইনা প্রকাশ তৌবী।

হায়বিবা জ্ঞান অসিমক্তি তর্ক যাম্না হৈবনা, মেধা যাম্না ফবনা, পণ্ডিত ওইবনা হেক্তা খঙবা যাবোই। অদু ওইববদি করম্বা মতমদা খঙগদৌবি?

জীবনা ভগবানগী মফমদা সেবা পাবাযণ ওইবক্রবা, ভগবান কৃপা ফংলবা মতমদুদা মহাক্কুগী মফমদা ভগবান্দুনা স্বয়ংপ্রকাশ তনু প্রকট তৌবীবক্কনি।

নাযমাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধযা ন বহুনা শ্রুতেন।
যমেবৈষ বৃনুতে তেন লভ্যস্ত সৈাষ আত্মা বিবৃনুতে তনুংস্বাম্ ।
(কঠ ১/২/২৩)

হকচাংনা শাগৎলবদা, হুমাং শৌবব মতমদা অইংবা ঈশিং লৈবা উকম লেপ মফমদা ঐখোযনা চংনৈ পোথানৈ অদুম হাযনা সংসাব মৈশা লাংলবা শিযনা সমিৎপানিং ওইদুনা খুত্তা যজ্ঞগী শীং পাযবদুনা বেদ বেদাঙ্গ পাংগ ওইববা ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইববা গুরুদা আশ্রয় তৌগনি।

জন্মমবণাদি সংসাবানল সংতপ্তো দীপ্ত শিবাজল বাশিমিব।
উপহাবাণি ঃ শ্রোত্রিয় ব্রহ্মনিষ্ঠ, গুরুমুপসৃত তমনুসবতি।।
(সদানন্দযোগীকৃত বেদান্তসাব ১১ শা সংখ্যা ধৃত)

কৃষ্ণ ভুলি যেই জীব অনাদি বহির্মুখ
অতএব মাযা তাবে দেয সংসাবাদি দুখ।।(চৈ, চ, ম ঃ ২০/১৭৭)

কৃষ্ণদগী মাই ওন্থোক্লবা জীবনা কৃষ্ণবু কাওথোকই অদুনা মাযানা মঙোন্দা সংসাব মৈশা চরাবা পী।

অসুম্না মাযাগী প্রভাবতগী ঃ

কভু স্বর্গে, কভু মর্ত্যে, নবকে বা কভু।
কভু দেব কভু দৈত্য, কভুদাস প্রভু।।

মতম খবমা স্বর্গদা অমুক্তা মর্ত্তদা, অমুক্তা নবক্ত, লাই ওইনা অমুক পোক, হিংচাব ওইনা অমুক পোক, অমুক্তা নিংথৌ অমুক্তা মিনাই মথং মথং পোক্কুনা

উংদুনা লৈরুরে। অসুম্না ব্রহ্মাণ্ড অসিদা ওম্না ওম্না উংদুনা লৈরুরবদগীদি মাগী কৃপানা লাকপা মতম অমদা ঃ-

গুরু কৃষ্ণ প্রসাদে পায় ভক্তি-লতা-বীজ।
তাতে কৃষ্ণভজে, করে গুরুর সেবন্
মায়াজাল ছুটে, পায় শ্রীকৃষ্ণচরণ্।। (চৈঃ চঃ মঃ ১৯/১৫/১০/২২/২৫)

গুরুকৃষ্ণগী কৃপাদগী মরাইবক ফবা জীবনা ভক্তি কৌবী উরীগী মরু থম্মোইদা থাজরে। ময়োল চোংলে। মদুনা মরম ওইদুনা গুরু সেবা তৌজরে শ্রীকৃষ্ণ ভজণ্ তৌজরে। গুরু সেবা কৃষ্ণভজন্না মরম ওইরদুনা মায়াজাল ককথৎপীরে, খণ্ডদবা, অমম্বা কোকখ্রে শ্রীকৃষ্ণচবণ ফংজরে। মপোকসে অনৌবা মপোক অমা ওইখ্রে দ্বিজ ওইরে। মতম অসি য়ৌরবদা জীবদা করি গতি লাক্রবগে হায়বদা —

মুকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙঘয়তে গিরিম্।
যৎকৃপা তমহং বন্দে পরমানন্দ মাধবম।। (ভাবার্থদীপিকা)

হান্নদি করিমতা খণ্ডদনা, রা অমত্তা ঙাংখোকপা, শক্তোকপা ঙম্লমদবা মরোল থোক্তবগা চপ মান্নবা লৈরম্নবা জীবদু ঙসিদি শ্রীগুরুগী কৃপাদগী মীনা তানিংবা, নুংশি-নুংশিববা মচং ওইরবা, খোইখুম্নরবা বাহে বাতা শিজিন্নবদুনা মীগী থম্মোই শুমহৎনা ঙাংবা, শকপা ঙমজরে। মখোং তেকপগা চপ মান্নবা লৈরম্বা নিপাদুনা ঙসিদি গুরুকৃষ্ণগী কৃপাদগী চীং ফাওবা কাবা ঙম্লক্রে, সংসার লম্বী চৎপা হৈবক্রে। পোকচবগী মহৈ যাক্লে, কৃতাকৃত ওইরে কৃপাদগী অসিগুম্বা সদ্গতি পীবা ঙম্বা গুরুদি কদাইদগী থিরুনি? মাগী মতীকচাবা শিয্যনা কদাইদগী লাক্কনি? "সদ্গুরু সচ্ছিষ্য অতি দুর্ল্লভ" হায়দুনা লৈখ্রে। অদুনা হৌজিক সদ্ গুরু থীনবা হোৎনরসি।

তস্মাদ্ গুরুংপ্রপদ্যেত জিজ্ঞাসুঃ শ্রেয়উত্তমম্।
শাব্দেপারে চ নিষ্ণাতং ব্রহ্মণ্যুপশমাশ্রয়ম্।। (ভাঃ ১১/৩/২১)

ভাগবত্না হায়রি 'শব্দব্রহ্ম' হায়বদি শ্রুতি শাস্ত্র সিদ্ধান্তদা নিংথিনা খঙলবা, নিষ্ণাত্ ওইরবা গুরুদগী তম্বা লৌইরবা, অধোক্ষজ ভগবান কবিনো হায়বা অনুভূতি ফংলবা, মদু ফংবদগী সংসারগী করিগুম্বা বিষয় অমত্তনসু মাবু খোইরাংবা, লাংতক্লবা পোকহনবা ঙমদ্রবা মহাক্তুব্ন সদ্গুরুনি হায়বগনি।

'হরিভক্তি বিলাসনসু" করি হায়রি য়েংবীয়ু ঃ-

কৃপাসিন্ধুঃ সুসম্পূর্ণঃ সর্ব্বসত্তোপকারক ঃ।
নিস্পৃহ ঃ সর্ব্বত ঃ সিদ্ধ ঃ সবর্ববিদ্যা বিশারদ ঃ।।
সর্ব্ব সংশয সংছেত্তা হনলসো গুরুবাহৃত ঃ।।

মপাললৈ তনা কৃপা চেনবা, অনাৎপা অমত্তা লৈত্রবা, থোইদোকপা গুণ খিবিক্কা তিল্লবা, জীবপুম্বগী হন্নবতা খনবা, নিস্কাম ওইববা সবর্ববিদ্যা লোইনা হৈবা হায়বদি ব্রহ্মবিদ্যাদা, ভক্তি সিদ্ধান্ত দা নিপুণ ওইরবা, শিষ্যগী চিংনবা নিংথীনা কোকহনবীবা গুম্বা হবি সেবাদা পুক্নিং চংবা মহাক্তুবু 'গুরু' নি হায়না লৌগনি। মসিদগী হেনবা 'জগত গুরু' - 'গোস্বামী' ওইগে হায়বদি কবি কবি গুণ চেনবা তাই —ঃ

বাচো বেগং মনস ঃ ক্রোধ বেগং
জিহবা বেগ মুদ রোপস্থ বেগম্।
এতান বেগান যোবিষহেত ধীব ঃ
সর্ব্বামপীমাং পৃথিবীং স শিষ্যাৎ?।।

(শ্রীরূপগোস্বমী কৃত উপদেশামৃত ১স্)

বাঙাংগী ঈপোম, থম্মোইগী ঈপোম, অশাওবগী ঈপোম, লৈযেংগী ঈপোম পুক্কি ঈপোম উপস্থ কামগী ঈপোম ঈপোম তরুক অসি খাঙবা হৈরবা গুম্লবা মীদুনা পৃথিবী পুম্না শাসন তৌবা ঙমই। মাবু বেগ ৬ জয তৌবা ঙমই হাযদুনা গোস্বামী কৌই অসি গুম্বা গুরুসি ইচম চসা নত্তে। মাত্তোন্দা মর্ত্ত্য বুদ্ধি থম্বা যাদে, মাবু মীনি হাযনা ঙংফদে।

বৈষ্ণবতনা বর্ণাশ্রম ৪ মক্কী গুরু ওইগনি।

বিপ্রক্ষত্রিয বৈশ্যাশ্চ গুবব ঃ শূদ্রজন্মনাম্।
শূদ্রাশ্চ গুরুবস্তেষাং ত্রযানাং ভগবৎ প্রিয়া ঃ।। (পদ্মা-পু)।ঃ

ব্রহ্মাণনা ক্ষত্রিয অমদি বৈশ্য শূদ্র দা পোকপা মীওইশিংগী গুরু ওইগনি হাযবদি সাধাবণ বিধিনি। অদুবু ভগবৎপ্রিয় হায়বদি বৈষ্ণবশিংনা শূদ্রকুলদা পোকচববসু বর্ণ পুম্নমক্কী গুরু ওইবা যাই।

সদ্ গুরু হাযবসি সম্বন্ধজ্ঞান পিবা আচার্য্য অদুনি।

বৈবাগ্যযুগ, ভক্তিবসং, প্রয়ত্নৈবপাযযন্মামনভীপ্সু মন্ধম্।
কৃপাম্বুধির্য ঃ পবদুখদুঃখী সনাতনং তং প্রভূমাশ্রযামি।।

**(শ্রী লদাস গোস্বামী কৃত বিলাপ কুসুমাঞ্জলি, তরুক শ্লোক)**

মতম পুম্বদা মীগী অবাবদা বাবীবা, দযাগী সাগর ওইবা, ঐনদি পাম্মুদ্রবসু মানা যতন্ তৌনা খঙ্দবনা মিং তাংলবা ঐঙোন্দা বৈবাগ্যগা লোয়নবা ভক্তিরস পীথকপিদুনা সম্বন্ধজ্ঞান তাকপিবা সনাতন প্রভুবু ঐনা পৈঞ্জে।

**আচার্য্য কদাইবু কৌবগে ?**

উপনীযতু যঃ শিষ্য ঃ বেদমধ্যাপযেদ্দ্বিজ ঃ।
সংকল্পং সবহস্যঞ্চ তমাচার্য্যং প্রচক্ষতে।।

শিষ্যদা উপনযন তৌবীদুনা যজ্ঞবিদ্যা অমদি উপনিষদকা লোযননা বেদ শাস্ত্র পুম্বা তম্বীবা ব্রাহ্মান অদুবু মুনিশিংনা 'আচার্য্য' হাযনা কৌই।

আচিনোতি যঃ শাস্ত্রার্থ মচাবে স্থাপযত্যপি।
স্বযমাচবতে যস্মাদাচার্য্য স্তেন কীর্ত্তিত ঃ।।

শাস্ত্রগী অর্থ হাযবদি শাস্ত্রসিদ্ধান্ত মযেক শেংনা খোমজিন্দুনা অতোপ্পদা তাকপীদুনা মদুগী মতুং ইন্না চৎহনবা অমদি মশামকসু মদুম্না চৎলি হাযদুনা মাবু আচাববান্ তত্ত্ব খঙবা হাযনা মীনা ঙাংনৈ শোম্নে।

অসিগুম্বা মীগী মতৌসি সাধাবণ প্রজাশিংনা মখোযগী মতৌ তম্নে। ফিদম ওইনৈ।

যদ যদাচবতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতবো জন ঃ।
স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনু বর্ত্ততে।। (গীতা ৩/২১)

ভগবান্না উদ্ধবতা হাযখি 'হে উদ্ধব! গুরুদেববু ঐগী স্বরূপনি হাযনা খঙগদবনি। গুরুবু ইচম চম্না খন্দুনা মাগী য়াথং ইন্দবা তৌগনু। গুরুসে লাইপুম্নমক্কী মশক্কি।

আচার্য্যং মাং বিজানী যান্নাবমন্যেত কর্হিচিৎ।
ন মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যা সূযেত সর্ব্বদেবমযো গুরু।। (ভাঃ ১১/১৭/২৭)

দীক্ষা শিক্ষা খায়বদগী গুরু মথল অনীনি —

শ্রীবাসনচিংবা ঈশাভক্তশিং, অদ্বৈত প্রভুনচিংবা ঈশাবতারশিং, প্রভু নিত্যানন্দনচিংবা প্রকাশ তত্ত্বশিং, অদুগা শ্রীগদাধরনচিংবা ঈশা শক্তিশিং অসিগুম্বা পঞ্চতত্ত্ব গী মশক ওইবা ঈশস্বরূপ মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা পরমতত্ত্ববু ননাইনা খুরুমজে। (চৈঃ চঃ আঃ ১/১)

বন্দে গুরূনীশভক্তা নীশমীশাবতারকান্।
তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণচৈতন্যসংজ্ঞকম।।(১/১)

**গুরুতত্ত্বদা দীক্ষা গুরু কনানো ?**

যদ্যপি আমার গুরু চৈতন্যের দাস।
তথাপি জানিয়ে আমি তাঁহার প্রকাশ।। (চৈঃ চঃ আঃ ১/৪৪)

ঐগী গুরুসে শ্রী চৈতন্যদেবগী মনাইনি হায়রে অদুবু ননাইনদি মাবু চৈতন্য মহাপ্রভুগী তত্ত্ব হায়না লৌই।

শিক্ষা গুরু অনী ফুই (১) চৈত্ত্য গুরু (২) মহান্ত গুরু —

গুরু-কৃষ্ণরূপ হন শাস্ত্রের প্রমাণে,
গুরু রূপে কৃষ্ণ কৃপা করেন ভক্তগণে
শিক্ষাগুরুকে ত জানি কৃষ্ণের স্বরূপ।
অন্তর্যামী ভক্তশ্রেষ্ঠ এই দুই রূপ (চৈঃ চঃ আঃ ১/৪৫/৪৭)
গুরুসে কৃষ্ণগী মশাক শাস্ত্রনা হায়বানি
গুরু রূপ্তা কৃষ্ণনা কৃপা তৌবা ভক্তশিংদা
শিক্ষা গুরুদি স্বরূপ কৃষ্ণগী মশাক
অন্তর্যামী অমদি ভক্ত অথোইবা শক্লোন অনী নি।
কৃষ্ণগী কৃপাদগী গুরু কৃপা ফংগদবনি
কৃষ্ণ যদি, কৃপা করেন কোন ভাগ্যবানে।
গুরু অন্তর্যামিরূপে শিখায় আপনে।। (চৈঃ চঃ আঃ ২২/৪৭)

শ্রীগুরুদি কৃষ্ণগী শাক্তনি — মুকুন্দ ভগবানগী চান্নথোইবনি।

ন ধর্ম্মং নাধর্ম্মং শ্রুতিগন নিরুক্তং কিল গুরু
ব্রজে রাধাকৃষ্ণ প্রচুর পরিচর্য্যামিহ তনু।

সচীসূনুং নন্দীশ্বর - পতিসুতত্বে গুরুবরং
মুকুন্দ প্রেষ্ঠত্বে স্মর পরমজস্রং ননু মন ঃ।।

হে মন্! বেদনা হায়রিবা ধর্ম্ম হায়বদি পুন্য অদুগা অধর্ম্ম হায়বদি পাপ হায়নরিবশিং অদুনা নঙোন্দা কবিসু তৌজরবা ঙম্লোই। ব্রজদা রাধাকৃষ্ণগী মবমদা চংখোন্না শোঞ্জৌ শকচৌ অদুগা শ্রীশচীগী মচানুপা শ্রীগৌরসুন্দরবু নন্দগী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নদে অভিনন্নি খঙজদুনা গুরুদেববু মুকুন্দ ভগবানগী চান্নথোইবনি নিংজদুনা তৎতনা স্মরণ তৌজৌ।

**"অসৎ গুরু গুরুব্রুব" থাদোক্কনি**

ভক্তিগী পাওতাক পীদুনা মৃত্যুরুপ সংসাব কোকহনবা ঙমদবা গুরুদো গুরু কৌদে। মবীমতা স্বজন ওইববসু স্বজন নত্তে। পিতা ওইরবসু পিতা নত্তে। জননী ওইরবসু জননী নত্তে। দেবতা ওইববসু দেবতা কৌবা য়াদে। পতি ওইরবসু পতি নত্তে। মাগী পাণিগ্রহন তৌবা মতীক চাদে।

গুরুর্ন স স্যাৎ স্বজনো ন স স্যাৎ
পিতা ন স স্যাজ্জননী ন সা স্যাৎ।
দৈবং ন তৎ স্যান্ন পতিশ্চ স স্যাৎ
ন মোচয়েৎ যঃ সমুপেত্-মৃত্যুম্।। (ভাঃ ৫/৫/১৮)

শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা বেদবাক্যদা নিষ্ঠা লৈজরবসু বেদগী রহস্য হাযবদি 'পরব্রহ্ম'বু খঙহনবীবা ঙমদ্রবদি গুরুদো মচাপোক্রবী ষনবী (barren cow) লোইবা গা চপমান্নে। (শম্থিদা শেংবা, নাপীদা ফানবা শঙোমদি পীদবা)

শব্দব্রহ্মনি নিষ্ণাতো ন নিষ্ণায়াৎ পরে যদি।
শ্রমস্তস্য শ্রমফলো হ্যধেনুমিব রক্ষতঃ।। (ভাঃ ১১/১১/১৮)

শাগৈ-জাৎ ফরবসু বেদ হৈরবসু বৈষ্ণব নৎত্রবদি গুরু ওইবা মতীক চাদে।

মহা-কুল-প্রসূতোহপি সর্ব্ব যজ্ঞেষু দীক্ষিত ঃ।
সহস্র শাখাধ্যায়ী চন গুরু ঃ স্যাদাবৈষ্ণব ঃ।। (হঃ ভঃ বিঃ ১/৪০)

গুরুবে বহব ঃ সন্তি শিষ্যবিত্তাপহারকা ঃ।
দুর্ল্লভ ঃ সদ্গুরুর্দেবি শিষ্যসন্তাপহারক ঃ।। (পুরাণবাক্য)

শিষ্যগী লন মৎপা গুরু য়াম্না লৈ। শিষ্য অবাবা কোকহনবা ঙম্বা গুরুদি য়াম্না তাংই। অসিগুম্বা অসদ্ গুরুদি থাদোকউ হায়।

গুরোরপ্যবলিপ্তস্য কার্য্যাকার্য্যমজানতঃ।
উৎপথপ্রতিপন্নস্য পরিত্যাগো বিধীয়তে।। (মহাভাঃ উঃ পার্ঠ ১৭৯/২৫)

অসদ্ গুরু থাদোক্নুনা সদ্ গুরুদা চংজগনি।
গুরু দেববু মীচমনি খল্লবা মাদো নরক তাই।
মানা কৎপা পূজা অর্চা অরেম্বনি শামুনা ইরুজবগুম্বনি।

যস্য সাক্ষাদ্ভগবতি জ্ঞানদীপপ্রদে গুরৌ।
মর্ত্ত্যাসদ্ধী ঃ শ্রুতং তস্য সর্ব্বং কুঞ্জর শৌচবৎ।। (ভাঃ ৭/১৫/২৬)

গুরুদেবসি নিত্যানন্দ স্বরূপনি।

হেন নিতাই বিনে ভাই, রাধাকৃষ্ণ পাইতে নাই,
দৃঢ় করি ধর নিত্যাইর পায়।।

শম্না হায়রবদা শিষ্যগী থম্মোইবু শ্রীকৃষ্ণগী মাইকৈদা চিংশিনবীবা ঙম্বা মাদু গুরুনি। জগৎকী বিদাশুনা হৈববা শুক্রাচার্য্য ফাওবা সদ্‌গুরু ওইবা ঙমখিদে।

নামদাতা, প্রেমদাতা শ্রীশ্রী কৃষ্ণচৈতন্যদেববু খুরুমজে।।

হরি ওম্ তৎ সৎ

---

# নাট্যবেদগী হৌরকফম

এস. গৌরমণি শর্ম্মা

*খোঙহামপাৎ*

নাট্যবেদং দদৌ পূর্ব্বং ভরতায় চতুর্ম্মুখ ঃ।
ততশ্চ ভরত ঃ সার্দ্ধং গন্ধর্ব্বাপ্সবসাং গণৈ ঃ।।
নাট্যং নৃত্তং তথা নৃত্যমগ্রে শম্ভো ঃ প্রযুক্তবান্।
প্রায়োগমুদ্ধতং স্মৃত্বা স্বপ্রযুক্তং ততো হর ঃ।।
তণ্ডুনা স্বগণাগ্রাণ্য ভরতায়, ন্যদীদিশৎ।
লাস্যমস্যাগ্রত ঃ প্রীত্যা ঃ পাবর্বত্যা সমদীদিশৎ।।

থাইনা মমাংঙৈদা চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মানা ভরত্তা নাট্যবেদ তম্বীরমই। মতুংদা গন্ধর্ব্ব অমসুং অপ্সবাশিংগা লোযননা ভবতনা শম্ভু মহাদেবগী মমাংদা নাট্য, নৃত্ত অমসুং নৃত্য প্রযোগ তৌদুনা জগোঈ শাখি। অদুগী তুংদা শম্ভুনা মাগী শিষা অহল তণ্ডুদা হান্নবা তম্বীবগা ভবত্তা তণ্ডুনা তম্বীহনখি। মহাদেবনা ভবত্তা তম্বীদ্রিঙৈদা নিজ প্রিয়া পার্ব্বতীদা হান্না লাস্য তম্বীখি।

নাট্যবেদ হাযবসি গন্ধর্ব্ব বেদবুনি। মসি সামবেদগী মশা উপবেদনি। গীতনা প্রধান ওইরগা গন্ধর্ব্ববেদ হায়বা, অদুগী অভিনয়না প্রধান ওইরগনা নাট্যবেদ মহায়বতনি।

ব্রহ্মানা করমতৌনা ভরত্তা নাট্যবেদ তম্বীখিবগে হায়বগী মরমদা শন্দোক্লা 'নাট্য-শাস্ত্র' গী প্রথম অধ্যাযদা ইদুনা লৈ। থাইনা মমাংঙৈদা স্বায়ম্ভুব মনুগী মতমদা অহানবা সত্যযুগ প্রথম সত্যযুগ লোইরবদা ত্রেতাযুগ হৌরকপা মতমদা সংসাব পুন্নমক্তা অধর্ম্মনা চংলক্পা হৌরক্লবদা লোক পুন্নমক্তা অবাবা খুদোংচাদবা চংলকপা উরবদা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ান্না ব্রহ্মা পিতামহদা অধর্ম্ম রক্ষা উপায় ওইননবা

বর্ণ পুন্নমক্কী মীওই পুম্বনা খঙজবা পাজবা ঙম্নবা লাইতক্পা মওংদা মঙাশুবা বেদ পঞ্চম বেদ সৃষ্টি তৌবীবম্নবা হাযজখি। মসিদগী চতুর্ব্বেদগী সাব-মচিগী মশক ওইববা নাট্যবেদ অসি ব্রহ্মানা সংকলন্ তৌবীবম্বনি। লাইশিংনা হাযজবগা শেম্বীবম্বা নাট্যবেদ অসি লাইশিংদদি শিন্নবমদ্রদুনা ভবত অমদি মাগী মচানুপা চামদা শিন্নবীবমই। মবমদি লাইশিংনা অমৃত ফংখিবদগী মখোযগী মপুন্সি অঙকপা মওং অমদা লেন্দুনা লৈথোকখ্রে। চাবা-থকপগী অব্বাবা, অব্বাৎপা লৈত্রবা লাইশিংনা নুমিৎচুপ্পা ফজবতা শেৎ, অহাওবদা চা নুংঙাইথোক্লগা লোইবে হাযবা মওং অমদা লৈথোকখিদুনা অধ্যাত্মিক্কী ওইবা ৱাফমদি পুংকাও কাওথোকতুনা লৈথোকখ্রবদা ব্রহ্মানা নাপল চাওবা, অভিমান্যুক্ত ওইবা ভক্তি লৈতবা লাইশিংদা শিন্নবম্বা মতীক চাদে অফবা ওইবোই খন্দুনা মী ওইববস্ ঈশ্বরদা মাই ওনশিনবা, ভক্তি লৈবা ভবত্তা ইহান হান্না নাট্যবেদ উপদেশ তৌবীবমই।

ব্রহ্মাগী যাথংদগী ভবত না দেব-দেব মহাদেবগী মমাংদা নাট্য প্রযোগ তৌখিবগে হাযবদা 'সমুদ্র নৈবগী' মতাংদা অমদি 'ত্রিপুর দাহ' গী মতমদা লাই হিংচাবশিংগী অভিনয হাযবদি মখোযনা লেংবা, খোৎপা, হিংচাবশিংনা মপাঙ্গলদা আশ্রয তৌবগা সমুদ্র নৈবগী থবক তৌখিবা, লাইশিংনা লৌশিংদা জ্ঞানদা আশ্রয তৌবগা সমুদ্র নৈবগী থবক তৌখিবা অভিনয মওংশিং অদু উবদা মহাদেব যাম্না নুংঙাইখি, পেনখি। মহাদেবনা মসিদগী আবিষ্কৃত তৌখিবা পুথোকখিবা জগোঙ্গ নৃত্য অদুমক ভবত্তা তণ্ডুনা তম্বীহনখি। ৱাহংম অসি 'নাট্য শাস্ত্র' গী চতুর্থ-অধ্যাযদা যর্ংবিগনি। পার্ব্বতীদা হাম্নবা তম্বীখিবনা অসি গুম্বা থোৎলবা, নৌববা নৃত্য কলা অসি পার্ব্বতীনা আবিস্কৃত্রীনি হাযনস্ অদুম হাযনৈ।

বুদ্ধাহথ তাণ্ডবং তণ্ডোর্মভ্যোভ্যো মুনযোহবদন।
পাবর্বতী ত্বনুশাস্তি স্ম লাস্যং বাণাত্মজামুষাম।।
তযা দ্বাববতী গোপাস্তাভিঃ সৌবাষ্ট্র যোষিত ঃ।
তাভিস্ত শিক্ষিতা নার্য্যো নানাজন পদাস্পদা ঃ।
এবং পবম্পবাপ্রাপ্তমেতল্লোকে প্রতিষ্ঠিতম

তণ্ডুগী মফমদগী তাণ্ডবজ্ঞান ফংলবদা ভবতনচি২ মুর্দিশ না মর্ত্তদা লৈবা মীওইবশিংদা বিদ্যা অসি শিক্ষা পীখি। অদুগী পার্ব্বতীনা বাণাসুবগী দুহিতা মচানুপী

উষাদা লাস্যবিদ্যা শিক্ষা পীখি। উষানা দ্বারবতী হায়বদি দ্বারকাগী গোপীশিংদা— মখোয়না অমুক সৌরাষ্ট্রগী নুপীশিংদা অদুদগী মথং-মথং ভারত শিষ্টুংনা শন্দোকখি।

ঋগ, যজু ঃ সাম বেদেভ্যো বেদাচ্চাথবর্বণ ঃ ক্রমাৎ।
পাঠ্যং চাভিনয়ং গীতং বসাণ্ সংগৃহ্য পদ্মজ ঃ।।
ব্যরীরচচ্ছাস্ত্রমিদং ধর্ম্মকামার্থ মোক্ষদম্।।
কীর্ত্তি প্রাগলভ্য সৌভাগ্য বৈদগ্ধ্যানাং প্রবর্দ্ধনম্।
ঔদার্য্য স্থৈর্য্য ধৈর্য্যানাং বিলাসস্য চ কাবণম্।।
দু ঃখার্ত্তি শোক নিবের্বদ খেদ বিচ্ছেদ কারণম্।
অপিব্রহ্মপবানন্দাদিদম ভ্যধিকম্ মতম্।।
জহাব নাবদাদীনাং চিত্তানি কথমন্যথা।।

ঋগতগী পাঠ্য; যজুদগী অভিনয; সামদগী গীত, অমসুং অথর্ব্ববেদদগী রস মথং মনাও নাইনা সংগ্রহ তৌবগা পদ্মযোনি ব্রহ্মানা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ পীবা ওম্বা শাস্ত্র অসি রচনা তৌবীবমই। মসিদগী মীগী কীর্ত্তি হাযবদি মিংচৎ, প্রগলভ্য হায়বনা-শাস্ত্রদা পুক্লিংচংবা, সৌভাগ্য লাইবক ফবা অমসুং বৈদগ্ধ হাযবনা লৌকিক বিষয়দা হৈশিংবা, ঔদার্য্য-পীন হৈবা, স্থৈর্য্য হাযবনা চংশিল্লুরবা থবক্তা লোইদনা তোক্লকতবা; অমদি বিলাস-খঙনিংবা, ফংনিংবা গুণ পূম্নমক অসি পোকহন্দুনা দুঃখ— বাহ্য ইন্দ্রিয়গী পরিতাপ, আর্ত্তি - বাচিক-পরিতাপ, শোক মনগী সন্তাপ; নির্ব্বেদ - থম্মোইদা ইহাং হাংবা ফাওবা অমদি খেদ - হকচাংগী সন্তাপ কোকহন্দুনা মহামঙ্গল গী মশক ওইরবা কান্নবা পী।

আস্যেনালম্বযেদ গীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েদ্ভাবং পাদাভ্যাং তালমাদিশেৎ।
যতোহস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মন ঃ।
যতো মনস্ততো ভাবো যতো ভাবস্ততো রস ঃ।।

গীত হাযবসি মুখগহবর চিন্ মখুন্দগী থোরকই অদুনা মুখসি গীতকী আশ্রয স্থান্নি। খুৎ হাইবগা মীঙোন্দা বাফম কয়া খঙহল্লি অদুনা গীতকী অর্থ উৎননবগী মরুওইবা উপাইদি খুৎনি। থম্মোইদা লৈবা ভাবপু মপান্দা ফোংদোক্লবগী কেন্দ্রদি মিৎ অনী অসিনি। মীত্তা মীওইবগী থম্মোইগী মমি তাই অদুনা মিৎকী মতেংনা

ভাব ফোংদোক্নে অদুগা তাল রক্ষা তৌনবা মরুওইবা উপায়দি খোঙ অনী অসিনি। খোইদোক্না জগোঈ - শাবা ঈশৈ শকপা মীনা মখোঙ অনীদু তালানুগা ওইবা খোইদোক্না মক ওইবা বানি। অদুনা ঈশৈ তম্বা হৌদ্রিঙৈদা খোঙ-খক্তা থাংবা হান্নবা তম্নবিবনি।

খুৎ হাইহুম্বনা মীগী মিৎয়েং আকর্ষণ তৌই। খুৎ হাই হুম্বদুনা মীগী মিৎ পেলহল্লবদি মাগী থম্মোই চিংশিনবা ঙমই। মন আকর্ষন তৌরবদা সংগীতকী ভাব পোকপা ঙম্মে। দর্শক সমাজ হায়বদি ভাবকশিংদুগী ভাব অদুনা মপুং ফাববদা ভাবকী খম্বাল ফংগায়বা শাংলবদা ভাবতুদগী রস থোবকই। মদুগুম্বা রস অদুনি ঐখোয়না আস্বাদন তৌগদৌরিবা।

অসিগুম্বা নট সংকীর্ত্তনগী রসসি কগাম্না মতীক মগুণলে হায়বদা জ্ঞানীশিংনা, যোগীশিংনা মসিনা মরোইরে হায়না আস্বাদন তৌবিবা 'ব্রহ্মানন্দ' হায়বদুদগী হন্দকী নাম শোনবা হরিসংকীর্ত্তন গী মহাও না য়াম্না হেল্লি হায়বসি শযামগী অভিমতনি। মহত্রবদি শ্রীনারদনাচিংবা মুনিশিংনা যাগ যজ্ঞ, তপস্যা পাদোক্নুনা মখুত্তা বীণা যন্ত্র পায়রদুনা হরি গুণ গান তৌবদা ঙাওরিবসে হৌরক্লোইদবনি। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা তাকপীরম্বা বাক্য —

চেতোদর্পণ মার্জনং ভবমহাদাবাগ্নি নির্বাপণং।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকা বিতরণং বিদ্যাবধূ জীবনম্।
আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনম্ ।

অদুনা জগগুম্বা মীওইবা ঐখোয়গী মপোক অসিদা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা সাধনা পুম্নমকী মনুংদা খ্বাইদগী মক ওইবা সাধনাদি নাম সংকীর্ত্তননা ওইরি। স্বর্গদা দেবরাজ ইন্দ্রগী মাংদা রম্ভা, উর্বশি, মেনকা, তিলোত্তমানচিংবী শিংনা শাখিবা জগোইদু ফাগ চাওখৎনবনি। হরি সংকীর্ত্তননা প্রেম চাওখৎলবনি।

**কলিদা জীবগী লান্নবা উপায়দি —**

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।
দ্বাপরে পরিচর্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ।। (ভাঃ ১২/৩/৫২)

হরি ওম্ তৎ সৎ।।

# শ্রীরাধা

**নিংথৌজম খোলো সিংহ**

*থাংমৈবন্দ খুযাথোং*

বৈষ্ণবশিংনা হংনৈ রাধা কনানো শ্রীকৃষ্ণগা করি মরি লৈনৈ? কনানো হায়র্বসি খুম্বদা লুনা থোকহ। এরি ঋগী ৩ত্ত খণ্ডবনা রাধাগী ৩ত্ত পঙবনি হায়না লৌনৈ। শ্রীরাধাঠাকুরানীগী মরম অসি যাম্না ঙকানংঙাই ওইখ্রে, থুপ্না লেখ্রে। বেদ, পুরাণ, ইতিহাস অমসুং বেদাঙ্গনচিংবদা রাধাগী মরম থীবদা যাম্না ৱানা থোকই। শ্রীমদ্ভগবততসু শ্রীরাধাগী মশক অসি ফোংনা উৎলমদ্রে। শঙ্গোমগী মনুংদা ঘী লোক্তুনা লৈরগুম শ্রীরাধানা ভাগবতগী মনুংদা লোৎতুনা লৈখ্রে।

শ্রীরাধাগী মমিং শ্রীমদ্ভাগবতদা পদ্রিরবা কবিগীনো হায়না কনাগুম্বা পুকচেল শেংলবা কাঙবুনা হংলকপা যাওই টিকাকারশিংনা মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মতপীনৈ। শ্রীযশোদা রানী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা গোপী কনাগী মমিং শ্রীমদ্ভাগবতদা পন্দে। অদুনা রাধাগী মমিং ভাগবতদা পন্দবনি হায়নৈ। (**শ্রীরাধা - মাধব চিন্তন**)। অতোপ্পা মতনা মশাগী মমিং, লাইগুরুগী মমিং, যাম্না লিকপা মীগী মমিং, মচানুপা মহলগী মমিং অমসুং ভার্য্যাগী মমিং পন্নদে হায়।

(আত্মনাম গুরোর্ণাম নামাতি কৃপণস্যচ।

শ্রেয়স্কাম ন গৃহ্ণীযাৎ জ্যেষ্ঠাপত্য কলত্রযোঃ)।

অদুনা শুকদেবনা মহাক্কী গুরু শ্রীরাধাগী নাম পন্দবনি। অকক্নবা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা ভাগবত পাঠ তৌগদবা শুকদেবনা কবিগুম্বা রাধাগী মিং অসি হেক পনবা তাররদি মহাক সমাধিদা লৈখিগনি। অদু ওইররদি ভাগবত সম্পূর্ণ ওইবা ঙম্নরোই। ভাগবত শ্রবণ তৌরিবা পরীক্ষিৎসু অরানবা খুভম ফংবা ঙমলরোই। মরম অসি

লৈবদগী শ্রীরাধাগী মিং ভাগবতগী মনুংদা পন্দবনি হায়না ফোংদোক্লি। থোক্লগদবা পুন্নমক শুকদেবনা হান্না উরুবদগী রাধাগী নাম লোৎশিন্দুনা থম্বনি।

থোইদোক হেন্দোকপা মবম অমনা শুকদেবনা অনিংবা অমা যাওনা রাধাগী মবম অসি ভাগবতদা লোত্তুনা থনম্মী। রাধাদগী পোকলক্লিবা বস অসি প্রেমগী ললগেগী মনুংদা যাল্লা মমল যাম্বা হেবা মণিনি। কনাগুম্বা প্রেমভক্তিগী লম্বীদা চঙজবক্লিবা অখন্নবা লবতনা বসগী মহাও অসি তংবা ওম্মী, রাধাবু ফংজবা ওম্মী। অতৈ অতোপ্পা জ্ঞান অমসুং বুদ্ধিনা ললগে অদুদা চঙলুবা ঙমদে। জীব গোস্বামীনা রাধারানীগী কৃপাদগী ললগৈ অসি মীপুম খুদিংনা য়েন্নবগীদমক হাংদোক্কুনা থম্মীবম্লে। খুইদগী লাংবা বস, রাধা কৃষ্ণ একাকার স্বরূপপ্নি হায়বসি মহাক্না পাংথোকলম্মী। (শ্রীবৎস গোস্বামীগী টিকা)। শ্রীমদ্ভাগবতগী মনুংদা রাধাগী স্বরূপ লোৎতুনা লৈ হায়বসি মখাগী শ্লোক অসিদা য়েংসিনবা ঙাক্লি।

"নমো নমস্তেস্ত্বৃষভায় সাত্বতাং বিদূরকাষ্ঠায় মুহুঃ কুযোগিনাম।
নিরস্তসাম্যাতিশয়েন রাধসা স্বধামনি ব্রহ্মণি রংস্যতে নমঃ।।"

(ভাগবত ২।৪।১৪)

"সাত্বত" "স্বধামনি" "রাধসা" অমসুং "রংস্যতে" নচিংবনা কবি খঙহল্লি? সাত্বতনা ভক্তশিং, যোগীশিংগী অকুপানবগীদমক বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবা ভগবান মহাকপু খুকমতৈ হায়না খঙহল্লি। ভগবান মহাক্তি কদায়দা লৈ হায়বগী বাহং অমা লাকই। শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈ। 'স্বধামনি' হায়বগী অর্থনা মসি তাকই? বৃন্দাবন্দদি কনাগা লোয়ননা লৈমীন্নে? শ্রীরাধাগা লোয়ননা লৈ (রাধাসা)। কবিগীদমক বৃন্দাবন্দা নিবাস ওইরিবনো? রাস ক্রীড়া শান্নবগীদমক্কি (রংস্যতে)।

ইবুংঙোগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নগদৌরিবা রাধা হায়বসিনা কনানো? রাধা পুন্নমক্তগী পুমহেল হেল্লিবী, নুংশিবা রাশি গুল্লা তোৎলগা শাবা স্বরূপপ্নি। রাধাগী কায়ব্যূহ ওইরিবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনহনবা ঙমদে। কৃষ্ণগী থম্মোয়বু শুমহৎপা ঙম্লিবীদি শ্রীরাধা ঠাকুরানীনি। কৃষ্ণগী থম্মোয়বু হুই হায়বদগী রাধাবু প্রাণহবা কৌই। জগৎপু শুমহৎপা ঙম্বা শ্রীকৃষ্ণবু রাধানা শুমহৎপা ঙম্মী হায়দুনা "জগৎ মোহন কৃষ্ণ তাহার মোহিনী" হায়।

গোপীশিংগী নাপল মাঙহন্নবগী কৃষ্ণনা মাঙখিবা মতমদা ৰাধাবু পুদুনা চৎখিৰবসি হকচাঙনা চৎখ্রগা থৱাযনা লৈহৌবা যাদদুনা ৰাধাগা লোযননা চৎখিৰনি। ৰাধাদি শ্ৰীকৃষ্ণগী আত্মানি। শ্ৰীকৃষ্ণনা আত্মাৰাম ওইদুনা লৈ হায়বিৰবসি মহাক্কী আত্মা ওইবা ৰাধাদা ৰমণ ওইদুনা লৈববু খঙনৈ।

ৰাধাকৃষ্ণ এক আত্মা দুই দেহ ধৰি।
অন্যোন্যে বিলাস যে ৰস আস্বাদন কৰি)"।

(স্কন্দ পুৰাণ (২/১১ ১৩)।

শ্ৰীকৃষ্ণসু ৰাধানি, ৰাধাসু শ্ৰীকৃষ্ণনি, মখোয অনীগী প্ৰেম্না ৰাশীনা ওই।

কৃষ্ণনা ৰাধাবু উবগা পেনবা অদুগা ৰাধানসু কৃষ্ণবু উবগা পেনজবা অসুম্না মহৈ মহে লৈনবা প্ৰেমগী মৰীবু আস্বাদন তৌই। ৰাসবী প্ৰসঙ্গদা গোপী অমখক্কা পল্লি। মহাকসি সৰ্বশক্তিমান ওইবা ভগবান শ্ৰীকৃষ্ণগী "আৰাধিকা" ওইবী, আৰাধন তৌবীনি। মহাকপু ৰাধিকা হাযনা খঙনৈ।

"অনযাৰাধিতো নূনং ভগবান হৰিৰীশ্বৰঃ।
যন্নো বিহায গোবিন্দঃ প্ৰীতো যামনযদ্ৰহঃ।।'

(ভাগবত ১০/৩/২৮)।

ৰাধা মাধৱ অনী অসি অমত্তা ওইৰবসু অমনা অমবু আৰাধনা তৌনৈ। ৰাধানা শ্ৰীকৃষ্ণবু আৰাধনা তৌই, অদুগা শ্ৰী কৃষ্ণনসু ৰাধবু তৌই। মখোয অনী অসি আৰাধ্য-আৰাধক ওই। শ্ৰীকৃষ্ণনা ৰাধাবু পূজা তৌবগা "ৰাধা" কৌই, অদুগী ৰাধানা মতম লৈবা খিবিক্তা কৃষ্ণগী পেন্নবা সেৱাদা তৌদুনা লৈৰদগী "ৰাধিকা হাযনা খঙনৈ। "ৰাধ্নোতি" হাযবা ৱাহৈদগী "ৰাধা" ওইৰকই।। শ্ৰীমদ্দেৱী ভাগবত)। "ৰাধ্নোতি" হাযবগী অৰ্থদি অনিংবা পুম্বা থুংহনৰবু খঙনৈ। ৰাধা শ্ৰীকৃষ্ণগী আনন্দনি, থমোইগী অপেম্বনি।

শ্ৰীকৃষ্ণগী আনন্দস্বৰূপিনী ওইববু ৰাধা কৌই। মথক্কী শ্লোক্তা যাওবিবা "অনযাৰাধিতো" হাযবসি কনাসু নত্তে ৰাধানি হাযদুনা শ্ৰীসনাতন গোস্বামীগী বৈষ্ণব তোষণীদা অসুম্না টিকা পী। ৰাধযতি অৰাধাযতীতি ৰাধেতি নাম কৰণঞ্চ

দশির্তং"। বিশ্বনাথনসু অসুম্না টিকা পী। "ততশ্চ রাধায়ত্যারাধয়তীতি বাধা ইতি নাম ব্যক্তি বভুব"। গৌতমীয তন্ত্রনসু অসুম্না হায

"দেবী কৃষ্ণময়ী প্রোক্তা রাধিকা পরাদেবতা
সর্ব লক্ষ্মীময়ী সর্ব কান্তি সম্মোহিনী পরা"।

শ্রীকৃষ্ণ যামল তন্ত্রনসু অসুম্না অমুকসু হাযবি-

স্থানম নিত্য বিহাব বস্য খ্যাতম্ বৃন্দাবনম্ বনম্,
যত্র নিত্যম বিহবতি কৃষ্ণ বাধিকা সহ।

স্কন্দপুবাণসু অসুম্না অমুক্কা হাযবি - "আত্মৈব বাধিকা তস্য তযৈব বস আদ সৌ, আত্মাবাম"। হার্গাবিবর্ণশং অসিনা বাধাগী তত্ত্বগী মবম নৈনৈ। হাযবিবশিং 'অসি নত্তবা পদ্মপুবাণ, ভবিষ্যপুবাণ, ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণ, গর্গ সংহিতা, রাধাতন্ত্র, সম্মোহন তন্ত্র, নাবদ পঞ্চবাত্র, শ্রীমদ্ দেবী ভাগবতনাচি'বনসু বাধা তত্ত্বগী মবম নৈনৈ।

বাধাগী নাম অসি শ্রীকৃষ্ণদন্দি কযামুক খেইথুম্মী, কযামুক নুংশি। বাধাগী নামসু শ্রীকৃষ্ণনা হেক তাকবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইদা প্রেমগী ঈংহৈবকই। নযন অনীদগী প্রেমগী ধাবা শিংবকই, মচিন্দা বাধা বাধা কৌবকই। (বাধা সুধানিধি স্তোত্রম)। "বা" হাযবা খোম্মোক অসি হেক থোবকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী নাকোংদা তাই, অদুগা হবাও মোমোন তৌই। 'ধা' হাযবা খোম্বাং অসি হেক খোবকপদা শ্রীকৃষ্ণনা খোম্বাংগী মতুং ইল্ল ইল্লদুনা চেল্লি।

ভক্তশিংগী মনুংদা অথোইবা 'ভক্তশিংনা "বা" হাযবা উচ্চাবণ অসি হেক তাবা কান্দা মুক্তি ফংই। "ধা" হাযবসি তাবা কান্দা থুনা যাংনা চেনখি, অদুগা মহাক্কী ধামদা যৌখি। "বা" গী অর্থনা পীনবিবা অদুগা "ধা" না নির্ব্বাণ, মোক্ষ খণ্ডনৈ। ভক্তশিংদা নির্ব্বাণ, মোক্ষ পিনবী হাযবগী "বা" অমসুং "ধা" অনীনা পুম্না শাবা বাপ ওইবকই। বাধা নামগী অহানবা "ব" অসিহেক উচ্চাবণ তৌবকপা মতমদা মপোক জন্ম কোটি কযাদা তৌখিবা পাপ অমসুং অফবা ফওবা কর্ম্মগী ফল লোযনা মাওহল্লি। আকাব (া) গীশব্দ তৌবকপকান্দা ইমাগী গর্ভনুংদা জীব ওইনা অমুব শুন্না চঙলবোই, ইশাগী হকচাঙগী বোগ পুম্নমকসু মাওহল্লি। "ধ" উচ্চবণ তৌবকপা মতমদা শিবদগী নাম্মোকই। অদুগা আকাব উচ্চাবণ তৌবকপদা সংসাব মাযাগী লাংদগী নাম্মোকহল্লি।

শ্রীবাধাগী নাম লীশিং অমা লৈবগী মনুংদা নাম খবদি য়াম্না মরু ওই। নামশিং অদুদি - কৃষ্ণপ্রাণাধিকা, কৃষ্ণপ্রিয়া, কৃষ্ণস্বৰূপিণী, কৃষ্ণবামাঙ্গসম্ভূতা, পরমানন্দস্বৰূপিণী, কৃষ্ণা, বৃন্দা, বৃন্দাবণী, বৃন্দাবনবিনোদিনী, চন্দ্রাবতী, চন্দ্রকান্তা, শতচন্দ্রনিভাননা। শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী প্রাণদগী হেন্না রাধাবু নুংশিজ্জে। অদুনা বাধাবু "কৃষ্ণপ্রাণাধিকা" কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা থোযনা হেন্না নুংশিজরবী মতম পুম্বদা নুংশিদুনতা লৈবিবা অদু বাধানা ওই। মবম অসিনা রাধানা "কৃষ্ণপ্রিয়া" হাযবা মিংথোল অসি ফংই। শ্রীকৃষ্ণমক্কী শকওংগা বাধাগা নুংদা খেন্নবা লৈতে। লীলাগী মতমদসু বাধা কৃষ্ণ অমতা ওইনা লৈ। অদুনা বাধাবু "কৃষ্ণস্বৰূপিণী" কৌই।

শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শকক্তগী বাধানা প্রকট ওইখি হাযদুনা বাধাবু "কৃষ্ণ বামাঙ্গ সম্ভূতা" কৌই। বাধা অসি ভগবানগী পবম আনন্দ স্বৰূপ শক্তি, হ্লাদিনী অদুনি। মবম অসিনা বাধাবু পবমানন্দ স্বৰূপিণী হাযনা খঙনৈ। কৃষ্ণগা খেন্নদবা মশক ওইবী মোক্ষ পীনবিবী বাধাবু "কৃষ্ণ" কৌই।

"বৃন্দ" হাযবা শব্দনা বাধাগী হৌমিন কামিন্নবী মতাবোইশিংগী অপুনবা শকওংবু খঙনৈ। সখীবৃন্দগী লুচিংবী স্বামিনী ওইবী রাধাবু "বৃন্দা" কৌই। বাধাগী মধুবলীলা শান্নফম বিহাব ভূমিবু বৃন্দাবন কৌই। অদুনা বাধাবু "বৃন্দাবনী" হায। বৃন্দাবন্না ফজবিবসি বাধা লৈবদগীনি। অদুনা বাধাবু "বৃন্দাবন বিনোদিণী" কৌই। বাধাগী খুজিন্নশিংনা থা পবেংনা ঙানবগুম্না ফজবা অমসুং মাযথোংনা পূর্ণিমাগী থাজ ঙমজবদগী বাধাবু "চন্দ্রকান্তা" কৌই। অদুগী বাধাগী চিনবান্না থা কোটি কাযাগী মঙান অদুনা লংবগুম্না মতম পুম্নমক্তা লৈ হাযবদগী বাধাগী মমিংবু "শতচন্দ্র নিভাননা" হাযনা খঙনৈ। (শ্রীরাধা-মাধব চিন্তন)। পুরাণ্না শ্রীমতি বাধাবু বৃষভানু নন্দীনি হাযনা খঙনৈ। নারদ পঞ্চবাত্রদা অমসুং রাধাতন্ত্রম্না বাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিণী শক্তি অদুনি হায। অদুগা বাধাবু হ্লাদিণী স্বৰূপীনি হাযনা খঙনৈ।

শ্রীকৃষ্ণসি বাধাগী জীবননি, অদুগা রাধাসু শ্রীকৃষ্ণগী জীবন স্বৰূপনি। বাধা শ্রীকৃষ্ণাত্মা স্বরূপিণী; কৃষ্ণ প্রাণস্বরূপিণী, শ্রীকৃষ্ণানুগামিণীনি; সচ্চিদানন্দ ঘন স্বৰূপিণীনি। পুৰুষনা আবাধনাগীদমক মশাবু ৰূপ অনী থোক্লা খাযদোক্লগা অনাদিকালদগী লাকই। অদুনা বাধাবু বাসিকানন্দৰূপ হাযনা পুৰুষনা কৌই। (সামরহস্যোপনিষদ)। বাধা আদ্যাশক্তিনি, কৃষ্ণহ্লাদিণীনি, কৃষ্ণপ্রেমময়ীনি,

মহাভাবস্বরূপিণীনি, প্রেমগুরুনি, শ্যাম কলঙ্কিনীনি; কৃষ্ণ প্রিয়ানি; জগৎযোনিনি। শক্তিগী হৌরককফম, জগৎগী মরু রাধানা ওই।

প্রেমগী হৌরককফমসু রাধানি। রাধাগী পুক্নি অসি কৃষ্ণগী অনিংবা অদুতা থুংনবা হোৎনদুনা লৈ। অদুনা রাধাবু কৃষ্ণগী প্রেমগুরুনি হায়নরিবনি। রাধা ভাবতা শ্রীচৈতন্য দেবনা তৌরগুম মহাক্না মীওইবদা প্রেম যেনবী। রাধাগী প্রেমগী লিচিংনা কয়ামকুম কনবগে হায়রবু কৃষ্ণবু কৃষ্ণ চৈতন্য ওলহল্লি। কৃষ্ণ চৈতন্য হায়বা নাম অসিনা কৃষ্ণবু নিংশিংহল্লি। রাধাগী প্রেমগী চৈথেংনা কনম্নখিবনা শ্যামবর্ণ ওইবা কৃষ্ণগী মচুবু ফুদোংলবা সনাগী মচু ওলহল্লি। মদন-মন-মোহিনী রাধাগা মদন মোহন শ্রীকৃষ্ণগা অমতা ওইখি। অদুদগী গৌরসুন্দর ওইবা শকওং ওল্লকখি। শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী নিংথিজরবা, খোয়থুম্নরবা, অমৃতগী মশক ওইবা পূর্ণমক শ্রীরাধাদা তুংদুনা লৈরিবা অদুবু চুপ্পগা লৈ। বৈষ্ণবশিংনা রাধাগী ফজরসি কৃষ্ণগী ফজরনি হায়না লৌনৈ। (তাপনি শ্রুতি)। রাধা শ্রীকান্ত শিরোমণিনি, নবীন কিশোরীনি। শ্রীরাধা আদ্যা শক্তিনি।

লৈশেম্বা, লৈ ঙাকপা, মাঙহনবগী থবক পুম্নমক রাধানা তৌই। শ্রীভাগবান নারায়ণনা হায় ঐনা করিগীদমক হল্লুনা যোনিদা চণ্ডদুনা ঙা, থেঙ্গু, ওকগী মপোক ওইনা পোক্লগা রিবনো, ঐনা করিগীদমক নব সি ঃ অমসুং বামন অবতারগী মশক লৌকগদৌরিবনো, কনানা সিংহাসন থাদোক্লগা গরুড়গী মথক্তা তোংদুনা লালশোক্লগ পামগদৌরিবনো? মসি ঐনা তৌনিংদুনা তৌবা নত্তে, শক্তি অদুগীমখা পোল্লুনদগী ওইত্রিবনি। (শ্রীমদ্দেবী ভাগবত ১/৪/৫৫-৫৬) হায়রিবা শক্তি অসি আদ্যা শক্তি ওইরবী রাধানি।

রাধা হায়রসি কনানো? কদায়দগী হৌরকই? মহাকী তৌরগুম্বা শক্তিশিংনা করিনো, মতিক মঙাল মশেক্না কয়াম চাওই হায়রগী বাহং অমা নোংমা নারদ মুনিনা ভগবান শঙ্করগী মফমদা হংলম্মী। শ্রীরাধাগী মরম নারদ মুনিগী মফমদা মহাদেবনা লিরকলম্মী।

গোলোক বৃন্দাবনগী রাস মণ্ডল রাস ক্রীড়াগী শান্নফম ওইবা স্থান অদুদা পুরুষোত্তম ওইবা ভগবান্না দ্বিভূজ রূপ্তা যাওশিনবা অঙাং অমগী শকতম লৌরগা

নিংথিজরবা কুচুনা ফুইনা হৌবা নোংগী শংবান্নবা মচু ওইরগা কোয়না চৎলম্মী। মায়থোংনা থাজ কোটি কয়াগী ফজবনা করি তৌগনি; মহাক্কী ফজবনা মহেল্লি। মহাক্না অকোয়বদা য়েংলকপা মতমদা জগৎ অসি করিসু লৈরমদ্রে; অহাংবা মালং শূন্যগী মশককুম্বা লৈরম্মী। মদু উবদা মতিক মঙাল চাওবা মহাক্না খুৎশেম কয়া পুথোকনিংলম্মী। অনিংবা মতুং ইন্না খুৎশেমগী থবক পায়খৎপা হৌরকলম্মী। মদুদগীদি মতোমতা ঙায়রম্বা ভগবান্না মশা অসি শরুক অনী থোক্না খায়দোকলম্মী।

অহানবা শরুক্না নুপীগী শকওং ওইখিরম্মী। মহাকপুনা বিষ্ণুমায়া হায়না খঙনরম্মী। অদুগা অতোপ্পা শরুক্না ভগবান মশামক্না নুপাগী শকওং লৌরগা লৈখিরম্মী। মঙোন্দা মগুণ য়াওবা অমসুং মগুণ য়াওদবা শকওং অনী পুন্না তিল্লম্মী; কুচুনা শংবান্নবা মচু ওইরম্মী; হৈনিংবা ৱাখন্না মশাপুম্বদা ফাওরম্মী; মহাক্না অনিংবতা তৌরম্মী। মশক নুংশিবী, রাশি গুণ চেনবী কন্যা অদুগী মশক উরুবদা মশাদা রমণগী ৱাখল পোকলম্মী। ৱাখল অদু খঙলদুনা কন্যা অদুনা মশাদা কি-তুজুংবা ফাওরম্মী। করিমতা খঙহন্দনা মিৎয়েং কারন ৱাংমা লালনা পাইগে তৌরম্মী। অদুবু বিষ্ণুনা পাখৎচাওবী শকহেনবী অদুবু ফারগা চেৎনা কোনছিন্দুনা থমলম্মী।

নুপী অসি কনাশু ওইরমদ্রে। মূলপ্রকৃতিগী হৌরকফম মরু ওইবী অদুনি। ঈশ্বরী হায়নশু খঙনৈ; বিষ্ণুগী প্রাপ্তি; নুপী হায়বা জাৎ রমণীকুলগী হৌরকফম মরুনি; বিষ্ণুগী ওইথংবা নাকনদগী চোংথোকলকপীনি। শ্রীভগবান্না হায়রকলম্মী - হে নুংশিজরবী, ঐগী থৱায়গী থৱায় ওইরিবী, নহাকসে ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মনি; নহাকপু ঐগী থম্মোয়নুংদা লাৎচরি; লৈবিয়ু নহাক্না লেংদনা মফম অদুদা। ঐগী থৱায়দগী হেন্না নুংশিজরবী, হে প্রাণেশ্বরী! নঙোন্দগী হেনবা কনা অমা লৈরিবগে, জগৎ অসিদা পূম্নমক লৈত্রিঙৈদা নহাক্না হান্না লৈরম্মী; পোকপা শিবা লৈতবীনি, নহাকসি থৌজান হৈবীনি; পরম ব্রহ্মাগী মশক্তি; নহাক্কী ইকায়থিবী শকওংদু থাদোক্লো।

অসুম্না হায়রম্লগা ভগবান বিষ্ণুনা মহাক্কী নুংশিজরবী মহাকপু চেৎনা মথবাক্তা কোনশিনবিরে অদুগা মহাক্কী থাজ ঙমজবী মায়থোংবু চুম্বন তৌরম্মী। প্রেম

আস্বাদন তৌরকলম্মী। নিংথিজববা হৈনম লৈনম্না চুরবা চন্দন চাইরবা শৈজাথক্তা মহাক্কা লোযননা ব্রহ্মাগী পুন্সি অমা চুপ্না রমণ ওইখি। অদুগা কৃষ্ণনা কন্যা অদুগী গর্ভদা মরু হনখি। মরু অদুবু মহাক্কা ব্রহ্মাগী অতোপ্পা পুন্সি অমা চুপ্না রমণ ওইখি।

শ্রীকৃষ্ণগী মশাদগী থোকলকপা হুমাং মরিক্তনা মালেম থক্তা তাখিরম্মী। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ঈশিংনা মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈরম্মী। হে নাবদ! রমণীগী শকওং লৌরিবী অসিবু মুনিশিংনা রাধা হায়না কৌই। মরমদি মহাক্কা রাস মণ্ডলদা নিংথিবী, চংখোনবী মথোক কাখৎলকপী নুপীমচা অমা ওইনা শ্রীহরিনা মমাংদা লেপ্পরে। মশক মতৌ চংখোল্লবী মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শকক্তগী চোংথোকলক্রে; অদুগা মঙোন্দগী দেব কন্যা হায়দুনা লৈরিবা খিবিকপু পোকলম্মী। বৃন্দাবন্দ বাসগী ডগোয শাদুনা লৈবিঙেদা বাধাগী মশাদগী মকম অমা লৈমায়থক্তা তাবকলম্মী। মরুম অদুবু রাধানা হেক উকল্লদা খংশাও হেক শাওরম্মী অদুগা মখোংনা কাওবম্মী। মরুম অদু ঈশিং ঈমাযদা তাবম্মী; অদুগা শরুক অনীথোক্লা কায়বম্মী। মকম অসিদগী অঙাং অমা ওইনা পোক্লম্মী। অঙাং অদুগী মমিংনা মহাবিষ্ণু হায়না খঙনৈ। (নাবদ পঞ্চরাত্রম ৩/১৮ ২৭-৩০-৩৪-৪০)।

বাদী অসিনা নাবদ পঞ্চবাত্রদাহায়দিবা ওসিদগী খবা হেন্না কুপশিন্না তাকই হায়বা যাই। মদু পুন্নমক লৌনবগী খুদোংচাবা ফংজদ্রে। দেবী ভাগবতম্‌দগী বাহৈ অমা অনী অসিদংদি লৌখৎচগে।

বাধানা অসুন্না শাওনা মকম অদুবু ঈশিংদা কাওথবা অদু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা শাওদুনা অসুন্না চৈবকলম্মী - "হে অশাওবনা ময়ায কাববী, হে তমথীরবী, নহাক নশামক্লা পোকচবা নচাবু শাওমনখিবদগী নহাক্লা অসুন্নাতৌবা ঙম্মী; ঐনা হাযবিবসিনি, ঙসিদগী হৌদুনা নহাক নচা হায়বদু নমিৎতা খক উবা ফংক্তদবা ওইসনু। নহাক্তসু নস্তে, নঙোন্দগী হেক থোকখ্রিবা লাই নুপা খুদিংসু নমিত্তা নচা উবা ফংদবা হাযবদু ওইসনু। অদুগা নখোয় মতম পুম্বদা নহা ওইদুনতা লৈবা ওইসনু।" অদুগী মতুংইন্না বাধিকাগী তুখোংশিংদগী থোকখিবা গোপকন্যাশিং মতম পুম্বদা নহা ওইদুনতা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী শাপ মতুং ইন্না মখোয মচা অমতা পোকলমদে। দেবী ভাগবত ৯/২/৬২-৮৮)। ব্রহ্ম বৈবর্তপুবাণগী মতুং ইন্নগু রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শকক্তগী চোংথোকলকই হায়। কৃষ্ণনা মহাক্কী অনিংবা মতুংইন্না

মশা অসি শরুক অনী থোক্না খায়দোকই। ওইথংবা শরুক্না নুপীগী শকওংনি; অদুগী য়েংথংবনা নুপাগী শকওংনি। য়েংথংবা নুপাগী শকওংনা শ্রীকৃষ্ণনাওইরে- অদুগা ওইথংবা শরুক্না মূলপ্রকৃতিগী শকওংনি, মহাকপু রাধা হায়না খঙনৈ।

রাধাদগী পোকলকলিবা ব্রহ্মাণ্ডা অদুদগী মহাবিষ্ণু চোংথোকলকই। অদুনা রাধানা মহাবিষ্ণুগী মমা ওই। রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শরুক্তগী চোংথোকলকই হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নবা মতমদা রাধানা ওই থংই। ব্রহ্মাণ্ড পুবান্দা রাধা পোকলকপগী মবম অসি অসুম্না হায। কত্যায়নী দেবীনা বৃষভানু নিংথৌগী মখুত্তা নুমিৎ লিশিং অমগী মঙালগুম্বা মরুম (ডিম্ব) অমা শিন্নবমলগা মাঙখ্রে।

বৃষভানুনা মকম অদু পুবগা মযুমদা হুনখিবন্মী। লমদা থাগী পানখৎলকপগী মাপন্নি পানবা তিথি শুভ পুষ্যা নক্ষত্রদা শুভযোগতা জগৎ পুম্নমকপু শুমহৎনবগী মশকওইবী লাইরেম্বী ওইনা কীর্তিদাগী তমপাক্তা লেংথোকপীরক্রে। মহাক্না অচেৎপা তপস্যাগা লোযননা পূজা তৌজখিবা (আরাধিতা) অদুগী ফলনা ফংবা মরমদগী মহাক্কী মমিং "রাধা" হাযনা অসুম্না থোল্লম্লে। রাধানা চৈত্র মাসদা পোকই হায়রসি অতোপ্পা কল্পগী ৱাফম্নি। হৌজিক বরাহ্ কল্প অসিদদি শ্রীমতী রাধারানীগী জন্ম অসি ভদ্রমাস ওইনা লৌনৈ।

শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শরুক্তগী রাধানা থোকলকই হাযদুনা রাধা শ্রীকৃষ্ণদগী থাক হম্বা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা সরস্বতী য়েংলগা হায়রকই - "ঐহাক্না জগৎকী মপু ওইরবসু, পুম্নমকপু ঙাকশেনবিরবসু রাধাবুদি ঐগী মখা পোনবা ওইনা থম্বা ঙমদে। রাধানা শক্তিদা, গুণদা, ফজবদা, মরম খিবিক্তা ঐহাক্কা চপ মান্নৈ। ঐহাক্না রাধাবু থাদোকপা ঙমদে মরমদি মহাক অসি ঐগী থৱায়নি। কৃষ্ণ ঐগী ওইথংবা শরুক রাধানি। চহিদা নৎত্রগা শক্তিদা নৎত্রগা ফজবদা রাধানা কৃষ্ণ ঐগা চপ মান্নৈ। কৃষ্ণ ঐগী তেজ পুম্বসি রাধাগী ফজবনা ফাজিন্দুনা থম্মী। (দেবী ভাগবত ৯/১/৪৮-৭০, ৯/১৩।৯-৪৩)

পুম্নমক্কী থৱায় কৃষ্ণ ঐনা ওই। রাধাসু পুম্নমক্কী থৱায়নি। মফম খুদিংদা শিনবা থুংনো ঐখোয়না লৈ। (দেবী ভাগবত ৯/১২/৪৭-৪৯)। শ্রীরাধা পূর্ণ শক্তিনি; শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ণ শক্তিমাননি। শ্রীকৃষ্ণনা মৈনি; শ্রীরাধানা মৈগী চান্নবা শক্তি

অদুনি। শ্রীকৃষ্ণনা নুমিৎনি, শ্রীবাধানা নুমিৎগী মঙাল্লি। শ্রীকৃষ্ণপূর্ণচন্দ্রনি শ্রীবাধানা থাগী মঙাল্লি। মখোয অনীমক মশক অমত্তনি।

ব্রহ্মবৈবর্ত পুবান্দা অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা বাধা যেংলগা হায - হে প্রাযর্ণগী মশক ওইবিবী বাধিকে। নহাক অমসুং ঐহাক অসি তোঙানবা শকওং অনী নত্তে. ঐনা ওইবিবদু নহাক্না ওই; অদুগা নহাক্না ওইবিবদুসু ঐহাক্না অদুম ওই। শঙ্গোমদা অঙৌবা মচু যাওবিবা, মৈদা চাক্লবগী শক্তি যাওবিবা, পৃথিদা মনম চেন্নবিবা মতৌ অদুগুম্না নহাক্না ঐহাক্কগী মবীসি শেংনো-খাযনবা যাদনা লৈ (**ব্রহ্মবৈবর্ত পুবাণ** ৪/৬৭/৬৭) খুং শেমগী থবকশু নহাক যাওদ্রবদি শুকযা যাদ্রে। লৈপাক যাওদ্রবদি কবম্না চফু শাগনি, সনা যাওদনা কবম্না সনাগী লৈতেং শাগনি? নহাক যাওদনা কবম্না ঐনা সৃষ্টিগী থবক তৌগনি? নহাক্না সৃষ্টিগী মমানি, অদুগা ঐনা জীবগী মরু হুন্নবা মরু অদুনি। নহাক্কী নুংশিজবা অদুনা ঐহারি, ঐগী নুংশিজবীনা নহারি। নহাক্না ঐগী প্রাপ্নি, ঐসু নহাক্কী প্রাপ্নি, নহাক ঐগীনি বাধে। নও অমসুং ঐ হাযবসি অমতনি, কবিমতা খেন্নদে। (**ব্রহ্মবৈবর্ত পুবাণ কৃষ্ণখণ্ড**)। চৈতন্যচবিতামৃতগী ৪/৯ পবিচ্ছেদদা অশুম্না অমুক হাযবি

"বাধা পূর্ণ শক্তি, কৃষ্ণপূর্ণ শক্তিমান। দুই
বস্তু ভেদ নাহি শাস্ত্রে পবমাণ।।

মৃগমদ তাব গন্ধ যৈছে অবিচেছদা।
অগ্নি - জ্বালাতে যৈছে নাহি কভু ভেদ।।

বাধা, কৃষ্ণ ঐছে সদা একই স্বৰূপ।
লীলাবস আস্বাদিতে ধবে দুই ৰূপ।।

"বাধিকা হযেন কৃষ্ণেব প্রণয - বিকাব
স্বৰূপশক্তি হলাদিনী। নাম যাঁহাব।।

হলাদিনী কবায কৃষ্ণে আনন্দাস্বাদন।
হলাদিনী - দ্বাবাব কবে ভক্তেব পোষণ।।

কস্তুবীগা মহাক্কী নুংশিবা মনমগা খাযদোক্লবা যাদবগুম বাধাগা কৃষ্ণগা শেত্তোক্লবা যাদে। লীলা শান্নবা যানবগীদমক বস সাগব ওইবা শ্রীকৃষ্ণ (**বসোবৈ সঃ**) না মশাবু আশ্রয অমসুং বিষয হাযদুনা অনী থোক্লা খাইদোকই। পূর্ণ শক্তি

ওইবা রাধানা আশ্রয় ওইরে; পূর্ণশক্তিমান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা বিষয় ওইরে। রাধানা ভাবরূপ ওইরে; মদুগা শ্রীকৃষ্ণনা রস রূপ ওইরে।

হলাদিনী ভাবনা মপুংফারক্লগা মহাভাব ওইরকই; অদুগা ভাগবানগীনা "রসরাজ" ওইরকই। রাধাদা পোক্লিবা মহাভাব অসি শ্রীকৃষ্ণদা লৈরিবা অনুরাগগা তিন্নরগা তিংথৌ মতোন্দা পাকপা লীক্লামরিক অসি তিনশিন্নবগুম গৌরসুন্দর ওইরকই। রাস লীলাবু নিংথিজহল্লিবা, মঙাল ফাওহল্লিবা রসগী ঈনোং কাহল্লিবসি রাধাননি। মদুনা মহাকপু 'রাসেশ্বরী' হায়না কৌই।

রাধানা নিত্যরাসদগী খোংফম অমত্তা থাংদোক্তুনা লৈতে, নিতা ওইদুনা লৈ। অদুনা মহাকপু 'রাসবাসিণী' কৌই। রসিক শিরোমণি ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মবেম্মনি। রাধাবু রাসিক্কীশোরী হায়না কৌই। কৃষ্ণদগী গুণ চাম চাম হেল্লিবা মহাক্তনা সেবা তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং নুংঙাইহনবা ঙম্মী। রাধা মথন্তনা শ্রীকৃষ্ণদগী গুণ হেল্লি হায়বসি অনুভব তৌরি। ("আমা হৈতে হায় য়ার শত শত গুণ। সেইজন আহ্লাদীতে পারে মোর মন।। অমা হৈতেগুমনী বড জগতে অসম্ভ। ঐকলি রাধতে তাহা করি অনুভব গোলোক্কী)"।

রাস মণ্ডলদা শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হান্না শ্রীরাধাবু খুরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী যাথং মতুংইন্না মথংদা গোপশিং নুপামচা, নুপীমচাশিং; সুরভী অমসুং অতৈ অতোপ্পা যনশিংনা রাধাবু খুরুমজৈ। মুনি ঋষিশিংশু ধুপ-দীপ থাদুনা রাধাবু মতম পুম্বদা খুরমজৈ। রাধানা জগৎমাতানি; শ্রীকৃষ্ণনা জগৎপিতানি। ইপাগী গুরুদি ইমানি। ইমাবু অথোইবনি খন্দুনা খুরমজগনি,অমসুং ইকায় খুম্নগনি। (**ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণ** ৪/১২৪/১১)। মবোল অত্তমগী মমা ওইবী অসিনা মপাদগী শরুক চাম হেন্না ব্যবহার তৌনিংঙাই ওই। (**ব্রহ্মবৈবর্ত** ৪/৫২/৩৪-৩৫)।

রাধাবু খুরুম্মু রাধাগী কৃপানা থুনা গোলোক ধাম য়ৌগনি। রাধা খুরুমদনা কৃষ্ণবু খক খুবমলোইদবনি। বিষ্ণুনা রাধাগী মখাপোন্দুনা লৈ। (রাধাতন্ত্রম্ ৯।৫০।৫-৪৪)। শ্রীরাধিকোপনিষদনা হায়রি - রাধাবু হান্না খঙদনা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধনা তৌরবদি মহাক অদু পণ্ডবদগী ফংবা মহামুর্খ হায়রবদুনি। রাধাবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবী অসিদা নত্তনা নাম শোনবা মতমদসু রাধানা হান্না শোল্লগা কৃষ্ণনা

পেল্লি অমসুং নামশোনবগী মহৈ য়াল্লি হায়না ভবিষ্য পুরান্দা হাযবি। নারদ পঞ্চরাত্রম্‌দা অদুম হাযবসি হায়রি।

রাধানা চানবিদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণ ফংবা ঙমদে হায়বসি ভবিষ্যৎ পুরান্দা হাযবি। শ্রীগোপাল সহস্রনামদশু শিবনা দুর্গ যেংলগা অসুম্না হাযরি - "হৈ শিবে - হে দুর্গে" অঙৌবা বর্ন হাযবদি রাধাবু থাদোক্লগা শ্যাম বর্ণ কৃষ্ণতবু শোল্লুবা, পূজা তৌববা, ধ্যান তৌনবা মী অদুদি পাপ তৌবা ওইবে।" (**"গৌর তেজো বিনা যস্তু শ্যাম তেজঃ সমর্চয়েৎ। জপেদ্বা ধ্যায়তে বাপি সভবেৎ পাতকী শিবে"**) কৃষ্ণগী নাম্ন রাধাগী নামগী মমাং থানা শোল্লববদি ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ অদুগা চপমান্ননা ফংগনি হায়দুনা **নারদ পঞ্চরাত্রমগী তরুক অধ্যায়দা** হায়রি।

মযেক তরুক্কা শাবা রাধা মন্ত্র (মহাবিদ্যা), দেবশিংদা যাম্না তাংনা ফংলবা, অবোনবা ভগবান নারায়ণগী শ্রীমুখমক্কা হায়দোকহৈদে হায়রিবা অদু শ্রীকৃষ্ণনা পূজা তৌই; অদুগা মখোঁবিদা শি। রাধা কৃষ্ণ হায়রবসি অমতান। খেন্নে হায়না খৌবিবা মহাক অদু মুমিৎ থানা হেক ঙাল্লিরমখৈ কাল সুত্র কৌবা নরক অদুদা থাদুনা লৈগনি হায়না **ব্রহ্মবৈবর্ত পুরান্দা** হায়রি। মতম পুম্বদা রাধেশ্যাম, রাধে কৃষ্ণ হায়না নামবু ভক্তবৈষ্ণবশিংনা শোনবিগদবা ওই।

---

# 'শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব'

নিংথৌজম খোলো সিংহ

*থাংমৈবন্দ খুয়াখোং*

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্বদি অচম্বা থাক্তা লৈবা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা হেক্তা খঙবা ঙমদে। শ্রীরাধাবানীগী কৃপা ফংলবতদা প্রেম তত্ত্ব অসি খঙবা ঙম্মী। ঐখোয়না করম্বা মওংদা ইবেম্মদা চঙজগাদগে হাযবা হেক খঙদ্রিবমখৈ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসি খঙবা ঙমদনা অদুম মবৈরগনি। ইবুংঙোগী অনিংবা ইচ্ছা মীওইবনা খঙবা ঙমদবা অদু ইবেম্মদা লোযনা তুংদুনা লৈ। (শ্রীবৃহদ্ বৈষ্ণব তোষণি)। প্রেম বস লীলাগী অরোনবা অথুপ্পা তত্ত্ব অদু খঙনবগী থৌজাল গোপীশিং হায়বদি সখীশিংনা ফংদুনা লৈবনা মখোযনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব খঙবা ঙম্মী।

শান্ত, দাস্য অমসুং বাৎসল্য ভাবতা চঙজরিবা ভক্তশিংনা রাসগী নুংগী ওইবা তত্ত্ব অদু খঙবদা ঋনা থোকই। মাধুর্য্য ভাব নৎত্রগা সখীভাবতা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজরবতদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী প্রেম লীলাগী খোইথুন্নরবা মহাও অদু চুপ্পা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণদা লৈরিবা রসতি শৃঙ্গার রসনি। শ্রীরাধারানীগী কৃপা নত্তনদি কনাগুম্বা অমতনা রস অসিদা চংশিল্লবা ঙমদে।

শ্রীরাধাবু ভক্ত বাঞ্ছপ্রদায়িনী হায়না খঙনৈ। ভক্তশিংগী অনিংবদু রাধানা থুংহনবি। গুরুকৃপা ফংজরবা অমসুং রাধাকৃষ্ণগী লীলাগী ভাব শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুদা ফাওখিবা অদু কনাগুম্বা অমগী থম্মোযনুংদা মতম পুম্নমক্তা ফাওরকপা ঙম্নবদি মধুর বস নৎত্রগা উজ্জ্বল রস অসি মখোয়গী থম্মোইদা শোয়দনমক্কী ফাওরক্কনি।

রাসগী নুংগী ওইবা তত্ত্ব অসি কয়ামরুম লোন্না থুপ্না লৈবগে হায়বসি মহাদেবনা নারদ মুনিগী মফমদা তাকপিখিবদগী খঙবা ঙম্মী। নোংমা নারদ মুনিনা মহাদেবদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী অপ্রকট লীলাগী ভাব অদু করম্না অপ্রকট লীলা উহৌদবা কাংবুনা খঙবা ঙমগনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী সেবা করম্না চঙজগনি হায়না হংজরম্মী। মদুদা ভগবান সদা শিবনা খুমলক্রম্মী — ঐদি নুপাগী শকওংদা লৈরুবনা মসিগী মরম খঙবা ঙমদ্রে। বৃন্দাদেবীদা চংলগা হংলু; মহাক্না রাধাকৃষ্ণগী মরম মুন্না খঙবনি হায়না তাকপীরম্মী।

ব্রহ্মা, ইন্দ্র, বরুণনচিংবনা ফাওবা রাসগী মরম খঙবা ঙমদে। বৃন্দাবন্দা রাধাকৃষ্ণগী লীলা উকব্বগা দেবতাশিং অসিনা নুংঙাইবা ফাওরুরিবা অদুদি জগোঈ হৈবা শ্রীকৃষ্ণগী জগোয়গী শাথেক উরুবা অদুত্তনি। যোগমায়ানা শিল্লিবা "একগোপী-এক কৃষ্ণ" অদুদি মখোয়না উবা ফংদনা লৈ। অদুনা করম্না মীচম্না ব্রজগীপ্রেম করিনো হায়বা খঙবা ঙমগনি অদুগা ব্রজ বসগী মহাওনা অসিনি হায়বা তাক্কনি ?

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা শান্নবা মধুর লীলাদি অনাদি কালগী মতমদগীনি। "ক্লী কৃষ্ণায় গোবিন্দায় বল্লভায় স্বাহা" হায়বা মন্ত্র অসি অনাদি কালদগী লৈরক্রবনি। মসিনা তাক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নবা লীলাদি কুইরবা মতমগী মমাংদগীনি। অহোইবা লৈতবা, অশেঙবা, নিত্য ওইবা লীলানি। তাইবং লীলা নত্তে গৃহস্থগী মনুংদা ওইবা লীলা নত্তে। হকচাংগী মিলন ওইবা অদুসু নত্তে। থবাইনা থবাইগা, অত্মাগা আত্মাগা অনীগী মরক্তা মিলন ওইবনি। কাম য়াওবা ঐশ্বর্য্য লীলা নত্তে। প্রেম য়াওবা মধুর লীলানি।

শ্রীকৃষ্ণগা যশোদা মাতাগা লৈনবা মবি শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা লৈনবা মরি অমতনি। শ্রীকৃষ্ণ অসি গোপীশিংগী নুংগী (আধ্যাত্মিক) ওইবা মপুবোইবনি। শ্রীকৃষ্ণদি থবাইগী থবাইনি, অন্তর্যামীনি। ব্রজ গোপীশিংগী দেহগী মনুংদা লৈরিবা থবাই অমসুং মখোযগী মপুবোইবনি হায়না খল্লিবা অদুগী দেহনুংদা লৈরিবা আত্মাগা শ্রীকৃষ্ণগা কবিমতা খেন্নবা লৈতে।

হাযরিবা আত্মা অসিনা মীওইবগী রূপতা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা চোংথোক্লকপদনি। চোংথোক্লিংলুবগী মবমদি বাস ক্রীড়া শান্নরুবগে, জীবদা কৃষ্ণভক্তি তম্বীরুবগে, ব্রজ প্রেম খঙহল্লুবগে, ব্রজ রসবু চুপহল্লুবগে, কৃপা পীনবিরুবগে হাযনা তৌবনি। গোপীশিংগী মপুবোইবনি হায়না লৈরিবা পূম্বা অদু শ্রীকৃষ্ণ ওাক্তনি। (ভাগবত ১০।৩৩।৩৬-৩৭)।

শ্রীধরস্বামীপাদনা শ্রীকৃষ্ণগী দেহ অসি নিত্য ওইনা লৈ মহাক্কী স্বরূপতগী তোঙান্না খক খাযদোক্তুনা লৈতে হায। ববাহ পুবাণগু অসুম্না হায — শ্রীকৃষ্ণনা গোলোক ধামদগী ভৌম বৃন্দাবন্দা লেঙথরকপা মতমদা পঞ্চভূতগী দেহ, ঈ ৎাং, শাদোং, শরুনচি যাওবা দেহ লোযনরক্তে। যোগ শক্তিদগী ওইরকপা যোগীগী দেহ অদুসু পুবক্তে। ভগবান অমসুং অঙ্গ অমতনি (দেহ দেহী অভেদ)

ভগবানগী মশাদ সত্য (নিত্য), অচ্যুত (মাঙবা নাইদবা) অমসুং বিভূ (ঐশ্বর্য পূম্বনা) পুল্লপ তিনশিল্লগা ওই। ("সত্য-রূপো অচ্যুতো বিভু)। মহাববাহনসু হায-- ভগবান বিষ্ণুগী অঙ্গ অসি মাঙবা নাইদবা সংসারিক ওইবা পোৎশক অমতনা পুনশিল্লগা শাবা নত্তে, নিত্য ওইবা পোৎশক্লা ওইবকপনি। ভগবানগী মনুং অমসুং মপান কবিমতা খেন্নদবে। থবাই হকচাং চপ মান্নে। হাযবিবা বাফম অসি কূর্ম পুবাণ অমসুং বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর পুবাণসু অদুম হাযবি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা মনুং অমসুং মপান্দা শান্নবা লীলা খুদিংমক নিত্য ওাক্তনি।

হন্দক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবাধাবানীগা লোযননা বৃন্দাবন্দা প্রেম লীলা শান্নবা মতমদা উৎখিবা শকওং অসি পূর্ণাত্মানি। পূর্ণাত্মাগী মশক খঙদনা শ্রীকৃষ্ণগী পূর্ণতব অমসুং পূর্ণ ওইবা শক ওং খঙবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণগা লোযননা বাস লীলা শান্নবিবা শ্রীরাধাসু শ্রীকৃষ্ণগী পবা শক্তিনি।

শ্রীকৃষ্ণদা লৈবিবা শক্তি পুম্নমক্কী মনুংদা অথোইবা শক্তি ওইবিবা হলাদিনী শক্তি অদু বাধা মশামক্নি। অদুনা বাধাবু হলাদিনী স্বরূপীনী হাযনা খঙনৈ। "বাধাযা মাধবোদেব মাধবে নৈব বাধিকাবিভ্রজন্তে জনেশু" হায়না ঋগ পবিশিশতেদা হায়বি। হায়বদি বাধাকৃষ্ণ অনীমক খায়দোক্লবা য়াদবা পোৎশক্নি। মঙাল যাওদবা নুমিৎপু নুমিৎনি হাযনা লৌবা যাদবগুম বাধা যাওদ্রবা কৃষ্ণদি কৃষ্ণনি হাযনা বন্দুনা খুকম্নফম থোক্তে হাযনা ঠাকুবভক্তি বিনোদনা হায।

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা শক্তি অদু ওইবনা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাতত্ত্ব খন্দুনা লৈ। রাধাবু মিকুপ অমতাওবা থাদোক্তুনা লৈতে। রাধানা লৈবা মফম, ইবেম্মনা চৎপা মফম খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা মিগী মতৌগুম্না ইম্নে। রাধাবু নুংশিরুবদগী রাধাকুণ্ডবুসু ইবুংঙোনা নুংশিজে। (পদ্মপুরাণ) মযেক অনীনা শাবা রাধা ("রা অমসুং ধা") নামবু তাবদা গোকুলগী থা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা খাওদুনা লৈবা ওমদে। মরম অসিনা প্রেমগী ধারানা মরিক মরিক শিন্থবকই, মচিন্দা রাধা নামবু তোযনা তোযনা শোল্লগা প্রেমগী ঈপাক্তা তাউদুনা গোপীশিংগী মবক্তা হবাও মথোয কানা লৈ। (রাধা সুধানিধি শ্লোক্রম ১৪ ১৬)।

রাধানা শ্রীকৃষ্ণকান্ত শিরোমণিনি, নবীন কিশোরীনি। নারদ পাঞ্চরাত্রম অমসুং রাধাতন্ত্রমনা রাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী হলাদিনী শক্তি অদুনি হায। ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণসু রাধাকৃষ্ণ লোন্নদে, অমত্তনি হায। শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা নারদগী শ্রীরাধাঠাকুরানী চোংথোক্লকই হায। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লৈনবা মওং অসি রাধাতন্ত্রম অমসুং নারদ পঞ্চরাত্রমদা অসুম্না হায - রাসমণ্ডলগী মনাইদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখমক্তা হবা চায়বা হৌবরবা তাম্বুল পানাবু শ্রীমতী রাধিকাদা পীনরি অদুগা ইরেম্মনা মনুংঙোগী অবেম্বা অদু ফংজে। অদুনা শ্রীমতি রাধিকাসু মনুংঙোদা মতাক্তা খনা চায়বা হৌবরবা পানাবু অমুক হনদা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা হবওনা চাই। মসিনা তাক্লিবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনুরাগনা চককচাও নত্তে, চনীনা মতম অমা ওইবা লেপ্তুনা হাযবা খঙহল্লি।

প্রেম নত্তনা মিলন ওইবা যাদে আনন্দ অদু ফংবা ঙমদে হাযবা তাকই। প্রীতি হারার্সি অহংনন্দদা লৈবগা মদুনা মহাভাবগী থাক যৌবনা কান্দা আত্মা সমর্পণ ওই হাযবসি খঙহল্লি। অদুগুম শ্রীমতী রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা হংনা লেংলকপা মতমদা রুক্মিণীনা রাধাদা অশাবা শঙোম পীথকহিবা অদুদা ইরেম্মনা শামনখিদুনা চৌনাওদা পাকখিনা অদুগী অশারা খাওখিবগী লম্চন ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী খাওসাদা মৈনা পোকখিবগী খুদম রুক্মিণীনা উনা ফংখিবা অদুনা তাক্লিবদি রাধাকৃষ্ণ অমগনি তোপ্তোনবা চককাও নত্তে হাযনা ভগবৎতা খঙহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণদি রসগী মপুনি, রসরাজনি। উপনিষদনা শ্রীকৃষ্ণবু "রসো বৈ সঃ" হায। রস অদু চুপথবা হোৎনবদা মশাদু পোকপগা খুড়ম অহাওবগুম্মী। মশা লৈনি হাযবা ফাওবা প্রেমতা কাউথোকচৌ মশামক্কী ফজবা, নিংথিবা পুম্নমক

মমিগী মশক্কুন্না মশাদা তাদুনা লৈরিবা অদু চুপ্পগা শ্রীকৃষ্ণনা মতোমতা নুংঙাইজে। ইবুংঙোদা তুংদুনা লৈরিবা আনন্দগী ঈফুৎ অদু মপান্দা ঈচেল ফাংনা চেহ্নোকলক্নবগীদমক ইবুংঙো মহাক্না প্রকট অমসুং অপ্রকট লীলাশিং, গোপীশিং, রাধা অমসুং নিত্য সখীশিংগা লোয়ননা শান্নে। শ্রীরাধাগী কায়াৎ পুন্নমক, ইন্দ্রিয় পুন্নমক রসতনা থুমহৎতুনা লৈ।

শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা, খোইথুন্নরবা, অমৃতগী মশক ওইবা পুন্নমক শ্রীরাধাদা লোয়না তুংদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা অসি গুম্বা মশাগী নিংথিবা, চঙখোনবা অমসুং খোয়থুন্নরবা রস খিবিকপু রাধাদা চুপ্পগা লৈ। বৈষ্ণবশিংনা রাধাগী ফজবসি কৃষ্ণগী ফজবনি হায়না লৌনৈ। (তাপণি শ্রুতি) অসিগুম্বা অঙকপা, ফজবনা তিল্লবা শক্তম্ব "নট-বর-বপু" হায়না খঙনৈ।

পরম ওইবা ভগবান্দি মতম পুন্নমক্তা মতোমতা লৈতে। জুরা ওইনা লৈ। শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা মরীদি কস্তুরীগা মহাক্কী নুংশিবা মনমগা লৈনবা মরী অদুগুম্বনি। অনী অসি খায়দোক্নবা যাদে। শকওং অনী ওইনা উবিবসি স্বয়ং ওইবা ভগবান অদুগী মশক্তি। মধুর রস হায়বা কৃষ্ণমক্কী মশানা ওইবা অদুগী মহাও কয়ামুক থুম্বগে হায়বা খাহৈনা ফোংদোকপা ভমদবা অদুগী মহাও চুপ্পা য়ানবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মশাবু শরুক অনী থোক্না — "বিষয়" অমসুং "আশ্রয" হায়না খায়দোকই। বিষয রসনা শ্রীকৃষ্ণনা ওইরে অদুগা আশ্রয় রসনা শ্রীরাধারানীনা ওই।

অতোপ্পা গোপীশিংনা শ্রীরাধাগী কাযাৎশিং (কায়ব্যুহশিং) ওইরে। শ্রীকৃষ্ণনা রসরাজ মূর্ত্তি ওইরে, অদুগা শ্রীরাধানা মহাভাব স্বরুপিণী ওইরে। রাধাদা লৈবা প্রেম্না মহাভাবগী থাক য়ৌরকই অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবনা অনুরাগ ওইরকই। গোপীশিংদা লৈবা প্রেমসু মহাভাবগা থাক অসি য়ৌনবা কাখৎলকই। মসিদগী রাসগী ভাব পোক্লকই। শ্রীকৃষ্ণনা কামদেব (কন্দর্প) বু জয় তৌবা ঙম্মী হায়। অদুবু রাধাগী শুক্ষাৎনিংঙাই ওইবা মশক উরুবদি কামগী চৈথেং য়াম্না যানা খাঙই।

গোপীশিংনা ইবুংঙোবু পেনহন্নবা হোৎনবা কযাদা ইবুংঙোনা নিংবা থুংলকত্রদুনা বাসন্থলীদা বাধাগী মতুং ইন্নদুনা পূর্ণিমাগী অহিং, থাবল্লা বাখোং পোল্লবদা লী পাম্বীনা থন্না হৌবিবা বন তম্না চৎলি। মদুগীদমক বাধাবু "মদন মন মোহিনী বাধা" হাযনা কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবুসু নুংশি। অদুম ওইনমক বাধাগী নুংশিবনা হেল্লি। কুঙ্কুম অগুরু, অমসুং কর্পূরনচিংবনা তিল্লবা চন্দন্না বাধাগী লাইবক্তা শ্রীকৃষ্ণনা থিনবী। শ্রীনন্দনন্দন শ্রীকৃষ্ণনা উপপতি মকম্বীগী চৎন লমচৎ লৌবগা বাধা বানীদা যাওবিবা মহাভাবপু পবকীযা ভাবনা চুপ্তনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণদা যাওবিবা অনুবাগনা অশাবা মৈদি ওইবগা বাধাকৃষ্ণ অনীগী থম্মোইবু প্রেমগী মহি চেলহন্দুনা অনীনা অমতা ওইখ্রবদা কবম্বনা বাধাগীনে কবম্বনা কৃষ্ণগীনো, আশ্রযনা কদাযনো অদুগা বিষযনা কবিনো হাযবদু খন্দোকপা ঙমদনা অপুনবগী শকহৎম ওইদুনা লৈবদু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনি।

বাধা কৃষ্ণগী ও পুনবা শকওংনি। শ্রীকৃষ্ণনা বাধা অমসুং চন্দ্রাবলীদা লৈবা প্রেমগী অকম্বদু চাংদম্নদুনা যেংলা বাধাদা লৈবা প্রেমনা লুম্বা হেল্লি। মবমদি — বাধা অসি মহাভাবগী মশক ওইবী মহাভাব স্বরূপীনি, প্রেম মর্য অদুনি। হাযবিবা মহাভাব মাধুর্য্য প্রেম অসি চন্দ্রাদদি লৈতে। মবম অসিনা শ্রীবাধানা শ্রীচন্দ্রাবলীদগী হেল্লি। চন্দ্রাবলী বাধাগী কাযব্যুহনি। হাযবদি তশেংবা বাধাগী অংশ অমনি। অদুবু অনীগী মবক্তা হেল্লবদি লৈ। চন্দ্রা বলিনা বাধামক্কী মশক ওইববদি কবিগীদমক চন্দ্রাবলীনা বাধাগী মফমদা কল্লক মীহৌবা, নুংডাইতবা বাথল পোক্লিবনো? বাধাগী কাম প্রেম শ্রীকৃষ্ণদা লেঙবা অদু হেনগৎলক্লবগীদমক্কি। চন্দ্রাবলীদা পোকপা বতিনা ঘৃতস্নেহনি। "ঐ অসি মাগীনি" হাযবদি মহাক্না ঐগী মপুনি হাযবগী ভাব অসি 'ঘৃত ' স্নেহনি। অদুগা বাধাদা লেবা বতিনা মধু স্নেহনি"। "মহাক ঐগীনি" হাযবদি মহাক্কী মপু ঐনি হাযবনি। চন্দ্রাবলী অমসুং শ্রীকৃষ্ণ অনীগী মবক্তা লৈবা বাগনা — "নিলিবাগ" কৌই। বাগ অসিদা মযেংতাবকপা হুম্ববকপা, হাযবদু লৈতে। মপাম্লোংগী শকফমদা থোইনদুম হেন্না ফজথোবকই। অদুগা স্ব লগ্নভাব পুন্নমকপু লোৎশিন্দুনা থম্মী।

বাধাকৃষ্ণ অনীগী মবক্তা লৈবা বাগনা মঞ্জিষ্ঠা বাগনি। বাগ অসিদা বাধা মাধব অনীনা পুন্না তাউর্মিন্নে, অদুগা লোযননা মখোয়গী শুমহৎনিঙাই ওইবা

শরুকসু অসুম অসুম হেন্নগৎলকই। ঘৃত-স্নেহ, উদাত্ত মাইত্র, সুমাইত্র, নিলিমান্নচিংবনা চন্দ্রাবলী অমসুং রুক্মিনীনচিংবা দ্বারকাগী লৈমশিংদা লৈ। মধু-স্নেহ, ললিত, সখ্য, সু-সখ্য, রক্তিমান্নচিংবা রাগগী অয়ৌবীনা রাধাদতা লৈ। অতৈ-অতোপ্পা অমদা লৈতে। অদুনা রাধানা পূমহেল হেল্লিবনি। রাধানা হেল্লিবসি গন্ধর্ব্ব ধর্ম্ম হায়বদি পুং, ঈশৈ, জগোঈনচিংবসি লোয়নমক হে। অদুনা রাধাবু গন্ধর্ব্বসু কৌই।

ব্রজগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবনা দ্বারকাগী লৈমশিংনা শ্রীকৃষ্ণ নুংশিবদগী খেন্নে। ব্রজগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবনা পরকীয়া ভাবনি। অদুগা দ্বারকাগী লৈমশিংনা কৃষ্ণবু নুংশিবনা স্বকীয়া ভাবনি। স্বকীয়া ভাবতদি কাম য়াওই। পরকীয়া ভাবতদি কাম য়াওদে। প্রেম য়াওই। দ্বারকাগী ইবেম্মশিংনা তৌবা সাধন্না সাধন ভক্তিনি। সাধন ভক্তিদা শ্রদ্ধা য়াওই। অদুগা গোপীশিংদা লৈবা ভক্তিনা ভাব ভক্তিনি। ভাব ভক্তিদা রতি য়াওই। ভাব ভক্তিনা অয়ৌবা থাক য়ৌরক্লবা কান্দা প্রেম ভক্তি ওইরকই। প্রেম ভক্তি নত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা ঙমদে। অদুনা মীরাবাইনা হায় — "বিনা প্রেম সে নহি মিলে নন্দলালা"। প্রেমদা কাম য়াওদে। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবদি মধু-রিপু-কামনি। রাধাগী প্রেম কাম য়াওদে। "মধু-রিপু-কাম" অদুতবু রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু চুপহন্নিংবনি।

গোবিন্দ লীলামৃতম্ অমসুং রাধাকৃষ্ণ প্রেম কেলিনচিংবদা রাধা কৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগা লৈনবা মরী অসি নুপা নুপী অনীগী মরক্তা লৈনবা ভাব অদু নত্তে হায়বা উৎলি। ইচম চম্বা, হৌমিন কামিন্নবা, লেংমান্নবশিংগী মরক্তা লৈবা মরিনি হায়বা তাকই। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী থম্মোয়বু হুবিখ্রে। মখোয়গী নি হায়বা করিমতা লৈহৌদ্রে। অদুনা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মশাগীনি হায়বা অমতা থাক্তনা লোইনমক কখোকপা ঙম্মী।

দ্বারকাগী লৈমা নিপান্দি গোপীশিংনা ওইরিবা অদুদগী খেন্নে। মখোয় মশাদা অহংকার য়াওই। মখোয়না হায় — "ঐগী ইপুরোইবা লৈ।" ঐগী হায়বা রাখল অমা মখোয়দা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তি মহাক্কীনি হায়বা অরেপ্পা পোৎশক অমা লৈতে। গোপীশিংসু মহাক্কী নত্তে, রাধা ফাওবা মহাক্কী নত্তে হায়না খল্লি। ইবুংঙোগী প্রেম লীলাদি মফম পুম্নমক্তা চায়থোক্তনা লৈ। গোপীশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা মরীদা "ঐগী" হায়বা রাফম য়াওদে। মশাগী থাক মখোয়না করি ওইরিবগে হায়বা অদু ফাওবা লোয়না কাউথোকই।

কবিগুম্বা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবনি হায়না খল্লম্লবদি যাম্না ব্যবহার তৌনা কৌবমগনি। "তু চোব" (ত্তবানবা নঙ) হায়না কৌবা থক ঙম্লম্মোয়। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু জগৎকী মপুনি হায়বদা থক যাদে। প্রেমদা ঐশ্বর্য্য যাওদে অদুনা গোপীশিংগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য্যরূপ্তা লেপতুনা লৈবা থক ঙমদে। মাধুর্য্য রূপ, দ্বিভূজ ওইবা শকওং, চুডা ধোডা লৈতেংবা মথেক অহুম থেকপা, কোকথক্তা রাহোংগী মতুনা লৈতেংবা শ্যামসুন্দর মুরলীধরগী শকওং লৌবগা লেপতুনা যোংমায়া ফাওবা গোপীশিংগী মফমদা মাযথিবা ফংই। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু জগৎকী মপুনি হায়না উহল্লবদু গোপীশিংনা থৌওইবিদ্রে।

নুংহোংলগা নুপা নুপী অনীগী মরী অদুগা স্বকীয়া ভাবনি নুপীনা মপুরোইবদু [illegible] । [illegible] খাগ্নি। [illegible] প্রেমদা অপরাধ [illegible] [illegible] মঙম পুম্নমক্তা [illegible] গোপীশিংগী লমচংকা [illegible] লমচংকা [illegible] [illegible] [illegible] ভাবোকশিংগী [illegible] গোপীশিংগী মপুরোইবা লবহেল্লা [illegible]।

[illegible] গোপীশিংগী [illegible] পরকীয়া ভাবনা [illegible] পাব হাল্লি মসি [illegible] গোপীশিং [illegible] মপুরোইবা [illegible] মতোম [illegible] প্রকট লীলাগী [illegible] ওইবিবা পৃথিবীদা নুপী - নুপাগী মরি [illegible] যাগমাগানা [illegible]। [illegible] শ্রীকৃষ্ণদা নুপা নুপীগী ওইবা মরী অদু লৈ [illegible]

গোপী [illegible] মথোয় মশাগী মপুরোইবা লৈরে হায়বগী রাখল অসি লেবল্লবদি পরকীয়া ভাবগী নুংঙাইহদু লেবল্লোই। মথোয়গী মপুরোইবা লে হায়বগী রাখল অসি মথোয় খুদিংদা চেনবা মতমদা পরকীয়া ভাব (অবান্দুনা নুংশিবা) গী মপুক্তাগবা নুংঙাইবদু মংলা তম্মী। মবম অসিনা গোপীশিংনা মহৌশা যেলহৌভেদগী হৌদুনা মথোয় খুদিং মক অহোল্লদা লুহোংখ্রবনি মথোয়গী নুপীনি হায়বগী রাখল্দা অদুম লাকই। অদুগা শ্রীকৃষ্ণস্‌ মথোয়গী রাখল অদুগা চান্নবা মওংদা উপ-পতি

(মরুম্বী) গী মতৌগুম্না শুমহৎনবগী মশক ওইবা মহাক্কী বাঁশী "চরে অমীয়" হায়না খঙনবা অদুনা মতেং পাংলগা শ্রীবৃন্দাবন্দা রাস লীলা শান্নে।

ব্রজবৃন্দাবন্দা ব্রজেশ্বরী বাধে বাধে হায়না কনামতনা কৌখিদ্রি। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীতনা কৌখিবনি। শ্যামগী বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা খঙহৌদনা বাধানা কদম মপান শাগৎপগুম তু চুংগনি মশাদা। বক্ষজ মতোন চোংগনি, কর্ন্দপ ঈথক্লা, লৈফম চাফম খঙলোই, পূমঙাও ঙাওগনি চৎনিংবনা। বাঁশীনা কন্না চিংগনি, খাঙগনি রাধানা কামগী তেন্না পান্দুনা। ওইহল্লি রাধাবু বাঁশীনা শ্যাম কলঙ্কিণী।

গোলোক ধামদা ফংদবা পরকীয়া রস কৌবা প্রেমগী রসবু চুপনিংলুবদগী শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু আয়ন্দা পীথোকখি। শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমগীদমক লৈ। প্রেমবু লৈববদি শ্রীকৃষ্ণনা পেনবি। পীশুম শুক্লা শাওনা খাঙলিবা গোপীশিংগী মশক উরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবি। বেদ কয়াগী স্তোত্রম্ খিদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনহন্নবা হোৎনবদগী গোপীশিংগী অশাওবা মাইথোংশিং উরগা থোইনা হেন্না নুঙাইবা পোকচে।

অসিগুম্বা "প্রেম বিলাস রূপ" কী মওং অসি নাবদ মুনিনা শ্রীমদ্ভাগবতগী স্কন্ধ ৭ গী অধ্যায ১গী শ্লোক ২৬ শুবদা "তনময়তা আশক্তিগী" মতাংদা তাক্লি। শ্রীকৃষ্ণবু অতোপ্পা মপুরোইবা লৈবী গোপীশিংগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নে হায়না নোক্লরি। মতাং অসিদা "যোগ মায়াম্ উপাশ্রিতাঃ" না তাক্লির্বদি শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পা নুপা অমগী নুপীনা শোক্লবা লৈতনা মশাগী আনন্দ অদু চুপলগা নুংঙাইথোক্লুনা লৈ হায়বা তাকই। (আত্মারামো প্যারি রমৎ) ভগবান্দা কামদেবনা চঙবা ঙমদে।

অমরোমদা গোপীশিংসু নিত্য সিদ্ধানি; নিত্য প্রেয়সীনি। গোপীশিংগী পঞ্চভূতকী দেহ লৈতে। গোলোক বৃন্দাবন্দগী ভৌম বৃন্দাবন্দ বাস লীলা শান্নবা মখোয়না কুমথরকপনি। পদ্ম পুরাণগী মনুংদা সদাশিবনা নারদমুনিদা অসুম্না অমুক হায়রি — শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ-মপাং খিবিক মমা-মপা অমসুং মহাক্কী নুংশিজরিবশিং পূম্বা লোয়না নিত্য ওই। অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু ব্রহ্মচারীনি হায়বি। মসিনা তাক্লিবদি— শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম লীলাদা কাম য়াওদে হায়বা খঙহল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা

লোযননা পবকীযা ভাবতা নুংঙাইদুনা লৈবা অসিবু শ্রীপাদ জীব গোস্বামীনা "বিভ্রম বিলাস" হাযনা কৌই। পবকীযা ভাবতা চঙজবগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবি।

সমঞ্জসা বতি দ্বাবকাগী লৈমশিংদা লৈবিবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা ঙমদে। মবমদি – - স্বকীযা সমঞ্জসাগা বতিদা দ্বাবকাগী লৈমশিং অসিনা মখোয মশাগী নুংঙাইনবতা হোৎনৈ, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবা অদুবুসু মখোযনা ফংনিংই। অদুম ওইনমক কুব্জাদা লৈবিবা সাধাবণ বতি অদুদগীদি বাংবা হেল্লি। কুব্জাগী মশা অসি অপ্রকটনি। অদুবু মহাক্কী অপাম্বনা দ্বাবকাগী লৈমশিংগী অপাম্বদগী কন্নবা হেল্লি। ব্রজগী গোপীশিংদা লৈবা বতিনা সমর্ত বতি, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অদুনি। মধুব বসতনা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোযবু মহি চেনহনবা ঙম্মী।

দ্বাবকাগী লৈমা লিশিং তবাতকক্তা লৈবিবা বতি অসি সমঞ্জসা বতিনি। লৈমশিং অসিনা অহিংগী ম তম চঙলক্লবদা শ্রীকৃষ্ণবু বতি বিলাসতা তাউদুনা লৈনবা হোৎনৈজে। অদুবু সমঞ্জসা বতিনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা ঙমদে। ব্রজগী মধুব লীলা নিংশিংলকই। লৈমশিং অদু উবগা চোযবোলগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা "হে বাধে, হে ললিতে" হাযনা মচিন্দা মুকম মুরুম শোল্লকই। অমুকসু অঙাওবগুম্না ফুক হৌগৎলক্লগা মথেক অহুম থেকপা ত্রি ভঙ্গ রূপগী শকওংদা খুৎতা বাঁশী পাযবগী বাখন্দা "হে বাধে, পুবাও মধু বিপু রূপ" হাযনা মচিন্দা শোল্লগা খঙহৌদনা শৈজা থক্তা তাখি। ফী মচেৎ অমনা ইবুংঙোগী মচিন অদু খুমজিল্লগা মপীনা অবেপ্পা লৈতনা চদুম চদুম মোন মথক্তা তাবম্মী। মসিনি গোপী প্রেমগী মগুণ।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রাভুমক্লা অবতাব তৌবিবমদ্রবদি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী তত্ত্ব অমসুং গোপীগী প্রেম কবিনো হায়বসি খঙবা ঙম্লম্মোয। অসিগুম্বা নুংগী ওইবা প্রেম তত্ত্ব অসি প্রভুনা বাযগা, মপু মনাই অনীগী বাবী শাম্নবদগী খঙবা ঙম্মী। প্রভুনা বাযদা হংই—তাঙ্গৈবঙ মীওইবা ওইনা পোক্লগা ফংগে হাযদুনা তাল্লিবা "সাধ্য" অসি কবিনা মহেল্লব:ণ: মদুদা বাযনা খুম্মী- –তাইবঙ মীওইবা ওইনা পোক্লগা ফংগে হাযনা তাম্নবিবা পোৎশিংগী মনুংদা গোপী প্রেম্না পুমহেল হেল্লি।

প্রভুনা গোপী প্রেমগী মনুংদা কনানা অমুক হেল্লি হাযনা হংলকই। প্রভুগী যাথং মতুং ইন্না বাযনা মথং মথং খুম্লকই। শত কোটি হাযদুনা লৈবিবা গোপীশিংগী

মনুংদগী গোপী লিশিং তবাওক্কক চামনিপান্না হেল্লি। মদুদগী অমুক চাম নিপান্না হেল্লি। চাম নিপান দুগী মনুংদগী অমুক নিপান্না হেল্লি। নিপাল অদুগী মনুংদগী গোপী অনীগী প্রেম্না হেল্লি। গোপী অনী অদুদি শ্রীরাধা অমসুং চন্দ্রাবলীনি হায়না বায়না খুম্মী।

প্রভুনা অমুক হংই—অনী অদুগী মনুংদা কনাগী প্রেমনা অমুক হেল্লি হায়না খুম্মী—রাধাগী প্রেম্না হেল্লি। মদু তাবগা প্রভুনা অমুক খুম্মী—মনুংচনবা অমমুক লৈবিব্রা হায়য়ু। রায়না খুম্নকই — মনুংচনবা অমা লৈবদুদি ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদ্রে। বাযনা মখা তানা খুম্মকই--- ঙসাই মখৈ ইবুংঙোনা হংবিবগা ননাইনা খুমজবিবা পুম্বা অসি ঐগী পাওখুম নংচদে, ইবুংঙোনা খুম্মীবা ঙাক্তনি। ঐনা যন্ত্রনি, যন্ত্রদু খোংবীবনা ইবুংঙোনি ইবুংঙোনা হায়বিবতা ননাইনা পাংদমজবনি। ইবুংঙোনা রাধাগী প্রেম অসৌবী হায়বিবগা মদুগী মনুংদা কবি যাওবিবগে হায়না হংবিবিবদু ননাইনা লেংজবা ঈশৈ অমা নিংশিং তনকই। ঈশৈ অদুগী মনুংদা কনা কবিনো হাযবদু ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদে। ইবুংঙোনা ঈশৈ অদু হায়বিনাবদগা, ঈশৈ অদুগী মনুংদা রাধাগী প্রেমগী অথুম্বা চ দু যাওই খঙবিদুনা ইবুংঙোনা ঈশৈ অদু ঐঙোন্দা নিংশিং হনকপনি। ইবুংঙো ঈশৈ অদু ননাইনা শকচাগে চুমথ্রা হাকপীযু। প্রভুনা হাগে শকউ হায়বনদা রায়না ঈশৈ অদু শক্লকই-- ' পহি লহি লাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল। অনুদিন বাঢল অবধি না গেল ।না সো রমণ না হাম রমণী"।

ঈশৈগী মতাং অসি যৌবকপদা লীল জগোয শাবগী ভুম্বা খোংবা মখোল ভাবগা লীন্না মকোক থাংগৎলকপাগুম্না প্রভুনা ওক থাঙ্গৎতুনা লেংশিল্লক্লগা বাযগী চিনবান প্রভুগী খুবাক্লা মেনশিল্লগা ওক্লে ওক্লে বায় তাক্লো হাযদুনা খার্মখি। শ্রীরাধাগী প্রেমগী মশক্তি অসিনি। বাযগী ঈশৈ অসিগী চাওবাকপা অর্থদি অসিনি— অহানবদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণদু উজখি। অদুদগী রাগ পোকখি। রাগ অদুদগী পুর্ব্বরাগ ওইবকখি। "পহি লহি লাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল"। রাগ অদুনা নোংম নোংমগী অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি, মিকুপ খুদিংগী হেনগৎলকপনা লোইবা নাইখিদে ("অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল", অদুদগী "না সো রমণ, না হাম রমণী"। মহাক্লা রমণনি, কৃষ্ণ অদু ঐগী চান্নবনি হায়বা ঐনা (রাধা) না খঙদে, ঐ অসি কৃষ্ণগী চান্নবীনি হাযবসু খঙদে। কামদেবনা কুপশিনখিদুনা পুম্নপ অমত্তা ওইশিনখি।

অনুরাগনা অশাবা মৈ ওইবগা রাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী মহি চেলহন্দুনা অনীনা অমতা ওইখি। (শ্রীপণ্ডিত রাজ তোম্বাপু শর্ম্মাগী শ্রীমদ্ভাগবত লমায় ৭৪৩)। গোপীশিংনা অধিকট মহাভাব (Eternally blissful loving sentiment) তা লৈরুবদগী শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা লৈমিন্নবদগী খুইদগী রাংবা সংসারিক ওইদবা দৈবিক ওইবা আনন্দ অসি ফংলকই। মসি বিপ্রলম্ভ ভজন তৌবদগী ওইবকপনি। বিপ্রলম্ভ ভজন্না সম্ভোগতগী রাংবা হেল্লি।

শ্রীকৃষ্ণদা তিনশিনবা ওম্না "রস" অদু বিপ্রলম্ভ ভজন্না ফংবা ওম্মী। সম্ভোগনা থুংনবা (love in union) নি অদুগা বিপ্রলম্ভনা খায়দবনি (love in separation) খায়দবদি ওইবগা মদুগা মিলন ওইবা য়াদবনি। (বিপ্রলম্ভ সনাতন গোস্বামীনা ... বিষ্ণু তোম্বণীদা ... খোন্না চাবপা ... চাংদল্লে। অহিংগী মতম ওইবক্লগা লীরোগ ... লৈম্মোদি মতোম ... ঙমখি। বিরহগী মৈচাক্তি ... মাচিক মাবা ওখোল ... থোইনা হেন্না ... ওইবা অপূর্ব্বা মহাও য়া ...)

চৈতন্যচরিতামৃতনা হায় — বিপ্রলম্ভদি ... চুক্তি ... থকপদি যাম্না ... খোকপা অদুগা ... থাদোক্লিন্দগা ... পাংলক্লি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা বিরহগী চৈথেং পিরক্লবদি মখোয়বু ... শিবদগী। কৃপা পীনবিগে হায়না তৌরনি। শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা ... অমোংপা মথলগী প্রেম য়াওদে। গোপীশিং অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজবা কামগী মরিক অমতা য়াওদে গোপীশিংগী শ্রীকৃষ্ণদা লৈজবা বতিদি 'মোদন' কৌই। হায়বদি মশাগী হায়বা থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবা মতম পুম্নমক্তা থনবনি। মখোয়না কৈদৌনুংদা শ্রীকৃষ্ণগা মিংচান্নদুনা প্রেমালিঙ্গন তৌগে খল্লুদে। মখোয়না মতম পুম্নমক্তা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা মবেম্মা রাধাগা লোয়ননা প্রেমালিঙ্গন তৌবা পাম্মী।

ইবুংঙো, ইবেম্মা অনীনা পুন্না রতি বিলাসতা তাউনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা বৃন্দাদেবীনা তাকপীবগী মতুং ইন্না মখোয়না শিন্দুনা লৈ। অসুম্না মবুংঙো মবেম্মা অনিনা মিলন ওইনবা হোৎনজবদগী ফাওবকপা মখোয়গী নুংঙাইবা অদুনা মশাগী ওইজবা তাল্লুবদা ফংলকপা নুংঙাইবদগী শকক কোটি চামা হেন্না থুম্মী হায়। গোপীশিংগী অসিগুম্বা মশাগী ওইজবা থাদোকপা, অমোংপা লৈত্রবা, অশেংবা পুকচেল অসি উবগা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাই।

অধিরুঢ় মহাভাবতা 'মোদন' অমসুং মোহন হায়বা মখল অনী অসি য়াওরি। অধিরুঢ় মহাভাবকী চৈথেং ফাওরকপা মতমদা রাধাকৃষ্ণ অনীবু চাংজৌ নাইদ্রবা আনন্দগী ঈপাক্তা নিংথিবা খিবিক্কা লোয়ননা তাদুনা লৈহল্লি। মসিবু "মোদন" হায়না কৌই। অসিগুম্বা পরকীয়া ভাবগী প্রেমদা ঙাওদুনা লৈরিঙৈদা অনীগী মশাদা নিংবা থুংদবা ফাওহল্লকই। অসিগুম্বা রসগী প্রেমদা তাউদুনা লৈবা মতমদা রাধাগী ফজবা মঙাল অসি হায়নিংঙাই লৈতে। "মোদন" হায়বসি হলাদিনী শক্তি ওইবী রাধিকাগী লংনা চংখোন্না ফজবা অদুবুনি। মোদন অসি রাধাগী কাংলুপ নত্তনা অতৈদা লৈতে।

রাধানা অসুন্না মোদন রূপতা লৈবা অসিনা কায়নবা বিরহগী মতমদা 'মোহন' রূপ্তা লাকই। রাধা কৃষ্ণ অনীনা প্রেম মিলনগী মতমদা অপুনবা শকওং, যোগগী মশক লৌদুনা লৈবদু 'মোদন' নি। অধিরুঢ় মহাভাবনা রাধাবৃষ্ণ অনীবু অমৃতগী মশকুন্না নিত্য ওইবা আনন্দগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈহল্লি। অনীগী অপুনবা শকওংদা মঙাল অমসুং শুমহৎনিঙাই ওইবা পোকহল্লি। 'মোদন' রূপ্তা শুমহৎনবা মশক ওইবা অরংবা কান্তি ফাওরক্লবদি হলাদিনী ওইবী শ্রীরাধাগী ফজবা অমসুং নিংথিবা শকওংগী মঙান্নি। "মোদন" দি শ্রীরাধারানীতদা য়াওই। অতৈদা য়াওদে। অতৈ গোপীশিংনা য়াওবনা 'মোদন' নি।?

"মোদন" হায়বসি ব্রজগী মধুর লীলাগী মনুংদা লৈবা প্রেমগী অয়ৌবী পম্থুংফম্নি। ব্রজেন্দ্র নন্দন শ্রীকৃষ্ণদা চেন্নরিবা 'মদন' অসি প্রকৃতিগী ওইবা "মদন" অদু নত্তে। প্রকৃতিগী ওইবা "নবিন মদন" নি। 'মদন' ওইবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনী পুন্না লৈরম্বদগী "মোহন" ওইনা শ্রীরাধাদগী তোঙান্না লৈথ্রবদা শ্রীকৃষ্ণদা ফাওরকপা প্রেমগী মহাওদি শ্রীকৃষ্ণ মশামক লৈরি হায়বসি পুমকাউ কাউথোকখি। রস শাস্ত্রনা প্রেমবু শকওং অনী থোক্লা উৎলি — নুমিৎ কোটি কয়াগী মঙালগুম্না ঙানবা অমসুং থা কোটি কয়াগী মঙালগুম্না মেংবা। বিরহ অগ্নিনা চাকথেকপা মতমদদি প্রেম্না নুমিৎ কোটি কয়াগী মঙালগুম্না কাপথোকহল্লগা রাধা কৃষ্ণ অনিবু চাকথেকহল্লি। অদুগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা তিন্নরা লৈমিন্নরিঙৈদদি চন্দ্র কোটি কয়াগী মঙান্দগী হেন্না মেংই, শীতল ওই। অসুন্না শীতল ওইবনা রাধা কৃষ্ণ অনীমক তোঙাল্লি হায়বা খঙবা ঙমদে।

মরম অসিনা তন্ত্র শাস্ত্রদা শ্রীকৃষ্ণবু "রবি কোটি প্রতিকাশঃ চন্দ্র কোটি সুশীতলঃ" হায়না স্তুতি কৎলি। শ্রীরাধা য়াওদবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বা শুমহৎনবা শকওং অমসুং মঙাল লৈবা ঙমদে। অধিরূঢ় মহাভাবগী মোদন রূপ্তা অসুম্না রাধাকৃষ্ণ অনীনা প্রেমগী অমৃত থক্লুনা লৈরিঙৈগী মতমদা অনীমককী মশাদা নিংবা কায়বগী বাখল পোক্লকই। অপাম নুংশি কায়নবগী অকিবা ফাওরকই। অপাম নুংশি থুংনদুনা অমতা ওইনা লৈরিঙৈদা সম্ভোগগী নুংঙাইবা অদুদা হেনমনগ্রদুনা অমুক খায়নবগী। (বিপ্রলম্ভ) মৈচাক অদু মশাদা ফাওরকই। মতম অদুদা প্রেম বৈচিত্য ওইরকই।

প্রেম বৈচিত্যগী মনুংগী ওইবা বাফমসি য়াম্না থুপখ্রে। জীব গোস্বামীনা মসিগী মরমদা শেংনা তাক্লমদ্রে। (উজ্জ্বল-নীলমণি রূপ গোস্বামী)। অদুবু করিসু খঙজদবা ঐহাক্না লাইরিক থবা পাজরুবদগী থেংনজরকপা বাফম অমতং মতাং অসিবাইদা নিংশিংজগে। মসি মথক্তা পঞ্জখিবা "না সো রমণ, না হামু রমণী" হায়বদুগা মরি লৈনৈ।

শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা প্রেমগী ঈপাক্তা গাউদুনা মিলন ওইনা লৈবা কান্দা রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু মাংখ্রবোই নিংদুনা অঙাওবীগী মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়ফেৎ নুংশি মোমোন তৌরগা রাধাবু কোনশিনবিদুনা "হরে" হায়না কৌরম্মী। হরেনা রসিক ভাবপু খঙহল্লি। রাধারানীনা ইবুংঙোগী থম্মোইবু ঙরাল্লি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা "প্রাণহরা" হায়বা মিথোল অসি ইবেম্মদা থোনবী। প্রাণহরা সম্বোধনগী সংক্ষেপ বাহৈ "হরে" নি। ইবুংঙোনা ইবেম্মগী স্বরূপ মরিগী মতেং লৌরগা "হরে" হায়না বাহৈ মরিরক সম্বোধন তৌবি। স্বরূপ মরি অদুদি — ধীরশান্ত, ধীরোদ্ধত, ধীরোদাত্ত অমসুং ধীর ললিতনি।

ইবেম্মনসু অমুক মহাভাব স্বরূপিনি ওইবা শকওংদগী ভাব মরিগী মতেং লৌবগা "কৃষ্ণ" হায়না মরিরক সম্বোধন তৌই। ভাব মরি অদুদি —— অভিসারিকা, বাসক সজ্জা, উৎকণ্ঠিতা অমসুং খণ্ডিতানি। পুন্নমক অসি প্রেম বৈচিত্তগী মনুংদা ওইবা বিরহ স্ফুর্তিনি। প্রেম বৈচিত্তা ভাবগী সেবা লোয়রবদা পরিপূর্ণ মিলন সেবাদা ইবুংঙোনা মহাক্কী রমণগী মতেং লৌরগা অমুক্কা "হরে" হায়বা বাহৈ মরিরক শোন্দুনা সম্বোধন তৌখি। রমণ মরিগী অভিব্যক্তিদি-সংক্ষিপ্ত, সম্পন্ন, সমপূর্ণ অমসুং সমৃদ্ধিমান অসিনি।

মহাভাব স্বরূপিণী "ওইবী অমসুং আনন্দ মাধুর্য্যগী তুংনফম ওইবিবী শ্রীমতী রাধিকানা মবুংঙোবু চেৎনা কোনশিঞ্জবগা "রাম" হায়বা ৱাহৈনা ভাবমবিদা সম্বোধন তৌরী। ভাবমবি অদুদি — বিপ্রলব্ধা, কলহান্তরিতা, স্বাধীনভর্তৃকা অমসুং প্রোষিত ভর্তৃকানি। অসুম্না ইবেম্মনা ইবুংঙোবু চিংশিঞ্জবগা চেৎনা প্রেমালিঙ্গন তৌবদগী ইবেম্মা অসি ইবুংঙোদা তিনশিনখ্রে।

মদন-মন-মোহিনী রাধাগা মদন-মোহন শ্রীকৃষ্ণগা অমতা ওইখিবা মতমদা ফৃদোংলবা সনাগী কুচুনা লৈতেংলবা শ্রীগৌরসুন্দর ওইনা পোক্লকখ্রে। **"না সো রমণ না হামু রমণী"** গী মওংদা শ্রীগৌরাঙ্গনা মন্ত্ররাজগী শকওং লৌরগা ভানবিখি। **(তত্ত্ব ভজন চিন্তামণি)**। গোপী প্রেম্না যুগলরূপ ওইনা "মদন মোহন" ওইবিবস্বদগী অধিরূঢ় মহাভাবগী মধুর প্রেমরসনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা তিংথৌ মতোন্দা। পরূপা লীক্লা মবিক অনীনা অমতা ওইনা ইবেম্মগী "মদন" রতিদগী ইবুংঙোনা প্রেম বিলাস বিবর্ত্ত ওইবিদুনা সমপূর্ণ "রসরাজ মূর্ত্তি" ওইনা পুর্নাশিন্নখিবদুবু "রস রাজ ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি" শ্রীকৃষ্ণ ওই।

শ্রীকৃষ্ণগী নামদি মরাম্না খঙনরবনি। মহাক্কী মহামন্ত্রদা 'হরে' অমসুং 'রাম' হায়বা নাম অনী অসিগী মরমদা পঞ্জগে। হায়রিবা নামশিং অসি কানাবু খঙনৈ? 'হরে' হায়না হরিবু কৌরকান্দা শিজিন্নবা অদুবু খঙনৈ। মহাক্কী খুমহৎলবা প্রেম অদুতনা হরিগী থম্মোয়রবু হুররদি মহাক্পু "হরে" হায়না কৌই। হায়রিবা "হরে" হায়বা নাম অসি কনাগুম্বা অমতবু খঙনদে। বৃষভানু নন্দিনী শ্রীমতি রাধাতবু খঙনৈ। কৌনা খঙনরবা ৱাহৈদা রাধাবু "হরে" হায় **(ব্রহ্মসংহিতা)**।

আগমদা ভগবান শঙ্করনা দেবীদা হায় — হে দেবী, "রা" হায়বা ৱাহৈ অসি শোনবা মতমদা পাপ পুন্নমক কোকই, অদুগা "মা" হায়বা অসিনা থিংজিন্দুনা থম্লিবা থোংগী মশক লৌরগা পাপ পুন্নমক অমুক হন্না চঙহন্দে। মসিনি "রাম" গী অর্থ। অদুগা পুরাণগী মতুং ইন্নদি শৃঙ্গার রস লীলাগী হৌরকফম ওইবা দেবতা অমসুং পরকীয়া ভাবতা মহাক্কী লোইনবী রাধাগা লোয়ননা প্রেম লীলা শান্নরিবা মহাক অদু "রাম" নি। অদুনা 'রাম' হায়বা ৱাহৈনা তাক্লিবদি শ্রীকৃষ্ণতবু খঙনৈ। অতৈ অতোপ্পা অমতবু খঙনদে। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী রসদি নৈনদুনা লোয়বা নাইরোই।

ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী বাস লীলাদি নিত্য ওই, মাঙবা নাইদে। প্রলয়গী মতমদা লীলা খুদিংমক গোলোক্তা অদুম লৈ। নোংমগী মনুংদা অষ্ট কালগী মতমদা ব্রজলীলাবু নিংশিংজবা ওম্লবদি লীলা মাঙদনা অদুম লৈ। প্রকটগী মতমদা ব্রজলীলাদি --- লোক অমদগী লোক অমদা শান্নদুনা লৈ। চক্রগী মতৌগুম্না উংদুনা লৈ। লোক অমদা ব্রজ লীলা শান্নবা উদবা মতমদা অতোপ্পা লোক অমদা লীলা অসি অদুম শান্নদুনা লৈ।

মতৌ অসুম্না ব্রজ লীলানা নিত্য ওইবা মওংদা লৈ। (মহাপ্রলয়গী মতমদা লীলা খুদিংমক গোলোক্তা শান্নদুনা লৈ।) অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ভক্তশিংবু পুংশিনদগী মথৃবা ধামনা ভক্তিগী চুনবা মফম ওইবদগী ব্রজ লীলাসি মফম অদুদদি প্রলয়গী মতমদসু মাঙবা নাইদনা লৈ। লীলা অসিনা চাকানা উংবগী মতৌগুম্না ঐশ্বর্যগী লোক অসিদা লৈ। মবম অসিনা ভৌম ব্রজলীলা অসি গোলোক্কী লীলা গুম্না মাঙবা লৈতে। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলা নিত্য ওইনা অদুম লৈরি।

---

# "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা"

**নিংথৌজম খোলো সিংহ**

*থাংমৈবন্দ খুযাথোং*

ক্লীঁ কৃষ্ণায গোবিন্দায গোপীজন বল্লভায স্বাহা" হাযবা মন্ত্রবাজ অসি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপনি। অবোনবা মন্ত্র হাযদুনা লেবিবশিংগী মনুংদগী মযেক ১৮ না শাবা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র অসিনা খ্বাযদগী অবোনবা মন্ত্র ওই। মন্ত্র অসিগী মতিক মগুণদি স্বর্গ, মর্ত্ত অমসুং পাতাল অহুমদা ফাওদুনা লৈ। মুনিশিংনা মন্ত্র অসিবু যাম্না পাম্না শোন্নে। মন্ত্র অসিগী নুংগী ওইবা অর্থ খঙবনা পুক্নিদা খঙগে হাযনা তান্নফম থোকপা মক ওইবা পোৎশক অদুনি হাযবা তাকই। মন্ত্র অসিদা যাওবিবা শকওংশিং অসি কামবীজ "ক্লীঁ" গী মশকশিংনি। মযেক ১৮ না শাবা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র কৌরবগী মবমদি মসিবু খঙনৈ ১) ক্লীঁ, ২) কৃ. ৩) ষ্ণা, ৪) য, ৫) গো ৬) বি, ৭) ন্দা ৮) য, ৯) গো, ১০) পী ১১) জ। ১২) ন, ১৩) ব, ১৪) ল্ল, ১৫) ভা, ১৬) য, ১৭) স্বা ১৮) হা। মন্ত্র অসিগী ঋষিনা নাবদনি, ছন্দনা গাযত্রীনি, অদুগা দেবতানা নন্দ গোপগী মচা নুপা শ্রীকৃষ্ণনি। জীব গোস্বামীনা ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোক ৩ অমসুং ৪ গী টিকা পীবকপদা গৌতমীয তন্ত্রগী শ্লোক অনিথকগী মতেং লৌই। অদুগী মতুংইন্না অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্রগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতাদ দুর্গানি হায। দুর্গাশি মহাবিষ্ণু ওইনশু লৌই, অদুগা অমুকশু শ্রীকৃষ্ণ ওইনা লৌই। মযেক ১৮ না শাবা মন্ত্র অসিদা পদ মঙা যাওবি। পদশিং অদুদি ১) ক্লীঁ কৃষ্ণায ২) গোবিন্দায ৩) গোপীজন, ৪) বল্লভায অমসুং ৫) স্বাহানি শকওং মঙানা শকওং অমমমগী মশক লৌদুনা লৈবিবশিনা মযেক ১০ অমসুং মযেক ১২ না শাবা মন্ত্রশিংগী হৌবকফম মক ওইবি। মন্ত্র অসিদা তত্ত্ব মঙা যাওবি তত্ত্ব মঙা অসিদগী খুৎশেম ওইবকই। তত্ত্ব মঙা অসি শুপচিল্লগা অমুক কামবীজ "ক্লীঁ" গী মনুংদা যাওই।

"ক্লীঁ" অসি প্রণব "ওঁ" গা মশক মান্নে। **"ক্লীঁ কৃষ্ণায়" দগী পৃথিবী ওইরকই। "গোবিন্দায়" দগী ঈশিং, "গোপীজন" দগী মৈ, "বল্লভায়" দগী নুংশিৎ অমসুং "স্বাহা" দগী অতিয়া ওইরকই।** কামবীজ "ক্লীঁ" গী মনুংদা মযেক মঙা য়াওবি। মঙা অদু লৈগী লৈনা অমসুং মপালগী মশক্তি। মঙা অসিনা লৈগী তেল মঙা ওইবগা তাক্কর্বশিংগী থম্মোয়দা তাশোন ওইনা য়ৈবরি। "ক্লীঁ" দা য়াওরিবা "ক" না আম্রবকুল (হৈনৌ মপালগী ময়োল) নি, "ল" না অশোক পুষ্প (খারম লৈশোক) নি, "ঈ" না মালিকা পুষ্প (মালিকা লৈ) নি; অদুগা বিন্দুনা বকুল পুষ্প (বকুল মপাল) নি। বৃহৎ গৌতমীয় তন্ত্রদা তাক্লি "ক" কাবনা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ, পরম পুরুষ শ্রীকৃষ্ণ ওই "ল" কাবনা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী সমুদ্র ওই, "ঈ" কাবনা চেৎনা থুপ্না লৈবিবী বৃন্দাবনেশ্বরী পরম প্রকৃতি শ্রীরাধা রানীনি হায়বা তাকই, "অ" দ বিন্দু অমদি চন্দ্র বিন্দুনা রাধাকৃষ্ণ অনিগী চুম্বন ওইবরকপদগী ফাওবকপা নুংঙাইবা মাধুর্য্য অদুনি হায়না তাকই। নারদপঞ্চরাত্রমনশু হায়রিবা অসি অদুম মহায। গৌতমীয় মন্ত্রনশু অশুম্না হায়রি, "ক্লীঁ" হায়বা প্রণব অসিদা জগৎ অসি লোয়না লৈ। "ক্লীঁ" হায়বা কামবীজ অসিগী মনুংদগী "ক" কাবদগী ঈশিং, "ল" কাবদগী পৃথ্বি "ঈ" কাবদগী মৈ, "নাদ" অমদি অর্দ্ধচন্দ্রদগী নুংশিৎ অমসুং বিন্দুদগী আকাশ থোকলকই। মরম অসিনা বীজ মন্ত্র অসিনা জীবন পুম্নমক্কী আত্মাগী মশক ওইবনি হায়ই। সনৎকুমার সংহিতাদশু অসুম্না হায়রি কামবীজ হায়বসি অচৎবা মরূপক নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ স্বরূপনি "ক" কাবনা শ্রীকৃষ্ণগী কোকু, নাইবক, পিশুম অনি, নাতোন, মিৎ অনি অমসুং নাকোংবু খঙহল্লি। "ল" কাবনা শ্রীকৃষ্ণগী গণ্ডদেশ (চাইকং), মদুগী মথক চুপানচিংবগী শরুক, চিবুক (খদাং), গ্রীব (চিন), খৌবি অমসুং নংগাল্লি হায়না তাকই। "ঈ" কাবনা স্কন্ধ (লেংকাং, লেংজুম), বাহু (পাখোম), করফোনি (খুৎনিং) অমসুং শ্রীহস্তগী খুদোন খুৎশা অমসুং খুজিন পুম্নমকপু খঙনৈ। "অর্দ্ধচন্দ্র" না থবাক পুক নাকন অনি, খোইদৌ অমসুং খ্বাং অসিনি। "বিন্দু" না ফৈ, খুউ, খুবাই, খোংনি খোং খুযা থম্বাল চরণ অনিগী খোংশা অমসুং খুজিন্নচিংববু খঙনৈ। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী মরোন্দা কামবীজ "ক্লীঁ" হায়বসি যাওবি। শ্রীকৃষ্ণনা বেণুগান তৌরিবসি কামবীজ মন্ত্র "ক্লীঁ" বু শরু শোনবনি। শ্রীকৃষ্ণগী বেণুগানদা প্রণবগী মশক ওইরবা কামবীজ "ক্লীঁ" হায়দুনা শ্রীগোপাল সহস্রনাম (স্তোত্রম ২৫) না

"কলবেণুবাদনববং" হাযবি। শ্রীমদ্ভাগবত (১০/২৯/৩) না 'জগৌকলং বামদৃশাং মনোহরং'" হায। কামবীজনা শ্রীগোপালসহস্রনামগী বীজনি। মহাকপু উপাসনা তৌবনা বাধকৃষ্ণবু উপাসনা তৌবনি হাযবা তাকই। হাযবিবা অসি বামানন্দনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুদা ব্যাখ্যা তৌখি। "কাম বীজ কাম গাযত্রী যাব উপাসনা" ইতি। গোপাল সহস্রনামগী নাম ১০০০ দা ধ্যান তৌবশি কামবীজ "ক্লীঁ" দা তৌবনি হাযনা লৌগনি হায। কামবীজনা নামলীশিং অসিগী মনুংচন্দনা হেন্দোক্লগা লৈ। কামবীজনা মঙ্গলাচবণ্ হৌই। "ওঁ ক্লীঁ দেব কামদেব কামবীজ শিবোমণি"। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মখোল তাবগা পুম্নমক ঙাওবিবসি কামবীজ যাওবদগীনি। বাধাবু জগৎ অসিদা "শ্যাম কলঙ্কী" হাযনা মিংথোল ফংহল্লিবা লৈকাযগী মিনোক চংলিবা সমাজগী চৎনবোলগী রা বদা লৈহল্লিবা অঙাওবীগী মতৌগুম ওইহল্লিবা তশেংনা ঙাওশু ঙাওবিবী ওইবিবগী মবমদি বাঁশীগী মখোল তাকবদগীনি।

"কৃষ্ণ" হাযবনা কনানো? কনাবু "গোবিন্দ" হাযনা খঙনবগে, "গোপীজন বল্লভ" হাযবসিনা কনানো, অদুগা "স্বাহা" হাযবসিনা কনাবু খঙনবগে হাযবসি গোপালতাপনি শ্রুতিগী শ্লোক ১/১৩/২০/২৫/২৮/৩০ ৩২. অমসুং নাবদ পঞ্চবাত্রমনচিংবদা নৈনৈ। তাপনি শ্রুতিদা ব্রহ্মানা কৃষ্ণগী অর্থ অশুম্না পী' পাপ কষণ কৃষ্ণ"। হিংচাবশিং হাযদুনা লৈবিবা মখোয খুদিংনা পাপগী থবক তৌকবদগী ফংলকপা মবাল খিবিকপু কৃষ্ণ মঙোন্দা চিংশিল্লগা মপুং ফানা মাংহনবা ঙম্বা, কোকপীবা ঙম্বা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ ওইবা, মঙোন্দগী থোক্লিনা হেন্না চাওবা কনাগুম্বা অম্মমুক লৈত্রবা, কৃষ্ণ হাযবা নাম অদুতা তাবদা জগৎপু নংশিহনবা ঙম্বা শক্তি যাওবা, মদুনা খুৎলায ওইবগা লৈক্ষে চৎখ্রগদবা জীবশিংবু মাঙোনলোমদা চিংশিনবিবিবা ইবুংঙো মহাকপু "কৃষ্ণ" কৌই। 'কৃষ্ণ' গী অর্থদি যামখ্রে. অসিদা নত্তে। "কৃষ্ণ' হাযবা নাম অসিগী মনুংদা ভক্তি অমসুং সেবাগী ভাব যাওবি। "কৃষ" হায়বা শব্দনা ভক্তিনা লম্বী ওইবগা শ্রীকৃষ্ণদা চংজগদবা অদুবু খঙহল্লি, অদুগা "ন" হাযবনা ইবুংঙো মহাক্কী সেবাদা পুক্নিং লুপশিন্দুনা লৈবা ঙমহনববু খংহল্লি। অদুনা কৃষ্ণ হাযবা নাম অসিদা প্রেম ভক্তিবু পীনবিবা অমসুং সেবাদা পুক্নিং লুপশিনহনবা ঙমহনববু খঙনহল্লি। অদুগা "কৃষ' গী অতোপ্পা অর্থ অমনা

জগৎ পুম্নমক্কী মশকপু খঙনহল্লি; অদুগা "ন" না হৌরকফম মরু অদু ত্তাকই। অদুনা পুম্নমক্কী হৌবকফমগী মরু অমসুং জগৎগী শেম্বীবা মপু অসি শ্রীকৃষ্ণনা ওই হায়বা ত্তাকই। (দেবীভাগবত ৯/২/৫-২৬) ।নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/২০ গী ম তুংইন্না "কৃষ্ণ" হায়বা শব্দগী "কৃষ" না "সৎ" (মাংবা নাইদবা অবেপ্পা) বু খঙনৈ। "ন" না আনন্দবু খঙনৈ। "কৃষ্ণপাপকর্ষণ" হায়বনা ত্তাক্লিবনা ভক্তগী পাপ পুম্নমকপু লৌথোকপীবা অদুগা মখোয়দা চেন্নরিবা অজ্ঞানবু মাংহল্লি হায়বা খংহল্লি। কৃষ্ণগী মচু লৈ। মসিনা ত্তাক্লিবদি মহাক্কী মশা অসি মন্ত্র পুম্নমক্কা ত্তাশিল্লগা শায হায়বসি খংহল্লি।

মথংদা ব্রহ্মানা "গোবিন্দ" শব্দগী অর্থ ত্তাবক্লি। ব্রজগোপ, গোপীশিংগী মবু ওজ্রো ওইবা মহাকপু 'গোবিন্দ' হায়না খঙনৈ। (গোপালতাপনী শ্রুতি ১/৩৬)। গোবিন্দ, গোপাল, গোপীনাথ অমসুং মদন মোহন অমত্তনি। "গোবিন্দ" হায়বনা নন্দ ব্রজদা ষণর্বা মগ্না ওশিংগা লোয়নননা লীলা শান্নমিন্নবিবা কবক্সা মখলগী ষণবী মল্লাওনে। হায়বদশু অচম্বা অমগা নত্তবা, ত্তান্নেমক দৈনীক ওইবা, ব্রহ্মা মশামক্তশু মদুগী মনম খঙবা ঙমদনা, অঙকপা ওইবিবা, জগৎ অসিগু পালন তৌবিবিবা, বেদশিংনা অচুম্বা হায়বিবদু মহাক্লি হায়না লৌবিবা মহাক অদু "গোবিন্দ' হায়না খঙনগনি হায়। ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোক ৩৮ না "গোবিন্দ" বু দ্বীভূজ মূর্ত্তি ওইবা, শ্যামসুন্দর মুবলীধর, ত্রিভঙ্গমূর্ত্তি ওইবা জগোয হৈবা কৃষ্ণবু খঙনৈ। "গো" অমসুং "বাক্য" বু পালন তৌরিবা মপুবু "গোবিন্দ" হায়না দেবাশিংনা খঙনৈ। (নারদ পঞ্চরাত্রম ৫/৮/২৯)। "গো" শব্দনা পৃথ্বি, স্বৰ্গ, মখোল, শব্দ নৎত্রগা শা-শনবু খঙনৈ। মখোযবু হিংহল্লবা, মতিক মঙাল পীবিবিবা অমসুং য়োকপীরিবা মহাকপু "গোপাল" কৌই। (নারদ পঞ্চরাত্রম ।৫/৮/২১)। শল হায়রগা গোকুন্দা লৈবা ষণ খিবিকপু খঙনৈ। ব্রজগী শল ওইনা লৈবিবা গোলোক্কী সুরভি হায়বা ষণবী অদুবুশু খঙনৈ। (ব্রহ্ম সংহিতা ৫/২৯)। হায়রিবা শল অসিনা অধ্যাত্মিকগী চীঞ্জাক পীবিবদা নত্তনা চুম্নগী হিংনবগী চীঞ্জাকশু পীনবিরি। "গো" না পৃথ্বিবু খঙনৈ। লৈবাক্কী পোথোক ফংহল্লিবশি ভগবানগী কৃপা নত্তনা ওইথোকপা য়াদে। "গো" শব্দগী অর্থনা বেদশিংবু খঙনৈ। বেদশিংনা ত্তাক্লিবসি ভগবানমক্কী মুখদগী চেত্থরকপনি। বেদশিংগী অরোইবা পন্থুংফম্না ভগবান্না ওই। "গো" শব্দনা জ্ঞানবুশু

খঙনৈ। অহান্না ফংবা গুম্বা মহাকপুশু "গোবিন্দ" কৌই। নৎত্রগা ভক্তশিংনা লাইনিং লাইশোন্দা শোল্লিবা ময়েকশিংবু খঙববুশু "গোবিন্দ" কৌই। হায়বদি ভক্তশিংগী নুংগী রাখল খঙবিববুশু "গোবিন্দ" কৌই। নৎত্রগা ষণশিংবু য়োক্লিবা অমসুং সেবা তৌরিবা মহাকপুশু "গোবিন্দ" কৌই। (নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/২১)

"গোপীজনবল্লভায়" হায়বগী অর্থনা শক্তী মিত্তা মানবী ব্রজ গোপীশিং হায়দুনা লৈরিবা থিবিক, স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিদগী থোকলকলিবী, শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওজরিবী, শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয়গী মণি ওইরিবী, মখোয়গী থম্মোয়বু শুমহৎপা গুম্বা, নয়নভিরাম ওইবা, গোপীশিংগী মবুংঙো ওইবা মহাকপু "গোপীজন বল্লভ" হায়না খঙনৈ। "গোপীজনবল্লভ" হায়বা অসিদা য়াওরিবা "গেপীজন" হায়বা শব্দনা গোপী পূন্নমকপু খঙনৈ। গোপী হায়রগা কনাবু খঙনৈ? "গো" শব্দনা ইন্দ্রিবুশু খঙনৈ, অদুগা "পী" হায়বশিনা" পারক্ষনে" হায়বশিদগী ওইরকই। অদুনা "পী"না ঙাকপী, শেনবীববু খঙনৈ। মথায় পালহনববুশু খঙনহল্লি। ইন্দ্রি হায়বসি জীবগী মশাদা লৈবনি। ইন্দ্রিবু ঙাক শেনবীরিবা মপুদি জীবনি। অদুনা গোপী হায়বসি জীববু খংনৈ। জীবদি নুপা, নুপী খায়দে। অদুবু মতাং অসিরাইদা নিংশিংবা য়াবা অমনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মখোলদি মরোল অহুম শিনবা থুংনা লোয়না তাহল্লি হায়। শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশী খোংলিবসি জীব পূন্নমকপু কৌরিবনি। অদুওইরবদি করিগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীনা ব্রজগী গোপীতবু কৌই হায়রিবনো। রসগী ভাবতা লাক্রবদি জীব পূন্নমক অসি নুপী ওইনা লৌই; অদুগা পুরুষ নুপা হায়বা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ মতোমতবু খংনৈ। শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্পা আদি পুরুষ ওইবা নুপা অমমুক লৈত্রে হায়বসি ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি কৎপদা হায়রি। (ভাগবত ১৩/১৪/১৩) জগৎ সংসার অসিদা কৃষ্ণ মতোমতনা নুপা ওইবা তারবদি অতোপ্পা নুপা হায়বা অমমুক লৈত্রে হায়বা তাকই। অদুনা "গোপী" শব্দনা নুপী ওইবা তারে। গোপালতাপনী শ্রুতিগী মতুংইন্না "গোপী" হায়বা শব্দ অসিনা কলা বিদ্যানচিংববু খঙনৈ। "বিদ্যা" শব্দনা শ্রীকৃষ্ণবু চিংশিনবা গুস্ববু খঙনৈ। "কলা" শব্দগী অর্থনা গোপী হায়বশি প্রেম ভক্তিগী অথোয়বা মূর্ত্তিনি হায়বা তাকই। নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/১৬ দা "গোপী" হায়রগা জগৎ অসিবু ঙাকপীরিবা অদুগা আদি পুরুষবুশু কনবিরিবা মহাকপু "গোপী" কৌই। গোপী হায়বা শক্তি অসিগী

মমিংবু হ্লাদিনী শক্তি হায়না খঙনৈ। হ্লাদিনী শক্তিগী মশক ওইরিবিদি শ্রীমতি রাধিকানি। মরম অসিনা গোপী শব্দনা হ্লাদিনীগী মশক ওইরিবি প্রকৃতি পূম্নমক্কী থোকলকফম মরু ওইরিবী বৃষভানুগী মমোমলোয় শ্রীমতি রাধিকাবু খঙনৈ। মদুদি: "গোপীতু প্রকৃতি রাধা জনস্তদংশ মণ্ডল" হায়না খঙনৈ। "জন" শব্দনা রাধিকাগী অংশ খিবিক হায়বদি মহাক্কী কায়ব্যূহগী মশক ওইরিবা গোপীশিংবু খঙনৈ। মরম অসিনা "গোপীজন" শব্দগী অর্থদা শ্রীরাধা অমসুং মহাক্কী কায়ব্যূহগী মশক ওইরিবী শ্রীললিতা, বিশাখানচিংবী সখী খিবিকপু খঙনৈ। নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/১৬ নশু "জন" হায়বা অসি গোপীগী প্রকৃতিদগী পোকলকই হায়। পৃথিদগী স্বর্গ মণ্ডল ফাওবগী মনুংদা লৈবিবা লৈচিনশিং তুরেলশিং সমদ্রশিং লোয়নমক গোপীদগী পোকলকই। (নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/১৬)। দেবী ভাগবতনশু গোপ কন্যাশিং অসি শ্রীরাধাদগী লোযনা থোকখি হায়রি। সখীশিং অসিনা রাধাগী ৫কচাংগী মশক্কি। মহাভাব স্বরূপীনি ওইবী রাধাগী মিত্তগী ললিতা পোকখি; মঞ্জরীনা রূপ মঞ্জরীনি। নাকোংদগী বিশাখা সখী থোকখি, মঞ্জরীনা রতী মঞ্জরীনি। মঞ্জরীনা বস মঞ্জরীনি। নাতোন্দগী চম্পকলতা পোকখি, মঞ্জরীনা অনঙ্গমঞ্জরীনি। থবাক্তগী সুদেবী ওইখি, মঞ্জরীনা কস্তুরীনি। হকচাং পূম্বদগী তুঙ্গবিদ্যা থোকখি: মঞ্জরীনা গুণ মঞ্জরীনি। পাম্বোমদগী ইন্দুরেখা সখী ওইখি মঞ্জরীনা লীলা মঞ্জরীনি। ফৈগন্দগী রঙ্গদেবী পোকখি; মঞ্জরীনা লবঙ্গনি। (গোপীমোহন দাসনা লেংবা তত্ত্বপ্রকাশ)। সখী নিপাল খুদিংনা অমুক মশাদগী গোপী ৮/৮ থক পুথোকখি। অদুনা ভল্পমক্না সখী ৮ না গোপী ৬৪ পুথোকখি। মখোয় অসি শ্রীরাধাগা মতম পূম্বদা হৃঙ্গোইদনা ভোৎনদুনা লৈবা নিত্য সিদ্ধ হায়বা গোপী মখল অদুনি। নিত্য সিদ্ধগী মশিংনা কোটি তরারোমনি অদুগা অতোপ্পা গোপীশিংগী মশিংনা লাখ ১৮ লোমনি হায়। (শ্রীপাদ রূপ গোস্বামীগী শ্রীরাধাকৃষ্ণ গণোদ্দেশ দীপিকা)। হায়রিবা গোপী ৬৪ অসি ঈশৈ শকপা ওঝাশিংনা নিতি লীলা শকপদা তত্তনা শকলিবশিং অদু বৈষ্ণবশিংনা শ্রবন তৌরি। (চৌষট্টি গোপী সঙ্গে রাসলীলা। গোপী সঙ্গে রঙ্গে প্রেম সেবা করে)। চৌষট্টি গোপীশিং অসিবু নদীয়া লীলাদদি চৌষট্টি মহান্ত হায়না খঙনখ্রে। মরমদি ব্রজ লীলানা নিত্য লীলাগা অনি অসি খেন্নদে।

"বল্লভ" শব্দগী অর্থনা হৌরকফমগী মপু, নুংহাইনবগী মপু হায়বা খঙনৈ। পুরুষোত্তম ওইবা মহাক্না গোপীশিং অমসুং জনশিংগী মশাদা চংলগা ফাওরকপা আনন্দগী নিত্য ওইবা মঙালবু "বল্লভ" হায়না কৌই। (নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/১৭)। মহাক্কী মাধুর্য্য লীলা শান্ননবগীদমক গোপী খুদিংমক মশাদগী পুথোকই অদুগা নায়কী মশক ওইনা গোপী খিবিক্‌কা লোয়ননা নিংথিজববা মধুর লীলাবু শান্নৈ। মহাকপুনি "গোপীজনবল্লভ" হায়না খঙনরিবসি। শ্রীমতি রাধিকাগী থবাইগী মবুংঙো ওইরিবা নন্দনন্দন ব্রজবিহারী রসিশেখর রসরাজ শ্রীকৃষ্ণবু খঙনৈ। "গোপীজনবল্লভ" হায়বা শব্দ অসিনা রাধাকৃষ্ণ অনিগী যুগোল মাধুরী ওইবা মওংতবু খঙনৈ। মহাকপু "রমণ" হায়নশু খঙনৈ।

মন্ত্র অসিদা যাওরিবা "স্বাহা" শব্দনা জীবাত্মা, পরমাত্মা কার্য্য অমসুং কারণগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা চংজবা মহাকপু খঙনৈ। (নারদ পঞ্চরাত্রম ৩/৩/১৮) মংত্রগা জগৎ অসিবু মাংহন তাহনবা লৈতনা য়োক্লনা থম্বীরিবা শক্তি "গোপী" শব্দগী নুংগী ওইবা অর্থদা চেন্নরিবা অদুবু খঙনৈ। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ শক্তি ওইবী শ্রীমতি রাধিকা, যোগ মায়ামক্না মশক খেন্নবা লৈতবা মহাকপু "স্বাহা" হায়না খঙনৈ। শ্রীরাধাবু ভক্ত বাঞ্ছা প্রদায়ীনি হায়না খঙনৈ। প্রেম গুরুশু ওই। ইবেম্মনা ভক্তশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী পাদ পদ্ম (মখোং থম্বাল) দা পুশিনবী, অদুগা আত্মা সমর্পণ তৌবা ঙমহল্লি। হায়রিবা "স্বাহা" শব্দবু উচ্চারণ অমদি স্মরণ তৌনা "গোপীজনবল্লভ" শ্রীপদারবিন্দদা ভক্ত খিবিক্না অথাকপা লৈতনা আত্মা সমর্পণ তৌবা ঙমহল্লি হায়বদগী শ্রীরাধাঠাকুরাণীবু "স্বাহা" হায়না খঙনৈ। "বল্লভ" হায়বনা শক্তি অদুগী মপুবু খঙনৈ। ব্রহ্মসংহিতাগী মতুংইন্নদি "স্বাহা" গী অর্থ অশুম হায়না হল্লি "স্বা" না চিদ্ জ্ঞান স্বরূপবু খঙনৈ। "হা" না কৃষ্ণ সেবা স্বভাবপু শু খঙনৈ। শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য সেবাগী মওংদি রসনি। ইশাগী হায়বা পুম্না লোয়না থাদোক্লগ প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী পদকমলদা চংজববু খঙনৈ। হরি ভক্তি বিলাসগী মতুংইন্না "স্বা" শব্দনা ইশাগী অন্তর আত্মাগী মশক খঙবা (ক্ষেত্রজ্ঞ) বু খঙনৈ। "হা" শব্দনা নিত্য ওইবা শকওংবু খঙনৈ।

শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা গুমগদবা অমতা ঙায়বা লক্ষ্মীদি রাগানুগা ভক্তিনি। রাগানুগা ভক্তিগী অরোইবা পম্বুংফমদি ময়েক ১৮ না শাবা মন্ত্র "ক্লী কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা" হায়বসিনা ওই। রাধা গোবিন্দ অনিনা যুগোল রূপ্তা ময়েক ১৮ না শাবা মন্ত্রগী মশককুম্না থম্বাল লৈনা লীশিং অমা পানবা গোবিন্দস্থল, সঙ্কেট কুঞ্জ যোগপীঠ ময়াইদা মণিমুক্তানা থাম্লবা সিংহাছন্দা লেংশিনবিরগা ব্রজগোপীজনবল্লভ ওইনা ঙাম্থোইনা লৈবিরিববু মতম খিবিক্তা প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা নিংবিগনি।

---

# শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য

**পুম্ৰম্বম শ্যামকিশোর সিংহ**

পোৎ অদুমক্লা নুংঙাইবা নৎত্ৰগা রস ওইহনলবদি পোৎ অদুবু মাধুর্য্য কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা রস ওইরবদি খ্বাইদগী হেনবা নুংঙাইফমনি। মহাক মাধুর্য্য ওইরবনি। মাধুর্য্য নৎত্রগা মধুর হাযবসিমক শ্রীকৃষ্ণগী মহৌশানি। পরমব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ শক্তিদি মাধুর্য্য অমসুং ঐশ্বর্য্যনা ওইবনি। অদুবু মাধুর্য্যনা শ্রীকৃষ্ণগী মপুং পুংফা ফাবগী মগুণনি। শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যসি হ্লাদিনী শক্তিনা ওইবনি। হ্লাদিনী শক্তিগী মথৌদি প্রেম পোকহনবসিনি। প্রেমতনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহনলিবনি। হ্লাদিনী শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি পুন্নমক্তগী অথোইবনি- ঐশ্বর্য্য শক্তিদগীসু হেনলিবনি।

মাধুর্য্য হাযবসি ভগবানগী নুংগী ওইবা মগুণনি। ঐশ্বর্য্যনা খুদক্কী ওইবা মগুণনি। নিবাকাব ওইবা ভগবানদদি ঐশ্বর্য্য উৎথোকক্তে মবমদি শক্তি লোইনমক য়াওদবা ওইনা লৈগ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য অদুমক্লা ব্রহ্মানন্দ ওইবক্তুনা সাযুজ্যমুক্তি ফংবা জীবনা মশাগী হিংবা ফাওবা কাওথোকচে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা হেনবা মতম ঐশ্বর্য্য মনুংদা ফুমদুনা লৈ। খুদম ওইনা শ্রীকৃষ্ণ অঙাং পিশক ওইরিঙেদা পুতনানা হাংননবা হোৎনরকপদা পুতনাগী স্তনদা ত তৈশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদা চিংহনলম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা পুতনাগী থবাই য়াওনা চিংথোক্তুনা পুতনা মোক্ষদায়ক তৌখি। মসি শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য শক্তি চেনবা বিষ্ণুনা তৌবনি- মাধুর্য্যগী মনুংদা ঐশ্বর্য্য থুপ্তুনা লৈ তাকপনি।

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য মখল ৪ থোক্লা শিংথাবা য়াই —১) লীলা মাধুর্য্য ২) প্রেম মাধুর্য্য ৩) বেণু মাধুর্য্য ৪) রূপ মাধুর্য্য

**লীলা মাধুর্য্য ঃ**

শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা তোঙান-তোঙানবা ধামদা তোঙান-তোঙানবা লীলাশিং শাম্নে। মহাক্না শাম্নখিবা ব্রজগী লীলাশিংনা খ্বাইদগী হেনলি। মরমদি প্রেম রস য়াম্না মপুং ফাহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা রসশিংগী (রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্স, শব্দ) তুংনফমনি।

শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী ব্রজ অমসুং দ্বারকাদা শাম্নখিবা লীলাশিং:

১) শ্রীকৃষ্ণ প্রকাশ তৌরবা মতুং শ্রীকৃষ্ণনা নুমিৎ ১৫নি শুবদা পুতনা মোক্ষদায়ক তৌখিবা;

২) থা ৩ শুবদা শকট ভঞ্জন লীলা শাম্নবিবা;

৩) চহি ১ শুবকপদা তৃনাবর্ত্ত বোধ;

৪) চহি ১ থা ৩ শুরকপদা দামোদর বন্ধন লীলা শাম্নবিবা;

৫) বৃন্দাবনদা হোংলবা মতুং ইবুংঙোগী চহি ২ থা ৬ শুবদা বৎসাসুর অমসুং বকাসুব বোধ;

৬) চহি ৫ হৌরকপদা অঘাসুর বোধ; ব্রহ্মানা যম্নাও অমসুং ষণশেন-নহা মযাম হুল্লাল্লি অমসুং যম্নাও অমসুং ষণশেন-নহা অমত্তা কায়হন্দনা শ্রীকৃষ্ণনা পুথোকপীবা অমসুং ব্রহ্মানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশক খঙজবা;

৭) চহি ৬ চঙলক্লুনা পৌগণ্ডগী লীলাশিং শানবা হৌই; কার্ত্তিকী শুক্লা অষ্টমীদা গোচারণ গোষ্ঠ লীলা শাম্নবা;

৮) ধেনুকাসুর বোধ তৌরগা তালবন কনবীবা;

৯) ওলাংথাদা কালিদমন অমদি দাবাগ্নি মোক্ষন তৌরগা নোংজুথা চঙলকপদা রাম-কৃষ্ণ মচিন-মনাওনা ব্রজ সখা ময়ামগা লোয়ননা ঝুলোন লীলা শাম্নে;

১০) প্রলম্বাসুর বোধ,

১১) চহি ৭ চঙলকপদাবংশি বাদন লীলা শাম্নে,

১২) হেমন্তদা অগ্রহায়ণ (হিয়াঙ্গৈ) থা চুপ্পা ব্রজগোপীশিংনা কাত্যায়নী পূজা তৌই-পুর্ণিমাদা বস্ত্রহরণ লীলা শাম্নে;

১৩) ওলাংথাদা অন্নভিক্ষা লীলা শান্নে,

১৪) চহি ৮ হৌগংলকপদা কার্ত্তিক থাগী অমাবস্যাদা ইন্দ্ররাজ পূজা তৌবগী মরম খন্নে;

১৫) প্রতিবদ নুমিত্তা গোবর্দ্ধন পূজা তৌবা হৌখি। নুমিৎ ৭নি চৎথে গোবর্দ্ধন ধারণ তৌই;

১৬) একাদশী নুমিত্তা ইন্দ্রমহারাজ লাক্কুনা সুরভীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু গোবিন্দ হায়না মিং থোনবিদুনা অভিষেক তৌই;

১৭) দ্বাদশীদা যমুনাগী গর্ভদা বরুণলোক চৎত্নুনা নন্দ উদ্ধার তৌই;

১৮) চহি ৯ শুবা হৌরকপদা শরৎকী পূর্ণিমাদা রাস লীলা শান্নে শিবা চর্তুদ্দশীদা অম্বিকা বনদা শিব পূজা কৎলি; ফালগুণগী পূর্ণিমাদা দোল লীলা শান্নে, রাধাকুণ্ড-শ্যাম কুণ্ড ওইহনবগী লীলা শান্নে;

১৯) চহি ১১ শুরকপা চহিদা চৈত্র থাগী পূর্ণিমাদা অরিষ্টা হিংচাবা বোধ তৌই;

২০) চহি ১২ শুরকপগী ফালগুণগী কৃষ্ণদ্বাদশীদা কেশি হিংচাবা বোধ তৌই; মতুংদা নারদ সংবাদ লোইরম্লগা ত্রয়োদশীদা মথুরা লেঙখি, চহি ১২ গা থা ৭ শুরকপদা শ্রীবৃন্দাবন লীলা লোইরে;

২১) মথুরা লীলাগীদমক অক্রুরনা ব্রহ্মদর্শন ফংজবা; কুব্জা উনবা, লিরুং থুদেকপা, কুবলয়পীড় হাৎপা, রসরাজনি হায়বসি ফোংদোকপা, শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, অদ্ভুত অমসুং বীভৎস রস; কংস বোধ;

২২) গুরু সান্দীপনিদা বিদ্যা ৬৪ নুমিৎ ৬৪ নিদা তম্বা; গুরু দক্ষিণা-সমুদ্রদগী পঞ্চজন্য লৌবা অমসুং গুরুগী মচা হিংনা পুরকপা অসিদা নত্তনা দ্বারকা লীলা চহি ১০০ শান্নবিরবনি।

## প্রেম মাধুর্য্যঃ

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম মাধুর্য্যদি মহাক্কা লোয়নবা নুপা-নুপীশিংদা পীবা অমসুং মখোয়না লৌজবসিনি। প্রেমদা রস ওইরগা শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর-হায়রিবসিনি। প্রেমনা অদুক হেনগৎলকলিমখৈ-ঐশ্বর্য্য অসুম-অসুম নেমথখি। মাধুর্য্যনা অসুম-অসুম হেনগৎলকই পূর্ণিমাগী থাবলনা অসুম ফগৎলকলিবা মখৈ

সমুদ্রগী জবার কাবা অসুম-অসুম হেনগৎলকপগুর্স্বনি। যশোদা মাতাগী বাৎসল্য প্রেমনা অসুম হেনগৎলকপদা শ্রীকৃষ্ণবু পুনবা ফাওবগী কৃপা পীবীখি। সখাশিংগী প্রেমনা কনমন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মরেংবান ফাওবদা তোংহনখি। ঋষিশিংগী নুপীশিংগী প্রেমনা কনমন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ য়ুমথোং খূদিং ভিক্ষা চৎহনখি। গোপীশিংগী প্রেম্না কনমন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংগী খুয়া-খাদা ওনথোইখি। খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমসুং প্রেমদা লুপচবা অমসুং নুপা-নুপী খঙদবমখৈ ফাওজবদি শ্রীমতি রাধাগী কান্ত প্রেমনি।

**প্রেম করম্না পোক্লকই ঃ**

শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতবু লুনা তৌবা, শক-শোনবা, শ্রীকৃষ্ণবু লুনা তৌদুনা পুক্নীংনা নীংবা পুক্নীংনা লুনা নীংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু সেবা তৌবা পুক্নীংনা শ্রীকৃষ্ণবু লাৎপা, পুক্নীংনা শ্রীকৃষ্ণদা ঙাকপীয়ু হায়দুনা খুরুমজবা, ব্রজদা লৈবা-লৈবী গোপ-গোপীশিংগী ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু পামজনা পুক্নীংনা সেবা তৌজরবতদা প্রেম পোক্লকই। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবে, দাস্য ভক্তিনি, নুংশিবা য়াওবে,প্রেম পোক্লে।

শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিনা য়াম্না লুনা তৌরগা অচানবা পোকলকই, সখ্য ভক্তিনি প্রেম পোকলকই। পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী লোয়না ওইখরে মঙোন্দা পুমকৎ কৎথোক্লে, আত্ম নিবেদন ভক্তিনি, শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীমতি রাধীকানা পুমকৎ কৎথোক্লে, শ্রীমতি রাধাগী প্রেমগা মান্নবা অতৈ চাংদমনিংঙাই লৈতে, খুদম ওইনা-রাস হৌরমদাইদা গোপী ময়াম্না শ্রীকৃষ্ণবু কোযশিন্দুনা লৈরম্বা উবদগী শ্রীরাধাদি মান তৌদুনা চৎখ্রে। শ্রীরাধা য়াওদনদি রাস শান্নবদি য়াদরে। রাস মণ্ডলীবু কোয়দুনা লৈরীবী গোপী কোটি কয়াবু থাদোক্লমলগা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধাবু থিবা লেঙখ্রে। মসিদগী খঙলে-শ্রীরাধানা গোপী পুম্নমক্তগী অসুম্না য়াম্না হেল্লি হায়বসে কান্ত প্রেম পুম্নমক্তগী শ্রীরাধাগী প্রেম্না শিরোমণিনি।

প্রেম মথং-মথং থাক কাখৎলকপগী মওংদি স্নেহদগী মান; মান্দগী প্রণয়, প্রণয়দগী রাগ, রাগদগী অনুরাগ, অনুরাগদগী ভাব, ভাবতকী মহাভাব, মহাভাবতগী মোদন, মোদনদগী মাদন, মাদন য়ৌবা ফাওবদি শ্রীবাধা- কৃষ্ণগী প্রেমতনি। শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনি পুনখিদুনা মাদন য়ৌবদা অনিদু অমত্তা ওইখিপুংপুন পুনখি।

শ্রীকৃষ্ণনা খোংলিবা বাঁশি অসি মখল অহুমনি।

১) বেণু গোচাবনগী মতমদা খোংবা

২) বাঁশি গোপীশিংগী পুক্কীং চিঙশিন্নবগী খোংবা

৩) মুরলি জীব পুম্নমক্কী পুক্কীং ঙকহন্নবা খোংবা

মণিনা শাবা (হীরক পদ্মরাগ) সনমোহিণি কৌবা বাঁশি। রাসকী মতমদা খোংবা সনানা শাবা আকর্ষিণী কৌবা বাঁশি যশোদানা চাক থোংলিঙৈদা খোংবা মুবলি কৌবা বাঁশি।

**শ্রীকৃষ্ণগী বেণু মাধুর্য্য:**

শ্রীকৃষ্ণগী বেণু মাধুর্য্যদি ইতোপ-তোপ্পা মাঙবা লৈতবনি। বেণু মাধুর্য্যগী নুংশিবনা জগৎকী নুংশিবা মখোল লোযনা পুনশিনবদগী নুংশিবা হেনলি হায়নৈ। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী মখোল তাবদা শুমহৎতবা কন্না লৈতে থবাই পানবা- পান্দবা লোইনমক শুম্মাৎতুনা থবাই পানবনা পানদবগুম চপ লেপ্তুনা লৈবা অমদি থবাই পান্দবনা পানবগুম্না লেঙ-ঙৎপা অমদি হায হুমদুনা তৌবনি

শ্রীমদ্ভাগবততা অশুম্না হাযরি- শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী খোঞ্জেল তাবদা চীর্ঙশিংনা লেঙবা, তুরেলগী ঈচেলশিং চপ লেপ্তুনা লৈবা, উ-বা পাম্বীশিংনা স্বত্তিক ভাব হৌরকপা, ব্রজগী গোপীশিংনা মখোয়গী মশাবু কাওথোকচদুনা অমদি পুক্কীংদা অতৈ খক খল্লুবা তৌদনা শ্রীকৃষ্ণতবু নীংজদুনা, চাওথোকপা, হঙোইবা খক তৌরুদনা নুংতিগী অমসুং সধাবণ হৈনবী থাদোক্তুনা বাঁশিগী খোঞ্জেল তম্না চেন্নকখি।

**শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্য:**

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্যদি খক শিংথাবা ঙম্বা নত্তে। শ্রীমতি বাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবদি ফজবা নিংথিবগী মহাসমুদ্রনি হায়রিবনি। শ্রীমতি রাধাগী পুক্কীং অমসুং থম্মোই লেঙদ্রবা চীংজাওগুম্বনি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী ফজবগী সমুদ্রগী ঈথক্কা ইরাই-লাইনা হুমদুনা পুবা অমসুং ঈযাইনুংদা লুপলিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা পামজরিবসু মদুমকনি অমসুং মতম খুদিংদা মদুতা শান্নজরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্যগী তোপ-তোপ্পা অমদি মহাক্কী ভক্তশিংগী প্রেম্না অদুক্কী মতীক হেনগৎলকপগী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্যসু হেনগৎলকই। শ্রীমতি রাধাগী প্রেম মদন ভাবনি খ্বাইদগী ৱাংবনি ৱাংলিবা রাধাগা লোয়নরবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্য খম থেংবনি মন-মথ; মন-মথ ওইবনি মদন-মোহন কৌবনি। সৎ, চিৎ, আনন্দনি মীপুম খুদিং লাইফাওবা শুমহৎলিবা কামদেব, মহাকপু পুংশুম শুমহৎপা ঙম্বনি। মসিগী মাধুর্য্য রূপ কলিদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবনা রায়রামানন্দদা দর্শন পীবীখি।

---

## শ্রী শ্রী গোবিন্দায় নমো নমঃ

# "মণিপুরদা সংকীর্ত্তন"

**শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম**
*শিংজমৈ রাইখোম লৈকাই।*

মণিপুর মনিরূপং পদ্মরূপং সুরূপম্,
রম্যাং মণিপুরং নাম-বভ্রুবাহন পালিতম্।
দ্বিতীয়মিব বৈকুণ্ঠং স্থাপিতং বিষ্ণুনা ক্ষিতৌ,
ভারত বর্ষস্য পূর্ব্বাঞ্চলে শ্রীগোবিন্দেন সুবিরাজিতম্।। ১।

অত্রদেশে প্রসূতানাং শ্রীগোবিন্দৈক চেতসাম্,
প্রেম ভক্তিপ্রদাণার্থং ভক্তবাঞ্ছা প্রদায়কঃ।
রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রাখ্যে দয়াবশম্বদো হরিঃ,
আবির্ভূয় চ গোবিন্দঃ কান্যাখ্যে উদয়গিরৌ।। ২।

বৈকুণ্ঠ-সন্নিভ-পুরং মণিপুরাখ্য শব্দিতম্,
নব বৃন্দাবনং কৃত্বা রাসলীলা মকুর্ব্বত।
শ্রীমণিপুর রাসাখ্যা সর্ব্ব লীলা শিরোমণিঃ ,
সা লীলা বিশ্ব বিখ্যাতা-সর্ব্ব গুণৈর্গরীয়সি।। ৩।

ঙসিগী মণিপুরী নট সংকীর্ত্তণ বৈদিক যুগতগী লৈজরম্লবা শক্তমনি, হায়বসি ঋগ্‌বেদ-সামবেদনা গান তৌদুনা খংনববা সাক্ষিণি, খুদম ওইনা হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনি শ্রীনারদ ঋষি, অমদি শ্রীগোপাল দেবগী মনাইনি শ্রীমহাদেব, অনিগী ঈশৈ ফাংনবদা রাগ বাগিনী কাইদনা য়াম্না চেকশিন্না নাবদনা দীপক বাগনা

মৈ ওইদুনা পুমঙান ঙানখি। শ্রীমহাদেবনা অমুক শ্রীগোপাল দেব খুরুমজবগা মেঘ রাগ হৌবদগী রাগদগী তারকপা নোংনা মৈ মুৎখি হায়বা পুন্নমক্না মীংনা হেক উবগুম শোন্নরি, অমদি ঋতু কযাগী ঈশৈ ফাংনখি হায়বগী উদাহরণ ঙসি লাইরিক কয়া কয়া থম্বিবমদুনা খংনেরি। অসুমনা যুগ কয়াদগী শমথবক্কুনা মবি ৩ৎলক্লিবা ঐখোইগী সংকীর্ত্তন্নি।

অসুম্না ঙসি অষ্টাবিংশতি কলি যুগ অসি যৌবকপদদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা সংকীর্ত্তনগী পিতানি অমদি মাতানি ধাতানি মরু ওইনা প্রবর্ত্তক ওইবিদুনা ঐখোই পুম্বৎ লমজিংবির্নি হায়বদা হায়মনবা ওইবোইদ্রবনি।

**রাধা কৃষ্ণ প্রণয় বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তি রস্মা**
**দেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহ ভেদং গতৌ তৌ।**
**চৈতন্যাখ্যং প্রকট মধুনা তদ্দ্বয়ং চৈক মাপ্তং,**
**বাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপম্।।**

**মন্তব্য ঃ** শ্রীবাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম মশক ওইবী হ্লাদিনী শক্তিনি। মবম সিদগী শ্রীবাধা কৃষ্ণনা দ্বাপর যুগতা তোঙান তোঙান পোকখি। হৌজিক ধণ্য কলি অসিদসু বাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইবিদুনা "অন্তকৃষ্ণ বহি গৌব" ওইদুনা শ্রীবাধাগী কৃষ্ণ প্রেমনা কপম ওইবা, কৃষ্ণনা শ্রীবাধাগী প্রেমনা কবি ওইবা, নুংশিবতনা খুদম চন্দুনা শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী প্রেম সুখনা কবম তৌবিগবা, বাখল অহুম অসিদগী ফংবা প্রেম সুখ ফংনিংবদগী শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র থা ওইদুনা শচী গর্ভ সমুদ্রদা মীবমলেন্দা শকাব্দ ১৪০৭ খৃঃ ১৫০১ দা শ্রীধাম নবদ্বীপতা নববিধা ভক্তিনা প্রেমভক্তি বসনু চাবা অমদি লাইবক থিনা থিববা কলিজীববু প্রেমভক্তি ফংহনবিগে হায়বদি অন্তরঙ্গ-বহিরঙ্গ লালা বস ভেদ খংহনগে হায়না শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীবাধাগী লমন শিংলগে খন্দুনা ভক্ত কয়াগা লোইননা ফাল্গুণ পূর্ণিমা তিথি অশ্বিনী নক্ষত্রনা পানবা কুম্ভ বাশি নুমিৎকী সন্ধ্যা সময মহেন্দ্র পুংফমদা মালেম থক্তা থোংদাবকখি।

অসুম্না শ্রীগৌব প্রভু নিমাই মিংথোন্দুনা হায়বদি "অযোনি সম্ভব" নি হায়না খংহন্দুনা জন্ম ওইবিবকপা প্রভুগী লীলাদা ব্রজগী সখী পুম্বসু ভক্ত ওইরবে। ভক্তশিংগা লোইননা শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলা পুম্নমক ভাবাবেশ ওইনা শান্নরবে। ললিতানচিংবী অষ্ট সখীসু অষ্ট মহন্ত ওইববে।

ললিতা সখীনা স্বরুপ দামোদর, বিশাখা রায় রামানন্দ, চিত্রা শিবানন্দ, চম্পকলতা রামানন্দ বাসু, ইন্দুরেখা গোবিন্দানন্দ, তুঙ্গবিদ্যা মাধব ঘোষ, রঙ্গ-দেবী গোবিন্দঘোষ, সুদেবী বাসুদেবঘোষ; ওইররে। অসুন্না বলরামনা নিত্যানন্দ, মহাবিষ্ণু অদ্বৈত, রাধিকা গদাধর, নারদনা শ্রীবাস অসুন্না শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসু ওইবিরে।

অসুন্না শ্রীবাসকী মন্দিরদা সংকীর্ত্তণ হৌদুনা জীব ভক্ত পুম্বা হরিনাম শোনমিন্নে, অতোপ্পা বিজাতি কাজিনচিংবা যবণ জাতি কয়াসু হরিনাম শোলহনখ্রে, হরিনাম সংকীর্ত্তণ মাইকৈ কয়া শিনথুংনা শন্দোকপিখি পুন্নমক পামহনবিখি।

**তথাহি-বৃহন্নারদীয় — হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং।**
**কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতি রন্যথা।।**

অস্যার্থ - "কলৌ কেবলং হরের্নামৈব গতিঃ" (সাধ্য সাধন রূপেত্যর্থঃ)

কলিযুগ অসিদদি কৃষ্ণ ফংনবা উপায় হরিনামনি, জীবনা মীওইবগী মীপোক ফংলিঙৈসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দবু প্রেম ভক্তি সেবানা ফংজরগদবা অথোইবা ললদি, হরিনামনি, সাধ্য সাধন বস্তুরুপনি, মরম অসিনা অথোইবা হরিনাম সেবা ফংজনবা লীলা কীর্ত্তন, গুণ কীর্ত্তণ মথং মথং সাধন তৌরগা (হোৎনজবগা) হরিনাম সংকীর্ত্তণ জপ সেবাতনা নরলীলা শান্নরিবা কৃষ্ণ নত্তবা শ্রীবৃন্দাবন থাদোক্তবা স্বয়ং ভগবান ব্রজরাজনন্দন শ্রীকৃষ্ণ ফংগনি।

কাশীবাসী প্রকাশানন্দনচিংবা ব্রহ্ম সাধনতনা অথোইবনি হায়না মপুক থোইরবা সন্ন্যাসিশিংগী মফমদা হরিনামগী মগুণ নারদ পুরানগী মনুংদা ব্যাস বচন লৈখ্রিবসু চৈতন্য চরিতামৃত সপ্তম পরিচ্ছেদ মধ্যলীলাদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী বচন লৈখ্রিবনি। অসুন্না সংকীর্ত্তন জীব খিবিক লানবিখি, অসুমনা সত্য যুগতা ধ্যানতনা, ত্রেতাদা যজ্ঞনা, দ্বাপরদা সেবা পূজানা ফংজখিবা শ্রীকৃষ্ণবু কলি যুগ অসিদদি হরি সংকীর্ত্তননা ফংহনবিরি।

অসুন্না চৈতন্য দেবগী জীবনিসু শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সাধক সেবা সিদ্ধি সেবা ফংননবা লীলা কীর্ত্তন, গুণকীর্ত্তন, হরি নাম কীর্ত্তননা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী ভাগবত ধর্ম্ম ফংহনবিবা অসিনি। "চৈতন্যের সৃষ্টি এই প্রেম সংকীর্ত্তণ" ২।১৮।৮৬

পুথোকপিরম্বনা প্রেম ফংহনবিনবগীদমক্তনি। অসুম্না শ্রীগৌরাঙ্গগী মতম খৃঃ ১৫০১ দা শ্রীধাম নবদ্বীপতা সংকীর্ত্তন হৌদোকখি। প্রভুগী থৌজাল ফংজরবা শ্রীজীব গোস্বামিনসু খুদম পিবিরমই, "সংকীর্ত্তনং বহুভি র্মিলিত্বা তৎগানং শ্রীকৃষ্ণ গানম্" ক্রম ছন্দর্ভঃ।।

তথাহি - হরি হরয়ে নমঃ

কৃষ্ণ যাদবায় নমো কৃষ্ণ।

যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমো নমঃ।

গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।

গিরিধারি গোপীনাথ মদন মোহন।।

শ্যামসুন্দর মদন গোপাল বৃন্দাবন চন্দ্র।

হরিগুরু বৈষ্ণব ভাগবত পুরান।।

হরিবোল হরিবোল হরিবোল।।

'অসি গুম্বা হরি সংকীর্ত্তন অসিতনা হিংলিঙৈগী মতমদসু পুক্লিংগী অৱাবসু কোকই, অৱা ৱাখল পাপ কয়া ফাও কাওথোকহল্লি, শিরমদায় কালদসু শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ফংহনবি। ঐখোইগী মণিপুর - শ্রীগৌরাঙ্গনা তাইবং খোঙদোই হুনগদবা চহি ১৫ ৱাৎলিঙৈ মণিপুর বিষ্ণু পূজা তৌবা হৌখরে। মণিপুর দেশ অসিগুম্বা শক্তমনি, থম্বাল লৈরাংগুম লৈনম চেম্না ফজবনি, পুক্লিং হুনা মিতানরিবা মণিপুর কোলোই নিংথিবিনি; (শক্তর্মনি) ভারত বর্ষগী নোংপোক লময়াইদা শ্রীগোবিন্দজী ঙানথোইরিব অনিশুবা বৈকুণ্ঠগুম ফজরিবা মণিপুরনি।

অসুম ওইবা মণিপুব মৈদিঙু কয়া মিতমখ্রে পাখঙ্বগী শাদোং তাওরোইনাই লৌননা চৎপসি চাওথেক থেকই মমৈ চপ তিংই হায়বদগী কোলোয় মৈতিং কৌই। পাখঙববু মৈতিঙগী মবুঙোনি হায়বদগী মৈদিঙ্ হায়, প্রজা সলাই তরেৎপুসু নিংথৌগী মিংদগী লৌদুনা মৈতৈ কৌই। অসুম্না মমৈ তিংবা মণিপুবা লিননা পালম্বা মরমদগী ইরমদমসিবু মণিপুর কৌখি। লাইনিংথৌ পাখঙ্বনা মৈদিঙু নোংদা লাইরেন কৌদুনা চহি ১২০ খৃঃ ৩৩ হৌবদগী চহি ১৫৪ ফাওবা কংলৈ মপু ওইনা পানখি।

পাখঙ্বদগী মথং মথং শমথবক্তুনা মৈতৈ নিংথৌ ৩৮ শুবা মৈতিংঙো ক্যাম্বনা চহি ৪১ খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ মৈতৈ লৈবাক্তা পানখি। মতমসিদা হবি সংকীর্ত্তন শক্তুনা বিষ্ণু পূজা তৌবা হৌখ্রে।

অসুম্না মথং মথং মহাবাজ চবাইলোংবা খৃঃ ১৬৯৮ ১৭০৯ শ্রীবাধা কৃষ্ণ লাৎপা হৌবকই। গবিবনিবাজ খৃঃ১৭০৯-১৭৪৮ পানখি। মতমসিদা বামজী প্রভু ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রিদা লাৎলিবসি নিংথৌ মৈদিঙ্গুগী মতমনি। মতাংসিদমুক সংকীর্ত্তন হেন্না চাওখৎলকলে। মহাবাজ গবিবনিবাজ বানী ১০ না মজা ইবুঙো ১৮ পোকই। শ্যাম শাই, শক্রঘ্ন শাই, আনন্দ শাই, ঙৌব্রাম শাই, তোলেন শাই, অসিনচিংবা ৭ পোক্রম্মী। পুন্নমক্কী মজা ইবুঙো অহল শ্যাম শাই খুবাই লাকপনা খেৎলেনুংনাং তেলহৈবগী মচে চম্পক মালিকানা গৌডশ্যাম অমদি বাজর্ষি কর্ত্তা, ভাগ্যচন্দ্র, জয় সিংহ, চীংথংখোম্বা, মীংথোনখিবা মোইবাং খোম যাইস্কুল জন্মস্থানদা মজা ইবুঙো অসি পোকই। ভাগ্যচন্দ্র বাজর্ষিনা পোকপা মতমনা খৃঃ ১৭৪০ ইঙা ২৭ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎনি, অসুম্না লাইবিক কয়ানা অমদি বিজয় পাঞ্চালিনা শক্তম ওইবি। অসিগুম্বা অসেংবা মণিপুবী নট সংকীর্ত্তনগী অশেংবা শক্তম্শিং বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মীংথোন ফংজখিবা মৈদিঙু মহাক্না কৎচখিবা নট সংকীর্ত্তন কয়ানা মণিপুবগী হান্না লৈজবমলবা শৈহেক শৈদা কযাগা লৈ পবেংগুম মবি লৈনহল্লি।

লাইগুমখ্রবা ওঝা কযা কযা পোকপিবমখ্রে পণ্ডিত কযা কযা হৌখ্রে শ্রীবাধাগোবিন্দজীগী অষ্ঠ কালীয লীলা কযা কযা গোবিন্দলীলামৃত উজ্জ্বল নিলমণি, ভক্তিবসামৃত সিন্ধু অসিনচিংবা ভক্তিগ্রন্থ কযাদগী (চুম্না) ঈশৈ কযা কযা পুথোর্কপিবম্মে। শ্রীগোবিন্দজিদা কপিবমখ্রে। পুন্নমক মৈতৈ লৈবাক্কী হান্না লৈজবম্বা শৈহেক শৈদা কযা, মবি লৈননা সুব তাল ঋতু (৬)কী লীলা কযা কযা পুথোকপিবম্মে, লঙ্গেগুম্না পৈশনবিবমদুনা অবাৎপা লৈত্রবা মণিপুবীয নট সংকীর্ত্তন্নি। অমদি তালদা মতম মতমগী মখল কযা কযা ঘনবাবি, কপলাবন্য (কপবাববী), চলবী, দেখোবে, ধোবো, দেখোসখী অসিনচিংবা গুরু কযানা থম্বিবম্নবা অবাৎপা লৈত্রবা মণিপুবী নট সংকীর্ত্তননি। বর্ষা, গীষ্ম, শবৎ, হেমন্ত, বসন্ত, অসিনচিংবা কযাগী শৈহেক শৈশক পুংলোন তাল মেন কোম্ন কোম্ননা

তিনতাল, চারিতাল অসিনচিংবা শাগোননবা কবি কয়াশিংনা অবাৎপা লৈতনা থম্বীরন্নবনি, মশক মাংদ্রি শকওং পংকাইদি কাইদ্রি, অদুবু হৌজিকসু অনৌ অনৌবা কবি কয়া থোকপিরক্তুনা ভারত পুম্বনা শকখংবিরবা মণিপুর নট সংকীর্ত্তন্নি। য়োকখৎপিয়ু।। ইরমদম মণিপুরগী শ্রীরাস লীলা গুণ কয়ানা অথোইবা ওইরিবনি, কনানসু তানবদা ফংওমদ্রবনি বিশ্ব বিখ্যাত ওইরিবনি অসিগুম্বা মণিপুরী সংকীর্ত্তন হুম্বহন্‌গুমসি চাওখৎহনবিয়ু।।

ভাগ্যচন্দ্র মহাক অবা লান্দা মাইথিরদুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গ দেবগী মফমদা খৃঃ ১৭৬৪ দা মণিপুর থাদোক্তুনা চংজখি। অদুবু অবাবদি খুৎলাই য়াওদনা অঙাওবা শামু ফাও হায়রবদা অবাবা অবাবদা ওইখি। মনাইগী অবাবদা জীবগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ শ্যাম বর্ণ ওইবা সনা ফিগে থোনবা কোক্তা রাহোং মতু চুড়ানা লৈতেংবা খুত্তা বাশি পাইবা, বক্ষ মণ্ডলদা বনমালা থোনবা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি মনাই কর্ত্তাদা দর্শন পিনবি। নংগী শামু অদু ঐনা ফাবিগনি তাকপিখি। অসুম্না শামু ফাবিখি, ভগ্যচন্দ্র জয়সিংহ পদবী ফংহনবিখি। নংনা ঐবু নৃপণ তৌরকউ কাইনদা থৈবোংপাম্বি ওইনা হৌরমগে তাকপিরম্বদগী মণিপুরদা কর্ত্তা মহারাজ হল্লক্তুনা শ্রীগোবিন্দজি নৃপণ তৌজন্রে। খৃঃ ১৭৭৬ শকাব্দ ১৬৯৮ শুবদা হৈস্লাম খোংওমনা চৈথাবা কুম হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লাংথবান কোনুং কাঞ্চিপুরদা শ্রী গোবিন্দ নিরূপণ তৌখি। খৃঃ ১৭৭৫ শকাব্দ ১৭৭৯ দা মন্দির মাণ্ডব শাবা লোইদ্রুনা হিয়াঙ্গৈ ১১ নি পানবা ঈরাই নুমিৎ তা শ্রীগোবিন্দজী অভিষেক কৎখি মফমনা কাঞ্চিপুর রাস মণ্ডলদনি, শ্রীগোবিন্দজি অভিষেক তৌরগা নুমিৎ ৫ নি রাফুকপা নুমিৎ ফাওবা রাস কৎখি।

শ্রীগোবিন্দজীউনা মণিপুর দেশকী নিংথৌনি মনাই ভাগ্যচন্দ্রনা সেবাইট্‌ ওইজবনি, পানা ৪ লৈকাই ৪ গী হিন্দু সম্প্রদায় প্রজানা সেবা কারীনি। চহি অমগী থা ১২ ঋতু ৬ কী সেবা পুন্নমক কৎচখি। শ্রীগোবিন্দজীউ সেবাদা আত্মা সমর্পণ তৌজখি।

অসিগুম্বা মহারাস হিয়াঙ্গৈ পূর্ণিমা নুমিত্তা মহারাজগী মবুথৌ ঙৌব্রাম শাইনা নিপা পালাগী ঈশৈ হনখি, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মখুডা ইমুঙো শ্রীধর শাইনা দোহার, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুঙ্‌ থোনখি, স্বরূপানন্দনা তুংইনাখি। অসুম্না চহি চহি সেবা

ওইখি। নিংথৌ অসি নরোওম ঠাকুরগী শাইওন্নি। অসুম্না মথং মথং পালাহন পালানহা বংদেশ সেবক পালা ৪ শুখি চিংথঙ্খোম্বা মহারাজগী মজা ইবেম্মা বীম্বাবতীনা ঈশৈ হন্দুনা রাসেশ্বরী পালা লিংখৎখি। মহারাজনা মহাধুমেন অখং অহৈ গুরুশিং তানদুনা থৌরাংখি কৎচখি।

শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মচা ইবুঙো অহল লাবন্যচন্দ্রদা শ্রীগোবিন্দজীগী সেবা অমদি নিংথৌ খুবম শিন্নরম্নগা পুন্সিগী অরোইবদদি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লেংলগে খন্দুনা খোংশানখি। মেরাগী হমনি পানবা খৃঃ১৭৯৮ ঈরাই নুমিত্তা শ্রীপাট্ট ক্ষেত্রদা সংসার থাদোকখি।

মচা ইবুঙো লাবন্যচন্দ্র ১৭৯৮-১৮১০ দা মপাবুংনো পামজখিবা মহাধুমেন শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎচখি।

মৈদিঙু মারজিৎ নিত্যাই ধুমেন শ্রীগোবিন্দজীউদা কৎচখি।

মৈদিঙু নরশিংহ ১৮৪৪-১৮৫০ হাক্তক্তা গৌরধুমেন কৎখি।

মৈদিঙু শ্রীযুৎচন্দ্রকীর্ত্তি ১৮৫০-১৮৮৬ জিলা দরবার হম্লক্লগা ১৮৭৪দা দুর্গা পূজাগা লোইননা লাইরেম্বা ধুমেন কৎখি।

শ্রীযুত্ গম্ভীর সিংহ ১৮২৫-১৮৩৪ জগন্নাথ রথয়াত্রা কৎচখি। জয়দেব চোংবা, খোপপালা, শৈশক মতাংসিদা হৌদোকখি।

জলকেলি গৌরলীলা যনশেনবনচিংবা নরসিংহগী মতমদা ওইরকখি।

শ্রীযুত্ চূড়াচান্দ মহারাজ ১৮৯১-১৯৪১ খৃঃ ১৯৩১ দা শিংজমৈ মুক্তার মাগুবত্তা স্বর্গীয় ওঝা ৰাইখোম চাওবনা ঈশৈ হন্দুনা মৈতৈলোনগী বাসক, অমদি সনখ্যা সূর্য্যবরন লৈমপোকপম হেরাচন্দ্র কলিদমন্ অতৈ অতৈ ওঝা কয়ানা মৈতৈলোনগী সংকীর্ত্তন খুলক ইরত্তা শকখি, অদুবু শ্রীগোবিন্দজীউগী থৌগন্দি চৎনরক্তে থৌগনখিদে।

মহারাজ বোধচন্দ্র স্না হাক্তক ১৯৪১-১৯৫৫ মণিপুরনা ভাবত্তা তিনখিবদগী মৈতৈলোন ঈশৈ স্বর্গীয় ওঝা গুলাপী ভদ্র মহোদয় গুরুনা য়াম্না পামজনা ৰানা চেকশিন্না ৰাখল তৌনা তৌনা অত্তা পাবুং অভিরাম শাবা, উচেককোনগী ওঝা লোখোন সিংহ, ওঝা নারনকোঞ্জিন চন্দ্রসিংহ অসিনচিংবা মরুওইনা ওঝা নুংশি

চানবিব মনোহর শাই গুরু যোগীন্দ্র সিংহ্ কয়া কয়াদা চংদুনা বাংগলা ভাষাদগী মণিপুরলোন্দা হন্দোক্তুনা য়াম্না থবাই খুবাক হাপ্তুনা পুথোকপিরম্বা নট সংকীর্ত্তন মণিপুরীয়গী শৈশকনি ওঝা গুলাপীনা হোৎনজবসি ঐখোই খংজহৌই। দোলাইতোংবগী মচা নুপা ইবোবী ফাওবদা তাম্নখি উজহৌই।

মতাংসিদা অমতংদি থমজরি মদুদি - হৌজিক মতমদা ওঝাশিংদি সংস্কৃত ৱাৎলে অয়াম্বনা। মরুওইনা মতমসিগী ওইনা ফগৎলক্রিবা ইচা ইনাওশিংদি সংকীর্ত্তন্না করিনো বাঙ্গলানা কবিনো হায়বফাও খংদ্রে থীরকপা শ্লোক শোল্লকপা মরোলদদি অমত্তা চুমদ্রে মরম অসিনা মরোল লান্না লান্না থিরবনিনা অচুম্বা হায়বদা অপৈবা অথুম্বা হায়গদবদা থুমদবা হায়জন্নে, ময়েক ইরাল লান্নে তাবদা য়াদ্রে ওন্ন তৈনরে লান্না শকলে মরম অসিনা খরদং অখৎবা ওঝাশিং গুরুশিং লৈরিঙেদা চুন্না থমবিরমনবা হোৎনবিরম্মু। নৎত্রবদি তুংদা অফবা লাক্কদবা মান্দে। কোলেজশিংদা সংস্কৃত ওঝা অমা অমমম হাপননবা থন্নবিয়ু।

ৱাফম অমনা শ্লোক থিবদা ময়েক অমা হেনবা ৱাৎপা তাবা য়াদবগুম মৈতৈ লোন্দসু হন্দোক্তুনা শকপদসু ওঝা গুলাপিনচিংবো গুরুশিংনা য়াম্না ৱানা চেকশিন্না ময়েক শোইদনা হেন্দনা ৱাত্তনা লান্দনা থম্বীরম্মি পুথোকপিরম্মি। অদুবু ঙসিগী ছাত্র শোইনৌ নহারোলশিং মখোন ফরবা কয়াশিংদি লাওবগী হঞ্জনবগী মাত্রা ছন্দ খংদ্রে লোইরগে থারগে হায়বা মতমদা লোইরে, ময়াম ভাবকসু ৱা লাওরে পৈশাসু হৈথরে শকই শোল্লিবসু হরাওরে, অদুবু শোইনা লান্না ওঝা নাইদনা মানা মানা তৌনিংবাতনা ইপাগী ইমাগী সেবাদা লান্না শকপি শোনবিবদুদি শ্রীকৃষ্ণ প্রীতি ওইগদরা ? মতাংশিদং খ্বাই খিবিক মফমদা থমজরি।

হরে কৃষ্ণ

---

# কলিযুগতা শ্রীকৃষ্ণ

প্রোঃ এনঃ তোম্বী সিংহ
*এক্স-এমঃ পিঃ*

শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা খ্বাইনা পৌনা খঙনবা বাফমশিংদি, ইবুঙোনা দ্বাপর যুগতা মপুং ফাবা অবাৎপা লৈতবা অবতার ওইবীখি অমসুং যুগ অদুগী মনুংদা ইবুঙোনা শান্নগদবা লীলা মপুং কয়া শান্নবীরম্লগা কলিযুগ চঙলমদাইদা থুপখি, ইবুঙোগী লীলা মপুংশিংগী মনুংদা পানবদা চীথবা য়াদবশিংদি ব্রজবৃন্দাবনগী লীলা, মথুরাদ কংস লানবীবগী লীলা, দ্বারকাদা নিংথৌ ওইনা পানবগী লীলা, পঞ্চপাণ্ডবতা তোংবীরগা শান্নবা মহাভারত লীলাদা মশীং লাকঙমদ্রবা নিংথৌশিং মখোয মখোয়গী সমুদ্রগুম য়ামখ্রবা লান্মী তেঙ্গোলশিং শগোল শামুশিং খুৎশূ খুৎলাইগা লোয়ননা লানফম ময়ায়দা তুম্নবা হাৎনহনবা। মহাভারত লানফম ময়ায়দা লাল হৌরমদাইদা পাণ্ডব অর্জুনদা ইবুঙো মশামক্তা উপনিষদ পুন্নমক্কী মচং ওইবা নুমিৎ থানা পাম্লীবমখে মুৎলরোইদবা আত্মতত্ত্ব পাউতাক্কী পূক্কে অমসুং ইবুঙো মশামকপু মশক শেংনা তাকপা শ্রীমদ্ভগবদগীতা তাকপীরম্বা। থুপ্লমদাইগী মতমদা ভক্ত উদ্ধবতা মীওইবনা চংকদবা ধর্ম্মগী লম্বী তাকপীরম্বা অমসুং ইবুঙোনা থুপখ্রবদা ইবুঙোমক্কী অহিংবা মুৎলরোইদ্রবা শক্তম ওইবা মহাপুরাণশিং সংহিতাশিং মহা কাব্যশিং লেংহৌনবা শক্তা শোন্নহৌনবা বেদব্যাসদেব মুনি অমসুং মজা ইবুঙো শ্রীশুকদেবনচিংববু প্রেরণা তৌবীরম্বা। ইবুঙোগী মবীদা ইরিবা লীনরিবা শক্তরিবা বারী শৈরেং পুরাণ সংহিতানচিংবা সাহিত্য শাস্ত্রশিং অসিগী পাম্বৈনা কলিযুগতা ইবুঙোগী নাম লীলা গুণবু শকচ শোঞ্জরগা জীবশিংনা সংসার মায়াগী লাংদগী লাম্থোকচনবগী অমতা ভায়বা অরায়বা পাম্বৈ ওইহৌনবা শীনবীরম্বা অসিনচিংবনি।

ঐখোয়না লৈরিবা যুগ অসি কলিনি। শ্রীকৃষ্ণমক্কী অহিংবা শক্তমনি ইবুঙো মহাকমক্কি হায়না খুরুমদুনা লাকচগদবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরান্দা গ্রন্থকারনা কলিগীদমক্তা য়াম্না ৱাবীদুনা খন্থবীদুনা লম্বী তাকপীরম্মী। শ্রীমদ্ভগবত মহাপুরান অসি শ্রীশুকদেব মুনিনা পরীক্ষিত মহারাজদা নুমিৎ তরেৎথনিদা লোইননবা লিবীখি। লীবা হেক লোইবগা পরীক্ষিত মহারাজ সংসার থাদোক্কনি খঙনা লীরিবনসু তাবিবনসু ৱাবী অদুদা লুপ্লি। ৱারী মনুংদা তাইবঙপানগী লৈশেম্বদগী হৌরগা কলিযুগ চঙলকপা ফাওবগী মপূং ওইবা মতাং যুগ মবিগী শাজৎ লাইনিঙ অমসুং অবতারশিংগী ৱা ইরি।

ধন্য কলি লাইনক ফবা কলিনি হায়না কৃষ্ণভক্তশিংনা শক্ল শোন্নবি। অমবোমদা কলিমুক মকপা মোংপা ফত্তবা যুগসু লৈত্রে হায়রি। দোমনা থল্লবা যুগ অসিগী অচৌবা মগুনসু লৈ যুগ অসিদা পোক্লিবা জীবশিং মরাইবক ফৈসু হায়বি।

**শ্রীমদ্ভাগবততা করি করি তাকপীরি য়েংশি ঃ**

শ্রীমদ্ভাগবতকী স্কন্ধ হায়বদি অচৌবা পন্দুপ তবানীথোইনি। তরাশুবা পন্দুপ্না খ্বাইদগী চাউই। পন্দুপ অসিদা অধ্যায় মবিফুতরা লৈ। পন্দুপ অসিগী মপুদি শ্রীকৃষ্ণ অবতারগী লীলানি। তরাশুবা পন্দুপ অসি হৌরমদাইদা - মাপন শুবা পন্দুপকী অরোইবা হায়বদি কুন্দবিশুবা তাংকক্কী অরোইবা শ্লোক য়াম্খ্রে তরুক্তগী হুম্ফুতরেৎ ফাওনা শ্লোক তবানীথোইনা শম্পৎনা লাকদৌবিবা পন্দুপ অচৌবা অদুগী মশক তাকই। মদুতা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু অথোইবা ভগবান্নি সংসারগী মায়াগী ৱাংমদা লৈবা অদুগা সংসারগী লান্নফম ওইবা লেঙড্রবা মপুনি হায়বা তাকই। ইবুঙোনা কল্কিগীদমক অবতার তৌরিবা মহাক্কী অবতার লীলা লোইদুনা থুপশ্রবা মতুংদা কলিগী জীবশিংনা মহাক্কী মতিক মগুণ নাম কীর্তন তৌজরগা মহাকপু ফংজবা ঙমগনি হায়বসু তাকপী।

পল্লিবা শ্লোকশিং অসি শ্রীশুকদেবগী বাক্যনি। শ্লোকশিং অদুগী মনুংদগী কলি যুগকা মরী লৈনবা অনীতং লৌখৎচরি। হুম্ফুমাথোই শুবা শ্লোক্তা হায়রি ঃ

**কলৌ জনিষ্যমাণানাং দুঃখ শোক তমোনুদম্।**
**অনুগ্রহায় ভক্তানাং সুপুণ্যং ব্যতনোদ্ যশঃ।।**
**ভাঃ ৯/২৪/৬১**

কলি জীবশিংগী অবা অনা সংসাবগী অমম্বা কোকহনবীনবা ভক্তশিংবুসু থৌজানগী মিৎয়েংনা য়েংবীদুনা পুণ্যগী মশক ওইবা মতিক মগুণ (মিংচৎ) শন্দোকপীবম্মী। (ভাবার্থ)

যস্মিন্ সৎকর্ণপীয়ুষে যশস্তীর্থবরে সকৃৎ।
শ্রোতাঞ্জালিরুপস্পৃশ্য ধুনুত্তে কর্মবাসনাম্।।

ভাঃ ৯/২৪/৬২

অচৌবা তীর্থগী ঈচেলগুম্বা (ইবুঙোগী) মতিক মগুণ অদু অশেংবা (থমোইগী) নাকোংদা অমুক্তং তাজবদা সংসারগী মায়াগী খুবৌ থদচৈ (মৈচাক মুচৈচ)। (ভাবার্থ)

মহাপুরাণ অসিগী তবামাথোই শুবা পন্দুপকী অহানবা তাঙ্কক্কী শ্লোক তরুক অমসুং তবেত্তা মখাগী অসুম্না ইবি ঃ

স্বমূর্ত্যা লোকলাবণ্যনির্মুক্ত্যালোচনং নৃণাম্।
গীর্ভিস্তাঃ স্মরতাং চিত্তং পদৈস্তানীক্ষতাং ক্রিয়াঃ ।।

১১/১/৬

অচ্ছিদ্য কীর্ত্তি সুশ্লোকাং বিতত্য হ্যঞ্জসা নু কৌ।
তমোহনয়া তরিষ্যন্তীত্যগাৎ স্বং পদমীশ্বরঃ ।।

১১/১/৭

পুমথোই থোইনা ফজবা পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা মহাকপু উকবদা ফজবা পুম্নমক্কা (মায়থিরে হায়না) ইকাইজদুনা লোৎচবা, মহাক্কী নিংথিজবনা তাইবং মিৎপু শুম্লাৎপা, নিংশিংজবদা অমদি মহাক্কী হাযফম খঙদনা নিংথিবা চবণ থম্বাল উজবদা সংসার মায়া কাউহনবিবা নিংথিবতনা তিল্লবা ইবুংঙোগী মূর্ত্তি পুদুনা লেঙবিরমদাইদা অসিগুম্বা মতিক মগুণবু নিংথিবা থাবা শৈবেং শকচ শোঞ্জবগা ইরাই লাইনা অমম্বা সংসাব ঈপাক লালহৌরসনু হাযনা তাকপিরম্নগা ইবুঙো মহাক্না মহাক্কী অশেংবা ধামদা লেঙবিখ্রে। (অপৌবা ভাবার্থ) (৬,৭) পন্দুপ অসিগী মঙাশুবা তাঙ্কক্কী কুম্থাতরুক শুবা শ্লোক্তা অসুম্না ইবি ঃ

কলিং সভাজয়ন্ত্যার্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিনঃ।
যত্র সঙ্কীর্ত্তনেনৈব সর্বস্বার্থোহভিলভ্যতে।। ১১/৫/৩৬

অশেংবা জ্ঞানগী মঙান ফংলবা (কলিগী) মগুণ চপচানা খঙলবা অমদি অশেংবা লৌগদবা মচি মচং করিনো খঙলবশিংনা কলি যুগপু লুনা নিংঙৈ মরমদি (মখোয়না খঙই) যুগ অসিদা সংকীর্ত্তনগী পান্থৈনা নিংজবা পুন্নমক থুংজবা ঙম্মী। (ভাবার্থ)

তরানিথোইশুবা পন্দুপকী অহমশুবা তাক্কক্কী অরোইবা শ্লোক অনি, য়াম্খেমাথোই অমসুং য়াম্খেনিথোইশুবদা অসুম্না ইরি ঃ

**কলের্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যোকো মহান্ গুণ ঃ।**
**কীর্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্ত সঙ্গঃ পরংব্রজেৎ।।**

**১২/৩/৫১**

হে পরীক্ষিত নিংথৌ কলি হায়র্বসি দোষগী পুক্কৈনি অদুবু মহাক্কী শোয়ফদ্রবা চাওরবা মগুণ লৈ মরমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সংকীর্ত্তন তৌজরগা যুগ অসিগী মনুংদা (জীবশিংনা) তাইবং মায়া লাম্থোক্কুনা অরান খুভম (ইবুঙোগী শ্রীচরণ) ফংজবা ঙম্মী। (ভাবার্থ) অরোইবা শ্লোক্তা অসুম্না হাযরি ঃ

**কৃতে যদ্ ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।**
**দ্বাপরে পরিচর্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ।।**

**১১/৩/৫২**

সত্য যুগতা বিষ্ণুবু ধ্যান তৌজরগা, ত্রেতাদা যজ্ঞ কচ্চরগা, দ্বাপবদা পূজা কচ্চবগা অমসুং কলিদা হরি সংকীর্ত্তন সেবা ওইজরগা অবান খুভম (শ্রীচরণ) ফংজৈ। (ভাবার্থ)

শ্রীমদ্ভাগবত্তগী হিরম অসিগা মরী লৈনবা শ্লোক খব খন্দোকচরগা নৈনজরিবা অসিগী পান্দমদি ঙসি গৌরীয় বৈষ্ণবশিংনা ধনা কলি হায়না কলিবু লুনা খঞ্জরিবা অমসুং হরিনাম সংকীর্ত্তনবু শ্রীকৃষ্ণ ফংননবা অমত্তা ভাইরবা পান্থৈনি হায়না চেৎনা থাজদুনা সংসারগী ইথক-ইরাং মরক্তা লৈন লৈনা সংকীর্ত্তন শকচরিবা তাজরিবা অসিগী অশেংবা যুম্ফম কদায়নো থিজবনি।

কলি যুগকী শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীনা পুল্লবা অবতারনি হায়না ঐখোয়না লাৎচরবা ইবুঙোগী পাউতাক মতুংইন্না হরিনাম সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞদা পুক্নিং লুপচরবা অমসুং

মসিতগী পাম্বৈনা নিংজবা পুন্নমক ফংজগনিথাজজরবা ঐখোযনা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক খর লৌখৎচরগা নৈনবা অসিদগী ফংলিবদি গৌবীযা বৈষ্ণব সমাজগী চৎচরিবা পরম্পরা, ৱাখল মিৎযেংপুন্নমক অসি শ্রীমদ্ভাগবততা য়ুম্ফম ওইবনি অসিনি।

কলিগী অবতারগী মশক তাকপদা শ্রীমদ্ভাগবতকী তবামাথোইশুবা পন্দুপকী মঙাশুবা তাংকক্কী কুনথ্রানীথোইশুবা শ্লোক্তা ঃ

**কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্।**
**যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রয়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস ঃ।।**

১১/৫/৩২

**ভাবার্থ** — (কলি যুগতা ওইরিবা অবতারদি) মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণ শোনবা মঙালসু মুদবা (সনা মচু মানবা) লোয়নবশিং শাগোন্নবা খুৎশু খুৎলাইশিং চিংথদনা পৃবিবকপা হরিনাম সংকীর্ত্তনবু যজ্ঞ ওইনা পাংথোকপিবা অসুন্না কলিগী অশিংবশীংনা ইবুঙোগী অবতারবু শক খঙজৈ। (অতোপ্পা মিৎয়েংদা লৈবা পণ্ডিতশিংনা অনুবাদ অসি লাপ্পি হায়বসু য়াওই অদুবু গৌরীয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়না মথক্কী অনুবাদ অসি অচুম্বনি খল্লি।)

---

# লাইনিং লোনচত্তা মুক্তিগী শক্তম

শ্রী রাধামোহন দাস

পুরুষোত্তম পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জগৎকী জীব মখল লাখ মরিফুমবি, মীওইবা মখল লাখ মবি য়াওনা শেমই হায়না পদ্ম পুরাণদা হায়রি। শক্তনা তাক্লি, তিন-কাণ্ডদগী হৌবগা কর্মগী মতুংইন্না মথং-মথং মতৌ অতোপ্পা জীবশিং হায়বদি ঈশংদা লৈবা জীব মখলশিং, উপাম্বী মখলশিং, উচেক মখলশিং, শা মখলশিংদা পোক্লুরগা অকোনবদা মীওইবা ওইনা পোক্লনি জগৎসদা। মীওইবা য়াওনা জীব মখল খুদিংমক পোকপা-শিবা চক্রদা উংদুনা লৈরি। মীওইবা ওইনা পোক্লরবসু মথংগী মপোক্তসু মীওই মপোক্ত: অমুক হন্না পোক্লক্লনি হায়বগী চপ চানা থাংজনিং ঙাই লৈতে; জীব খুদিংনা মানা-মানা তৌরিবা মখল মখা কয়াগী কর্মগী ফল মতুংইন্না মথংগী মপোক শেমই। ভগবদ গীতা (৯.২৫) দা তাকপিরি, "দেব-দেবী লাৎপশিংনা দেব-দেবী ওইনা পোকই, ভূতপ্রেত লাৎপশিংনা ভূতপ্রেত ওইনা পোক্লুই, অপোকপা লাৎপশিংনা পিতৃলোক্তা চৎকনি অদুগা কৃষ্ণ ঐবু ইড়াৎ-পূজা তৌরিবশিংনা কৃষ্ণ ঐগা লৈমিন্নগনি।" দশ পৌর্ণমাসী কর্ম্মকাণ্ডদসু শন্দোক্লা তাক্লি মদুদি পরমেশ্বর ভগবানতবু লাৎপা অশেংবা ভক্তদি বৈকুণ্ঠলোক নৎত্রগা গোলোকতা (কৃষ্ণলোক্তা) চৎচবা ফংই। মীওইবা ঐখোয়না কাওরোইদবা ভগবদ গীতাগী পাওতাক অমদি, "হকচাওগা আত্মাগা খায়নরমদাইদা কনাগুম্বা অমনা নীংশিং-নীংশিংখিবা মওংদু শোয়দনমক মাগী মথংগী মপোক্তা ওইরুই।" মহাবাজ ভবতনা ফনা য়াম্না শ্রদ্ধা লৈনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইদুনসু মানা শিরমদাইদা শজী অমগী রাখল খন্নুবদগী শজী ওইনা পোকখি, অদুবু ভগবানগী কৃপা ফংলবা মতুংদদি শজী অদু ব্রাহ্মণ ওইনা অমুক পোকখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা তাকখিবা অভ্যাস তৌবতনা অরোইবা মতমদা শোয়দনা কৃষ্ণ ঐবু নিংশিংলক্লনি

হায়বগী মতুংইন্না মীওইবা ঐখোযনা তত্তনা ভগবানবু নিংশিংজবা তাই। লোইননা মীওই-মপোক অসিগী তৌফম থোকপা মথৌ থিজিনবা তাই। জীবশিংদি পরমেশ্বব ভগবানগী অংশনি, জীবশিংগী পম্বুংফমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। বেদান্ত সূত্রদা পল্লি মদুদি **"অথাতো ব্রহ্ম-জিগাসা"** অমসুং **"জন্মাদি অস্য যতঃ"** হাযবদি "হৌজিক, মবমসিনা ব্রহ্ম কনানো হায়না থিজিনগনি অমসুং ব্রহ্ম অসি জগৎসিবু সৃষ্ঠি, পালন অমদি সংহার তৌবিবা পরমেশ্বব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অদুনি।" ব্রহ্মাসংহিতাদা তাক্লিঃ **"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সৎ-চিৎ-আনন্দ-বিগ্রহ অনাদির আদির গোবিন্দঃ সর্ব্ব-কারণম।"** ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি অনিশুদ্রবা পবমেশ্বব ভগবান গোবিন্দ, সৃষ্ঠিকার্ত্তা শ্রীকৃষ্ণ, জগৎকী মপু, পুন্নমক্কী মবম ওইবিবা, মাগী ওইনা হৌবকফম অমা লৈত্রবা, হৌবকফম পুম্বগী হৌরকফম, লেঙদবা, জ্ঞান, অমদি নুংঙাইবগী তুংনফম ওইবিবা, আদি পুরুষ, পুরুষোত্তমনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণসি শ্রীমদ্ভাগবতমদা অসুম্না শিংথাবি, **"বাসুদেব-পরা বেদা, বাসুদেব-পরা মখাঃ। বাসুদেব-পরা যোগা, বাসুদেব-পরাঃ ক্রিয়াঃ।। বাসুদেব-পরং জ্ঞানং বাসুদেব-পরং তপঃ। বাসুদেব-পরো ধর্ম্মো, বাসুদেব পরা গতিঃ।।"**

## মুক্তি অমদি মুক্তি ফংনবা পাম্বৈ ঃ

জীবশিংগী মবক্তা অবাংবা থাক্তা পোক্লবা মীওইশগী পুন্সিদা তৌগদৌবা পুরুষার্থদি ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষগী লমদনি হায়না শস্ত্রদা তাক্লি। মম্লবা মাযানা কুপ্লবা সংসাবসিদগী লাম্থোক্লবা পাম্বৈদি, তম গুণ চেম্লবা মীওইবশিংদী থাপ্না লৈননবা হোৎনবনি। ইন্দ্রিয়শিংগী পেম্নবা তৌবা খবকশিংনা পুরুষার্থ ধম, অর্থ, কাম অমদি যামদ্রবদা মোক্ষ ফংননবগী লম্বিদা অপনবা যাম্না পি। অধ্যাত্মকী পাম্বৈতনা পুরুষার্থবু মপুংফাহনবা ঙমই। পূক্লীং অমসুং অহঙ্কারবু ঙাকপা ঙম্নবা অপাম্বা, অশাউবা, মিহৌবা, পঙথবা থাদোকপা তাই। হকচাঙবু ইশামক্লি হায়না খল্লোইদৌবনি। ইশাসি হকচাঙ নত্তে, আত্মাদুনি। বৃহদ-আবণয়ক উপনিষদতা হাযরি ঃ **"অহংব্রহ্মাস্মি"** "ঐ অসি আত্মা অদুনি।" আত্মাদি পোকপা-শিবা লৈত্তে। লৈরম্লগা লৈখিদবা নত্তে। আত্মাদি নিত্যনি, শাশ্বতনি। হকচাঙ লৈত্রবা মতমদা মহাক্তি শিবা নত্তে। মফম হোংবতনি। আত্মাগী মরমদা শুগাইনা গীতাগী (২.২০) দা তাক্লি।

মোক্ষ ফংবা হায়বসি মশাগী হান্নগী স্বরূপতা হঞ্জিনবনি। যোগ সূত্রগী টিকাকার পতঞ্জলি মুনিনা পুরুষার্থগী মোক্ষবু জীবনা মাগী অশেংবা স্বরূপ হায়বদি শক্তম খঙবা ওন্নবা অন্তরঙ্গা শক্তি নৎত্রগা অপ্রাকৃত শক্তিনি হায়। চৈতন্য মহাপ্রভুনা ফিবম মতাসিবু **"চেতোদর্পণমার্জ্জনম্"** হায়বদি পুক্নীং মন্নবা মীংশেলবু শেংদোকপনি হায়না হায়বীরম্মী। শেংদোকপা হায়রিবা অসিবু মোক্ষ কৌই। হায়বদি **"ভবমহাদাবাগ্নি নির্ব্বাপণম।"** মথাতানা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মুক্তি হায়বা রাহৈসি বিষ্ণু নৎত্রগা পরমেশ্বর ভগবানগা মান্নৈ তাক্লম্মী। হায়বদি ভগবানগী মফমদা সেবা তৌজবা ফংজবা হায়বনি। নির্ব্বাণ মোক্ষগী অশেংবা শক্তমদি জীবগী স্বরূপ মাঙহনবা হায়না লৌবোইদৌবনি। মায়াগী ওইবা নুংঙাইবা অদুবু অশেংবা নুংঙাইবা নত্তে। তশেংনা নুংঙাইবদি প্রাকৃত নত্তবা নুংঙাইবা অদুবুনি। বেদান্ত সূত্রদা **"আনন্দময়োহভ্যাসাৎ"** "মহৌশানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণসি নুংঙাইবগী তুংনফমনি।" ভগবানদি আনন্দময়নি। শ্রীমদ্ভাগবততা তাক্লিবা **"স্বরূপেণ-ব্যবস্থিতি"** হায়রিবা রা অসিনা জীবাত্মাগী অওইবা স্বরূপতু তাক্লি। মায়াদা লৈবিঙেনি লন-থুম পান্নবা কুপ্তুনা থন্নাবা আনন্দসি যোগীশিংনা যোগ তৌদুনা ফংগে তাক্লিবনি। অদুবু আনন্দসি বৈষ্ণবশিংনা ভক্তিযোগ সাধন তৌজবনা ইরাই লায়না ফংবা ঙম্মী। রাফমসি শ্রীল প্রভুপাদনা মযেক শেংনা তাক্লিপরম্মী। শন্না হায়রবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা খঙবদি অরান খুভম ফংবা হায়বনি। অমরোমদা জীবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু কাউথোকপদগী মায়াগী কল্পবা লৌচিংনা পুল্লি। অদুবু মীওইবগী মপোক অসি মুক্তি ফংনবগী তাংলবা তাঙ্গানি। মাঙ্গা অসি মাংহন্দনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা চেৎনা থাজবগা লোইন্নবা নুংশিনা সেবা তৌজবা অসিনা মীওইবগী অমতা ভাগ্যবা মথৌনি।

পুরুষার্থ-ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষগী মথক্তা ভক্তিনা অথোইবনি। দেবর্ষি নারদ মুনিনা ভক্তিতনা মুক্তি ফংনবগী পাম্বৈনি হায়না তাক্লি। ভক্তিগী অর্থ দেবর্ষিনা অসুম্না হনবি। **"মী অমনা তৌরিবা কর্ম খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা কত্থোক্লুনা মতম পুম্বদা ভগবানবু নিংজদুনা লেনবা অমসুং মতম খরদং ফাওবা খল্লুদবদা পুক্নীংদা লাঙতক্লদুনা খাঙফম খঙদবদবু ভক্তিনি।"** ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরি লৈনবা থবকশিং নত্তনা অতৈ অমমুক তৌদবা অদুবুনি। ঐখোয়না

উপাস্বীগী মরুদা ঈশিং চাইবি। হকচাঙগী কায়াৎ পুম্নমক্কা পুক্পু পেলহল্লি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতা (১২.২) দা অর্জ্জুনদা তাকপিরি। "**ময্যাবেশ্য মনো যে মাং নিত্যযুক্তা উপাসতে। শ্রদ্ধয়া পরয়োপেতাস্তে মে যুক্ততমা মতাঃ।।**" "ঐগী স্বয়ং স্বরূপসিদা মপুক্লীং লোঙদনা ভক্ত অমনা ঐবু খমথেঙনা থাজনা অতৎ-অখম লৈতনা মানা লাৎচরবদি ভক্ত অদু অথোইবা যোগী অমনি।" নৈনরবদা, ভক্তি লৈবা ভক্তদি মতম পুম্বদা ভগবাননা ভাক শেনবী। অদুতা নত্তনা ভক্ত অদুগী মখা পোল্লি। ভগবাননা তাকপি। "**অহং ভক্ত ধিনঃ।**" মহারাজ অম্বরীষকী ভক্তি পনবা য়াই। ভগবাননা গীতা (১২.৬-৭) তাকপিরি। "হে পার্থ, কনাগুম্বনা মখোয়গী থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা পুঙকৎ কখোক্লবা অদুগা পূক্লীং লোঙদনা ভক্তি যোগনা ঐবুদনা লোইরে হায়দুনা অতৎ-অখম নাইদনা ঐবু খল্লবা, ঐঙোন্দা মপুক্লীং থিনজিল্লবা অদুগুম্বা ভক্তশিংবু শিবা-পোকপা নাইবা সংসার ইপাক্তগী য়াম্না থুনা লৌখৎপী, হায়বদি মুক্তি পিবী।"

নৈনরবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধারকর্ত্তা ওইবনা মায়া সংসারসিদগী মীওইবগী জন্ম, মৃত্যু, জরা, ব্যধিদগী ভক্তিতনা কোকহল্লি। হিংলিঙৈদসু মৈচাক অহুমদগী হায়বদি - আধিদৈবিক, আধিভৌতিক অমসুং আধ্যাত্মিক্তগী কোকহল্লি। হিংনা-হিংনা মুক্তি পীনবিবনী। কনাগুম্বনা অৱাবা মখলগী অষ্টাঙ্গ যোগ তৌদুনা মুক্তি ফংনবা হোৎনৈ। অদুবু ভক্তিতনা অথোইবা মুক্তি ফংনবগী পাম্বৈনি, অদুগা মুক্তি অদুসু নিত্যনি। যোগনা ফংলিবা ফিবমদি কুমথবকপা নাই হায়বসি শাস্ত্রদা তশেংনা তাক্লি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবতা তাকপিখি। "**ন সাধয়তি মাং যোগো, ন সাংখ্যাং ধর্ম উদ্ধব, ন স্বাধ্যায়স তপস ত্যগো, য়থা ভক্তির মমোরজিতা।** (ভা: ১১.১৪.২০) অর্থ: "অষ্টাঙ্গযোগ, সাংখ্যাং যোগ (ব্রহ্মণ খংনবা জ্ঞান লৈবা), তপ, ত্যাগ, দান কয়া তৌবখক্তনা ঐবু ভক্তিনা জয় তৌবগুম্না জয় তৌবা ঙমদে।" নিংশিংবা য়াই, শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবপু ব্রজ বৃন্দাবনদা তশেংনমক ভক্তিগী মশক খঙনবা থাই। উদ্ধবনা ব্রজগোপীশিংদা মখোয়গী ভক্তি প্রেম মচেৎ অমত্তং ফংবা ঙম্নবা মথংগী মপোক্তা বৃন্দবন্দা নাপী ওইনা পোকহনবীয়ু হায়না মখোয়গী কৃপা নিজখি। নারদ মুনিনসু নরনারায়ণ ঋষিদগী ভাগবত ধর্ম তমজখি। চৈতন্যচরিতামৃতদা

মধ্যলীলাগী (১৯.১৫১) দা থেংনজে। "ব্রহ্মাণ্ড কোয়না চৎলুরবা অদুগা যোনি কয়াদা পোক্লুরবা মতুংদা কনাগুম্বা লাইবক ফবা অমনা গুরু অমসুং কৃষ্ণগী কৃপাদগী ভক্তি লতা বীজ (মরু) ফংজে।" তন্ত্র শাস্ত্রদা ভগবান শিবনা তাকপি। "হে সতী, জ্ঞান ফংবনা প্রাকৃত তগী মুক্তি ফংবা ঙমগনি। বেদ-পুরাণদা তাক্লিবা যজ্ঞ কয়ামুক তৌবনা পূণ্যগী থবক তৌবা ঙমহল্লি, পুল্লিদা খমখেঙনা নুংঙাইহল্লি। তৌইগুম্বসুং মী অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সেবা মপুং ফানা তৌবগী কৃপাদি পিদে। মপোক লিশিং-লিশিং পোক্লুনা অসিগুম্বা জ্ঞান ফংবশিংনো অমদি পূন্যগী থবক তৌবশিংনা পরমেশ্বর ভগবানগী সেবা হেক্তো ফংবা ঙমবা নত্তে।" মসিনা তাকপদি মুক্তিদগী ভগবানগী সেবানা হেন্না মরুওই হায়বসিনি। সেবা অদুনি মীওইবগী তৎনবা য়াদ্রবা কর্মদি। ভগবানগী স্বরূপ, ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য, নাম, রূপ, গুণ, লীলাবু থাজনা অতৎপা লৈতনা ভগবানগী পেন্নবগীদমক্তা শ্রবণ, কীর্তন তৌজদুনা পুল্লি লেনবা অসিনা মীওইবগী পুন্সিগী পান্দমনি। শ্রীরূপ গোস্বামীনা তাকপিখি, "জ্ঞানা কর্মদী অনাবৃতম।" "শ্রীকৃষ্ণদা ইশাগী কান্নবা য়েংদনা সেবা তৌজদুনা মতম পুম্বদা লৈজগনি।" শ্রীমদ্ভাগবতম (৩.২৯.১১-১৪) দা ভগবান শ্রীকপিলদেবনা মমা দেব হূতিদা হায়জখি। "হে ইমা, করিগুম্বা মহৈ অমতা পাম্বা তৌরুদনা, জ্ঞান, কর্মনচিংবা খল্লুবা লৈতনা পুরষোত্তম শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌজবা অসি খ্বাইদগী অথোইবা ভক্তি যোগনি। ফাবম অসিদা ভক্তশিংনো ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌববু থাদোক্লুনা ভগবাননা পিবিবা মুক্তি হায়বদি - সালোক্য (ভগবানগা লোক অমতদা লৈবা), সার্ষ্টি (ভগবানগী ঐশ্বর্য্য পুন্নমক ফংবা), সামীপ্য (ভগবানগা লোইনদুনা লৈবা), সারূপ্য (ভগবানগী রূপ লৌবা) অমসুং সাযুজ্য নৎত্রগা একত্ব নৎত্রগা নির্বাণ (ভগবানগী দিব্যদেহদা তিনশিনবা) - অসিফাওবা লৌদে।" ভক্তশিংনা রাজরিবদি শ্রীহরিদগী খাইনবা অদুতনি। ভবার্থ-দিপীকাদা তাক্লি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, লীলাবু শকচ-শোঞ্জবদগী ফংবা "আনন্দ" গা পুরুষার্থ ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ মরি অসিনা পুনশিল্লগা পীবা "আনন্দ" গা চাংতন্নবদা অকোনবগী "আনন্দ" অসি চরু মচেৎ অমগুম্বনি অদুগা সমুদ্রগী ঈশিংগা যনাও খোঙ্গুলদা লৈবা ঈশিংগা চাংদন্নবগুম্বনি হায়। মসিমক শ্রীল প্রভুপাদনা তাকপি। ভক্ত ধ্রুবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হায়জখি। "হে ভগবান মীশিংবু সংসার সমুদ্রদগী লাম্থোকপিদুনা মুক্তি পিনহৈবা অমসুং নিংলিবা পুন্নমকপু থুংহল্লবা কল্পতরুগী মশক ওইরবা ইবুংঙো

কৃষ্ণ নহাক অসিবু করিগুম্বা অচম্বা পোৎ অমা ফংগে হায়না নিংজরবদি নিংজরিবা মখোয়গী বুদ্ধি অদু ইবুংঙো নহাক্কী মায়ানা শুক্ষার্থপ। মরমদি অশিবগা মান্নরবা হকচাঙ অসিনা নুংঙাইরিবনি হায়না খনবা পোৎপু পীরি অদুগুম্বা অদুদি মীওইবনা নরক্তগীসু ফংবা য়াই। মরমসিনা ঐনা ইবুংঙো নঙোন্দা হায়জগদৌরিবা হায়ববু, হে ভগবান, অতৎপা লৈতনা নহাক্কী নফমদা তৌজরিবা ভক্তি অসিনা পূর্লীং শেঙলবা ইবুংঙো নহাক্কী অচৌবা অমদি শুদ্ধ ভক্তশিংগা অতৎপা লৈতনা তিন্নহনবিয়ু। অদুম তৌরবদি ঐনা ইবুংঙো নহাকী নাম, গুণ, লীলা শিংবু থকচবদগী ঙাওদুনা ইরাই লায়না লানঙমদ্রবা অন্নাবগী অমদি অকিবগী মশক ওইরবা সংসার সমুদ্র অসি লাম্থোকপা ঙমজগনি।" (শ্রীমদ্ভাগবতম ৪.৯-৯ অমসুং ১১)।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংজদুনা ভক্তি যোগগী যিথম য়ৌবরুবা হোৎনবদা শোইদনমক্কী গুরু অমদি ভক্তগী থৌজাল চংই। চৈতন্যচরিতামৃত অমদি ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুদা অসুন্না তাক্লি মদুদি মী অমনা শুদ্ধ গুরু অমদগী দীক্ষা লৌদুনা ভগবানগী মহৎর্থশিল্লিবা গুরুদগী পাউতাকশিং ফংজদুনা অমসুং পরম্পরা কায়দনা চখরক্লিবা আচার্য্যশিংগী নিতি নিয়মশিং নিংশিংদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংজনবা সেবা লেপতনা চখজগনি। লোইননা কলি যুগসিগী অবতার অমদি অবতার পুম্বগী শিরোমণি অবতার ওইবিরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা মীওইবদা পিবা অথোইবা খুদোল হরিনাম মহামন্ত্র শোঞ্জবতনা মুক্তি পিনবিরী।

শ্রীচৈতন্যচরিতার্মৃতদা ইরি।

**"কলি কালে নাম রূপে কৃষ্ণ অবতার।**
**নাম হৈতে হয় সর্ব জগৎ বিস্তার।**
**নাম বিনা কলি কালে নাহি আর ধর্ম।**
**সর্ব শাস্ত্র সার নাম ঐ শাস্ত্রর্ম।।**
**কৃষ্ণ মন্ত্র হৈতে হবে সংসার মোচন।**
**কৃষ্ণ নাম হৈতে পাবে শ্রীকৃষ্ণচরণ।।"**

অর্থ ঃ কলিগী মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা নামগী মশক ওইবা অবতাব তৌই। নাম অসিদগী জগৎ পুম্নমক অসি পাক চাওনা শন্দোক্লকই। নাম নত্তনা কলিগী মতম অসিদা অতোপ্পা ধর্ম অমা লৈতে। মন্ত্র পুম্নমক্কী মচি ওইবা পোৎ হায়ববু

নাম অসিনি। মসি শাস্ত্রগী অথুপ্পা বানি। কৃষ্ণগী মন্ত্রদগী সংসার অসি লাম্থোকপা ওমগনি অদুগা কৃষ্ণগী নামদগী শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু ফংবা ওমগনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা হায়রি, ভগবান বিষ্ণুগী মিং লিশিংদু অহমলক শোনবগা শ্রীহরিগী মিং অমুক শোনবগা ফল চপ মান্নে। অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়ারক তৌবনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমুক্কং শোনবগী মহৈ য়ৌবা ওমদে। তৌবগীদি হরিনাম মহামন্ত্র শোঞ্জবদা অপরাধ তরা য়াওদনা অমদি চৈতন্য মহাপ্রভুগী নোঙ্গুকপা "নাপীদগী হেন্না তোম্না খল্লি, উপালদগী হেন্না খাঙবা কল্লি, অদুগা মশাবু মীনা ঈকাইখুম্নবীবা পামদনা অতৈবুদি ঈকাই খুম্ননিংই" হায়বগী মওংদা অমসুং শ্রীশ্যামসুন্দরগী মূর্ত্তিদা পুক্নীং থমদুনা মতম পুম্বদা হরিনাম শোনগনি। অসুম্না, "হরে **কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।**" তত্তনা থাজনা হরিনাম শোঞ্জরবদি কলি যুগসিদা অরাম খুভম ফংনবগী অমত্তা ৬াইববা উপায়নি অমদি অতোপ্পা পাম্বে অমা লৈত্রবনি। জগৎসিদা অনি শুদ্রবা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ, ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য, নাম, রূপ, গুণ, লীলাবু নববিধা ভক্তিগী উপাইনা অতৎ-অথম লৈতনা, থাজনা অমদি মশাগী কাননবা অমতা খল্লদনা গোপী ভাবতা ভগবানগী পেন্নবগীদমক্তা শকচ-শোঞ্জদুনা শ্রীহরিগী চরণ সেবা ফংজনবা অসিংবা, ভক্তি লোনা মীনা মপুঙ্গি লোল্লি। খুদম ওইনা নববিধা ভক্তি অসি অমমমতা ওইনা তৌদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য ধাম, গোলোক বৃন্দাবনদা যৌজদুনা ভগবানগী চরণদা মতম পুম্বগী ওইনা সেবা ফংজখিবা হায়বদি মুক্তি ফংজখিবা মহাজন মাপলগী মমিংশিং মখাদা পঞ্জরি। **শ্রবণ ভক্তিদা - পরীক্ষিৎ মহারাজ, কীর্তন ভক্তিদা - শুকদেব গোস্বামী, স্মরণ ভক্তিদা - প্রহ্লাদ মহারাজ, বন্দন ভক্তিদা - অক্রূর, পাদসেবন ভক্তিদা - লক্ষ্মী দেবী, অর্চ্চন ভক্তিদা - পৃথু মহারাজ, দাস্য ভক্তিদা - হনুমান, সখ্য ভক্তিদা - অর্জ্জুন অমসুং আত্মনিবেদন ভক্তিদা - বলি মহারাজ।**

অরোইবদা হায়জনিংবদি বেদ-শাস্ত্র নৈনবদগী, গুরু কৃপাদগী, শুদ্ধ ভক্তশিংগা তিন্নবা ফঙবদগী, অমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, লীলাবু তত্তনা, থাজনা শ্রবণ, কীর্তন তৌবদগী ফঙলিবা ভগবানগী মপাল নাইদ্রবা জ্ঞানগী শরুক খরদং ওইরবসু ঐখোয় ঐখোয়গী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা চুমদববু অচুম্বনি হায়না লৌবা মায়ানা থল্লবা পুক্নিদা রাখল, থবক অমদি ভাংথোকপদা তত্তনা শিজিন্নবা অসিনা

পুন্সি-পান্দম ওইরবদি লোয়বা নাইদ্রবা অমদি জীব পুন্নমক্কী থম্মোইদা অন্তর্য্যামী ওইনা ঙাহোইবীরিবা অমদি পুংখঙ খঙলবা ভগবানগী পুংথোই থোইবা কৃপাদগী ঐখোয়গী অশেংবা স্বরূপতা হল্লিন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য ধামদা চরণ-সেবা ফঙজগনি হায়বদা মীওইবা ঐখোযনা চিংনফম থোক্তে, পুন্নমক পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী (অচিন্ত্য) খঙবা ঙমদ্রবা লীলানি।

---

—ঃ লোইরবা ঃ-

গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীনা পাংথোকপা
১১ শুবা গুরু কির্ত্তণ থৌরমগী ফোটো খরা।



গুরু কির্ত্তণগী থৌরমদা গুরু খাঙেনবম গুলাপি সিংহগী
ফোটোদা ইকাই খুমনবা উৎপা।



গুরু কির্ত্তণ হৌদোকপদা শ্রী ফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্রা শর্ম্মনা
পঞ্চদেবতা পুজা কৎপা।

মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অনীশুবা শরুক)



একাদেমীগী মেম্বরশিং ওইরোমদগী এম যদুমনি সিংহ (জেনরেল সেক্রেতরি), এল মোহেন সিংহ (কনভেনব), আর কে সনাতোম্বা সিংহ (প্রেসিদেন্ট) অমসুং পি যুগেশ্বর সিংহ (ভাইস প্রেসিদেন্ট)।



গুরু কির্ত্তন পাংথোক্লিঙৈদা কে ইবোহল শর্ম্মা (এক্স সাইন ফোটো) না তিল্লিবা ভাবোকশিংবু ভিদিও লৌরি।

১১ শুবা গুরু কির্ত্তন থৌরমগী ফোটো খরা।



গুরু গুলাপি নট সংকীর্ত্তন একাদেমীগী ছাত্রশিংনা
গুরু কির্ত্তন হৌদোকপগী শৈহৌ ইশৈ শকপা।



গুরু কির্ত্তন, তাল ফাংনবগী থৌরমদা প্রসিদেন্ট অমসুং চিফ গেষ্ট।




মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অনীশুবা শরুক)



গুক কির্ত্তন, তাল ফাংনবগী থৌবমদা
বৈষ্ণব সিনাম অচৌ সিংহনা মনা য়েঙ্খোক্লি।



এল জয়চন্দ্র সিংহদা বেজ থেৎচরি।



বৈষ্ণব খাইদেম নিংথেমজাও সিংহনা মনা য়েঙ্খোক্লি।

'গুরু-কৃষ্ণ-বৈষ্ণব'

**১১ হবা গুরু কীর্তণ সেবা**

*সংশার ইপাক লানবিয়ু ।*
*মগ্লিবা থশ্মোয় গুলহনবিয়ু ।।*

*প্রেম রস পিথকপিয়ু ।*
*ননাইগী ননাই ওইহনবিয়ু ।।*

*ননাইগী লম্বী লমজিংবিয়ু ।*
*চরনগী নাক্তা নকহনবিয়ু ।।*

*নিজবা ভিক্ষা হাপ্পিয়ু ।*
*তাইবং মৈচাক হিংহনবিয়ু ।।*

*কাওজদবা পিনবিয়ু ।*
*তত্তনা শোনবা গুমহনবিয়ু ।।*

*অরোইবা মতমদা উহনবিয়ু ।*
*নুংশিবা শকফম পিনবিয়ু ।।*